[illegible]

[illegible]

[illegible]

# খম্নুং ইঙাল লৈশাবা

# অমসুং

# লাংদাই পুয়া কাইবিরোন কুম্বাবা

৭ শুবা অরোইবা শরুক

( মৈতৈঙ্ চীংথংখোম্বা (ভৈগ্যচন্দ্র) দগী মৈতৈঙ্ চুরাচান্দ ফাওবা )

★ চীংথংখোম্বনা রাজ বালো শাম্নু ফাবা।

★ ম্বনা খোংজাই পাথং শানা পানয়োন য়োনবা।

খোঁদোকথিবা।

মাংথিবা, রায়েন নুংচপ্পী মাংথিবা।

ংহনু হাংনবা থোরাংবা।

★ সধা চহী ৩ গা কুমুদিনীগা মাহি চাং য়েংনবা।

★ কোইরেঙ্গা পাকাগা য়েংথিনবা হৌবা, বোরাচাওবা পেম্বচাগী কাইনা রারো।

★ সাহেব অহুম হাংপা, বৃটিশনা মাইগ অহুম লোম্পারকপা।

[illegible]

[illegible]

[illegible]

# খম্নুং ইঙাল লৈশাবা
# অমসুং
# লাংদাই পুয়া কাইবিরোন কুম্বাবা

৭ শুবা অরোইবা শরুক

মৈতৈঙু চীংথংখোম্বা (ভৈগ্যচন্দ্র) দগী মৈতৈঙু চুরাচান্দ ফাওবা)


অইবা ঃ

মংলেম মৈতৈ

মেকোলা বাজার

থমুং ইভান লৈশাবা অমসুং লাংদাই পুয়া কাইবিরোন কুম্বাবা (৭ শুবা অরোইবা শরুক)



মমল ঃ  লুপা ১৫০/-

লাইরিক অসিবু ফংহনবীরকপা : অকহ' মভাং য়ুমদাবা চান্নবন লৈখিদ্রবা ওঝা বিরহারি মৈতৈ খ্বাই উরিপোক খোইস্নাম লৈকাই, ইম্ফাল

লাইরিক্কী শরুক : ৭ শুবা অরোইবা শরুক

অইবা : মংলেম মৈতৈ

কংফম খোকপা ওক : অইবা

অফোঙবা : পি এস, পব্লিকেসন্সকীদমক পুথদম লনবী মতৌমৈবী (দেবলা) না ফোংহনবা।



লাইরিক মশিং : ৫০০

নম্বা চহি : খৃ ২০০৫ (ডিসেম্বর) শা: ১৯২৭ নো ১৯৯৮ লাং: চহি ৫১০৬

লাইরিক নম্ফম : পি, এস, প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরী, সাগোলবন্দ মোইরাং লৈরক।

# ৱাহৌদোক

থম্নৄং ইঙাল লৈশাবা কৌবা পুযা অসি মথং মথং সেরিয়েল নাইনা ফোংজরকপন, ৭ শুবা ভোলুম নিংথৌরোল ৫৫ শুবা চিংথংখোম্বগী স্না হাক্তকগী চুরাচান্দ ফাওবনা লাইরিক অমা শাহনা ফোংজবনি। পুয়া অসি লৈখিদ্রবা ওঝা বিরচাম্নি উরিপোক খোইস্নাম লৈকাই, ইম্ফালদা লৈবিরম্বনা পিবিবদগী শিজরৌবনি। ওঝানা হায়খিরম্বদা পাওঝা শিরে পাউ জাবদা কুলচন্দ্রা লাক্লেনবদা হোগাইবী থোং য়ৌরকপদা ইপু অনি ( নোংমাইথেম্বা, অথা মেম্বর ) অনিশু কোন্নংদা লাকপদা অহুম্মক মফম অমুদা উনহুনা ইপু মলেসনা কোমুং চংখ্রবদি পুয়াশিংদো লৌখ্রনি মহুৎতদি মাংদনবা ইপু অনিনা শিনখিয়ু। নিংথৌগী রাকমদগী মাইচৌ (ইপু) অনিনা চংহুনা পুয়া ১২ না শাবা থম্নৄং ইঙাল লৈশাবা—লাংদাই পুয়া কাইবিরোন কুম্বাবা, থুস্তোক লৈশেম্নোন, নম্ তাইবং মৈহৌরোল, চৎলম লুতিন লাইরকসন, য়ারা ইংখোল লৈসোবা লাইরেক, স্না পুয়া কৌবা পুযাবু লৌখোকলুরগা অথা মেম্বরগী য়ুমদা ভাইহাক পোৎথারগা লাক্লেনবদা পুহনা চৎলগা ঙংঞ্চম চিংজেন্দা ফুমহনা থনম্মি। অমুক লৌথোকলুরগা তুম্নি বস্তিদা অহন অনিনা কোন্দুনা থম্বদগী ওঝানা শিন্নক্লগা পিবিরমবা পুয়াবু মথংলেংনা চক চক্তি ওইনা ফোংজরকপনা ৭ শুবা পুৎনম অসিদা ঐরোম্বা শিম্নবিরমবদি পন্দোল লোম্নে। চুরাচান্দগী পুন্সি লোয়বা কাওবা খনবীরমত্রে, য়ুমথোংদা লুপা অনিমখাই ঈশিং তোত্তিগীদমক থাই হায়বা মতাং অহু কাওবদমক পিবিরম্মে মথা তানা ঐনা খিজিনবা ঙমজনবদগী মপুং ফাহনবা ঙমজদ্রে পাবিবা কনাগুম্বা থোইদাবিবা ওঝাশিংনা চান্নগদবা য়েংনা মপুং ফাহনবা পামজে। লাইরিক অসি থোরকপদগী থম্নৄং ইঙাল লৈশাবা কৌনা লৈরম্মি। নোংদালাইগী মতমদগী স্না পুয়া হায়না অমুক ইরম্মি। মথং চৌরজিংবকি হাক্তকা লাংদাই পুয়া কাইবিরোন কুমবাবা হায়না ইরমখা থেংনৈ অহুবু কায়দনা মিংবু থোজবনি।

## পুয়া অসিবু লৈরম্বা মফম অমসুং ফংঙকপা

( অসাম কামরূপ দরংজিলা তেজপুর অমলাবতি )

নোংদালাই কুমশিং ১৯১২ খৃঃ ১৯১৯ শাঃ ১৮৪১ শজিভু থাদা নগাও জিলাদা ফিগী করবার তৌহনা লৈ। ফি য়োনবা কোয়না চৎপদগী শ্রীঘাট লান্দুনা তেজপুররোমদা য়োম্নি। অমলাবতি বস্তি অসি য়ৌবদা মতম থরগু থেংলহুনা ঐখোয়গী থুংফম থন্নহুনা পোংথাহনা ভহাক লৈ। ঐখোয়না পোৎথাবা মফম অহুদগী কোম্হোং অনি নোংচুপ্পোমদা হায়থরগা শুমাং থেলোংদা তুলশি য়াম্না নিংথিনা থাবা লুম ক্ষৈংখোল অমা থেংনহুনা মফম অহুদা নুমিৎ অহুগী লৈনবা ঙাংনরে। অহুদা চৎমিংনবা ঐগিদি ইবাই থোকপা অহন শুংশুনম অঙাংজাও হায়বা অহন অসিনা শাওই, মমাং য়ুমদা কমদোনা চা-থক্নুনা লৈগথনো হায়না য়ানিংদে। মহুদা এলাংবমগী ইতাও পিশুকোয়না

হাই, মাম্মা কৈদৌবগে ঐখোয়না মখোয়গী য়ুম্নদা থোং থাকুনা চারুগদবস্মু নত্তে চুন্না তুম্মুগদবত্তনি, ব্রহ্মপুত্র মপান্দা চারিবসি মঙাই লমহাংদা লৈববুদি অসিদা লৈবনা খুদোংগু চান্নি হায়রদা অহন অহুগু য়াদবা য়াত্রহুনা মুমিৎ অহু য়ুম অহুদা লৈনবা থোরাংহুনা লৈরে। য়ুম অহুদা য়াম্না অহন ওইবা অমা লৈ। মহাক্কা য়াম্না লুনা ত্তৌবী অশাম্মি লোন্দা ঐখোয়গী লৈকয়চিংবা মুন্না হংঙি। শগোলবনলোম্নদগী অহন লমনবুগু য়াম্না নিংখিনা হংলগা মমিত্তগী মপী ইয়া শিনথৈ। পুং ৯ লোম তাবা মতমদা অহন অমগু লাক্লে। অহন অহুগা রারি লাহুনা মখোয়না লৈবা য়ুম অহুগী মাঙ্গোন্দা লৈখ্রে। ঐখোয়স্মু রাহুনা তুমলে, ঙহাক উইরোন তুম্মুরগা ঐদি ( বিরহরি ) ওলাং ওনশাওহুনা হৌগত্তনা কমহুনা লৈ। অহন অনিনা অশাম্মি লোন্দা মণিপুরগী নিংথৌরোনগী রারি য়াম্না মুংশিনা নিংথিনা শানৈ। ঐনা খল্লি, অশাম্মিগু ঐখোয়গী মণিপুরগী রারি মুন্না থংইদা হায়না ঙহাক তারগা ঐগু অহুম রারিহুনা শুম্নশুম তৌহুনা তুমথরে। লোংঙান তু উবা মতমদা ঐখোয়বু থেংলে হায়হুনা হৌদোকপি। ঐখোয়না হৌগৎলকপা মতমদদি চন্দ্রোন থিন্দুনা লৈরম্মে। মাতৌ অহু উবদ ঐখোয়স্ত্র বুদ্ধি তাবা ঙমদনা পোৎ য়োনবা চংলে। অশাম্মী গোথাই বামোন ওইরমাম্নে খন্নহুনা অহন অনিবু মশক থংবা ঙমদনা মফম অহুদা থোংফম অহুমা অহুম লৈরে।

অহন অনিনা শান্নবা রারি অসিনা মুমিৎ খুদিঙ্গী ওইনা তৌহুনা ঐনস্মু তানিং থংনিংবা রান্নি ওইহুনা মতুংদা ঐগী থুংনফম ওইহুনা লৈবদগী অহন অনিবু থংজরে। অহন অনি অসি শ্রীপঞ্চযুক্তেশোব কে, সি, এস, আই, চন্দ্রকৃত্তি মপাবুং গম্ভীরসিং সনা হাক্কুগী নোংদম শংলেন পুহুনা লাকপনা শ্রীযুক্তেশ্বোর কুলচন্দ্রা সনা হাক্কুক ফাওবদা পুহুনা লৈরম্বা শ্রীশ্রীনোংমাইথেম্বা পণ্ডিট লুখোই হায়বা ইপুনোক ওইরম্মে। ঐনা লৈবা য়ুম অহুদা লৈবা অহন অসিনা শগোলবন অথাম লৈরক্কগী অথা মেজর শুবদার হায়বা ইপু অহু ওইরম্মে অহন অনিনা ঐগী মমম চংবিবদগী তাকপী, নংবু পোকপা, নপাবু পোকপা খ্বাই তাবা চান্নবম হুলোপসিং হায়বা অহুদি ঐগী ইতাওনি, মখোয় ঐখোয় সনা থোগন অকায় হাওনাবা চৎমিন্নরিবনি। নবুথৌগী মঙান্দি নখোয়না উহৌদবগী তৌবনি লাইন, সনা থোংনেৎ হি কাহুনা ঈশিংদা লাকপবু নবুথৌনা মীপুম খুদিংগী থরাই কন্দুনা সনা কোন্নুং য়োরকপদগী নবুথৌবু চান্নবা হুলোপসিং পণ্ডিট মুক্ত কনবা হায়হুনা নিংথৌনা মনিং তমহন্না খ্বাই মাইগৈদা লৈরম্মিবনি। পণ্ডিট ময়াম্না থৌনিবদা শাবা ঙমদ্রবা চেকথোং অচৌববু নপুরোক হুলোপনা মুমিং ৫নি থৌনিবদগী শাখিবা চেক্তি থোংনি। ঐখোয়না লাইবক থিবনা হৌমিন্নবা নপুরোক্কগা থুপখিবগা, মলেসগী মত্তৌগা য়েংনিংদহুনা কোইনা চত্তুনা লৈবদগী মফম অসিদা য়ুম ইংথোল লিংহুনা লৈরবনি সনা কোন্নুংদগী মহারাজ কুলচন্দ্রগা থোংজোম লান হেক লোইবগী অহিংদা সনা থোগন লাকপদগী অহুম লাকুনা কোইনা লোৎপদগী মফম অসিদা লৈরিবশিনি মতম অহুগী থৌরম্বু মথল মথা লিহুনা তাকপিরে।

ইপুথোক অনিগী থৌজান্দগী খুন্থোক লৈশেম্লোন, তাইবং মীহোৱোল হায়বা পুয়া অমা পুথোক্নুনা য়েংহল্লি। মতুংদা লাইরকচন মৈতৈ চৎলম লুত্তিন নো'দাপাইনা নোংদম্বা হায়বা পুয়া অমশু য়েংহনবি, মতুংদা লাংওন লাংদাই কঁইবিরোন হায়বা পাওজেল পুয়া পুকমলোন য়েংহনবি, মতুংদা লাইমিং চৎলম হায়বা অমগা অমাই অনপ নোংখাইলোন হায়বা অমগা য়েংহল্লি। পুয়াশিং অসি লৌজৌ নবুথৌশিংনা শুরম্বা পুয়াশু য়াওরি, পুযাশিং অসি মণিপুরদা লৈহৌদ্রবনি, সনা কোম্নুদা শুবা পুয়া অশেংবদি অসিতনি, থিরিমথৈ পুয়া অসিনা লোয়না লৈবনি, লৈতম্লিবা পুয়াশিংদি মনিং তম্বা ঙাকনি, লৈবাক্নুনা লুচিংবা কংলৈ ফম্বাল লাংবা পুয়াদি লৈহৌদ্রে, মতম্বা থুংলরবদা পুয়াগী মতিক মঙান থংনগনি।

নপাগী নপুগী লিক্লাং ময়েক হৈবরা নবুথৌনা তাক্লমত্রা? য়া অসি তাবদ পুয়াবু পশ্নপা হায়নিংঙাই খুম্নিংঙাই থংদনুনা ঐ ঙহাক তুম্মিন্না লৈ। অতুননিনে ইপা নংনদি পুযাগী বাখনিংঙি হায়বা মগী ওইদুনা তোক্লনি নপা নপুগী ময়েক থংনবা হেৎনরু মংদনবা থমবীগে তোকপীরে। মতুদা ঐনা ময়েক অমুক তমদুনা লৈরগা কনানা কি য়েংনবিগদৌরিবা লাকমিন্নবনা করি হায়গদৌরিবা পুন্নমক হসি থল্লুবগা হাই, ইপুবোক লইরিক ময়েকশু থংনব। তমজগে পুযা অসি নোংমা নোংমগী ইপূবোক অনিনা থরা থরা পাবিন্নু বাংলা ময়েক্তা শিঙ্গে হায়জবদা য়াবিদুনা নোংঙাল্লগা জিলাদগী চেগা কোলোমগা লৈদুনা শিন্দোক্লবা পুয়াবু পুকম্নবা থৌয়াংলে চহি ও চংনা শিনবা লোইরগা অমুক হন্না অচুম অয়ান য়েংনরগা শ: ১৮৪৬ খৃ: ১৯২৪ দা মণিপুরদা পুথোরকই মথাদি মৈতৈ শাস্ত্রাশিংদগী হংজরগা হাপকৎচবনি মপুং ফারমদ্রে।

লৈখিদ্রবা
চাম্নবম বিরহরি
উরিপোক খোইস্নাম লৈকাই, ইম্ফাল

# লাইব্রেরিক অসিবু ঐনা ফংলকপগী চাওরাকপা মরম

মীরৈবাক্কি লাইশিঙ্গী মমিংশিংসি ঐখোয়না করি হায়না থংনবগে হায়বা রাহং অসি তত্তনা থম্মোইদা হুংনিংবা থমনিংবা অমা ফাওই। অদুবু হংফম থংদনা তাকপিনবা লৈতবনা অদুম থংদনা লেল্লকই। থোইদোক হেন্দোক্না লৈবাক অসিগী চৎনরবা মৈতৈ ময়েকপু য়াম্না থংনিংই, হৈনিংই হংফম লৈতনা অদুম তোক্লকই।

নোংমা ঐগী কলেজগী পুন্সিদা হিরিদগী শুরচান্দ কৌবা অমগা য়ারি শান্নবদা মাদি ময়েক অসি করনা থংগে হৈরে হায়না ঐহাক্না য়ারি শাই। ঐবু অমুক্তা থংহল্লু হায়জবদা খুড় খুরাক্ত তংপা মখৈ তম্মুরগা ইকোম কোম্না তাকখিদ্রা হায়দুনা ইকাইবা পীবগুম তাক্রে। শুমিত্তু ক্লাস লোইদনা কনাদা কদাইদা তম্মুসিগে হায়না হল্লকপদা ঘরি লময়াইদা। চোংথাম হেরা মালোম লৈমপোকপম খোঙ্গো রাহেং খুমন অহন অনিসি থেংনৈ। হেরানা য়াওং অমা ঐহাক্না হংই, "ইবুংঙো য়াম্না পুক্নিং শোক্না উইদা করম্না নীংবা থুংদবা লৈবগে"? ঐনা খুম্মি, "ঐগী নীংবা অসি থুংহনবা ঙমগদবা লৈত্রে মরম অমগী য়াবনি" হায়না খুম্মি। মরম অদুতদি থংহল্লু হায়না কন্না হংলবদা ঐনা খুম্মি। ঐ মীনা ময়েক থংদে হায়দুনা ইকায়বা পীরে হায়না খুম্মি। অদুগী ওইরবদি মা পীগে য়াগনু হায়দুনা মালোম ফাওবা চৎমিন্নরে। ময়ুম য়েৌরগা চেনা অমদা (অ, আ, ক, খ) য়াওবা অমা পীবিরে য়ুমদা অহিং তুমদনা ইবা শান্নদুনা মান্নবা য়েকপা হৈরে। নোংঙাল্লগা কলেজদা ঐনা বোর্ডতা অসি চুমত্রা হায়না শুরচান্দ হংবদা ঙরাংদি হৈহতে হায়রগা ঙসিদি হৈরম্মে করম তৌরিজাংনো হাই। ঐনা ভাই চুংঙাইমন্নদুনা মীঙোন্দা হংজরদুনা খরা তাকপীরকপনি খুম্মি। ময়েক অসি লাল্লি মাগা মান্নদে অমুক হায়রে। অদুদি ভাই চংলগা হুংনরুশি হায়দুনা মাগা ঐগা হেরাগী য়ুমদা চৎলে। ঐনা হংডি খুরা ঙরাং তাকপিবা ময়েক অদুবু মানা লাল্লে হায়রি অরানবদি করিগী তাকপিবনো খরা শাওনা হাই। ইবুংঙো ময়েক অদু লান্দে লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীনা লাল্লে হায়রবদি ঐগা থেংনগে চিংনগনু। ইবুংঙো শুরচান্দি কনাদা তম্মি হংবদা মাগী ওঝাদুবুত্ত খংনবগী মা ওইনা তৌই। পিরিবা ময়েক অসি অচুম্বা ময়েক্কি মংনা হংনিংবা মীদা হংঙচো খুরা থেংনগে তাকপিরে। খাইগী অহন ঐখোয়বুম্মু তম্মীবা থোংঙাম মাধোপ. তাওবুংখোক্তা চংঙো নংনা য়াম্না চিংনবগা ঐখোয় পুম্নমক্কি ওঝানি তাকপিদুনা মুমিং অদু শুরচান্দ ঐগা য়ুমদা হন্নরে।

ঐ ইতোমত্ত খল্লি ময়েক্কি খংলে. ময়েক অসিনা ইবা লাইরিক্কি অমত্তা উত্রি ঐবু পাবা ঙম্মগদ্র তত্তনা খল্লি। কান্নরোই হায়দুনা থোংঙাম মাধোপ পণ্ডিতকি য়ুমদা ঐ চৎলে। তমগে হায়বা ঙমদদুনা ময়াম্না ঙাংনবা তাদুনা অদুম তোকপনা চহি কাজিল্লক্লে। মতম অদুদা ওঝাগী

মনাক্তা হেক হেক উনবসি হোদাম নিলচান্দ, মুতুম গুলাপ, খেলচন্দ্র, মুপী অমগা ( মেহেত্তা ) অতৈদি মশক অমতা থংদ্রে। মতম অসিদা মখোয়না মাঙোন্দা রারি শানবা ঐনা শুমাংদা ফম্বা লেপতুনা মখোয়গী রারি তাবা অশুম্না তৌবসে চহি ১ কারে। মতুংদদি খেলচন্দ্রগা মেহেত্তাগদা মঙাইরে অতৈদি খোইনা লাক্ত্রে। মতম অসি কাওবা শুমাংদা অহুম মখোয়গী রারি তারি। ঐনা তাহৌবা রারিদা অঙোম্না থরে। অঙৌবা চিঙ্গিবসি করিগীনো খেলচন্দ্রনা ৎংবদা মাধোপ্পা মুন্দুনা লৌখিরনি হায়না থুমখি। অহুক কুইনা ফমজববু রাহে অসিমতং তারকই চুম্মি লাল্লি থংদে। মতম থরা লৈরগদি খেলচন্দ্রা লাকখিদ্রে ইতৌমত্তা ঙাইরে।

থুম্নং লিচং শাজং কৌবা লাইরিক অমা ওঝা মাধোপকা খেলচন্দ্রগা পুম্না ফোংই হায়বা তাই। লাইরিক অদু ঐঙোন্দা ১০ পীরকই য়োল্লু হায়তুনা পীরকপনি। অয়োলমন মখাই অমা, মপুদা লুপা ২/- পীগদবনি হায়রকই। ঐনা লাইরিক অমতা য়োন্দনা থম্মি। পণ্ডিট অমনা ফাংবা লাইরিকপু হাতুনা য়োনবা হৌমদে ঐনা লুপা ২০ ( কুন্দু ) পীগ্রগা লোইরে হায়তুনা য়েন্দবনি। মতম থরা লৈরগা লাইরিক পীখৎলকই হায়না পাও থারক্লে। ঐ চৎপা শুমদতুনা থুরা হেরাগী মচা মুহিন্দ্রোদা পীহনখি। কুইরগা অমুকম্ন লাইরিক পীরকউ হায়না পাও মনম মনম থারকই। হেবাদা ঐনা থুরা লাইরিক অদুবু য়ৌদ্রবজাংলা পীরকউ পংহাইদা হায়রিশিবো হংনবদা মুহিন্দ্রাস্ন মাঙবে। মুহিন্দ্রোনশু পীরমমে অহুম থুম্মি। ইবুংঙো অহন ওইরবতুদা মাখন চোইরতুনা ঙাংবা ওইবনি শাওরুংনু হায়হুনা অহুম তোক্লে।

নিংথমগাগী মতম্মি শুমাংদা, মাঙোন্দা চাক চাবা মতম্মি ঐনা ওঝা উনগে চংপদা মাঙোন মচি মখা থংবদা ফমহুনা লৈরম্মি। ঐনা শুমাং চেক য়োবদ ওঝা হৌগৎলগা থোরক্লে অহুগা ঐবু খোঙ্গান কাওবা পুখোক্লগা "ঐমা লাকউ হায়বা মতমদা লাকউ অদু নত্রিমখৈদি লাক্লম্নু" হায়রম্মগা ওঝাদি চংখ্রে। উপাই লৈরতুনা হল্লক্লে। মতমহু নুংথিলগী পুং ২/৩ তাবা মতম্মি। মালেম চাঙাঙ্গে লোম্নবা বাজি নাকন হায়না, গংনবা মফম অমা লৈ। মফম অহুদা মী কনা লৈতে ঐনা মথক্তা য়েংথৎপদা নুমিংনা মনিংলোমদা থানা মমাংদা লৈরম্বা উই। অনিহুবু য়েং-খেংলগা ঐনা রাশকই। মধোপকদদি লম্বা তৌবা মাদৌনদি থংহন উহনবিয়ুকো ঙম্মোইদৌবা লেরবদি ঐবু খম্বীরনু হায়হুনা পী তানা নুমিং থা ২ বু তাবিয়ু থংবিয়ু হায়না রাশক্লম্মগা চেরাম্মি য়ুমদা চংদুনা ইপন, ইঙ্গান, থুরা, মুপী অঙাং পুম্নমক্কি মমাংদা ওঝানা হায়রকপা পৌরকপা পুম্নমক চিংথদনা তম্মে। রাকম অদু তাবদা থুম্না হেরানা মাগী লৈরিবা লাইরিক পুম্নমক পীগে ওঝাগী নাক্তা চংঙরম্ন মুপী নুপা পুম্নমক্তা হায়রে।

তমফম লৈতহুন মতম শাংনা হংফম থংদনা লৈরে। খোয়াথোংদা কাইবিরোন লোইশং অমা শাহুনা নুমিং থুদিঙ্গী ওঝা থরা হেক হেক পুল্লি। ঐনা হংজরুবা মাইত্রম শেথম মোইরাং,

শমজেংশাবম কালা, শালুংফম, শেকমাই পণ্ডরাম, তোলচৌ, চরোইবম ইবোহল, চাম্নবম বিরহরি, পাকা, ইবোচৌ, নোদিয়া, মোহোরি, চন্দ্রাসিং, ইবোতোম্বী অসিনচিংবা ওঝাশিংদা হংজরুবদা ওঝা পণ্ডরাম্মা ঐখোয়না খংদ্রগা মঙোন্দা (ওঝাদা) হংঙিবনি মাদৌনা হৈতনবা ঙম্মোই। অশুম্না লৈরকপনা চহি ১/২ মুক হৌখ্রে।

নোংমা কাইবিরোন লোইশংদগী কুম্নকপদা ওঝা বিরহারিগা লম্বিদা উনৈ, ঐনা পনাম্না উপু অমা লৈহৌনা পী, রাহং অমতা হংজগে হায়হুনা খামজে। করিনো ইবুংঙো করি হাইনিবা লৈখগে ? ওঝাবু ঐখোয়গী কলেজদা হুপী থরা তম্মিন্নৈ, মদা মখোইবু উরবদি শা শন, হুইনচিংবা হেক্তা শিবা নাবা থোকই মশিবু মগোয়হুবু !! ইবুংঙো অহুদি মখোয়বু ফত্তবনি ফত্তবা রাখন থনগন্নু লাইরেম্বী অমনা মখোয় মাম্না নঙ্গা খংনবা ওটনা লাকপনি শিগদবা নাগদবা পুম্নমক তাকপীবনি। অশুম্না তাকপীহুনা ঙগী অরাবা চিংনব. কোকহল্লি।

নোংঙাম্লগা ওঝাগী য়ুমদা চত্তুনা ওঝা মাধোপনা ঙবু চংতন্ত্রে ওঝানা চানবিদ্রন মাদৌনা অমুক্তা হৈতনবিয়ু হায়না খুকম্মি। ওঝানা করি লাইরিক তমগে হায়বনো হায়না হংবি ঐন. ওঝাবু ওঝা মাধোপ্পী পণ্ডিতনি হাই, পণ্ডিত অমনা খংবা হৈবা পুম্নমক ঐ হৈজনিংই ওঝানা চানবিয় রাফম অসি হায়নরগা ঐ য়ুমদা হল্লক্রে। নোংমা নিনি লৈরগা অমুক চংলি। ঙসিদি লাইরিক পুথম্নু ঐ মং অমতা তমগে হায়হুনা মং অমা তম্মি ঐগী মদা অঙাং অমা লাক্লম্মি. ঐনা করিনো ইবুংঙো নংবু অহুনা নৈরিত্তবু ইনাক্তা চংলকউ. করি হায়নিংবা লৈবগে হায়না অঙাংহুদা হংবদা করিশু খুমদে। অমুক মিকপ থোকই, কনানো অঙাং অহুবু করিশু ঙাংদে হায়হুনা খনবদগী অহুম তুমখরে। য়াম্না অহল ওইরবী হন্নবী অমা অমুক ট্ডই। কনানো ইমা নংবু হায়না হংঙবদা জগোই শাহুনা ইনাক্তা চংলকই ঙসাইগী অঙাং অহু লৈবিখাউ নিংহুনা য়েংহনগে হায়হুনা য়েংঙবদদি অঙাংদি লেরমখ্রে। হন্নবী অহুনা হাউ, তৌজিক লাক্লম্ব অঙাং অহু মাদ লাইরিক অসি পীয়ু হায়বা খংখিরোই নংঙোন্দা লৈরিবা লাইরিক পুম্নমক মাঙোন্দা খুংশিন্নৌ মানা পামদবা মথৈ লৌদসন্নু মাগী মক্তনি হায়রম্মগা হন্নবীদো চংখ্রে, মথাদি নং অঙাং ওইরি কোম্না হায়গে হায়রগা ওঝা পী তাহুনা কপখ্রে। ঐশু ইঙক ঙক্ত্না পুংখাইমুক তুমিন্না লৈনৈ। ঐনা অমুক হংঙি ওঝাবু অঙাং অহুনা কনানো, হন্নবী অহুনা কনানো করি হায়রিবনো ওঝা মাধোপমুক খংবা হৈবা ঙম্নরোইদ্রা য়াম্না খুংঙংতনা হংঙি। নংনা লাইরিক অসিবু চেকশিন্না মুম্না পারবদি মাধোপ ৬০ লম্বা তৌবা ঙমগনি হায়হুনা ঐগী পুক্রিং থোগংপী। হৌজিক্কী হন্নবী অহু পুম্না লাইরেম্বীনি অহুগা অঙাং অহুনা নংনি, ঙসিদগী নখুংশু ওইজবো হায়হুনা ওঝাগী খুবাক ২ না য়ারগা ঐঙোন্দা হয়ম হমিচক্তি পুয়াবু খুংশিন্নবিরে।

হয়াওমনঙহুনা য়ুমদা য়োরগা অমুক ফাক অমুক থম তৌহুনা মতম থদা লৈরবা তুংদা অশেম নেত্রশিং ক্লাকৈথেন্দা লৈবা' য়াম্ববু থারক্তুনা ওঝানা লাইরিক পীরকউ হাই হায়হুনা লৌবা লাকই। ঐনা শিনবা লোইদৌরে নুমিৎ ৪/৫ নিফং লৈরগা পিয়কে হায়না ওইদবা রানা ওঝাদা

পাওথুম পীখি । উখং খংচৌদনা ইচা অমা নাছুনা শিরে । শিমগী অরাবা খংদনা নম্বর ৩ দা লুপা অনি শিকি পিছুনা রেজিষ্টার নম্বর ৮ গী অমা লৈরগা থা ২ দা লোইছুনা ওঝাগী য়ুমদা থিল্লে । ওঝা, এ্রী মিনম্বা ভাংগ্রে অমুক্তা ভাকপিয়ু তশেংনা পীরবনি হায়রবহুদা ইদনা শিন্দনা অমুক অমুক পাতুনা থম্বনি ওঝানা লোথ্রবদি অমুক ফলরোই হায়রতুনা ইবা লোইদোরে হায়রবনি এ্রীনা মুপা মিনমখিবা মরম্মা অস্তাং অমশু লাইনা খংদনা শিথ্রে পীরববু অমুক পীয়ু হায়বশিবু করিগীনো । ইবুংঙো এ্রীগী মংদা এ্রীগী শুকদেব লাকই, লাইরিক কদাইদা লৈরে হায়না হুংই । এ্রীনা মচাহুদা পীথ্রে থুম্মি মহুদা নং হায়রম্মগা মথা ভরমদনা চৎথ্রে । লাইরিক অহু থমফম চানা থমক্রমাম্নে হায়তুনা অমুক্ত পুরকউ হায়বনি । নংঙোন্দা ভশেংনা পীরবনি । রাফম অসিদা চিংনবা কোক্লরহুনা মথাগী হয়া চকি পুয়াহু অমুক পুররে । অশুম্না লো লৌহুনা ইবনা খয়ুং ইঙাল লৈশাবা চুরাচান্দ কাওবগী য়ুমথোংদা লুপা অনি মথাই থাইবা ফাওবা শিনবা লোইরে । অচোইবা পুয়া কয়ামুক লেপ্তুনা শিনবনা ইং ১৯৭৬ তা লোইরে । মীনা ওঝা কৌগ্রবদি চুংঙাইররোই অরামন খরনস্থ চঞ্জিরগনি থন্দুনা ইশাগী চহি ৩৫ শুবদা ওঝা ওইরে । ওঝা ওইনা ওটনা নোংখাই পুযা ফোংজখি । পৈশা রাৎপদগী মথা ভান ফো'বা ভমখিদে । শরকারগী মতেং হায়রবদি তলব চাং নাইনা ফংলগা ফোঙ্গে নিংববু ইং ১৯৭৮ অগষ্ট তাং ৫ দা এপ্রুফ তৌহুনা খয়ুং ইঙাল লৈশাবা ভোল ১ দগী মথং মথং ফোংজরে । মথাদা লৈজৌরিবা পুয়াশিংদি কনাগুম্বা পুকচেল চাওব নৈবাক্তি রাথল থনবিবা নৈবিরবদি ভায়রগা ফোংবিযু লৈবাক্তি মরম্নি ।

অরোইব ওইনা হয়িচক, হয়াচক, থুম চক্তিদি কুমশিং থাদনা ইহুনা খম্বীরম্মি । নোংদালাই মত্তমদগীদি কলিগী কুমশিংবু লাংবচক্তি কুমশিং, যাবিষ্টগী চহিবু নোংদালাই কুমশিং হায়না ইরম্মি । শকাব্দগী কুমশিংনা নিংথৌখোম্বগী হাক্তক্তগী নোংদালাইনা চহি ৭১ হল্লগা ইবা হৌখি । অহুগা খৃষ্টাব্দগী চহিনা মাজিংনা ময়া' নিংথৌগী মতেং লৌবা মতমদগী, অমনা গম্ভীরসিংহগী হাক্তক্তা বৃটিশনা ইয়ে ইশেম্বদা লৈবা লোর্ড উইলিয়ম বেন্টিঙ্কা মণিপুরদা ললোনবা লাকপা মতমদগী নোংদালাইগী চহিদগী চহি ৭ ভনথংনা থাবা হৌখি । চেকশিনগদবা অমনা খৃষ্টনা জান্নুয়ারি হৌবদগী খৃষ্টগী চহি থিবা হৌই । মৈতৈগীনা শজিভু থা নোংমা পানবদগী থীবা হৌই । মীরৈবাক্তি চৈফুদগী নো'মা পানবদগী চহি থীবা হৌখিদ্রে । লমদ—চৈত্রগী অরোইবা তাবিক্তা চড়ক পুজা তৌই, এ্রথোয়গীশু লমদা থা লোইরপা শজিভু হীবদা চৈরাওবা চহি থীবা হৌব মাইম হায়না ইনশিনবিহুনা তৌখিবনি । হৌজিক্তি শজিভু থাগী মমুং ওইরবশু অরেপ্পা থবান লৈতনা চৈরাওরে । চড়ক পুজা নোংহেক ভানব হায়রবদি বৈশাখগী তাং ১ দগী চহি থীবা হৌই । মতাং অসিদা শকাব্দগী চহি নোংদালাইগীগা পুন্না অহুম হোংমিম্নরে । ইংলিসকদি ফেনজিনবা ভমদবনিনা রাকচিং থা= জানুয়ারি থাদগী চহি থীবা হৌখিব মরম্মা রাকচিং, ফাইরেন লমদা থা অহুমশি য়োম্নবদি মথক্তা চহি ৭ ভনগনি হাইবদে চহি ৮ ভনগনি, শজিভু চৈরাওরবদি চহি ৭ তমক ভনগমি - মতাং অসিদনি চহি পানবদা চহি ১ হেক চেম্নরিবা:সে

খোইদোক হেন্দোন্না পাওনা শিবা খোংজোম লানগী মতাংদা মান্নদবা থন্না লৈরে। ওঝাদগী ফংজহৌবা ৭ শুবা ভোলুমদা পাওনা শিবা খোংজোম লানগী মতাং অসি ঐনা ফংজবা লাইরিক অসিগী মতুং ইন্না পাওনানা লান চত্রিভৈদা হান্নদগী লান শোক্লকখনি। মাইগৈ অহুমদগী চপ মান্নবা হৌরকপা লান ওইবনা ভাকপিনবা লানমী মবাং কাইনা লৈতবা মবম্না খাইদগী অকনবা লানফম খোংজোম লান্দা থানবা কোইদিদা লৈবা পুম্নমক থাদোক্লুনা ময়ুম ময়ুমদা হলহনখি। কনাগুম্বা মরৈবাক মঙ্গাতিবু মুংশিবা লানবু চৎপিনিংবা পুকচেল চাওবা য়াওরবদি মেঙ্গর শুবদাবন-চিংবা ফমখিন্দোক্লুনা তান, খুজি পাজেং ফিরান থেক্ননা চৎপিগদবা কনা কনা লৈবগে তোইনা তোইনা কুল্লচন্দ্র মহারাজনা হায়রবদা পুন্সিগী কোইদিদা লৈগদৌগী শরুকপুদি শনাতোন ধম্ম ফংবনা ফৈ থন্দুনা কোইদিদগী হেক থাদোক্লগা মুমদা কুমহুনা পাও খংহল্লম্মগা তন্না কোংনুং কাবদুনা লান চৎলি। লান্দা পাওনা শিহুনা নোংঙানবদা বৃটিশনা বৈশাখ কালেনগী নিনি পানবা নোংমাইজিং মুমিত্তা বৃটিশনা কংলা লৌখ্রে হায়ন ইবম্বা থেংনৈ। চাংবাকপা মুমিৎ পানবদা লান চৎপা মতুং মুমিৎ ৫ নি শুবদা শিবনি অহুনদি লানচৎপা মুমিৎশি শজিভুগী ২৮ নি পানবা লৈবাকপোকপা বৈশাখগী তাং ২৩, মেগী তাং ৬ ইং ১৮৯১ দা লান কুম্ম অহুগা ইং ১৮৯১ মে তাং ৯ বৈশাখ তাং ১৭ কালেনগী নোংমা পানবদা শিবগা নোংঙাল্লগা কংলা লৌবগী মতংদা ইবিরম্মে। মসিবু কদাই ফাওবা চুম্মিনা কদাই ফাওব লাল্লিবা ঐদি ভশেংনা রাখল লাম্বা ফংত্রে, কোলোম মচিন থৈনা ইবত্ত কিংত্রে, ওঝাগম্ম মতাং অসি নৈনাহৌত্রে অপাবা খুদিংমক্তা লাম্নে হায়রবস্থ শাওজদে লৈরম্বগী থম্বীরবগী ইজবনি পামজবগী ফোংজবনি লৈবাক রাখোক ওইনব ফোংজবা নংচদে ঐত্তোন্দা মবাল শিখিগম্ম অপাবশিংদা শিন্নজরে।

নিংথৌরোল মশিং হান্না খুৎইদা লৈরম্মগ থন্না থেন্নরে। হান্নদি লাজেনখিবা নিংথৌ অমগী মনুংদা শোমদা নিংথৌ ৪/৫ পাল্লি অমুক নিংথৌ অহু হল্লকুনা পাল্লবা, মানা হান্না পাল্লম্বা নিংথৌরোল অহুদা ইগত্রা মথং মথং ওইনবকপা নিংথৌরোল অহুগী মতুং ইন্না ইগত্র। ঐত্তোন্দা থন্না চমন্নবা থোকখি। মরম থন্না চিংনবা লৈবনা অমুক হজিল্লকপা ওইরবত্ত নিংথৌরোল্দি কাইদনা চৎখন। ইবনা চুমগত্র খঙ্গহুনা মথং মথং ওইনা অহুম ইজরে। অহুগা পিং সরৎ থুমন্না য়াম্না রানা অচিনবা কয়, কাইথোকপীহুনা ভোল: ৫ দগী ৭ ফাওবসি য়াম্না চেকশিন্না পুথোকপা য়ানবা হোংনখিখি। ঐনত্ত তোইনা চত্তনা য়েংশিনবা ভমদহুন দোকচোম ইতো মৈতৈ, দোবী মচু লৈরক্তগীবু প্রুফ অরোইব। লৌগোক লৌশিন তৌবিখি লোয়ননা অরোইবা লাইরিক ফাওবা য়ুমদা পুবিরকখি থৌরমশিং অসিদ। ইচা ইনাও পুম্বগী মফমদা শিংবা ভম্নরোইদবা লমন তোঞ্জরে। মপু মানা চানবিহুনা মানা মানা পামজবা থৌপুনরিবা শিনফম্ব রাত্ত পাদনা মহুগী মপান্না মীথোই মীহেন্না পাঞ্জববু পীনবিবা ওইশনু।

মংলেম মৈতৈ
লাইরেঙ্গম ঔরাং লৈকাই।

তাং ১২ । ১২ । ২০০৫ ইং,

# য়াওফম তাকপা

| ছিরম | | লম্বাই |
|---|---|---|

# অরানবা চুমথোকপা

| অরানবা রাইহে | চুমথোকপা | লমাই | পরেং | রাইং |
|---|---|---|---|---|
| বিশমত্রীবু | চিশমনীবু | ১ | ৭ | ৩ |
| খৈয়োইরোন | খৈয়োইবোন | ১ | ১০ | ১০ |
| শঙ্গাইদগী | শঙ্গাইদ | ১ | ১৮ | ৬ |
| থোথাম্দুনা | থোগন্দুন | ৭ | ৪ | ১০ |
| চাপথুল | হাওথল | ১০ | ৩ | ২ |
| রুমুরাই | রঘুরাই | ১২ | ৬ | ৬ |
| ন'বু | মুংবু | ১৬ | ২৫ | ৩ |
| লোইহুনা | লোইনহুনা | ২০ | ২ | ১২ |
| কবে | কবে। | ২৯ | ৬ | ১০ |
| অথোশঙ্গ | অথোশীঙ্গ | ৩৩ | ২ | ২ |
| ভাজবা | ঙালবা | ৫০ | ৪ | ৯ |
| হৌদোকই | হৌদোকই | ৫৩ | ২১ | ৭ |
| মেপ্পা | মেপ্রা | ৫৭ | ২৬ | ১১ |
| মুত্থু | মুত্থুম | ৬৪ | ১০ | ৩ |
| তুগী | তুবী | ৬৬ | ১৬ | ৬ |
| মনি | মপি | ৬৭ | ২ | ১ |
| লৌবদবা | লৌবিদবা | ৭৭ | ২১ | ২ |
| পইরে | ওইরে | ৮৫ | ১২ | ১৩ |
| ঝ | বা | ৯১ | ২১ | ১১ |
| লৈপঙমথ্রবনিনা | লৈঙমথ্রবনিনা | ৯৭ | ১ | ১২ |
| ঙ | ঙবা | ৯৭ | ৫ | ৮ |
| নিংথোদা | নিংথোজ | ৯৭ | ৮ | ১ |
| তিথা | তিথ´ | ৯৮ | ২৯ | ২ |
| বিশ্রজিৎনা সনা | লাইরিকয়েংবম চন্দ্র পাম্নহুনা | ১০৪ | ১ | ২ |
| লুপা | লুপ | ১০৬ | ১৯ | ৪ |
| ৫৫ | ৫৪ | ১০৯ | ৮ | ৫ |
| চন্দ্রলানবু | নন্দলানবু | ১০৯ | ১৮ | ৮ |
| থোনাং | থোংনাং | ১১৬ | ২১ | ৯ |
| খাইরাকপা | খাংথৈরাকপা | ১১০ | ২১ | ৩ |
| মউ | মিউ | ১২১ | ২ | ৫ |
| ঙকচেনহুনা | ঙকচানহুনা | ১২১ | ১১ | ১৭ |
| অকল | অকল অথো | ১২৫ | ৪ | ৭ |

| অরানবা ৱাহৈ | চুমথোকপা | লমাই | পরেং | ৱাহৈ |
|---|---|---|---|---|
| সেনাপতি | সেনাপতিনা | ১২৯ | ২ | [illegible] |
| ভৌনশ | ভৌনশি | ১৩২ | ৭ | ১৩ |
| ভনিগী | অনিগী | ১৩২ | ২৪ | ১২ |
| বোবাহার | বেথোহার | ১৩৫ | ১৮ | ১০ |
| ৪৯৩৩ | ৪৯৩০ | ১৩৫ | ২২ | ৫ |
| থুংলজে | থুংলরে | ১৩৬ | ১৬ | ১০ |
| দুথ | দু : খ | ১৮১ | ৯ | ৬ |
| মগোক্কি | মংপোক্কি | ১৪০ | ১৫ | ৭ |
| মুক্কা | মুক্ক | ১৪৩ | ১৫ | ৭ |
| লৈমা | লৈবা | ১৫৪ | ১৩ | ৪ |
| ভান্দরক্রে | লান্দারক্রে | ১৬০ | ১৮ | [illegible] |
| চাদবা | চাবা | ১৬১ | ১৬ | ৬ |
| মথেদনী | মুথেদনী | ১৭১ | ৭ | ৮ |
| লমদ ১১ | লমদ ১৫ | ১৭১ | ১৫ | ২ |
| খুরিথুন চাওবা | নোংমাইথেম্বা থোরি থুম্ভাওবা | ১৭২ | ১৫ | ১২ |
| থাবা | থানা | ১৮০ | ২৮ | ২ |
| য়ন্দুনা | য়ান্দুনা | ১৮১ | [illegible] | ৩ |
| হে সনা মথং | হৈস্না মথং | ১৯২ | ১৯ | ৬ |
| শাইগকপা | শাইককপা | ১৯৩ | [illegible] | [illegible] |
| তোজোল | তেজোল | ১৯৩ | ৩ | ১২ |
| নিশা | নিপা | ১৯২ | ৭ | ৯ |
| ৱাজ খুনি | ৱাজধ্বনি | ১৯৭ | ১[illegible] | ১ |
| পরিকমা | পরিক্রমা | ২০০ | ১৮ | ৯ |
| খুমুমৈ | খুমৈ | ২০১ | ২ | ৯ |
| কোন্দুন | কোইতুনা | ২০১ | ২ | ১১ |
| মক্কা | মরক্কা | ২০৪ | ১০ | ১[illegible] |
| মপা | মপান | ২০৫ | ২৬ | ১১ |
| ভাইবী | হাইবী | ২০৮ | ২১ | ৪ |
| লায়ুননা | লোয়নবা | ২১০ | ৯ | ৮ |
| লেংথেক্কুনা | লেংথোক্কুনা | ২২০ | ১৭ | ১০ |
| ৱাওদগা | ৱাওদবা | ২[illegible]১ | ৫ | ১০ |
| লৈরিৈ দা | লৈরিৈদা | ২[illegible]২ | ২৯ | ৭ |

## ৬৫ নং চীংশাংঙম্বা—চীংথংখোম্বগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮৬৩ নোংদালাই কুমশিং ১৭৫৫ শা: ১৬৮৪ চৈথাবা ঙারিয়ানবম পালশিঙ্গা কুম লমদাগী ২১ নি পানবা ইয়াইগী কোলুপ ৯ ঙাবদা চীংশাংঙম্বা—চীংথংখোম্ব নিংথৌ ওইরে। মতম অসিদা চহী ১৪ চংলে লাংথবান্দগী হোঙ্গত্তুনা সনা কংলাদা লৈরে, লাংথবান কেন্নুংবু করিগুম্বা য়েংঙ্ঙবা নত্তনা মনাইশিংনা শংহুনা লৈবে। লৈঙাকপা মতোন নিংথৌ ফম্বাল রাযেন শাফোংবা—নোংপোক লিরিখোম্বা, ইপু মন্ত্রি পুক্কংব, ছইযেন লাঞ্জেং শাফবা, রায়েন কয়া রাফাওবা অনন্দশাইগা লোইননা হোঙ্গত্তুনা ফম্বাল উযুং মথোংদা অমুক লৈরে। কুম অসিদা খুম্বা খুমস্তেম চন্নু বিশমত্রীবু লুহোংহুনা লৌরে। ইবেম্ম অসি নৌনা মাংখি। মতুংদা ইবেম্মা খৈয়োইরোন অথাম চন্নু লিক্লা লোইখোম্বী শেঙ্গী পাও খুম্নাম্ববী হুযেন নিঙ্গী ফবী খোংজাই ঙম্বীবু লৌবে। ইবেম্মা চিংঙাথম চনু চিনকুয়েন শকা পাওঙম্বী হুয়েন কয়া রাযাওবী দেবহুত্তী.ন, ইবেম্মা অথাম চন্নু শাকা পাওঙম্বী চন্দ্রমুখীনে, ইবেম্মা লিক্লাং লোইখোমবী খৈরোইরোন শাপম চন্নু শেমবী তেথাও লাম্ববী চুংখলচাইবী দেবগমিনী, ইবেন্দ ঙংবম চন্নু মেতু লোইখেমবী রায়েন শেমবী হরীমতী ইবেম্ম ৫ সি লৌরে তুংদ খেযাংবোন খুমবোং চন্নু নোংঙ্গুরোন অবুং লাম্ববী থাত্রণ লংইনফবী ভগাবত্তীশু লৌরে। কুম অসিদ মতান অনন্দশাইন শিল্লাংহুনা পান ৪ গী অঙমবনা ইফ মাইতাহুনা হৌখিবা মবুথৌশঙ্গী চংশন্নু কাযদনা পুযাদা শিঙ্গুন তানবগী দমক পুন্সি নুংশাংনা পাম্নবগীদমক মতোনগী ফেরা থক্কা পমহুনা মপুথৌ তুবি লেরে। শাববু থাগোয়হুনা অশাই অশম্না থৌগন্না ক্রোং চীঙ্গী মথক লৈবাক নোংথৌতুবগী মথক্কা ফম্বান্দুনা নোংদম শংলেন মপু লুখোইনা নিংথৌগী মমিংবু চীংলেন নোংত্রেন খোম্বা মিংহুন্না থরানগী ২১ নি পানবা য়ুমশকৈশগী অয়ুক য়ুংথক থানবদা ফমবান্দগী থেমখোকুমা শঙ্গাইদগী চংলে। নিংথৌবু মতেংন্না থৌপুহুনা ফমবাল মেনবু (৩) লক ফমখি, মত্তোন নম্রিনা ৪ রক ফম্মি কুম অসিগা থাজনা।

লাংবচক্কী ৪৮৬৪ নোংদালাই ১৭৫৬ শা: ১৬৮৫ চৈথাবা ১৮০ শুব শম্বাম পশিগী কুম অসিদা চীংথংখোমবা হী তোংহুনা থিক্কগা হীঙাম্নে। গোরশ্যাম শম্মনা বিষ্ণুবু পুহুনা হী ঙাম্নবদা অহানবদা নিংথৌনা থোই অকোনবদা বিষ্ণুনা থোইহুনা মপান কাংজৈবুংদা লমথোক্কুনা লগোল কাংজৈ শাম্নে। অবামবাইগী কুম্মে, ঢাকন্দুনা ওকপা, থাঙ্গী কুম্মে, মুক্তানচিংবা শাম্নহুনা লৈবাক নুংঙাইহন্নি। কাংজৈ কুম্মে লোইহুনা অঙমবা ময়াম পোংথানহুনা ফমবাল লাংনবদ

মোইরাং নিংথৌ খেলেমবনা হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনবা লম অসি মোইরাঙ্গী লমথৈ থরা পিকই, হৌ ঙাংঙোই লম্মহনবা, হৌ খুরোই লম্মহনবা অশিঙগা কেগেগী লম ওইজগে হঙ্গংলি। র। তাবদা চৌংথংখোঙ্গবনা রা ঙাংঙমদনা অঙমবশিংনা থৌগল্লুনা ঙ্গা কৌস্নুংদা লেংশিনখি। মোইরাং নিংথৌ খেলেমবগী মীমাংদা ইকাইদুনা মাগী মরুপ হেনাইবা শেলুংবগা লোইননা মোইরাং কুমজ্জনা রা ভায়ব। হৌখি

লৈবাক ময়ুম ৭ পাওজেন্দ্রনা চৌংবুরোই তম্বুরোই পুম্নমক্তা চংনপদবা চংলম নিংশিংনব ওইনা নৌনা ঙ্গা হাক্তক অসিদা কৌখত্তুনা নোংচুপ হারম খাগী থোঙ্গী মথা থংবা লানমীশিংগী লমপাক মথং কাংজৈবুদা লৈবাক পুম্নবা তিল্লি, চৌংপংখোমবগী লেংথোরক্তুনা তাংবদা ফম্লে। খুদক অছুদা খেলেমবনা চংলকতুনা হঙ্গংলৈ। নিংথৌবু খুকমজরি মরমদি কেগে মোইরাঙ্গী লম অসিবু কদাই ফাওবনা মোইরাং থাংজিঙ্গী থৌপুনরমবা মরম অসিতদি ইমান ইবুংঙোনা অমুক্তা তাকপীবা নিজরি। র। অসি তাবদা অনন্দশাই নোংপোক লিরিখোমবনা ফমবাল লাংদগী হৌগত্তুনা নিংথৌ অঙমনা লৈবাক ময়ুম ৭ পু পুকম লৈপায়নরগা হায়। ময়ুম কেগে মোইরাং নিংথৌ উবাইবু তাবিশি তংনিরিব রাফম অছুদি নিংথৌনদি অঙাং ওইবনা থংলরোই অছুগা ঙসিগী মীতিন অসিগী ঙ্গা লৈবাক অসিদা মমাংঙৈদগী উবুথোশিনা চংথনরক্লিবা চংলম নামুংবা, পেলোল শান্তিনচিংবা যাম্বা থৌগন চংলম থকশি থাশি শৈবু শৈওং শৈরেং কাইদনা অরুবা কজবা চংলমগী লৌশিল্লি অমোংপা ন মুংবা চংলমগী ওমবথৈ থাদোক্লবা থগ্নশি হায়বগী মীতিল্লি ময়ুম মোইরাংদগীদ থগ্নগদবদি নত্তে অত্তবু ময়ুম মোইরাং নিংথৌ ইবাইন হংবিরিবা রাকম অসিগী লৈবাক অসিগী চংনগদবা চংলম্লি। ময়ুম পিব ৪ না লুতিন কাইনা চংলকপদগী ময়ুম ৭ কী লুচিংবা কংলৈ ফমবাল মেন্দোংবা কংলা শংবদা লৈকংখিদুন ময়ুম পোকপা খুবম পুমবগী থৌশিন থৌপুনখিবনি অত্তবু মতম চানা হংখিদুনা মরম অসিবু কাওনখিদনব রাহৌদোক্তুনা হংবিব মরম অসি অঙম্বা পুম্বা পুক্লিং চংনা তাখিবা ওইখিনি, হৌখিবা পিব ৮ গী চংলম কংলৈ পিবাগী চংলম্বু নিংশিংবা ওইনা হায়জগে। কংলৈ পিবা নোংদালাই পাথংবগী ফম্বাল তোংবা মতমদা ময়ুম পিব ৬ কী পিবা ৫ না ইরু মাইতাবগী ঈশিং হৈ। হায়রিবা পিবা ৪ অসি মশক শেংদবা লাইরকচন মামুংবা মীনা ময়ুম অছুগী পিবা ওইবা থাদে অছুগা ময়ুম ৭ পু লুচিংবা কংলৈ ফম্বাল শংবনগী হাপ্পদে। ময়ুম পিবাশিংগী প্যাক্লেন পোকপা শেংপবা খুবমগী থৌপুনমগীদমক্ত কংলৈ পিবানা নুরাং পিবাম্বা হৌ থাংঙাই লম্মহনবা কোনবা লম্বু থাইদুনা পী, কংলৈদা থোকানবমা হৌ জোল্লোইনা কোনবা লম্বু নুরাং পিবাদা শিন্নতুনা পম্মী। খুমন পিবাদা খুমন পোকপগী থৌপুম্বা হৌ লাংলোই লম্মহনবনা কোনবা লম্বু পী। পিবা মামা শিন্দুনা কংলৈ থোকানবা হৌ লাংলোই লম্মহনবা, হৌ খুরোই

লম্মহনবনা কোনবা লম অনিসিগা শিন্নদুনা থম্মি। ময়ুম অঙোমদা থোপুনব। ৩ৌ রাই নং লম্মহানগনা কোনবা লম, থোকানবনা হৌ শেলোই লম্মহনবনা কোনবা লম্ন শিন্নে। ময়ুম মোইরাং পিবাদা থাংজিং লাইগী থোপুন্বা হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনবা লম্ন পি, কংলৈ থোপুনবগী হৌ ঙাংঙোই লম্মহনবনা কোনবা লম্ন শিন্নদুনা থম্মি। কংলৈ পিবানা ময়ুম ৭ কী পোক্লেন শাংপগী থোপুনবা হৌ কংলৈন কোনবা লম. হাওকপ চীংশাংনা কোনবা হৌ থরৈ লম্মহনবনু থোদা-থোপুরৈ। কংলৈদা থোকানগদবা লুরাংদগী লোল্লোই, খুমন্দগী লাল্লোইগা হৌ থুরোইগা অঙোমদগী হৌ শেলোই লংমাই. মোইরাংদগী হৌ ঙাংঙোই হায়রিবা লম অসি পিবাশিংনা মা-মাদা শিন্নবা লম্নু থোকা শোইদনব। থোপুনদুনা চংনরম্বদগী পিবা ৪ না চম্মু মোথিনবদ থামুংবা মো লোনবদগী ময়ুম লমপুবা তাকখিদুনা ময়ুম ৭ কী পৌঙম্মু কংলৈ পিবান থোপুখ্রে। হৌ ঙাংঙোই, হৌ কেগে ২ গী লাকয়েন মোইরাং লমথাইদগী থা থংবা হৌ কেগে মোইরাংগী লম্মি হায়রগা অনংশাই ফম-ফমদা চংদুনা ফমথি। নিংথৌ চীংথংখোম্বনা হায়, "হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনবা লমশিং অসিদি ময়ুম মোইরাং নিংথৌনা মনিং তম্মা পানবিগ্নবনি কংলৈ থোকা থোপু য়াওরোই মাম্মা মোইরাং নিংথৌগী লম্মি"। খেলেম্বনা হায়, "ইমান নিংথৌগী নোংদমদগী ইনিং তম্নদি পাঙরি অদুবু লম অসি থরা পিকমনখ্রে হৌ ঙাংঙোইদগীনা ৩ৌ থুরোই হৌ লাংলোই, হৌ থরৈ লম্মহনবনা কোনবা লম ৪ অসি মথৈদি ইমান নিংথৌগী নোংদমদগী হৌ কেগে লম্মহনবদা তিনব ওইজগে" চুম্মি মাম্মন হায়রিব. লম অসি অয় থ লমশু নত্তবনি মাম্মানা তৌথিরক-পগী থল্লুরবদি লৈবাক অসিমক লোইনা পিবদা মাম্মনা তৌথিখিবনা মহৈদ্রবনি অদুবু নমাক্কি ময়ুম ৭ কী মনাইনিদো হায়রিবা লম অসিনসু ময়ুম ৭ কী লম্মিদো ময়ুম ৭ কী পিবা ওইদুনা কংলৈ শংবা অসি ময়ুম ৭ না য়াদবা গুমিত্তা কংলৈ থাদোকুনা চংখিগদবা নমাক্কি ময়ুম ৭ না য়ারিবমথৈ ইনিং তম্না লৈজবতনি মাম্মনা তাকপীরিবা লম অসিনদি ময়ুম ৭ কী লম্মিনা মাম্মগী মকমদা নমাক্কা ইনিংতম্না পিথোকচবা ওমজদে। নিংথৌনি হায়দুনা লৈবাক্কা য়াদবা থবক্তা নমথেক নমজানদুনা নত্তবা রায়েল্লুরবদি চীংথংখোম্বা নমাকপু মিকুপ ১ গী মতুংদা ফমজরিবা তাংখন অসি মুনখিগদব ন তাকশীবা নয়াথংবু থোওইদবা মচ্চদে নিংবা থুংদে হায়দুনা পুক্কিংদা রারোখিগন্নু, অদুগা অঙম অথৌ লৈবাক পুম্নবু কৌদুনা তিনবদি ময়ম অসিগী ওইনা থোক্লে অঙম্বশিং রারোখিগন্নু চীংথংখোম্বদি চংজরম্মগে হায়রম্মগা তাংবন্দগী হৌগত্তুনা মাইথোং থরা লাংশিন্না লেংশিনখি। নিংথৌনা লেংশিনখ্রবদা অঙম্বশিংশু হম্নখ্রে পিব ফম্বাল পুককবা নোংপোক লিরি থোম্বা মন্ত্রি অনন্তশাইগু মচাগী শকঙং উবদা লুংঙাইতদুনা মচাগী ফুংইনদুনা মচাগী অরাবা কোক্কবা রাথনবু ফাদুনা থমখি।

থৈলৈ সুংনাং তেলহৈবা ইকাইবা ফংদুনা ময়ুম মোইরাং য়োরক্লগা মাগী শেলুংখা হেনাইবগা তাম্মদুনা হেনাইববু কবো ঔরা নিংথৌগী মকমদা থাদুনা "মোইরাংগা কংলৈ নিংথৌগা লান

লানমী ৩০০ প। লোয়রনা লানঙাক্কবা থাই, মাগী খোয়রাংদগী লাল্লারকপনিনা মাবু কাদোক মাকক মৌশাদনা লৈরনা থাংবা য়াদহুনা মৈতৈ কাইহুনা চেল্লে । পাঙৌ অসি নিংথৌনা তারহুনা খেলেম্ববু তাম্বোকখ্রগা মতোন সনাপতী হরিচেয়োল্লা লানমী ৫০০ শিহুনা অমুক থারে চাম্নগী ৩০০ গা লানমী ৬০০ কা ঐরাগা শোক্কবদা মৈতৈনা তকশিন্দুনা তুম্ন কৈথেল য়োনা তকশিন্দুনা তুম্নদা মৈতৈগী লানবন শাহুনা ঔরা ঙাক্কুনা লৈখি । মৈতৈ লানমীনা তেঙ্গোন থুগাইরে হায়বা পাঙৌ তাবদা অমুক লানমী মশিং নাইদনা থারকুনা কম্না ঐরাগা লান শোক্করে । ঐরানা মীশিং হেনখিবনা শিনখিবনা মৈতৈ লানমী ২০০ দমক ঙাইরে ঙাকপা ঙমদহুনা ঐরানা পলেন ফাওবা অমুক লৌশিনখ্রে । খুদক অসিদা খেলেম্বা মনাই হেনাইবা ২ না লুচিংহুনা মোইরাংদগী লানলম ১ শু কাখৎলক্লে । খুদক অদুদা লানগী পুং ললানবুং পুংজাও, নোংমৈবুং পুংজাও লানবুং ২ বু য়ৈহুনা মৈতৈ লানমী কাখৎনরকুনা মতোন ইবুংঙো সনাপতী ধরশাই, খুরাইলাকপা কৃষ্ণশাই, কৈথেল লাকপ। মোদোম শাই মচা ইবুংঙো গঙ্গা কৃষ্ণ, মতোন উরুং পুরেন গদধরশাই, মতোন লোরুং পুরেন হরিশাই অসিনচিংবা লানমী ৮০০ গ। লোইনহুনা পলেন তম্না কুমথরকুন। ১ না ১ বু হেক্তিন্নবা ঙম্নদন কম্না শোক্কহুনা লৈনখি । নিংথৌ চীংথংখোম্বনা স্না খোগন খুম্বোং চন্দ্রা, অথাম মেজর গৌররাই, চীংঙাখম্বা মেজর, হরিদাস নাবজি, নাকনবা হাজরি, শনশেনবা মুকুন্দো, পলাকচাম, তদে থাংফানবা, থাংজবা মাইথুলি, চন্দ্রমনি, তারাবা, শৌরাইবা শিদাম, নবরামচোংরোন, রাংথৈলাকপা লৈথোন অসিনচিংবগা লোইমনা লানমী ৩০০০ গা লোইননা মোইরাং লোমদা কুমথরকুনা মোইরাঙ্গী লানমীগা লাম্থেংনবে । মোইরাং মশিং নাইদনা শিনরে খেলেম্বগা হেনাইবগা অনিদি শগোল হোংহুনা পোক্লাক খোংবান শনহুন ঔবা তেঙ্গোন য়োনবা চেম্বল্লে । শ্রীযুক্তো অশাঙবগা পোইনহুনা য়াঙ্গোই খোংনেংশা ভদ্রশিংহো কৌবা শগোলবু হোংহুনা তুংথ-মাংথ কম্না। তাম্নরক্লে । অনিমক্না খোংরাই হানমনখিবগা লম্বী থংবগা হেনখিবনা ফাবদি ঙমহৌদ্রে খেলেম্বা হেনাইবা অনিমক ঐরাগী তেঙ্গোন অচোবা মরক্তা চেনশিন্দুনা লোৎখ্রে ।

শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর মৈতৈ তেঙ্গোল মরক্তা থুংহুনা অকল অথৌ পুম্বগা উনহুন লানগী লাম্থোং শিন্দুনা লৈরিবদা শ্রীযুক্তেশ্বরগী সনা খোগন লানমী পুম্বশু থুংলহুনা লানবন অমতা ওইনা শোমহুন, অকি তুজুং লৈতনা ঐরাগা মৈতৈগা লান কম্না শোক্করক্লে । মতম অদুদা ঐরানা খুংলাই ফবা হেনবনে লানমীনগা অরাংপা লৈতবনে মোঙ্গাংহনা নুমিৎ ৭ নি শোক্কবদা ঐরাশু মৈতৈশু মরুম থংদনা পাংখি শিনহুনা লানমী তাকতক তৌনরক্লে মতম অদুদা ঐরা লানমী লিশিং অহুম অম্না খুংলাইগা লোয়ননা থুংলরে । নুমিৎ ১৫ নি শুনা শোক্করক্লবদা শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বরনা খোংনেংশা ভদ্রসিংহোগী নাক অনিদা অরাম্বাই মপুক থম্না হান্দুনা ঐরা লানমী পম্নীং পনমাং ফাওনা

অরাম্বাইগী লান চংবদা ঐরা মশিং নাইদনা শি । শ্রীযুক্তোনা লেংখিনখ্রবদা মৈতৈ লানমী শগোল তোংবা ৩০০ ম্না থৌগনইন্দুনা শগোল থৌজিন্দুনা ম্না থৌগন ইন্নকই মখোয় পুম্নশি অমতা লেমহৌবা নৈতনা লোইনা ঐরানা লুমহুনা নারোন্দা নোংমৈ কাপশিল্লকুন. শিল্লে । মুংদাংরাই মতম ওইরক্লবদা "শ্রীনা সনা বুদ্ধি থৌই, হন্দক্কি লান অসি ঐগী লাইবক লৈতেদনা মসিদা ঐনা অশুম থাংহুনা লৈরবদি অকল অথৌ লানমীশিং অসি লেমহৌবা নৈতনা লোইনা শিথিব তাই । ঐনা ঐরা তেঙ্গোল পম্লিং পনমাং কাওনা ঐরা লাম্থোংমবদা য়েক্লবা থেলেম্বু খিবা ফংদে, মশি করিননো মাগী মাইক্লাও মাইথৌবা মতম্না ওইবা তাই অহুনদি ঐগী মশুম লাকপা কান্দা য়েক্লবগী লমন শিংথগে হৌজিক্কি লৈরিবা অকল অথৌ অশুম্বশিঙ্গী থবাই কন্নবা তৌরম্মগে" রাথন্দুনা শগোল কোয়না থৌহুনা লাওনা লাওনা অরাম্বাই হুন্দুনা ঐগাশিংগা লাম্ব। পানা হায়রক্লে । "মৈতৈ অশুম অথৌ লৈবাক অকন অথৌ পুম্বা নঙ্গী নঙ্গী থবাই হিংনবা লম্বী য়েংহনা চেল্লো লাম অসি য়াররোই" হায়না হন্না হন্না লাংবদা মৈতৈ লানমী অমতা মনাই ওন্দুনা চেম্নদে । শ্রীযুক্তোনা লাওরম লাওরবা মাইগৈদা চেনশিন্দুনা ঐরা লানমীগা থেংনহুনা পংখি শিনরে । মতৌ অহু উবদা শ্রীযুক্তো চৌংথংখোম্বনা খল্লি ঐনা ঐরাশিংবু খিংলিজৈ চেনখিনবা খোয়াংহুনা লাওবা অসিদি থবাই মাংবা কিমদনা চংশিম্নশি হায়বগুম তাবেদনা অহুদি ঐনা লান চেন্দ্রিবা মখৈদি অকল অথৌ লানমীশিং তসি মাইওল্লোইদোয়ে অহুনদি ঐনা চান্না লাক্লেনব তারে হায়হুনা ঐর লানমীগী মমাংদা শগোল কম থৌহুনা খুৎ লেপ্পুনা অরাম্বাই হুন্দুনা হায়, "লৈবাকমচা পুম্বা চৌংথংখোম্বা ঐদি লাক্লেন মাংঙই-ম্নরবনি নঙ্গী নঙ্গী হিংনবা চেল্লে." হায়হুনা কোয়না লাওবম্মগা শগোল মমায় লৈহুনা মফম অহুদগী চেনখংখি । শ্রীনা চেনখ্রবদা মৈতৈ অকল অথৌ পুম্বসু কায়হুনা চেম্নরে মুমিং তারবা অহুদদি ঐরাশিংশু তুংতম্বনা হানশিনবা কিহুনা অহুম পন্দুনা লৈখি ।

শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজ সনা কোমুংদা থুংহুনা মদাইরেনশিংবু কৌহুনা হায়, 'তদাইরেন ইবেম্মা ৫ মক ওবা য়োম্লকপনা হাল্লনি সমা কংলা অসি থাদোক্তনা চেম্নবা তৌরসি অহুগা ইদাইরেন নখোয় অনিমি ইকু য়ুমদা লৈওমহুনা ঐরা মোইরাংগী মরক্তা অবাবা থাংহুনা মতম থর। লৈরম্মু মতম অমদা য়েক্লবু থুহুম চনবা ওম্নবা ঐদি থুম্লকম থিহুনা লৈরুখিগে" হায়না পাউদাকপদা ইবেম্মা অনিন য়াল্লে । মতুদা শ্রীপঞ্চযুক্তো মতোন ইবুংঙো মন্ত্রি অনম্নশাইনা হায়, মদাইরেন ইবেম্ম অনিমি নপারি মাওরাবু কোন্দুনা ইবাই য়ুমদ মতম থরা লৈওমশি, মদাইরেম অনিমা ইবাই য়ুমদা লৈরবদি শ্রীযুক্তোবু তমদা লৈ হায়না রাথন্দুনা তমদা কোয়না খিরিতৈদা চৌংলোন ৯ বু লাম্না শ্রীযুক্তো লেংখিনবা তৌওমশি । ইবেম্মা ২ শু ম্না থৌগন ইন্নবদি নীংব পুম্না

থুংখা ভমদনা লমাথাংদা থুদোংথিবা ওইদুনা নপারি অনিবু মাংহল্লবা থৌশিনবা থোকওমগনি হায়না পাউদাকনা শ্রীমতি খৈরোইরোন অথাম চনু মহারানি ভাংথী, মচা ইবুংঙো লাইবেম্যচন্দ্রগা, শ্রীমতি ভাংবম চনু হরিমতী মচাইবুংঙো মধুচন্দ্রগ, মরিমকপু মকুথুমদা থিন্দুনা থনম্লগা শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর সমা কোম্নুংদা হল্লকুনা থুগকম লম্বী হাথন্দুনা কংলাদগী মদাইরেন ৩ না থৌথান্দুনা লাক্লক্রে ।

মৈতৈ লৈমা চিনফুনোন চিংভাথম চনু শকা পাওম্বী হুইয়েন করা রাফাওবী দেবছত্তীনে, শ্রীমতি খৈয়োলরোল শাপম চনু সুংথিলচাইবী হুইযেন করা রাফাওবী দেব জামিনিনে, শ্রীমতি নোংশুবোল থুম্বোং ময়ুম চনু তপুংলাম্বী থাত্রন লাংভৈফবী ভগ্যবত্তীনে মদাইরেন অহুম্না মনা থৌগন্দুনা নোংচুপ থোং হোগাইবিলোমদা লেংথোবক্রে । মতম অদুদা শ্রীগৌরশ্যাম শর্ম্মা, শ্রীঅথা মেঙ্গর, হুইক্রুবা শুবিদাব, মথোয় অহুম্ন মনা কোম্নুং তম্না শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বরগী মঙং য়েঙ্গে হায়দুনা অহিং অদুদা মফম অদুদগী লোইনদুনা নোংচুপ হায়ম পাংনা খোংশাল্লক্রে । শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বরগী থোঙ্গুল লিদুনা অনঙ্গশাইনা অহিং অদুদা ভ স্বরকপদা শঙাইথেন্না উনদুনা অশঙ্বা লম্বী য়েংদুনা চীং হায়গত্তুনা পোংথাবা লৈতনা চৎলকপদা ভাপ্রম চীংচেন পাংনা হায়গৎলকুনা চীংচেন অসি য়োদুনা ভাইহাক পোংথাদুনা লম য়েংবা ওইনা লৈঙম্মি । পঙ্কযুক্তোনা হায়, "ইতোন্দী লৈবিহৌবনা ফগদরা লৈবাক্কী ইরাং য়েংদুনা মনুঙ্গী মী অসিবু চেকশিনবা হৈশিংবা লৈহৌদেদকো" । থংঙে ইতোন লৈহৌগে অদুগা থরদি চেকশিনবিনি মরক্তা থুদোংথিদনবা লম থরা তাম্নবা তৌবিগ্রো শোমগী ইতোম্না পোরম পুম্বা শোইদনবা য়েংশিঙ্গনি হায়নদুনা ভাপ্রম চীংচেন্দগী মতোন অনঙ্গশাই হনথি । নোংভাল্লবদা ঐরা লানমী অয়াম্বা মোইরাং খেলৈনুংনাং তেলহৈবা হেনাইবা ২ গা লোইনদুনা কংলা তম্না হায়গৎলকুনা হুমিদাংবাইরমদা সনা কংলাবু ঐরানা লৌদুনা মোইরাং খেলেম্বনা কংলা চংদুনা লৈরে । নিংথৌ চীংথংখোম্বা হুমিং নিনি শুবগী অয়ুক্তা মরিং থুগাও ফংদুনা মরিংশিংনগু লুনা তৌদুনা মফম অদুদা পন্দুনা লৈখি ।

## ৫৬ নং নিংথৌ খেলৈম্নুংনাং তেলহৈবা

তেলহৈবনা মমাইশিং অপোল তোঙদুনা পাউ চেলহল্লি, "মৈতৈ নিংথৌ চীংথংখোম্ববু মফম অসিদা লৈ হায়রবা মীদুদা, কাদুনা পুরকপা তম্বদা মতিক চাবা মনা পিদুনা খেলেম্বা ঐনা পানবগুম মৈতৈ লৈবাক অসিদা পানমিন্নবি" হায়না খুম্বক থুনবা পাউচেল্লি । ঐরা লানমী ৫০ গা লোয়নদুনা হেনাইবনা চীংথংখোম্ববু কোয়না থিরকই ফংদুনা চীংলোমদা হাইগৎলুনা হাওথুন থুদিং চংদুনা চাইথায়দুনা থিরক্লে ।

লাংবচক্কী ৪৮৬৬ নোংমালাই ১৭৫৮ শা: ১৬৮৭ চৈথাবা ২৮২ শুবা বামোন পিতম্বরগী কুমদা চীংথংখোম্বনা পাউ তাগ্নরুনা মপ্লিং থুঙ্গাওদগী থেবুচীং পাংনা শজিভু ৩ নি পানবদা কবুই খুন ১ থেংনহুনা খুন অদুদা চংদুনা চাবা থকুবা মিরকই। কবুইশিং অদুনা চীংথংখোম্ববু থরা খীনা হায়দুনা তাজি। থুল অসিবু নিংথৌনা তাখিবা ওইখি। মকম অদুদগী অমুক খোংলেংলকপদা ( নোঙ্গাংহৈ ) কৌববু য়াম্না ফজনা পাল্লমদুনা ইবেম্মশিংগা চামিন্নদুনা ঙাইহাক অমা পোংথারম্মি। চীংথংখোম্বা উ ১ দা ঙাদুনা লৈহৌবা মচা ২ গী রাথন্দুনা উইরুবদগী মং অমা হেক মংই নাওরা ওইব ২ বু ইবেম্মা ২ গী তমপাক্তগী মশম পায়দুনা ঐরাশিংনা চিংথোক্লগা থাং হাইগন্ত্রনা মঙক কংক্ক হেক তৌনা হাইফেৎ উইবদুদা উরম্মী। মদুদা তাইবং ওইনা থন্দুনা নম্লোন টাবু শন্ত্রনা শলাও লাল্লাওদুনা খোং দ্রং দ্রং থিল্লম্লগা মকম ইখং খংহৌদমা চীংমাইগী অঙম্বা তম্না চোংথম্লে। খুদক অদুদা নোংদম্বা মপুনা মাংলে মাংলে কম্লম্লো ঐনা লৈবাক অসিদা দকক মুত্তি ওইনা থোকুনা চহী ১০০ চুপ্না লৈগে নিংবসি মশক অসিনা মাংখ্রবদি ঐগী লাংওন কনয়বা তারে থন্দুনা মনাইনা তারকপা ঙাইদুনা ঙমখ্রবা চীংমাই অদুদা মুংশো ১ ইম্বোক্তনা মনাইবু ওক্কদবগী ঙাইদুনা লৈখি। খুদক অদুদা হায়থরকপা চীংথংখোম্বা ইখং খংহৌদনা মুংপাক অমগী মথক্তা খোং ২ বু চপ চানা লেপ্পুনা লেংবা হায়বা য়াদনা লৈখি। তৌখিবা মতৌবু উবদা ইবেম্মশিং (৩) মক মবুংঙোবু কৌদুনা কপ্পম্লে। মদুদা অঙম্বা (৩) না থাম্লকই। "কম্নিনো ইবেম্মশিংনা তৌরিবা অসিবু মবুংঙোবু মুংশিবা নত্রে মাংনবা খোশিনবনি চীংদোন অসিদগী কৌদুনা কপ্পা অসি চীংথাদদি ইলাও লাওনা তাররিনি য়েক্লবনা কোয়শিন্না লৈরবা মতমসিদা অদুম্না কপ লাওনা তৌখিরবদি য়েক্লবনা তাগ্রগা মবুংঙোগী নিংবা কায়বা লাক্লনি ঙাইখিবো মরম্বু অদুক খংনবা ননাই ঐখোয় তৌজখিগে" হায়না কপ্পা খাম্নমগা গৌরশ্যাম, ছুইক্রবা ২ না ইবেম্মশিংবু শংদুনা লৈহোরে। অথা মেঞ্জরনা চোংথখিবা মায়গৈ য়েংদুনা থোঙ্গুন লিরকই। খুদক অদুদা নোংলৈ মুংশিৎ ১ লাক্তনা অথাগী মকোক্তা য়েংলিবা কোকয়েৎ অদু ছুমখিদুনা চীংথংখোম্বনা লৈরিবা তম্না তারক্লে। ইকৌ ঙৌনা মথক্তগী তারকপা উবদা ঙক্লদুনা "কম্নি ওইরিগবা তারক-লিবা মতুম অসিবু ঐবু মপা চুম্না তারকইদা মসি মশক খংদবদি য়াদে" থন্দুনা রাশক্কা লোইননা হায়, "ইবুধৌ নগুগী ঙসি অরোইবা নুমিৎ ওইরগদবনি মরম অসিবু তাকপীদ্রবদি মৈতৈ লৈবাক্কী শিবা ফংখিগদবা লৈরবদি মতুম অসিবু ওকপা ঙমজগে ওইরোইদবা লৈরবদি নেংলিবা পুং অসিদগী ওস্লদুনা নগুগী থরাই মাংবা অতুম ওইথ্রসম্নু" হায়রম্মগা মুংশো অদুদা খোং ২ থিল্লম্মগা চোংখত্ত্রনা তারকইবা মতুম অদ ওক্লে।

ওক্লবা মতমদা য়েংবদা কোক্তা য়েংপা কোকয়েৎ ওইরমদুনা কনাগী কোক্তগী নাম্বরকপা ওইরিগবা থল্লিন্ধৈদা কোকয়েৎনা পাইথখিবা য়েংদুনা মনাই অথাগু কুমথরক্তনা ম্না নাক য়ৌরদুনা

"পঞ্চয়ৎ্কেশ্বরবু পুরুমজারি তৌরিবা অসিবু স্না পুক্লিং করম্বা অমা তৌভম্বীবা মরম থ'দবনা ইবেম্মাশিংদি অরাবা থোৌংং অমা থোকহমতৌদোরে স্না থোংলেংববু য়াওমখিরোইজ্রা" । মনাইগী বা তাক্কদা "মেজর ঐবু লেপ্লিবা মফম অসিদগী করি অমত্তা লেংথোকপা য়াবা থোংকম অমত্তা শিন্দুনা থাংনবা মফম লৈখিদ্রে অত্তুনা ঐ লেপ্তুনা লৈরবনি অত্তুবু কোকয়েং অমা মোংথোদগী তারকই ইবুধৌদা রাশরুকুনা চোংথকুনা ওকউবদদি শোই ভাম্বত্ত করি তৌদে অত্তুগা থোংকম অশিদগী মফম অমদা থোংকম কোংতুনা চংনবা থৌরাংনবা মফমদি লৈথিদ্দবনা অশুম লৈঙ্ম্ববনি কোকয়েং অসিনা কনাগী মকোক্কগীনো থংদে" । কোকয়েং অত্তুদি ননাই ঐগীনি স্না থোংলম খিবদা ফংঙ্মক্রুতুনা লৈঙ্মবা মতমদা নোংলৈ মুংশিং অমা হুমকুনা ননাইগী কোক্কগী কোকয়েংপু হুমত্তনা পুবিখি অত্তুদা ননাইনা খুদম অসিদি ওইথোক্কবা খুদম্মি কোকয়েংনা তাখিসা মাইগৈমক্কদা শাগী থোঙ্গুম লিবা ওইরগে রাথল্পুনা মাইগৈ য়েংতুনা থিঙমক্কইবনি" হায়না য়ারি ভাইগাক শারুগা অথানা শ্রীযুক্তোশী থোংনেংকম চীং অত্তুদা হক্কুনা শেল্লগা মনাক্তা লাম্বা ফজদবা উরি অমা লামশিন্দুনা শ্রীপঞ্চয়ৎ্কত্তো উরি অত্তুদা পায়তুনা মুংশো অত্তুদগী কাত্তোল্লকুনা চংনবা থৌরাংলে । মুং অত্তুদা য়েংখিবদা শ্রীপঞ্চয়ৎ্কেশ্বরনা নেংলম্বগী থোং অমিগী থোঙ্গুমবু কুণ্ডক তৌনা লৈরম্মি, মতু উবদা স্না পুক্লিং অরাবা কোক্কুনা মপু মনাই লোইনক্কুমা ইবেম্মশিঙ্গী মনাকত্তা য়ৌথি ।

শ্রীপঞ্চয়ৎ্কতেশ্বর ইবেম্মা ৩, অঙম্বা ৩ গনা সনা থোগন তৌতুনা থেক্রুচীং চীংশাং লাক্কুনা চীংদোন লোম্না লেংথংলকপদা চীঙ্গী লোক অকোইবদা হৈ লৈ য়াম্না নিংথিনা পানবা শাংপা উবা, মুংশিবা হৈনম লৈনম্মু মালংবনা হুমকতুনা চীংম্বা তময়া শিম্না হুমতুনা তাইবং পুক্লিংবু শুমহৎনবা থৌরাংববু উরুরগা স্না পুক্লিংবু মুংঙাইবা পুক্লিং মুংশি তুজুং ওইনা স্না হুকচাংবু খিংনা হৈনম লৈনম্মা চুখিবনা পুক্লিং রাথল অশুম থল্লুবদগী হায়রকই । "মৈতৈ সনা লৈবাক্তা পিথা নাওদা ইবুধৌ নোংদালাইনা মথংলেংনা শমথরকপা চীংথংথোম্বা ঐবু শেংলবদি লোইবী থেক্রুচীং নংদি হৈ-লৈগী মরমদা অরাংপা লৈতনা তৌতুনা পানবা শাংপা ওইশনু নকুম নথা খুদিঙ্গী পাউজেল হৈবা মালংবনা চীংখোং চীংয়া তময়া শিম্না হুম্বদা হৈনম লৈনম শাম্বা মালংবনা শীম্না থুংনা হুমতুনা হৈরাং লৈরাং নশামক্কা শ্রীবিষ্ণুগী মথোংথাবু য়োঙমজবা ভমগ্রবশু ননমতুদি তৌতুনা থোগন ফংবা ওইযুকো, মৈতৈ লৈবাকত্তা চীংথংথোম্বনা হল্লকতুনা পাঙ্গরবা ফংলবদি চীংমাই অসিদা পাল্লিবা হৈরাং লৈরাং নথোয়বু কোলোম চার শেমতুনা ঐনা লৈবা মফমদা তাওজিং হৈকোল শেমতুনা, লৈরাং লৈকোল শেমতুনা থোগন ফংম্নিম্নশিকো । হৈরাং লৈরাং নথোয় থিবিক্কা হৌম্বিবা মফম্বু থংনবা চীংথংথোম্বগী নাকথংটা অশিগা চুং অশিগা থৌতু অশিদা ভাতুনা থনমগে, অমুক হল্লকপদা লৈরাং চার শেম্নবা নথোয় থিবিক্ক নোংদম্বীবা ওইবিয়ুকো" হায়তুনা মকম অত্তুবু থংনবা

টা অহুবু সুংপাক ১ গী ময়াদা থুংহুনা চুং অহুনা ওাদ্না খনম্বগা মপু মনাই ৭ পু অরাং পাংনা লাক্লে ।

খোইজুমান হাপথুল য়ৌরক্লে মফম অদ্দা সুংপাক য়াম্না চংখোনবা অমা থেংনৈ । সুংপাক অদ্গী মথকতা চৌংথংখোম্বনা কাথংলগা হায়, "ওসিদগী মীয়মলেম্দা য়াজোইনব খৌরাংগ্রুগে সুংঙাইদা ইমান থেলেম্বা নঙ্গী নকমদা চৌংথংখোম্বনা লাম্দবা খেংলবদি অমুকতদি লমন শিঙ্গেকো নমাম্না লানবা ওইরম্ববদি সুংঙাই য়াইফনা পানবিয়ু । নোংদালাই ও ইবুধৌ অচুম অরান পুম্বদি লোইনা থংলিবনি নত্তনা লাঞ্জদবা ওইদ্না মৈতৈ লৈবাকতা ইবুধৌবু খৌগল ফংখিগদবা লৈরবদি নত্তনা নেংলিবা সুং অসিদা খোঙ্গী খোঙ্গুমবু থমজগে. পান্নরোইদবা ওইরবদি লৈহনবিগম্ম মাঙনা লম্বী থিদ্না মাঙনবা তৌগ্রগে" হায়দ্না নমলোন টাবু থুংপায় চেংনা পায়দ্না মৈতৈ শ্রী লৈবাক চাংনা কোয়না পনশাবা লমদম্বু য়েংঙম্নমগে মত্তাগুম্না খোং ২ থিন্দুনা নোংখৌ পাংনা থুদ্প ৫ রাংনা চোংঙ্রগা সুংপাকতা নেংলম্নগা কুমথরগা য়েংবদা খোং ২ মক্কি থেংনবু মম্নি তাদ্না লৈরম্মী । মতম্না অদ্ক, মরাংলিবোইরে নিংবা থুংবা মতমদি লাকখিদৌরিবোইরে হায়না মপু মনাই পুম্বগা রাবি শানহুনা মফম অসিদগী খিমাপুর য়ৌনা লাক্লনা খিমাপুরগী নিংথৌ শ্রীরামচন্দ্রগা উনহুনা মতম থরা অরা থাংনা লৈখি ।

লাংবচক্কী ৪৮৬৭ নোংদালাই ১৭৫৯ শা: ১৬৮৮ চৈথাবা ২৮৩ শুবা বামোন জয় কৃষ্ণগী কুমদা খিমাপুরদা ঈশিং য়াম্না চাওহুনা চরা হেন্দুনা মফম খুদিং য়ুম হোংনৈ । চৌংথংখোম্বনা রামচন্দ্রগী অরাবা উবদা শ্রীগৌরশ্যাম শর্ম্মা. অথা মেজর, হুইদ্রুবা শুবিদার ৩ দা হায়, "চান্নবা ঐগী থুংপাই চেংপা অঙম্বা অহুম্না তুং ইন্দুনা লাকপীবসি লমশু মত্তাম্নে য়েক্নবনা খোঙ্ন লিবদা রারনি অহুগা রামচন্দ্র নিংথৌ অসিনা নখোয়গী চানবা হোংনবা অসিশু য়াম্না রানা উরে অঙম্বা খোক্লবা তৌরসি ঐশু তেথাও লৈবাক য়ৌনবা তৌগ্রগে ঐগী খোইনা রাবিক্লরম্নু ইত্তোন মন্ত্রিগী পুক্লিংশু রারমগনি ইদাইরেন ২ না য়েক্নবশিঙ্গী মরক্তা কমদোনা থাংভিবা মরম পুম্বসি অঙম্বা অহুম্না ইরৈবাকতা লৈবিয়বদি অরাবা রাথন অসি পোংথাবা ওইজনি" হায়না ভাংনহুনা অঙম্বা ৩ বু মণিপুরদা লাক্লে ।

চৌংথংখোম্বনা শ্রীরামচন্দ্রগী মফমদা "তেথাওগী মনাকতা মতম থরা থাংডগে নফম অসি মণিপুরগা থরশু নকই" হায়না থংহন্দুনা খিমাপুরগী তেথাও কোম্নুং য়ৌনবা মদাইরেন ৩ না খৌগম্না লেংখরে । থুদক অহুদা শ্রীরামচন্দ্রনা লাইরিক অমা ইদ্না মনাই থরা থাদ্না লৈক্লবদা সুংঙাইনবগীদমক তেথাও নিংথৌ সর্গদেবগী মফমদা পিহনখি ।

শ্ৰীসর্গদেব শ্ৰীরামচন্দ্রগী চিঠি গী রা তাঙদা লুংঙাইদনা চীংথংখোম্ববু ইকাই খুম্মনা ওক্লবগী তেথাও সিদাহি খজাই খোংবনচিংবা মমরয়োকখাকম শেমহুনা ভাইহুনা লৈখি । চীংথংখোম্বা অয়াইরেন ৩ না খোঙজম্না লাকপদা তেথাও অশাম্মীশিঙগী ইংথেম্দ্র্ম খা চয়োং চয়োং পানব। উবদা য়েংলিংহুনা তেথাও কোৎহোং মরাদা চংহুনা য়েংহুনা লৈ । ইবেম্মশিংনা তেথাও মুগী খোরকপদা থা ১ তং মিহুনা খুন্দুনা য়েংলদা হৈক্লিং যাদহুনা চাক্লম পেংলমহুনা হুন্দোকই । মহুদা তেথাও মুগী অহুমা মখোয়গী মরোল্দা মিং থানা য়েংহুনা মরোল্দা খরা ভাংই । মথোম্বগী অশাও মিংয়েংগী রা তাদদা ইবেম্মশিংনা হায়, "মশক থংদবগী য়েংলিংহুনা লৌবনি অহুবু নরোল্দি থংদে মিংয়েং অহুদি অশাওবগী মিংয়েংনা য়েংনা ভাংলিখহুনাদ নবুক্তা তাথিব। ওইব্রা ত্তাই, নোমল্লি হায়হুনা হুন্দোকপনি অহবু অংনা য়াম্না পাম্মুবগুম তৌই নংখোয় তেথাও লৈবাক অসি হৈক্লিং যাদবা খা কাওবা চাহুনা লাইদা কৎপা কল্লবা নাইদনা চাবা য়াবা ওইজরো" হায়না হায়রম্মগা ম্না খোগন তুংইন্দুনা লাকই । মতম অহুদা নিংথৌ ওক্লম্বা পুম্বগা থেংনহুনা হিয়াঙে ২১ নি পানবা থাংজ কুমিত্তা তেথাও নিংথৌগা উনহুনা মইতিন্দা চংহুন কনখ্রে ।

তেথাও নিংথৌগী মহারানী রাজেংবম চনু তেথাও লাম্বগী কমল মুখি কুঞ্জেশ্বরী শেম্বী পাও খুলাম্ববী হায়েন নিগ্নী ফবী খোবকুনা ইবেম্মশিংবু ওক্লমহুনা মচা নিংহোলগুম চাম্না মহারানী মনাক্তা থমে । সর্গদেবগা রাবী রাজাই শরুহুনা চীংথংখোম্ববু নিংথৌ ফিরোল শিহুনা অহুগা ইবেম্মা ৩ শু রাজেংবম চনু কুঞ্জেশ্বরীনা থৌরাংহুনা মশামক্তা ফিরোলবু পিদুনা চানা থক্কবা য়াংতেনবা পিদুনা থমে । চীংথংখোম্বনা মাগী মচেং চারবমিনা মসিগী লমন্দা ফরি তৌক্লম খোকই থল্লুরগা ঐবু য়োকশীরিবা সর্গদেব ঐগী উপানি লোংমগী মগুংদা য়েক্লবনা খুক্লম চনবা ভমদনা অহিং অহিংবু কংলা কোম্লুং মল্লুং মপানবু কোয়হুনা ভাকপনা চুমগাদরা থন্দুনা ভাকুনা লৈখি । সর্গদেবনা চীংথংখোম্বগী চৎলম উবগা মমিং চংপা মথৌনা ফবা অমা ওইনা থন্দুনা লৈখি ।

লাংবচক্রী ৪৮৬৭ নোংমালাই ১৭৫৯ শাঃ ১৬৮৮ চৈথাবা ২৮৩ শুবা বামোন জয় কৃষ্ণগী কুম্বগী ফাইরেনগী ১১ নি পানবদা মোইরাং খেলেম্বনা চীংথংখোম্বগী মিং তারহুনা মাংঙমবগী মরোন ইহুনা মোইরাংগী মী থরদা পীরকুনা সর্গদেবদা পীংহল্লম্মগা হনখি । পীরকইবা লাইরিক মরোনবু "শেম্বী তেথাও নিংথৌ নঙগী ননাক্তা মৈতৈ লৌনম চ ওবা ১ লৈরে হায়বা তাই. মহাক য়াম্না মরৈ মরা চাওবা মীনি মহাক (চীংথংখোম্বা) ঐগীদ। নঙীদা তৌরিবা অহুগুম্বা ঐনা যোক্তুনা থনম্মী, মাবু লুনা তৌবা মরমদগী প্রজাশিংনশু ইকাইখুম্নহুনা লৈরম্বদগী মাগা থংনবা মী থরা য়াম্না লৈরক্লহুনা অহিংদা ঐবু মাংনবা মী খোমহুনা লান হোরক্লে অহবু ঐগী মীনা ভাক হুনা লৈহৌবনা কোন্নুদি চংবা ভমহুনা লাক্লেনথিবা নিপানি চেকশিনবিযু নত্রবদি অমাংবা লাকনি, অহিং

তুমদবা কোম্মুংদা য়েংবা অসিনা মাগী অহানবা থৌরাংনি" অসিনচিংবা শেরাম্মবা রাম্মেং তাবদা সর্গদেবহু ঙকতুনা রা ঙাংদনা ফাইরেনগী ১১ নি পানবা লৈবাকপোকপগী মুংখিলদা রাখন্দুনা লৈখি। মতুং অহুদা চিঠিদা ইরকপগা অহিং তুমদনা কোম্মুং কোয়না চংপা অঙম্বশিংনা অফি তুজুং ওইনবা থৌদোক অশি খল্লুরগা চিংনরহুনা তেথাও অঙম্বশিং কৌখত্তুনা চিঠিগী মরোনবু খন্নখি। মন্ত্রি শমশৌ হাজরি, ঙালুম মন্ত্রি বারুন্না, মন্ত্রি গাংবাই হারিকা, কোকামশেন বারুরা, ভাগোং রাই মন্ত্রি, সনাপতি রুমুরাই, সনাপতি চন্দ্রশেন বোরুয়া, সনাপতি সূর্য্য বারুরা, পণ্ডিট রঘুরাম গোথাই, শাগোরিকা রাই, কাকোরাই, বিপুল রাই, নরঞ্জন গোথাই গলরাম বারুরা, লম্বা হাজারিকা, বোগাই গোথাই, মেরারাম হাজারিকা, রোত্তোন বারুরা, অসিনচিংবা মৈত্তে লৈমা শেম্বী তেথাও লাম্বী হুয়েন শাফবী লেম্বী খুলাম্বী কমলামুখি কুন্নেশ্বরীনচিংবা ফমহুনা খন্নে। তেথাও মহারানী কমলামুখীনা হায়, চিঠি অসিদা হায়রিবা রারোল পুম্নমক ওইখোক্কবা মরম্মি মী ১ বু মাংনবা থৌরাংবদা মরাল করি লৈজব্রবা অসিগুম্বা মশক অসিবু মাংহন্নবা থৌশিন্নরি কনাগুম্বা অমনা মশামক মাংঙ্ হান্নবগুম থোকই মরম অসিদা ঐথোম্ম অঙম্বশিংনা রায়েন করম্না পুবিগদবা" হায়না হংঙি। অঙম্বশিং চীংখংখোম্বগী মরমদা মখল মখা খন্নখি। মহুনা মহারানী কমলা দেবীনা হায়, তেথাও অঙম্বা পুম্বা হন্দকী নিংথৌ চংখংখোম্বনা তেথাওদা লাকপনা কৈদোবা লাকপা, মাগী লমচং ধাঙাংনা কমদোবা মরম পুম্নমক্কা রাথল তৌবিগনি মী ১ গী মরা মপাও তারগা মীবু হেক মাংহনব কত্তে। ইবেন্মগী রা তাবদা অঙম্বা মন্ত্রিনচিংবনা হায়, "মতম অশুক কুইরবা মতমদা রায়েন নোংদম্বগী মরমদা রা ঙাংখিত্রিবীনি হন্দক সনা য়াথং হায়খিবা অসি সনা পুক্রিংদা মানিংদবা পাউদাক্কি মরম অসি থরা মুম্না নৈনহুনা খন্নফম থোকই" হায়না অমুক খন্নরক্রে। মতম অহুদা শামু শেনবা মচাশিংনা চেল্লক্লুনা "শ্রীযুক্তেশ্বর শামু রাজ বালো মচুম তাহুনা ঙরাং অহিংদগী চেনখিহুনা য়োংহিং ফলাংবু খদত্তুনা শিবগী মণ্ডির ময়াগী লাইগী উকোন্দা চেনশিন্দুনা লৈরে ননাই ঐথোয়না শিকার শামু থৌজিন্দুনা থেম নৌনবা থৌরাংববু শিকারী শামু অমোম ৪ বু য়াম্না খুদোং থিনা শোক্কুনা মনাক্তা চংঙ্ হায়বা কিবনা য়াখিদরে, উকোন অকোয়বদা খোংহুনা কোইনা চেন্দুনা লৈরি মসিবু সনা নোংদম কমদৌ হায়বনো" ? রা তাবদা শ্রীসর্গদেবনা হায়, শামুশেনবা অঙম্বন নথোয়না হায়না রাবু ঐনা থৌওইদবা নত্তেকো রারৌগম্ন ঙসিগী মীতিন অসি অরুবা বাফম অমা খন্নবনা ঐ রাওনা হোৎনবা ভমদ্রে অকল অথৌ ৩০০ গা লোইনহুনা উকোন অকোয়বা য়োংকী চুক য়ুংহুনা ঙসিতদি হেন্দোক্কনবা তোরম্মু মরম পুম্বা কাইদনবা ঐনা তৌরক্কনি" হায়হুনা নিপা ৩০০ গা লোইনহুনা মউৎ মচাশিংগা লোয়নহুনা উচুক কোয়না য়ুংহুনা শামুগী শোং শেমহুনা অকোয়বদা মীনা পনশানা কোইহুনা ঙাক্কুনা লৈখ্রে। মীতিন অসিদা ঙালুম বারুরা মন্ত্রিনা হায়, "মহারাজ ইবেন্মা মহারানীনা হায়রিবা

অসি অচুম্বমক্তি অহুমদি ওইবদা মৈতৈ নিংথৌ হৌথিবশি'ন। তেথাও লৈবাক ঐখে'য়গী মবম্নদা মাংনবা থৌরাংবদগী হেন্না থোইদোকপা কন্নবা অমতা তৌখিবা লৈরক্তি য়েংবিয় মৈতৈ নিংথৌনা মাংহল্লম্বা খুদম কয়ামুকপু হৌজিক ফাওবা লেংদনা খুদম ওইন। লৈবিবসিনি কয়। কয়া রাখিবা অহুগা নিংথৌ মচা ওইবগী তৌগদবা চৎলমদি ঐবু মা'নবা স্তৌরক্কদবশি'দুদি ওন্থমথৈ নমথনা খন্নীহৌবনা তৌগদবা চৎলম্মি, মক্ত পানববু মুংশিরবদি নোংমদি মাগী মফমদ। খুদোংথিবা শে,ক্ট-দ্রবনি য়েক্লববু থুনা মাংনবা তৌবতনা অথোইবা ধর্মগী লম্নি। ওাঙ্গুম মন্ত্রিগী মা তাবদা কোক শেন বাকল্লানা হায়, "মন্ত্রি কুবুধিনা হায়খিবা মরম পুম্বা অসি তেথাও লৈবাক অসিদা থোকখিবা ওাক্তনি অহুম্নদি ওইরগা থোদোক অহুনক মৈতৈ নিংথৌনা মাংনবা তৌরকপমক্তি নত্তে। নিংথৌগী মনাই মা তান্নবা ফত্তবননি মহুদি ঐখেয় তেথাওদগী চৎখিবা খরগা মৈতৈ থরগনা তান্নহুনা নিংথৌ ২ মতম খরা য়েংখিমখিবনি, মরম অহুবু মৈতৈ নিংথৌনা তারক খংজুন। তেথাও নিংথৌবু মরৈবাক্তা কোখোক্তুমা মমুম মৈতৈ লৈমবু অওং অউনবু পীনহুনা চারো মোরোনহুন। লেংদবা খুদম ওইনা হৌজিক ফাওবা লৈরিবা অসিনি অহুগা মৈতৈ নিংথৌ চীংথংখোম্বগী মরমদা ঐনা মুম্না খংবা ওমজে। মহাক্কী চৎলম লাইমক্কশু ফংবদা বানা থোক্কদবা মীওই মপোক্কী অণ্ডাংবা চৎলম্মি। মাবু মাংনবা হোৎনহুনশু মাংহনবা থক য়ারোই। ঐনা ভশে'না তাখিবা উখিবা মরম লৈখি "ম্না য়াথং পুহুনা মৈতৈ চীংশাংদা চশাং নিংথৌগা তোংহু নিংথৌগা উনক থাবিনা মতমদা চীংথংখোম্বা মতম অহুদ' অণ্ডাং ওইনা থে'নখি। মি'হুন অসিমক (চশাং তোংহু নিংথৌনা) থোনখিবনি। চশাং নিংথৌনা মাগী চীংশাংওম্ব, টা ১ গা পীহুনা চীংশাংওম্বা থোনবনি। তোংহু নিংথৌনা চীংথংখোম্বা কৌহুনা মপোক্কী মরম্ব হায়খি মৈতৈ লৈবাক্তা লিক্রাইগী মরু মাংফদবন চারি মউ থারগদবদি নচা অসিনি মাগী মরমদা বাগমু মরক্তা খরদং বাগনি তু'দদি লেংদবা খুবম মথংলেংনা শৈহৌরগদবা মকনি হায়নখি মতম থর। লৈখা তাবতনি মীবু মাংনবা শিনবা ওইথোক্কবনি মরম অহুদা ম্না পুক্লিং চিংনবিগনু" হায়না হন্নৎখি। মতুদা ওাঙ্গুম মন্ত্রিনা নোক্লহুনা হায়, ঐখোয়গী মীতিন অসি থোঙ্গন তাবা য়াওনদ্রে অমা ওাংবদা লোইনগদবশিবু পাকথোক্লবা ওা'বা হৈবা ওইনা তৌনরে মন্ত্রিনশু চীংথংখোম্ববু লাইপোক্তি হায়রি, ঐ খ্নায়দা খংহনখ্রে অহুনদি ঐখোয় তেথাওগী ফাওমদবা রাজবালে। মচুম তারিবা অসিবু কাহনশি ওম্নবদি শোইদ্রে লাইপোক্তি ঐখোয় পুম্বশু মাগী ওাক্তনি মশিদা খন্নফম পোকইনা। মহুদা পণ্ডিট শাগো'রিকরাই কাকোরাই — কাখোক্তিনা হায়, মন্ত্রিনা হায়রিবা রাশি চুমদি চুম্মি নোংদম য়েংবা মহুদা শামু ফাবদা মথন্তা চংহনশি ফাওমদ্রগ' মথন্তা শিজশমু মতুংদা ঐখোয় পুম্বা শামু কানবা থোরাংশি হায়বা অসিবু অওকপা মীওইবগী চৎলম অমনি। মাদি মতোমতা নাইত্তোম লাকপনি

মাগীদমক্তা মরম অদিদা কনা লৈয়োই । ঐদি মচিন চৎপা তেথাও মন্ত্রি ১নি ঐগী রাজেন্দা কনা থিংবা ঙম্মোই মতাঙ্গুম মতু শোনবা লাকচবা থিবগুম থোক্কই অশুম্না রাজেন্দ্রবদি তুংদদি অশোন অনা লৈবা য়াম্না রানরনি । থম্দুনা য়েংবিয়ু মাগী মরান করি লৈহনা শামু ফারু থাজিনগদোরিবা তেথাও নিংথৌগী মরুম থুগুনা লৈরগা অরাবা কোকত্রা লাকচরগা শামুগী মপোৎ শন্নাঙদা পুহনগনি পুদবা য়াদে রাজেনথা ঐগী য়াথংনি মতিক মঙম চাদনা রাজেন নমথেক নমজা-নবশিশু চুমদবা অমনি অহুবু ঐনা খঞ্জবদা চীংথংখোম্বরু শামু ফাও হায়বদা কিহনা চেনগনি হায়রবদি থনবিগনু মরাই লোংনা শামু ফাবা চঙদবা চীংথংখোম্বনি মহুগী খুদমদি মাগী রাঙাং চৎলম্না লেংদনা তাকপনি" । মহুদা তেথাও অঙম্বশিংনা "হন্দকী শামু অসি চীংথংখোম্বরু ফাহন্দুনা মৈতৈ নিংথৌ মতিক মঙম চাংদম য়েংবনা চুমগনি" হায়না মায়গৈ শিন্না লাওনখি । মতম অহুদা নিংথৌ সর্গদেবনা লৈবাকী খোল্লাও তাবদা চীংথংখোম্বগী র। থনবদা রা ঙাংদনা তুমিন্না লৈখি । লৈবাকী ইরাংবা থাংবা য়াদহুনা মনাই থরা থাদুনা চীংথংখোম্বরু কৌথংহন্দুনা নিংথৌ অঙম্বশিংবু নোল্লুক্না পুকমহুনা তেথাও মীতিন্দা ফমখি । মহুদা সর্গদেবনা "ইচা ইবুংঙো লেংশিল্লু" হায়রম্বগা তুমিন্না লৈখি । মহুদা চীংথংখোম্বনা "স্না য়াথং নচাবু কৌবিবরু স্না নোংদম তাকপীনি" । রা মথা তাব ঙমদনা সর্গদেবা তুমিন্না লৈখি । মহুদা ভালু মন্ত্রিনা মৈতৈ নিংথৌ স্না য়াথং কৌবদি শামু বাজ বালে। মচুম তারকুনা ফানবা ঙমদহুনা শিবগী উকোন্দা চংহুনা লৈগ্রে শামু অসিবু ফানবা কৌবনি । মহুদা চীংথংখোম্বনা হায়, মন্ত্রি ঐনা হংবসি মন্ত্রিদা হংজবা নংচাদে মশম পুন্না ঐ তাই, থংই মরম অসিদা মন্ত্রিনা চীংথংখোম্বদ, পাউদাকখম থোক্লে ঐনা স্না য়াথং পুহুনা তেথাও মীতিন্দা লাক্লিবা অসি লৈবাক্র। ঐগী মরমদা চিংনবা মরমহুবু কোকহনগে লাকপনি পঙ্কযুক্তো নশুমা হায়জবদি মরম হংজবা নত্তে মরম পুন্না থংজরে য়েক্রবা খেলেম্বনা খোয়াংলকপা চীংথংখোম্বগী মাংনবা থৌশিনবনা চীংথংখোম্বরু মাংহনবা ঙম্বরা চাংদম্বা স্না নাক্তা লাকচবনি মহুদা থবক্ত মপু য়াউদনা ইনিং ইথা তেৌনা থোপুনা থোচৎপা মরমু নশুনা পামজদবগী থবক্তী মপু শৎইবগী থোদা নোংদম্বু নিজবনি শামু ফাবগী মরমদা স্না য়াথং নোংদম্বদা সন. পুক্লিং চিংনবা তৌবিয়ু নয়াথং থোদাবু পিনবিয়ু নচাদা ' । শ্রীপঙ্কযুক্তো সর্গদেবনা হায় ইশু ইবুংঙোনা লৈবাকি নিংবা থুংনবা থৌপুনবা তৌবিয় ঐনা তেথাও নিংথৌ ইবুধৌশিংনা মথংলেংনা শমগরম্বা নাপেদা মক্তা শেংলবদি লৈবাক্না অকি তুজু ওইনরিবা ঐগী শামু রাজবালোবু ইচানা ফাহুমা তেথাও প্রজাগী মথুক্তা পীঙম্বা মশকপু ওইরশম্ব" । থংজরে স্না য়াথং মরম অহুতা নিজবনি ওসিদি মতমশু থেংলে তেথাও লৈবাক তাদবা তানবা থংদবা থংনবা পাউজেল নুমিৎ ওইরশি হয়েং অযুক্তা শামু ফাবরু নয়াথংবু পুহুনা নচানা শোইদনা চঙনি হায়রা লেপ্পহুনা অঙম্বা লৈবাক প্রজানা তেথাওগী য়ুমথোং হাংদনা পাউজেন্দুনা থংনবা থৌরাংখিহুম্না মীতিন অহু লোইখি ।

পঞ্চযুক্তো মহারাজ রাখল তৌনা স্না শঙ্গাইদা লেংশিল্লকই, শ্রীগী মায়থোং উবদং ইংঙম্বা অহম্না পাউহংখে মতুদা শ্রীনা মদাইয়েন অহমগী মফমদা মরম পুম্বা তম্মগা হায়, ইদাইয়েন অছম্মক মীগী মীনিল মীপাওবু লৌফদে চীংথংখোম্বা ঐ অসিগী মওং ওইখিবা মশক অত্ত মিৎনা তশেংবা মশক থংঙগা নথোইগী তৌগদব; নংথো তৌগদবনি" হায়না পাউদাকুন শিবিষ্ণুগী মবুধো পাখংবগী লাইমিং পয়ে থাকৌনা লৈখি। অতুদা শেম্বী তেথাও লাম্বী মবেনশি মহাবানী কমলামুখী কুঞ্জেশ্বরী চীংথংখোম্ববু কৌহুনা চংলকই মতুদা শ্রীযুক্তোনা মবেনধোবু নোলুক্না পুক্নম লৈপাইনা মদাইয়েন অহমগী মরমদা স্না পুক্রিং রাহুনা শিয়ে। মবেনশি কুঞ্জেশ্বরীনা "ইশু ইবুংঙো মরম পুম্বা থংলে রাগনু শোইদনা নমাই পাক্কনি, শামু রাজ বালোগী মরমদা ইশু ইবুংঙোদা মরম থরা হায়গে লাকপনি মরম অসি কাওগনু। শামু রাজ বালো অসি শিবা মহাদেবগী লাইশানি মমিং ঐস্কর রাজ বালো কৌরম্বনি মমিং হায়রহুনা কম্না লাওহুনা থোং খিন্দুনা কো চেনশিল্লক্কনি কাব্রং খৌরি অসি পায়রহুনা অঞ্জি গঞ্জ ও ল-ও হায়বা শোন্দুনা লেপতুনা লৈগে লৈথু মনাক্তা চঙ্গে চংশিল্লু মরাই লুক্না নফমলাংদা লৈগনি। মবুধো পামহৈবনা নখেন ঐনা শেম্বী তেথাওদা লাক্লমদাইদা শা-কৈনী মরমদা কিহুনা লোইবী চীংশাং লাকপদা কিহুনা স্না নাক্তা চেনশিনবদা মরম অশিবু তাকপিহুনা অকিবা শা-কৈ, শামুনচিংববু অকি তুজুং লৈতনা নবুধো সর্গদেবনা শা ফাবা চংপদা স্না খোগন তৌহুনা চংপদা রাজ বালো শামু অশি মোরান চীংশাংদগী তকথংলক্কুনা দিথু মপান্দা নবেন্না শামুগী শোং য়াওদনা ফাবা শামুনি। লম্লক্তা লৈবা লমশাবু রাখন লৈতবা অঙাংগুম্না ইলাই লাইনা কাহুনা শিজিন্নথি হায়রহুনা ময়াই কারম্বা শামুবু নবুধোনা রাজ বালো কৌখি। মরম অসি কাওগনু নদাইয়েন অহমদি ঐগা লোইনহুনা শামু ফাবা হনজম্নক্রিবা ফাওবা লৈরমগদবনি রাগনু হয়েংদগী অরাবা রাখনগী থৌরম্বু কৌকুনা য়াইফবা তানফংবা হৌরক্কনি হায়না মরম পুম্বা তাকুনা স্না পুক্রিং অরাবা রাখনবু মরম পুমবা কৌরুবা খৌরাংলম্মগা শঙ্গাইদা লেংশিন্দুনা রামগী নাম্ব শোন্দুনা লৈখি।

শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর মবেনধো তেথাও লাম্বীগা রারী শারিডৈদদি স্না পুক্রিং অরাবা থরা পোৎ-থারম্মি শ্রীযুক্তোগা মদাইয়েন অহমদগা ঙাইহৌরব অতুদদি অতম রাখল্লুবদগী স্না পুক্রিংবু রাখন্না থুক্তুম চনখিহুনা হিক্ক হিক্না কপতুনা ওস্তোইনা লৈখি। চীংথংখোমবা লৈবাক মথক্তা ওস্তোইনা কপতুনা লৈরমবদগী তুমখ্রে, থুদক অতুদ লাইমিংথোই শনামহিনা পাংথংববু থাগ্রে। অরাবা রাখন উবদা থাংজম্নক্রহুনা মং অতুদা লাকুনা 'চীংথংখোমব, নং তুম্নবরা হৌগৎলু ঐ লাক্লি রারি শাশি" হায়না হৌদোকপগুম্না হৌদোকুনা রা ঙাংনৈ। ঐবু য়েংঙু চীংথংখোমবা ঐদি নংবু লাকপা ঙাইহুনা ভাশমুখদা য়াম্না বানা লৈরিদো নংদি তেথাওদা শামু মচা অমা ফাবগীদমক

বাবা ভগি ঐদি নবদ্বীপক ঔরা কেংলোন থুগাইদুনা খেলেম্বদু থুক্ক চম্বা হোৎনদুনা লৈমিবনি অদুবু তেথাওনা শামু অমা কাবদা চৈংথংখোম্বগী অয়েক্তবনি রাখলবদি কমদৌনা মবুধোন্নিঙ্গী থুবক তাম্ভোরিব্রনো হয়েং শামু ফাবদু ঐ ফাজিগে ঐবু কাউপদু ঐগী ইশক অসি মুন্না লেংঙ্ কাওদনবা নবুধো ঐদি ইমিং গোবিন্দ কৌরগে, নংবু থিবা লাকপনি ঐদি রাখেলা চৈং মান ময়াম অসিদা লাকপদা, নঙ্গী ননাক য়োরগা পোৎথাপে লেমমা নিনি অদুগা নং ঐ লোইনদুনা মণিপুরদা থোরকবা রাখনবনি অদুবু নঙ্গো অরাবা উবদা ঐ পোৎথাদুনা লৈমিংবরে। নংনা শামু ফাবা চৎপদা ঐঙু চৎপা তারে মবেনধো তেথাও লাম্বদীনা তাকলীবা মরম অদু কাউদনা থোরাংদুনা শিবকী উকোন্দা লাকউ, উকোন অদুদগী শামুবু এনা হোইদোল্লদুনা ননাক্তা পুরকে কাব্রং খৌরি অদুন। শামুগী মঙক্তা হুক্কমা মথক্তা তোংঙ্ অদুগা কাংতাক অভৌবা অমতংদি পায়রকউ ঐনা নঙ্গা কাংহায় থোগল তৌদুনা শামু মথক্তা তোংদুনা তেথাও প্রজাগী ময়ামদা কোয়না চংমিন্নশি, করিনো চৈংথংখোম্ব। নংবু না অমতা ইঙাং ঙাংদনা লৈঙমিকা অদুবু পুরকে হায়রা পুরক্লোই হায়রা খুম্মু ঙাংঙ্‌বু” হায়দুনা চৈংথংখোম্ববু লৈবাক মথক্তগী হৌগৎলম্মগা মাংলে। শ্রীযুক্তো মিকপ হেক থোক্তুনা কোয়না য়েংবদা উবম্বা মশকপু উবা ফংদনা ওন্থোইদুনা কপ্তুনা তাক্কম্বা লাইমিংবু ক্লোদুনা কপ্লকে। খুদক অদুদা ইংলবা চুংশিরবা কর্পূর চন্দোনগী মনম্মা শিনথুংনা নমদুনা ঐ লৈরি হায়বগুম্মা ইমুং শিনবা থুংনা নমহন্দুনা খংহল্লি। শ্রীযুক্তোগী মতৌ উবদা মদাইরেন ও বু ঙক্কদুনা শ্রীগী চোরোনবু কোন্দুনা মিংশ্মা ইরা চেন্না পাউহংজরকই। মদাইরেন অতুমগী অরাবা উবদা পঞ্চযুক্তোনা ময়ম পুম্বা তমদুনা পুক্কিঙ্গী অরাবা পোৎথাকম ওইনা মবুধোবু (শ্রীগোবিন্দ) হায়বা কোলেমবু থোন্দুনা লাইমিং পরে থাগোম্না লৈখি।

নোংঙাল্লবা মতমদা তেথাও প্রজা অযাম্বা অঙম্বনচিংবা মহাদেবগী উয়োক উকোন্দা শামু ফাবা কুম্মে য়েঙ্গদবগী পৈদুনা লৈনরে। শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর সর্গদব নিংথৌনা তেথাওগী অকল অখো অয়াম্বদা থুংলাই পিদুনা করিগুম্বা শামুনা হেন্দোকখিবা তাবদি প্রজা শোক্তনবা ঙাকউ হায়দুনা অকোয়বদা অকল অথৌনা মাগী মাগী মভিক চাবা থুংলাই পায়দুনা ঙাকহল্লে। শ্রীযুক্তো চৈংথংখোম্ব ইরু মাইতোনা মকোক মউ খুজিন খুয়া লেংন পুক্লিং তকদুনা তনিক সেবা তৌরগা শ্রীভগবান গোবিন্দগী নাম্বু লাইমিং পখ্রে থাজদুনা কাব্রং খৌরি কংহাই অভৌবা পুরুম লৈকপ্তুনা য়াথংনা নংবু ঈশ্বরদা তাওহনবা গুম্বা মতম্বু ঙাইদুনা লাইমিংবু তদুনা শোন্দুনা লৈরক্লে। মবেনধো তেথাও লাম্বদী শ্রীযুক্তোগী মাইতৌ মাইজাও, মাইপাক তানফংবদু পিরুগে শ্রী নাকা চংলক্তুনা পিঙল্লি। শ্রীযুক্তোগী মদাইরেন অতুম্বু চরৈ নমথাং লুরাই কোইরেম লুখুম্না ইন্দুনা থৈ-লৈনজিংবা মায়য়োক অপেন শেমদুনা নোংদম্ব। মপুম্বী মখোং খুয়ারেন্দা কপ্তুনা শ্রীগী মাইপাক লম্বেল তানফংনবা হায়দুনা মায়য়োক থাকম্বু লৈকৎ লৈরাংনা তেথাও শামু রাজবালো অঙাওবা

খুংলৌজনা কাওমতুনা মদাইশৈন অহুমদা পিউবীবা ঙৈনিবু" হায়না পুক্নম লৈকংলে। শ্রী.শঙ্কর.কু-ঞ্জেশ্বর চীংখংখোম্বা মবুংধো শনামহী পা থংববু পুক্নম লৈপায়না লাইনিংথৌ শনামহীনা মাংথা থাগোয়া পা-খ ববু তুংওইনা থাগোয়ত্থনা শ্রীশঙ্কর.কতোনা মাইদা লৈওমজনা গোবিন্দগী লম্‌ইমিংবু শোন্দুনা মা কম্বাল জাংলগী লেংখোরক্লে মদাইরেন অহুম শেম্বী তেখাও লাম্বী কমলা মুখী কুঞ্জেশ্বরী মহারানীনা খুজেং পালোইনতুনা মথাইংদা কোন্দুনা লৈহৌরে।

শ্রীযুঞ্জেশ্বর মবুধো ২ গী মহাইদা থাগোম্বনা গোবিন্দ লাইমিং শোন্দুনা মা খোংলেংলকপনা শিখগী উয়োক য়োয়ক্লে। শ্রীযুক্তো চীংথং.খাম্ববু উবদা শেম্বী তেখাও প্রজান তেখাও নিংথৌ, তেখাও অঙম্বা পুম্ববু মপুক ভাখিবা ওইনতুনা তেখাও অঙবশা শৈম্বী তেখাও অশিবু করি চংলম কৌবগে, লৈবাক্কা কাওমত্রবা অঙাওবা শামু অশিবু মৈতৈ নিংথৌ মগন্তবু কাও হযিব। নোংদম অসিবু করি থৌদা লুতিয়ো। তেখাও লৈবাক লৈইদবে অশুক নিংথিজবা মশকপু নোংমগী মাংনবা থৌশিনবা মী অমবু মাংনবা থৌরাংলগা তেখাও অঙম্বা নিংথৌনা করম খুংঙাই য়াইফ ভানফংবা ওইদৌবা য়েংহৈ য়েংহৈদে" হায়না মীপুম খুদিংনা ভাংনবগী মীনিনবু ভাবদা শামু রাজ বালো ভাওবা মযাই কাখা হেনগৎলকুনা মাইগৈ শিম্না চেন্দুনা ভোইন। ভোইনা থোংথুনা অফং অফংবা উশা উপাম মনাঙোমা কোগুনা থেকুনা, ফুমুনা মাইগৈ শিম্না লংলক্লে। শামুগী লাও খোংবদু অকি তুজুং লৈঙনা ইঙৌবা খোয়য়ুমগী উয়োক কোন্দা চংথুনা শামুনা লৈবা মাইগৈদা য়েংথুনা "ঐদি ঐশক্কু কৌবা অহুনি শামু রাজ বালো ঐ লাক্লে লাও" হায়না অপনবা লৈঙনা শামুনা খোংবা লাওবা মাইগৈদা লাওরক্লে। মিংলেনবু ভাবদা শামু রাজবালো অপনবা লৈঙনা চীংখেংবাম্বনা লৈবা মাইগৈ তম্ন শামু চেনশিল্লক্লে। শামুনা অপনবা লৈঙনা চেনশিল্লরবদা (অঙ্গি গঙ্গ ঙন্দ-ও) হায়থুনা কাত্রংগী থৌদিবু কোজোই পম্নগা থাজগুনা শ্রীগোবিন্দগী নাম্বু শোন্দুনা মকুথো শনামহী, পাকংবা অনিবু মাংগা, তুংগা অনিদা থাগোয়থুনা শ্রীযুঞ্জেশ্বর মায়ওনবা ঙৌদবা শামুবু ভাইখি। শামুনা চেনশিল্লকপা উবদা তেখাও প্রজা পুম্বা "মাংলে মাংলে, শিরে শিরে" হায়বা মীনিথুনা ভাবা ওমদনা নিম্নখ্রে। খুদক অহুদা ইবেম্মা অহুম শ্রীযুঞ্জেশ্বর কৌথুনা মহাইদগী মপাঙ্গং তম্না চেম্ণোকখ্রে। শেম্বী তেখাও লাম্বীনা ইবেম্মা মদাইরেন অহুমগী চৈরে ফিজি পায়থুনা "মপুগী মহাইশা কম্বিনো অহুক খোঙুম ভাদনা ইথক ইজল কল্লবদি কমদৌনা মপুগী পুক্নিং অৱাবদু কাওমগদৌবা মীয়াপুংখোম। চীংখংখোমবা ইশুবু শিরে হায়রগা ঐগী পুক্নিং তুম্নগদবা ইমিংনা উদনা, নানা ভাবনী আয়েপ্পা পুক্নিংগী রাওম্বা থৌরাংবা হৌনদে ভাইথো শিরকন্ত শিরকন্ত ইমিংনা তশোংনা উখিনি, মহুত্ত থংদ কম্বিগী অহুক খিংলিবা মৈতৈ চহু মাম্দেদা নপুক বাখন থেমগনু" হায়থুনা মদাইরেন অহুম চৈরে ফিজি পায়থুনা শংলেনম্বুদা পুশিনখি।

শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর অকি তুঙ্গুং লৈতন। শামুগী মাংদা লেপ্তুনা মবুধৌ ২ বু খাগোম্নহুনা গোবিন্দা নাখু শোন্দুনা শামুবু ওাইহুন। লৈরকপদ। শামুনা শ্রীযুক্তোবু উবা হেক ফংখিবদ। মাগী মচুম তাবা অঙাঙবা মীবু উবা য়ানবা চংলম্বু মাংখিহুনা মরাই লুক্ক। তপ্না তপ্না চংলক্লে। মালেম লৈদা য়াঙোটবু খু লৈদ। কুন্দুনা মনাত্তোম্ন পঙ্কযুক্তেশ্বরগী মখোং ২ দ। মনম শুৎ শুৎ নম্নম্নগা শ্রীগী খুাংদা মনাতোম্ন। কোৎলগা নোংথৌ পাংনা হায়গংলম্নগা। মনজন্দা হায়গৎল্রে। খুদক অহুদা পঙ্কযুক্তেশ্বর কাংহাই নাক য়েত্তা হুমহুনা হরিগী সেব থোগঞ্জব। ওইহুনা য়াঙোই শম্নাং থক্তা স্না খোং ২ বু থিন্দুন। শামু হৌগংহল্লগা নিংথৌ অঙম্না লৈবা নায়গৈদ। শামু থোদোক্তুনা পুথোব্রক্লে। খুদক অহুদ। শিস্তাকবা লৈত্তন। য়াঙোই বাজবালো মনাত্তোনবু হায়না। হুম্না মরক মরক্তা অমুক অমুক কন্না খোংহুনা শ্রীযুক্তোনা নিংবা নিংবা মায়গৈদা শামুগী মমাই লৈনা লৈনা শ্রীযুক্তোবু কোয়না পুহুনা চংলক্লে। তেখাও প্রজা পুম্বনা মৈতৈ নিংথৌ চীংখংখোম্বা খোম্নয়ুম লাইগী মচানি চীংখংখোম্বনা জোই ওইয়ে মায়গৈ শিন্না লাওনব্রক্লে। মীনিল অসি তানদা শেম্বী তেখাও লাম্ববীনা মদাইরেন অহুম হৌজিকতি শিরগে হাইববত্ত শিকরো ইশু নিংথৌগী খোগন্দী রারক রাতেম্বা হায়না তাম্নবা য়াগদবা য়েংহুনা শেম্বী তেখাও লৈবাকতগী মশিং লাক-কমদনা থিঙ্গমহুনা লৈকৎকে। বা তাবদ। ইবেম্ম। অহুম্ব খোইরুম মোমোন তৌজনা শেম্বী তেখাও লাম্ববীবু থুজেং পালোইনহুনা লৈশি লৈখোম্না পুরুম্নক্লে। মশু অহুমগী মতৌবু উবদ। তেখাও লাম্ববী কুঞ্জেশ্বরীনা পেনবীহুনা লৈবাক নিংথৌনা তিনবা মফম্বু পাংনা শেম্বী তেখাও লৈবাক্তা লেন্নরুগে মওংগুম লোইনহুনা পুরকই। খুদক অহুদ। অঙম্বা ফৈম্বে ফম্বা পুন্নমক মাগী মাগী ফম্বাল্লাংদগী হৌগত্তুনা শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বরবু য়েংজনিংবগ লোইননা নাপ্লুক্কবা রাহৈনা লৈতেংহুনা পুরুম লৈকৎনৈ। শেম্বী তেখাও নিংথৌনা তাংবম্মগী হৌগত্তুনা চেনশিন্নক্ক, "পঙ্কযুক্তা শেম্বী তেখাও লাম্ববা উমিত্তোমদা হুনগুম্বা পনম্না হুখিৎ স্না লাংয়েন লাংলিবা রাখন থেনব। তেখাও নিংথৌ সর্গদেব ঐহাক্কি নখোংখাদ। চংজরি লংজবা খিবিকপু ভাকপিম্ন নখোংখোগী মনাইনি" হায়না লাওহুনা চেনশিন্নক্লে। মহুদা পঙ্কযুক্তেশ্বর শামু ওক্তগী চোংথরক্লে শামুগী মনাত্তোনবু শামু ওইনা পায়হুনা শেম্বী "তেখাও নিংথৌ নশুন। পুরুমজরি করি লংজবা লৈতেন নচা নশুবু চাঙ-বক্রবদি মঙ্গুং মতম চায়কপদ। মচা মশুগী মথৌনা নোংদমগী মরাইবকপু চাংদম্বা হায়বা চংলম লুত্তিন অসিদি নিংথৌ মচা ঐথোয়গী তৌগদবা ইথৌনি রাখন অহু পুখিন্ন নশুনা হন্না হন্ন। পুরুমজরি" হায়না লাওরক্লে। শ্রীমতি শেম্বী তেখাও লাম্ববী ইবেম্মা মহারানীনা শ্রীযুক্তো চীংখংখোম্বগী মদাইরেন অহুম্ব লোইনহুনা লাকপা উবদা সর্গদেবনা হায়, শেম্বী তেখাও লৈবাকী অঙম্বা পুম্বা ইবেম্মশিংবু লেংলক্লে মীতিন শংলেন্দা চংক্রশি শেম্বী তেখাও লাম্ববা ইশু ইবুংঙো

মৈইতৈ নিংথৌগী মন্ত্রিক মঙাল নিংথিবা লৈবা খিবিক বারি রাজাই শাদুনা ঐখোয় পুথ্ব হু ভাই-রুশি। ঐগী প্রজা পুন্নত্ত মীত্তিম অসিদা য়াওবিবু হায়দুনা শ্রীযুক্তেশ্বরগী খুজেং ওইনংবা পাম্বোমবু পামদুনা শামু খেক্কা মউৎ মচাশিংদা শামু রাজবালোবু পিদম্মগা মীত্তিন শ দা লোংলক্তুনা তেথাও নিংথৌ শাগীলেমন। মশী তাংখন মথক্তা মৈতৈ নিংথৌ চীংথংখোম্ববু থাঙ্গক্তুনা ফমহনখি।

লাংবচক্রী ৪৮৬৭ নোংমালাই ১৭৫৯ শা: ১৬৮৮ ফাইরেন থা ১২ নি পানব, য়ুমশকৈশা সুকিলাংবাইদা শ্রীসর্গদেবনা হায়, ইয়ুম তেথাও লৈবাক্কী মন্ত্রি অঙম্বনচিংবা প্রজা পুম্ব। তাবিয়ু ওসি তেথাও প্রজানা ফাবা ওমদ্রব, শামু রাজবালোবু ইচা ইবুংঙো মৈতৈ নিংথৌ চীংথংখোম্বনা নাইতোম চংদুন ফাবগী মনাদি চীংথংখোম্বা মিংছন্দি মৈতৈ লৈবাক্কী মিংছম্নি ঐখোয় তেথাও লৈবাক্কী মিংলেন্দি শেমবী তেথাও লাম্বা জয়মনিশিং মৈদিংগু নিংথৌরেন কৌরশি সর্গদেবা ঐনা তেথাও নিংথৌগী নিংথৌগাদি সিংহাসনবু পুক্লিং ইরু মাইথানা সর্গদেবন। ওসিবগী হৌনা লৈকৎ চরে স্না থুংনা ফাবা রাজবালো কৌদা শামুনা স্না খেংনেৎ শামুনি ওসিদগী তেথাও লৈবাক্কী রায়েন থৌদাবা থৌবু চৎলম নোংদমথ্রবনি সর্গদেব ঐনা অঙমবা লুচিংজব; ওইজনা মন্ত্রি অঙমবা রতন পণ্ডিট সোভানচিংবনা স্না থৌগন ওইগদবনি মরম অসি কায়দনবা অঙম্ব। প্রজানা শিনবীববু সর্গদেবনা ফিগাও শানা অঙম্বা প্রজাদা নিজরি"।

অঙম্ব। প্রজা পুম্বনা হায়, স্না পুক্লিং থুংনব ঐখোয় পুম্বনা চৎচনি তেথাও নিংথৌ জয়মনি সিংহগী লোংদম পুম্ব। ঐখোয় তেথাও পুম্বনা ইরাই লুক্ক লরাই কোইরেল থক্ক। থোংনবু ওসিদগী চৎচরে" হায়না অঙমবা প্রজা পুম্বনা মাইগৈ ৪ দগী লাওনখিবনা মীত্তিন অচু অঙকপা ফংনরে। মতম অচুদা শ্রীমতি শেমবী তেথাও লাম্বী কমলা মুখী মহারানী রায়েন করা রাকাওবী কুঞ্জেশ্বরীনা হায়, শেমবী তেথাও নিংথৌ জয়মনিসিং হায়বা মিংলেনবু রায়েন করা রাফাওনা কংলৈ মিংহনখি, মিংলেন অসিনা ইশু নিংথৌগী অরেপ্পা মিংলেন ওইদুনা মৈতৈ লৈবাক শিন্না ঙাক্কোইনা চীংবুবোই ওম্বমোই হুপ্প। রায়েন্না পানওমববু ওইশনু ইশুগী কোলোই মিংলেনবু নবেন ঐনা মিংলেন অমা মিংহনগে মপোক অথোই চংথোনবা মপোক মিংছনবু খোয়য়ুম নোংদম রাইকবা চীংশাংওমবা শেমবী তেথাও লানথবা জয়মনিসিং চীংলেন নোংদ্রেনখোমবা হায়না নবেন ঐনা ওশিদগী মিংলেন অসিবু লৈকক্তুনা নদাইরেন অহুম অশিবু শেমবী তেথাও লানথবী হুয়েন লাংজেং শাফবী মৈতৈ লৈবা নদাইরেন অহুমবু শা: ১৬৮৮ গী ফাইরেনগী ১২ নি পানদা য়ুমশকৈশগী সুংদাংবাইদা ওইথম ফমবাল লাংদুনা মপুনা সনা নোংদম রায়েনবগী স্ন থৌগনবু ওইনবা ইশুগী ফমবাল তাংবনগী ওইথম প্যাংবা মাইগৈ লৈকৎ লৈরাং ওম্নবনি" হায়না ইংলেম্মঃ অহুমবু মীত্তিন মথাইদা পুশিন্দুনা শ্রীযুক্তেশ্বর কৈরেংচন্দ্রসিং জয়মনিসিংহগী ওইথম্মা থাঙ্গক্তুনা স্না ফমবাল লাংহন্না স্না থৌগল তৌহল্লে। অঙম্বা প্রজা পুম্বনা শিংথনিংঙাই লৈতনা মৈতৈ লৈবা অহুমবু থাগৎনরকই। মতম

অসিদা পঞ্চযুক্তো ভৈগ্যচন্দ্র জয়মনিসিংহনা হায়, স্না তাংবন্দগী কুমছুনা। ইপু নিংথৌনা মহৌ-শাগী চৎলমবু কায়দন, সিঙ্গসন্দা ফমহুনা রায়েন থৌদাবু পুবিদু ইপু নিংথৌগী নোংদমদগী মশুনা নিংবা থুংহুনা তানফংজবা ওইজগে তাকপিবা মরম পুম্ববু নশুনা মতম চানা নিজগে শেম্বী তেথাও নিংথৌগী স্না তাংবন ফমবানবু নশুনা অমুক হন্না লৈকংচবা ওইজগে লৌবিদবশু তৌবিদু মরম-শিতনি কাইদব। নখোং থাদা কিগাও শানা নিহুনা শেম্বী তেথাও লৈবাক্তা নশুনা লাকুনা স্না থৌগল ফংজবগী লৈকং লৈরাং ওইজগে হায়না শ্রীপঞ্চযুক্তো সর্গদেবা নিংথৌবু তাংবন থক্তা পুথশুনা তেথাও লৈবাকী খুবমবু অমুক হন্না শিন্নখি।

লাংবচকী ৪৮৬৮ নোংদালাই ১৭৬০ শা: ১৬৮. চৈথাবা ২৮৪ শুবা বামোন হরিনন্দগী কুম শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর ভৈগ্যচন্দ্রসিং জয়মনিসিং চীংশাংঙম্ব। শেমবী তেথাও লাম্ববা হুয়েল লাংজেং শাফবা রায়েন করা রাফাওবা চীংশাংঙমবন। তেথাও লৈবাকী রায়েন থৌদা নুংঙাই য়াইফ পুম্নমকী থৌপুহুন। য়েক্রবা লৈতনা স্না পুক্রিং নুংঙাইনা লৈরে।

মৈতৈ লৈমা চিনফুরোন চীংঙাথম চম্ব শক পাওজমবী শেমবী তেথাও লাম্ববী হুইযেন করা রাফাওবী দেবক্তী = দেবযামিনীন। মচা ইবুংঙো শ্রীহেমাচন্দ্র পোকুন। তেথাও লৈবাক প্রজা হৌ-হুন মান মান। হৈবা কুমৈবু তৌহুনা নিংথৌ অঙমবা প্রজানচিংবগী পুক্রিং নুংঙাইনৈ।

শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর চীংশাংঙমবা জয়মনিসিংহনা মিংলেন অনিবু মিংহুন্দুনা শেমবী তেথাও লৈবাক্তা লৈবগী মতিক মঙান তাংবদা মপুক্তা তাথিবা ওইহুনা মোইরাং নিংথৌ খেলেমবনা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরগী মচা ইবুংঙো অহল মধুচন্দ্র, লাবৈন্যচন্দ্রা অনিবু ফাজুন কেগে মোইরাংগী মী খরগা কবোগী মী খরগদা পীহুনা কবো লৈবাক্তা পুচন্দুনা শনশোক নিংথৌদা শিহনখি

ইবেম্ম খৈয়োইরোন অথম চম্ব ডাংবী, শ্যমতি খেয়োইরোন ডাংবম চম্ব হবিমতী ইবেম্মা ২ না নুপীমচাবু ওইবগা মতম্নগা কনখিবনা করেং, খুকুমবা ঙমখিদবনা শ্রীপঞ্চযুক্তো চীংশাংঙমবগা মচা ইবুঙো অনিগাবু কৌহুনা মিংস্ন ইরা চেন খুদাং পিফম লাংনা তেংথা নাওইনা কপহুনা মরা লেমফু তাদবা পামেন্না ইহুন কনবা মালংবন হুমখদা হায়না হুন্না ঐবু ফুক্তোকখিত্রা রাখম্না মালেম লৈমাই পক্ক পক্কা নাম্না হায়না খাংবশুম খাংহুনা লৈখি। মতম অসিদা খেলেমবগী মনাও মোইরাং চংশিংনা লাকুন হায়, "শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজ গৌরিবা অসিবু করিনো প্রজানা নোঙ্গাংদনা মিকপ মিরাওথোন ওইনা লৈরগা কবম্না শ্রীযুৎকী রাইফব, ওইদৌরিবনো মসিবু শ্রীযুৎকী অমাংবা নত্তবরা স্না বুদ্ধি তৌবিযু। মতু শোনবা মবাইবক খিরব। প্রজাবু নিংথৌনি ঙাম্মি হায়হুনা চৎলম নত্তুব। লুপ্তিন্দা নমথেকুনা চৎঙমব। চৎলম অসি লৈবাক নিংথৌ পিবাগী চৎলম নত্তে। স্না বুদ্ধিমকতনা তৌরিবরা কনাগুমবগী রাখন থৌইনশিন্দগী খোকঙম্নবা চৎলমদা লুপ্তিন অসি থাদোকপিম্মু মীনা ঐগী ফনবা ফনা শেমহুনশু ঐনবু তৌত্রবদি অফবশু ফওবশু থক

থোকঙমোই ঐ হায়বা অসিবু মাংহন্নবস্থ ক্তনবস্থ ইশাতনা ঙোংনতুনা শিঙ্গ হাক্তরগা থবক অনিমক ওইবা ঙাক্তনি। মীওইবা মপোক হায়বা অসি পাউজেলগী মতম ঙাইনতুনা লৈনবতনি নোংমা চৎপদি মীপুম খুদিংমক লেপ্রবা চৎলম্মি অহুবু ঐ ঐনা তৌগনবদি চৎপ্রবা মক্তদা ঐ হায়বা অসিবু পুন্সি মরা লেমফু ঙানা লৈঙমহৌনবা চৎলম অহুগুম্বতা খিঙ্গন্দুনা চৎলম লুতিন ওইখিবনা শ্রীযুক্তোগী য়াইফবনি”। করি চন্দাল চন্দ্রসিং নংনা ঐবু ররক্লিত্রা ঐনা তৌবা থবক্তা য়ানিংবা য়ানিংদবা, তানিংবা তানিংদবা নংনা থিগ্রিত্রা নরা লৌবা য়াত্রবা পাপি নবু ইনাগুল্লা নশক অহু য়েংনিংদে চৎখ্রো চৎলো। তৌবিরু মহারাজ অসিগুম্বা চৎলম অসি থাদোক্লবা তৌবিয়ু তাইবং মপোক হায়বা অসি পুন্সি লুংশাংনা পালহৌনবা চৎলমদা থৌবুবিবনা শ্রীযুক্তোগী য়াইফবা ওইগনি। “হায় চীম্বিবা মতম পুন্নমক্তা নংনা ঐনা তৌবা থবক্তা অশুক নপুক্তা তাথি-বশিবু করি লুংঙাইত্তবা লৈহুনা ঐবু নংমা অহুক য়েংথিবা পাপি নশক য়েংনিংদে মফম অসিদা লৈরগ্র” হায়হুনা মরাইবক্তা খোংপাক্লা কাওহুনা তাম্বোক্লে। মতুং অহুদা খেলেম্বনা মনাই থয়গা লৌতুনংনা মনাও চন্দ্রশিংবু লুমহুনা মৈতৈ লৈবাক্তা মাগী য়েক্লবা মশক অমনি হায়হুনা হাংখি।

খেলেম্বগী লমচৎ উবদা লৈবাক প্রজা অসি মথুম মরাং য়াম্না মচি মচিদা হৌনহুনা মাগী চৎলম থৌদা নোংদম্নগী মরমদা লৈবাক্লা য়াদবা ঙাক্তা থৌপুবা ওইনা তৌহুনা মীপুম খুদিংনা তাথিবা ওইনরে। লৈবাক ঙাকপগী মরমদা খেলেম্বা অরাবা ওইহুনা কবো নিংথৌগী মফমদা কবো ক্যাং হায়বা লানমীবু নিহুনা মৈতৈ লৈবা খুন অমবু তাম্বোক্তুনা কবো ক্যাং লানমীবু লৈহুনা লৈবাক ঙাকহল্লি মফম অহুবু ক্যাংগৈ খুন হায়না কৌরে। মফম অসিদা লৈরম্বা মৈতৈশিং অসিবু ময়ুম মোইরাং লোমদা লৈহল্লগা মৈতৈ চৎলম্ব থাদোক্তুনা ময়ুম মোইরাংগী চৎলম্বু চৎহন্দুনা ময়ুম মোইরাঙ্গা তিন্নব য়ানবা চৎলম্বু চৎনবা থৌদা নোংদম্না চৎহন্দুনা লৈহনখি হায়বগী মফম্বু মোইরাং মৈতৈ তোংনপুং কৌবদগী মোইরাং তোপুং হায়না লৈখি।

মফম অসিদা লৈবা প্রজা অসি মফম অহুদা নৌনা খুন্দাবা ওইবনা অনা অয়েক য়াম্না নংহুনা থবক য়েংখাং নোম চৎপদা য়াম্না খুদোংখিবা ওইরক্তুনা তোপুং থাদোক্তুনা মাগী মাগী তাংজবা য়াবা মফম্বু লুংঙাইগদবা য়েংহুনা য়ুমকোংনহুনা লৈনবা হৌরে। খেলৈ নুংনাঙ্গী চৎলম অহুদা থাংঙম লৈঙম্নক্তুহুনা শেম্বী তেখাও লাম্বা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর ভৈগ্যচন্দ্র জয়মনিসিং চীংথংখোম্বা চীংশাংঙম্বগী মিংচৎপু নীংশিংনবগী মশক ওইনা নোঙ্গাংদনা য়ুমথোং শিম্না শোম্নহুনা ঙাংনরকই। প্রজাগী ইরাং তাবদা খেলেম্বা পুক্লিং অরাবা রাথল লুংঙাইতবা ওইহুনা শ্রীযুক্তো মোইরাংনিংথৌ খেলেম্বনা মৈ কৌবা লাইবু নুম্রিং ৭ নি চুপ্না পুক্রম থৌনিহুনা চীংশাংঙম্ববু হাংনবা কতাম্নি কৌবা টা অমা শাহুনা ময়ুম মোইরাং কংলৈ শজাইগী যাত্রা মখোংদা পুক্রম ইরাত্তনা থম্মি মরমদি

মীপুম খুদিংনা সুংশিবা মাপী লায়েন থৌরাবু মীপুম খুদিংনা পান্নবা ওইবা অতুপুক্সা মজাকপু হাংদবা শাবা টানি । টা অদিগী মমাংদা রেকুবরু মাইথিবা পিতুমা খুতুম চন্নবা শাবা টানি হায়দুনা মিংলেন অসি মিংহন্নে । শ্রীযুক্তো থেলেম্বা প্রজাগী ইন্দাং কিবনা মণিপুরদা লৈবা কিন্নকুনা কবোদা মতম থরুবু লৈজমগে মচা ইবেম্মশু লু-হোংনবা মতমশু ওইরে রাজকুমার মমুম মেংইবাংদগী মনাই মীথাইথন থরগা লোউকহুনা মচা ইবেম্মা শ্রীমতি মসরিকাগা লোইনহনা মচাবু শেম্মী করে। লৈবাক শনশোক কোমুংদা পিনজনবা ওইনা চৎখিহুনা কবো শনশোক নিংথৌগী মমাঙ্কা লৈখি ।

লাংবচকী ৪৮৬০ নোংদালাই ১৭৬০ শা: ১৬৮৯ ফাইরেনগী ৫ নি পানবা নিংথৌকাবা ভুমিত্তা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর ভৈগ্যচন্দ্র শেম্মী তেথাও নিংথৌ ভম্বা অভম্বা জয়মনিসিংনা তেথাও নিংথৌ অভম্বা প্রজা মীতিন ফম্বদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা মণিপুর লৈবাকী মমুম লুচিংবা পিবা নিংথৌ খুবম ফংজবগী মরম পুম্বা, শ্রীযুক্তোনা তেথাও লৈবাক্তা লৈরবা মরম্ভু মথং মথং অভম্বা প্রজা অমদি নিংথৌগী মফমদা লিহুবা খংহন্নগা তুমিন্না রা ভাংদনা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর লৈখি । মতুদা শ্রীযুক্তো সর্গদেবনা হায়, "সনা য়াথং ভাকপীরিবা অসিবু সর্গদেবা নপু ঐবু অভকপা পুক্সিঙ্গী য়াম্না চিংনবা তেথাও প্রজাবু চানবিবা সনা পুক্সিংদা থরদং রাংপ্রা হায়রা নপু ঐবু খল্লিদা । করিনো মরম অতুদা চিংনরিবা সনা পুক্সিং অসি নপু ঐগী পুক্সিং থরদং সুংশিজে সনা যাথং অভম্বা প্রজা ভৈগ্যচন্দ্র ঐ থৌরম অসি তৌভমগে ভাকপীরগা লোইবনি তেথাও লৈবাক অসিবু কনাগী লৈবাক্তো খুংগু খুৎলাইনচিংবা পুকৈ লনগে লৈবা খিবিক অভম্বা প্রজানচিংবা, ইশু ইবুংভোগী ভাকতনি নয়াথং নোংদম থৌদাবু সর্গদেবনা থৌভম্নবা থৌপূজনি চিংনবা লৈজনা থৌদা নোংদম ভাকপীনি" । অভম্বা প্রজা পুম্বনসু শ্রীযুক্তো রাজ রাজেশ্বর নয়াথং থৌদা নোংদম্বু ইরাই লুক্সা লুরাই কোইরেন্দা থোংনা হাপ্পা থৌপুজগে হায়বগী লৈজখি ঐথোয় পুম্বনি শেম্মী তেথাও নিংথৌরেন থৌদা নোংদম পুম্বদা ননাই ঐথোয়বু চংচনি নয়াথংবু থৌপুনা থৌগজগে হায়বগী লৈজমজবা ঐথোয়নি । মতুদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা হায়, "ইপু নিংথৌনা খুংগু খুৎলাইগা লোইমহুনা অচ-অথক থৌপুবিহুবা লানমী মশিং ৮০০০ লিশিং নিপান্দং পিবিদু থেলৈ মুংনাং কেগে মোইরাং নিংথৌগী অম্বা লানমীগা ভইরেন লান্দমরগে । শ্রীযুক্তো রাজেশ্বরনা মরম অতু হায়বিবা চুম্মদে তেথাও কনাদা নিরিবা নপোং নবম ভাকজনি সনা পুক্সিংনা নিংবা মরম পুম্নমক্ত থৌবিগদবনি হায়হুনা লানমী খুৎলাই পায়বা ৮০০০ লম্বী তু থোং শেমবা, চন্না থকুবা পুনবা শাগোলচিংবা থৌরাংহুনা অমাং অপা লৈবখিবিক মতুংদা তুংইন্নবা থানবা থৌরাংনা শ্রীযুক্তেশ্বরদা কংলে । মতম অতুদা শ্রীযুক্তেশ্বরনা মচা ইবুংভোগা মজাইবেন অহুমগবু তেথাও লাম্বী মবেনথৌ রাহেংগু মৈতৈ লৈমা মহারানি কুঞ্জেশ্বরীদা

মানগ্রেদা অহুবু অখংবগী মকমদদি নথুপ নরৈ য়াঙম্বগু নত্তেকো হাক্লা মুংশাংগ্রবনি হাওবা নংবা য়োনবা পানয়োনবু য়ুমথোং শিন্না চাওন্নকপা ওইগদবা নথুপ নরৈ খাদোক্লুনা খোজানবা নমুর চেংজেন ভিংদবা নপিজ্ঞাবু খিহুনা খোঙ্গা লমবী খিঙমবা থৌরাংনবা তৌওমলু নঙ্গী খোঙ্গা হাক্লা মুংশাংলক্রবনি খোংথাং অরাবা অনিঙদি লৈঙমলি” হায়রম্মগা ইমা চংলে হায়না মায়ওম্মোক্লুনা খোঙাপ নারৈ অমা কানখিবগুম তৌই । শ্রীযুক্তোনা ময়ম অমতং হজে হায়না সনা মায়থোং হায়গংলকপদদি য়েংবা উবা ফংখিদ্রে । মতম অহুদা স্না পুক্লিং য়ানা মুংঙাইঙবা ওইহুনা খোং-নাংমথোং অহুদগী হৌগত্তুনা কৈথেল চিথেক মন্নি কোয়না চত্তুনা স্না মিংয়েং তানা পুক্লিং য়াখন পুরুম লৈপাইনরম্মগা লাইনিংথৌ স্না ক্রমবাল্লাং ইমা লৈশিয়েন পোৎকম ৭ শিন্নবগী মশাইকোন্দা চংহুনা পুরুম লৈপায়নরম্মগা মফম অহুদগী লানমাংতোক তন্না খোংশাল্লকুনা চিরু চীংদা চৎখ্রে ।

শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর ভৈগ্যচন্দ্র মন্নিং ইথৈথোং মপান্দা তন্না লুকোই খোংহুনা চানবা থৌয়াংহুনা লৈ । মতম অহুদা নিংথৌখোং খুঙ্গাওদগী মন্নিং খান্দুনা লৈত-লাইরম্রবী অহন ওইরবী মুপী অমনা মন্নিং খুন্নাল্লকপদা খোং অসি লাল্লকপদা শ্রীযুক্তোবু উবদা মিৎফম হোংবা য়াদনা য়াম্না মুংশিজবা মশক অমা ওইখিহুনা মুন্না য়েংহুনা লেপ্তুনা লৈখি । শ্রীযুক্তোনা হংভি, “ইমা নংবু কনানো মফম অশিদনা কদৌবা লাক্লিবা অহুগা লেপতুনা ঐনা তৌওম্লিবা অশিবু মিৎ কুপ্তুনা য়েংলিবা অসিনা ইমা নঙ্গী চিংনবা য়াখল করি লৈঙমহুনা য়েংবনো, হায়নিংবা হংনিংবা করি লৈবা” । চুপ্মি ইবুংঙো ময়ম পুম্বা হংভিবাদা, নং অশিদা কাদৌরিবা নহাক অসি ইমানা য়াম্না মুন্না খংভি, ফিশেৎ অশিনা হায়ঙমদ্রে উবদা য়েংদবা মুংশিদবা ঐনা ঙমদে তৌওম্লিবা শিন্থা অহুদি নাইতোম চংপা মীগুম্না খোপুবা কনা থৌগন য়াওদবগুম্না তৌওম্বশিদা হায়ঙমদ্রে লৈবাক্লা ঙাইঙমদনা ঙাইঙম্লিবা মশক্লা মরিঙ্গী ইথৈথোং অশিদা কদৌম্লিবনো ইমাদি লৈত-লাইরা কোয়না থিজবী মন্নিং খানবা ললোন ইত্তিকপা চৎচবীনি মতম কুইনা উখিদ্রবা মশক উবদা ইথোং খাংনা চৎঙমখিবা ঙমদবনা য়েংহুনা লৈবনি । ইমা ঐ অসে নংনা নিংলিবা মশক অহুনি ঐনা মফম অসিদা লৈবদি ঐগী মতম খরা থুপতুনা খাংনফম লৈজদবা ইরুপ ইপিজা উনবা মতম খরদং য়াৎপনা চীংশাং খুদিং কোয়হুনা মতম খরা খাংঙমজগে তৌওম্বনি । মহু ওইরবদি পারি নংবু ইমাগীদা লৈঙমশি কনাবু থংহন উহন্দনা থম্নজগে ইমাদি ইশু অমু নহা অমগত্তা লৈঙমক্তে, ইংখোল য়াম্না চাওনা লৈবনা কোইবগু ঙমদবনা শত্রু য়াজেম্না শোংবনা পাম্বা নায়োংপা উদনা লৈঙম পানঙমক্তে । মফম অতুনা লৈঙমশি খাংঙম্বা মতম্মু ঙাইহুনা হায়না মথল মখা লৈশি লৈথোম্না থেম নৌনা লৈঙম্নবা হায়হুনা মরিঙ্গী ইথৈথোং অহুদগী লাকুনা অহন হন্নুবী অসিগী য়ুমদা লাক্লুনা শ্রীযুক্তেশ্বর লৈখি । হন্নুবী অসিনা চানা থরুবা থৌয়াংহুনা মগুন্নুপী য়াংঙমবম চন্নু

অদু নত্তা কেশোরীনা সেবা তৌহুনা মতমগী অৱাবদু খাংহুনা লৈরক্লে। খরা লৈরগা শ্রীযুক্তোগী সেবা 'ফংজবদগী ইথেম্মা য়াংগম্বম চন্দ্র কেশোরী মচা নিপা অমা পোক্কনা শ্রীনা তরুক্নিগী ইপান লাইরেম্বীগী লৌনবী পুরুম লৈপাইহুনা মচা ইবুংঙোগী মমিংদু পুরা রাজা মিংঙল্লি ( মুংনবী মচা য়েকনি ) । অত্তাং অসিগী মখো মতম লাইরম্বগা মফম অসিদগী লেংখোকখ্রে । ইনেম্মা কেশোরী অসিগী য়ুম্নাক অসি ময়াংলম্বম চন্দ্র য়াংগম্বম য়ুমদাবা নিংখোক্তা তিনবা য়ুম্নি । শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর মাক্লংদা লৌরিয়াম তোলেনগীদা ১০ নি লৈ, মতুংদা শঙাইপেন চীংদা মতম খরা অমুক খাংহুনা লৈখি ।

লাংবচকী ৪৮৬৯ নোংদালাই ১৭৬১ শা. ১৬৯০ চৈথাবা ২৮৫ শুবা লাইশ্রম পালোইগী কুমদা নম্বোলদা লেংলক্কনা য়াচংবা মতুংদা মনাই গৌরশ্যাম শম্মগী য়ুমদা হাও শাহুনা চংলকই । চীংখংখোম্বনা গৌরশ্যামবু কৌহুনা লেংশিল্লকপদা হাও শাহুনা লাকপনা শক খংদহুনা গৌরশ্যামগা চীংখংখোম্বগা মৈতৈ চৎলমগী লোক্রবা য়াবা য়ামবগী মরমদা খরা ভাংনহুনা মনাই গৌরশ্যামবু লংনৈ । মতুংদা চংখংখোম্বগী রাজাং খোজেল তাবদা পুক্নিং চিংনহুনা গৌরশ্যামগী মদাইরেম্না মৈরা চমহুনা চীংখংখোম্বগী শক য়েংনবা খোরাংখদা শ্রীযুক্তোনা মৈ অহু চৈশুনা লামহুনা মুখৎপদগী মতুংদা মপু মনাই খংনহুনা চীংখংখোম্বগী লুংঙাইনবা মরম পুম্বা খোরাংহুনা কনাবু খংহন্দনা সেবা তৌহুনা মুঙ্গী খোরম্ব খৌশিন্দুনা লৈরক্লে। গৌরশ্যাম্না নোংমা মাগী অকল অখো ৩০ বু কৌহুনা চীংখংখোম্বগী মরমবু খংহল্লি মহুদা মখোয় ৩০ না হায়, "পঞ্চযুক্তেশ্বর মতম অশুক কুইবশি নমাই ঐখোয়বু তাহন খংহন্দনা লৈবিরম্মিদা মনাই ঐখোয়দি তাজ খংজদবনিনা ম্না খৌগন নোংমত্তবু তৌজদনা লৈরক্লেদো সনা পুক্নিং রায়বা তৌবিম্ন সনা খোগনগীদমক্তা নমাই ঐখোয় লৈজরিবনি খবক মরম পুম্বা খৌদাবা ওইবিহুনা মতুংদা লৈবিবু পানগী অচেং অকোম ই পাও পুম্বা নমাই ঐখোয়না খোপুনবা তৌগদবনি" হায়হুনা মখোয় ৩০ না মফম খুদিং পাউদাক্কনা সনা খোগন্দুনা লৈরক্লে কখো মোইরাং কনা খংহন্দনা ।

খুম্বোং চন্দ্রমনি, শ্রীঅথা মেজর লালসিং, হুইক্রবা শুবিদার ভালবা, মঙোন ইবুংঙো অনন্দশাই ভাসকর মঙানা মাগী মাগী খুৎপাই চেৎপা মীথাইখনশিঙ্গা লোইনহুনা অহিংদা লাক্কনা মরম পুম্বা হা তাম্নহুনা চীংখংখোম্বগী য়াইফনবগী মরমদা খনৈ । মহুদা গৌরশ্যাম্না হাই, "মোইরাং চন্দ্রমনিনা য়াম্না লুবা মরম অমা তাকথি ময়াম্বা খেলেম্বনা চীংখংখোম্ববু থুহুম চন্দুনা হাৎনবগী থাংজ ৭ পু ইরাত্তনা কর্ত্তগি মিংহন্দুনা টা অমা শাহুনা মোইরাং কোনুঙী য়ুম যাত্রাদা পুরুম ইরাত্তনা থম্মি" হায়না তাক্লম্মি মাদি ময়াম্বা খেলেম্বনা হাৎপ্রে, মানা লৈরিবৈদদি মোইরাঙ্গী ই-পাও ফংলম্মি মানা লৈখিত্রবা অসিদা কেগে মোইরাঙ্গী ই-পাও কয়া মুন্না তাদ্রে খংদ্রে ।

মুহুদা শ্রীশলা খোংঙম, শ্রীলোইরোংবম সিকুবা, শ্রীলোংজাম সিঙ্গাৎ, শ্রীরাইথোং লানবা, শ্রীগাংগং-শাবা মুশিং, শ্রীহৈস্নাম থাদোই, শ্রীয়ামবেম মকুবা মখোয় ৭ না হায়, "মরম মঙ্গু-খংনবা ননাই ঐখোয় মৈতৈ গীদমক মতোন ইবুংঙোগী সনা রাজা ননাই ওইহুন। লৈরিবনি" ঐখোয়না মরম পুয়া থোক্কনা তৌজরুনি হায়দুনা চংখ্রে। মখোয় ৭ না মোইরাং কংবা উরেপ মখোং তানবা। লৈশুন অমা তৌরগা টা। অহুব নহোলদা পুরুহুনা নিংথৌদা কত্তুনা মখোয় ৭ পু অঙমবশিংনা শুমথৈ লৈহৌনা হাগৎলুখি। মহুং অহুদা ভাশকুর, গৌরশ্যাম, খুমবোং চন্দ্রমুনি মখোয় অহুমা খেলেমববু শুমবা নাবা মিংলেনবু পুকুনা মৈ কোব। লাইবু পুরুমহুনা টাবু নিংথৌনা থুদেকুনা মৈদা কৎলগা অঙমবশিংনা নিংথৌগী মমিংবু ভৈগ্যচন্দ্র—চীংথংখোমবা, চীংলেন নোংজ্রেন খোমবা চংশোংঙমবা কত্ত জয়মনিসিং নৃপতী কৌহুনা মখোয় ৫ না ইরু মাইত্তনা মুংঙাইনখি।

লাংবচকী ৪৮৭০ নোংদালৈরুই ১৭৬২ শাঃ ১৬৯১ চৈথাবা ২৮৬ শুবা লামাইথেম কিয়োরী কুমদা শঙ্কাইপ্রোদা শঙ্কাই অমা শাহুনা শঙাইৱেন্দা তুমিৎ ১৫ নি লৈরুবকী তুংদা কবো মোইরাং কনা থংহুন্দনা লৈবে। নিংথৌনা হায়, "ইতোন্দি নচাগী রাজা লৈখিরবু কংদা কাহুনা ১ পী ১ খী ক্ত-পাউ তাহুনা লৈবিও মসিদা ত্রোইনা লেংবিবা উরগা নচাগী মরম সংখিবা মাইশোগী মরমদি অঙমবশিংগা অকুল অথৌ পুমবনা তৌজরগনু" হায়না মঙ্গোন ইবুংঙো মন্ত্রি অনন্দশাই কুনা থংহন উইহন্দনা শঙ্কাইদা হজন্দুনা মপুং মপানগী ইথাং য়েংহুনা লৈপ্রে। মোইরাং খেলেমবনা ওৱা শমশোকতগী কেগে মোইরাংগী মা থাহুনা চীংথংখোমবগী মরমু কোয়না চত্তুনা থিকল তাহন্জি মৈত্তৈ প্রজানা কত্ত চীংলেন নোংজ্রেন খোমববু চেকশিন্না পুমখিবনা শ্রীগী মরমনি। তাবা থংবা লৈখিদ্রে। মতম অহুদা খেলৈ মুংরাং তেলহৈবা মণিপুরদা মোক্লগে থন্দুনা মনাইশিঙা লোমলহুনা কুবো লৈবাকুতগী মণিপুরদা লাক্লুনি হায়হুনা মথং মমাং পাউ শিহুনা লাক্লে। পাউ অমি ভৈগ্যচন্দ্রগী মফমদ। ই-পাউ তাবা অকুল অথৌশিংনা। হুন্দংলে, মহুদা মীয়াইরন নিপা ৩০ না হন্দকী খেলেমবগী মফমদ। লমন থুমবা চৎপশি ননাই ঐখোয়গী থৌদাং ওইরুগে হায়হুনা মখোয় ৩০ চৎখ্রে। মখোয় অসিনা ওবোঙ্গী নমথাং চোন্না ইনশিল্লে, ফিনা কুপহুনা লুকমাই থরগী মথকতা থুংলাই থাং, য়োখোরুনচিংবা হাপ্লে, লুকমাই ১৫ অমদা অচা অথক হাপ্লে, ইল্লিবা ফিগী মমুংদা মাগী মাগী মতিক চাবা থুংলাই পায়হুনা খেলেমববু ওরুপা শাহুনা 'মৈতৈ নিংথৌরেন খেলেমবনা মাইচৌ মাইচৌরে" হায়না লাও লাওহুনা খুরি লবুকুতা পোৎথাহুনা লৈরিবৈদা চংলক্লে। খেলেমবনা মৈতৈ তমুম অয়ামবা মুংশিদা নবুংঙো খোরক্লে ওকুঙমবা ল্যাক্লিত্রা য়াংলৌ লমমাং ওইবন। নখোয় থায়গী নকমদা নবুংঙো ঐনা কুরি পিবা ঙমদ্রেদো ইয়ুম সনা শঙ্কাই য়োবগা ননিং থুংনবা খৌশিন্দুনা নবুংঙে ঐনা নখোয় পুমনবু নংনা নংনা অপামবা ফমু তাঙ্গৌনি ননিং তম্বা

পানওয়বা লাও ওয়ুমশা চংলকউ” হায়না কৌহুনা মনাক্তা লৈবা মাগী মীবু চান্নাকউ মৈতৈ ওয়ুমশিঙ্গা ঊনগে হায়হুনা তাম্বোক্তুনা মনাক্তা লৈহন্দে । থুদক অহুদা মখোয় ৩০ না মকোক্তগী লুকমাইবু লৈবাক্তা থারুগা অথেনপোৎ ১২ অহুদগী অচা অথকপু খেলেম্বদা কৎলগা লো লৌহুনা খেলেম্বগী মনাইশিংনা লৈবা মাইগৈ ওয়া চাইশন্দুনা 'ইনিংথৌনা মাইংঙৌ মাইজাওরে' হায়না লাওহুনা খেলেম্ববু ওয়া মনাক য়ৌনবা চংলক্তুনা খেলেম্ববু মখোয় ১৫ না কোয়হুনা লৈখ্রে । থুদক অহুদা মখোয় ১৫ অমনা থুংলাই হাপ্পা লুকমাই ১৫ বু ফি হায়দোক্তুনা লাওহুনা থুংলাই পায়হুনা খেলেম্বগী মনাইশিংনা লৈবা মাইগৈদা চোংশন্নক্রে মীয়াম পুম্বা ইত্তক ওক্তুনা কাযহুনা চেন্নরে, খেলেম্বশু কম্নম্বদগী হোৌগত্তুনা চেনগে ঙৌবদা মনাক্তা লৈবা মখোয় ১৫ না লমহুনা ফারগা য়োংথোক্লা মকোক্তা থাহুনা হাংলে । খেলেম্বগা লোয়নরকপা কবো মোইরাংশিং তান্নহুনা থরা অকংবা মথৈ হাংলি থরদি ঔরা লৈবাক শমশোক পাংবা চেম্নথরে মত্রদা মখোয় অকল অপৌ পূম্বা হল্লক্তুনা মরম পুম্বা পাউদমহুনা সনা পুক্লিং মুংঙাইনা লৈমিন্নথি ।

লাংবচক্কী ৪৮৭১ নোংদালাই ১৭৬৩ শাঃ ১৬৯২ চৈথাবা ২৮৭ শুবা মকেং থংলাগী কুম অসিদা চজিংদা শঙ্গাই অনৌবা অমা শাহুনা শঙাইপ্রৌদগী হোংলক্তুনা চীংলেন নোংদ্রেন খোম্বা শ্রীমতি মৈতৈ লৈমা অথাম চনু লিক্লাং লোইথোম্বী ঙাংবী=ভানুমতী শেম্বী তেখাও লাম্ববী, ইবেম্মা ঙাংবম চনু মেতু লোইথোম্বী রাইরং লমকেংপী হরীমতী, ইবেম্মা অনিগা লোয়নহুনা লৈরে । চীংথংখোম্বগী মনাই শল্লা খোংওয়া অকল অথৌ নিপা ১৫ গা লোইনহুনা কবো ঔরা লৈবাকতা চংখিহুনা কনা থংহন উহন্দনা খেলেম্বনা পিথিবা মচা ইবুংঙো ২ মী মুংদা খোঙ্গুল লিহুনা লৈহৌরানা য়োম্বা চয়োম্বু লোম্না পিহুনা মরম পুমবা থংহনখিবদগী অহিংদা লোম্না খোরকতুনা মচা ইবুংঙো ২ বু পুহুবা মণিপুর য়ৌনবা পুরক্রে । ঔরাশিংনা মচা ইবুংঙো লাবৈনাচন্দ্রা, মধুচন্দ্র ২ বু থিবদা লৈহৌরানা য়োম্বা চয়োম্না তাম্নবা উবদা মৈতৈ লাক্তুনা পুহুনা চংখিবনি থংহুনা তান্নরকপদা তম্পাক ভাবা চানখিহুনা ঔরাশিংনা মৈতৈবু কিহুনা হনখ্রে । শল্লা খোংওয়া মচা ইবুংঙো ২ বু কত্তুনা ইবেম্মা ২ গী অরাবা কোক্তুনা লৈরে ।

চীংথংখোম্বা অথাম চনু চন্দ্রমুখী, লাইশ্রম চনু চম্পাকালাতা, শোরাইশম চনু পৃয়া, যুম্নেনবম চনু কৃষ্ণ, চীংঙাথম চনু শুরংগিনী, হাওবম চনু ভগ্যাবতী, পিয়াম চনু কহীনি ইবেম্মা ৭ অসিবু লৌই । কুম অসিদা নিংথৌখোং লাম্বী য়াংওয়ম চনু কেশ্বরীশু লৌথত্তুনা সনা নাক্তা লৈ । ইবেম্ম অথাম চনু ভানুমতীনা মচা ইবুংঙো অত্তোনবা লনা ভাবানন্দ পোক্রে ।

লাংবচক্কী ৪৮৭২ নোংদালাই ১৭৬৪ শাঃ ১৬৯৩ চৈথাবা ২৮৮ শুবা মাইস্নাম পুরেংগী কুমদা মোইরাং চনু কুমাবতী, লোথাম চনু কুমুদিনী, শুরুংবম চনু চন্দ্রবতী, লোথাম চনু মালী অথাম

চন্দ্র চম্পা, অথাম চনু চন্দ্রমুখী ইচেনশিং ৬ অমগা লোয়না চজিংদা শজাই শাখুবা ইচেলশিং পুরকা পুরা লৈমিন্নরুনা ভাই শেন মামহন্দুনা মৈতৈতগী মনুংচেনবা মী মায়বা থোরাংখি। মতম অমিদা পুখ্রি অচৌবা অমঃ তৌই। পুখ্রি অসি তৌব মতমদা পোইনু লৌ লোক্কনা অতম ওইরুরাম্বী মাচা মানা খিদুনা তৌই। ফাইয়েন থাগী খুমণকৈশা তুমিন্তা ঐরাবা লাম্দারুকই ঐরা লান ও গুবা হায়রমে। লান অসি শিনাইবা ঘোমোশ্যাম, নোহির নজাম্বা খোপেন্দ্রো অমিনা লুচিংবা লাকুনা মৈতৈ তম্পাক ভারকপা হায়খিদুনা চীংথংখোম্বন। লানগী থোরাংবা মংহোলবনা মদাইমেন ইচেম্মা অথাম চনু ভানুমতীনা অ্যা থোগল ওইহুন, অ্যা থোগল খুৎপাই চেৎনা মতোন ইবুংঙোদী মনাই ৭ না লুচিংদুনা অকল অথো থবগা লোয়নদুনা মরাং কশারদ, লান লেনদুনা লৈরে।

# ৫৭ নং কৈবিরামগী পরম

লাংবচকী কুমশিং ৪৮৭২ নোংমালাই কুমশিং ১৭৫৪ শাঃ ১৬৯৩ গী চৈথাবা মাইস্নাম পুরেঙ্গী কুম কাইরেন থাগী ২৯ নি পানবদা কৈবিরাম সনা ইবুংশিনা লৈবাক ঙাকপগী থৌ পুহল্লে ঔরাশিং মথোয় মরৈবাক্কা হনখ্রে। শজিভু থাদা ঔরা থরগা ঔরা পাগুক্কা লুচিংদুনা ইবুংশি কোকিলা নন্দো ইরেংববু যুবরাজ হাপ্লুনা ইবুংশি কুশোলচন্দ্র=(চন্দ্রগ্য) অনিবু পুহুনা মণিপুরদা থোরকুনা নিংথৌবু লম য়েংঙ্শি হায়না পুজম্মগা তুশারোক হায়বা মফম অদু য়োবদা নিংথৌ কৈবিরামবু হাৎলে, থাজনবা চহী ১ লৈবাক ঙাক্লম্মি।

# ৫৮ নং কোকিলানন্দ ইরেংবগী পরম

লাংবচকী কুমশিং ৪৮৭৩ নোংমালাই কুমশিং ১৭৬৫ শাঃ ১৬৯৪ চৈথাবা ২৮৯ শুবা নোংখোম্বা শকাজী কুম কাজেনগী ১০ নি পানবা শাগোলশেন তুমিন্তা শ্রীমনা কোকিলানন্দ ইরেংবনা (মথং থনবা যুবরাজনা) লৈবাক ঙাকপা নিংথৌ ওইরে। শ্রীযুক্তো অসি কোকিল=নন্দ=ইরেংবা মিংহুন অসিনা অমত্তা ওই মহাক অসি মচা হাৎপা কাংবুনি।

---

শ্রীযুক্তো অসিগী নাওদনা লাংচইনবা য়ুমতাই। ইবুংশি কুশোলচন্দ্রা অসি ইবুংশি চন্দ্রগ্য হায়নশু কৌই। মহাক অসি কৈথেল্লাকপম লুপনি। শ্রীযুতেশ্বর কর্ত্তা চিংলেন নোংক্রেন খোম্বগী অ্যা থোগল ইনবী ইবেম্ম। অথাম চনু ভংবী ভানুমতীগা মচা ইবুংঙো ভবানন্দগা অনিবু কশারদা শিদুনা অ্যা পুক্লিং অবাবা মুংঙাইজবা ওইদুনা লৈ। উক্রোং হোংবা সেবা পন্দোল লোম্না তৌদুনা অরাবা রাখবনু কোকুবা থোরাংখি।

---

কর্ত্তব্য কথাকাশী লানমী থম্না খোঁরাংহুন্না মণিপুরদা লান্দারক্রে। মতম অদুদা ঐরু লানমী লৈবাক ঙাকপা লৈরম্বনা মাম লোক্তনে লৈবাক প্রজা হোঁহুনা পাংখচনবা কোক্কিলা নন্দ ঠাকুরবু তাক্লোহুনা কর্ত্তনা থুমম থেরে। লাংবচক্কী ৪৮৭৪ মোংদালাই ১৭৬৯ শাঃ ১৬৯১ চৈথাবা ২৯০ শুমা লাইরিক য়েংবম শামুরোক্কী কুম শক্তিভূ থাপী ১৬ নি পানবা কুম্বিল্লগী কর্ত্তনা লৈবাক অমুক ঙাক্রে। কোকিলা নন্দা পাংচহনবা ইরেংব, থাজনবা কুমশিংদা কচী ১ পানখি। কর্ত্তমা পানবা থা ৯ শুরবা মতুং রাকচৌং থাপী লিনি পানবা লোংখাইঙ্কিং মুমিত্ত: কথে। ঐরা লানমী মশিং মাইদনা লান্দারকুনা কর্ত্তমা মৌমা পানথরোকপা ওটবনা খুংলাই মক্তিক চানা লৈখিদবনা অমুক লাক্লেন মাংওইনহুনা ঐলাবা মৈতৈ খুদিংহুনা লৈবা ঙমদনবা খোঁরাংহুনা মফম খুদিংদা চংহুনা চানা থরুবা শেংনা ইম্ববা লৈবা কোংচেং ফিনছিংথবু মৈ থাহুনা মৈতৈ খুদং খুদিং থুগাইহুনা তানথাইহুনা লৈবা ঙমদনবা থোঁরাংলে। ঐরাগী মীহাৎ মীপুন অদুদা মৈতৈ লৈবাক থাংবা লৈবা ঙমদহুনা মৈতৈ প্রজা অয়াম্বা মরাং কশারদা চেমশিন্নরকুনা মৈতৈ অয়াম্বা কশারদা খুন্দাহুন, লৈনরে।

## ৫৯ নং ভবানন্দগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮৭৪ মোংদালাই কুমশিং ১৭৬৬ শাঃ ১৬৯১ চৈথাবা লাইরিক য়েংবম শামুরোক্কী কুমদা ঐরাশিংনা ইবুংশি লাইওবনা পোক্লবা শ্রীভগবান শারবু যুবরাজ=মথংথনবা ফম্ভুনা লৈবাক ঙাকহন্নুনা কনমগা ঐরাশিং অমুক মইরবাক্তা চংখি। শ্রীভগবান শারনা রাক-চৌং থাপী লিনমনাইদগী লৈবাক ঙাকপগী খোঁপুম হোৎই। মরম্বা থালি খুমিংকী অক্তিদা তুরেল অচৌবা লোক্তুপ নোংপোক মাইখৈ ২ বু তুমা নমথায়হুনা ভর্কিবা মনা ঈশিং চাওহুনা ঈথুম্মি। খোংমা কক্তথবা কংলা অগুম থাংওব্বা মী মায়া লিনরে, মনা মশিং হোৎলাই চেং কৌনছিংবা মশিং থাঙমনবা মাংখিহুনা লৈবক্কী মায়া থুগোংখিবা ওইহুনা তাংওবা ওইহুনা অচা অথক কংদ-হুনা য়ায়া অরাবা তানা লৈনখি। পাউ অসি ঐরাগী চন্দ্রাএম্বা তারহুনা প্রজাগী অরাবা খুদেংথিববু তাঙম থাংওমদবনা ঐরা লৈবাক্কী থোরক্কুনা মাংখৈ থুলিংগা লোয়নহুনা মণিপুরগী মফম খুদিং চত্তুনা য়েংমিম্মে। লৈবাক্কী অরাবা মীকপ মীরাওথোন তংনদ চন্দ্রাএগী পুক্নিং অরাবা ওইহুনা মাইগৈ ৪ শিম্মা য়েংওকপদা শক্তিভু লান্দুনা কালেম থা ফাওবা ঈশিং কংথিত্রে। লোউ শিংউবা মতম চেনখিহুনা চানবগী মরমদা তায়নিংঙাই লৈরুনা তাংহুনা কো শংবাইদা লুপা ৬ রোয়ে হাজারগি শেনমাই ২৪০০ শিঙ্গ্রে। শোন লৈরবত কো বানবা কংনদে কো লৈখিদবনা

( মরমদি মনিপুর লৈবাক্তি লৌ ইংখোল কোইবতনা চাহোং ভাকোংনা পাল্লকা লৈবাক্কী লৌউ শিংউগজবা মতমদ' ঈচাওনা শুনখিদবনা ) থুদোংখিনা ভাংওস্ব। ওই। মতম অসিদা চঙনবা শেল্লা শেন মথাই হায়না কৌবা শেন চৎলি, শেন মথাই ৮ বু শেন চাম্ম। কৌনৈ, অশুম্না শিজিন্নহুনা পাজবা লৈবাক্কা ভাংওস্বা মশক ওটথিবশিদা হায়নিংভাই লৈতমা রাখি। মতম অহুদা মাইপৈ খুদিংদা হী তোংহুনা কোয়না চত্তুনা চানা থকুবা য়েন্দুনা রাংথৈ খুল্লিংনা লৈবাক্কী অরাবা থাংজি। কালেনগী ২৭ নি পানবদা ঈশিং কংহুনা লৈবাক্কী অরাবা কোকুবা থৌরাং থৌপুনা লৈবাক প্রজাবু লৌ উমবা য়াদে হায়হুনা লৌ উহল্লি। ইংখোল কোইনবা তৌহন্দুনা মকম খুদিং কৌদি মক মরাং হৌদ্বাইনচিংবা য়েন্দুনা রাংথৈ খুল্লিংনা থৌরাংহুনা কোয়না য়েন্দুন লৈবাক্কী অরাবা থাংজি, অহু নোঙ্গীদমক্তা ঈচাও অশিবু রাংথৈ খুলিং ইচাও হায়নথি।

## ৬০ নং রাংথৈ থুল্লিঙ্গী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮৭৫ নোংদালাই কুমশিং ১৭৬৭ শা: ১৬৯৬ চৈথাবা ২৯১ শুবা চিংশুবা চোংবগী কুম ইংভা থাগী ৭ নি পানবা ইরাই সুমিত্তা রাংথৈ খুল্লিঙ্গী মফমদা ঔরাগী চন্দ্রাঞ্জনা মণিপুর ভাকপগী থবক শিন্নরম্মগা ঔরা লৈবাক্তা চংগ্রে। মতম অসিদা কার্ত্ত লোন্না লাকুনা মণিপুরগী ই-পাও তাহুনা থাই মপান্দা লৈ। হিয়াঙ্গৈগী ২২ নি পানবা নোংমাইজিং সুমিত্তা অতোম মুমকমদা লৈ। ফাইরেনগী ২৫ নি পানবা নিংথৌকাবা সুমিত্তা মোইরাংলোমদা কুমহুনা মোইরাঙ্গী ই-পাউ তাহুনা লৈ। মতুং লুশৈ হাওখুন্দা চৎখিহুনা তখেল লৈবাক্তা লৈরম্মি। মতুংদা লম লম খুদিং চত্তুনা লৈরম্বা মফম খুদিংনা চৎলম্বা চৎলম্বু য়েংলগা লৌশিনবদা কাম্ম-গদবা লৌশিল্লি। অশুম্না চহী অমা চুপ্পা মফম কয়ামুক কোমহুনা অরাবগী মতম্বু থাংহুনা চৎলম লুত্তিন থিজিন্না লৈরম্মগা ময়াং কশারদা লৈরবা মৈতৈ লান্দা থৌবশিংবু থোমহুনা মণিপুরদা লাকুনা লম্মাংদোংদা লৈহুনা মনাইশিং থরা থাহুনা রাংথৈ থুল্লিঙ্গী মফমদা চীংথংখোম্বগী মরম্বু হায়রল্লি। চীংথংখোম্বগী রাবু তাবদা রাংথৈ খুল্লিংনা লাকুনা কার্ত্তগী রাইফলবগী মরম কয়ামুকপু তাকুনা নিংথৌ থুবম্বু শিন্নরম্মগা ঔবা শনশোক নিংথৌগা উনরুহুনা থেলেম্বগা কার্ত্তগা য়েংথিনবগী মরম্বু লিরুবদা ঔরানা মৈতৈ নিংথৌদি লান্দে থেলেম্বনা কাইবনি হায়হুনা লান্দাবা তোকুনা লৈথি।

## ৬১ নং চীংথংখোম্বগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮৭৬ নোংদালাই কুমশিং ১৭৬৮ শা: ১৬৯৭ চৈথাবা ২৯২ শুবা হাওবম মন্দরামগী কুম শজিভু থাদগী শেল্লকপা শনা শজাই লাংবন থাদা লোইহুনা বিষ্ণুপুর লম্মাংদোংদা

শ্রীপঙ্কযুক্তোবু লৈহনা মৈতৈ অঙম্বা অথৌবনচিংবা সনা থৌগন লাম্লুপ কাবা ঙৌরে। কুম অসিদগী চীংথংখোম্বনা মীতিন প্রজাবু ঐগী মৈতৈ প্রজা হায়না কৌব হৌখি। চীংথংখোম্বনা মীতৈ হায়বদগী মৈতৈ হায়না কৌবা অসিগী মরম মা পুক্কিংগী রাথন মিংহন অসি তুংদ হায়বনি। শ্রীমতি ভাংবম চনু হরিমতীনা মচেম ইবেম্মা অথ,ম চনু ভাংনী—ভানুমতীনা পোক্লম্বা মচা ইবুংঙো লাবন্যচন্দ্রগা মচা ইবুংঙো মধুচন্দ্রগা পুন্থনা ল'ক্তুনা সন থৌগন তৌরে। ইবেম্মশিং ১৫ শু লাকতুনা মা থৌগন্দুনা সনা নাক্তা লৈরে। ইবেম্মা য়াংঙম্বম চনু কেশরী ইবেম্ম অপাম্বীগা মচা ইবুংঙো পুররাজ—কালারাজগা মম মচাগী য়াইফনবা লম্বী শেম্বীহন নিংথৌখোং থুঙ্গাওদা লৈহনখি। শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর কর্ত্তা চিংলেন নোংত্রেনখোম্বমা লৈবাক্কীদমক্তা ন'ঙাই য়াইফনবা মফম থুদিং শেমগত্তুনা মুংঙাইনবা থৌরাংতি, মরম অসিদা তুক্ত'বা পাম্মুবা লৈত্তনা মরম থুদিংদা মা মিৎয়েং চংহনা লৈবাক প্রজাবু মুংঙাইহল্লি। প্রজাগী মপুক্কিং মুংঙাইনা পানবা মতোন মন্ত্রি শাইগী লৈঙাক রায়েন থৌদাদগী মৈতৈ প্রজানা মরা তপ্ন পাল্লক্রবদা শ্রীপঙ্কযুক্তোগী মা পুক্কিংদা শেম্বী তেথাও লাম্ববী মদাইরেন অতম্ব কৌথোক্লগে মিংহন। মতোম মন্ত্রিগী মনাই তৈশিংবা শলা খোংঙমগা শ্রীযুক্তোগী মনাই (৩ গা শেম্বী তেথাওদা থাহনা সর্গদেবগী মকমদা লাইরিক পিহনখি। চীংথংখোম্বনা মৈতৈ লৈমা চনু নিংঙোল লৈবা খিবিকপু কৌথত্তুনা সনা মিংয়েং তাবা ওইনা হৈক্রুজম চনু নিংঙোলগা কাংঙবোং চনু নিংঙোলগা লমজেন তান্নহল্লি। লমজেন্দা হৈক্রুজম্বা থোইখি, মুক্না শান্নবদা কাংঙবোংনা থাই অথোইবা থেইদবা, অথাবা থাদবা নাইদনা চীংথংখোম্বনা মনা মথুম পিহনা পুক্কিং মুংঙাইনৈ। মতুংদা থুৎপাই চেংপা মনাইশিঙ্গা লোইনহনা মদাইয়েন অহুমগা মচা ইবুংঙোগিগবু পাউ তাহনা ওকপা লেংখি। তেথাও নিংথৌনা কর্ত্তাগীদমক শামু রাজবালোগা শেম্বী তেথাও লৈবাক্কী অরু অহেন কোল্লিক্লচিংবা শেমত্তনা ইবেম্ম। অহুমগা মচা ইবুংঙো হেমচন্দ্রগবু তেথাওগী শিপাহি কয়ামুক্তা লোইনহনা বজাই বেঙ্গুন খোংহনা পুং শেনগা লোইননা মঙ্গোল তৌনা খিলহল্লকই। মতম কুইনা উনখিদ্রবা মচা ইবুংঙোপা মদাইয়েন অহুমগবু কর্ত্তানা উনগে ওকপা মা খোংলেংশল্লকপদা উনখিবা লম অহুবু (উচোন) হায়না থনমহনা মফম অহুদগী সন পুক্কিং মুংঙাইবা ওইহনা সনা খোংলেংলহুনা বিষ্ণুপুর মা কোমুংদা লৈখি। ইবেম্মশিংবু খিল্লকপা তেথাও সিপাহিশিংবু মুম্নিং থরা পোথাহনা লৈরগা চীংথংখোম্বনা শেম্বী তেথাও নিংথৌগীদমক্তা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ কিরোন নিংখিজবা কামেং থাবা কৈজোম, কমেং থাবা নমথাং কোকয়েং চাংগ্রং, কমেংথাবা শাইজোনবা কাব্রং লৈত্র'ম কৈয়েং লংনা শাবা তোলোক নমথাং খ্নাংচেৎনচিংবা মথল মথল লাংহনা শাগোল লানশা ৫০ গা শিন্নহনা তেথাওদা হলহনখি। তেথাওগী সিপাহিশিংনা মরম পুম্নবু সর্গদেবগী মকমদা তমহনা থুদোলপোৎ পুমবা কত্তুনা মুংঙাইনৈ।

মতুংদা সর্গদেমনা শামু ৮ কা মাউক্ত ৬ কা লোয়নখ্রুনা কর্ত্তা চীংলেন নোংখ্রেন খোমবম্না কখহল্লে; মতম অসিদা তথেল মিংথৌনত্ত কর্ত্তাগী মক্মদা শামু অমা কংলম্বুনা মরূপ শাম্মি ।

লাংখচকী ৪৮৭৬ নোংমাইই ১৭৬৮ শাঃ ১৬৯৭ চৈথাবা হাওমচা নন্দরামগী কুমদা নোংচুপ লোমদগী খামোন ৫ লাকুনা মণিপুরদা লৈগে হায়রে । কর্ত্তানা মখোয় ৫ বু য়াম্না লুনা তৌবিহুনা লৈহনখি । কুম অসিদা তথেন্দগী জয় লাক্লে । মাগী ঈনা বাবা হঞ্জবা য়ুম ওইখি । অসাম খেনলৈদগী যদুরাম লাকই, মাগী ঈনা রাম্বিবম য়ুমলিংঙে ।

মৈতৈ লৈবাক্কী চাওখৎনবগীদমক মায়গৈ খুদিংমা ফিদা লোনশা কোন শাবা, থাং শাবা মক্কম শেমহুনা তমবিনবা থৌরাংখি । শা লানগী মরমদা হৈ শিংনবা থাং টা তম্নবা মফম শেমহুনা তমহল্লি । খুৎলাইগী মরমদা রাংতমবা খুৎত খুৎলাচ নোংমৈ তোপ চংবা শাবা তমবীহুনা খুৎলাই শানবা শংলেন লিংহুনা থম্মি । খুৎ নাইবা লোইশং মখল মখল শেমহুনা লৈপাক প্রজাগী নুংঙাই য়াইফনবা মহৈ মশিং হৈহৌনবা কম্না থৌরাংহুনা লাইরিক তম্নবা শংলেন শাহুনা বাপু ৫ বু তমবীহন্দুনা অশাম্মি ময়েকপু হৈনবা হোৎনহল্লি । মবুঙ্কো নিংথৌরেনশিংনা মথংলেংনা থৌপুনরক্লিবা মৈতৈ লৈবাক্কী চৎলম লুতিনবু মাংদনবা থৌশিন্দুনা স্না কংলাগী মখুংদা ময়াইদা নোংদম শংলেন, ইরাংদা লাংদাই শংলেন, মথাদা কাইবিরোন শংলেন, অশৈ অমাই শংলেন, নোংথাইবা শংলেন, থৌগন শিন্দম শংলেন, থরবোন শংলেন শংলেন ৭ শেম্মি । থরবোন হঞ্জবা য়াংকোনবম থাকু, ঙাইমজম কেন্দ্রাম, চিরোম শুনরাম, খোমদ্রাম গঙ্গরাম, অচোইবা শ্যামরাম, খুম্বোংময়ুম মনুরাম মখোয় ৬ হাপ্লে । শংলেন ৭ অসিবু থৌয়েংনবা মাইচৌ লুখোই, কাইবিরোন মাইচৌ শামুরৌ চিঙ্গোন লংদাই শংলেন খোংহিনাইবা । খৌপুবা মাইচৌ রাঙ্গোই খেমা, মাইচৌ য়ুম্নাম ঙোম্বা, মাইচৌ কমেং ফদিবা, মাইচৌ খুরখুন ঙেবি, মাইচৌ রাংঙংবা খৈয়োম্বা, লোইশং কাবা মাইনৌ মচাশিং চায়বা ফুলোত্ত খাইতাবা, রাংখৈ তাবা নোংমাইথেম্বা লুখোই, খাই অথাম হৈরুবা, নাঙোই আঙ্গাং, অয়েকপা তাঙ্গো, লাইখা ইরোম্বা, মংশংবম থঙোই অসিনচিংবনি । মতম অসিদা মরু লাঙ্গোই লুখোইদি নোংদম শংলেন লৈফম্বা অসি থোইনা লৈকা লৈকমদে থোইং খোরম থোপুনা খোপুরৈ, নুমিৎ খুদিঙ্গী মরুগী হৈক্রু মখোংদা শংহুনা মনাও করো খুম্বোং বগতা রারি রাঙাই শাহুনা লৈরম্মি ।

মতম অসিদা বর্ত্তান ১) কুচু শংলেন কৌবা শং অমা শারে, শং অসিদা মঙোম ইবুংঙো অনন্তশাই মন্ত্রি, শ্রীভাস্পতী ভাকর শর্ম্মা, শ্রীগৌরশ্যাম শর্ম্মা, খম্বোং চন্দ্রমনি, চীংথংখোম্বা কর্ত্তাগা ৫ না থৌপুনবা শেম্মি ।

২) শংলেন অমনা চৈরাপ কৌট্র, শংলেন অসিনা য়াম্বা লুচিংবা সেনাপতি ভোরাম শাহ্না অকল অথৌর্শঙ্গা ফম্মি।

৩) শংলেন অমনা কাম্নোট শংলেন শেম্মি, শং অসিদা অথা মেজর লালশিং, চিংভাখম্বা মেজর নন্দশিং, শাৎপা মেজর থোম্বা, ভৌক্রুবা মেজর ভালবা, থুমম্বেম্বা পোইলা অমত্তা অসিনচিংবনা ফম্মি। সনা থোগন লকপশিংবু মাগী মত্তো মওং য়েংনা ফমশিন্দুনা সনা থোগন সুংঙাইনবা শিন্দুনা ফম্নোম থৌশিন-থৌপুনা থৌদা নোংদম্মি।

৪) শংলেন অমনা শেনবা শংলেন হাওমচা, হায়বা অমা শাই। মসিদা নবরাম সেলুংবা, চন্দ্রমনি সেলুংবা, তারাবা সেলুংবা, শৌরাইজাম্বা সেলুংবা অসিনচিংবনা কর্ত্তাগী লৈতেঙ্গী মরম্ব শেম শানবা থৌবু থৌয়েংখল্লি।

৫) শংলেন অমনা অপাম শংলেন কৌবা শং অমগা শাই। শং অসিদা ইবেম্মা মহারানি ভাংবম চনু মেতু লোইথোম্বী রাইরং লমকেৎপী হরিমতীনা লুচিংহুনা মথাদা শ্রীমতি চিংভাখম চনু দেবহুত্তী, থৈরোইরোন শাপম চনু সুংথিল চাইবী চন্দ্রমুখী, শ্রীমতি থুম্বোং চনু নোংগুরোন তবুংলাম্বী ভগ্যবতী, শ্রীমতি অথাম চনু থৈয়োইরোন থোংজাইঙম্বী ইবেম্মশিঙ্গা লোইনহুনা মৈতৈ চনু পুম্নগী শিন্দাক শিন্দম থৌদাহুনা চৎলম লুত্তিন তম্বীনবা শেম্মি।

৬) শংলেন অমনা— পালা খম্বা হায়হুনা পুং ইশৈ জগোইনচিংবা তম্বীনবা শেমহুনা মৈতৈ প্রজাবু মথল মথা মহৈ মশিং হৈনবা শেম শাহুনা লোইশং শাদুনা লোইশংবু লুচিংবা হাপুনা স্না পুক্লিং লৈবাকী চাওখৎনবা সুংঙাইনবা থৌবাংহুনা বিষ্ণুপুর কোম্নুংদগী কংলৈ পুংমাইয়োম্বা হোঙ্গৎনবা থৌরাংহুনা মফম খুদিংদা লোইশং মথল মথল শাহুনা স্না পুক্লিং সুংঙাইনবা লৈরক্লে।

শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর কার্ত্তা চীংলেন নোংত্রেন থোম্বনা সনা পুক্লিং সুংঙাইবগা লোইনহুনা মযুম ৭কী পিবা লুচিংবা ঐনা চৎলম করি করি থৌবুহুনা শেম্নগা লৈবাক অসিগী ফজবা সুংঙাইবা চাওখৎপা ওইগবা হায়বা মরমদা য়াম্না বাখন্দুনা চেপখি। শ্রীযুক্তোগী মংদা চহী ৭/৮ লোম য়োররবা অঙাং অমা লাকুনা সুংগুক সুংজাননা হোৌদোকখ্রে, "ভগ্যাচন্দ্র, জয়মনিসিং মিংলেন ৬ না লৈতেংবা নংদি ঐবু কাওরমানেদো ঐবুদি লোইবী ভাশমুখদা অযুক সুংথিম্না সুংশা য়ৈংনবা সুমিদাংদনা লিক্লা য়ৈহম্দুনা লৈহল্লগা নংদি কংলাদা নবুধৌশিঙ্গী থুবম তানফংনবা লোইশং মথল মথল শাহুনা প্রজা সুংঙাইনবনি হায়হুনা তোংখিদোরে, অচুরা লৈবাক সুংঙাইনবা থৌশিনবা হায়বদো ঐগা লোয়ননা কংলৈ থোঙ্গশি নবুধো গরিপতি পামহৈবনা কংলাবু থাদোক্লমদাইদা শেমখিবা কোম্নুং নবুধৌগী রাশকন্দম্বু ভাক্লকম ওইহুনা করিগুম্বা রারম ১ না হোংফদবনা নপাবুং শমজাইগা

নতোন অনন্তশাইগনা নিংথৌ ওইরোই রাশকুনা নবুধোগী রাশক ঙাকখিবা লাংথবাব কোম্নুং অসিদা নবুধোগী কোলোইগা মতমগী থৌরাঙ্গা লোইনহুন। লংথবান কোম্নুংবু ( ক্যাঞ্চিপুর কোম্নুং ) কৌহুনা নবুধোনা মধাব চর্য শঙ্কপ্রাণ নেত্তম বারি হায়বা চৎলম অসি লৌহুনা চৎখিবা মফম অসিদা নং ঐ মুনিৎ থৱা লৈরমশি, মতম অহুদা মরম পুম্মা থংলবা তাক্রমগে ঐদি রান। লৈরেদা ঐবু অমুক্তা মুম্না য়েংঙু” হায়হুনা মখেক অহুম থোক্না থেকুনা ওইনবগুম লেপতুনা লৈখি। মং অহুদা নিংথৌনা মিংম্না ইরা চেন্দুনা থোল থোক্না কপ্পবু মিকপ থোক্লবা ফাওবদা অকাওবা লৈতনা লৈরক্লে। ইবেম্মা ঙাংবম চম্নু হরিমতীনা চংলকুনা থৌগম্না হংজবদা মংলাঙ্গী মরম্নু থৱা তাকপীবদগী ইবেম্মসু মুংঙাইবন। অরাম, ওইথি নিংথৌগী মংদা তাকপীবা মরম অহুমক মতোন মস্তি অনন্তশাইদগু লাক্নুনা তাকখি। মং অহুবু মুংঙাইনা অরাবা অমা ওইহুনা ইরু মাইত্তারগ। শাগোল তোংহুনা লানমাংতোক তাম্না। নিংথৌ উনব। লাকপদ। নিংথৌগু ইক মাইতারগা মাঙ্গোন্দা মং অহুগী মরমদা মুংগুক মুংজননা লৈরম্মি। নিংথৌবু উবদা মতোম্না হায়, “করিনো মচা ইবুংঙো ম্মা মায়থোং রাখম্না থুমহৎপগুম লৈবিবা অসিবু নতোনবু মং অমতা তমজগে লাকপনি অহুবু তৌরিবা মতৌ অসিদা”! মহুদা কর্ত্তানা মং হাবব। মরম অহুদা “মরম অহুবু তাজ থংজনিংবদগী নচাবু মাংশোক্লাংদা ইতোনবু ঙাইহুনা লৈজরিবনি” হায়হুনা মঙ্গী মবম্ম মতোম্না তম্মি। ওম্বোক্না মুংশিঙ্খবা য়েংবদা পেঙ্গবা লৈত্রব, অঙাং চহী ৭/৮ তা মঙাইরিবা ১ বু লাক্লগা হৌগংলু অনন্তশাই নংনা লৈবাক মুংঙাইনবা থৌশিনবা হায়হুবু অশিরা কংলৈপুংদি নপা নচা থৌদা পুম্নগী শিন্দম ফম্নু শেম্লি লৈগদনা ঐবুদি শেমজি মফম অহুদা ঐবু য়াওদনা নপা নচাম লৈরগে হায়বরা ঐদি নথোয় অনিবু ঙাইহুনা রানা লৈরেদ। কোনবিনবা লৈতবনা। মীগী মীচাক চাহুনা লৈবসে ঙম্নক্লে অনন্তশাই নংবু ঐবু মুংশিন্দ্রথরা অমুক্তা মুম্না য়েংঙুবা মং ঐ লৈমিন্নশি নংনা ঐবু নাওকোনবিয়ু হায়হুন। ওইনবগী মতৌঙম্না মথোং কারন থানা অঙকপা কিরোন ১ বু শেঙ্গুনা রাহোং মহুগী ভুমাইগুম্বা অমা মকোক। থেংলগা লেপ্লুনা লৈ। নম্তোম্না মুংশিহুনা মনাক্তা চংহুনা অঙাঙ্গী সেগাদা পায়হুনা কৈবম্নন। পম্নগা মং অহুদা কোম্নুং অনৌবা কাঞ্চিপুর লাংথবান্দনি হায়গুম্না হেক চৎলি। অহুদগী ১খা অমুব তানা মিকপ থোকুনা অসিবু ইচা ইবুংঙোদা তমজরগা অরাব। রাখনবু কোক্কবরা লাকচওনি। মহুনি নচাগী মংদগু তৌরম্মিব। অহুগীদমক্তা নচাবু লাম্বা ফংদনা লৈজরাম্মবনি হায়ংতুনা লৈরিঙৈদ। কাইনা চৈংথোংতাবা পাঙনবম ওমান। গুচিংহুনা ম্মা নাক্তা চংলকুন থুকমলৈ। ম্মা থুয়াথাদা পুরুমজরি “মতোন ইবুংঙো পুরুম লৈপাক্লজনা ননাইদি কাইনা চীংয়াদা লৈজবা পাংঙনবা ওমা হায়বা অহুনি পাউ অমতা তমজগে লাকচবনি। মুংঙাইদা ওমা নংন। থবা তাব। নিংখিনা তমহুনা ঐগী অরাবা অসিবু অমুক্তা

কোকহনবিয়ু কদাই কমদোবা ওমা । নিংথৌগী রা তাবদা পাউদম্বা ঙমদনা মথুং লোন্নহুনা লৈশ্রুবদা কৈদোয়ে ওমা নঙ্গী পাউবু তাহল্লরোইদ্রা হায়রোনে ওমা । "ননাইনা ঙক্নংচগদৌরিবা মরম অশিবু ননাইবু য়োল্লগত্রা থল্লে । করিনো ওমা নংনা তাবা থংবা অহুত্তা হায়বক্তনি মহুদা ঐবু চিংনফম থোক্তে মফম অসিদা ফম্লিবা ঐ অসে রায়েন শংদা ফম্বা ময়ুম ৭ পু লুচিংবা চীংথংথোম্বা কার্ত্তা নত্তে পাংঙনবম ওমানা পুরকপা পাউত্তবু তাগে ঙাইবা ঐনি হায়হুনা মত্তোনগা তাগদবগী ঙাইহুনা লৈরে । ওমানা নিংথৌ অমদি মন্ত্রিবু পুরুম্না নিংশিংজে ঐথোযনা লৈবা কাইনা অসিদা মৈতৈ নিপা নহা মচা অমা হাওন্নুবী লাংয়াইনু কৌবীগী ময়ুমদা চাহুনা থক্কুনা নুমিৎ থুদিঙ্গী লৈরে মরম অসি মৈতৈ ঐথোয়গী চৎলমদি নত্তবনিনা ম্না থুয়া থাদা হঙ্গৎহৌত্রবদি ননাই ঐথোয়না থূপচানহুনা থম্বা তাবক্কুনা ননাই ঐথোয়বু ম্না থৌগল তুংদা য়ারক্লোইদ্রা থঞ্জহুনা রাকৎচবা লাকচবনি । ওমাশিং নিপা মচা অহুদি কনাগী মচা মগুনো মমিং করি কৌনা ? মহুদি ননাই ঐনা মুম্না থংজদে হাওন্নুবী অহুদি থংঙি ননাই হাউন্নুবী অহুনা মরম পুম্বা থংলম-গনি । অহুদি হাওন্নুবী অহু কৌহুনা মথম অসিদা পুরকউ হায়না নোংদমহুনা কৌকহদা হাওন্নুবী অহুনা কিহুনা "ঐদি নাহুনা লৈরিবনি চৎচবা ঙমথিরোই" হায়হুনা লাক্রে নিংথৌদা তম্নহুনা মনাই থরা থাহুনা হুলাইদা পুরকউ মাবু অকি তুজুংহনগনু তাকপীহুনা ম্না নাক্তা পুবক্লে । হাওন্নুবীনা নিংথৌবু পুকম্না ননাইবু কৌবিবা সনা নোংদম করি তাকপিগদবা ননাইনা লানথিবা থিঙ্কিকপু ফিগাও শানা নিজরি । ইমা নংবু ঐনা কৌবশে অকি তুজুং লৈগনু অৱাবা করি পিরোই ঐনা হংবদা ইমা নংনা থংবা তাবা মরম পুম্ববু থুঙ্গীদনা তম্বীহুনা ঐগী চীংনবা অসিদদি কোকচগে । তাকপীনি ম্না য়াথং থুয়া থানা ননাই ঐগী অচুম্বা পাউথূম্নি সনা নোংদম তম্বীশি । ইমা নঙ্গী য়ুমদা মৈতৈ পাথং মচা অমা লৈ হায়বা অসি চুমত্রা ? নমাইগীদা থা থক্কুনা লৈবা নত্তে । ননাই ঐনা পাম্লো শুবদা চানবা চয়োম পুহুনা চৎলি, পাম্লো মৌরমদাইদা লম্বীদা থক্তুনা নহা মচা অম থোরক্কুনা মথুৎনা মবুক্তা নান্দুনা হায়, "ইমা নংনা পুরিবা চযোমহু করিনো ঐবু শিক্তা পীজরম্মুগ। ঐগী কনা লৈজত্রবনি, ইমানা অমুক্তা নাওকোনবিযু অরাম থোরাংবনা নচা ঐবু থংবা ঙমদ্রে, মপুক পায়হুনা ঐগী মাংদা থক্তুনা লেপ্তুনা লৈরমবদগী ঐগী থুক্তগী চয়োম্বু মুন্দুনা লৌরগা অহুম থোক্লা য়েল্লগা শরুক ১ দি মাগীনি হায়হুনা চাই । অশুম্না নুমিৎ থুদিঙ্গী ঙাইহুনা লৈরম্মি, নোংমদি চানা থক্লবা চয়োমদি শেম্মগা হকচাং ঙমদহুনা চত্তুনা হিপ্তুনা লৈরে । মতম অহুদা অঙাংবু লাক্লগা থোংজিন ২ বু পায়হুনা ইমা নংদি ঐবু চাক পীজত্রবাদি ঐবু লুংশিত্রবরা ঐদি ইমানা পুরক্কনি হায়হুনা ঙাইহুনা লৈ, ইমানা মরাক্তুবা অসিদা লাম্বনা থাংঙমজহুনা লাকপনি কদাই ইমা চাক, ঐগী চাক পীরো হায়হুনা ওইনবগী মত্তৌগুম্না লেপ্তুনা

লৈবা মশকপু উকদা ননাইবু ঙমদে হায়বগী হেৈগত্তবা ঙমজদে । হায়রকপা মাহৈ. লেপথিবা ফিরেপ, শেৎলিবা ফিরোন ননাইমা য়েংবদা ইপেন্দা পেল্লে । নহা মচা অহুনা য়ুমদা লাকুনা চাথিবা হায়ববু নুমিৎ অসিক্তনি, চাব থকপা লোয়রগা অহুম চৎখি, মহুদমীদি সনা মাখং কৌ-থৎতুনা তংলিবা মরম অসিনি মরম অসি ঙরাংতনি ননাইগী য়ুমদা অঙাং অহুনা চাখিবদি । অহুদি ইমা অঙাং অহু মশক্তি থংব্রা মমিং করি কৌবা মাগী লৈকম থংব্রা ? মশক্তি উরবশু উত্রবশু থংজে লৈকমদি থংলগা মফম অসি মক্তদা লৈ হায়বদি থংদে । ইমা মমিংদি করি কৌই হায় ? "পঞ্চযুক্তেশ্বর মহুত্তদি ঙাকপীয়ু অঙাং অহুনা হায়রম্বা মাগী মিংহুন ৭ অসি হায়দোকপা মুমিত্তগী ইমা নঙ্গী নফমদা ঐ লাক্লরোইদবনি কনা অমত্তদা ঙাকনু হায়রম্মি । অঙাং অহুগী মকোক্তি শমদি ইফা ফাবা মশমগী মরক্তা রাংহোং উচেকী মতু অমা থেৎচিল্লগা মথুত্তা রা মতাং মচা অমা পয়রুনা হন্না হন্না লেংহুনা চৎখ্রগা খরা খাল্লগা মখোং কারনচন্দুনা রা মকক অহু মথুং ২না খাজত্তনা মতীনবান্দা থল্লগা হায়রকপা, হুইগী মখোন ময়োলবু করি করিগুম্বদা খোংলকুনা তাবদি ননাইগী পুক্লিংগী তু নফম ওইজবদমী খোইখিহুনা চীংমাই অহুদা লৈবা উচেক রায়। ফাওবা খোংলশ্বদগী তেকুনা অরাংবা উশাদগী অনেম্বা উশাদা মহৈ মহৈ চোংথনরকুনা অঙাং অহুনা খোংবা হায়বা হুই ময়োলবু তাহুনা মপুক হরাও ঙমথৈ লৈত্তনা অঙাঙ্গী মনাক্তা শায়ত্তুনা লৈ" হায়রম্মগা হাওন্নবী অহু খোন খোক্লা কপ্পুনা মিংম্না ইরা চেন্না লৈখি । পঞ্চযুক্তেশ্বরনা লাংমাইরুঙ্গী মখোং পায়হুনা ইরা চেম্না কপ্পুনা হায়, "ইমা হাওন্নবী মরম অহুগীদমক্তা ঐনা হংজরিবনি অহুবু ইমা ঙাক্লম্বা মিংলেন অহুত্তদি হায়বিয়ু নচা ঐবু থং-জহৌগে ইমা, ইবুংঙো মাগী মরমত্তবু তাজ থংজনিংবগী ইমা নঙ্গী মফমদা নচানা হংজবনি ইমা নঙ্গী নয়াখংদগী কাৰ্ত্তা মচাগী অশাবু কোকচবা ওইজরগে ইবুংঙো মাগী তাকওম্বা মিংলেন অহুত্তদি নচাদা তাকওনীবা ওইবিয়ু" । পঞ্চযুক্তেশ্বরগী রাবু তাবদা হাওন্নবী অহুনা পেনখ্রহুনা হায়, রাজ রাজেশ্বর ঙসিদগী পঞ্চযুক্তেশ্বরগী ওইবিথরে। ননাই ঐতোন্দা তাকপিখিবা মিংলেন্দি অহানবা (বিজোই নাথ গোবিন্দ) কৌই হাই । নোংমনা ইমা ঐ অসে শ্রীগোবিন্দ হায়বা অহুনি হাই, নোংমা অমনা ঐদি গোপিনাটত্ত কৌই হায়না তাকই । মোংমা অমনা ঐদি (মদনা মুহোন) কৌই হাই। নোংমা অমনা (নিত্য অনন্দ) হায়বদো ঐনি হাই। নোংমমা অনুপ্রভু হায়বা অহু ঐনিদো হাই । ঐনা চত্তহুনা য়ুমদা লাকপা অহুদনা ইমা ঐদি আকৈত্ত্য) হায়বা অহু ঐনি, ইমা ঐবু মীতোম্বা থক হায়গনু ঐ চংলগে হায়হুনা চৎখ্রগা ঐনা মাবু উরম্বদগী উথিদবা অহুনা ইমুং মন্নুংদা লৈবা ঙমদহুনা ইমুংদগী মপান্দা চেম্মোকুনা য়েংবদা নুমিৎ থুদিঙ্গী মাগী কুচ অনৌব নোংনা তমজবা থরো অশংবা মচুবু মাংথিহুনা থুদক অদত্রা সনা

অহিংবনা তমজবা কুচু অমবু ওইহুনা ননাইগী পামলো চৎনবা লগী মগ্নাদা হৌরিবা থৈনোং অচৌবা অহুগী মরুম ওইনা চংথগা উবা অহুম ফংখিত্রে, অঙাং অহুগী রাথলা ননাইবু অনা লোইহুনা গুরাংদগী লৈরক্লিবা অসিনি । মা অসি তাবদগী শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর, মতোন ইবুংঙো অনন্তশাই, হাওজুবী লাংয়াইজুবু কোন্দুনা ইমা ইমা চারনা মপী মপা কায়নবগুম্না অঙকপা ফংনা ওস্থোইনা কপ্পুনা লৈনখ্রে । পঙ্কযুক্তেশ্বরনা হাওজুবীগী মখোং শোক্লা সনা খুং অনিনা কোন্দুনা নোল্লুক্লা হায়জরকই, লাইবক ফবী ইমা, ইমা নংনা পাপ চেনবা কার্ত্তা নচাগী মমিৎ তাংচবা রাথল অসিবু ইমা নংনা পাংথন্দুনা তাইবংপানবগী চৎলগু অমুক্তা উহনবিয় ইমা নংগী মফমদা নচানা হুম্না হুম্না হংজবদি ইবুংঙো মাগীদমক্লি ইমা নংনা মফম অহুদা নচাবু অমুক্তা পুবিয় ইমা । কদাইদনো ইবুংঙো মহাক্লা থোয়রকপা মফম, ইমা নংনা চাক পিজবা মফম অহুনা কদাইদা পাপ চেনবা নচাদা তাকপীরো” হায়না মফম অসিনি হায়কম লৈতনা অঙাওবগী মতৌগুম্না হাও-জুবীগী মখোং পায়হুনা ওস্থোইনা লৈখ্রে । মতোন মন্ত্রিনা শ্রীযুক্তেশ্বরবু কোনথত্তুনা হায়, “মচা ইবুংঙো সনা পুক্লিং তপথবিশি মফম অসি মচা ইবুংঙোগী শংলেন শঙ্গাইনি কাইনা চীং নত্তে, ইমা লাইবক ফবীগী তুংইন থোগম্না কাইনাদা লেংনবা তৌবিরগা য়াইফবী ইমাগী ময়াথং নোংদম্না মরম পুম্বা তাকপীহুনা সনা পুক্লিং থুংলনি, মিৎস্না ইরা চেন্দুনা অরাবা রাথম্না সনা হকচাংবু শিনবা থুংনা থুমহৎলগ্নশি তাম্বেং ময়ুং শাংনা পাক্লা তানফংনবা মরম্বু লাইবকথিবা নত্তোম্না থৌপুজবা ওইজরগে” হায়না শ্রীবু কোনথত্তুনা কাইনা চীংদা চৎনবা থোরাংহুনা সনা পুক্লিংবু ফাওমখ্রে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮৭৬ নোংদালাই কুমশিং ১৭৬৮ শাঃ ১৬৯৭ চৈথাবা হাওমচা অল্রামগী কুম পোইন্সুগী ৩ নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা লমাংদোং কোন্নুংদগী কাইনদা খোংলেঙ্গদবগী খোংশাম্লে সনা খোগল পুম্বা পাউ চেন্দুনা । মতোন ইবুংঙো মন্ত্রি অনন্তশাই, মতোন ইবুংঙো সনাপতী হরিচোরন, মতোন ইবুংঙো সনাপতী ধরশাই, ইবুংশি খ্বাইরাকপা কৃষ্ণসাই, ইবুংশি কৈথেল্লাকপা মোহোন শাই ইবুংশি গঙ্গকৃষ্ণ, মতোন ইবুংঙো উরুং পুরেন গদধর শাই, লৌরুং পুরেন মতোন ইবুংঙো হরিশাই, মতোন ইবুংঙো ছুলোভ শাই, উরুং পুরেন মতোন ইবুংঙো ধনশাই, অথা মেঙ্গুর গৌরশাই, চিংঙাথম্বা মেঙ্গুর নন্দ, খুমনথেম্বা পোইলা, হুইদ্রুবা শুবিদার, খাবম লাকপা শাইখ্বা, নবরাম চোরোল, নহারুপ্লাকপা মোংজাম্বা, থাং কানবা তান্দে, থাং কানবা নন্দশিং, চন্দ্রমনি সেলুংবা, তারা সেলুংবা, শোরাইজাম্বা শ্রীদাম, কবো খুম্বোংবা, মেপা পোইলা, কাংজাম্বা রাঙম, গৌরশ্যাম শর্ম্মা, ভাশপ্তী ভাশকোর, রুপপ্রমানন্দ, গুপ্রনন্দ শর্ম্মা, অপ্রনন্দ শর্ম্মা, মহান্ত রামগোপাল, ঙাংবম কৃষ্ণদাশ, অধিকরি কামদেব ব্রজবসি, খুম্বোং চন্দ্রমনি, মতোন ইবুংঙো

হায়না কোন্নুবা ওঙ্কোইনা লৈখি। অতুদা প্রজাশিংদা অঙকপনি মপু নঙী লিলা মকম অমি ৪ঌ রক থিররা মফম্নি অশুক চাউনা হৌরিবা অসিবু উহন্নবনি অঙকপনি” হায়না শোন্নহনা পুক্নয়খি। মতুং অতুদা মতোন অনন্তশাইনা মূর্ত্তি ওইগদবা পামেন অসিবু করি কমদোনা চৎকদবনো নোংজৈনবা তৌবিসি। পামেন হায়বা তাবদা নিংথৌনা ঙিং পাংহনা য়েংবদা পামেন থৈবোং ওইরমহনা মনাই গৌরশ্যাম শর্মনা হৌনবী ইয়াংহন্দুনা মফম অতুদা থাজা অমি চুপ্পা সেবা তৌহনা লৈখি।

চৎথরিবা চৎলম্নু লুখোইনা অশুম রাখল্লগী হিং মপুগী মশক লেপকদবা পামেন অসিদি খুদম অমা পিরকদৌরিদনা ঐবু করম্না য়েংহনা লৈগনি মসিদা তাকনুবগ ইচিন ইরা চৎপা মতমগু নত্রে মথোয়না হংবগু নত্তবনিনা হায়রহনা কাম্নক্রে য়ানবা মতম ফাওবা মফম অমদা ঙাই-হাক লৈরুখিগে” হায়রহনা তুমিম্না হৌগত্তুনা কাইনা লোকচাও তম্না চৎখি। লুখোইনা লাকপা অমি (লমঙন মাহন তুবি তরংবা পাথংবা লৈহনবমা) উরহনা লোক অতুদা থঙুনা ঙাইহুনা লৈখি। লুখোইনা কম্নিগী থংলিবনো হংবদা পাউদাকই। নখৌ নঙম লোমদরি কদোবা চৎপন্নো পাউদাক কনানা পিহুনা তুঙী লম্বী থলবা, শিল্লরম্বদি নংতম্নি নখৌ লোম্নমখো” হায়না থামহুনা লোকহুংদা লৈহনবা পাথংবগা ঙিলুক রাখী শামহনা লুখোইবু থামহনা থরখি।

থুম্বোং চন্দ্রমম্নিনা থৈবোং য়ানগদবগী তুমিং য়েংহুনা লমদাগী ২২ নি পানবা য়ুমশাকৈশগী চুমিং হেক থোকপদা পুকম থৌনি লোকহনা পাংঙনবদ ওমানা শিংজং পায়হনা থাং থাম্মে। শিংজং হেক লৌথোকহনা ২ রক য়ানগে তৌবদা থাগুন অহুদগী থোম্বকপা ঔনা পুঙাং ঙাংহনা মফম অঙ্গুম্ঔ তানা অঙকপা ওইনা থাকপা লৈতনা লৈরম্রে। নিংথৌনা মথা তাবনু থামহনা রাজোই থেম্নানা হংঙি, মাইচৌবা তায়, “নিংথৌ অসিদি অতৈনা থকহনবা ঙম্বোই নিংথৌ মা কোকথোনবু ভাগকরদ পিহুনা থাগুন অসিদা ফিনা য়েংশিন্দুনা মেম্নগা থুবাক মম্নাইদা মপুগী মিংগৈনবু শোন্দুনা মেম্নবদি খুদক অঙ্গা ঔ থকখিনি। নিংথৌনা হংঙি মম্নম অহুদি করিনলো ব্রহ্মন বৈষ্ণব অওবা প্রজা অথবো অহৈবা পুকনা সেবা তৌজবদি থক্রুগা ভাগকরনা সেবা তৌরদ্দা থক্কদি হায়রবা অসিবু”। “সনা য়াথং হংবিবা মরম অহুগি অনুপী মরমদি মরু থুরাই তাংবা পণ্ডিট লুখোইগী অফমদা হংবিরগা চিংমবা পুবা কোকলিমি”। খুদক অসিদা নিংথৌনা মরু লুখোইবু থিরম্রে; মফম অহুদা মরু লুখোইবু য়াওদব অহুদা পণ্ডিট থেমানা সনা মঙ্গা চংহুনা “মরুদি থৌজোক অমি উহনা য়েংনিংদবনা মফম অসিদগী থগ্না থাম্না চৎথোক্নুনা লৈরমাদ্রে অহুক থিজম্নিগে”। ইপু পণ্ডিট থিল্লে মরুবু ঐনা উনজলিংঙি। থেমা পণ্ডিটনা থিরকপদা কাইনা লোকচাও ইরোক য়োংশিদা লৈরমহনা মরম লুবা তম্নহনা মরু লুখোইবু কৌওজলুবদা

হায়, পণ্ডিট খেমা নখোয় খ্বাই লৈরিঙেদবু থৈবোং অতুবু য়ানবদা ঈ তাবা থোকপা হৌমল্ল্যা মরম অছু উজনিংদতুনা চংথোকচবনি . কাম্বরোই পণ্ডিট নং ঐগী মতম লোয়ে থনমবা অথিবা অথংবা য়াওরোই মপোং ইপোং মশক থংদনা ইপোংপু মিরাইরগা মীপোংনা ইপোং শানা মপুক লুবাক মনুংদা চেকশিন্না উদ-থংদনবনি হায়না থম্বক্লবি, থৈবোংনা থোঙ্গাতুনা ক মদন কমা। য়োঙম্বা ফাওববু ঐনা ভাই-বনি লৈখিনবিনবা থরবু তাংঙম্লগত্র হায়বগী, করি মরমগী পঞ্চযুক্তেশ্বরনা ঐবু অতুক হংবিবা ? থৈবোং অসিগী মরমদা হংজনিংবা ওইরমায়ে। সুংশিদা হজদবা মতমদদি হংদ থোকঙমতুনা নোংদমখ্রবা মতুংদা নিংশিংখিবা লুখ্রেদা অতুথু পিবানা কৌবনিনা চত্তবদি যাদেদো লৈকনবদি লুখোইনা ঙমথিক্রেদো নোংদম্না হানখ্রবনিনা" হায়তুনা পণ্ডিট খেমগা মরু লুখোইগা লোইনতুনা লোক অতুদগী থোরক্লে। মতুদা মরু লুখোইনা হায়, "খেমা পণ্ডিট ঈ শিক্তবা থক্রিনা মতু উনিংদবগী ঐ চংথোকপনি ভাশকরবু ঈ অতু থরুবা অতুক তৌহল্লুখো ঐ য়ৌনবা লাক্লগে" হায়তুনা খেমা পণ্ডিটপু হায়া থারতুনা মরম পুম্বা কাইদনবা পণ্ডিট খেমানা থৌশিন্দুনা শিধান্ত ভাশকরনা সনা নাক্তা কোকথোনবু লৌতুনা থৈবোং অতুগী মশা পুম্বগা থাংথুন অতুগা পায়না কন্না য়েংশল্লগা মথুং থুবাক্তা ব্রহ্ম নাম্বু শোন্দুনা হেক মদুদা শিম্বরম্বা ঈ অতু কেক্তা থকখি লুখোই মরক্ত সনা হেক থুংলে। সনা নোংদম তাকঙম্বীগদবা করি লৈবনো তাকপিশি। ইপুবু ঐনা উনজনিংতুনা কৌজংদি কনা অমত্তনা ঙমখিত্রবা ভাশকর শম্ম না থোগল্লগা ঈ থক্রিবা অসিগী মরম, শ্রীমূর্ত্তি শানবগীদমক্তা য়ানবদা ঈ থোক্লিবা মরম অসিবু হংজনিংবগী কৌজবনি। মরম অসি মহারাজ নবুথৌ পামহৈবা গরিপপতি সনা হাক্তক্তা ভাশপতি হায়বা অসি অঙাং ওইনা সনা থোগল তৌতুনা লৈজরশ্মি মতম অতুদা নবুথৌ মহারাজগী বেবস্তা ওইনবগীদমক্তা বাপু মশেন মুরমকই মতুদা নবুথৌনা হায়, বাপু পুম্বা ঐগী বেবস্তা ওইগদবা ঐনা হাপকদবা বাপু মশক্তি কেথাও লৈবাক্তগী লেংবিরক্লবা শ্রীমহাভাগবোট অসিবু পাঠ তৌবিতুনা মৈতৈ ইলোন্দা হাইতুনা ঐবু তাহন থংহনবা ভম্বা বাপু অতুদা হাপচগনি হায়তুনা শ্রীভাগবট পুয়াবু পাঠ তৌগদবগী বাপু পুম্বা তিন্দুনা লৈরে। মতম অতুদা শ্রীভাগবোটকী অর্থ তাগনি হায়তুনা মরু সিধান্ত লৌরেম্বা, থেজ্রা অনিবু লেংলক্লুনা শংলেনগী লৈত্তেং ওইনা ফম্মি। মরু অনিগী মাংদা বাপু মখৈ পুয়া পাবদা ফম্নবা থাবা থুদাদা ফম্বা ঙমদতুনা পুয়াবু পাবা ঙমথিদবমা মথোক্ত বাপু মখৈবু পাবা ঙম্নবা মকম থুদিংদা চত্তুনা তম্মুখো হায়না নবুথৌনা নোংদমতুনা লাইরিক তম্বা মাগী মাগী মরমদা চংনখিতুনা শ্রীভাগবোট পুয়াগী অর্থবু থংনবা তম্মখি। ভাশকর অসিনা রাথঞ্জবদা লৈবাক অসিগী মৈতৈ মরু লৈঙম্বা অসিবু মীয়বাক অমদা বেদ শাস্ত্র। তম্বা লাকই হায়বা থোইনা তাবত্ত লৈতে পুয়া থুদিঙ্গী মরমদা তাংলবদা মরুশিং অসিগী মমাংদা ফিরুপ থুমতুনত্তা মহম্মরি মরম অসি করি লৈবনো রাথনবদগী মরু অনিগী য়ুমদা

শ্রীভাগবোটকী অর্থ তাকপিয়ু হায়রকপদা মরু শিধান্ত লোয়েম্বন; মহৈ তমুবা মকশু তাকপিগদগী নোংখোক লৈহৌ চীংদা খুৎহোৎ পুয়া=শিখিকা হায়ববু তাম্মে। কাইনা চীংদা শ্রীভাগবট পুয়াবু তম্বদা পুয়া খিবিক্কী মমা ওইব, ইঙো লাইরেম্বীনা নোংদম্বী। পুয়া অসিবু পাব, পাদবা লৈতনা নংনা হায়গে খঙ্গে নিংবা অহুমথৈ নোংমা নোংমগী অকাওবা লৈতনা হায়জব; ওমদুনা লৈবাক অসিদা লৈবা খিবিকপু তাহন্দুনা থংহনবা ওক্তজরু” হায়রনা নোংদম্বীহুনা মথম অসিদগী হল্লকুনা নবুধোনচিংবা মরু লৈবখিবিকী মমাংদা শ্রীভাগবোট পুয়াবু তাননবা পাবা হৌব; তুমিং অহুদা ফাক্কুনা য়েংলম্লগা মতুংদদি চুম্না পুয়াবু মাংদতা থারগা লৈবাক অসিদা লৈবা খিবিক্কী থংনবা মশক মশক অতুগী মরোম্দা অর্থ তৌহুনা তাহন্দুনা থংহল্লি। অর্থ অসিগী ময়েক অসি লাতম্না অশুক শুবা পুয়া মশিং অশুক্কা হায়রি ইরি হায়না থংহন্দুনা লেমন মরম মশক অহুমদা অর্থ হন্দুনা মীপুম খুদিংবু থংহন্দুনা নবুধোনা লৈবাক অসিগী বেবস্তা হাপ্তুনা চীং অসিগী মমিং কাইনা হায়বদগী ভাশকর মুখগিড়ি থোনখি। ভাশকর শর্ম কৌরম্বদগী শিধান্ত ভাশম্পাতী ভাশকর কৌহুনা নবুধোগী বাপু মিত্তিন্দা লৈরক্লবনি। মহারাজ ঈ থোকপগী মরমদি হান্না লৈরকইব; ভাশম্পাতী ভাশকরগী মফমদদি পুবহংদবা অরিববু অনৌবনা নৌনম হনবদগী ত্রিমুক্তি ওইগদবা পামেন থৈবোংবু উনা উনা উরুন্দ্রে থিবা রাওরখি, মশক অরোইবদা থোক্লগদবা অমগী লুরাইদা থাংথল্লে। মশক অতুগী লুরাইদগী থোক্লকপা ঈনা মালেম লৈতাখিবনা লৈবাক অসি মতম থরগী মতুংদা মপা মচা মচিন মনাও শকথংমদব; হৌরনি, মীয়োন অনিগী মমুংদা মপা মচ থংনম্নক্কুবগী তেঙ্গোল অহুম থোক্না অচাও কোন্সেং হান্নরনি। শম্পোৎ অমা তাক্লমদাই “রাকোল্লে; রাকোল্লে; চীংদগী রাকোন্না তমদা তাগে হায়রনি রাকোনগু কাব; লিকাবা রাকোন কপনোই নোই, বাপু নত্তে পুরুমদে পাথ্র লুখ্রা তুনানবী রা থং থংতোকশি মশক্কা থোকওম্নকনি। শম্পোৎ অনিনা তাকল্লগা কোন্দে শম্পোংনা লৈয়োইহুনা তাকওমগনি লৈবাক লৈবাকপু। মতুং অনৌববু অরিবনা নৌনমহুনা ময়ুম য়ুমফম থিজন্নহুনা অরিবনা নৌনা কংলৈ যাত্রা হুম্না লৈরনি চহী মশিংদি হায়রয়োই থোকওম্নবা ইমাওশিংনা থাওমজবা ওইশঙ্গ লৈকন লৈঙাক লম্বীবু লাকওমহুনা লৈশেমগদব; মহাক্কো মহাক্কনা মহাক ওইবা মশক্কা কংলৈ খোঙ্গারমদাইদ্য ঔরাং লানলুম্বা মাম্নহনবা খোঙ্গাবনা কংলৈ পুংমাইয়োনবু হান্না খোঙ্গানা লেপ্পনি” হায়রনা নোংদম্না তাক্লগ; মতুংদা থৈবোং অসিদি অরেম্বা মশক য়াওদে মতম মতম্মু য়েংনহুনা মশক ৭ পু থোক্লদৌরি মরু লৈথোং লেমফু য়াওনা ফুক্কবা তৌওম্বীয়ু হায়না তাকুনা ফুক্কবা থোরাংখি। মতম অসিদা মরু লুখোইবু পুরুম্না কোথোক্কুনা পণ্ডিটশিংমা নায়োন নাথূপ্না লাকওমগদবা শৈহৌবু হংওমহুনা তাওম্মি। পণ্ডিটশিংনা মফম অহুদগী তুমিন তুমিন্না হৌগত্তুনা চংনখিবা উবদা কাত্ত্বাপা মতোন মন্ত্রি অনন্তশাইগা অনিগু

কন্নি তৌরবনো পণ্ডিটশিংনা রা ঙাংদনা হৌগন্তুনা মথং মথং চংনখিবা অসিবু হায়রা থন্নদুনা পণ্ডিটশিংবু থামগদবগী চংনখিবা মাইগে য়েংদুনা খিন্নকই । পণ্ডিট মহাম্না টকোই কোইনা ওই-য়েং ফম্নগা মরু লুখোইনা উহং উরং শাম্বী=তুলশি পাম্বী রাই অনিনা কোনবা অমগী মখোংদা ফমদুনা থোক্লগদবা লাংওন লাংদাই শৈরোইগী পৌরাবু মথং মথং হায়দুনা তাহন্দুনা খংহল্লম্মি । পৌরা অদুবু তাবদা কার্ত্তাগু মতোন অনন্তশাইগু রা ঙাংবা য়াদদুনা মরা অদ্বাইদা ফমদুনা পৌরাবু তাদুনা লৈখি ।

শান্নখিবা পৌরা : মীরোন পুন্সি নোংদম অসিগী মমুংদা শৈহৌ শৈরোই লংদাই অমা অমুক লাক্লেদো মতাং অসি রানগু মুংঙাইবা মুংঙাইবনগু লৈতাদনা রাঙন্নরেদো । ভু, বগী শিংখোংদা তাম্মেংবগু ভানফংড়ি, মরৈ মথুপ হৈত্রবদি তাক্কমগু ওইদৌরি, মশা চংলম থৌয়াম্বা মতম অসি থাংনফম্বু ওইরেদো, পাংকী থরো লাইনৌ তাবীগা ইংখোন্দগী সনাগা হামিরোন্নবদগী ইংখোন্দগী সনাবু হাওগী ইংখোন চাইগোইমুংদ। তরং মালং কোইজাইনা পানগুন্নবা মহাক্তি তয়ুম নৌনম চন্নু মাগী থৌরাংনা ময়ুম রাংথৈ পম্বোংবু থুংাক থুনশিন্নখিনি । মপুক রাথল চাওবা (ব) দি নোংপোক চীঙ্গোন হন্নচীং লৈহৌ চীংলেন খোঙ্গাদুনা মানা নিংববু ভানকংগে হায়দুনা খোংদন ফম্বু থিঙম্বদা শম্বন শাবা তোকঙানা মশিন পশিংথোকুনা মরুবু পম্বেংলমদাইদা অমং থরৈবু তাম্বেংফম্বু ফংদুনা ময়ুম ফম্বানবু লৈকুম্নতুন। লৈবাকপু মরা তাদনবা লৈবাকী মরু লেমফু থংলৈএ, মতাং অসি মাবু কংলৈ সনা মংলেন্দা মশা লৈতুমহল্লবদি অরা লৈকোকচবা য়াঙম্মি । মংলেন মপান লৈতুম্না লৈতিম্নহল্লবদি তয়ুম নৌনম চন্নু মাগী থুংশেম্না মচু মঙান শেংদবনা মৈতৈ পিবা চংলম লুতিন লিংদুনা লৈবাক ইয়াং হৌনবু লাইজ ইনাং তাঙমদুনা লৈশিংলে, অহৈ অশিং য়াম্মনখিবনা লৈবাক চংলম্বু লৈখিনদনা তয়ুম লোরম চাবু লৈতিন্দুনা ময়ুম মশক মচু থংদনা কুমজ্জ। ৭ পু রায়েন থৌপূ শংঙমগনি । মতম অসিদা লৈবাক লাংওন লাংদাই শৈহৌ অমা ওইরনি, অমম্বা তিনথোং লাইথোংবু ঙালহন্নবা থৌপুহৌ, পাথংবনা কোজনবা মশল লাবনা কোম্থিরগা ময়ুম কম্লেনবু থিদুনা কংলৈ পুংবু তানফংনা ময়ুম মচু মঙানবু থিজন্না লৈঙাক্লবা শৈফংজবা তানফংদুনা তয়ুম লমলোচা অয়াম্বগু মাগী মাগী থুনফমদা হন্নখিদুনা মপা মচা ময়ুম মশক থংনা লৈঙম্ববু শৈহৌগনি । মতুদা খেমা পণ্ডিটনা হায়, ওক্লে মরু তোকঙবীরো শ্রীপঞ্চমুক্তেশ্বরনা মকবু খিঙন্নকলি । মতুদা মরু লুখোইনা পঞ্চযুক্তেশ্বর মহারাজ সনা চোরোন্দা থৌগন্নোন কাই-শ্রমান্নে অহনগী মতম ওইবনা রাথন পেংবু চোইদুনা কুথোই খোইমন য়াংশ্রমান্নে মিত্রেং মঙম শোইবনা পাংশোই নিকপা মিংয়েংনা থৌজাল নোংদম্বিও । মুংঙাইদা ইপু লৈজবনা পৌরা থোক্লগদবা কয়ামুবপু তাজদুনা থংজবা ফংজন্নি ময়ম পুম্বা অসিবু মুংশাং তুংকোইনা নগুনা চংঙমদুনা

কাওক্তমদনকা খোঁইপুক্না চংচগে নগুবু থাদোক্লুনা চংঙ্গশি তৌবিয়ু নগুবু ইপুনা মতম থরবু ন'ওংকান্দুনা থম্বীখো। "অঙ্গশিদা সনা য়াথং নমাই নপূ লৈতবগী সনা পুক্লিং থাবিয়ু মতম অসি থিংবা য়াদবা মতম্রি, ত্রাইরংনা মপুক থাথল লিংদবনা মরু লেমফু অমত্তদা মথন মচা থম্লহুনা মপুক অরাং কাংহুনা লাইমিং লাইশোনবু মশক খংহল্লরবনি মরন অসি নবুথো লাইনিংথৌনা উহুনা মপা মপু মশক খংদনা মানা মানা হায়নিংবতা হায়নরিববু মপা মশকপু খংহনগে হায়হুনা মৈতৈ লাইনিং চংলমদা লাইমিং লাইশোল অসিবু লৌশিন্দুনা চংলম লুত্তিন ওইনবা থৌরাং থৌশিন্দুনা চংনরকলিবশি মশক অমত্তদগী অচং চত্তা লেংডি পাল্লিবা পুম্নবু খোকওংনি খংজনবা হায়বগী চংলম অনি অসি অমত্তনি হায়না তাকপিহুনা লাইনিং চংলম লুত্তিন অসিবু লৈবাক অসিদা পুরক্লুনা লুত্তিনহনখ্রবা চংলম্নি মহুগী মরমদি মহারাজ হক্কা মংইরোই নানা তাদবগী মিংনা উদবগী মৈতৈ লৈবাকী মাংকদবা লাইশক পুম্বা উব ফংলনি 'মহিরেল শনা মহি, অহিংকা য়াইবিরেন শিদবা) মরুহুনা শাস্তিদাশনা ( মহিরেল মঞ্জুরি ) হায়না থোন্দুনা পুরুমথি। পা-খংবা, সন মহি মিশ্রঠাকুর তাংখাইনা (পা-খংব, মঞ্জুরি) হায়না লেংকদবা লাইনি মশক অসিগী মতান্দগী লৈবাক অসিদা মাংখদনা লৈরিবা মশকপু থোক্লুনা লৈরগদব, কৌব্রু অচিবা, থাংজিং, লোইয়ারাকপা মার্জিং, নোংপোক নিংথৌ, লৈমুং থুংখুং, থরে অশৈবা লাই ৭ অসিগী মরৈ মথুপ মশকপু সনা হাংক্লক্কা উহন্দুনা মপুক ইরু মাইতানা খংহল্লগদবনি মরম অহুনা মীপোংশু ইপোংশু মশক খংনা লুত্তিন্দুনা লাইমিং লাইশোন্দুনা অশৈ খোংফাংনা লৈকহুনা পুরুম লৈপাইবিনি। হায়রিবা মশক ৭ অসি অমগী লৈকং লৈরাংবু অমদা অমুক লৈকংফদে অমত্তদগী মশক্নি। মরম পুম্বা অসি শিধান্ত ভাশপ্তী ভাশকরনা খংলবা ওাক্তনি, ভাশপ্তী ভাশকর হায়বসি মরু অনিগী থৌজানবু ফংপ্রব মহাক্নি। মৈতৈ লৈবাক্কা লাক্লুনা লৈরবা বাপুশিং পুম্নমক্তগী মৈতৈগী চংলম লুত্তিন মশক মচু খংনা লৈরকপা বাপু মহাক অসিতনি। কংলৈ পুংমাংয়োনগী রায়েন লাংদাই কাইবিরোন নোংদম্বা শংলেন অহুবু ভাশপ্তীদা শিন্নহুনা ফমহনবিয়ু, কুম্ববা শংলেম্না শিধান্ত চন্দ্রমনিদা শিন্নবিয়ু, মরম অসি কাইদনা মৈতৈ চংলম শংলেন, অশৈ খোংফাংলেংনা, অমাই অনপ লৌশন্না, য়োইরেন থবী লেংনা তিন্না শংলেন অহুম্ব মাংহন্দনা হিংওম্নবা থম্বীয়ু। শংলেন অহুম অশিদি লৈবাকপু অরা লৈঙাকবা শংলেন্নি, মরম অসি কাওবিগনু মফম অশিদগী থ্রখোয়দি হল্লগে" হায়না তাক্লুনা চংখি।

মরু লুখোই পণ্ডিট মফম অহুমদগী মরু লোৌরেম্বনা শিন্ত্রাক্লম্বা তুংইন্না থোৌপুহুনা লাঙ্গোন তান্না য়াক্লুনা হৈবি, থমং মথোং য়োনবা চংখ্রে। পণ্ডিট খেমাগু লাংখবান্দা হোৌবা তেরা অচৌবা মথোং য়োনবা চংখিহুনা প্যামেল থৈবোংনা খোঙ্গায়ক্লুনা লমদল্লববু ওাইহুনা লৈওমখি। শিধান্ত অনিদা শ্রীযুক্তোনা শংলেন অনিবু শিন্নবা হৌখি। খুদক অহুদা থৈবোং পাম্বী অহু মরুগা লোয়ননা ফুকপা লোইহুনা পাউ হক্ষংলরে। মহুদা সনা য়াথং পুবা য়ানবা ইরম্মচি বা থোৌবা'লসি

হায়দুনা শ্রীমূর্ত্তি শানব। থৈবোং মতুপ অনিথোক্লা কক্লগা মফম অতুদগী পোইরৌথোংজি পাং তানবা পুরকই। মতম অসিদা শ্রীপঞ্চযুক্তোনা অশুম চীংমাই অকোয়বদা য়েংলকপদা। চীংমাই অমবু শিংঙেন লৈরাং অঙোবা মচু অমন। শিন্না শাংলগা মরক্তা অঙাংবা মচুনা পান্দোং পান্দোং হংনা শাত্তুনা লৈঙম্বা চীংমাই অম। থে নত্তুনা পঞ্চযুক্তোগী সনা পুক্রিংদা লৈরাং অতুবু শ্রীভগবানগী সেবাগী মতমদা সেবা চংনবা শিংঙেন লৈরাং ওইগে হাথন্দুনা সনা খুংনা লৈরাং অতুবু ফুক্তুনা অঙম্বশিঙ্গী মফমদা শিন্নতুনা লাংথবান য়োনবা পুহনখি। শ্রীভগবানগী শ্রীমূর্ত্তি শেম্নবা থৈবোং মকক অনিবু পোইরৌ খোংজিন পাত্তগী থোবাল তুরেল য়োন। পুথবক্তুনা তুরেল ইরম ইন্না পুথরকপনা (ইরোং) য়োতুনা ইম্ফাল তুরেল মরিন ইন্না চিংথংলক্তুনা (ময়াং ইম্ফাল) তাতুনা য়ুম্নাম হুইরোম, মৃতু ফিবৌ, ইরম সিপাই, ইরোম হাওরৈবী, শামুরৌ, করাম, লিনলোক, চজিং য়োতুনা ইম্ফাল তুরেল মরিন ইন্না পুনবা চিংতুনা লাকপদা উকক অনি অসি ইম্ফাল তুরেলগা ইরিনগা ঈতিন্নফম হেক য়োবদগী মথন্তা ইরিন তুরেল মরিন ইন্না কাথংখ। মতৌ অসি উবদা মীয়াম পুম্বা গুক্লতুনা উনা কাথিবা ইরম ইন্না ইন্নতুনা লাক্লয়ে। মতুদা শ্রীযুক্তোনা হায়, মরম অসিবু করিনে লাংথবান থোঙ্গ লম্বী নকপদি ইম্ফাল তুরেল ইরমদা চংপনা নক্কদবনি অসিবু শ্রীমূর্ত্তি ওইগদবা উনা মথন্ত। থোঙ্গতুনা ইরিন তুরেল্লোমদা চংথংখিগা অসিবু করি লৈবা শিধান্ত? ভাশস্পতী ভাশকর নোংদম্বনা "পঞ্চযুক্তেশ্বর মরম অসি ননাই ঐনা অতুক নিংজবদি ননাইনা তাজখিবা মরম অমদি লৈ, মতুদি নবুধোনা গৌরিয় ধর্ম্মগী লম্বী অসিবু লোশিন্নবগী থৌরাংবা মতমদা ইরিন তুরেল হায়বা অসিবু মগুংলোমদগী লাকপা ব্রহ্মনশিংনা (ব্রহ্মনদি) হায়বা তির্থ অমু অসিনি হায়নতুনা। তির্থ অসিনা সূর্য্যবংশ শাগৈগী লমচৎ অশেংবা লৈব-খিবিকপু নবুধো শন্না মহিনা তাকপিবা ময়াথং থৌদাগী ধর্ম্মগী শাখি ওইতুনা গৌরিয় ধর্ম্ম মাধব চৈর্য্য রামানন্দি ধর্ম্মবু চংপা তৌখি। হরি ভক্তি শমপ্রদবু চংপা হৌনখিবা তির্থনা চেন্থরকপা ইরম অসিবু লেংদবা অসেংবা তির্থনি হায়বা মরমু অমুক হন্না তাকপীগে হায়বগী শ্রীভগবান্না তির্থ অসিবু তম্না চেনথংপিব্রা থঙ্গৈ" হায়না পাউথুমখি। মরম অসিবু হায়নতুনা তুরৈ খরা থোগল ওইনা হন্দুনা লাক্লরকপদা উ অসি মথারোমদম্মু তাওখদে, মথক্লোমদম্মু তাওথংপা তৌদনা পন্দুনা লৈ। মীয়াম চংতুনা পুক্লিবা থৌরিবু পায়তুনা চিংবদগু চিংবা ঙমদে মফম অতুদগী শুপলোং লেংদনা অতুম তাওতুনা লৈখি। মতুদা পঞ্চযুক্তোগী সনা পুক্রিং অরাবা ওইতুনা মফম অতুদা অচিং অতুমা পন্দুনা লৈখি। শ্রীযুক্তেশ্বরগী মফমদা মংগুই তাইবং ওইনা তৌনা মশকম্মু থরদি থংবগুম চান্নরা মথংলবরা হ য়বম্মু তশেংনা অরেপ্প, মশক থংনা হায়ব' ঙমদবা তাইবং মশক অমবু লাক্তুনা হায়, "কার্ত্ত ভৈগ্যচন্দ্র নঙ্গোদি ননাই নশন য়াম্বনিনা লমশাং অসি লাকপদা প্রজাশিংনা অচা অথক থৌরাংতুনা লমথোং

থুকিংদা শিঙ শিথক তৌইদো, ঐখোয়দি করা লৈজদবনিনা শিঙ শিথকপ। তৌবিদবনা রাপ্রেদা লমশাং শিংনা লাকপসে অদুনা মফম অসিদা ঐ ওসিদি পোংথাখিগে হায়রুনা লৈবনি" হায়রগা মশক অদুবু অমুক হন্না উবা। ফংজনা মাংথি পাউদাক অসি ফংবগা শ্রীমুক্তেশ্বরবু করিনো পাউদাক অসিবু হায়না। ওাইহাক রাথন্দুনা লৈরম্মগা মতুংদা ইক মাইতাহুনা। মতোন মন্ত্রি অনন্তশাইনী মফমদা পাউদমহুনা মরম পুম্বা থম্মহুনা লৈখি। মতুদা অনন্তশাইনা হায়, মফম অসি অতে অমগী নত্তে শিধান্তা ভাশস্পতী ভাশকরগী মহৌবা সেবা পিনগে হায়রগীদমক্তা শ্রীভগবান্না নোংদম্বনি সিধান্তদা মরম অসি থংহনসি হায়রুনা ভাশস্পতীবু কৌহুনা হংবদা ভাশকরনা হায়, মহারাজ মফম অসিদা শ্রীভগবানগী পুজা হৌরশি মফম অসি শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী সেবা মফম অমা ওইহনগে লিংহুনা পাওদাক অসি নোংদম্বা ওই-বনি থা ভাবদা শ্রি যুক্তোনা হায়, অতম্বা ঐবাক প্রজা রাবনি সাম্মন্ত রাবিরে অহুবু মফম অসিদা পুজা হৌনবা। মরম অসিমক্তা মাইগৈ অশোমদা লৈরিবশিংদা থংহনবিয়ু, শ্রীশীলমক্তা লমথোং খুদিং থৌরাংবিরা পুম্বা মফম অসিদা পুবিরুনা কংশি হায়রবা মরম অনিমক্তা থংহনশি। সনা যাথং তাবদগী ইরিন তুরেল মপান্দা তাবা প্রজাশিংনা মাগী মাগী লৈজবা হৈ-লৈনচিংবা পুথোকরুনা তুরেল কাগুপ অনিদা মীতনা পৈহুনা উকক ২ ক্রবু পুরক্সবা তিন্দুনা লৈনখি। মতুং অদুদা ভাশকরনা বিষ্ণুগী হৌনবী অন্ত্রি কতু্না পোংলমপুম্বা কতু্না পুক্রিং হরাওবগা লোইননা প্রশাদি ফংজহুনা মফম অহুবু (অন্ত্রি টয়েন) হায়না কৌহুনা মফম অহুদগী থৌরি পায়হুনা অমুক চীংলক্লে। থরা চংলগা উকক ২ দা পুষ্কিবা থৌরিবু নাম্বোক্ত্না তাওরক্ষলগী ইরেন অমদা লুপ্তুনা লৈয়ে। মীয়াম পুম্না অকিথা মশক শোরুহুনা টরেন অতুগী ময়া কাগুপ অনিদা লেপ্তু্না য়েংহুনা লৈবরে। মতুদা শ্রীমুক্তেশ্বরনা শিধান্ত ভাশস্পতিগী মফমদা মরম অসি করি লৈবনো হংতি। শিধান্ত ভাশকরনা ওাইহাক রাথন্দুরগা হায়, পঞ্চযুক্তো রাজেশ্বর মবুথো ইবুংঙোগী অসোবা সনা কোম্বুং শোমহুনা লৈরম্বা লাংথেবান সনা কোম্বুং অসিদা শ্রীমুক্তি ওইপনবা থৈবোং উগী মশক ওইবিবা মশকপু মফম অসিদা মতম্ব থরা লমদন্দুনা শ্রীমুক্তিবু থোকওমগে থৌরাংতি, মফম অহুবু য়োনা চংনবা থোক্লা লম্বীবু হেন্দোকখ্রনি হায়রবা মরম অসিবু পাউদাকপগী ইরেন অসিদা লুতুপ্তু্না শ্রীভগবানবু থাংদ্না লুপ্তু্ন। লৈবনি। রা তাবদা অওম্বা পুম্বা লৈবাক তিন্দুনা থম্নবদা মফম অসিদগী সনা কোম্বুং লাংথবান তানবা লম্বী কংকাল লম্বী অমা শেমদ্না ঈরম লম্বীদা থৈবোংবু পুবা য়ানবা শেম্বা হৌখি। মফম অদ্দা শ্রীভগবানগী মশক ওইবা উককপু ভাশস্পতি ভাশকরনা পুরুম লৈপাইদ্না থোক। লম্বীবু লৈকংলে। মতোন শ্রীঅনন্তশাইনা লৈবাক্তী অকি তুজুংবু ওইদ্না অহনবা থৌরি লিশাং অনিগা লোয়ননা ইরেন অদ্দা লুপতুনা শ্রীমুক্তিগী মশকপু লিফা লিপুল্লরগা ইপাম্নাংদা কাখৎলকতুনা মচা ইবুংঙো কাম্ভগী মফমদা থৌরিগী লিতোমবু থুংশিন্নদ্না হেক পি। থৌরিগী লিতোনবু পায়হুনা পঞ্চযুক-তোমা হেক চিংদা ইমুংবুংশী ইপাম্নাংদা তাওথগু্না অপনবা লৈতনা লম্বী মরম য়েংনা চিংথগু্না

পুনবা থোৱাংখি । মফম অসিবু ভাগম্পতিনা পুরুম লৈপাইবা মতমদা (উলুপ ইরেন) হায়না লৈকংলি, অহূদগী উলুপ খুন হায়না কৌনখি । কবোক পাং থোময়ান মশাং ইন্না মথা থংবা কোমবা ইচিন ইথোংদা থোজরক্লুনা তুরেল অচৌবা, ক্যাংলৈ য়োষ্ঠুনা মফম অসিদগী কৌনা থাবী তুরেল অমনবীদগী হিয়াংস্তেক লাংথবান কোন্নুংদা শ্রীমূর্ত্তি শেম্নবা উকক অনিবু থমখি । মফম অসিদা অস্তম্বশিঙ্গা লোইনতুনা পঙ্কয়ুক্তো কার্ত্তনা কোয়না চত্তুনা চীংমাই কয়ামূকপু য়েংলগা সনা পুক্লিংনা তাবা চীংমাই অমা থেংনতুনা মফম অহূদা শ্রীভগবান্না থোকঙম্নবা মতমদা সেবা চৎনবা হায়তুনা লৈকোন অমা শেমতুনা কাইনদগী সনা খুৎনা ফুক্তুনা পুৱকপা লৈৱাং অহূবু পরেং নাইনা সনা খুৎনা থাতুনা মথল মথা অয়াম্বা হৈ লৈবু থাহন্দুনা লাংবক্কী ৪৮৭৭ নোংদালাই ১৭৬৯ শা. ১৬৯৮ চৈথাবা হৈন্নাম থোংঙমগী কুম শক্তিভু থা পামথৎলকপা হুম্নি পানবা শগোলশেন-দগী চৌনা মবুথো পামলৈবা গরিপতি রাজনা শেমম্বা কোন্নুং লাংথবানবু অমুক হন্না শেমজিনবা হোতুনা শ্রীভগবানগী সেবাগীদমক হৈকোন লৈকোন্নচিংবা শেমতুনা সনা শঙ্গাই অমা শানবা থো-য়াংলন্নগা অস্তম্বশিঙ্গা লোইনতুনা বিষ্ণুপুরদা লেংখি । মতম অসিদা মৈতৈ লৈমা চিনফুরোল চিংঙাথম্বী দেবহুত্তী শেম্বী তেথাঙ লাম্ববী মচা ইবুংঙো শ্রীচৌরজিৎ পোক্লে” শ্রীমতি থৈময়োই-য়োল শাপম চম্ব কুংখিল চাইবী শেম্বী তেথাঙ লাম্ববীগু মচা ইবুংঙো শ্রীমাজিৎ পোক্লে । শ্রীনোংশুরোন খুম্বোং চম্ব ভৈগ্যবতিগু মচা ইবুংঙো শ্রীবিশ্বনাথ পোক্লে । ইবেম্মা কুংখিল চাইবী মচা ইবুংঙো মাজিৎ পোকপা থা ১০ শুবা মতমদা নোজাখিতুনা মমাশি মহারানী চিংঙাথম্বী দেবহুত্তীনা নাওকোন্দুনা চৌজিৎ, মাজিৎ মচিন মনাওবু ফাইবোক পোকপশুম্না ইচা মিচা নাইদনা মিৎয়েং অমত্তা ওইনা য়োকই লৈবাক্লা ইবেম্মবু শুমথৈ লৈত্তনা থাগৎনতুনা লৈখি । ইবেম্মগী মিয়োক কৈরাথক্তা মচা অনিবু পন্নগা থোম্লাং নাম্মা নাম্মবু পিথক্তুনা নাওয়োকপবু উবদা মচা ইবুংঙোনা মৌম মচা কাইনবগী মরমদা শ্রীযুক্তেশ্বরগী অরাবা থাথলবু থলহন্দনা লৈহনখি।

বিষ্ণুপুরগী মীতিনশংদা অস্তম্বা অকল অথৌ মন্নাম তিন্দুনা শ্রীপঙ্কয়ুক্তেশ্বর কার্ত্ত, শ্রীয়ুকতো মতোন ইবুংঙো অনন্তশাই অনিনা লুচিংতুনা ময়ুম পিবা লুচিংবগী মচা মশুগী মরমদা মিংহুন তমদুনা মশক থংনবগী মরমদা থন্নদুনা ঙাংনৈ । মদুদা শ্রীপঙ্কয়ুকতেশ্বর কার্ত্তনা হায়, ইবুধৌ নোংদালাই পাখুংবদগী ইবুধৌ নাওথম্বা ফাওবা পুরোন ৭ অসি লাই ঙাকতনি, অদুগা ইবুধৌ নাওফংবদগী মথংলেংনা চরাইলোংবা ফাওব, অসিনা লাই তাইবং নিংথৌ পিবা ময়ুম ৭ পু লুচিংবা মশক্তি । হায়রিবা নিংথৌ পিবালোন ময়ুম ৭ পু পুম্বা ৪৯ অশিগী মচা মশু ইবুধৌশিংবু নিংথৌজা মিংহন্দুনা য়ুম তানখ্রে । য়ুমদাগ্রবা নিংথৌজা অসি মথৈদি মিংহুন অসিনা অশুম্মক থংনবা ওইরসি, মতুং অসিদি ময়ুম ৭ পু লুচিংবা কংলা কম্বাল কম্বা পিবাগী মচা মশুদি নিংথৌ মচা

হায়না মা মাগী পিবা লুচিংগুম্বা অদুগী মিংলেনগা লোয়নন্দুনা নিংথৌ মচা পুরুপ লেপ্পশি। মখোয় খিবিরা তৌরম্বা পৌয়মগী মতুং ইন্না নিংথৌ মচা মগুগী লুপ য়ুম থাইনা থংনশি। হৌখিবা ইবুধৌশিংনা য়ুমদাব মিংহুনগা লোইননা নিংথৌজাবি থংনমগুম্ব অদুগা অরাম্বা মীতৈ চন্নু নিংঙোল নিংথৌগী মচা মগুবা লৌবনা শিজা হায়না কৌনশি।

নিংথৌ মচা মগুগী চন্নু নিংঙোলশিংবুনা মশা মশাগী মিংহুন্দা (সনা) হায়বা রাহৈ অসিমা হাপ্পুনা কৌনশি।

সনাবু লৌবা মীতৈ অরাম্বশিংবুনা (অঙাং) হায়বা রাহৈ অসিমগা হায়না কৌনম্বশি।

সনাগা অঙাঙ্গা পাম্নহুনা পোকপা মচা নিপানা ইবুংঙো, মুপীনা লৈমা হায়না রাহৈ অশিগা মা মাগী মমিজা কৌনবা, ইথক্রি অহন ওইরগা তাদঙাং, ইথা ওইরগা ইবুংঙোঙাং মিঙ্গৈ অসি চৎনরশি।

অদুগা নিংথৌ মচা মগু লেপ্লিবশিঙ্গা মথক্তা য়ুমতাখিবা নিংথৌজাশিঙ্গা য়ুম অনি অসিদি চন্নু নিংঙোল লৌনবদি য়াদে মশক মচু অমতনি নিংথৌ মচা লেপ্লিবা ঐখোয় খিবিরী ইপা ইপুনি, অদুগা নিংথৌজা য়ুম পুম্নস্থ নিংথৌ মচা হায়বা অসি ইচা ইগুনি হায়বা কাওনবা তৌনদনা নিংশিংনহুনা য়ুম অনি অসিদি চন্নু, মৌ হায়না লৌনফদে ঈ অমত্তনা মিংলেন থাইখি-বত্তনি হায়না লেপ্পহুনা য়ুম থাংবা হৌরে।

মতোন ইবুংঙো রাংখৈরাকপা অনন্তশাইনা সনা হাক্তক অসিদা মন্ত্রি ওইহুনা রায়েন থৌপুরি হায়হুনা (মন্ত্রি ময়ুম নিংথৌ মচা) হায়হুনা সনাখা মন্ত্রি অনন্তশাইগী লুপ হায়হুনা মচা ইবুং-ঙোশিংবু কৌয়ে।

শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর মহারাজনা পোকপা মচা ইবুংঙোশিংবু য়েরুবা থৌলৈমুংনাংনা পায়রম্বা কার্ত্তাগ্নি কৌবা টাবু থুদেক্তুনা মাংহনখিবা মরমগী মিংলেনবু লৌহুনা কার্ত্তপুরুপ হায়হুনা লেপ্লে।

মতোন ইবুংঙো শামু হঞ্জবা ভৌত্রাম শাইনা সনা হাক্তক অসিদা সনাপতি ওইনা লৈরকই হায়হুনা (সনাপতিময়ুম নিংথৌ মচা) পুরুপ হায়না লেপ্লে।

গোবিন্দ শাই য়াইস্কল্লাকপগী লুপ শ্রীভগবন্ত। শামু হঞ্জবা মুচুকুন্দগী লুপ। ছলাইবোই হঞ্জবা যদুশিঙ্গী পুরুপ। শগোল হঞ্জবা লুপ। উরুং পুরেন ময়ুম। লৌরুং পুরেন ময়ুম। পাংচহনবম। কৌমা থাবম। কৈথেল্লাকপম। নিংথৌজা লুপ ১৩ থোক্না লৈম্রে।

মেরা থাদা থৈবোং ফংলে হায়হুনা হজংলরে লাংথবান কোথুং শংবা শ্রীযুক্তোগী মনাইশিংনা। মতম অদুদা শ্রীযুক্তো মহারাজনা বিষ্ণুপুরদগী লাই শাবা শাপম লোথোনশিজা সেবক মচা

নোংমাইথেম্বা শত্রুশিঙ্গা লোইনমদুনা লাংথবান কোক্লুং কাঞ্চিপুরদা লেংলকুনা থৈবোংবু মেংতি মদুদা শাপম লোংখোনশিংদা য়াংদি তঙ্গথনা সনা য়াথং শ্রীমুত্তি শাথবা পাদম পিদুনা লাই শাবশিংদা পামমগী মতুং ইন্না কদুনা শ্রীমূত্তিকু শানবা তৌখি। মতুংদা শেম্বা শাবা লোইদুনা হঙ্গংলদুনা শ্রীযুক্তো কাত্তবু বিষ্ণুপুরদগী লেংলকুনা শ্রীমূত্তি দরশন তৌবদা সনা পুক্লিংদা নিনবগী মরমদা রাংদনা থোকখ্রে। মদুদা হায়, উরুং পুরেন লোখোন 'মুত্তি অসি নিংখিজবা চংখোনবদি হায়নিংঙাই লৈতবা নিংখিরে দরশন ফংবদা নিনবা খিত্তুং রাংপগুম্বা তৌই, শ্রীমুত্তি অসিদগী থরদং হাপ্তুনা অমত্তং হিয়াঙ্গে থা মংনবা শেমগংপা নংলরোইদ্রা"? উরুং পুরেন নোংমাইথেম্বা শত্রুবিরনা সনা নোংদম নংনবা হোৎনজগে পাদম অমুক তৌতুনা কক্লগা শ্রীমুত্তি অমমুক শাবা হৌখি। শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরগী সনা য়াথং কাইদনা শ্রীমুত্তি ২ বু মথং মনাও কাইদনা শাবা লোইতুনা অঙ্গরাগ-নচিংবা লোইতুনা সনা চোরোন্দা পাউ অমুক হঙ্গংলৈ'। মতুদা শ্রীযুক্তেশ্বরনা হায় "উরুং পুরেন অঙ্গুদি লৈরিবা উ অতুগু শ্রীমুত্তি থোকপা যাগদবা যেংতুনা পাদম তৌনা কতুনা থম্লো"। সনা য়াথং লৌতুনা উরুক ৫ অমগা পাদম থাতুনা কতুনা থম্লে। মরু অঙ্গুদি থাং থাবদা মৈহৌতুনা খুংলাই চংদতুনা থমখি। থৈবোং মরু অঙ্গুগী মরম্বু শ্রীযুক্তেশ্বরনা হঙ্গংলবদা হায়, "উরুং পুরেন মরু অঙ্গুগী থোকখ্রগ মতম থম্বা রাংলম্বা দ্বারে মকম চানা নিংখিনা থমজল্লো মরুক ৭ অসি মথং মনাও মশক থংনা শেমতুনা থম্বীনি শ্রীমুত্তি অনি অমদি শ্রীগৌরচন্দ্রা প্রভুগী মওং তম্বা শেম্বীয়ু, অতুম অমদি ওইত্তমখিবা শ্রীমুত্তি অশিগুম্না শেমখিদি"। সনা য়াথং লৌতুনা উরুং পুরেন লোয়োন, নোংমাইথেম্বা শত্রুবির অনিমু লাংথবান্দ হঙ্গতুনা মরুক ৫ দুবু শ্রীমুত্তি মশক ২ থোক্লা কতুনা শেম্বা হৌখি।

মতম অসিদ য়ুম্নাম তোম্বা পণ্ডিটনা হায়, "পণ্ডিট পুম্বা মতম ওইরে থোকখ্রমগদৌরিবা মশক ৭ লাকখ্রমগদৌরিবা মশক্তা মশক ৭ মরুা লৈবাক অসিগী অফ-ফত্তা পুম্বা থৌঙাক থৌশিন পুম্বা থৌপুবিবনি লৈতম্বা থোকখ্রকপা ভাইবংশিংবুশু কুথোক থোইমন য়াংবা রাহৈ নাত্তে মতম শাম্বা পুম্বা পৌরাবু শৈরেংতুনা য়ুমথোং শিন্না মরা থোঙ্গুন তাংনদব। থোকখ্রা মতিক মঙান অচাও অরা তাম্নবনা পুযানা মথুং খুংলাই ওইন। লিংখতুনা লৈবাকপু মথক মথা ওম্নবা থৌবু থৌশিন্নববু থম্নরগদবনি নংখায় ঐথোয়গী ইরা পাওরো হংখ্ররোই মরু অনিনশু শংলেন পুমবা শিন্নতুনা মথৌ মতম পুমবা অফ ফত্তা পুখ্রমহৌরো তাকখ্রমতুনা সিদ্ধান্তা অনিদা পিরম্নবনি নামুং লমবী লাকখ্রমগদবা পুমবু নং ঐনা চুমহনবশু ওম্নরোই, লাইমিং লাইশোন কারম্নদ্রিবৈ মশক মউ অমত্তা ওইনা লৈখ্রম্নরিবৈ মতম অসিদা নং ঐগী মফম মফমদা হলহৌরশি"। রা তাবদা পণ্ডিট পুম্নমকশু চুম্মি রায়েন কাত্তিশু থুপখ্রমদৌরে মতম নত্রে হায়নতুনা মরুগী লাইমিং পুং হৈক্রু মথোং শংলমবদগী চৎনখি।

খোংহিমাইবনা হায়. "ঐদি নম্বোল হৈবী মখোংদা চৎলগে, উনবদি ঐরাং কংলা থমপাং উকোল্লা উনশি, লৈকা লৈখোকপদি মরুগী থোগল ওইদুনা ( অহৌ অরোই লংদাইপুংদা - হাতৌ হাৱোই লাংদাইপুংদা ) খোঙ্গ ফম্বাল ওইদুনা মরু অনিগী থৌদা পাউদাক তাঙলা খোপুনবা ওইরশি" হায়দুনা চৎনখি ।

শামুরৌ চিঙ্গোংনা হিযাংথাং লাইকোন চিং হৈক্রু মখোংদা ।

থুম্মাম তোম্বনা তেরা কৈথেল তেরা অঙৌবদা ।

কমেং ফদিবনা মাক্লং হৈবীদা, য়াখোকপদি ইরোইশেম্বা মকোই খোঙ্গা ইরেন্দা ওইনি চংখি

রাংমু বাজিদি মরু অনিগী কুমৈ য়েংঙল্লা থোগল লাংনা লৈজনি হায়দুনা লোক্লাওবুং হৈখি মখোংদা লৈখি ।

রা অসি শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা তাদুনা পণ্ডিটশিংবু মতম থরদং থামজগে নিংদুনা বিষ্ণুপুরদগী শাগোল তোংদুনা মরুগী লাইনিংপুং হৈক্রুমখোং তাম্না থোগল কনা য়াওদনা লেংলকই, মফম অদুদা পণ্ডিট কনাবু লৈরমদবা অদুদা সনা পুক্লিং অরাবা লম্বী ওইদুনা মফম অদুদা রাখল তৌনা লৈঙখি । শ্রীযুক্তোগী সনা পুক্লিংবু পণ্ডিট লুখোইনা উদুনা মফম অদুদা য়াথোক্লুনা হায়, 'পঞ্চযুক্তেশ্বর সনা পুক্লিং রাবিবদু রাগম্বু পণ্ডিটশিংনা চংখিবদি মঙ্গুং মতম ওইদুনা চংগ্রবনি মতমগী মীরোন অনিদি লাকঙম্নরোই লৈপুবা খোইয়ুম ৭ না খোকঙমদ্রিঙ্গেদবু মাগী মফমদ, লৈঙমপুরবশু হনঙল্লকুনা কংলৈ শংলেন মরুগী লাইনিংপুংবু শংঙম্নরনি মখোয় পুম্নমক্কী মথো মঙম্বু মফম্না'দা শিন্নদুনা থমল্লগা চংখিবনি বাগম্বু । লাকঙমগদবা মতমদি লৈপুবা লাইনা লৈঙাকপা লাইদা লৈতিনবা মতম লাকখিনি, লৈঙাকপা লাইনা শৈরোই লৈশেম ওইদুনা ক'লৈ ফম্বাল ফম্লবা মতুং লাংওন মতমদা মরু অনিবু থোথম্না কংলৈ খোজাদুনা লৈশেম্লনি । সনা পুক্লিং চিংনরযু নবুধোশিঙ্গী লিতিনফম কংলৈ খোজানবা খোশিল্লু নঙ্গাদমক হৈনা নতুং ইন্দুনা ঐনা খোংগা লম্বী শেমগনি । শকা শকা উনদুনা পৌরা রাতাম্নবদি মতুংদ অমুক ওইরমুশি, অচম অরাম্না চাংদম্বদা রায়েন খোঙমদবা নত্তে, মপু নংগী ঙাক্তনি, ঐবু লৈঙমদরে খংঙম্মু ঐশু চৎলগে" তাক্লম্মগ মফম অদুদগী নাংখি ।

শ্রীযুক্তেশ্বর পাউদাক অদু ফংবদা সনা পুক্লিংগী অরাবা রাখলবু কোক্লুনা সনা কোম্মুং কংলারোমদা চংদুনা মফম থুদিং য়েংলকই, অদুদগী লাংথবান কোম্মুংদা লাক্লুনা কোইনা চৎলুনা লময়েংঙি । মতুংদা লৈবাক হৌদুনা লাংথবান কোম্মুংগী নোংপোক পাংবদগী হৌদুন কোম্মুংগী

লাংথক্রাম্বদা লেংলকুনা উরুং পুরেনলাই শাবা ২ গী মফমদা শ্রীমুর্ত্তি ২ গী শেম শাবা পরম্পু হংল্লি। উরুং পুরেন লোম্মোরা। হলংলি, শ্রীমুর্ত্তি ২ বু সেবা করবসি, হুরংপদা। য়েল্লগল্লা অঙকপনি লৈরক্ম অসিনা খুংলাই থাগে নিংবনা ওইবগা। হেক্তা মাইমু খুংলোব লৈরে মরম অম্বাইদা সেবা চাশিন্না নিংজবগা উরেক অমা হেক হেক্তা পিওম লৈওম্মি অঙকপনি সেবা থোগল অসি মফম অজিন্না উরেক অসুম্না লৌনিংঙি থবনিংঙি হায়না মনাইনা সেবাগী মরমদা নিংজবা থিবিকপু খুংলাই থাকি থাখিবা পুম্না মংংহনবা তৌদন, শ্রীমুর্ত্তি অসি ঐদি মশক মওং অসিনি হায়বগুম্না মফম থুদিং হেক হেক চোংথোকখিহনা শ্রীমুর্ত্তি অসিবু হেক্তা মওইরী। খুং নাম্নবা খুংলাই অকুপ্পা অম্নুক থাকবা তৌদনা অকবাগ তৌবা য়ানবা হেক্তা লৈবিহনা শ্রীমুর্ত্তি ২ বু অশুক থুনা সেবা লোইজখিবনি। মশিনা শ্রীমুর্ত্তি ওইদৌরিবা মঙ্গা অসিমদি খুংলাই থাবদা। খুংলোবা থয়দং ওইনা থোকপমা মতম অমতদা জিবন্যাশ কৎনবা থৌরাংজবা য়াঙমলোইদৌরিমগনে, অহুবু সনা নোংদমগী কুপা মজাইরে। শ্রীমুর্ত্তি অসি অমদি সনা পুক্রিংবু কাইদনা মক্তম চানা পুম্না সেবা য়াদৌরি। মুর্ত্তি অনি অমদি শালোক অহুবু ওইবা য়ারোইদৌরিমগনে। মহুদা কাতক। ভগ্যাচন্দ্রনা হায়, "থংঙে উবং পুরেন চিয়াইঙ্গ থা ১০ নি পানন্না অসিদা অহানবা সেবা ওইবা শ্রীভগবানগী সেবা কংমবা হৌরসি। শক্তি মঙা অসিনা কোম্না সেবা ওইরশি লৈরম লৈরম্বা মশক মওং অহু য়েংহুনা পুক্রিং লৈত্তানা রাখন্তুনা ভগ্না ভগ্না সেবা তৌওয়ে" হায়না সনা থাবং হায়হুনা লৈনখি।

মতম অসিদা শ্রীযুক্তেশ্বরনা শ্রীশিদ্ধান্ত ভাগম্পতি ভাস্কর শর্ম্মা, শ্রীরূপ প্রমানন্দ শর্ম্মা, শ্রীগুপ্রানন্দ শর্ম্মা, শ্রীঅপ্রানন্দ শর্ম্মা, শ্রীরত্নাকর গৌরশ্যাম শর্ম্মা, শ্রীথুম্বোং শিদ্ধান্ত চন্দ্রমনি পণ্ডিট ৬ পু কৌরগা হায়, "লৈবাক অসিদা হৌখিবা মরুশিংমা শিজিন্নবা খুংলোন, মী মীপ্পী মপোক অফ ফত্তা, লৈবাকী অমা নুংঙাই থবক মরম পুন্নদা তৌজবা য়াবা য়াজবা মরম্মু য়েংনরা খুংলোন অমবু শিন্দোকচহুনা মাংদনবগী থৌরাংজববু লোইজয়ে, খুংলোন পঙ্কোক শংক্রান্তি, থাখি, লাইনা লৈথা মাইগৈ, যুমশাবোন, মপা মপু পুক্রম থৌনি, অনা লাইওংনচিংবা থংজনবা মক্রম অসিমংবু খুংলোন অসিগী কুমশক অনৌবা মিংহুন অমা ভমহুনা জিবন্যাশগী জুক্তিংতা শ্রীচরোন্দা কংচগে লাইরিক অসি পণ্ডিট ৬ না অমুক্তং শেংদোক্লবা তৌওমশি" হায়হুনা পি। সনা য়াথং পুহুনা পণ্ডিট ৬ না খুংলোন অহুবু অমুক শেংদোকুনা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা পোকপা নোংমাজাইগী কুমশক্তাগী হৌহুনা শ্রীযুক্তোগী চহিবু চন্দ্রাব্দ কুমশক মিংহুন্দুনা খুংলোন লাইরিকী মিংহুনবু ( শিজিকা লাইশাব ) কৌহুনা শেংদোকপা লোইখি।

পণ্ডিট ৬ না শ্রীভগবানগী শ্রীমুর্ত্তি ২ গী জিবন্যাশ মুমিং পুংলুপ চোংতুনা কত্তিবু ভবা লোইহুনা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরগী মফমদা কত্তি ২ বু শিন্নরে। চিয়াংগৈগী ১১ নি পানবা শগোলশেন

থুমিংকী থুংদাংদা অধিবাশ কংতুনা ব্রহ্মন মতম্মচিংবা অওপা প্রজা তিম্দুনা শ্রীভগবানগীদমক্তা অধিবাশ শঙ্কির্ত্তন কতুনা পুক্লিং থুংগাইনতুনা য়ারেতুনা লৈ। অহিং অসিদা পঞ্চযুক্তেশ্বরনা মতোন ইবুংঙো পিবা কপাল য়েনখুরেম্বা অনন্তশাই মন্ত্রি পুকফবগা মতম অসিদা ফম্না ফম্না ওইহাকুং মিং থাবেং তোবগুম হেক ভোট মঙ্গী মতোগুম্না। মশাক অনিমক্না থোকভতুনা হায়, "ঐবু চয়েংদি জিবন্যাশ তৌবাঁনি হায়তুনা ওসি অধিবাস হোৎখ্রে, ঐগী বিজ্য বিজদি কাংপোক্পী পাংকি ময়াদা হৌরিবা (লোতা কোতিগী=তিনশিবীগী) মথোংদা লৈরি, ঐগী বিজ্য জিধবু ইশাদদি চনখিদনা কমদোনা জিবন্যাশ তৌবিদৌরিবা, ঐগী বিজ্যবু লৌতুনা চমবিখো অতুগা মিংবা কাইদনা জিবন্যাশ তৌবিয়ু, ঐ লোতা কোতি মনাদা পক্নুনা লিক্লাগুম্না লৈরমগে চৎশি, অতুগা পণ্ডিটশিংনা ঐগী ইমিং থোনগদৌরিবা মিংছন অসিদি থোনখিগনু নংনা ঐবু (গোবিন্দ) হায়না কৌবিয়ু হায়না হেক হায়তুনা কার্ত্তগী খুদাং পায়তুনা ঐগী বিজ্য লৌকশি হায়রগুমনা হেক টিংভি। মতোন ইবুংঙোদগু রাহৈ অসি হায়তুনা (কপাল পুকফবা নংনা ঐবু মিংছন তম্মু পণ্ডিটশিংনা কণ্ঠিগী চৎলম মিংছনবা পামজদে। কণ্ঠিদি পণ্ডিটশিংনা ইপ্রবনিনা ঐগী ইপোক ইমা লৈবাক অসিদা থোকভম্বা মতমদা ওইরবগু ঐবুদি নংনা (বিজোই নাথ গোবিন্দ) মিংছনবিতুনা নশাইকোন্দা লৈতুনা লৈবাকী থৌশিন্দুনা লৈশেম শৈরোই থোক্লাগে লাও চৎলসি ঐগী বিজ্য চনবা নংনবা খুদাং পায়তুনা হেক টিংভি)। শ্রীযুক্তো অনিবু মিৎ থংপাং পাংতুনা কোইনা য়েংবা চপ মান্নৈ, বা ঙাংনদে, কপাল্লাংদগী লেংথোকখিতুনা ইরু মাইতানতুনা শাগোল অময়ম তোংতুনা লাংথবান্দগী কাংপোক্পী য়োনবা হেক্ক। চথংনতুনা মফম অতুদা থোংফম অমত্তা ওইনা থংতুনা চংতুনা কোইনা কোইনা হেক্তা য়েংনতুনা থিনবদা চিংথৈ পাংবা মশা অমদা মনা অনি লোংবা লোতা কোতি মনা অমদা বিজ্যবু অনি থোক্লা মারোংবা মনা অতুদা লিক্লাগুম্না ইলং লাংনা পকতুনা লৈবা হেক উবৈ। খুদক অতুদা শ্রীযুক্তো অনিগী য়েং থংবা খুৎ অতু বিজিনবা হেক মান্নৈ। শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা মাই নোংপোক ওম্না লাম্নকই, মতোম্না মাই নোংচুপ ওম্না লামতুনা বিজ্যবু পক্লিবা নারোংবা মনা অতু য়েং ওই কাইদনা অময়ম হেক হেক্লতুনা শগোল মথকতা তোংথংনতুনা মফম অতুদগী সনা কোন্নুং লাংথবান য়োনবা শগোল থৌখনরক্লে। শ্রীযুক্তো অনিমক তুমিং তরং তরং উবা মতমদা লাংথবান্দা থংতুনা ময়ম পুম্বা তাকতুনা শিদ্ধান্ত ভাশস্পতি ভাশকরগী মফমদা শিন্নতুনা খুদক অতুদা শ্রীমুর্ত্তি অনিগী বিজ্য মশকপু কাইনদনা শ্রীমুর্ত্তিগী থোইদৌ নথাদা ব্রহ্ম নাম শোন্দুনা চনলে। ময়ম অসি হেক লোইবগা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরগা মতোন ইবুংঙোগা অনিবু পুক্লিং থুংগাইনতুনা মংগী ময়ম্মু লিনা তম্নতুনা থুংগাইনতুনা পোৎথাবা ওইনা লৈমিন্নৈ

ব্রাহ্মন মোত্তোন পুম্বনা যজ্ঞ তৌবা হৌরে, শ্রীভাশকর ভাশস্পতি শর্ম্মনা শ্রীমতভাগবোট অর্থগা লোইনদুনা পাঠ কখলি, হরি শঙ্কীর্ত্তনচিংবা কত্তুনা শ্রীমুর্ত্তি অনিবু জিবন্যাশ তৌরে। শ্রীমুর্ত্তি অহানবা শেম্ববু শ্রীবিজোইনাঠ গোবিন্দ নাম্ব কখলে, মথংদা শেম্বা শ্রীমুর্ত্তিবু শ্রীগোবিন্দ নাম্বু কত্তুনা লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮৪৯ নোংমালাই প.খংবগী কুমশক ১৭৪১ শাঃ ১৬৭০ চৈথারোন ২৬৫ শুবা চৈথাবা থুলেম পালঙ্গী কুমশক্কা মৈতৈঙু পঙ্কম্বু জম্মর কাওগী মপোকথা কুমজাদগী হৌনা চৈহাপ্পা থুংলো অমা লাইমিংবু থুংলো থুংথিন লাইশাবা কৌনা অমা শেমগত্তুনা লৈবাকা পোৎহৌ খৌরোই অফ-ফত্তা য়েংনবগী লৈথমদুনা শ্রীবিজোই নাঠ, শ্রীগোবিন্দ অনিগী জিবন্যাশ পত্র কোষ্ঠি অনিগা ইডুনা লাংবচক্কী ৪৮৭৭ নোংদালাই ১৭৬৯ শাঃ ১৬৯৮ চৈথারোন ২৯৩ শুবা চৈথাবা হৈস্নাম খোংজমগী কুমশক্কী হিয়াঙ্গৈ ১২ নি পানবা পঙ্কক ১৪ ইরাই মুমিংকি কোংলুপ ১১ গী মন্নুংদা জিবন্যাশ তৌদুনা কোষ্ঠিগা থুংলো লাইশাবগা কখলে শ্রীচরোন্দ।

## শ্রীবিজোইনাঠ, শ্রীগোবিন্দ অনিগী পত্র কোষ্ঠি

| | | |
|---|---|---|
| ৬ | ২৭ | ১৭ |
| ১২ | ২৫ | ৫১ |
| ৪৪ | ৩৩ | ৬ |
| ২৪ | ১ | ১৫ |

ত্রোত্রাহঃ




লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮৭৭ নোংমালাই পাখংবগী কুমশিং ১৭৬৯ চৈথারোন ২৯৩ শুবা শকাব্দ ১৬৯৮ চৈথাবা হৈস্নাম খোংজমগী হিয়াঙ্গৈ ১২ নি পানবা। শ্রীশ্রীবিজোই নাঠ গোবিন্দ শ্রীশ্রীগোবিন্দ জন্ম কষ্ঠিয়াং অগ্রহায়ন পঙ্কক ১০ শুক্রবার দ্বাদশি রেবতি নক্ষত্র, মিনরাশৌ ধনু লগ্নেস শ্রীশ্রীবিজয়নাঠ গোবিন্দ, শ্রীগোবিন্দ জীব ন্যাশ পুজয়ম।

কাইনত্তাবা পাংঙম্বস ওঅাবু গোবিন্দা হঙ্জবা হাঙ্গিরে লালুপ থৌকা কোড়ুনা লৌচা থুন্নোন নোংমগ্না শ্রীগোবিন্দগী সেবাবু থৌশিন থোপুবা হাপ্পীড়ুনা মুমিদাংদা অরিবা অশৈবনা শৈশক শৈহৌনা মীত্তিন কম্বাল ঙাইনরগা মতুংদা মহারাজ জগোই কংলে। মতম অসিদা পঞ্চযুক্তেশ্বরগী সনা পুক্লিংদা লিংবা থুংদবা মরম অমা থোক্লে, শ্রীযুক্ততোগী লৈনবা অনৌবা লঙ্গাই অমা শাবদি মফম অসিদা লোইড়ুনা লৈরগা শ্রীবিজোইনাঠ গোবিন্দ, শ্রীগোবিন্দ অনিগী অনৌ শঙলেন লাইগী শঙদি শাজ্রিবা সেবা মরম অসিগীদমকত্তা সনা পুক্লিংবু চিংনবা ওইড়ুনা হায়, "অঙম্বা প্রজা ঐ লাংথবান্দা হৌঙ্গংখিরোই লাইশঙ অনৌবা অমা শাড়ুনা কত্রিবমখৈদি সেবাগীদমক বাপু নথোইগা অঙম্বশিঙ্গা মফম অসিদা লৈড়ুনা সেবা কাইদনবা তৌশি। বিষ্ণুপুরদা ঐদি মতম খরা থাংথিগে মফম অসিদা লাইশঙ অমা শানবা থুনা থৌরাংশি" হায়ড়ুনা লাইশঙ মান্দোপকি যাত্রা হুন্দুনা শাবা হৌড়ুনা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরবু কাঞ্চিপুরদা লৈখি। মতুংদা উরুং পুরেন শাপম লোখোনগী সেবক নোংমাইথেম্বা শত্রশিংনা হঙংলৈ শ্রীমূর্ত্তি অনি গোইরে হায়ড়ুনা। শ্রীযুক্তোনা হায়, খৈবোং অড়ুদগী থোকদবা শ্রীমূর্ত্তিদি লোইরবরা? মূর্ত্তি অড়ুম অমগা থোকপদি য়াথিনি মরুদি খুংলাই থাবদা মৈ হৌড়ুনা লৈথ্রবনিনা। করে শ্রীমূর্ত্তি অনি শেমজ্রিবা অড়ুদি শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী মূর্ত্তি ওইনা শেম্মীরো। লাইশঙ মান্দোপগা লোইজ্রিবা অসিনা সেবাদা অকাইবা লাক্কনি নথোয়না শেম্বা মরম পুম্বা লোইড়ুনা শোইদনবা মতম খরা অড়ুম থমখিশি" সনা য়াথং হায়ড়ুনা লাই শাবশিংনা অনৌবা শ্রীমূর্ত্তি অনি অমা শাড়ুনা লোইড়ুনা থমখি। শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর কার্ত্তনা হুমিং খুদিঙ্গী কাঞ্চিপুরদগী লাংথবান ভান্না লাড়ুনা শ্রীবিজোইনাঠ, শ্রীগোবিন্দ অনিগী সেবা তৌড়ুনা বাপুশিংগা মৈতৈ অঙম্বশিংগা লোইননা মীত্তিন্দুনা বেদ শাস্ত্রগী অয়াম্বা পুরা শানড়ুনা লৈবাক প্রজা পুম্নগী পুক্লিংবু পেলহনখি।

লাংবচক্কী কুমশিং ৮৮৭৮ নোংদালাই পাখংবগী কুমশিং ১৭৭০ শাঃ ১৬৯৯ চন্দ্রাব্দ ৩০ চৈথারোল ২৯৪ শুবা সেকমাই মুঙাগী কুমশক্কগী মৈতৈ প্রজাগী য়ুমথোং খুদিংমক্কা (মাধব চার্য্য শম্প্রদা, নোরোত্তোম বারি) হায়বা মিংচুনবু চংলম লুত্তিন ওইনা পুক্লিং ইরু মাইতানা খুজিন থুয়া শেংদোক্লা, মকোক মউ তুম্না লাইমিং পরৈ চেংনা লাইমিং লাইশোন্দুনা নোংদম্বা মরুশিংনা সেবা তৌনরক্লিবা চংলম্বু মিংচুন অসিদা লিত্তিন্না চংনখি। বাপু হায়বা মিংবু ব্রহ্মন—বামোন কৌড়ুনা লাইশঙ মান্দোপ শাড়ুনা শ্রীভগবানগী মূর্ত্তি মানা মানা পামজবা লিংনড়ুনা হরি ধ্বনিনা খুজং খুদিংদা নিলনরক্লে। মাধব চার্য্য শম্প্রদ নোরোত্তোম বারি হায়না মৈতৈ চংলম্বু মিংথোনবা মরুশিঙ্গী চংলমদা নামুং চিঙাক চাঙমড়ুনা লৈঙমখিবা মশকপু লৈত্রাম, খুরিখুন, সেকমাই, কৌক্রুক, কয়েং, অন্দ্রো, চৌংদা পানবা হাও হায়না মিংচুনখিবা মশক অসিনচিংবদি "ঐখোয়দি খুম্নোক

লৈশেমচৌদগী শৈহৌহুনা মৈতৈ চংলম লুতিন্দগী মপানথোক্না লৈগ্নক্রবা থুম ঐথোয়নি, ঐথোয়না লুতিন অসিদা চংহুনস্পু মৈতৈগী চংলমদগী মপানথোক্না থুংশাংনা লৈরক্রবনি হায়হুনা মৈতৈ লুতিন মীতিনবদা ঐখোয় অসি মথৈবু তোঙাম্বা লুতিন মীতিন অমা ওইহুনা লৈগদবা মরম অসিনা ঐখোয়গী ময়াই কাবা ইচিঙাক অসিগী ঐথোইনা থাদোকপগু ভয়োক্ত হায়হুনা চংলম লুতিন মাধব চার্য্য শর্ম্পু দাবু য়াওদনা লৈথি। কাংবু থম্বশিং অহুনা লুতিন চংলম অসিবু চংশি হায়বদা য়াদহুনা লৈথিবা মরমগী রাথল্লকপদা মরম অসি করি লৈবা হায়হুনা কংলা সনা কোকুং লৈবাক নোংপো তুবদা লেংলকুনা শঙলেন অহুমদা চংহুনা শিধাক্ত ভাশস্পাক্তিগা থুম্বোং চন্দ্রগা অনিবু য়েংহনবদা ইঙাললৈশাবা, থুম্বোক লৈশেম্মোন, মৈতৈ মৈহৌরোন ) হায়বা পুয়া পোরা অহুম সনা পুযা নোংদম শঙলেন্দা ( থমুং রাবু কুম্ববগী মথা থাহুনা লৈরম্মী ।। লাংদাই শঙলেন্দা ( মক্ত লাংঙন পাওজেল্লোন পুয়া ) হায়বা পুয়া অমগা ( য়ুমথাই য়ুমদাবা ) হায়বা পুয়া অমগী মথা থাহুনা লৈরম্মি। কাইবিরোন শঙলেন্দা য়েংবদা ( লৈফা চুকথারোন, রাঙম পাউজেল্লোন, মৈতৈ চংলম লুতিন ) হায়বা পুয়া ৩ অসিবু ( নাওদা পুয়া শেংথবা ) হায়বা পুয়া অহুগী মথা থানা লৈরমহুন শিদ্ধান্ত অনিবু পাহুনা য়েংহনবদা মশক মউ অমত্তদগী হৌমিন্নথবু মশা মশাগী চংলম খোঙংদগী চঞ্জাক মনিং তম্বা লুতিন ওইখিবনা মৈতৈ চংলম লুতিন্দা নামুংবা ওইবদগী তুলুখাই অমা ওইনা লৈখিবোইরে অহুমদি মথোই অসিনা চংলম ওইনা চংলিবা লুতিন অসিদগী চংলম অমা অমুক হোংহুনা চংনিংঙাই লৈত্রবা চংলম খিবিক্তগী অরোইবা চংলম নামুংথবু চঙনা লৈগ্নক্রবা মশক্কি কাওদনা থংনবা মথোই অসিবু ( লোই ) হায়না মিংহন্দুনা লৈরশন্ন সনা য়াথং হায়হুনা কাংবু অসিবু লৈহনম্রে। অহুগা লৈবাক অসিদা থুম্বোক লৈশেমচৌদগী মশিগী চংলম মাংহন্দুনা নামুংবা লম্বীদা খুং থিংজিল্লকুনা পুক্লিং ইক্ত মাইতাম থুক্তিন থুয়া শেংদোক্না, মকোক মউ ইতুম্ম মরুগী লাইমিং পরৈ থানা নামুং চিঙ্গাকপু চাদনা লৈগ্নক্রবা মৈতৈ পুম্বগী চংলম অসিগা শমপ্রদা অশিগা চংলম লুতিন অমত্তনি হায়বা অসি তশেংনা ঐথোইনা উবা ফংলি, অহুনদি থক্তা চংনরক্রিবা চংলমগা মশিংতা মায়নবনি চংলম লুতিন্দি অমত্তনিনা লৈবাক অসিগী লাইনিং চংলম অসিগু ( মধব চার্য্য শমপ্রদা নোরোত্তোন বারি বৈষ্ণব ধর্ম্ম ) হায়না কৌহনা থংনরশি হায়রিবা চংলম অসি চত্তনশিন চম্পু নিংতোন লোনবা, থাজনবা তোনদবা, মরম অসি থোকভম্নবদি মৈতৈ চংলম নামুং লুতিনবু থোপুবগীদমক অরোইবা চংলম্নু থোপুবা লোইশিঙ্গী মরক্তা লৈহক্লশি মৈতৈগী মীতিন্দা য়াওনবা হায়না লৈহনা লাংবচকী ৪৮৭৯ নোংদালাই ১৭৭১ শাঃ ১৭০০ চন্দ্রাব্দ ৩১ চৈথারোল ২৮৫ তবা অকোকপা গোবিন্দরামগী কুম অশিদা চংলম অশিবু মিংহন্দুনা থুমং থুদিংদা লৈশেম্বা মৈহৌরোন পুয়া, লৈবাক লৈথারোন পুয়া হায়হুনা পুয়া কয়া মুক্তা শগাই ফম্মাং হায়বা পুয়াগা ইইনবা হৌনখি ।

মথক্তা হৌখিবা নিংথৌরেনশিংনা চৎলম্বা লাইনিঙ্গা ব্রহ্মান্না চৎলকপা লাইনিঙ্গা লম্বী অনিবু লুপ্তিন য়াদে হায়না ব্রহ্মনশিংনা, হায়খিবগু লৈতে, মৈতৈ নিংথৌরেনশিংনগু শ্রীথোইনা চৎলিবা চৎলমগা ব্রহ্মনশিংনা চৎলিবা ধর্ম নিত্তিগা তিন্নবা লুপ্তিন য়াদে হায়খিবগু লৈনরক্তে অহুনদি চৎলম অনি অসি অমততনি হায়না পুয়াদা ইহুনা থম্লে। শ্রীযুক্তেশ্বরনা ব্রহ্মনশিংবু মশাগী ধর্মবু মাংখিদনবা হোৎনহুনা য়াম্না লুনা চান্না তৌবিহুনা লাইশঙ মান্দোপ্প্‌ শাবিহুনা শ্রীভগবানগী সেবাবু কাইদনবা থৌরাংহুনা থম্মি। হৌখিবা নিংথৌরোল পুম্ববু পুয়াগী পোৱা মতুং ইন্না মৈতৈ নিংথৌরোল পুম্ববু (সূর্য বংশনি) হায়না লেপ্তুনা পুয়াদা নৌনা অমুকম্সু কোলোম্ন তাখি। সনা পুক্লিংদা চিংনবা মহন্ত শাস্তদাশনা মৈতৈ পুয়াবু মৈ থাবনা করি মরমদগী থাখিবা মৈতৈগী চৎলম লুপ্তিনগা শমপ্রদা অসিগী চৎলমগা তিনশিনবা নক্কবা য়াদবা মরম করিবু ইহুনা থারিবা হায়বগী চিংনবা মরমু পুয়াগী পোৱা তাবদগী চিংনবা মরম পুম্বা কোক্ননা শান্তদাশনা মচিন্দা অঙৌবা পকপা পেম্না ব্যাধিবু মশাদা ফংখিবদি চৎলম লুপ্তিন অমতবু চৎলম অনি থোক্না থাইগে থৌরাংবদগী ওইখিবোইরে হায়বা থংখি।

লাইশঙ মান্দোপ শাবা লোইহুনা লাংবচক্কী ৪৮৮০ নোংদালাই ১৭৭২ শা: ১৭০১ চ: ৩২ চৈথারোল ২৯৬ য়াইবম চক্রপানি—থোরিগী কুম লাংবন থাগী ৮ নি পানবা ইরাক্ত মুমিংকী অয়ুক্কী পুং ৯ তাবদা লাইশঙ মান্দোপপু হোঙহুনা শ্রীবিজোইনাঠ গোবিন্দ, শ্রীগোবিন্দ অনিগী চরোন্দ কৎলি। শ্রীমুর্ত্তি মরি অমগা জিবন্যাশ তৌই, (শ্রীগোপিনাঠ, মদন মুহস্তি, বংশিবদোন অনুপ্রভুজি) গা লাই ৬ কী সেবা হৌহুনা শ্রীযুক্তেশ্বরবু বিষ্ণুপুরদগী লাংথবান্দা হোজত্তুনা লৈখি নোংঙাল্লগা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা মঙোন ইবুংঙো মন্ত্রিদা হংগৎলি, ইঙোন মন্ত্রিনা শ্রীবিজোইনাঠবু সেবা ফংবিনবা তৌবিয়ো। মহুদা মঙোন ইবুংঙোনা হায়, "নঙোনবু সেবা ফংজৌ তাকপিবা মরম অসি লাংবনগী ১১ নি পানবদগী ফংজরগে শ্রীচরোন্দা কৎনবা অউন কুমৈ জমৎদি নঙোংবু ফিজগে" হায়খি। ইঙোম্না পাম্বা মশক মরম অহুনা শ্রীবিজোইনাঠ গোবিন্দজিউগী থৌগল অউন কুমৈ ওইজগে মুমিং অসিদা হৈক্রু ১০৮ না লেংবা মালা, তুলশি মঞ্জুরি ১০৮ না লেংবা মালা, লৈ ১০৮ না লেংবা মালা, চেং থুংনা থোকপা ১০৮ না লেংবা মালা, কৌ মরু ১০৮ না লেংবা মালা ১ বু থোন্দুনা বিজোইনাঠনা হি মথক্তা তোংহুনা থাংঙাবাৎকি অকোইবদা হি তোংহুনা কোইনা লময়েংবা লেংথোকপা মতুংদা হিগা-ফমদা হি থাংহুনা পোৎথাবা য়তম অহুদা পানানা হিদায়হুনা থৌগল কুমৈবু কৎপা, কুমৈ অশিবু লোইরগা মন্দিরদা বিজোইনাঠবু লেংশনবা, মতুংদা নঙোম্না সেবা ফংজবা কুমৈ অসিগী মিংলেনবু (হৈক্রু হিদোংবা) হায়না লৈকত্তুনা সেবা ফংজবা মরম অসিতদি নঙোম্না পামজৈ। ইতোম্না তাকপিবা অসিনা অউন থৌগল ওইনা লৈকত্তুনা শ্রীবিজোইনাঠবু নচানা থিজগে, অহুগা বিজোইনাঠনা হি তোংগিতৈদা হৈক্রু হায়বা অসিবু চারবখি গুরপান তৌবগা মায়বা লোশ পুবা ওইপ্রসমু,

শ্রীচরোম্বা কন্তুনা বিজোইনাঠগী কণ্ঠদা থোনম্রিবা মখৈদি হৈক্রু চানরক্নুশি মরম পুম্বা ইতোম্না মুংশাইনবা শিনবিরো অতুগা হুন্দকী হিদাময়দা হি তোংবা থৌগল অসি ইপু শলা খোংশুমগা, ইপু হৈম্না থাদোইগা অনিনা হিদোংতুনা লৈকৎপা ওইবিয়্ন হায়না নোংদমখি ।

মতুং অতুদা পঙ্কযুক্তেশ্বর কার্ত্তনা শ্রীবিজোইনাঠ গোবিন্দ, শ্রীগোবিন্দ অনিগী প্রশাদিবু পুতুনা লাইনিংথৌ শনাময়হিগী লাইশঙদা পুরকুনা লাইনিংথৌদা কংনবা থৌরাংতি । খুদক অতুদা মত্তৌ মওং ইচা চাদনা লুকথোং অতুগী মথক্তা উরোক মতু অঙৌবা উরিকশেক হায়বা অত য়ুংতুনা লৈরম্মে । লুক অত্থু কংকে তায়না মথুম হাংবদা, লুক অত্থু কৎপা য়াদতুনা তোক্লে, মুমিৎ অত্থু সনা পুক্লিং অরাবা ওইতুনা শ্রীযুক্তেশ্বরশু চয়া অনিত্থু চাদনা লৈতমতুনা মবুধৌগী মফমদা ভক্তি কন্তুনা ওম্বোইনা থাংতুনা লৈপ্রে । অহিং য়ুংথক থানবগী মতুংদা মবুধৌ শনামহিনা লাকুনা তাকপি । "কার্ত্তা ভৈগ্যচন্দ্রা নংনা ঐবু চাক চাও য়াদে হায়তুনা নংদি চয়া অনিবু হেন্দুনা ঐগী মরমগীদমক কণ্ঠনা লৈরি হৌগৎলু ঐ বা হায়গে ভক্ত বোরেংতোম নংনা হুন্দক্কি মপোক অসিদা অশুক পংলিবশি করিনো ? নবুধৌ ঐ অসে নবুংতো শ্রীগোবিন্দগী য়েৎথমদা লৈরিবা বিজোইনাঠ গোবিন্দ তায়রিবা অতুনিনে, নংনা ঐবু পিজনি হায়না পুরক্লিবা চাক অতুদি ঐনা চাপ্রবা অরেম্বা লুকথাক্কি । ঐনা চাবদগী অরেম্বা অতুবু ঐনা অমুক হন্না চানবদি লুকথাক চাবা হায়বা অতুগী অমাংবা মহৈবু ফংঙি, মরম অতুনা ঐনা চাদবনি । কার্ত্তা জয়মনিসিং নবুধৌ ঐগী মশকপু নং কাওরমাম্নে চিংশাংভম্বা নঙী নবুক্তা নবুধৌ ঐবু চিংনবা অমম্বা মশক ওইদনবা য়েংহৌরো, ঐনা ওইবা মশকপু নঙী নক্কমদা তাক্লম্লগে" হায়না শ্রীযুক্তেশ্বরগী মংলাং অতুদা চক মরিদা শাম্নখিবা লাংঙন লাথুপ পুম্ববু পুথোক্তুনা য়েংহন্নগা মতুংদা বিজোইনাঠগী মশক ওইনা মন্দির মম্নুংদা চংপ্রে । খুদক অতুদা শ্রীযুক্তোবু মিকপ হেক থোক্তুনা লেংথন্তুনা মপাল্লাংদা লেংথোরকই, মতম অতুদা নোংঙান তুবু উরক্তুনা চিংথৈ মরোম ৬ না মচু ৭ লৈতেংতুনা থেক্লা থেক্লা নোক্তুনা নোংদম্বা মপুগী থৌগল্লম্নে, নোংমদোন পাওজেল লৈচিম্না হায়না হুম্না তনিক তনিক্লা মাইগৈ শিম্না থাংতুনা নোংদম্বা মপুগী থৌদাবু থৌপুনবা পাওদাকখি । মতুং অতুদা শ্রীযুক্তেশ্বর ইরু মাইতাবা মকোক মউ তুম্না খুজিন খুয়া শেংনা পুক্লিং ইরুরগা মংলাং চানবু মতোন ইবুংঙো শ্রীযুক্তো অনন্তশাই মন্ত্রি, ভাশস্পতি ভাশকর, চন্দ্রশিখাস্তনচিংবগী মফমদা তমতুনা অরাবা পুক্লিং কোকখি । মতুং অতুদা শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর মহারাজনা শ্রীবিজোয়নাঠ গোবিন্দবু মতোনগী মফমদা থিনবগী সেবাগী মরম পুম্বা ঐনা কৎচবা ওইজগে হায়তুনা মুমিৎ অতুগী মীত্তিনবু লোইখি । মতুং মুমিৎ হুম্নি শ্রীযুক্তেশ্বরনা বিজোইনাঠগী সেবা চৎলগা লৈবাক প্রজাগা লোয়নতুনা লাংবন বা নিলমাং ১১ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা শ্রীযুক্তেশ্বরনা শ্রীবিষ্ণুগা লোইননা থাং-লেংতুনা বজাই বেজুল থোংনা অশাই অশম্না থৌথন্দুনা শ্রীবিজোইনাঠ গোবিন্দবু থু.ই শাগোলবন খাই

মুংজেং পিথানা থৌনথ। জদা থিল্লক্লে। শ্রীমহুত্তো মহারাজা ইবুঙ্গো মহিনা শাংভামাংল্লে। শ্রীবিজয়গোবিন্দগী থোংনেং হিপু শেম্লছুনা। ইদা বিজোইনাঠ লেৎশিন্দুনা অথম মখা পাক্না মালা, থৈ, তুলসীচন্দন্না কত্তুনা আরতি সেবা কৌলবা মতুংদা হি থোক্না হোল্লুনা মায়েংমং লৈংলাকপা হুমতুনা হিরাং-খমদা হিরাংছুনা লৈরম্লে। হিরামগাদবা অনি অহল্লুপ পামাগী শল্লু থোংঙম, নাহারুপ পানাগী চৈথা খাদোই লেলুংবা অনিনা মাগী মাগী হিরোইগী লোইনল্লুনা বিজোইনাঠ গোবিন্দজী চরোন্দ চৈকৎ লৈকত্তুনা পুক্নম লৈপায়রবা হিদায়গদবগী হিগুমথিছুনা হিদান চিথানরক্লে। মাংগুরাৎ মা-রাংদা কুমৈ এংবশিং মগী মাগী মাইগৈদা হিরোনবগী মীচং থৌমল্লুনা তি থোনবা হৌনরক-ত্তুনা মীগী মীনিম্না ঈশিং ঈথক চৌবগুম ইহন চাওবা মাংজেনা শিংলকপগুম বা রা লাওন-খিনা অকি তুজং লৈনখিদ্রে মহুত্তো অগুম্না হিদায়বগী কুমৈবু চৈরক হিদোবা হায়না মিংছন্দুনা লাংবনগী ১৯ নি পানবা নিংথৌকাবগী চুংথিল পোপ্পা ছুনবা মতমদা মহুত্তোন মন্ত্রি, লৈরাক প্রজা, শ্রীপঙ্কজ চুরুশ্বরনচিংবা তিন্দুনা শ্রীশ্রীবিজোইনাঠ গোবিন্দগী শ্রীচরোন্দা সেবা থোগল ওইনা কত্তুনা হিদায়বা লোইহুনা আরতি কৌলগা মন্দিরদা লেংশিন্দুনা মরিবা পায়দা মচা শক্নুনা মতুংদা মহা-রাশ লিলাবু কত্তুনা শ্রীচরোন থোগল সেবা অমাম্না ফংজবা হৌহুনা মহুত্তোন ইবুংঙো মন্ত্রিগী পুক্নিংবু মুংঙাইনবা থোরাংহুনা সেবা তৌহুনা পুক্নিং মুংঙাইনা লৈরে।

মতুং লোংঙাম্লগা লাংথমান অন শ্রোমুংগী মীহিন গুঙোলজ শ্রীপঙ্কজচুরেশ্বর কার্তা চিংথং-খোম্বা, মহুত্তোন ইবুংঙো মন্ত্রি শ্রীযুক্তে। অনন্তলাই, শ্রীভাগস্পতি শিদ্ধান্ত ভাশকর শর্মা, শ্রীখুমোং শিদ্ধান্ত চক্রমনি, শ্রীরত্নাকর গৌরশ্যাম শর্মা, শ্রীরূপ পরমানন্দ শর্মা, শ্রীগুপ্তানন্দ শর্মা, শ্রীঅগ্রনন্দ শর্মা অসিনচিংবা অহম্বা ময়াম তিন্দুনা শ্রীবিজোয়নাঠ গোবিন্দ, শ্রীগোবিন্দ অমিগী থোগল সেবাগী ময়মদা থম্লহুনা লেপ্লে। শ্রীভগবান অনিগী থোগল সেবা অসিদি মতম অমত্তদা মাম্না কৎলি বেদগী কথি মতুং ইন্না কাহিদনা থোম্বাংহুনা কৎলশি।

১) থরানগী ১০ নি পানবদগী শ্রীচরোন্দ ঝুলোন যত্রা হৌহুনা মুমিৎ ৫ নি সেবা কৎপা

২) পুর্ণিমাগী অহিংচুপ্পা কত্তুনা লক্ষ্মী পুজা তৌহুনা শ্রীভগবান অনিগী চরোন্দা কুঞ্জরাশ হায়বা লিলাবু কৎপা।

৩) হিয়াঙ্গৈ নিনমাং নোংমা পানবদা গোবর্দ্ধন পুজা কৎপা।

৪) নিপানি পানবদা গোচারোন হায়বা বনভোজবা লিলাবু কৎপা।

৫) হিয়াঙ্গৈ ১১ নি পানবা তুমিত্তা শ্রীভগবান থম উথান কৎপা।

৬) ১৫ নি পানবা পুর্ণিমা মুমিত্তা শ্রীরামুকোন্ড ভগবানগী চরোন্দা থাউমৈ কত্তুনা শ্রীচরোন্দ রাশ লিলা হায়বা অহানবা লিলাবু কৎপা।

৭ ) লমদা থানিল থুমিত্তা শ্রীঅমুপ্রভু ভগবান দোল যাত্রা য়াওশঙ শঙলেন শাত্থনা কৎলগা চৈদা অমুক কত্তুনা মথুং থুমিৎ ৫ নি কাওবা অথিয় অমস্তুং পেচকারি থেলবু কংপা।

৮ ) দোল যত্রা ৫ নি শুবা ২০ নি পানবা থুমিত্তা লৈবাক্কী থুংঙাই য়াইফনবা লাংদাই কাইবিরোম পুরুম থৌনিবা লৈকুম্বা ওইনা মরম পুম্বা পিবা ঐনা থৌরাংজত্থনা ময়ুম ৭ পু লুচিংবা পিবা ঐনা য়োইরেন থাবি লেংনা তিন্না লোইনত্থনা অমাই অনপ লৌশিন্না অশৈ থোংকাং লাংনা শঙলেন মপু মোংদম্বনা লৈতাইত্থনা লৈনিবা লোইরগা শ্রীবিজোইনাঠ গোবিন্দগী চয়োন্দা হরি শংকৃত্তন পুম্বা কত্তুনা শ্রীঅমুপ্রভু ভগবানগী দোল যাত্রা পন্দোল লোম্বা মফম অশিদা, মরম অসি কাইদনা লৈবাক্কী চৎলম ওইনরশি, চৎলম অসিবু কাইনা থৌপুরবদ লৈবাক্কী অরা লৈথম তামফংনবা ওইদুনা লুচিং পিবা তাকতম্না লৈপান্নবা ওইদুনা কাত্তা ইহাকথক্কী ফংওম্বা ওইরশন্নু থৌবু থৌরম অশিবু কায়রবদি ।

৯ ) অত্থগা লৈবাক পুম্নবু অনা অয়েক লৈকম্নবা মিন্দুং মতুং ৮ নি কোনবা ২০ নি পানবদা শংলেন মপুনা থোইযুম চীংদা=হৈবোপচীংদা কুমত্থনা শিতলা দুর্গ লাইরেম্বীবু পুরুম ইরাৎ থৌনিত্থনা কংলৈ পুংমাইয়োনবু লৈভাকপশি কায়ফদে ।

১০ ) মতুং ২৯ নি পানবা থুমিত্তা নোংপোক লৈহৌ চীংদা লৈবাক প্রজা অওন অথৌগা য়োইয়েল থাবি লেংনা তিন্দুনা অমাই অনপ লৌশিন্না অশৈ থোনকাং লাংত্থনা থোইযুম ইঙোবা লাইবু পুরুম লৈপাইনত্থনা নোংমাইজিং ইমিবশি কাইফদনা থৌপুগনি । লৈবাক্কী তান-ফেন ময়ুং পাক্না শাংনা তানফংনা পানজম্নবা থোকাওদনা তৌগনি, হৌখিবা নিংথৌরোল পুম্বনা পুরুম থৌনিরম্বা পুম্বা মরম্বু কাইদনা থৌনিগদবনি ইবুধৌশিঙ্গী মতিক মঙান শামফমবু শামহন্নবা থৌবু থৌশিনবা লৈবাক্কী নামুংলম্বী অকাইবা ওইনশি । শ্রীবিষ্ণু পুজা, দুর্গ পুজা, শ্রীরামচন্দ্রা পুজা, শ্রীগৌরাঙ্গ পুজা মথং মথং ইবুধৌশিংনা থৌরম্বা পুম্নবু কাইদনবা লম্বী ওইত্থনা মরম পুম্বা কাইদনা থৌনিশি ।

১১ ) মেরাগী মোংজা পানবদগী ইমা লাইরেম্বী থুংলোংবী দুর্গবু নিংশিংনত্থনা পুরুম লৈপাই-নবনা ১০ নি পানবদা লৈপাইবা লোইত্থনা ১১ নি পানবদা লৈবাক প্রজা অওম্বা তিন্দুনা কুমৈ তৌনা থাবোন কাপ্পা হায়ত্থনা উচেক চাকথাক পীত্থনা উচেকপু তাম্দুনা লৈবাক্কী য়াইফ থুদম চাং য়েংবা অসি থাদে।কুগম্নশি হায়না লেপত্থনা মৈতৈ চৎলম পুম্বা লেপত্থনা পুয়াদা ইত্থনা থয়ে

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮৮১ মোংদালাই কুমশিং ১৭৭৩ চন্দ্রাব্দ ৩৩ শা: ১৭০২ চৈথারোল ২৯৭ তবা লৈপাক্পা মথাং রামজয়োয়োবগী কুমদা নিংথৌ অওম্বা প্রজা তিন্দুনা ।

১২) কালেনগী নিলমাং ৩ নি পানবা লৈবাকপোকপা রোহিনি নক্ষত্র=লিক্লা শাকবনা পানবা নুমিত্তা খিজোইনাঠ, গোবিন্দ ২ গী মফমদা (চনদোন যাত্রা) হায়না লৈকৎতুনা পুরুম থৌখল্লে।

১৩) মতুং ৬ নি পানবদা চনদোন সেবা লোইরগা ৭ নি পানবদা (জহ্নু সপ্তমী) হায়না সেবা কৎলে।

১৪) মতুং ৯ নি পানবদা (সীতা নবমী) হায়দুনা চরা হেন্দুনা নাম শোয়ে।

১৫) ১৪ নি পানবা নুমিত্তা শ্রীনৃসিংহ (চতুর্দ্দশী ব্রত) হায়দুনা চরা হেন্দুনা নাম শোন্দুনা নুংঙাইনৈ।

১৬) থানিল নুমিত্তা মধবী পুর্ণিমা হায়দুনা লৈতনা চুলাই শাদুনা লৈকত্তুনা হরি শংকুত্তনচিংবা তৌদুনা নুংঙাইনৈ।

১৭) নিন্দুং ১১ নি পানবদা শ্রীবিষ্ণু শংক্রান্তি চরা হেন্দুনা ইচেন নাইবা মফমদা ইরু মাইতানৈ।

১৮) ইঙাগী নিলমাং ১০ নি পানবা উত্তর ফালগুনি নক্ষত্র=মোংক্লাং শক্না পানবা য়মশকৈশা নুমিৎকী অয়ুক্তা ঈরিল তুরেলদা কুমদুনা গঙ্গা পুজা মানশ দেবী পুজা তায়দুনা ইরু মাইতাদুনা পুরুয়ে।

১৯) পুর্ণিমা নুমিত্তা শ্রীশ্রীজগনাথ স্নানযত্রা হায়না মংশ্র থাকুর তনোইনা লুচিংদুনা ইরু মাইতানদুনা পুজা তৌদুনা চরা হেয়ে।

২০) ইঙেনগী নিলমাং ২ নি পানবদা শ্রীশ্রীজগনাথ রথ যত্রা হায়না কাং চিংনবা শেমদুনা কাং অদুগী মথক্তা শ্রীজগনাথবু লেংখৎতুনা অঙম্বা লৈবাক চংনা কোয়না চিংদুনা লমখোং খুদিংদা পুজা তৌদুনা থুরুয়ে।

২১) মতুং ১০ নি পানবদা অমুক পুর্ণযত্রা হায়দুনা কাংচিংদুনা পুজা তৌনৈ।

২২) মতুংদা শয়নৈকাদশী হায়দুনা—(শ্রীহরি শয়ন) হায়দুনা নাম শোন্দুনা লেয়ে। মতৌ অমুন্না শ্রীভগবানগী সেবাগী লম্বীদা মথল মথা ঝুলোয়চিংবা লৈবা খিবিকপু থিজিন্দুনা শ্রীভগবানগী সেবা কংনবা মৈতৈ লৈবাক মণিপুরগী চৎলম ওইনা জিংখৎতুনা সেবা থৌগল ওইনৈ।

২৩) লাংবনগী নিলমাং ১১ নি পানবা উদ্রা য়রা=হারৈময়ে থরাইমিচাক্লা পানবগী লৈবাক-পোকপগী নুংথিল পোম্বা চুপ্লকপদা শ্রীপক্ষ্যুক্ষেশ্বর কার্ত্তা ভগ্যচন্দ্রা অঙম্বা প্রজানা থৌগলনা লাংথবান্দগী মতোন মন্ত্রিগী মশাইকোন্দা শ্রীবিষ্ণুগা লোইননা খোংলেংলদুনা মতোনগী থাংঙবাং

অপান্বা সনা কয়াল লাংদুনা শ্রীবিজোয়নাঠগী সেবা থৌগলগদবগী তাইদুনা লৈরম্মে। সনা থৌগল ওইনা পানা ৪ গী হিদোংদুনা হিদায়গদবশিংবু মা-মাগী হিজগাংদা ফমদুনা শ্রীবিজোইনাঠগী সেবাবু তাইজদুনা লৈনম্মে। মতোম উবুংদো অনহুশাই শ্রীবিষ্ণু শ্রীবিজোইনাঠ ভগবানগী থৌগল তুংইন্না থাংজাবাং অহুদা লেংথদুনা শ্রীবিজোইনাঠ গোবিন্দ খোংমেৎ থিদা লেংথত্তুনা লৈরক্লে। শ্রীগুরুগী কার্ত্তনা মাইয়োক থানবা অথেনপোৎকা, তৈক্রু মালা, তুলশি মঞ্জুরিগী ১০৮ গী মালা, লৈগী মচু ১০৮ না লেংবা মালা, চেঙগী আলানচিংবা থিগী বত্তি ১০৮ বু কত্তুনা আর্তি পুজাবু তৌদুনা শ্রীবিজোইনাঠগী সেবা থৌগলদুনা থাংজাবাং অকোইবদা হি তোংবা শ্রীবিজোইনা কোয়না লম যেংশিন্দুনা হিজগাংদা লেংশিল্লদুনা শ্রীবিজোইনাঠবু লৈরম্মে। থুদক অসিদা হিদোংবা অতল্লপ পানা শালা থোংজম, নহারুপ লাকপা ঙৈস্নাম থাদোই, অমিমক্পা মামা মানা কৎচনিংবা মাই-য়োকথাবু পুনল্লদুনা শ্রীবিজোইনাঠপু শুকয়ে। শ্রীবিজোইনাঠবু আরতি অমুক কত্তুনা হিদোংবা অনিবু হিগুয়খিদুনা হিদময়ে। হিদময়বা লোইদুনা মতুংদা অমুক হিগুমদুনা হিথাকম তুথুপ লুথাইদগী হিথাদুনা হিদায়রক্লে। কুমৈ যেংবনা তুলুখাই ভানদুনা হিথৌনবা তৌনরে। হিরাও-খোন মীনিয়া কনথিবনা শোইনবা য়াওজল্লকবয়া হায়না লনা রাখল রাদুনা মতোম মন্ত্রিগা শ্রীযুক্তগা অনিমা থাংজাবাংকি খোঙবান রাংমা রাংমদা লেপ্লুনা হিথৌববু ওইনবু মনাই অনিগীদমক্তা খোঙবান চেনবা শারক্লে।

"মিংজাই শংবানদনা চিজিক হিয়োয়দুনা
তুলুখাই ভানা হিজোয়শি,
হিজোন হৈবা ভায়শি
তেংমাই লেল্লা চিং লেল্লা ভায়শি
হিনাও হিয়োন শাবগী মহৈ অতম
ভায়দুনা হিক তেংমাই চুম্বা ভায়শি,
মানা কৈদা চেনখিনি, এনা বৈদা য়াংকবনো
হৈ. হৈ হৈয়া হৈ. হৈ হৈ হৈয়া হৈ
ও হৈ ও হৈ ও হৈ"

অতুয়া লৌনাক কুমৈ য়োংবা মুংজাইহন্দুনা শ্রীযুক্তা অনিনা হিথৌ খোংবান চেন্দুনা হিকৌ হিদেল্লকপদা মতোমা হিথৌ ওইজবা শালা খোংজম্মা হিদাম অহানবা থোইজমখ্রে। হিহল্লবদা মচা উমুংলোনা হিথৌবা হৈনা থাদোইমা হি থোইদুনা অচাম মীরাই নাইদনা শ্রীপঞ্চয়ুক্তেশ্বর কার্ত্তনা অনা নিয়োন পিদুনা শ্রীবিজোইনাঠ গোবিন্দগী সেবা হৈক্রু হিদোংবা থৌগল কুমৈবু

লোইহুনা শ্রীবিজোইনাঠবু নিংথৌ অঙম্বা প্রজানা থৌগল্লা মণ্ডিরদা লেংশিন্দুনা সন্ধ্যা আরতি সেবা কত্তুনা নিংথৌ অঙম্বা প্রজা পুম্বা হন্নখ্রে ।

২৪ ) মতুং দুর্গা পুজা তৌহুনা নিংমাগী ১০ নি পানবদা পুজা লোইহুনা উকাই কাপ্পা হায়না উচেকী চাকথাক পিহুনা কুমগী পাওদাক পাউজেল য়েংহুনা অকল অথোগী কুমৈ মথৌনাবু য়েংনৈ ।

২৫ ) মেরাগী থানিন্দগী শ্রীদামুদোর ভগবান্দা থাউমৈ কত্তুনা শ্রীভাগবোটপু পাঠ তৌহুনা তানৈ । রাশ হায়বা শ্রীভগবানগী লিলাবু শ্রীবিজোইনাঠ, শ্রীগোবিন্দগী মফমদা কত্তুনা সেবা চংলে ।

২৬ ) পোইহুগী নিংমাং ৫ মি পানবদা মতোন মন্ত্রিনা মপাবুং শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর গরিপতি রাজনা তৌরম্বা কোম্বাগী পুথিবু শ্রীযুক্তোগী অখিবা পালা ৫ না শ্রীহরিগী নাম্বু শকুনা মৌনা থোরকপা বামোন ৫ না পুথি মম্নুংদা কমহুনা শ্রীভগবোটপু পাঠ তৌনা পুথি মমিংবু ( জয়পতাল শাগোর = মন্ত্রি পুথি ) মিংহন্না শ্রীবিষ্ণুদা কৎলে ।

২৭ ) লমদাগী থাংজ অহানবগী অবুক্তগী য়োইরেন থাবি লেংনা তিন্দুনা অমাই অনপ লোশিন্না মাইগৈ ৪ তুংদাই ৪ গী উমংলাই পুম্ববু থেম নৌনা কৌহুনা নিংথৌ অঙম্বা প্রজা তিন্না ফম্বাল লাংনা য়েংহুনা ময়ুম শলাই ৭ না তিন্দুনা শগোল কাংজৈ শান্নহুনা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরদা লৈকত্তুনা থুংগাইনৈ । মালেম অঙানবনা থুংথক থানবা মতমদা শগোল কাংজৈ লোইহুনা অঙম্বা প্রজা পুম্ববু থুরেন শংলেন্দা পুরগা লৈবাক নিংথৌ মহারানি অনিনা অনৈ চাজ য়ুমকৌহুনা পিজ পিথকুনা থুংগাইমরে । মতুংগী থাংজ অকোনবদা শগোল কাংজৈবু শান্নদুনা চাজ অনৈ য়ুমকৌনা চামিন্নহুনা অঙম্বা অমাই অনপ্পা খোইয়ুম চীংদা কুমহুনা কুমগী শিংথা শিংশংলি ।

২৮ ) লমদাগী পুনিমা থুমিংকী য়াচংবা লোইদাম থাজনা খোংগারকপা মতমদা য়াওশং হায়বা শংলেন অমা শাহুনা শ্রীঅনুপ্রভুদা কৎলগা মতুংদা মৈদা দান তৌরগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অনুপ্রভুজিগী অহৌবা দোল যাত্রা হায়না কত্তুনা থুমিং ৫ নি চুপ্পা কৎনবা খোমাংহুনা মতুং নোংমা কোনবদা অবিরনচিংবা পেচকারি কাপ্নহুনা হরি ধ্বনি তৌহুনা থুংগাইনৈ । ৯৯ মতুং ৩০ নি পানবা লাই কৈথেল কাবা থুমিংকা অনুপ্রভুগী পদ্মদোন অরোইবা থুমিংকা থুমিং অমত্তা ওইহুনা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর কার্ত্তা মহারাজনা ।

২৯ ) কুমজা লাংদাইগী পোংলম পুম্বগা অনুপ্রভুজিগী পঞ্চদোল অরোইবদা কৎনবা পুম্বগা খোৱাংহুনা অঙম্বা প্রজা অমাই অনপশিংগা লোইনহুনা কানচিপুর লাংথবাক্কগী মতোন ইবুংঙো মন্ত্রিগী মরামরাই লাংদাই কাইবি লৈপুবা থ্বাই থুংজেং পিবা হাওজোংবগী মশাইকোন্দা কুমহুনা শ্রীবিজোইনাঠগী থৌগল ওইনা লাংদাই লাংওন লাই কৈথেল কানবা খোৱাংহুনা লেংখনরক্কে ।

লৈবাক আওম অথৌবা থৌরম্‌ মরাই লেমুম খোঙ্গুনা হরি নাম্ব শকুনা মনা খোংজেংজকপদা মীংলেমপাৎ, পান্থোইবী ইরেন, হরিং খোংখাম লাকুনা নিতাইনাৎ চিংথেক মুংয়ুম্বী য়োক্নুনা শ্রীপঙ্ক-যুক্তেশ্বর শামু মথক্তগী কুমহুনা মনা কংলা কোন্থোক্তম ইংখোল লৈবাক নোংথো তুবা উয়ুং মথোং ক্রোং কাংলেন মনা ফম্বাল মেমকম্বু পুরুম লৈপাইরকুনা নোংচুপ পাংনা খোংজেংলকুনা মবুথো অশিবা লাইমিংথৌগী রাহো রারোই লাংদাইপুংবু লৈপায়কুনা পুরুম্মি। মনা কৈথেল খুঙ্গইরম্বন কারোং য়োক্নুনা মবুথো পঙ্কযুক্তেশ্বর মৈতৈভু চরাইলোংবগী রাংথোন থাংলেন পনবু লেং লোই নাতে কোইনা পুরুলম্মি, মাঙ্গোই শামুনা নম্বুল তুরৈ লান্দুন। মরশিং খোংনাংমথোংদা শ্রীবিন্দুবু ঙাইদুনা লৈঙরম্ব্রে। শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর মনা খোংনা নম্বুল ইখোঙ্গী কোপকী থোংবু লান্দুনা শামুগী মথক্তা মনা ফম্বাল লাংহুনা মতোনগী মশাইকোনবু ত্তমথরক্নে। খুদক অহুদা মতোন ইবুংঙো মন্ত্রিনা মচা মনাই পুহুনা মাইয়োক থাফম লাংহুনা পঙ্কযুক্তোবু লমথাংদা ওক্লুনা শ্রীবিজোইনাটগী থোগল সেবাবু শিন্নহুনা খুাই মুংজেং লাংদাই পুংলেন লমপাক্তা লেংশিন্দুন মনা ফম্বাল লাংহুনা শেন্নুং ফমাই পুম্বনা থোগম্না লৈঙম্নে। মতোন মন্ত্রিনা লুচিংনা অমাই অনপ লোশিন্না শিল্লাংহুনা মৈতৈ চন্নু নিংঙোল ময়ুম ৭কী অম্ব নহানা অচা অথক অথুম অহাও পুথোক্লুনা লাইরেম্বী কৈথেল লুকমাই ৭ শানা কম্বাল্লোংনা পোৎ য়োল্লে। শ্রীযুক্তেশ্বরনা মনা থোংলেংথোক্লুনা য়োল্লিবা লৈবা থিবিকপু লৈহুনা মথেন লুকোই শেমহুনা থোংবা থাকপা লোইওমহুনা অমাইবনা লুক্কোই ৭ থানা চাক শিল্লে। অশৈবনা অশৈ খোনফাং লাংহুনা মতোন মন্ত্রিনা লুকথাই লুকত্তিন সেরা চংঙম্নে। থাবা লুককা, ঙানবা লুককা অনিদগী লুক থাইহুনা অঙোম লুক্রতা লুকত্তিল্লে। মতু' ঙানবা লুকপু লোথক্লুনা থাবা লুকতা লুকতিনখ্রে। থাবা ঙানবা লুকত্তিন্দগী লুক অমা থাইহুনা ঙানবগী লুকফম অহাংমদা থাহুনা শরাং লুক শেম্নে। নিংথৌজা পিবা লুক্রেন্দা অঙোম লুকত্তগী লোদুনা (৩) লক লুকতিল্লে লুরাং লুকত্তগী অমা, খুমন লুকত্তগী অমা, মোইরাং লুকত্তগী অমা লোহুনা নিংথৌজা পিবা লুক্তা লুক্তিন লুকহৈরে। মতুংদা কংলৈ খোম পাথংবা ( চাক্তা লাইথুন্দা ) থৈয়োম লৈপুন ইন্দুনা মনা তাঙ্গা, লুপা তাঙ্গা থানা লৈবাক নোংথো তুনা লৈঙাক লৈকাদুনা লাংওন লাংদাইবু থেমনৌনা য়োইরেন থাবি লেংনা তিন, অমাই অনপ লোশিন্না শরিক লাইনৌ তাঙম্না অশৈ খোনফাং লাংওম্না পুন্সি মরা লেমফু তানা লৈবাক নিংথৌবু পানওম্নবা চুক কাহুনা লৈনিরে। মতুংদা অচা অথক পুম্ববু ময়ুম ৭ মক্তা মাগী মাগী লুক্রেনবু পিহুনা চামিন থকমিন্নহুনা পুক্নিং হরাও তেরাম্নরে।

মতুংদা শ্রীবিজোইনাঠবু খুাই লাংদাই লমহাংদা লেংথোক্লুনা মঙাগী অয়োইবা পঙ্কজোলবু কহুনা মথল মথাগী নামগী কুমৈবু হুপী অঙাং চংনা লেবা। থোপম্না অহিং চুপা হরাও কুমৈ

তৌবুনা মথল মথা অয়াম্বা বাবু শক শোন্দুনা লৈকত্তুনা নোংথান তু উরবদা পঙ্কদোলগী শিলা লোইহুনা নিংথৌ অঙম্বা প্রজানচিংবা ইরু মাইতাহুনা মতুংদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর কার্ত্তাগা, মতোন মন্ত্রিগা অনিনা শ্রীঅনুপ্রভুজিগী দোল যাত্রাবু শ্রীবিষ্ণু ভগবান বিজোইনাঠগী মফমদা অরোইবা পঙ্কদোল কৎপগী মঙ্গোলগীদমক শ্রীবিজোইনাঠগী চরোন্দা স্না লুপা অচা অথক চেং, কৌনচিংবা কত্তুনা সেবা পন্দোল লোয়ে । মতুংদা অঙম্বা প্রজানচিংববু মহাপ্রশাদি ক্ষংহন্দুনা সনা লুপা দান তৌহুনা নিংথৌ অঙম্বা প্রজা পুম্বা মুংঙাইনহুনা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর সনা কোমুং লাংথবান্দা হন্দুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌহুনা লৈরে ।

৩০ ) মতুং ২৮ নি পানবা নোংমাইজিং শিকি্লিরেং=শতবিশনা পানবা কুমিত্তা নোংপোক লৈহৌ চাঁদা চত্তুনা চীঙ্গোই তুরৈ (৩) ফাংবদা মকোক মরু ইতুম্না খুজিন খুয়া শেংনা পুক্রিং ইরু মাইতানহুনা বারুনী গঙ্গা স্নান হায়না তৌয়গা চীংদোন য়োনা কানহুনা থোইয়ুম ইভোবা ( মহাদেববু ) পূরুম লৈপাইনৈ ।

৩১ ) লমদাগী থাশি কুমিত্তা লাইনিংথৌ শনামহিদা মানা মানা লৈজবা ঙমজবা থৌরাংনা লৈকত্তুনা লৈপাইনৈ ।

৩২ ) লাংবচকী কুমশিং ৪৮৮২ নোংদোলাই পাখংবগী কুমশিং ১৭৭৫ শাঃ ১৭০৩ চঃ ৩৪ চৈথারোল ২৯৮ চৈথাবা য়াংথেম লমথামগী কুম শজিবু নোংমা পানবা নিলমাং শাগোলশেন অশ্বিনী—থোংজোংমুবীনা পানবগী অয়ুক্তা য়ুমথোং খুদিঙ্গী মানা মানা ঙমজবা অচা অথক অনৌ অপেনবু থৌরাংহুনা মরু শিদবগা, লৈশিরোন লৈপুনবীগা, লাইনিংথৌ শনামহিগা অহুম্ব লৈপাই-হুনা লৈকৎলে, শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী মফমদগু লৈকৎ লৈরাংনা পুরুম্বা মানা মানা নিংজবা লম্বীবু থৌনিনৈ । কুমিদাংদা লৈমরেন শিদবী, ইমোইনু অহোং অচাঙবীবু পুরুম লৈপাইহুনা য়ুমথোং খুদিং লৈপাইনৈ । ৬ নি পানবা লৈবাকপোকপা মৃগশিরা=চিংচেইবীনা পানবা কুমিংকী শন্ধ্যাদা নোংপোক লোইরং পাপ্পোইবী লাংঙন খুৎলোংবী=লাইখুরেম্বী লাইস্নাবু লৈপাইনৈ ।

৩২ ) কালেন হুম্নি পানবদা শ্রীবিজোইনাঠ শ্রীগোবিন্দ অনিগী মফমদা চন্দোল কৎলি ।

৩৩ ) ১২ নি পানবা থানিন্দা শ্রীকৃষ্ণ দোল যাত্রা কৎলি । অসুম্বা শ্রীভগবানগী সেবাগী মরমদা লৈবখিবিকপু থিজিন্দুনা ঙম্বা মথৈ লোথত্তুনা সেবা চৎনবা থৌরাংহুনা কৎলি । রাশ লিলাগী মরমদা ন্যতরাশ, মহারাশ, কুঞ্জরাশ, রাশযাত্রা দিবরাশ, বসন্তরাশ রাশ মথল ৬ পু হম্বীহুনা শ্রীবিজোইনাঠ, শ্রীগোবিন্দ অনিগী সেবা কৎনবা থৌরাংহুনা থম্মি । শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা শ্রীমূর্ত্তি ২ গী সেবা শিল্লাংবা অসিদা করিগুম্বা লংজবা অকাইবা লাক্লগদ্রা রাখন্দুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা থৌশিনবদি ঠনা অশুম মশিঙগে সেবাদি লৈবাক প্রজানা শিল্লাংহুনা অশুমক তৌনবা

ঐমা সেনা কোমহুনা। লৈবাক্কিদমক খন্নপে বিজোইনাঠও ইঙ্গোনবী সেবা ওটাংগ্র মরক্তা ঐমা করিওমনা ফংবগুনি অতুমদি লৈবাক চংহুনা সেবা কাইদনবা হোংনবা অহু মওাইদে বিজোইনাঠবুও লৈবাক্কিদমক্তা ইত্তোব মন্ত্রিন। শিন্নাংহুনা শিন্নহুনা য়াংদনবা হোৎনখ্রে অহুনদি মূর্তি ও অসিমও লৈবাক্কিদমক্তা শিন্নহুনা থৌশিন্নবা থোন্নাংলগা তারে হাইহুনা মচা ইবুংঙো য়াংওম্বম চনু অপাম্বীন। প্যোকচবা শ্রীপুরারাজবু কৌ-খত্নুনা শ্রীগোপিনাঠ ভগবানবী সেবা থৌপুজাদো চায়না নোংদমহুনা অউন জৌনজিংবা মখল মথা অয়াম্বা তমহুন শিন্নরে। শ্রীগোপিনাঠবু নিংথৌথোংদা লাইশং শাহুনা মচা ইবুংঙো পুরারাজনা থৌগজবা. মাগী চংখোনবা চৎলম্বু উবদা পেনগ্রহুনা মচাবু কোন্দুনা ইপাগী পুরারাজ গুলিদগী ইচাগী মিথ্রু কালারাজ থোন্নপে পান্নি নংনা নিংথৌথোং হৌগাংঙোইনা কোনবা লম্বু থৌশিন্দুনা গুলিদগী ওইজরো শিন্নহুনা তানফংজরে। তথেন্দগী লাকপা জয় রাবা হঞ্জবা মন্নাং খাংঙবোক হৌ লালোই লমাহনবগী থোগা লুচিংবা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরগী মনাই হঞ্জবদা শ্রীবংশিবোদোনজিবু সেবা ফংজখো পিরে।

মতুং রাকচিং থাদা পঞ্চযুক্তেশ্বর শ্রীধাম নবদ্বিপ্তা অম্নপ্রভুজিগা লেংশিন্দুনা লমদা থা চুপ্পা সেবা চত্নুনা লৈকই।

লাংবচক্তী ৪৮৮৩ নোংদালাই ১৭৭৫ শাঃ ১৭০৪ চঃ ৩৫ চৈথারোন ২৯৯ চৈথাবা তাইমজম মক্রুকপগী কুম্ম শক্তিভূ থাগী ৫ নি পানবা য়ুমশকৈশা য়ুমিংকী অনুকতা শ্রীমদনা মুহোক্তিগী সেবাম্বু পঞ্চযুক্তেশ্বরনা ফংলগা মুংখিল পে পুা হুনবা মতমদা শ্রীরত্নাকোর গৌরশ্যাম শর্মদা সেবা শিন্নহুনা অঙোম য়ুমফমদা লাইশং মান্দোপ শাহুনা মকম অসিদ লেংখহুনা সেবা ফংজরে।



টাওদিংম্না লোইয়ুম্না লুকাংবা ওঁম ভূঁ খ্রীঁ ক্লীঁ শ্রীঁ টাওদিংম্না তিলুক পাঞ্চংবা মনা থোংনেৎ শমশাইবা

শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর কাক্ত। ভগ্যচন্দ্রা মহারাজনা ম্না থৌগল খরগা লোইননা মোংবা ফংলা পিক্তম ইঙেম মন্নাদা হৌথা লোইয়ুম্বা কায়বা উন্নাওবু য়ান্দুনা উশাবজিংদা শিন্নহুনা লোইয়ুম্বা থোংনেৎহি শমশাইবা শাহল্লি। মতুংদা হিশাবা লোইহুনা ম্না চম্নোন্দা হঞ্জৎলরে শ্রীযুক্তেশ্বরনা হিগী চৎলম্বু য়েক্কদবগী মনাইশিং থৌগল খরগা লোইনহুনা থোংনেৎহি শমশাইম্না লোইয়ুম্ববু তোংহুনা কেৎয়োজম

ইংখোনগা কংলাগা য়েংবা ওইনা মথক্লোমদা লেংলক্লে। মোংবা কংলা য়াখোকফম পিশুম উয়েন হেনগংলক্তুনা শরাং মাইয়োকফা হিদেন য়োবদা হি অসি হোনগংপা য়াদতুনা পন্দুনা লৈরে। শ্রীয়ুক্তেশ্বরগী মনাইশিংনা হিদগী কুম্নগা হি অতুবু থৌরি লিপুন্দুনা চিংবদগী চিংবা মফম লেংবা ওমদতুনা মফম লেংদনা লৈওয়ে। মতুদা পঞ্চয়ুক্তেশ্বরনা অঙম্বা পুমবা হি চিংলমুশি মথক্লোমদা হোনগংপশি চিনা চৎনিংদবা ফিরম ওইরমায়ে ঐ শগোল্লা মচৎলগে” হায়তুনা হিদগী সনা খোংলেং-খোক্তুনা য়াঙ্গোই ভত্রাশিংবু তোংতুনা সনা পুক্রিংদা হিগী রাথমবু থন্দুনা খোংলেংথৎলে। কোম্সোজম ইংখোল য়েংতুনা কংলা য়েংলকই, অঙোম ইংখোল মিৎয়েং তাতুনা লময়েংবা সনা পুক্রিংবু কয়া খোইঙ্গং খোইদাতুনা হিথাংফম তান্না হল্লক্লে। মতুদা অঙমবশিংদা হায়, “অঙমবশা হিনা মথক্লোমদা চোনবা য়াদবশিংদি ঐনা লমচৎ নাইথিবনা য়াদবনিদনা ঐদি ওস্লোক্লা চৎলম থৌলিংদববু চৎলিদা হি অসিগী কোলোই মিংতন্দুনা শ্রীবিষ্ণুভগবান্দ লৈকওনা ঐন। হান্না তোংঙ্বনা ওইবা তাই হিগী মিংতুন ভমখিশি অতুগা তোংশি। ঐনা তোংঙ্রবনিনা শ্রীভগবান্দা কৎপদি য়াদ্রে মিংলেন্দি তম্মশি অতুগা তোংশি” হায়তুনা শ্রীয়ুক্তোনা হিগী মিংতুনবু (লোইয়ুমবা তাওদিং সনা লুকাংবা) হায়না ওসিদগী কোরশি হায়তুনা মিংতুল্লে। মিংতুন হেক তমবদা নোংখোংবগুম থেক লাওতুনা ওংতুনা পুল্লিবা থৌরিবু থদত্তুনা খোং খোংতুন মথা পাংনা চেক্লে। মতোবু উবদা শ্রীপঞ্চয়ুক্তো শগোল তস্তোং তোংথত্তুনা হিরম য়েংনা বন্না তানথরক্লে। লোইয়ুমবা টাওদিং সনা লুকাংবনা চেনথখিবনা শগোল লম্নগা খুদোং কয়া চাদবনা শ্রীয়ুক্তেশ্বরনা তান্নবা ফংদতুনা মশক উবা ফংদনা হল্লক্লে।

সনা পুক্রিং অরাবা কুংওাইতববু উবদা শিদ্ধান্ত ভাশস্পতি ভাশকরনা হায়, পঞ্চয়ুক্তেশ্বর সনা পুক্রিংবু হি অসিগী মরমদা চিংনবা অবা'বা রাথল তৌবিনু হন্দক সনা খোংনেৎ ওইনবা শাবা লোইয়ুম্বা উ অসিবু নবুধোগী তুবী লাংওন মরৈ মথুপ লোইরমদবগী থোকওম্বা লোইয়ুম্বা টাওদিং সনা লুকাংবনি, মসিগী মরমদি হৈয়াচক্তা লৈবাক অসিগী ময়ুম ৭ পু লুচিংবা পিবা নিংথৌবু কাংলবদা নবুথৌ সনা কোঞ্জন লাংবা পাথংবনা লৈবাক অসিগীদমক্তা ময়ুম পিবা লুচিংবা তাইবং নিংথৌবু মথংলেংনা শমথনবা নৌনা অমুক থোকওম্বীতুনা লাংওন ফালম কুমকাংদনবা হায়বগী অমুক থোকওম্বা শৈহৌবদা তুবী মপুক মথানা চংনা লৈয়াইরেন্দা লৈওম্বা মশকপু ওইনা থোক্তুনা মফম খুদিংদা শৈহৌ শাথোকপদা নবুধোগী মশকপু তাইবংশিংনা উবদা অফি তুজুং ওইতুনা মফম খুদিংদা লৈবা তাইবং মধৈবু পংচেন চেন্নতুনা নবুধোনা য়াথোক্তবা লম্ম থিতুনা লৈওম্নবা থৌন্নাংবদা তাইবং খুল্লিং খুন্দাবা ওয়ন্ত্রে। নবুধোগী মবৈ মথুপ অদুবু লাইনিংথৌ অশিবনা উতুনা ইশানৌ অসিনা তাইবং লুচিং পিবা নিংথৌবু কাংওম্বু কাংওমদনবা থৌপুবা অসিবু করম্না কাংওম্লোইদোবনো, থোকওম্বা লাংওন মশক অসিদি তাইবংবু অরা চৈলিনবা তিনয়েৎ লাইচুনবা মশক্লি, তাইবংশিংনা থংতুনা মনাক্তা লৈওমদতুনা য়াথোক থোক্লদবা মফম থিতুনা কোয়না চেন্নতুনা লৈওম্নরে হায়তুনা নবুধো অশিবা লাইনা থোকওমতুনা ইশানৌ নরৈ নথুপ অতুম্না থোক-ওম্নবদি নিংথৌ পিবা কাংবদা নত্তনা ময়ুম ৭ মকপু লৈবাক অসিদা লৈওমদতুনা, শংলেন চৎনথিতুনা

লৈতাক্লনি । ইশাহনৌ এলী অতৌ শাখিদি অমুখং নাউনবা মকম নথোজুন খাদম। মিংবা মিংথজা থৌপুমা। (মিংথৌ কাংবা কাংথং লৈমাই তারিং।) সাক্লনু খাওম্লনি, ঈশানৌ মঙ্গী মিংশিমা মপোক অথোই চংখোনব। তাইবং লুচিং পিবা ওইওম্বা মশক্তে। খোকওমহুনা লৈবাক মিংথৌ পিবা কাংলনবা থৌপুরগা তাইবংবু মনাক থমওমগদবনি হায়না তাকওম্বদগী মরৈ মথুপ লাংওন শুদন। মথুপ মখিবু থাজুনা কুরুম চীংমৈ হায়খবা মপা পুন্দগী কুরুম চীংদোন তম্না তাইব মশকতা খোকওমবদগী মফম অহুদা তাইবং ময়াম লাকতুনা লৈবাক অসিগী মিংহুমবু ( কুরুম পুংমাইয়োন ) তৌনা মিংহন্দুনা ( নিংথৌ কাংবা কাংথং লৈমাই তরিংশু লাংওন পাথংবা ) হায়না খোকওমহুনা অয়ুক শনথখিবে । ( নিংথৌ কাংবা কাংখং = পিবা নিংথৌ লৈত্রবা, কাংথং – মফম লৈমাই তারিংশু = লৈতাক খুন্দাক্লবা মনি মপা লৈত্রববু )। মতম অহুদা লাংওন মথুপপু শুরমদনা খোকখিবনা লাংওন মরৈ মথুপপু লাংবচক অসিদা মথুপ মরৈ অরাংপবু শাম্নবনি । লাংওন অমনা মবুথৌ পামচৈবা গবিপপন্তিনা তেথাও লানবু খাংজিং চীংশাংদা শোক্লভেদা মওাইতা তোনফাংথেন রাইকোনোক্কা উ অমা য়াম্লুনা খোংনেংহি হিশমজাইবা মিংহুন্দুনা অমবু শেম্মি । হি অশি সনা কোঙুং লাংথবানগী হিথাংফমদা পুন্দুনা থম্বদগী চেম্থখিহুনা লোকতাক ইরেন্দা তুবি পাখংবগা লুপ্তিন্না লৈখরে লাংওন অমনা সনা হাকতকতা পামেন খৈবোং ওইনা হৌহুনা কাইনদগী যান্দুনা লৈবাকীদমকতা পঞ্চয়্ কতেশ্বরনা শ্রীগোবিন্দ হায়না মিংহন্দুনা সেবা থৌপুখিবা ওইহুনা লৈওম্বিবা অসিনি । অমনা সনা খোংনেং শেম্বদগী চেম্থখিবা অসিমনি। মশক লাংওন অমদি তাইবং মীয়োন অনিবু রাংওম্নি মফমদি থাঙ্গ লাইকোন্দা ( মীতম উ হায়না হৌওম্লগনি, মহৌশা হৌনফম মোংবা কংলা যাখোকফম মাইয়োকফা হিথাথেন য়োনা খোঙ্গারক্লগা স্না কোঙ কংল য়োনা খোঙারম্লগা অমুক মাইযোকফ হিথাথেন তম্না খোঙুম্লহুনা লোক্তাক্তা ( লৈশিং শানা ) হায়না লৈওমহুনা মমুং লাংওন যেংওনি । সনা খোংনেং হি ( লম্বা লোই-মুপন। ) থাঙ্গা কমাং চিংলকতা লৈখিবগী মরমদি সনা য়াথং মোংদম্বদ। শ্রীপঞ্চয়্ কতেশ্বরগী সনা খোংনেং হি হায়না শাওম্বনি, নবুধৌদি মুম অমতগী শাইওম লাংওন মশক মত্তে তাইবং মযুম পুম্বগী পিবা নিংথৌনি। লৈবাক মযুম পুম্বগী ওইনা হিমাং হিরেন ওইনা শেম্বীম্লবদি লৈওমহুনা মরৈ মথুপ তৌনা লৈখিগদবনি, মহুবু খোকওমগ্রে সনা পুক্লিং চিংমবা তৌবিরম্ব। লৈবাক য়াইফা লম্মী তানযংজনবা লুতুং মাংওক্তনবা য়াখম্না থৌশিন থৌপুবিবা অসিতনশু লৈবাক্তা য়াইফক্লিবনি হায়না পাড্রাদাকপদা সনা পুক্লিংবু রানা মুংওাইবা ওইনা লৈওমখি । লাংবচক্কী ৪০৮২ নোংদালাই ১৭৭৬ শা: ১৭০৫ চ: ৩৬ চৈথারোন ৩০০ চৈথাব, রাতেংবম ওক্লাবগী কুম অসিদা পঞ্চয়্ কতে-শ্বরনা লাইরিক তানি হায়তুনা লোইশং থুদিদা ( লাইরিক খিবা হায়বা ) হায়হুনা মীতোপকী মরোন্দা ইবা লাইরিকশিংবু মিপা অমনা পায়গা মৈতৈ ইয়েন্দা মিপা অমমা পাখিবা মরোন অহুম অমুক হায়হন্দুনা মবুথৌ মৈতৈ পিমা নিংথৌ ৰকিয়াথবা হৌদোকুমা চংলাক্কা পুক্লিন চংলেম্বু

কাইহন্দনা লোইশং খুদিংদা তাই । মতুংদা তাখিবা লাইরিক — বায়ুপুরান, রামায়োম, মহাভা-রোত, রাশপঞ্চধ্যাই, বলদেব তৃথযত্রা, চৈতৈন্য চরন্য মৃত্য অশিনচিংববু মখল মখা খুংইদা শিন-দোকুনা লোইশং খুদিং থম্মি ।

## মোরান লাম্হেংনবা

মতম অসিদা তেখাও নিংথৌ শর্গদেবনা চিঠি অমা সনা খুত্তা মী খরবু থারকুনা পিরৈ, "তেখাও অশামগী মোরান হাওনা লান্দারকুনা তেখাও পানবা ঙমদ্রে মৈতৈ পিবা জয়মনিসিং তেখাও নৈংবাকপু কন্নবা থৌবুবিবা নিংশিংজরি ।" চিঠিগী ৱা তাবদা শ্রীযুক্তেশ্বরনা অশুম্বা প্রজাগী মফমদা হায়, "এগী অশুম্বা প্রজা হায়রিবা রারম অসি ঐগীদি অততাই ওইবা রানি ঐদি লান অসিবু ঙাক্তবা তৌবা তারি ইশামক চত্তুবা, মসিদা অশুম্বা কনা তুংইনবিগদবা" ? মতুদা মতোন মন্ত্রিনা হায়, তাকপিবা সনা য়াথং অচুম্বনি অহুবু পঞ্চযুক্তেশ্বরনা করিগী খোং-লেঙ্গদগে নতোন ঐনা সনা পুক্কিং থুংনবা থৌরাংহুনা তেখাও লৈকন্নবা মোরান খুজং লাম্হেংনববু অকি তুজুং লৈতনা সনা য়াথং পুহুনা চংকনি লৈবাক প্রজাগী য়াইফনবা শ্রীগোবিন্দ, অনুপ্রভুজিগী সেবা তৌহুনা লৈবিসি" । মতোন মন্ত্রিগী ৱা তাবদা সনা পুক্কিং মুংঙাইখিবনা শ্রীযুংকি য়াঙ্গোই খোংনেংশা ময়াংলেন্দা কোরি মচু চেল্লিবা, শমাইদা শন্দ্রাকপা কোঙ্গোন খিনবা, নাকথং য়েংলোম ওইয়োমদা শনক্রুম্পা শাবন্না লৈতেংবা নাকথং য়েং ওইদা অরাম্বাই তেন্না থাওম্না থেংলিবা সনা খোংনেংশাবু পুখোকুনা মতোনগী খোংনেং ওইনব মপুম্মী মনা ওইনা পিওম্ন হায় "ইতোন মন্ত্রি পিবা ফম্বাল পুকফবা ইতোনগী ফম্বাল থৌজাল নোংদম্বু নচানা করিনা লমন শিংশিবা ইতোম্না তৌবিবনা মহেনশ্রবা ঙাকওনি মৈতৈ সনা লৈবাক মণিপুর হায়বা লৈবাকশে ইতোম্না লৈথিদ্রবা মতমদা লৈঙাক থৌঙাকপিনবা লৈওম্ননি নিংজদে নচানা হন্দক মোরান থুন্দা লান্দবা শেম্বী তেখাওবু লৈকনবা সনা খোংলেংবশিবু নচানা ইবুথৌ পাখংবা নোংদালাইগী পিবা নাওদা মকত্তা শেংলবদি য়েক্কবশিংবু ইতোম্না খুহুম চন্দুনা তেখাও লৈবাকপু লৈকন্নববু ওইরশম্মু হন্দক ইতোম্না লেংবদা নচাগী লানমী লৈজব য়াঙ্গোই তোংবা, অরাম্বাই টেনগী লানমী ৫০০ অসিনা তুংইন থৌগল ওইবিরে" হায়না য়াঙ্গোই খোংনেং ভদ্রসিঙ্গ শিন্নহুনা মতোন মন্ত্রি অনন্তশাইনা তেখাও লৈবাক লৈকন্নবা মোরান তেঙ্গোল লাম্হেংনবব খোংলেংব্রে ।

শেম্বী তেখাও নিংথৌগা ঊনহুনা লানগী লাম্হোং পুম্বা তারহুনা মতোন ইবুংঙো শ্রীঅনন্তশাই মন্ত্রিনা মৈতৈ লানমী ৫০০ গা লোইনহুনা তেখাও মোরান লাম্হেংনবা চংখরে । অনন্তশাই মন্ত্রিনা

শানা নিজগে থৌদা নোংদম চংলম লুত্তিন অপুম্বা নয়াথংবু থৌপূনা চৎঙমজবা ওইজনি। মত্তোন ইবুংঙো মন্ত্রিনা হায়, মোরান নিংথৌ নিংথৌ নঙী নয়াথংবু ভুংইম্না মত্তোন ইবুংঙো সেম্বী তেথাও নিংথৌদা ময়ম পুম্বা কিগাও শানা ঐনা নিঙমজহন। মোরান খুঞ্জাবু লৈকল্লমগে। মতম পুম্নমক্কা শেম্বী তেথাও নিংথৌগা তেথাও মোরান নিংথৌগা চৎলম লুত্তিন পুক্লিং রাথল অমত্তা ওইনা লৈঙমসি, চহী কুমজ। খুদিঙী মোরান খুঞ্জাওদা ফংব। সেম্বী তেথাও মুকারং মীপোৎ ৫০ হাপ্পনহু অকাওবা লৈত্তন। কাওয়শি। মত্তোন নিংথৌবু ময়ম অসিন। মোরান লৈকন লম্বীবু ওইঙম্বীবা ওইবিরো অয়োন অরান পুম্ববু লৈঙাকপিহুনা মত্তোন নিংথৌন। মোরান খুঞ্জাওবু লৈকনবিবা নিজরি। তেথাও নিংপৌনা হায়, "ওস্তোকইদা মৈতৈ লৈবাক মণিপুরগী চংলম অসিগুম্বা চৎলম লুত্তিন অসিবু তেথাও লৈবাক ঐথোয়না ত্তানফংলথিদ্রা। রাজনিতি থৌথল্লোন অত'ংবনিদা মত্তোন ইবুংঙো মপূ নঙী সনা য়াথং নোংদম্বু কনানা হিক্তোক্তুনা ময়ম করিবু থৌপুগদ্গে ত্তাকঙম্বীবা নয়াথং সগদেবনা য়াজরে মপু নঙী নোংদম্বু লুরাই কোইরেন থক্তা হাপ্পুনা মতম পুমবদা অকাওবা লৈত্তনা পুজনি অয়োন অয়াম অপুমবা নথোং শানা ঙাকপীবা রাথল য়াংলো শাম্লরবা অহনগী মতম সুংশাংলবনা হন্না হন্না নিজরি" হায়না মোরান খুঞ্জাওবু লৈকল্লবদা মোরান নিংথৌ রাংথোম্লৈনা তেথাও মোরান লমদা থোকপা মুকারংবু মীপোৎ ৫০ কাবা হোঁহুনা লৈকৎলি। মত্তুদা মন্ত্রি অনন্তশাইনা হায়, "মোরাম নিংথৌ রাংথোম্লৈ ঐনা হায়বা ময়মদা নপুক চিংনবা লৈতবা নিংথৌ নঙী থৌপু চৎলম অসিবু উবদা ঐগী পুক্লিংবু সুংঙাইজবা পেঞ্জবা ঙমথৈ লোইথরে নংনা পামবা ময়ম অমত্তদি হায়য়ু ঐনা ঙমবা তৌরমগে"। মোরান নিংথৌনা হায়, মত্তোন মন্ত্রিবু মোরান ইরাম য়াইদা লৈঙাক লৈপুনা লৈঙমবীবা ত্তমজনা মপুগী য়াঙ্গোই থোংনেৎপু পিনৰিবা ওইরগা কোরৌ হুমিং থুদিংগী মপু নংগী থৌগজবা ওইঙম্না পুকমজবা ওইজগে। মোরান নিংথৌগী রা ঙাবদা মত্তোন মন্ত্রিনা পেনবিহুনা সনা থোংনেৎ ভদ্রাসিংবু শনক্রুপ্পা শাবনগা কোম্লহুনা মোরান নিংথৌ রাংথোম্লৈগী মফমদা থুৎশিন্নন। পিবিখি। মোরান নিংথৌ রাংথোম্লৈনা য়াঙ্গোই শগোল ভদ্রসিং বু পঞ্চযুক্তেশ্বর জোইমনি সিংহগী থোংনেৎনি নবুংঙোগী নোংদমদগী মোরান লান ঙাকপা লাকপদা পিনবা মনা থোংনেৎনি ঙাবদ। য়াম্না চেকশিন্না পুক্নম লৈপাইনা মোরান ময়াম য়াইবু ত্তম্না পুথরে। মত্তোন মন্ত্রি অনন্তশাইগু শগোল ত্তোংবা লানমী ২০০ বু সেম্বী তেথাও কোম্লংবু ঙাক্লবা শিন্নহুনা থনম্লগা শগোল তোংবা ২৮৫ না ম্না থৌগল ওইহুনা মণিপুর য়ৌনবা লাক্লে।

মতম অসিদ। মোরান নিংথৌনা রাংথোম্লৈগী মথুৎনা য়াঙ্গোইগী চুপ্লি পাম্লহুনা ময়ুম মোরান ত্তম্না লাকপদা লম্মথাংদা য়াঙ্গোই ভদ্রসিং থুমাং লাম্না চোংথক্তুনা অমুক্তং থেক্লা থোংলগা থুমাং লৈদা থিন্দুনা লৈরম্মগা অপনবা লৈতনা মোরান নিংথৌগী মথুঙগী নাক্তোক্তুনা চেনশ্লে। মোরান

বা অসি হায়নহুনা মপুগী খৌখল ওইনা শম্ভোংদগী থোখম্না মশু মপু তুংথ-মাংথ চংলকুনা পঞ্চযুক্তেশ্বরগী সনা নাকপু য়ৌহুনা পুকফবা মন্ত্রি অনন্তশাইনা তেখাও মোরানশিংনা লোইপোৎ হায়কপা কাব্রং মীপোৎ ৫০ বু সনা মাংদা থমহুনা হায়, "পঞ্চযুক্তেশ্বর সনা চরোন্দা শেন্দী তেখাও মোরান্না মোরান মশাইকোন্নগী ফংজবা শেন্দী মোরানগী মুকাব্রং মীপোৎ ৫০ অসিবু নথোংথোদা সনা লোইপোৎ কাওংহুনা কুমজা অসিগী লৈকৎ লোইপোৎ শৈহৌজরকই, মপু নঙগী থুবম্বু মোরান থুন্দ। থমহুনা সনা থৌখিল্লিংহুনা থুবম্বু লৈওম্নবা নিঙম্মি, রাখল থেনবা নতোন্না মপুগী সনা খোংনেংশা য়াঙোই ভদ্রসিংবু পিওমহুনা য়াঙোইনা লৈবা শংলেন্দা মপুগী থুবম্বু শকুনা চঙা কুমজা খুদিংগী জোইমনিশিং কর্ত্তা ভৈগ্যচন্দ্রবু অকাওবা লৈঙম্না লৈকৎ লৈরাংজহুনা পুরুম লৈপাইনফম শইঙম্.হায়রো হায়না তেখাও মোরানশিংদা শিন্নহুনা থমজরম্মে অয়োন অরান অপুম্বা মিত্তরেং মঙম শোইবা মিংয়েংনা য়েংবিহুনা খৌজাল ওইবা নোংদম্বু রাখলথেনবা নতোন্না ক্ষিগাও শানা নিজরি ইতোন মন্ত্রি পুকফবা মরম থংজনিংবগী অহুক পাউহংজবনি নচাবু রারৌবা তৌবিগন্নু লৌশিংচাওবা ইতোনগী থৌপু থৌশিন নিংখিবা লৈবাক থংগুনিংহুনা রাখল থেনবা নচানা অহুক নিংশিংজবনি অয়োন অরান ওাকপিয় । হন্দক্কি লোইপোৎ মীপোৎ ৫০ অসিদি মচানা ইতোনগী মাইয়োক থাকম ওইজনা লৈকৎ লৈরাংজবা ওইজরি লৌবিদবা তৌবিন্নু হায়না মত্তোন মন্ত্রিদা পিওম্মি । মন্ত্রি অনন্তশাইনা থুমক অহুদা মোরান লান্দা চৎলুবা অকল অথৌ পুম্বদা মুকা মীপোৎ ৫০ বু থুগাইহুনা অথোই অহেন নাইদনা শিন্নবা থুংনবা য়েন্নহুনা অকল অথৌ পুম্ববু অরা অনা কাওহন্দুনা চুংঙাইনৈ । মতম অসিদা তেখাও মোরানশিংনা মণিপুরদা লাকুনা শগোলগী মরম্বু শ্রীযুক্তেশ্বরগী মফমদা ভমহুদা হংগৎলৈ । মহুদা সনা খোংনেৎ ভদ্রসিংনা মফম থংদনা মাংখিবা মরম্বু পুয়াদা শিধান্ত চন্দ্রমনিবু কোলোম তাহন্দুনা থমখি ।

লাংবচক্কী ৪০৮৫ নোংদালাই ১৭৭৭ শাঃ ১৭০৬ চনঃ ৩৭ চৈথারোল ৩০১ চৈথাবা শঙাইপ্রো লাইগী কুমদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর কর্ত্তানা সনা হাকুক অসিদা লৈবাক অসিগী য়ুমকোক মশিং থংনবা খিহন্নি । চৌঙাক চংলম লুতিন তিন্নদনা লৈখিবা লোইলম চীংখোং চীংয়াদা চীং মান্দা লৈবা মৈতৈ চংলমদগী লুখাইপ্রবশিংবু থেমনৌহুনা মাধব চার্য্য শমপ্রদ নোরোত্তোম বাবিগী ধর্ম্মদা চিংশিন্না লৈমিন্নবা কন্না মফম খুদিং চক্তনা চৎনবা থৌরাংহুনা চৎহল্লি । রায়েনবা মতমদা হাকথিমক থোকপা মরান চংলম্বু নক্রবদি হাকথি থোকপা মরান শিহুনা রায়েনবা তৌদনা থেম্মোনা মাগী চংলম্বু থাদোকহন্নবা খৌশিন খৌদা নোংদম্বীহুনা চংলম লুতিন চংনবিদা পুশিন্নবা থৌরাংঙি । মথুং মশা হৈবা প্রজাশিংবু মৈকু লিংহন্দুনা সেনগী নোংমৈ শাবা ভম্বীহুনা শাহল্লি । য়োং. কোরি, পিথ্রাই, শেঙ্গেংবু মহি চেন্নবা ভম্বী । রাং, মিশি, সনা লুপা, লোংদার, কোরি,

য়োম্লকচিংবদু উংকি মচুমীশিংগা লৈরম্বা থৌবাংদুনা হৈনবা তমহল্লি। প্রজা মৌউ-শিংউবা, লো-ইংখোল অমদা মখরাই য়াওরলিংশী চেংবাংবিরম্বা, অচা-অথুক রাজ্যেনবা থৌরাংহল্লি। চহু মো লেইনরম্বা নামুং লম্বী চৎকনবা মকম খুদিংদা কোইনা খিজিন্দুনা চৎলম কায়বশিংবু মৈতৈগী মীখিল্লা; লৈরম্দনা ( হাওজোংশন ) হায়না লম মকম্বু শেমদুনা থম্মি। শাইরুক তিন্নবা, শলাই য়েক, মায়রা, পেলোন, শান্তিনচিংবদু নামুং লম্বীদা লৌন লৈনদনবা কুমজা খুদিংগী লৈবাক প্রজাবু কৌথজ্জনা শংলেন মপুনা ময়ুম ৭কী পুয়াবু পাদুনা মশক মচুবু থংহল্লি। পঞ্চযুক্তেশ্বরগী রায়েন চৎলম কজরা অসিগী মতিক মগুনবু চীংবুরোই তম্বুরোইগী য়ুম্নবোং খুদিংগী নোংদম্বা মপুগী লাইমিং শোনবগুম্না শোমদুনা পুক্কি, থংগাইনা পালে।

লাংবচক্কী ৪৮৮৬ কোন্দোলাইগী ১৭৭৮ শক: ১৭০৭ চ: ৩৯ চৈথারোল ৩০২ শুক্রা চৈথারা লাইরিক য়েংবম-মুনিরামগী কুমদা অসিদা নবুশ্যামশিংগী ফম্বাল কোন্নুং কংলাবু মকম খুদিং শেম-গৎতুনা লাইফম তিনকন্নু থাংনবা মশক মকম থংনা লৈরম্বা বিজন্দুনা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরগা মতোন মন্ত্রিগা সিদ্ধান্ত ভাগ্যপতি ভগবান, সিদ্ধান্ত পুরোচন্দ্রনি ৪ মকপু চৎনা মকম খুদিং কোইদুনা মকম খুদিংদো শম্লাবা য়াথবা শানবা থৌশিন্দুনা লৈবা অমুক হেন্না হৌরে।

## রায়েন কুংচদ্বী মাংখিবা

মতম অসিদা অহন ওইরবা পুন্সি খুম্বাংবা লৈশ্রমকুল ( ওইনাম তেবাম্লা ) হায়বা অহন অশিগা ( কোকপৈ ঠাকুর হায়বা ) অসিনা য়াম্না থিজা থুনোং চাকন্না থৎদুনা শ্রীযুক্তোন্দ্র প্রকৃরমর রাকম্বনা রায়েদৈ। মতুদা অহন ওইরবা তেবাম্লালা হায়রবা বিদুরো ঠাকুর কোকপৈ অসিনা হরি মন্দির শানি হায়দুনা মলাই এন্ত্রোন্দগী লুপ্পা শেন লাকপা মমা পুই, চক্কী অহুম অমসু মন্দিরতু শাদে লাইগু লাত্তে মতুদা মলাই ঠাকুরনা মতম কুইরে হায়দুনা শেম লৌখিবদু শিন্না খিরো ফংজরগে হায়রবদা শেমদু এনা তোমত্রা তোক্লনা নথুত্তা শিন্নদুনা শিগ্রন্না অচুম্বা থৌরম-লক্লিবা অসিবু করিগীম্বো লায়দুনা মলাই এনু পইথেনা হৈদুনা তৌজন্নিরা অসিনি। রা অসি তাবদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা মকত্তি, ঠাকুর হায়রিবশিবু চুখনা? পঞ্চযুক্তেশ্বর অহন অসিগী শেন অসি মতম থৎলদি পুজাপন্থি মন্দির মচা অমতং কৎলগে মিংদুনা মলাইগী করিতম্বা থুদোংচাদবা লম্বী অমা শিন্দুনা এনী লৈজরম্বা শেন থবক্তু চৎনদবা য়াম্নরনা চৎনখিদুনা মন্দির শাবা তমদবা থোকতত্রে, মতুদা মলাই এনা অচুম থজাবদা অহন অসিদগী পুবা শেন অসিবু নোংমা নোংমগী চৎনদবা য়াদদুনা চৎনখিদুনা মীশী মমল তোংনদা আমোন তাদুনা মিংচৎ কল্লবা লাক্লুনা তোক্লরনি

রাখল্লকুন। মতুংদা অমুক লোগে ইপু মন্দির শারমদাইদা মীঙোন্দা পিবিখিবদি তৌবিন্নু ইপুগী শেন অসি শিংজিন্নম্মগে, ঐগী থুস্তা অশুম থন্নবদি মাংখ্রগা মন্দিরস্তু শাহৌদ। মীগী মশেন ত্তোনশিনবা ওইনা থোক্কন্না ত্তোকওন্ননি মতুংদা অমুক লোক্তগে হায়রুনা শিংজখ্রবনি হৌজিক মনাই ঐ কনাগুম্বগী মরন মথুম ত্তোনবা লৈজদে। মহুদা শ্রীযুক্তোনা হায়, করে অহনগী মতম ওইরবা ঠাকুর অসিদা ত্তোনবা শেল অসি ঐ শিংলগে বিচার অসি ত্তোক্লসি। মহুদা অহনে অহুনা হায়, সনা য়াথংবু হিক্তোকচবা নংচদে সনা নোংদম তম্বীয়ু অহনগী মতম ওইজরব। ননাইবু মিনম্বা ত্তাহনবা অসিতদি লাইগী শক্তি য়েংনহুনা ননাই নপুগী মীনম অরান চাংদম্নহুনা মাংনফম চাংদম্নগ্রগে। মা অসি ত্তাবদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা বায়েনবা ঙমদহুনা হায়, "অহুদি ইপুগু ঠাকুরগু ঙসিদগী ৫ নিসি রাখল্লখো ৬ নি শুবা মুমিত্তা কংলৈপুংদ। কাবিরকউ অচুম অরান বায়েনসি ঙম্বা মখৈ থন্নবিহুনা অচুম অরান চাংদম্নদনবা রাথল থোপুবনা ফগনি" সনা য়াথং হায়রুনা মখুম ময়ুমদা হন্নখি। বাপু কোকপৈনা নোংমা নিনি রাখল্লুরগা বাগী চৈগু অমা শেন্মি, অহন অহুগী শেল মানা পুবা শেল লাঙ্ক অহুগী শিংবদা মতিক চাবা সনা লোৌরুহুনা চৈগু অহুগী মনুংদা হাপচিন্নগা লৈবাক্লা মেন শল্লগা নিংখিনা শেমহুনা চৈগু অহুবু থমখি। মতুং বায়েন চাংদম্নবা মুমিত্তা অহনগী মতম ওইরবা ওইনাম তেবান্দোগী য়ুমদা লাকুনা বাপু কোকপৈনা কংলা কাবা হোরে। ইপু ঐনা লানবা ঙাক্তনি মুংঙাইতবা পুম্বা ঙসিদগী নগুবু তৌরগু শিংনিংঙাই লৈতহুনা মীগী মমাংদা ইকাইবদগী পংঙাং ঙাংহুনা থুম্বত্তনি। ঙসিদি নগুগী অচুম অরান নুংচপ্পীনা চপ্তনা শিগদবা লৈরবনি ইপুগী লমন্দি শিংঙম্বজি ঙম্নমত্রে, ইগু ইপু লোইনহুনা বায়েন চাংদম্নফম ফাওবা কাঙম-নহুনা নগুনা ইপুগী থোথম তুংইন ওইনা ইক্তগে, ইপু নঙ্গী নকমদা নগুনা কারন রাবু হায়খিবা মরম থরহুবু কোকঙমজবা ওটনবা চংলসি ইপু কংলা মতম ওইরক্লে হায়রুনা ময়ুমদগী হৌজমহুনা লাকমিন্নৈ। লম্বী অশুম লাকপদা হায়, ইপু ঐ অসিবু ব্রহ্মন ওইনা পোক্লবা নোংদম্নখসি অঙকপনিদা ইপু ঐ অসিগী চংলম অসি ব্রহ্মনগী চংলম অমত্তা ইশা অসিদা য়াওখিদ্রবনিদো মসিবু ফজে থংনা থংনা ঐগী চংলম অসি ঐনা থাদোকপা ঙমখিদ্রবনিদো ইপু থংনা থংনা ইপুদস্তু লৌনম তৌবা বাঙাংবু ঙাংহুনা ইগু ইপু অচুম অরান চাংদম্নদৌরিদো। ত্তোনগ্নেদা মীওটবগী লমচং মসিত্তনা ঐগী য়াইফবা অত্তোংবা চংলম্মি রাখল্লা চংলম্নক্রবা ঐ অসি ঙসি ঐগী অরোইবা মত্তমদদি ঐনা চংখিবা লৌনম্বা চংলম পুম্বা নিংশিংলক্লেদো. লাম্বা কংঙমত্রবা মতমদদি হায়না তেবান্দোগী মফমদা রারি ওইনা শাহুনা লাকমিন্নৈ। মহুদা তেবান্দোনা বাপু কোকপৈগী মা ত্তাবদা মাগী অশাওবা থরা কোকুনা হায়, থংদেদা বাপু মাংদস্তু হায়দোকপ্রে করি ওইগদবা থংদেদা পাজন্নগ শোনবগা চংপা মঙম্নগা পাংলক্তবগা কপ্পাক কুক্ক শুংলব। মতমদা ত্তৌঙম্নিশিবু

রাবনা থোং থাংবা ওন্থ ওৎশিনখ্রে। মতুদা কোকপৈনা হায়, লোইবে ইপু অহন্নিব। পাংলা রাবথনিবে, অসি ইপুগী থোৎখনবা অসিনা হুয়েং অপোক্পা ইপুগী লমন শিংজবা ওইনবা থোরাংজগে রাখক্নুনা ইপুবু ঐনা তৌহুনা খামিন্নজরক্লিবাসিনি, ইপু অমা মতেং থবা পাংওয়বা ঐগী চৈশু অসি গুজম্মু ইপুগী সেবা লমন শিংজবনি রাথক্ষবা ওইজগে হায়ন। রাগী চৈশু অহু হেক পি কোকপৈবু ক্লিবদগী চৈশু অহু তেবান্দোনা লৌহুবা হেক গুজম্মি। মতুদা কোকপৈনা হায়, ইপু নঙ্গী লমন ঐনা পুষবা অহু ইপুদ কংচক্লিব। চৈশু অহুনা শিংকা ওইজগেকো হন্দক্কি মপোক অসিগী ইপুনা নশুবু হুংশিন্বিয়ুকো। মতুদা তেবান্দোন্তু অক্কি তুজুং ওইহুনা চৈশু অহু অহুমক পাযজম্মা গুজমহুনা কংলা। রায়েনশং কুচুবু বৌমিন্নখি। অনিমক্তু থোংচৎ অমতা ওইনা লাকুনা থুংমিন্নরবা উবদা কুচু ফম্বাল লাংব। নিংথৌ অঙম্বনচিংবা পুক্লিং থব। মুংঙাইবা রাখল ওইহুনা শ্রীযুক্তেশ্বরনা হ য়. "মুংঙাইদা পুক্লিং লিতিন্নবগী থুদম্মু উন্তুনা রায়েন কুচুদা চংওল্লকপা ঐনা নিংজব রায়েন লম্বীমক থোকওয়ে। মতুদা অহন ওইরবা তেবান্দোনা হায়, পঙ্কয় ক্রেশ্বর স্না য়াথং নোংদম্মু নিজন্নি অচুম অয়ান চাংদম্মবা ওইজরগে" রা অসি তাখদা পঙ্কয় ক্রেশ্বরনা হিং ঐগী রাখল কম্নিনো অয়াবদা মুংঙাইবা ওন্মুইদা চাংদম অসিদা অমদি শোইদৌন্নি মসিবু কনদৌনা কনশিব। হায়না খল্লুরগা হায়, "ইপু নঙ্গী শেল অসি নিংথৌ ঐনা শিংজগে রায়েন চাংদম অসি তোক্লসি"। তেবান্দোনা হায় স্না য়াথং নোংদম্বীবা ফিগাও শানা রাজন্নি মতুদা স্না হাক্তক অসিদা মৈতৈ অহল অমম্মা বাপু অমগা রাথোক রারেপ্পববু অচুম অবান রায়েনবা ওমদহুনা মথুম ৭কী মপুনা লনশিংহুনা রায়েন রাথোক তাইওমখি হাম্নব। অশি রায়েন মপুগী মঙাল শাম্নমি, অহুগা লৈব্যক অসিদা রায়েন কান্নন থাফদবা লৈবাক্কি, নমাই নপুনা তাজবদি শেল পুথিবা শিংবিববু তাজম। নংচদে, রায়েন অচুম্বা মশক থংববু তাজবনি স্না নোংদম তম্বীমি। অহনগী রা তাবদা পঙ্কয় ক্রেশ্বর স্না য়াথং মথা তাবা তৌদনা "অওম্বা প্রজা অপুম্বা লাইগী রায়েন নোংদম যেংওমশি" হায়হুনা স্না ফম্বাল লাংদগী লেংথোক্তুনা স্না থৌখল অওম্বশিঙ্গা লোইনহুনা যুমজাও লাইরেম্বী মশুমাংদা থোক্তুনা লৈখি। থুদক অহুদা তেবানন্দোগা কোকপৈগা অনিমক রায়েন পুঙ্গী মনাক্তা চংলক্তুনা চাংদম্মগদবগী থোরাংলে। মতুদা বাপু কোকপৈনা হায়, ইপু নংদি শেনবুনি কোন্না চাংদম্মু ঐ হান্না চাংদমগে হায়হুনা "ইপু ঐ চংলে ঐগী চৈশু ইপুনা পাযন্নিবদো নংঙোন্দা পিন্নবনি ইপুঁ নঙ্গী ওইজরো নশু চংওখিগ" হায়হুনা রায়েন পুঙ্গী মনাক্তা চংহুনা হায় থোক্তযুম অচুম অবান চাংদম্বা থৌহু রায়েন অবান মুংচপ্পা থোক্তযুম অনিনা রায়েন কোনচপ থাবিয়ু অহনগী মতম ওইরবা তেবানন্দো ইপু অসিগী শেল অসি ঐনা পুহুনা শিংবা ওমদহুনা মতম কুইনা লৈরম্মী, শেন অসিগী মরমদা পকশি থাশি নাইদনা শিংজিনা শিংবেগা পংঙাং ঙাংনহুনা রাথোক্লিবা অসিনিদো অহুবু অহন অসিগী শেল

অহুবু কোকপৈ ঐন। মা ওইনা চৈগু অমদা হাপ্লিহুনা মথুংমক্তদা খুংশিন্না পিহুনা শিংগম্বা অসিবু মীগী মশেলবু পুরগা শিংদনা শিংথি হায়বা তারিবর। ঐনা শিংলবমক্তা ওইরবদি ঐবু থাদে।কপীয় অহুগা শিংলম-দবা ওইরবদি ঐবু চপ্তুনা রায়েন নোংদম্বা ওইবিয়ু ঐদি মথুংমক্তদা পিহুনা শিংখ্রবনি হায়না সুপ্ত অনিগী মরক্তা খায়না চেক চংথি। মহু উবদা অগুমশিংনা বাপুনা চুপ্পি হায়হুনা ব্রাহ্মনশিংগী মীথিন পুম্বনা ব্রাহ্মনবু চুমদবা বাবু হায়বা হৌনত্রা হায়না রা-রা লাগংহুনা লৈথি। খুদক তহুনা বাপু কোকপৈনা তেবান্দোগী মফমদা চংলক্তুনা "ইপু নং অমুক চাং য়েংঙ্খিগে হায়বরা য়েংদ্রবসু তোক্লো শিংখে হায়বা ঐনা হায়জবহুদি অচুম্বনিদকো কদাই ঐগী চৈগু অহু পিয়ো" হায়হুনা রাগী চৈগুবু লৌশিন্দুনা থমখি। খুদক অহুদা তেবান্দো মপুক তাখিবা ওইহুনা মুংঙাইগবনা লোইনহুনা চংলক্তুনা হায়, খোইয়ুম রায়েনব, নঙ্গী রায়েন চাংদম লৌনম্বা অসির অসিগুম্বা লৌনম রায়েন চংলম্বু য়েংহুনা তাহুনা লৈগদবগী শরুক্তি ঐনা চুম্বসু চুমদ্রবসু ঐবু চপ্তুন মাংহল্লো হায়হুনা মুং অনিগী মরক্তা লেপ্তুনা লৈথি। রায়েন মুচপ অনিনা চাংদম অসি উবদা ঐখোয়গী রায়েন্না খোঙম্বা মতম লোয়বোইরে লাংদাই কালম খুদিংদা লৌনম চৎলম অয়াম্বনা অচুম রায়েপ গুমজনরা খোবু হৈবা রাগুয়োন লৌনম্বনা খুপ্লোক খুল্লিংবা হোরে ইশানৌ ইবুংঙো চৎলশি ঙসিদগী রায়েনবদি কৌরমুসি ইমুং ইগম লাক্ত্রিবা ফাওবা অচুম অরান রায়েন তাঙম্বদা মওইরশি হায়নহুনা খুদক অহুদা নিংথৌ অগুম্বা বাপু মীথিমচিংবনা য়েংহুনা লৈনরিঙৈদা রায়েন পুগু অনিবু খজিক খজিক মেমথখিহুনা মফম অহুদা মাংথি। থৌদোক অশিবু উবদা নিংথৌ অগুম্বনা গুরুহুনা লৈরিঙৈদা বাপু কোকপৈগা তেবান্দোগা অনিন রাগী চৈগু অহুবু মুম্বরক্লে। লৌশিংবা মতোন মন্ত্রি অনন্তশাইনা চৈগু অহুবু লৌহুনা লৈবাক মাংদা খায়হুনা য়েংবদা চৈগু মমুংদগী মা মতুম মচা অমা তারক্লে। মতুং অহুদা নিংথৌ অগুম্বনা মরম পুম্বা খংলহুনা তেবানন্দগী মফমদা সনা অহুবু পিহুবা রায়েন অহু লোইগুমখি। শ্রীযুক্তোনা বাপু কোকপৈবু থেম্মৌনা হায়হুনা মখল মখা অয়াম্বা ব্রাহ্মন চৎলম লুক্তিনবু তাকুনা বিষ্ণুগী সেবা তৌহুনা বেদ শাস্ত্রা গুমহুনা ব্রাহ্মনগী চৎলমু চৎনবা থৌরাংবিহুনা ভুস্নুক পঙ্গোং হায়বা রাতেংবম লৈকাইগী ময়াদা শেম্বীহুনা লৈহনখি।

লাংবচক্তী কুমশিং ৪৮৮৭ নাংদালাই কুমশিং ১৭৭৯ শাঃ ১৭০৮ চঃ ৩৯ চৈথারোন ৩০৩ চৈথাবা পুণ্ডম্বম পালঙ্গী কুমদা শ্রীমতি মৈতৈ লৈমা খৈয়োইরোন মগাশুবী থুম্বোং চনু ভগ্যপতিনা মচা ইবুংঙো গম্ভীরসিং পোকই। মথং ৬ শুবী শ্রীমতি ইবেম্মা খৈয়োইরোন অথাম চনু চন্দ্রা মুখিনা মচা ইবুংঙো ভদসিং পোক্লে, থুরাই লাকপা ওই। ইবেম্মা ৮৬ শুবী শ্রীমতি অপাম্বী শোরাইশম চনু (পদ্মা = পুয়া) না মচা ইবুংঙো লোম্মা কান্দু পোক্লে ঈ তারমদে। মতম অসিদা কোন্নুঙ্গী নোংচুপ থংবা নম্বুল তুরেল রাংমদা লৈবা অচোমগী নন্দগী মুপী যগুদা কৌবিম্মু মচা নিপা অমা পোকই মমিং লুরাংবা খোম্লি। অগাং অসিগী মরম্মু মতুংদা লাকনি।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮৯৬ নোংদালাই কুমশিং ১৭৮৮ শাঃ ১৭১৭ চঃ ৪৮ চৈথাবোন ৬১২ চৈথোবা লাইকেজাম্বা কাক্‌্‌-গঙ্গামগী কুমদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর ভগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দদা কংপা লুক-থোংবু মবুধৌ পাথংবকা অমুক কংচগে চায়হুনা লুকথোং অহুবু পুংকুনা মবুধৌগী লাইশঙ্ মমুংদা পুশিন্দুনা কংনবা থোরাংবদা শম তাবুন মচা অম। লুক অহুগী মথক্তা তোংহুন। লৈরমহুনা কংপা। য়াকহুনা তেংক্লে। মতুং মোংমা অমুক লুকথোং অম। লোরগা অশেংবা ফি অমনা লুক অদুবু কুপ্‌্‌না য়াম্না চেকশিন্না লুন। হোংনদ্‌্‌না পুশিন্নহুনা মবুধোদা কংনবা থোরাংদ্‌্‌না কুপ্লিবা ফি অদ্‌্‌বু হাইদোক্‌্‌না লুক অদ্‌্‌বু কংনবা তৌবদা শম তাবুল অদ্‌্‌ লুক মথক অহুদা। অমুক তোংদ্‌্‌না লৈরম্মে। মতুদা শ্রীযুক্তেশ্বরগী সনা পুক্লিংদা চিংনবা মশক অমা ওইহুনা শম অদুবু লোশিন্নগা ফি অমনা চেংমা পুন্দুনা লিংখিনা মকম মাইকা থমহুনা মাংদনবা থম্লে। মতুং নোংতাল্লগা লুক অহু অমগা অমুক লোহুনা মবুধৌগী লাইমাংদা থম্নগা লুক কুপ্লিবা ফিশেং অহনব অহুবু হাংদোক্‌্‌না কংনবা তৌবদা শম তাবুল অহু মশক হোংবা তৌকনা লুক মথক অহুদ। তোংহুনা লৈরম্মে। পঞ্চযুক্তোনা লুক অদ্‌্‌বু মকম অদ্‌্‌দা অদ্‌্‌ম থনম্মগা ভরাং থমথিবা শম অদ্‌্‌বু য়েঙ্গদবগী লেংথোয়ক্‌্‌না ফি অদ্‌্‌বু য়েংবদ। পুজম্বা কিশিদি থোক্তে কিশি অদ্‌্‌বু থোক্‌্‌না য়েংবদা শম অদ্‌্‌দি য়াওরমমত্রে মরম অদ্‌্‌ উবদা সনা পুক্লিং ভকতুনা ভচাক রাথন্দুনা মকম অদ্‌্‌দা লৈবগা মতুংদা মবুধৌগী শঙলেন মঙ্গুংদা চংদ্‌্‌না হায়। "ইখো সেবা অসিবু ইদোনা ইবুধো গম্ভিপপতিগী মফমদা মু নোংমম ভাকপিহুনা মৈতৈ লৈবাক্তা চংলম লুপ্তিন ওইহন্দুনা চংহনখিবনি হায়বনা হায়বদাই। মরম অসিদি নঙনা থংজবা চংলবু নংচদে শ্রীগোবিন্দগী সেবা অতুগা মথবা চায়া শম্প্‌্‌দা নোরোত্তোম করিগী চংলম লুপ্তিন্না মতম অসিগী লাইমিং লম্বী ওইহুনা লাইমিং পরৈ থাগদবনি কোংদম পিবি হায়হুনা নঙনা ইবুধৌগী থোগল সেবা লাংজবনি মসিদা কুমিং হুম্নি চুম্না লুক হাবিদবা লাইরকচন্দা নামুংবা অহৌবা শম নঙবা তাবুল অমা য়াওহন্দুনা প্রসাদি অসিবু লৌবনবা, নঙদি গোবিন্দগী প্রসাদিবু ইদ্ধোদা কংজগা ইদ্ধোগী প্রসাদি মহা মহা প্রসাদিবু নঙনা কংজনিংঙবতগী তৌজবনি মরম অসিনা ইবুধৌমা হাবিগ্রবা মহা মহাপ্রসাদিবু ক ত্রিব। মথৈবু নঙনা চাবা থকপা তৌজরোইদবনি ইবুধৌনা লুক হাবিদবা ভসি হুম্নি শুরক্লে মরম অসি নঙনা ইদ্ধৌগী সেবাদা অকাইবা লৈবা খিবিকপু তাকপিহুনা মরম অসিবু তাকপিয়ু" হায়বা ওয়াোইনা কপ্‌্‌না পঞ্চযুক্তেশ্বরনা লুক হাদনা লৈবসি ভসি হুম্নি শুরক্লে। পঞ্চযুক্তেশ্বরনা চয়া হেন্দুনা অমুক অয়ুক্তা প্রগুগি অম্নান তৌরগা মবুধৌগী মাংদা ওহোইনা লৈবসি সুমিং ৭ নি শুরক্লে। মতম অহুদা মবুধৌ পাথংবনা মঙ্গীদমকপু রারক্লহুন। সুমিং অহুগী অহিংদা মঙদা লাকুনা হায়, "কাঙ নং অসিদি ঐবু থংক্লবোইরে নংবু ঐনা তাইবং মপোক্কগী অংথাক চংথে নবা।

মশক ওইনা পোকহনবসিদি ঐবু কাওনবা ওইগ্রবোইরে, নংনা ঐবু চাক্রে থক্রে চন্না হেল্লে হায়রবা অসিবু করিনো ঐদি নোংমতবু চন্না হেনবা তৌদে নঙ্গী নবুংঙো গোবিন্দবু লুকচনবনি হায়না থৌরাংলিবদো নবুধো ঐনি । মতম অদুদা নংনা গোবিন্দা সেবগীদমক্কি হায়দুনা নংনা লাংজরিবা মবম পুম্ববু শুনবা ঐশু চারিবনি, মরম অদুনা নংনা অমুক ঐনা চারম্বদগী লেমহৌবা মশকপু পুশিল্লকুনা ঐঙোন্দা অমুক পিজবদুদা ঐনা চাদবনি মরম অসিবু থংনবা ঐনা তাক্লগে নং ঐবু মুম্না য়েংঙু হায়না হৌদোক্লগা লৈল্লুং কোজিরেমবা থব শাদোং তাওরোইলাই তোক্লেন লিশিং পানববু ফৈদি কোলহল্লগা মথকতা পাম্বোম ৪ পান্দুনা শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্মা পায়দুনা শ্রীচতুর্ভূজ শ্রীনরামগী মশক ওইনা লৈহুনা লৈল্লুং থাবগী কোক্লেন লিশিং অদুনা থকথন ওইনা থন্দুনা লোংনা বিপ্তুনা লৈঙান্মি অদুদগী তোক্লেন লিশিং পানবা থাবগী মশা পুম্বশি চিংশিনথিদুনা পাম্বোম মরি পানবা শ্রীনারাম অদুগী মশকতা তিনথিবগুম উহল্লি । মতুং অদুদা গোলুক নাথগী মশকপু পুথোকতুনা উহল্লে । মতুংদা বাশুদেবা দ্বারিকা নাথগী মশকপু উহল্লে । মতুং অদুদা শ্রীনবদ্বিপ্তা পোকথিবা শ্রীগৌরাঙ্গগী মশকপু অসিনি হায়দুনা তাক্লগা মশক অহুমমক্রা পুন্দুনা শ্রীগৌরাঙ্গ হায়বা অদু ঐনি হায়না তাকতুনা উহল্লগা মাংথিদুনা বৈকুন্ঠ নাথগী মশক চহী মঙাদা ওাইরিবা শ্রীবালগোপাল হায়বদু ঐনি হায়না তাকতুনা থুংপাক অমগী মথক্তা খোং অনিবু লৈবক্তু থাদদুনা ফমগা ওই থংবা খুংনা মুরলি বাঁশি পায়দুনা য়েং থংবা খুংনা কোল্লপতৌনা তিংদুনা থুবাক কুত্তকতৌনা ঊম্না লোংথোকতুনা পোং নিবগী মতেৌগুম্না তিংথোক্লা য়ারগা কদাই কার্ত্ত নংনা ঐবু থুংশি হায়দুনা অতৎপা লৈতনা ঐগী ইমিংবু নিংশিংলিনদো ঈশিং থয়গা লোইনদুনা ঐগী থুবাক ময়াইদা হৈবিরো ঐ থক্লগে ইথো লাংবনা ঐগী থবাক অসি মৈবা হৌবগুম্না শাবনা থাংবা ঙমদ্রে ঐগী অশাবা মৈশা অরাম থৌরাংবশি কার্ত্ত নংনা কোক্লবা তৌরোলাও হায়না ঙাইদুনা মং অদুদা হেক লৈ । থুদক অদুদা কার্ত্ত ভৈগ্যচন্দ্রশু ক্ষৌগত্তুম জোল থরগা লোইনদনা হৈজগে হেক তৌবদা শংকুশেনগী মশকপু ওইনা হেক উতন্দুনা শংকসেনগী লুরাইদা জোল অদু মং অদুদা হেক হৈজে । ঈশিং অদু হৈবগা শ্রীনিত্তা অনন্দ হায়বা অদু ঐনি মহারাজ ঐবু মুম্না য়েংঙু ঐশু মশক অসি ওইনা পোক্লগে, লাই ময়াম শেমথিবগী মতোন অদুনা ঐবু শেম্লো চহী থুদিঙ্গী কালেন হায়বা থা অসিগী মতুং পানথংলকপগী নোংমাইজিংদা শ্রীবিষ্ণু ভগবান লৈবাক অসিদা ধর্ম্ম অসিবু চংলম সুত্তিন ওইগনবগী ঙাইদনা নবুধো কিয়াম্বা হাকতকতগী থোকঙমদুনা ঙাইদুনা লৈরক্লবা গোপেশ্বর মহাবিষ্ণুবু লৌথংপা হায়দুনা হরি ধ্বনি তৌনা পুরুম লৈপাইনা শৈহৌরগা নিত্য অনন্দ চেং কৈবা হায়দুনা অহিং চুপ্ন লাইমিংবু শক শোল্লগা মতুং নোংঙানবগী অয়ুকী য়ুংথক থানবদা শৈশোইদুনা অচাও অথুম পুম্বা খোং থাকুনা ঐথোয় পুম্বা চামিন্নশি হায়না তাকুনা লেপ্তুনা

লৈঙ্গল্লে । মতুং অতুদা হায় "ঐ চৎলগে নংনা ঐবু মশক অমা পুথোক্নুনা থম্নগদবনি মকম অসিদা ঐ লৈবা য়াদ্রে নবুংঙো শ্রীগোবিন্দ হায়বসি নবুধো পাথংবগী মশক্কি মরম অদুনা মহাক অসিবু ঐগা থানবা য়াদবনা নবুংঙো গোবিন্দগী হকচাংদা ঐবু লৈবনি অতুবু মতম থরগীদমকপু নবুংঙো গোবিন্দগী লৈকল্লবা নিত্যঅনন্দ হায়না লৈরগদবনি, ঐদি অহানবদা থোকক্লমগ্রবা বিজোয় নাথগী মকমদা চংগ্রগে, নবুধোগী মশক্কা ওইবা শ্রীগোবিন্দনা মাগী লিতিনফম্বু থিদুনা লাকল্লবা কাওবা ভাইউল্লগা মতম অতুদা মাগা ঐগা লিতিল্লদুনা লৈবাকপু অমুক শেম্নবা চংলম ওইগে চংলম অসিবু কাইদনবা নিংথো নংনা শেম্মু ভাক্রম্লগা লাইশং মল্লুংদগী মপাল্লাংদ। লেংথোকখিদুনা চংখি"। থুদক অতুদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরবু মিকপ হেক থোকতুনা প্রগ্রা অম্নাম্নচিংবা ভৌরগা মত্তোন মন্ত্রি অনন্তশাই, শিদ্ধান্ত ভাশস্পতি ভাশকর, খুম্বোং চন্দ্র শিদ্ধান্ত অতুম্বু নোংদম শংলেন্দা কৌদুনা ফম্বাল লাংমিল্লদুনা শ্রীযুক্তেশ্বরগী মং অসিবু তমদুনা চন্দ্রশিদ্ধান্তনা পুয়াদা কোলোম তাদুনা থম্লে ।

মতুং অতুদা পঞ্চযুক্তে মহারাজনা লাই শাবা উরুং পুরেনবু কৌদুনা শ্রীমুর্ত্তি শারদগী লেম-দুনা লৈবা মত্তোন অতুবু শ্রীনিত্য অনন্দগী শ্রীমুর্ত্তি অমা শেম্মু হায়দুনা শ্রীমুর্ত্তি অতুবু শেম্বদা থৈবোং অতুগী মপান মউবু পন্দোল লোমদুনা মথোংগা তাইনবা মরা অতুতা মভাইদুনা রাশ মন্দোলগী ময়াদা থৈবোঙ্গী মরাবু কোয়না থাজিন্দুনা শোক্লনবা পায়হল্লনা থম্লে । শ্রীমুর্ত্তিবু শাবা লোইদুনা জিবন্যাশ তৌনবা মুমিংপু শ্রীথুম্বোং শিদ্ধান্ত চন্দ্রমনিবু য়েংহল্লুনা জিবন্যাশগী মতম্বু লেপ্তুনা মরম পুম্বা থোরাংদুনা শ্রীনিত্য অনন্দগী জিবন্যাশ তৌনবা থোরাংখি ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮৯৬ নোংদালাই কুমশিং ১৭০৮ শা: ১৭১৭ চ: ৪৮ চৈথারোল ৩১২ চৈথাবা লাইরেঙ্গাম্বা কাজ্রাগী কুম, ফাইরেনগী ১৩ নি পানবা মোংমাইজিং মুমিত্তা জিবন্যাশ তৌগদবগী ১২ নি পানবা থাংজ মুমিংকী কুংদাংদা অধিবাস হৌদুনা ব্রাহ্মন বৈষ্ণব পুম্বা তিন্দুনা পুক্নিং অমকপা লৈতনা মাম্বু শোন্দুনা অহিং অসি লেনখি । মদুদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর স্না ফম্বাল লাংনা ভাইহাক্লং উইবগুম্না চেক তৌদুনা মং অমা মংই । শ্রীনিত্য অনন্দগী শ্রীমুর্ত্তিবু মংদা লাকতুনা হায় কার্ত্তা ভগাচন্দ্রা হযেংদি জিবন্যাশ তৌনি থোম্নাংলি ঐগী জিব বিজ'দি লৌরুত্রি কমদোনা তৌদোরিবা জিবন্যাসনো চৎশি লাও কাংপোকপী নবুধো স্না কৈথেল ভাকপগী মশাইকোন্দা হৌরিবা লোতা কোভি=তিনশিবি পাম্বী অতুগী নোংপোক চিংথৈ পাংবা মশা অতুগী মানা অহুম লোংবা অতুগী ময়াই থংবা মনা চিংথৈ পাংবা অতুগী মথক্কা পকতুনা তোংদুনা লৈরি, বিজ' অসিবু চন্দনা কমদোনা ঐবু জিবন্যাশ তৌগে হায়রিবা চৎশি লাও হায়দুনা খুজেং পায়দুনা হেক

চিংডি । শ্রীখ্: কত্তোম্বু মিং হেক পাংহনা করিমো পাউজাক অসিদে হায়রুনা কোয়না ভেংজক্লগা রা ডাংলনা 'মফম' অচুম্বগী থোকতুনা পুরিং হকচাং খুজিন খুমা শেংনা কোকর্জু তুমা ইক মাইলাংলা তারগা শগোল অমা তোংলমা কাংপোকপী তম্মা শগোল থৌখরক্লে । মতম 'অসিদা' মং অমি মতোন মন্ত্রি অনন্তশাইস্ত মরম অমতা হোংলদম, মংদুনা ইক মাইওজাংলো শগোল তেংহুনা শ্রীপঙ্কয়ুংকেশ্বরবু হৌরিগো হায়দুনা শগোলবনগী শঙ্গাইদগী লাংথবাম তান্না শগোলথৌখৎকই । মতম অসিদা কাম্ভু । মঙাল জদি মবুধো স্না কৈথেল পুবগী খুবম কাংপোকপী য়োহুনা জিব-বিজয়বু কোঙ্গাল চিক্লাগুন পকুপা লৈমমহুনা স্না কাগোক অমদা হাপতুনা পুডুনা লাক্লে । নোংগান তুবু উব মজ্মদা স্না কোম্বুং লাংথবাম য়পোংদা মতোমগা উমহুনা মতোন মন্ত্রিনা হংজিন মচা ইবুংঙো মহারাজ কদাইদা লেংগুবা নতোনবু মং অমতা ঙমজঙো লাকপনি । ইত্তোম ইবুংঙো পুককথা ইত্তোমগী মংলাংবু থৌগল তুং ইন্না নচাবা চংঙক্নজহুনা ইবুংথৌগী জিব বিজয়বু লৌজরুরে । পাউথুম্ব ত'বদা মরম পুম্বা খংহুনা মতোন মন্ত্রিনা হায় লাইবক ফবা নিংথৌ নহাকথক্কী হৌখিবা নবুধো নিংথৌরেন পুম্বগী য়াইফ কৈরাক থাওম্বা ওইডম্লে মরম পুম্বা ইত্তোনগু খংজরে থৌবম পুম্বা কাইদনবা থৌরাংহুনা বিজয়বু চন্নবা শ্রীমুর্ত্তিগী থোইদগী খুদোল অম কানা শেমহুনা থম্লে" । খুদক অহুদা তাক্লম্বা লাইমিঙ্গা লোইনহুনা শ্রীপঙ্কয়ুংকেশ্বরনা জিব বিজয়বু চন্নবা তৌরে । ( ক্লীং শরনামহিরেল হোরং হোরি ও হোচি কোবা । হরে হরে রাম রাম রাধা কৃষ্ণ রাম মঞ্জুরি রি রি রিং ক্লীং কোবা । ক্লীং হুম শরনা মহিরেন হোরং হৈয়ি ওহোচি, হুং হরি হংম্ব । ওঁ মিয়াল্লেন মিযান্তিং অফং অফা ওঁ কৃষ্ণ নেং রামেত্তিং হরি হর বিশহর ক্লীং শরনা মহিচী নংদি নিত্য অনন্দনি, নিত্য অনন্দদি রাং বাধিকাগী মশক্তি, রাং রাধিকাদি ক্লীং কৃষ্ণগা নুস্তিগু নিকুঞ্জদা থুগুমা চেপথে" হায়না চন্দুনা হাম্নগা খুৎনিংথোদা ওঁ আদৌ ব্রহ্ম বৃক্ষ ওঁ নমো নবাযনা রক্তবিন্দু মুহে মুহো ক্লীং হুং । ওঁ হম্বি কেধ । ওঁ ক্লীং ক্রোং যং ওঁ স্বাহা হায়না মখক্তা নমহুনা খুৎনিংথো অহুনা য়েং ওইননা লৈমা ব্রহ্মবিজয়বু চন্থে" । মতুংদা ব্রহ্মামা হিমুস্তিবু জিবন্যাশ তৌনবগী যজ্ঞ হোম্নচিংবা কতুমা মপানগী লাইমিংবু ( শ্রীশ্রীনিত্য অনন্দ ) মিংহন্দুনা জিবন্যাস তৌহুনা সেবা ফংজবা নুমিৎ অসিদগী হৌহুনা স্না পুরিং মুংডাইনা মরম খংনা সেবা তৌহুনা পালে ।

লাংবচকী ৪৮২৭ বোংদালাই ১৭০৯ শা: ১৭১৮ চঃ ৪৯ চৈথারোল ৩১৩ চৈথাবা শোরাইশঙ প্রশত্তোমগী কুম কালেনগী নোংমা পানবা ভরনী নক্ষত্র—অপকমনা পানবা নুমিৎ অসিদা নোং-জিং নুমিৎ থোকুনা শ্রীপঙ্কয়ুংকেশ্বর মহারাজ কাম্ভা ভগ্যচন্দ্রনা শ্রীনিত্য অনন্দ প্রভুগী সেবাগী মরম পুম্বা শিন্নাংহুনা অযুক্তি দন্দা ৪ না চৌগ্রগা দন্দা ৫ গী মতুংদা শ্রীবিষ্ণু ভগবানবু লৌথংপগী

পুজা ছোয়না মতুংদা চেংবা হৈবা হায়দুনা চেং মোনখাং চাকহাও হায়বা অহুবু মীপোৎ ১৫ হৈহনা কৎলে । অহিং চুপ্পা নাম শেন্দুনা ব্রহ্মান বৈষ্ণব পুম্বা লেম্লগা নিংথৌকাবগী মালেম অঙানবনা অয়ুক্কি য়ুংথক খানবা মতমদা নাম কুত্তন লোইহুনা ব্রহ্মান, বৈষ্ণব, অহল লমন পুম্বা প্রসাদি কংহুনা পুক্নিং হুংঙাইনা সেবা কৎলে ।

মুংথিল মুংদাংরাইদা বামোন কোকপৈনা খোংনাং হোগাউবীদা লুমহুন। অশৈবা ছিদং নাম্বু মকোক থুগাইহুনা থুদোং য়াম্না থিনা শোকখিহুনা রাজেংবম লৈকাইগী থুঙানা বামোন কোকপৈবু কাহুনা অশৈবা চিদং নাম্বু রাগী তুলাই শানা হাপ্তুনা অনিমকপু পুরকুনা য়া চরোন্দা কৎলি। মহুনা লৈবাক্কী মপুক পেন্নবা হায়হুনা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা বামোন ৫ দা শিল্পা পিহুন বামোন ৫ অঙুংগা তুলশি-উতং মশা অকংবা মশাবু মপুন ওইনা পুল্লগা কোকপৈবু হৈহল্লি । মতুং অহুদা শ্রীযুক্তোনা ঠায় ঠাকুর কোকপৈ বামোন নংবা মী য়ৈনা শুনবা হৌনদে, মশিগুম্বা লমচৎ অসি মতুংদা অমুক থোকঙম্লবদি অরাফমদা থমহুনা ব্রহ্মান নঙ্গী বনবু মাংনবা লম্বী থোকনি হায়না রারক্লগা থাদোকপিরে। মতুং অহুদা পঞ্চযুক্তো মহারাজ বামোনবু য়ৈহনবগী লংজবা মরম্ থবদং ঙাকপিনবা শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী মকমদা ভক্তি কংলি, ''ভগবান নিংথৌ ওইবা হায়বা অসিগী ইবুংঙো নঙ্গী থৌদা নোংদম্বু ব্রহ্মানবু য়ৈযু হায়না থৌদা নোংদম্বা ওম্বা অসিরা মপু নঙ্গী থৌদা থৌপুবা রাগ্রেদা অঙকপনি'' হায়না রাখন্দুনা ভক্তি কত্তুনা ব্রহ্মান বৈষ্ণবসিদ লোইনহুনা নামগী তত্ত্বু ঙাংনহুনা পুক্নিঙ্গী অরাববু লেনখি ।

মেরা থাদ শামু রাজবালোক হায়বা তেথাঙ শামু মচুম ভাক্তনা শামু শেনবা মউংশিঙ্গী মথুত্তগী নাম্থোকুনা চৎখি। মতম অসিদা কোম্বঙ্গী মোংচুপ থংবা নম্বুল তুরেলগী রাংমদা লৈবা অচবা নন্দগী মচা নিপা লুবাংবা হাযবা অঙাং অসি মমাম্নবগা কংজৈ শাম্নরম্বদগী ঈশিং থকপনি হায়হুনা নম্বুল তুরেলদা কুমহুনা ঈশিং থকই মতম অসিদা মচুম ভাক্তনা ঙাওহুনা চেল্লকপা রাজ বালোক্। মাইগৈ থংদনা চেল্লকপদা তুরেল রাংমা রাংমদা অঙাজ শামুগা থেংনখ্রে । শামু অসি অঙাং অহুবু উরগা চেল্লম্বদগী লেপকুনা লুবাংববু য়েংহুনা লৈ । অঙাং অসিনা শামুবু উরগা মপুক অকি তুজুং লৈতনা ঈশিং থক্লম্বদগী তুরেল রাংমা লানখিহুনা শামুগী মনাক তাম্না চংখিহুনা শামুগী মনাতোন পায়হুনা শাম্নহুনা লৈরে শামু রাজবালোক অসিনা অঙাং অসিবু মনাতোন অহুনা কোংতুনা মনক্লন্দা থাজ লগা কম্না অমুক চেনখিহুনা হৈপোপ লাইরেম্বীগী থোইয়ুন চুঙ্গী উকোন্দা চংহুনা লৈখ্রে অঙাং অসি শামু অসিগী মখক্তা উপ্প্রাক্তা হিপতুনা শামুনা কোয়না পুববু থোইনা অকি তুজুং লৈতনা অহুম লৈমিন্নখি । মুমিৎ তারব মতমদা নন্দা যশুদা মপা মমা অনিনা মচাবু মমাম্নবশিংদা হংহুনা কোয়না খিবু থিবা ফংহুনা অহিং নোংশোইবা মচাবু কোহুনা কপতুনা থাংখি ।

শামু শেনবশিংনা শামু মচুম তান্থনা মখোয়গী থুত্তগী মাঙ্খোকুনা চেনথ্রে হায়না হৌজংলম্লনা শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বরনা মাইগে অদোম্বু পাউ চেন্নুনা থংহল্লি । মীয়াম পুম্বা তুম হিপ্লবা তৌদনা শামু থুম্লক্লা হায়থরক্তনবা থোরাংহনা লৈনখি । নোংঙাল্লমদাইদা লুথুম্বা কাম্বু থরনা লুক'ইগে লাকপদা শামু রাজ বালোক্লা হৈপোপ উকোন্দগী থোরক্লনা লাংথবান চীজোম তম্ম। লাকপদা থেংনরে। শামু অহুগী মথক্লা অঙাং অমম্বু ফমহন। লাকপা উবদা অকি তুজ্জুং ওইনহনা লু কাইদনা ময়ুম ময়ুমদা চেনথংনহনা শামুগী মরম্বু তমহনা ঙাংনবদগী থুঙ্গাশিংনা সনা কোক্তুংদা লাক্লনা হৌজংলরে। পঙ্কযুক্তো মহারাজনা পাউ অহুবু তাবদা খুদক অহুদা শামু শেনবশিংবু শামু অমোম শিকার কৈবা কযামকপু তোংহন্না শামুগী খোঙ্গুন লিদবা য়াদে ঐশু নখোই খ্বাইগী তুংইন্না চৎকনি হায়হনা পঙ্কযুক্তো খোংনেং য়াঙ্গোই কারু খোংদাংববু শন্দক্লপা শাবন হাপতুনা সনা ফম্বাল লাংনা খ্বাইগী মাং থানা তথেন শা শামু চিকোরবু পুহনা শামুগী খোঙ্গুনবু তুংইন্না লিরক্লে । খুদক অহুদা পঙ্কযুক্তোনা শামু শেনবশা শামু রাজবালোক অসি হৈপোপ চীংদগী লাংথবান উকোনলোমদা চৎখ্রে শামু ময়াম খৌজিন্দুনা রাজবালোকপু কোইশিন্নগা থেমথোক্লনা অঙাংবু কম্লবা তৌদবা য়াদ্রে । সনা য়াখং তাবদা শামু শেনবা ময়াম্না উকোনক্লংদা শামু কোইনা খৌজিন্দুনা রাজবালোকপু কোইশিন্নগা তথেনশা শামু চিকোরবু খাজিন্দুনা থেম নৌনা শিকার তৌহন্না শামু রাজবালোকপু মপান্নাংদা হোইদোক্লকতুনা শামু অমোম পুম্বনা কোইশিন্না লাংথবান খোংনাং অচৌবা য়োনা কোইশিন্না চপতুনা পুখোক্লক্লগা শামু শেনবা মচা খোংজাম্বনা খোংনাং অহুগী মশা অমদা ফমহনা শামু চংলকপা ঙাইহনা অঙাংবু লৌখোকদবগী ঙাইহনা লৈরে । খুদক অহুদা শামু অমোম ময়াম্না কোয়রগা তথেনশা শামু চিকোরনা মচুম তাবা রাজবালোক মনাতোন্না লৌহনা ময়াম নম নমহনা খোংনাং মশা অহুগী মথাদা লিংতুনা চংনবা লৌশিন্না খৌজিল্লক্লো খুদক অহুদা মউং মোংজাম্বনা শামুগী মথক্তা উপ্লাক্লা হিপ্লিবা অঙাঙ্গী শয়েং অনিবু পায়হনা শামু মথক্তগী চিংথংলে । খুদক অহুদা শামু চিকোরগী মথক্তা অঙাংবু ওকতুনা ফমহলহোরগা শামু অমোম ময়ানা কোইনা থংতুনা মচুম তাবা রাজ বালোকপু ফারে । মউং মোংজাম্বনা শামু চিকোরগী মথক্তগী অঙাংবু লৌথহনা পঙ্কযুক্তেশ্বরগী স্না থুত্তা কংলে । শ্রীযুক্তেশ্বর অঙাঙ্গীমকতা রাবগী পম্ফেংলম্ববু কোকতুনা অঙাংবু ফৈবম্লনা পমহনা অঙাং অহুগী মরম্বু হংলক্লে । অঙাংনা থুম্মি, ঐগী ইমিং লুরাংবা কোই, তুরেল রাংমদা লৈবা অচোমগী নন্দ, যশুদা অনিনা পোকপনি” হায়না পাউখুম্মি । অঙাং অসিগী অকি তুজ্জু করিমতা লৈতবা মরম্বু উবদা পেনখিবা ওইহনা সনা কোম্বু'দগী অহাও অথুম পুরকতুনা পিজহনা অঙাংবু লংনহুনা লৈমিন্নে । খুদক অহুদা নন্দ যশুদা অনিনা মচা কাইনবগী মৈচাক্লা থুম্লহংখিহনা অঙাওবা অঙাওবীগী মতৌশুম্ম। মশম মনা ইকা ফানা উফুল

রাইফুলনা মশাগী চরৈ ফিবোনবু চরৈশিন্না তৈহুনা নোংঙান তুবু উবদগী মাইগে শিন্না চেন্দুনা লুরাংবা মচাবু খিজবদ কনা থংভি উরম্মি চায়নখিদ্রবদা শামুনা অঙাং অমা পুহুন চংলম্বদগী শ্রীপঙ্কজ কেতেশ্বরনা অঙাং অদুবু কন্নবা থোরা হুনা শামুগী মথক্তগী লৌথহৌহুনা সন। নাকতা পিজ পিংকুনা লৈমিন্নহৌরে হায়বা পাউবু তাহনা মচাবু কৌহুনা স্না কোন্নু লোমদা চেল্লক্লে। মপা মমা অনিনা মচাগী অরা চুংশি মৈশা খাংঙমদবদগী তৌঙম্লক্লিব অদুবু উবদা শ্রীপঙ্কজ কতেশ্বরবু মিংস্ন। ইরা চেন্না কৌহুনা হায়, "নন্দ যশুদা রারম্নু শ্রীগোবিন্দনা লুরাংবা মচাবু লেম্না মাংবা য়বা নত্তে হায়না কনবিহুনা কত্তা ইকম্নাংদ শিন্নহুনা পিবম্লে, রাগন্নু লাও নচংবু নথান্নুংদা কোন্দুনা অরাব রাখন কোক্লরো" হায়না স্না ফম্বাল লাংদগী লেংখত্তুনা অঙাংবু কৈবম্নন পমহুনা মপা নন্দগী মথুক্তা খুৎশিন্ননা পিবগা হায় 'নন্দ যশুদা লুরাংবা নচাসে শাগৈগী মঙাল নাইবা মপা মপুগী কৈরক থানবা লাকপনি লেম্না মাংলোইদবা নচানি, করি কর্মিগুম্বদা শ্রীগোবিন্দগী সেবা দরশন তৌজনবা মবক মরকত্তা পুরকউ অঙাং অসিগীদমকতা য়াইফা মুংঙাই লম্মীবু তাম্লে" মযুং পাক্লা শানা তানফংনবা শ্রীগোবিন্দবু কাওগন্নু" হায়না স্না য়াথং পাউদাক নোংদম্নীহুনা মচাবু শিন্নহনা পিবিখি। স্না নোংদমগা লোইননা নন্দ যশুদনা লুরাংবা মচাবু ফংজহুনা মচাগী রারম্বা মৈশাবু কোকতুনা মযুম মবাম যাইদা হল্লকতুনা মচাগী মফমদা মচাগী থোদোক থৌরম্নু হংহুনা পুক্লিং মুংঙাইজবা ওইওম্না শিন্তাক পাউমেম্না লৈঙমখি।

## ক্যাঙ্গৈগা লাংথবান মচাগা কাংজৈ শাম্নহনবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮৯৮ নোংদালাই কুমশিং ১৭৯০ শা: ১৭১৯ চ: ৫০ চৈথারোল ৩১৪ চৈথাবা কবো থুম্নাংবগী কুম অসিদা শ্রীপঙ্কজ কেতেশ্বর কত্তা ভগ্যচন্দ্রনা থোং কাংজৈ স্না মিৎয়েং তানিংহুনা কাঙ্গী মচাশিংগা লাংথবান মচাশিংগা স্না কোম্নুংগী কাংজৈবুংদা নিংথৌ অঙম্ব ময়াম্না কুমৈ য়েংহুনা থোং কাংজৈ শাম্নহল্লি। ক্যাজৈ কাংজৈরোই খুৎ ৭ না কাংজৈ অসি লম্বা চাদবগী মতৌঙম্ন। পানবা য়াদনা কাংক্রম হুনরগা ওকপগা থোংবগা ফানবগা তৌহুনা পাজন অমা ফাওবা লাংথবান মচানা মানবা ওমদনা পাজন ১৫ নমথোই থোইখ্রে। কংজৈ অসি য়েংবদা কুমৈ ইথোক থোকতে, কুমৈ য়েংহুনা অতুম নৈরম্বদগী অচোম্বম্বী লুরাংবা অসি মপুকতা মথুন মচাশিংবু মীথুন মচানা লাকচবা উবদা মুংঙাইতবা ওইহুনা মফি কিশি শেম্নুনা লিম্নেন কাংজৈ তুংগোন অমা পায়হুনা মীয়াম মরকতগী থোরকতুনা কাংজৈয়োইশিংগী মরকতা চংলকতুনা হায়, 'য়াম্বা ইচিন ইনাওশিংবু রাম্নরিনি ওাইহাক্তং অমত্তং পোংখাবিম্নু ঐ নহুৎ নরেংবু রাংলেন অমত্তং শিঙ্গগে"।

মঙ্গলা কাংজৈরোই পনঙাকচন শামবা কাংজৈরোই অচুনা "ইবুংঙো লুরাংবা য়াম্বগিশি ঙাইহাক অচুক শিনখিয়ু য়াম্বা ঙাইহাক পোৎখাজবা ওইজগে" হায়দুনা শিন্নরম্মগা পোৎখাদুনা লৈখি। লুরাংববু ক্যাংগৈ মচাশিংন, কয়া রাওই খোওইদনা লাম্বা পাবা চংলকই লুরাংবশু খোইনা কয়া নিংডাইদনা লৈ খুদক অচুনা (কা'ক্রুম হত্তে) হায়দুনা হেক লংখদা লুরাংবা মখুত্তা পায়বা কাংজৈ অচু লৈনা লৈবা হায়দুন, কা'ক্রুম তম্না চেনশিল্লদুনা কাংক্রুম হেক্তা ওকখি। ক্যাজৈ কাংজৈরোইনা লুরাংববু ফাগৎবগী কম্না তাম্নরকই। লুরাংবা খোইনা কমশু চেন্দে মীনা ফাগে তৌরগা অমরোমদা শৎ হেক নাম্তোক লিংখোক্তুনা চেনখিদুনা কা'ক্রুম অচু নোংখোদা লংখৎলগা মখুং ২ না কাংজৈ লিতোন চৈদোনলোমদা পায়দুনা চোংখৎতুনা কাংক্রুম হেক থোমখিদুনা পাঙ্গন-ফম অরোইবদা কাংক্রুম তাখিদুনা পাঙ্গন অমা হন্দোকপা হৌখি। মতুংদদি ক্যাজৈ মচা কাংজৈরোইশিংনা কাংক্রুমবু থোইনা য়েংনখিদ্রে লুরাংববুতা য়েংনদুনা ফানবা হোৎনদুনা লৈনৈ। কাংক্রুম হেক ছুনবদা লুরাংববু চেনশিলহল্লোইদবগী মনাক্তা মী লৈদুনা তাপ হেক কোনশিন্দুনা থম্মি। লুরাংবনা মাবু কোম্লিবা অচুগী মথবাক্তা মরেংবাম্না ঙাদুনা থা খিত্তং লোংখিবগুম তৌবদা কোম্লিব, নিপা অচু উগ্র'ক্লা শিক্তনা তুদুনা হেক লৈফৌদুনা চেনথৎখিদুনা কাংক্রুম মনাক য়ৌদুনা কাংক্রুমবু কাংজৈ অচুন খেৎ খেত্তুনা চেন্দুনা পুখিদুনা মখুং অনিশানা লৈবাক্তগী কাংক্রুমবু রাংনা য়ৈদুনা পাঙ্গনক্রমদা কাংক্রুমবু তাদুনা পাঙ্গন অমশু হন্দোকখি। লুরাংববু ফানবা ঙম্মদনা কোইতান তাম্নবা লুরাংবনা অগুম মহেল্লকপা মনাক নকউরে মানা ঙম্নবা মরম অম, তৌদুনা মী অচুবু মনাক নকশিন্দনবা হেক মতৌরম্ব', খাদোকখ্রে তানবা ফংঙমদব, অগুম্না নাইতেম চাবা কাওরেনগুম ওল্লেন তোম্নচৎ লাকপগুম মযাই কাবা মচুম তাব, শামু লমশানা লোইবি চীংচেপ চীংয়াদা লাওন খোংনা চেন্দুনা য় খিন্নগে হায়বগী অকি তুজুং লৈতম্না শামাম্নব, থিবগুম মাইগৈ থুংনা চেন্দুনা ক্যাজৈ কাংজৈরোইবু লাক্লরকপা, ক্য'জৈ মচা কাংজৈরোইনা লুরাংববু উবদা অকি তুজুং ওইনরে। কনাবু মনাক নবশিন্নরে. কাংজৈরোই শিল্লু শিল্লুবা মখেবু মাইথিবত, ওইদুনা ক্যাকৈগী পাঙ্গন ১৫ বু লুরাংবনা হন্দোক্তুনা লংখবাম্না পাঙ্গন ৫ থোইরে। মতম অসিদা মালেম অঙানববু মরামম্নাইদা চংখিদুনা কাংজৈ অ'স লোইখি। ফুমিৎ তাববদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা কাংজৈরোই ময়াম্ব কৌশিন্দুনা পঞ্চ যু'ক্তামক য়'ওনা চাক চানদুনা মপুক কিশি লৈনচন্দনা রারি রাতাই শাম্নহন্দুনা মচিন মনাও তিন্নবগুম য়াম্বা খোথন কাইনদনা তিন্নহন্দুনা পুক্লিং ফুংঙাইন, মযুম ময়ুমদা হয়খি।

মচা ইবুংঙো গম্ভীবসিংনা লুরাংবগী মখোনাবু উবদা অহিং নোংশোইবা রাখল তৌরুরগা মনাইশিং খরা থাদুন লুবাংববু কোহল্লুদুনা মচা ইবুংঙো গম্ভীরসিংগা রারি রাতাই শামদুনা মরুপ শাম্নে লুরাংবগীদমক্তা ফি-লোন অচা অথক লাংদুনা মরুপ শাম্নবগী খুদোল্লি হায়দুনা নমদুনা পিদুনা লুরাংবগী পুক্লিংবু লিপুন্দুনা গম্ভীরসিংনা ফুমিৎ অসিদগী মনাক্তা থমখি।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৯৮ নোংদালাই কুমশিং ১৭৯০ শা: ১৭১৯ চৈথাবা ৩১৯ শুবা কবো ছাখুল থুম্বোংবা ( থোংবাল্তাবম ঙথুনগী ) চ: ৫০ গী মতমদা শ্রীনিত্য অনন্দনা স্থা নাকতা লৈবদগী হৌমিন্নরক্লবা লাইনিংথৌনা ঙশানৌ নোংদালাই পাখংবগী মফমদা সেবা পিবা মতম অতুদ নোং-দালাই পা-থংবা ময়ুম ৭ কী পিবা লুচিংবা কংলৈ পুংমাইয়োন কংলা ফম্বনা লাইনিংথৌগীদমকতা মাগী থোংহাম ফমথা ওইরিব থোংলৈশংবু লাইনিংথৌগী থোংতাম ফমথা ওইহন্দুনা লৈখিবদা মথোয়গী থৌথন চংথোনবা নিংথিজববু লাইনিংথৌনা পেনবিখিহুনা থোংলৈশং নংদি য়ুম তাহুনা লৈরুরো মতম অমদা ঐ অসি লৈবাক অসিদা মশক অমা ওইনা মতম অতুগী থোংচত্তা লাক-খিনি নঙ্গী য়ুম অতুদা ঐ অমুক হন্না লৈরগে মতম অদুদা নঙ্গী নচা নশুশিং অদুগা তিন্নদুনা লৈরবা ওইগে তৌজিকতি ঐ য়ুমথোং থুদিংদা ভাইবং য়ুম পুম্বগী শিংজবা থুংনবা লৈরুখিগে হায়না নোংদমখিববু নিংশিংলকতুনা খুদম অমা থৌরাংলে ।

ফাইরেনগী ৫ নি পানবা শগোলশেন মুমিত্তা মন্দির মঙ্গংদা লৈতুম মচা মচা ময়াম পৈদুনা শ্রীনিত্য অনন্দগী নাকতা মরুপ মপৈ অনিবু পৈদুনা লৈয়মদুনা সেবাপুবা বামোনশিংনা হুন্দং-লদুনা শ্রীযুকতেশ্বরবু লেংলকতুনা য়েংভি । লৈতুম মপৈ অনিবু উবদা সন: পুক্লিং য়াম্না রানা রাথন্দুনা ভাইবাক লৈরুবগা ব্রহ্মন পণ্ডিট ময়াম তিন্দুনা থন্নে । ভাশস্পাতি ভাশকয়না হায়, “পঞ্চযুকতেশ্বর মঙ্গোলনি শ্রীগোবিন্দ নাম্বু কাওবিদবা নবুধৌনা হন্দক পিরিবা খুদম অসিদি লৈহৌভৈগী নবুধৌগী সেবা হায়নখিবা য়ুম অমবু নবুধৌগী সেবা ভাইদুনা লৈরিমান্নে, লৈহৌভৈগী মনাই অদুগী মচা মশুগী য়ুমদা থোংলেংদুনা লৈরগে হায়বা মরম্বু নবুধৌ শ্রীনিত্য অনন্দনা খুদম অসি পিদুনা থংহনবা ওইবরা” । শিধান্তগী রা তাবদা শ্রীগোবিন্দগী নাম্বু শোন্দুনা অরাবা রাথলগী পোৎথানফম ওইনা লৈখি । পঞ্চযুকতেশ্বরগী অরাবা রাথলবু কোকহন্নগে হায়দুনা নবুধৌনা মংদা লাকতুনা হায়, রাজেশ্বর ঐ অসে য়ুম অমদা লৈবাক অশিগীদমকতা শিন্নথরে লৈহৌভৈদা ঐগী সেবা থোংহাম ফমথাখিবা থোংলৈশং হায়বা অসিগী মফমদা শিন্নখ্রে । মগী মচা মশুনা অরাম্বম হায়না য়ুম তাহুনা লৈখ্রে, মথোয়গী মফমদা ঐবু লৈবা মতম পইরে ঐনা নংবু মতম পুম্নমক্তা থাদোকপা থক লৈতে । ঐগী ইশক অমনা নফম্লাংদা লৈবাক্কিদমক লৈরি, মশক অসিমনা লৈহৌভৈদগী লোইনরক্লবা থোংলৈশঙ্গী য়ুমদা শিন্নহুনা লৈবাকীদমক্তা লৈয়গে হায়-খিবনা নংভোন্দ। ঐনা লৈপিহুনা পাউদাকপনি । কুমজা থুদিঙ্গী নংনা ঐবু কালেনগী পানথং-লকপা নিলমাঙ্গী নোংমাইজিং হায়বা মুমিৎ অসিদা শ্রীবিষ্ণুবু লৌথংপা হায়না ঐনা লৈবা মফমদা বিষ্ণুবু নংনা পুহুনা ঐগা লোয়ননা পুরুম লৈপাইহুনা চেং হৈহুনা কংলিবসি চহী থুদিঙ্গী কংলু । মতুং নোংভাল্লগা লাইমিংবু শক শোনবা লোইহুনা প্রসাদি ফংহুনা লৈবাকী য়াইফনব থৌপুশি

কাওগনু নংনা ঐবু অশ্বাম্বম য়ুমদা থিল্লবা তৌবিরো" হায়রম্মগা মাংখ্রে। শ্রীযুতোগু মিকপ খোক্তুনা প্রেপ কুয়া আস্নান্নচিংবা লোইহুনা মঙ্গী মরম পুম্বা ব্রহ্মন বৈষ্ণবশিংদা তল্লা থল্লহুনা খ্বাই কাংপোকপী খোয়াখোং তাবা অরাম্বা মেঙ্গব বলারাম্বু কৌহুনা শ্রীনিত্য অনন্দগী মরম পুম্বা তাক্তুনা লাইশং মান্দোপ্পচিংবা শেমহল্লে। বাপু রামানন্দ শর্ম্মগা লোইনহুনা শ্রীনিত্য অনন্দবু লাংথবান কোম্বুং-দগী কোম্বৌজম ইংখোনগী নোংচুপ পাংবা, অয়ুং থোংনা তমথরকপা লম্পাক্তা লাইশং মান্দোপ্প-চিংব, কত্তুনা সেগালাইন চংনা নোংদম্মা থিন্দুনা থা অসিদগী অরায়্যা সেবা ফংবা হৌথি। শ্রীপঞ্চযক্কেশ্বরগী সনা পুক্লিং অসি শ্রীনিত্যঅনন্দমা হোংখিবা অসিদা মুংওাইব। লৈতাবা থক লৈত্তে. লাংথবান কোম্বুং অসিদা লৈনিংবা পুক্লিং লৈরক্রে, কোম্বৌজম ইংখোন সনা কংলা ফম্বাল কোন্নুংনগা শেম শাবা লোইরকপগা মপা চাহুনা শজিভু থাগী ১৫ নি পানবা শগোলশেন পঞ্চক ১৮ নিনমাং লাংবচক্রী কুমশিং ৪৮৯৯ নোংদালাই কুমশিং ১৭৯১ শাঃ ১৭২০ চঃ ৫১ চৈথারোল ৩১৫ চৈথাবা লাইরিক য়েংবম অরোইগী কুমগী চৈহৌদা শ্রীগোবিন্দগী চরেন্দ লাইশং মান্দোপ্পচিংবা কত্তুনা শ্রীবিষ্ণুবু লেংশিন্না শঙ্গাইনচিংবা নোংদম্মা নোংদম শংলেন অহুম রায়েনশং কুচু চৈরাপ, কাবোংনচিংবা কত্তুনা সনা কোম্বুংবু লাংথবান্দগী হোংহুনা কংলা ফম্বাল সনা কোন্নুংদা লৈনা হৌরে।

মতম অসিদা মতুম মালিকা হায়রবা অসিনা সনা কৈথেল খ্বাইরম্বম কাকবদগী ময়ুমদা কুম-লকই। মান কুয়্যকপা মতম অসি শনধ্যা য়াচংবা মৈ-মুং হৌগৎনন মতম ওইহুনা মী থরা অচং অওক থরা তাম্বা মতম ওইনা থোক্তুনা মথম্বা নাইতোম ওইন মৈ-মুং হৌগংপা নংনবা হায়নগী তফিং তফিং খোংনৈগু থরা থূনা মযুম য়োনবা লাকপদা মাগী মুম অহুবু থোং মমখেক্তুনা নামোন মচা কোকপৈনা ইমুং তত্থুদা লৈরম্বা ফিরোন শেনথুমবু য়োমহুনা পুগদবগী থোরাংহুনা চাখুম কাগী য়ুমযাইদা লেপ্তুনা লৈবম্লে। মালিকা অসিনা চংলকপদা থোং ইহাং হাংমা লৈবা অহুবু মাবু লৌরিবা মপুরোইবা থাগোকপম তাংলৈ হায়বা অহু ওইনমাম্লে হায়না রাথম্দুনা ঐ লৈতবদুদা মংগু চঞ্জল্লকুনা মৈ মুং হৌগৎনবা তৌরিমাম্লে হায়দুনা "করিনো মৈদি থাংগত্তুনা অমম্বদা লেপ্তুনা লৌরিবা অসিবু" হায়দুনা মানা কৈথেন্দগী পুরক্লিবা ময়োম অদুবু ফুংগা ময়াদা থল্লগা মৈ কামগে তৌজে থুদক অদুদা বামোন কোকপৈ অসিনা রংকা তাংবা তৌদনা চংশিল্লকতুনা মালিকাবু মথুং অনিনা কোন্দুনা ইন্থুগদবগী থোরাংজি। মদুদা মালিকানা থংজদুনা হিঃ মসিদি বামোন কোকপৈনিদনা হায়দুনা ইমুং অদুদগী কম্মা লাওরকই মতম অদুদা মপুরোইব তাংলৈগু হঞ্জল্লকপা মতম থোকতুনা হিঃ করিনো থোল্লাও অসিদে কদৌরবনো হায়না ইমুং মংংলোমদা হেক চেল্লকপদা কোকপৈনা চোংশিল্লকতুন। থাগোকপা তাংলৈবু মকোক্তা উপ্তুগা

থাদ্‌না মকোক তাওদনা ইমুংগী লময়াইদা তুথরে । মদুদা মালিকা অসিনা ইমুংদগী মপান্দা চেক্লোকখিহুনা থোং অহু তম্থিং থিংজন্দুনা য়ুম্লোন্নবা তানবা অকি অথং ওইনা পংলাও লাওজে। মতুদা কোকপৈ অসিনা ইমুংদগী চেক্লোরকুনা মালিকাবুশু উতুপ্না থাহুনা য়ৈথুরগা কেন্সো লোমদা চেক্লোক্লকপদা লৈকাইগী মীনা তাহুনা চেনশিন্নকপনা হান্দুনা মীয়াম্না কোইশন্দুনা কোকপৈবু ফারে। অহিং অতুদা শোক্লিবা মতৈ লমাওগা কোকপৈগা সনা কোন্নুংদা পুরক্লুনা রাকৎলরে । মতুদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা লৈবাক মীয়ামদা বামোন কোকপৈবু ভিক্ষ্যা তৌনা নিহুনা কনবিরগা শোক্লিবা অনিবুস্ন ফমবা লাইয়েংহুনা মতুংদা অচা অথক রাস্তনবা পিহুনা মধুমদা চংহনখি । বামোন কোকপৈগী মফমদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা তাকপি, ব্রাহ্মন মচা নংনা লমচং অশুন্না চৎলবদি লৈবাক অসি করি খোক্লককনি লমচং অসি মতুংদা অমুক তৌগদ্রু তৌহৈদে, ব্রাহ্মন ওইবা নহাক্তি বেদ শাস্ত্র পাবা হরিগী সেবা তৌবিং থুদিঙ্গী তৌনা নাম শোন্দুনা লৈগদবনি, নংনা ইস্নুগী সেবা রাৎলবশু ঐনা পিনি, মতম পুন্নমক্ত ঐগী ইফমদা হায়ম্নু নমিং থুংদবা অরাংপা পুন্না হায়ম স্না নোংদম্বীহুনা ব্রাহ্মন কোকপৈবু কনবিহুনা রারক রাক্তেমহুনা শেন থুম চানা থরুবা মরাং কাইনা পিহুনা থোন্নোনা চৎলম নিংথিববু তাকপিহুনা থাদোকখি ।

মোংবা হনবা হুম্ন লমহাংদা কৈ লৈরে হায়বা পাউ প্রজাশিংন হংলহুনা পঞ্চযুক্তেশ্বরনা মৈহুম মোরোক পাউ পিহুনা কৈপুঙ্গী শাবাও পুংবু য়ৈহুনা অকন অথৌ শারম থংবা পুন্নমকপু কৌথদনা কৈবন শাহুনা কৈফক কৈন্নাং থানা কোইহুনা কৈচল্লি । কৈ অসি লৈবাক্না কাংদেন লংহুনা কৈথৌবদা করিবু থোইনা নাচুংদনা নাইন্নহুনা নাশোন ফংবা ভমদনা লোক্তুনা লৈরে, মতুদা অথৌবা শানা থোংভমগ, মিকুবগা লো জাম্বা মিংলং, রাইথোং ননবা মরিনা পনন্নুংদা চংহুন রাই ৭ না কোনবা তেরা অমা যন্দুনা উকাই তকপা য়ানমা শেন্নগা মক মনাওদা থৌরি পুন্নগা থৌরি লিংতোনবু পনবান্দা লাস্থোক্তুনা মী থরনা মপান্লোমদা থৌরি পায়হুনা উকাই তকই । মথোয় মরি অসি পনন্নুং অতুদা মাইগৈ মরি লেপতুনা টা অমমমগা কবাক থাংশাং অমমমগা পাযহুনা কৈ অতুমা চৌরকপা লুমহুনা মিং কুপ্তুনা য়েংহুনা ভাইহুনা লৈনখি । মন্নুং অতুদা হৌরিবা শদ্‌ লাংনচিংবা উকাইনা নমথরব্রনদা নাবোংফম লৈভবদগী মাইগৈ মরি শিন্না চেগপ কাগুপ চোংদনা পনহৌরে । অগৌবা মরিগু মাইগৈ ৪ শুংদাই ৪ দা পাম্বনা চেগপ কাগুপ চাক্লদবগী লমলেম অহিং অহিংবদা চোং চোংনা লেপতুনা পাম্বা অসিগা পনন্নুং অসিদা নৈনবক-পসি অযুক্তগী সুংথিল পোপ্তা হজিন্লক্লে । মতৌ অসি উবদা মতোন ইবুংঙো অনন্তশাই মন্ত্রিনা মনাই মরিগী মথৌনা মপাঙ্গন হাপকদবগী মথং কাগুপ মুন্না য়েংনবা থৌপুনশি হায়দনা পনন্নুংদা চোংশিন্নলুনা তিমেন টানা নমদা পোরগা স্না থুং কবাক থাংশাং শক্তনা পনগী মন্নুংদা লেপ্তুনা

লৈখি । শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর মহারাজশু মতোম্না পনগী মফুংদা লৈখিবা উবদ, ম্না পুক্নিং য়াখিবদগী পনবান পনলাকখক্তো লৈবা ওয়কখ্রুনা "ইত্তোনগী তুংইন খোৗগনবু মচাবু লাকচরে" সনা য়াথং লাওত্নুনা নম্মোন টাৱেন টাগা নাকথং টাগা লোইনহনা পনফুংদা হেক চোংশিল্লকই । খুদক অহুদা পাম্বা অহু চেগপ চোংলম্বদগী শ্রীযুক্তেশ্বরগী সনা য়াথং থোলবু হেক ভাবদা পাম্বা অহু লো'ন থেক্লুনা মত্তোন মন্ত্রিনা লৈবা তম্না হুজিল্লক্লে । খুদক অহুদা শ্রীযুক্তোমা অকি তুজুং লৈখিদনা মত্তোনবু কনগদবগী মত্তোনগী মাং য়োনবা চোংশিল্লক্লুনা লোংনা থেকতুনা হুজিল্লকপা পাম্বগী কাখংলাকপা মচিনবু তম্না নাকথং টা ম্না খুংগুবু শক্তুনা লোংনা মনমহনা টাজিন অহুমা ময়া কাবাক থানবগুম লৈবাক্তা হেক নমখি । খুদক অহুদা মযাংলেন থেকতুনা খুহুগী মখোং অনিনা শ্রীযুক্তো তম্না হাযগংলকই । খুদক অহুদা মত্তোন মন্ত্রিনা চোংশিল্লকতুনা পাম্বগী পুং-মোপকা তাইনবা নাকথংদা সনা খুং থাংদোম্না থিন্দুনা পাম্বা অহুগী মশা অহু শাবাক ফাকপ-গুম্না লৈপাক্ত টাগা থাংগনা লেংহনা নমহনা থমখি । খুদক অহুদা অঙম্বা অখোৗবা মরিশু হেক্তা চোংশিল্লকতুন টাদোনগা টাদোনগা হেক্তঃ লোনশিম্নবকই । মহুদা পঞ্চযুক্তোনা খুং হায়হুনা খামহুনা কৈ অহুগী মশাদা টানা থিলগনখিদে । "মুংশিদা অখোৗবশা, নবুংঙো পুকফবা হুইয়েং লাংজেং শাকবনা শাফাবদা শাফা টাবা হুনা নবুংঙোবু লৈকনবা করিনা লমন শিংশিবা" সনা য়াথং হায়রগা মত্তোনগী মনাই মরিদা পাম্ববু শিম্নরমহনা মত্তোনগা লোইনহুনা মপাল্লাংদা লেংথোকখি । মত্তোম্না শ্রীযুক্তেশ্বরবু থাগতুনা মিংহুঙ্গে, অঙম্বা প্রজা তাদবা খংদবা খংঙশি পঞ্চযুক্তেশ্বর শেম্বী তেথাও লাম্ববা রায়েন কান্না য়াফাঙবা চিংলেন নোংদ্রন খোম্বা হুইয়েন লাংজেং শাফবা, জয়মনিসিং কার্ত্তা, ভৈগ্যচন্দ্রনা মোংবা হনবা লমহাংদা য়াথোকপা পাম্ববু কাহুনা প্রজা অচৎ অওক রাংথৈ খুঙ্গাগী অকি তুজুং লৈকন লৈত্তাক্লে' হায়না লাওহুনা লৈবাক্তা খংহল্লি । অঙম্বা ৪ না পাম্বা অহুবু মখোং ৪ বু পুল্লগা মচিন লিফানহুনা সনা কংলা য়োনা পুথংলক্লে । কৈ অসিগী মশা অসি কংলা য়োবা ফঙবা হিংলি শিদে । ওন্দুনা য়েংবদা ময়াংলেন্দা খুহুপ ৫ শাংভি, মমাইদা মাই ঙমা মখাই পাকই, মচুনা অত্তোৗবা মচুনা কোইনা লৈহাও মচুদা মশা পুম্বা থুংনা লাংভি অহৈ অশিংনা য়েংবদা হায়নৈ "মচু অসি মমাংঙৈদা উখিদ্রি করম্বা পাউদাক খুদম্বু ওইরগবা" ঙাংনাখি

মতুং খয়া লৈরগা নোংদম মরুপী শংলেন্দা শ্রীশিদ্ধান্ত ভাশস্পতি ভাশকোর শর্ম্মগা শ্রীখুম্বোং শিদ্ধান্তগা, রত্নকর গৌরশ্যাম শর্ম্মগা, কম্বোং মনিরামগা মরিমক্লা থম্নহুনা শংলেন পুবা খুন্তোক লৈশেম্নোন মীহৌরোন য়েক মচু ৭ পুশা পুয়া পুকোকলোন পুয়া ১২ অশুপ্পবু পাহনা য়েংলুরগা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরগী মফমদা হজনলি । "চন্দ্রাব্দ ৫১ চৈথারোন '১২ গুবগী কুম্মৈদা পঞ্চযুক্তেশ্বর মহারাজ লৈবাক অসিদা মফম

ইথং থংহোদনবা মাইগৈ ৪ শুংদাই ৪ বু তুনা লাল্লুমহুনা মশিং লাকওমদনা শিনদোরি। থোদোক অসি চহিদি লুংশাংডি মতুংদা তেজোল অহুম থোক্লা ভুলুথাই তানহুনা মপা মচা মশক থংনদনা থকলি থালি শৈরেংনদনা চাইনহুনা লৈবাক মাংন তাক্লগদোরি। মতুংদা মক অকমগী চুংরন মথোং শাহুনা লৈওমরগা থাংহি ওাংওাই খেজবা অমা, নোংপোক থপ্লাং পনশানা খোংদারকপা অমা, ঔরাং চিংথৈ চন্না লাল্লুবা মারহন্না খোঙারকপা অমা পু অহুম অসিবু চাইনা খোংত্রেন হানগদোবি। ঔরাং চিংথৈতনবা মারহনবা পুনা শম্পোং অমা লেমহুনা পানওম্বদি পাল্লনি। অমুম লৌরমচা অয়াম্বনা মপা মচা থংনদনা য়াম্নহুনা লৈবাক থক্ত ঈনা লোথোং চেন্দোরিবা মমম অসিতদি শ্রীযুক্তোনা হায়জহুনা লৈথোক ওাক্লবিরম্লবদি লৈবাক অসিবু তুংদা মতিক মঙান শামদনা হৌখিবা মরুশিঙ্গী মঙানবু শামহন্দনা লৈঙাক লৈপুজনা য়াওমহৌগদ্র থজে, অহুবু ম্না নোংঝম মঙাইরে মতম অসিদদি লৈকন্নবা লৈতরে”। বা অসি তাবদা পঞ্চয়ুক্তেশ্বরনা ম্না পুক্লিংবু অরাবা থোরম ওইখিহুনা মরম অসি কল্লি দোশ মরাল লৈখিবদগী থোদোক অহুবু যজদোরিবনো হংঙি। শিদ্ধান্ত ভাশস্পতি ভাশকোরনা হায়, লৈবাক অসিনা থোদোক মৈশা অসি ফংবদা য়াওগদোবিবা অসিদি রাজশ্বর মবুধো লাইনিংথো সনা মহিনা লৈবাকী অরা লৈকনগে হায়না সনাগী মচু মান্না (মোংবা কংলা রাথোক লৈঙাকপুংদা য়াথোক্লনা রাকাই পুংলোমদা য়েংনা লৈরিঙৈদ।) নবুধো মৈতৈ পিবা চন্নাইলোংবনা লুক হাবা লোইহুনা মপাল্লাংদা চীন্দেংবা থোরকপদা মবুধোবু হেক উই। মহুদা নবুধোনা শজিবু অচম্বা শজি ওইনা রাথনখিহুনা মথুংগু ফুনাল তেলচৈবনা শুরম্ববু লুথুম কাদগী থুনা য়াংনা লোথোক্লনা টেনশিংহুনা থোরক্লে। নবুধোনা টেনশিংহুনা লাকপা উবদা নবুধোগু কে'য়না কংলা মমুংদা চেন্দুনা থাংঙি। মহুদ নবুধোগু অশুম থোকউ হায়বদগী শজিবু কোইতান তান্দুনা টেনগী মচীন্দা হু-পুবা বিজবু হাপ্তনা কাপখিবদা নবুধোনা শাযোনবা শজিদা পান্দুনা কংলা মমুংদগী চেম্বোকখিহুনা হুংকেং অসিগী মনাক্তা তুরে। মহুদা নবুধো পিবানা শজিদা টেম্না পন্দুনা শজি তুরে শজি লোগে চংখিবদা “নপা নপুবু মশক থংদবা নংদি মতম অমদা নপা নচা থংনদনা হাংনহুনা নঙী বংশ অসিতদি তুম্না মাংবা ওইরকউ” হায়না মিচৈ পিরগা মকম অহুদা অহুম মাংখি। পাউদাক অসি নোংদম্বা মরু লোরেম্বনা নবুধোনা পাউদাক্লনা পুয়াদা কোপোম তাখিবনিদে।। মতু'দা নবুধো গরিপতিগী ম্না হাক্লক্তা মহন্ত শান্তিদাশনা লাইনিংবা নাম শোনবা হায়বা অসিদি লমচং অশুম্না নিঙ্গদবনি হায়বগী মথোয়গী লুম্ভিনগা অমত্তা ওইনবা থৌরাংবা লাকপদা মনিপুরনা লৈশেমঙৈদগী মথংলেংনা চংলম লুতিন ওইনা লাইনিং লম্বীদা চংলম্বা নো'দম্বা মপুগী মশক্তি অরেপ্পা লৈতে মশক পুম্নমকী মম্ন'দা থোইদোক হেন্দোকপা মতিক মঙান চাওবা অসিনা মপু মাগী মশক্তি। পুক্লিংনা অপাম্ব থাজবনা নোংদম্বা মপুগী অরেপ্পা মশক্তি হায়না রাথম্না লাইনিং লম্বী চংলম ওইনা লাইমিং লাইশেন্দুনা অরেপ্পা মশক থমহুনা

প্রজানচিংবা য়ানরক্লে করম্নো হন্দক শ্রীযুক্তেশ্বরনা তৌখিবা ওইখ্রিব। মতৌ মখং অসিবু হায়নচুবা অওম্বা প্রজা মচা ইবুংঙো পুম্বা সনা নাক্তা সনা থৌগল ওইনা থাপ্লম্ন। লৈনচুনা য়াঙাংনদনা লৈনরক্লে ।

লা'বচক্কী কুমশিং ৪৮৯৯ নোংদোলাই কুমশিং ১৭৯১ শা: ১৭২০ চ: ৫১ চৈথারোল ৩১৫ চৈথাবা লাইথ্রিক য়েংবম অরোইগী কুম লমদাগী ২৭ নি পানবা য়ুমশকৈশগী অহিঙ্গী য়ুংথক মতুং দণ্ড অনি মথাইনা হৌখ্রবদা শ্রীগোবিন্দগী শ্রীমুর্ত্তি মশক ওইনা কুপা দরশন পিচুনা ভাক্লে 'ভগ্যচন্দ্র। নংদি ঐনা লৈবাক অসিদা লৈগদবা কাওরমাম্নে, নঙ্গী মরমদগী লৈবাক অসিদা ঐনা লৈগদবদি ভাইবং চহী ১০০ তনি, নংনা হায়রিবা তেজোল অহুম চাইনবা হায়বা অহুদি চহী ২০০ গী মম্লংদা থোক্লগদবা থৌদোক্কি মতম অহুদি ঐগী মতমগ নংত্রে । কমদৌনা ঐনা লৈঙাক্কদগে বৈষ্ণব নংনা লৈবাকপু লৈকম্নবগীদমক্তা প্রেমইন্না চেম্না হায়ওম্বা অসিদা বৈষ্ণব নঙ্গী মিংলুদগী শিস্তখিবা ইন্নানা ঐবু লিপুনখিচুনা ঐনা খাংব। ওমদচুনা লাক্লিবনি নঙ্গী মিংলাংদগী শিস্তখিবা ইন্না অহুভনা লৈবাক অসিবু লৈকনবা ওইরশন্নু । মতম অহুদা লৈঙাক্কদবদি বিজোইনাঠনা লৈঙাকখ্রদবনি, ঐগী মতম নংত্রে অহুবু বৈষ্ণব নংগী থোদাবু ঐনা হিক্তোকচবা ওমদে । তেজোল অহুম্বু শৈতৌনা থোকওম্নে থংওম্নবা মতম অহুদা লৈঙাকপা বিজেয়নাঠগী তেংবাংবা ওইনা ঐ অসি মতম অহুদা ঐগী হৌনকমদা হৌরগা থোকওমচুনা বিজোয়নাঠগা লিতিম্নচুনা মতম অহুগী লৈঙাক লৈপুবদো য়াওরগে । ঐনা থোক্লক্লবদি মরুগী চুক্লেন অহুম্বু য়াকৈচুনা মাইগৈ ৪ গুংদাই ৪ বু শিন্ন। মরুগী মথোং থাঙম লিংওম্নব। থোচৌবা ওইনা তেংবাংলরগে, তেজোল অহুমদি থোক্তবা য়ারোই ঙাকথোক্লবা লৈওমদে । ওয়ুম লোরমচা পুম্বনা মপা মচা থংদনা লৈওম্নববু মপা মচা থংন। লৈওম্নবা থৌপু থৌশিল লাংবনি, লুপ অহুম্না মথুং খুংলাই পান্নচুনা মপা মচা থংদনা য়াম্নচুনা লৈবাক্তা ঈনা লোথোং ইথোং ওইবদি ওইহন্দনবা ঐগু য়াওনা থোকুন। লিতিম্নবু লৈ-ঙাক্লগে । মতম অহুদা ঐ অসিবু শেমওম্নবা মশক অহুনা মিংহনবদা (ব ঝ, বি, বৈ) না মিংহন্দুনা ঐবু শেমওম্নশন্নু, মিংলেন অসিনা লিতিম্নচুনা লৈঙাক্লগা অনৌববু অম্নিবনা নৌনমচুনা অম্নিবনা নৌনা কংলা পুংমাইয়োম্বা লেপ্পুনা খুম্হোক লৈশেম্বা ওইরসন্নু হৌগংলো তুলুখাই অহুমদি থোকওমচুনা শৈতৌদবা য়াত্রবনি মরুগী মথোং মাংকদবা চুক্লেম্নি" হায়না নোংদম্নগা মন্দির মম্লুংদা লেংশিনখিচুনা খোং হেক খিংখি । পঞ্চযুক্তেশ্বরবু অরাবনা মুংঙাইবা ওইওম্ন। মিং হেক পা'ভি, মীয়াম তিনবা উবদা সু পুক্লিং রাথল পুম্বা লাম্বা কংচুনা প্রগু কুম্না অস্নাম্নচিংবা ভৌরুম্নগা মত্তোন মন্ত্রি অনন্তশাই, ভাগস্পতি, খুম্বোংচন্দ্রা, গৌরশ্যাম, মনিরাম মগুামকপু কৌশিন্দুনা শ্রীযুক্ত-তেশ্বরগী মংলানচান য়োংদম্নু ভমচুনা শংলেন্দা চংচুনা শুয়াদা কোলোম তাচুনা মতম্নু নিংশিংনবা থম্নচুনা থমখি ।

চাংবচকী ৪৯০০ নোংমাইচিংগী ১৭৯২ শাঃ ১৭৮১ চঃ ৫২ চৈথারোল ৬১৬ চৈথাবা থোংজাম খোমদোননী মুখ অসিগী মতোম ইবুংঙো শামাপতি ভোগ্রাম শাই শায়ু হৌজবমা গোকপা মনাও ইবুংঙো ভদ্রাসিংহ রাংথৈরাকপনা লোবা ইবেম্মা শ্রীমতি লোক্তোংবম চম্মু প্রেমলতানা মচা ইবুংঙোনা শ্রীনরসিং পোক্তুনা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরমক্তা থবাই য়াওবগা লোইনবা মা খোজুমহুনা মনাও ইবুংঙো ভদ্রসিংহনা পোকচবা মচা ইবুংঙোগী য়াইফ লম্বী শিনদুনা জাতিগী হৌমবী শোভতী দেবী পুজারু তৌহুনা অতম অথৌগা লোয়নহুনা হুম্মাইনখি ।

কোকঁপৈ হায়বা বামোন অছু মতম থর্রা নাম শোনবমি হায়হুনা লৈরমহুনা ওইনাম নিংতোল মাঁলিকা কৌবী অমা লৌহুনা পাম্নহুনা লৈ । মাগী তুপী অসিবু কোকপৈ অসিনা মপান ইপান থক খোক্কহন্দনা য়াম্না লুনা থমজৈ মা কৈথেল কাহুনা চানা থক্কবা লৈরবগু মহাক্তমা লৈখোম্নুনা তৌই, চাক ঈশিং থোংলে মামা থোংহুনা চামিন থকমিন্নৈ । মহুদা কোকপৈ অসিনা লুনা তৌবদগী নুপা তুপী য়ুম পান্দুনা য়ুম পানবা হায়বা অসিগী মরমদা য়াম্না অকাইবা লমচৎ অমা চৎলকুনা য়ুমলোন কৈরোয়বনা তুক হংলোইব । ওইনা মা ভাংবদি মাবু কিবমা মা ভাংবা ভয়দহুনা লৈনখি । মাগী লমচৎ অসি মতম অহুদা মৈতৈগী চৎলম লুত্তিনগা নামুং লম্বী অচৌবা অমা ওইনা থোক্তুনা করি করিগুম্বদ। কৈরোই লৈকাইগী লাই-ভিনগী মপ। মপুগী উশোপ মেলা থোকপদগু মাবু য়াওহন্নদমা লৈনৈ । কোকপৈ অসিনা মাগী তুপী ওইনাম নিংতোল মালিকা অসিবু লুনা তৌজবদি - তুমিং খুদিঙ্গী ইবেম্মা মালিকা অসিগী খোংহাম কমথাজহুনা মক্তি মরোন গুদোক চামখোকপিহুনা তুম্বা মতমদা কম্মুংদা থাজৎপিহুনা তুমহনবা, য়াহৌরকপদা পোহুনা পুথোকপিবা সেবা অসিবু থক কাইদনা তুমিং খুদিংগী ঠাকুর কোকপৈগী মথো মতম ওইনা তৌহুনা লৈ । মহাক্তি নুপী মালিকা অসিনগু থৌরম অছু নোংমতং হেক কাইবগা ইমুং মচুংগী অমোং অকাই থুনাম নাওঁ খোমজন তাশিনববু পায়হুনা কোইতান তান্দুনা কুহুনা চৈহুনা য়ারক য়াত্তেম্মি, "নঙ্গী নখো নগুম্ব তুমিং খুদিংগী থৌদানগাদরা" হায়রনা মত্তো অগুম্না লৈরকপশিদা পঞ্চযুক্তেশ্বরনা পিনরকপ। শেন থুম চানা থক্কবা অছু লোইখিহুনা য়ুম্বান অসি চানা থক্কবগী মরমদা থুদোং চারক-তহুনা মাঁগী তায়গী লমচৎপু হুক্তিন্দুনা মুংদাং সন্ধ্যাগী মতমদা অচৎ অওক তুপী নহাবু য়ুমহুনা মপোং মচৈ শেন থুম লিকপু মুন্দুনা মাগী মযুমগী চানা থক্কবা শেংনা ইরবা অমুক কন্না হোৎ-নরক্লে । মতম অসিদা তুপী অওাং অহন লমম্নচিংবা হোগাইবী মপা অসি তালক মরক্ত। চৎনবা ভয়রক্তরে অগুম্না মহাক অসিবু হায়বদি তমদা মীপুম খুদিংনা থুহম চিংমদ্‌রা লৈনখি কোকপৈ ঠাকুর অসিগা হেক য়ুম লোম্নবা ইংথোল তাইনবদা লৈবা মুত্তুম্না লালশিং হারবা অসিনা মপা মপুগীদমক লা বন থাদ। শ্রীবিষ্ণু ভগবান্দা মানা উমজবা থরদং থৌরাংজহুনা কংচৈ । তুমিং অহুদা ব্রহ্মন বৈষ্ণব অহন লমন থরবু শ্রীবিষ্ণুগী প্রসাদিবু থুলহল্লি. মহুদা থাগোন কোকপৈ

অসিনা মাবু য়াওহন্দবা অহুদা মপুক্তা য়াম্না মুংঙাইতনা ঙাখিবা ওইখি । থাপ্পবশিংনা তৌবদি খোইনা শাওনিংদে মা ঐদি য়ুম্লোম্নবনি উংখোলগী লৈপন খোংযাম্তুনা থনবনি মাবু ঐনা নোংমক্তবু অকিবা অৱাবা পিবগুম তৌগে য়ুম্লোম্নবনি হায়দুনা মানা ঐবু য়াওহন্দবা অসিনদি মাদি ঐবু মপুক্তা মুংঙাইতবা রাথল থন্দুনা য়াওহন্দবনিদনা, মসিদা মাবু ঐনা য়ুমলোম্নদুনা লৈবা অসি চুমদে্দনা কৱিগুম্বা মাগী মচিন্দগী খুদোংখিবা অমদি ঐ শোইদনা ফংবা ঙাই অহুনদি ঐ মাংথ্রিডৈদা মাবু মাংহন্নবা তৌবা ঙাই" হায়দুনা মপুক্তা খুত্তুম চিংদুনা খুদক অহুদা লৈখি । চাবা থকপা লোইনদুনা অহল লমন হন্নব্বদা চাক থোংলিবা বামোন অহুগা মুতুৱা লালশিং অসিগা চাক চাবদগী তোক্তুনা কোন্থোং মযাদা মচান মথা তেংদুনা ৱারি শাদুনা ঙাইহাকতং লৈ । খুদক অহুদা বামোন কোকপৈ অসিনা চোংশিল্লকুনা মুতুৱা লালশিংবু মকোক্তা য়োংখোক্লা থাদুনা ময়াদা উ তাথদুনা তুম্লে । বামোন চাক থোংবা অহুনা অকিবগা লোয়ননা মফম অহুদগী চেম্থোক্লকতুনা মী তাংলে মী তাংলে লাওবদা অচং অঙক ময়াম্না তাদুনা চেনশিন্নরকুনা কোকপৈবু কোইশিন্দুনা মযুমদগী ফারে, খুদক অহুদা মুতুৱা লালশিং অসি লাক্লবা য়াদনা অহুম্মক শিখি । মতুং অদুদা তোগাইবী খুঞ্জা ময়াম হৌদুনা কোকপৈবু তুংবুন লিফানদুনা মসা কোন্নুং ৱায়েন থোদা কুচুদা পুৱকুনা কংলৈ । বামোন অসিগী চংলম্ব ঙাবদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা লৈবাকী মপুকগুম ফামবা বামোন কোকপৈবুগুম থরা কিননবা হায়দুনা হায়, 'প্রজা ময়াম্না বামোন মচাশি হৈবী মখোংদা পুখোকখ্রো মফম অদু য়োঁবগা ঐবু থংহল্লকউ ৱায়েন বিচার মতম অদুদা ঐ তৌজগে" । মসা য়াথং তাবগা প্রজানা খুদক অহুদা হরাওবগা লোইনদুনা থুনায়াংনা পুখোকখিদুনা হৈবী মখোং তম্না চংথখি । প্রজাশিংনা য়াম্না হরাওনা থুনা পুখোকখিববু শ্রীযুক্তেশ্বরনা উবদা হিঃ বামোন মচাশি কনবা নংঙোইদৌরিনা হাংপনা হানখিদৌরি করম্লো ঙাইহাক ৱাথল্লম্মগা হায়, "অঙম্ব বামোন কোকপৈবু থুনা পুরক্লবা তৌবনা চুমগন্রা" । মসা য়াথং ঙাবগা অঙম্বা য়াম্ন্যা মরুবা গুবিদার মফমদগী হৌগত্তুনা থুনা য়াংনা খুদক অহুদা হেক্তা তাম্থরকই প্রজাশিংনা বামোন কোকপৈবু পুথরকপা মতম অদুদা শরাং নাদ ইংখোল শিতিনফম ময়া য়োংদবা নাদ তুরেন্তুনা মথল্লে । মৈতৈঙু মবুথো ইবুংঙো চয়াইলোংবগী রাংথোন থাংলেনফম্বু তুংওইনবা মতম অহুদা য়াম্মেম গুবিদার মরুবনা ঐখোয় প্রজা অমুক্তা ঙাইবিখো মসা য়াথং অমুক্তং হল্লকখো হায়রি, হায়না লাওদুনা কম্না চেনশিল্লকই । প্রজাশিংনা বা অসি তাবদা খুদক অহুদা চোংশিন্দুনা শিংজংখোক্লা মকোক্তা ফুদুনা বামোন কোকপৈবু হাংখি । কোকপৈনা হেক তুৱগা অঙম্বা মরুবা গুবিদারগুম মফম অহুদা য়োঁদুনা হিঃ করিনো প্রজাশা হৈবিমখোংগুম য়োঁত্রিনা মসা য়াথং কৌরু ঐ লাকপনি । মদুদা প্রজানা হায়, অঙম্বা লান্দা থোবা মসা নোংদমক্সী ৱাথন্দি প্রজা ৱাথন থেনবনা থংজদরনা হৈবি মখোংদা পুখো ঙাকপীবদুদা মসা নোংবম্মে হায়দুনা বাপু অসিগী চংলম অসিদা

প্রজা ঐখোয়গী খাংবা ওমকদনা মাংহল্লীংবগী তাইথমদকুনা হৈখি মথোং য়ৌওমকদনা লোইশিল্লকখি, বাংলোক কোকলৈবু হাংলগী ছোংগাংবী খুমলাংবু মপুগী মমা লোংদম অওম থোকই লোংলকপা। প্রজা ঐখোয়না সনা লোংলগু ইরাই লোংবা পুওবা ওইখবি খামোম অসিগী মখো মওমতসি লোইত্রম্নখিগে হায়তুনা লম্বীগী মথা পাংবা নাম মরিলগী তুরেল মগাদা। কোম অমা শেলহুনা বামোন কোকপেগী অশিবা মপা অচুবু উপ্পা থম্লগা লৈবাক খোৎচিন্দুনা লৈবাক মথক্তা মৈ থাহুনা মগাম খুবাক খুহনা পোক্তুনা লৈখি। মহুদা অওবা মরুবনা হায়, কদিরোমো প্রজাপা চুকপা মৈথাবগু অশনা ভৌবা তৌমত্রা ? চুম্মি অওবা লৈরুংবা ফুমখ্রিবা অহুদি তাইবং নমচং চত্তুনা মপুক রাখল্ল চিংমব মথাইমক হিন্নো শাপি শরজনা মাগী চৎলম ওইবা মুগীগী খোংহাম ফমথাবা, তালোই চৈরৈ উনবং মথাই ৫ পী মমুংদা থরাই ৪ না অশিবা ওইবা কোকপে হায়বা উনহৈদবা মাবু উরুদা মৈতৈ ঐখোয়গী অমাংবা ওইবা কুলীনা খোংথেংপা মশক অহুনি। মালেম লৈশিংগা মৈ থাদ্রিবশিংদি ত্রম্ভান হায়বা মিংচল অহুবু থাবনি, মশিংগী মরমদি মাবু ফুমখিবা মফম অসিবু অচৎ অওৰু উবদা মাইথিবা অমাংবা ওইবা খোকংনগদবু লৈকোরবা লৈশিন্নিবা মালেম অসিগী মথক্তা বামোন হায়বা মিংচল অহুগী মত্তিক মঙ্গানবু চুকথা মৈথাবা শাবনি। মা অসি তাবদা অওবা মা মথা তাকনা মকম অসিদগী মমা নাক য়ৌনবা হল্লক্রে।

মতম অসিদা শীপঞ্চযুংক্তপ্পরবু পুক্রিং অরাবা ওইনা কমদৌরলনো হৈবী মথোংদি তৌবা মতম য়াম্নগু হেনখ্রে, লাক্রিবা অসিবু বামোন মচা অসিনদি চৎলম ফত্তবনিনা প্রজানা মাবু পুরকখো হায়বত্তুদা য়ানদদনা অওম্বা মকুবগা নিংতাই শংদানদনা লৈবনর হায়না রাখন্দুনা লৈরিরৈত্তদা য়াম্প্রেম মক শুবিদারবু সনা নাক্তা যৌবদনা থৌরম পুখা হঙ্গৎখি। সনা পুক্রিং অরাবগী মথক্তা অরাবা ওইদনা ফুমিদাং অদমা চরা হেন্দুনা রাখন্দুবা লৈরগা পণ্ডিট শিদ্ধান্ত ভাশকোর, চন্দ্রশিদ্ধান্ত, মতোন মম্নিগা কৌদনা বামোন কোকপৈগী মরম্নু থম্নখি। শিদ্ধান্ত ভাশস্পতি ভাশকোরনা হয়, সনা পুক্রিং অরাবা চিংনবা তৌবিরগু কোকপৈ হায়বখি ব্রাহ্মণ নত্তে ব্রাহ্মা চন্দ্রাম্নি। মহাক অসিবু হেক উবদা মী মহাক অদগী মাপাক অদগী মত্তিক মঙ্গান মাংথ্রগদবনি, চক অসিগী মনুংদা মহাক অসিতগা মহাভারোৎকী মতম অমদা পাম্লুনা মচা য়াইমা ভিম্ন। শ্রীগোবিন্দজী যাথংদগী কুরুপত্তি তুষধোম্না ভারোত লান লাকদবা লম্বীদা ফুমহুনা থমখিবা অধা মোরা নিপা ওইব মপোক্ক হিংদনা লৈবিবা তিবা অত্ম ৫ বু মরুম কৰি চৎথনি রাংন্দনা মানা তাইৰংপায়া চংমংবা চংচম্ন চত্তুনা ঐন তেংগদব ইথৌ ইওমদি অসিনি হয়না রাখন্দুবা তালোই ওইরিবী ভত্তুলী মপা। অমা অয়েক কৈবত্ত নত্তবা লম্বীদ থোংহাম থিদাদনা তালোইগী চৈরৈবু লৈতেৎ ওইনা মাগী তালোইগী শাদোং ওইথা নিপা ওইবা মহাক অদবু থত্তাই অদিংবা রাথয়া লৈতোত্রবা অশিবা রাখল চৎলমতনা থৌজিবা

অম। মোয়া মথাইদি হিংলি হায়ববু মাগী মশা অহুম ভাইবংপামগী চংলমদা শিজিন্নবনা মশা ভংথাই শিল্লুনা লৈরবা হায়না খংঐ। ভাইবংপৌগী মপোক হায়বা অশি মপোক মশক পুম্নমক্কী অথোইবা প্রশাক্কনা মোংদেম্না শেমজনা পোক্লবা মপোকি। মাগী মাপী শিল্লপা লোক্লনজুবা খোং, খুৎ, মিং, নাকোং, নাতোন, চীন, লৈয়েং মশক ৬ অসিবু মপুনা থোদা লমীদা। ইশি শিজিন্নরবা মশক অহুমদি হিংজবশু অশিবনি মরম অসিদা ভাগস্পাক্লিম্না থোইনা চঙ্-নিংঙাই লৈজদে। মশক অহুম মুথখিবা মকম অহুবু উবদা তোংজবা লমী খিবিকপু লৈখা তাদনবা মফম অহুদা মতম অসিদ। খংনরিবা সনা থোংনাং মপান অমতাংবু খাবিজমর্বদি অচং অওক প্রজাগী য়াইফব, লমীবু তানফংজবা ওইপররা খৈজে। বা অসি তাবদা শিদ্ধান্ত, অতম্না পুম্ননমক মরম অসিনা চুবগনি লেপ্পজনা মফম অহুদা অতম্না ব্রাহ্মণচিংবা কুমজুনা শেংদোক্লগা সনা খোংনাং পাম্বী অমা খাজনা মবুখোংগী বাংথোনবীবু য়েং ওইনন। কোয়না পুক্লমা সনা কোয়ুংদা লেংখৎলজনা লৈখি। মা পুক্লিং অমাবা রাখনবু থক কোকপা ওমদে। কৈদাপুংনা নকমনবদগী থোকখিবনি হায়জনা কৈদাপু' বাংথোনবীবু খরা কুম্না পুখরে। হায়জনা তেরা অঙোবগী শেক্লিংদা হুইরাওবীগী মমাং মৈরম পাংবদা লৈবা খুংই পুংলেন অনিমক্তা কৈদাপুংপা বাংথোনমি পুংগা ২ বু হোংথিজনা সনা তাক্কক অসিবা সনা পুক্লিং নুংঙাইফনবগী হোংখজনা খমখি।

সনা পুক্লিংদা বামোন কোককৈপম্না শিংথবগী মরম অসিতা খল্লুনা লৈখিবনা সনা পুক্লিংবু অরাবত্তা ওইজনা নুংঙাইফম থংদনা লৈরকই। মতম অসিদা প্রজা বায়েব নোংঙম্বা কল্লা কমাল লাংথবু খাদোক্লগে, পুন্সিগী মতম খরা নাম লোন্দুনা শ্রীবিষ্ণু ভগবান হরিগী লেবা চত্তনা লেল্লগে রাখন্দুনা লাংবমগী ৫ নি পানবা ইরাইগী অপুক্তী মলা ৬ না হোৎপ্রবা ৭ কী মসুংদা অতম্বা লৈবাক প্রজা তিন্দুনা সনা য়াখংবু মরম থর পাউদাক্লুবা পাউমেল্লি, "ইচাখা মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসিদা লৈরিবশি মুমজাখিবা মুম মখিংদি মুম রামথরে মশক্তি ৭ থনি, মইদি অনিনি, লেমফুদি অমতনি অশিবু নোংঙম্বা মপুনা অশি-অনা লো'মমল্লিডে তাইবংবু লৈবাক শিন্না লৈজমবা থৌশিন-মদা লেমফু ওইবা মশাক্কী মউ অসিবু শেম্মগা খা খংবা মইবু মশা ৬ পালংন্দুনা ইঙানবা, ইঙাংবা, ইমুবা, ইঙ্গনবা, মুবাওবা, ইংতৌবা হায়না মিংহন্দুনা মশক ৬ থোক্লা থুম্মোকখরে। লাইথংবা মউদি মরোং মশা অমত্তা মরোংমজুন মশকপু ইঙাংলেন হায়না মিংহন্দুনা লৈবাক অসিদা মশাক মচু ৭ অসিবু মংংকলবা ওইনা মতম মম্মুগী মিংলেনবু মখল মথা তম্না মচু ৭ অসিনা অরেক্লা মশক ওইনা মমংলেংনা শমথবিন্নুনা লৈবাক অসিদা লৈরিবা নিংথোজা, অঙোম, লুয়াং, খুমন, খ-ঙানবা, মোইরাং, শরাং লৈশাং মিংন্থা লৈরিবশিনি। শরাং লৈশাং হায়বা মুম অসি ওানবা মুমগী মহুৎ শিন্দুনা ইবুধৌ লোংকালাই প্লাথংনা থোকওমজুনা তাইবং মযুম ৬ কী লুচিং

পিবা ওইবগী পিবা কম্বাল ফম্বদা লাইরকচনগী ময়ুম পিবা ৬ হাপ্তুনা ইরু মাইতাবগী ঊশিং হৈত্তুনা লুচিং কয়েন শিন্নহুনা পিগদবা লৈবাক অসিগী চৎলম তোদবা য়াদবা লুত্তিন অসিগী পিবা হায়বা খোশিন্নবদা পুরৈলেনগু লংমাই নিংথৌ চন্নুনা খাবা ভরুন কোইববু পোক্লে। ভরুম কোইবনা মঙাং নিংথৌ চন্নুগা লংমাই নিংথৌ চন্নু তেংমাইন্নগা পান্নহুনা তেংমাইন্নুনা খাবা ফান্দোংবা পোত্তুনা খাবা য়ুম য়েক মচাগী য়ুম শমথরম্বা ওইহুনা লাইরকচন নামুংবা চন্নু মো য়ুমদিনবগী মচা মগু ওইবনা খাবা য়ুমগী লাইরকচন পিবা হাপ্তুনা ইরু মাইতা ইশিংবু হৈবা য়াদবনা পিবা নাও মন্থুনা মমা পুরৈরেনগু নোংমাই চন্নুগী লৈহৌন্নুম অঙোম য়ুমদা খাবা য়ুমগী পিবা থৌপুহনম্রে। ইঙানবা ঙাম্নবা লৈচিক চিকপা হায়বা অসি (খমচিককোন হায়বা) হায়না খংনৈ, মহাক অসি পুরৈলেনগু নিংঙোন্না পোকই, চৌংশাল নিংথৌ চন্নু লৌহুনা পালবা পোকই। পালবনা তাথু লুথোক পোকই। মানা মঙাং নিংথৌ চন্নু লৌহুনা তাঙ্গোইনাই পোকএ। তাঙ্গোইনাই অসিনা মঙাং নিংথৌ চন্নু অমুক লৌহুনা য়ুকোইয়াং পোত্তুনা ঙানবা য়ুম্নু লেপ্পমহুনা য়ুম অসিগু লাইরকচন নামুং চৎলম ওইবনা লুত্তিন পিবা থন্না য়াদহুনা। লৈহৌঙৈগী মবেনথৌ পুরৈলেনগু চন্নুগী লৈফম ইম্না অঙোম য়ুম পুরৈলোম্বদা ঙানবা য়ুমগী পিবা থৌবু শিন্নরে। অঙোম য়ুম্না অহুমগী পিবা থৌপুহন্দুনা নবুথৌ নোংদালাইগী সনা হাক্তক্তা পিবা ৬ না ইরু মাইতাগদববু ময়ুম পিবা ৩ তা থম্নগা ময়ুম অঙোমা য়ুম অনিগী পিবা থৌফোন্থনা নবুথৌ নোংদালাইনা ময়ুম ৬ কি লুচিংবা পিবা ওইহুনা ময়ুম পিবা ৪ বু লৈঙাক থৌপুহন্দুনা ময়ুম ময়ুমগী পোক্লেন পোকপবু ময়ুম পোক্লেন শাৎনফম কংলৈ পুংমাইয়োন কংলাদগী খলোং য়োংপু থাইহুনা ময়ুম ময়ুমগী থৌপু লম্বু হৌ ইরোই অমমমগা ময়ুম পোকপগী থোকা থৌপুনবা পিখিহুনা চৎলম লুত্তিনবু লেপ্পহুনা পাল্লে। নবুথৌগী তুংদা নবুথৌনা পোকপা থুইয়োই তোম্বা পিবানা পানবা মতমদা ঙানবা য়ুমগী য়ুকোইয়াংনা লুরাং পুন্সিবা চন্নু লৌহুনা ময়ুম ঙানবা য়ুম্নু থাদোক্তুনা লুরাং য়ুমদা শাইদাক্তুনা লৈরক্লে। মতুংদা নবুথৌ থুইয়োইতোম্বনা পোকপা নবুথৌ য়োইমোংবা, তাও থিংমাং সনা হাক্তক্তা ময়ুম মশক মচু থিগৎপদা ঙানবা য়ুম্নু য়ুম্মুন্থনা য়ুম ৫ তা মঙাইরে। মতুদা খন্নবা লাইরকচন পিবাবু শিংথেক মশিং রাংলবগু ময়ুম শিংথেক্তি রাংকদে অসিদি লাইরকন্দা অকাইবনি, নোংমাই লুপকি থোংচি নুংলাইবনা য়ুম অরাংপশি লেপ্পশন্নু হায়না লেপ্পহুনা অরাংপা য়ুম্নু শেমগৎ শাগন্থনা মচু মশক রাপ্তনবা থন্না য়ুম্নি হায়হুনা মিংতমবু (শরাং লৈশাং) অশনবা হায়না মশিং ৭ শিংথেক্লে। মতম অসিদ য়ুমকোইয়াংনা পোকপা হরানা তাহুনা ময়ুম ঙানবা য়ুমগী ঐথোয় লৈঙম্নি রাকৎলরে। মতুদা নবুথৌ পিবা তাওথিংমাং, অঙম্বশিং, নোংদম্বা মরুশিংনা মথোয়গী চৎলম্বু হংনবদা নপা য়ুকোইয়'ন' ময়ুম লৈমুন্থনা লৈঙমখিবা ময়ুম মচু মাংহনম্রে অহুবু মংমা লুরাং য়ুমদগী থোকঙম্নরবমিনা লৈহৌ লম্বু পেলোন্দা লৈজিন্দুনা খাবা ঙানবা পুন্না লৈরে ময়ুম

৭ অসি হেনফদে' ময়ুম ৭ ভগীও রাংফদে ময়ুম রাংফমখনা ময়ুম শাগত্নবা লৈশঙমগ্রবনিনা লৈমুংহনবগী চংলম লুতিন থৌমিংদকা তাওয়নি য়ুম অসিগী মচু মঙাম পুৱা লৈরুশন্থ লৈতাং পাত্তা কুং, পাংমচিংবা হায়রবা লেপ্লহুনা য়ুমতাক্ননবি । ময়ুম লুচিং পিবা কংলৈ ফম্বা ইবুধৌ ৮ শুবা নাওক্লংবা সনা হাক্তক্তা নিংথৌ মচা য়ুমকাব হোয়ে । য়ুম মচু মশকপু নিংথৌজা–ইঙংবা হায়না মিংহন্দুনা ইবুধৌ কংলা ফম্বা পিবা ৫০ শু পামহৈবা গরিপতি সনা হাক্তক্তী হৌনা নিংথৌদা মিংহুম্না য়ুমদাবশি তেক্রশি মতুংদা চপ্প মৌরৌনবদা লাইরকচন অকাইবা থোক্লরক্লনা মশক মচু মাংনরনি, নিংথৌ হায়বা কংলা ফম্বৈ কম্বগী মচা মগুনচিংবা অশি য়ুমথাই য়ুমদাবরগী মশা মশাগী থৌবুগা মিংলেনগা মবম অশিনা মিংহন্দুনা নিংথৌ মচা হায়না য়ুমদা য়ুমথাইনর শ তায়না লেপ্লহুনা লৈতম্লিখা অসিনি । মথক্তি মিংলেন নিংথৌজা, থাগী মিংলেন নিংথৌ মচা মিংলেন অনি অসি মশক মচু অমতনি চপ্প মৌ ইতিগ্নহৈদে লাইরকচন নামুংবা নাওকাংবা লুতিংগি পুকম লৈকং নামুংএ ।

অতুগা লুরাঙ্গা খুমনগা ঈতিগ্নৈ চপ্প মৌ শোক্লফদে, খুমন পিবা অয়োংনা নাঙদারমকহুনা পিগা নাওকাংলবদা ময়ুম রাংপা য়াদমলগী ইবুধৌ খুয়োই তোম্বগী সনা হাক্তক্তা লুরাং পুক্লিবনা লোখা ভান্নরোল থোংঙাইবা চপ্পনা পোকপা লুবেনা খুমন য়ুম লেপ্তুনা খুমনগী পিবা মাওদা লেপ্লখি, য়ুম অনিসি ঈ অমতনি মিংতম্বা ওন্দুনা লেপখিবনি । মরম অসিবু কায়নদনা লৈঙাক লৈপুগনি ইপা ইপুবু মশক মচু মঙানবু শামহনফদে ইচিন ইনাও অপুম্বা লুতিন অসিবু কাইদনা থিক্লিম্না লৈপুনবা থৌশিনবিনি লাইরকচনবু নামুং লগ্নীবু থৌমু থৌদা থৌশিন্না থৌচৎনরকদি লৈবাক মরাং তৌওয়' পামঙম্রহুনা মপা মপুগী মতিক মঙানবু শামহন্না থৌচৎলবদি ময়ুম পিবা থৌগাংহুনা লৈমুং লম্বেল থিনববু ওইহুনা তুলুথাই অহুম থোকঙমহুনা তেজোল অচম্বু লৈঙাক লগ্নী লৈঙমদবা ওইগনি । অতুগা ইচাগা নচিম মনাও মথৌরগু য়াম্বা থৌগল চংলম কাইনফদে মথংলেংনা ইবুধৌ নিংথৌরেম পুম্বনা চংলকপা চংলম লুতিনবু কাইদনা থৌপুনরিবা মথৈদি মুংশাংনা কংলা ফম্বাল লাংহুনা পিবা থৌপুম্বা ওইতমজৌ চংলম নামুং লগ্নী থৌশিন থৌহৌনরবদি লৈঙাক মুংশাং তানফংদবা ওইতম্মু ।

অতুগা ইপানা হন্দক তুখা অমান চংপদা শ্রীধামদা পুজম্মিবা শ্রীঅদ্বু প্রভূজি অসি কাত্তা ঐগী বংশনা মথং মরাও কাইদনা সেবা পুহুনা চংনগদবনি লাই অসি বংশ অসিনা সেবা তৌজ-নবগীদমক্তা ইপানা শ্রীধামদা পুশিল্লম্মগে । কংলৈ পুংমাইয়োম্বা সেবা চংলিবা শ্রীগোবিন্দজিদি লৈবাক ময়ুম ৭ কী সেবাগীদমক্তা লৈবাক প্রজা হৌহুনা শ্রীমুত্তি শেম্বা থৈবোংবু থিহুনা য়াম্লগা

লিংখৎখিবা লাইনি লাই অসিগী লাম্লুম, কাইদনবা ময়ুম ৭ না পুগদবনি লৈবাক অসিগী ময়ুম ৭ কী লুচিংবা পিবাবু ইপানা ফংজবদগী ময়ুম য়েক ৭ কী পোক্ শাৎনফম থুবম্বু ইপাদা শিন্নবিহুনা কংলা হায়বা থুবম অসিবু শংহন্দুনা শ্রীগোবিন্দজিগী সেবা থৌশিন থৌরাংবা মরম্বু শিন্নহুনা মফম অসিদা লৈরিবা অসিনি কংলাগী মপূদি শ্রীগোবিন্দ শ্রীবিজোইনাঠ ভগবান য়েক শলাই ৭ না মপুনি, ময়ুম ৭ কি থৌদা নোংদম্বা পিরা কলৈ পুংমাইয়োন থুবম্বু শঙ্গদবদি শ্রীবিষ্ণু ভগবান বিজোইনাঠ শ্রীগোবিন্দনা শঙ্গদবনি, ইপাদি ময়ুম ৭ না থৌদা নোংদম্বীবক্তগী নোংদম সেবাবু ইপানা পুংনা মফম অসিদা লৈহুনা সেবা মরম অসিবু ফংজবনি মরম অাস থংনা নচিন ননাও নথোয় পুম্বা ময়ুম ৭ না য়ানবা চৎলম লুতিন পুম্বা কাইদনা থৌপুগনি, নমথেক নমজানবা থৌপু-ফরোই অরা লৈথম যঙ্গদবনি, লৈবাক্তা য়ানবা থৌশিন্দুনা নথোয় নচিন ননাও মথং মনাও কাইনদনা চহী ২/৩ থৌপুনহুনা শ্রীবিষ্ণু ভগবান্দ ইপানা কৎকে নিংজবা মরম্বু কৎপা ওমদনা ব্রাহ্মান মচানা শিখিবগী অরাব মৈবা থাংবা ওমদবনা চৎপা তারে মরম অসিতদি নথোয় নচিন ননাওনা থৌরাংহুনা ইপাগী নিংবা থুংহল্লকউ। শ্রীভগবান চৌধ মাধোপপু শ্রীবিদ্দা কৎনবা তৌবকউ হায়না মথল মথা অয়াম্বা চৎলম লুতিনবু পাউদাকপিহুনা মতুংদা মচা ইবুংঙো যুবরাজ লাবৈন্য চন্দ্রগী মফমদা লৈবাক ময়ুম ৭ কীদমক শ্রীগোবিন্দগী সেবা থৌশিনবা মরমবু শিন্নহুনা মতোন মন্ত্রি পুকফবা অনন্তশাইগী মফমদা লাবৈন্য চন্দ্রা, মধুচন্দ্রনচিংববু থুৎশন্নন। শিন্নহুনা তাকই। লাবৈন্যচন্দ্রা নবুধৌনা সেবা চংলিবা শ্রীবিজোইনাঠ গোবিন্দগী সেবাবু চহী কুমজা থুদিঙ্গী লমদাগী ১০ নি পানবা থুদিংদা সেবা নিহুনা লৈবাক ময়ুম ৭ কা লোইনহুনা সেবা পুম্বা থৌপু থৌরাং থৌশিন্দুনা শ্রীবিষ্ণু ভগবানবু লেংথহুনা শ্রীবিজোইনাঠগা লুতিন সেবা ওইগদবনি মুমিং অসিদা লাই কৈথেল কাবা হায়ব মরমবু নবুধৌদা হংহুনা য়োঙরেন খাবি লেংনা তিন অমাই অনপ লৌশিন্না অশৈ থোংক্লাং লাংহুনা ময়ুম মচু ৭ পু চংলম লুতিন পিবা থৌশিন্নহুনা লৈবাক্তী নুংঙাই য় ইফ, তানক্‌নবা পুরুম থৌনিহুনা নোংলোনবু ঙাক্লবা লৈতাই নোংদাহনা সেবা থৌপুগনি মরম অসি কাইফদবা লৈবাক্তী চৎলম্মি। কংলা ফম্বদি নবুধৌ পা-খংবনি, লৈবাক রায়েন নোংদম্বদি নবুধৌ সনামহি লাইনিংথৌনি নোংদম থৌদা পুম্বা পাউহৎবব্বু কাওফদে নিংথৌ ওম্বা অওমবা লৈবাকপুবা লাংদাইবা নবুধৌনা কংলৈদগী থোঙ্গুমহুনা কংলৈ থোমবা নবুধৌদা থোকঙম্নক্লনা পাউ-দাকপিবা মফম্মি, থুাই গুরুজেং পিবাগী লাংদাই লাইকোল্লা নবুধৌ লৈঙাকপা থৌদা নোংদমবনা মফম অহুদা পুমহুনা মতম থরগীদমক্তা থোঙ্গুমহুনা লৈঙম্মি চহী ২০০ চমিগী মতুংদা নবুধৌনা ক লৈ থোঙ্গহুন। রায়েন থৌদা লৈশুপ্পা লৈঙমহুনা থুনশেম লৈশেম্বীগনি কুমজা থুদিংবু কাওদন। নবুধৌবু থাগোন্নহুনা লৈনিজবা কাওগঞ্জ হায়না পাউদাকুনা মতোনগী মফমদা মচা ইবুংঙো পুম্ববু শিন্নথি মতুংদা তিথ। লেঙ্গদবগী উশোপ কম্ভুনা শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর কার্ত্তনা শ্রীঅদ্ব প্রভুবু পুহনা অঙ্গম্নশিংনা

থৌশল্লা সনা কোম্মুং কংলাবু থাদোকুনা লেংলক্লে, মতম থরা থেংতুনা বিষ্ণুপুর লান মাংনা তোক্লা পল্লুমা লৈখি ।

শ্রীযুক্তশ্বরনা মনিপুর লৈবাক্তা তুংদা ওইহৌগদবা ময়ম্বু পুক্নিং অরাবা লম্বী অমা ওইখিতুনা সনা পুক্নিংবু য়াম্না রানা তুমখি । মতম অহুদা তাইবং অহল অমগী মশক ওইনা মংদা লাকুনা হায়, পঞ্চযুক্তেশ্বর কর্ত্তা নংদি ঐবু রাশ মন্দোনগী মপান্দা ছন্দোব্রহ্মগা চংলগেরা চংখিম্নু ঐবু শেমললমখো । ঐ অসে অদ্বৈত্য হায়বা অহুনি, মমাংদা বৈকুণ্ঠনাঠ শ্রীনরানে, বাশুদেবনাঠ শ্রীনব রে, গোলোক নাঠ শ্রীনবান । সনামহি = বাল গোপাল শংক শোন ) অহুম্না তিন্দুনা গৌর-নোগোরদা লাংলোন শান্নতুনা পৃথিবী অরাববু কোক্নবা পাপচেনবশিংবু লাননিনবা হরিগী লাইমিং থংদববু থংহন্দুনা লানবিগে হায়ন পোকভম্বা মতমদদি ঐনা হান্না পোকতুনা মতম অহুদা ঐনা হুঁকার তৌতুনা শক্তি মশক পুম্ববু নিংশিংনা কৌজবদা শ্রীব্রজ বৃন্দাবোনবু থাদোকতুনা গোলোকনাঠ সনামহি বাল গোপাল, বৈকুণ্ঠনাঠ শ্রীনারান, বাশুদেব নরান, দ্বারিকা নাঠ নরান, শংকর্শন ও মরু হকচাং অমতা ওইনা লাংওন লারৈ মথুপপু তৌনা পোকভম্নকতুন। হরিগী লাইমিং মশকপু থংজনবা তাকপিহুনা পাপচেনবশিংবু লানথিহুনা পৃথিবী অরাববু কোকহন্নগা জিবগী চংনফম ওইবা ইবেম্মা শ্রীমতি রাধিকাগী নিংজবা ময়ম্বু থুংহনবিগে হায়বগী শ্রীধাম নবদিপপু থাদোকতুনা ব্রজ-বিন্দাবোন্দবু য়ৌনা লেংলকতুনা বাইলংলিলা গোচারোনবু শান্নফম গিরিগোবর্দ্ধন হায়বা মফম অহুনা লেংদবা মশক ওইনা লৈখি । লাংবচক হায়বা হৌথিবা চক অহুমদা ইবুংঙো মানা শান্নখিবা লাংওন পুম্ববু নিংশিংনতুনা লাইমিং লাইশোন পুম্ববু লৌশিন্না থিজিন্না শক্না শোন্নতুনা পানভম্বা লাইবক কবা, লাংবচকি মমুং অসিদা শ্রীভগবান ও না ভক্তা নোরোত্তোম নংনা পোকখিবা মফম মনিপুর হায়বা মফম অসিদা সত্তিগী ময়াথংবু ভাকতুনা দ্বারিকানাঠ নরান্না বাইলা লিলা গোচা-বোনবু পুংথোকতুনা অমুক হন্না শান্নগে নিংতুনা অথুপ্পা কাইনা লোক্তা দারুক ওইনা লাংওন্দুনা লৈবা মতম অসিদা ভগবান দারুককী মশক্তা লাংওনবা লোইপ্রগা খৌগল ওইনা থোকচগে হায়বগী থুংলাই থাবদা মৈ হৌতুনা লৈবতনি । ঐগী শকপু য়েংঙু আদ্বৈতা হায়বা অহু ঐনি, ঐবু শেম্বিরে মফম অসিদা ঐবু লৈহৌরগে হায়না তাক্লগা মাংখি । নোংঙানবা মতমদা অঙম্বা মা খৌগল লাকপশিঙ্গা মংতাক রাবু থম্নতুনা মফম অসিদা ফাইতুনা লৈম্নগা রাশ মন্দোনগী মপান্দা থম্নিবা থৈবোং মরু অহুবু শ্রীঅদ্বৈতাগী মুর্ত্তিমাবু শেমতুনা সেবা চংনবা থৌরাংখি ।

শ্রীঅদ্বৈত্য সেবাশ্রমমক লাইশং মান্দোপ লোইশংনচিংবা শাবা লোইতুনা লাংবচকি ৪৯০১ নোংমালাইগী ১৭৯৩ শাঃ ১৭২২ চৈথাবোন ৩১৭ চৈথাবা মাইস্নাম পুমথোন চ. ৫৩ গী ফাইরেনগী নিরমাং ৭ নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎকী দণ্ড ৬ না হৌদ্রবা দণ্ড ৭ কী ময়ুংদা শ্রীমুর্ত্তিগী খোইদোম্

(ক্লীং হুম হোরং ও হো-চি) হায়রবা ময়েক্কা ব্রহ্ম বিজ চন্দুনা মিংছনবু আদৈত্য হায়না মিংছন্দুন ত্রিবক্তাশ হৌরে। অরিবা পালা ২ নোং পালা হায়রবা পালা অমগনা হরি শংকৃত্তন নাম শক্বুনা ব্রহ্মনশিংনা বেদ পাঠ তৌনা বৈষ্ণবশিং পুম্বনা গুর্তা ওইছনা মতোন মন্ত্রি অনন্তশাইনা শিন্নাংছনা মুমিৎ অসিদগী সেবা হৌছনা অহিং শুংথিল চুম্নবু বেদ শাস্ত্রা মথল মথা নাইনা তাছনা ধর্ম্ম মাধবচার্য্য শমপ্রদাগী মরমদা য়াম্না চেকশিন্না ভাংনছনা সন পুক্লিংগী অন্না পোৎথানকম ওইনা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা অবতার তৌখিবগী মরম্ব ভাংনবা নৈনবা শ্রী আদৈত্য প্রভুগী (হুঁ কার হুঁ হরি হংস্ব) হায়বা নাম অশিগী মশকপু লেপ্পাছনা থা অহুম চুপ্পা শ্রীআদৈত্য প্রভুগী সেবা তৌছনা লৈরগা মতুংদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা ভাশম্পতি ভাশকরগী মফমদা শ্রীআদৈত্যগী সেবাবু শিন্নছনা পিরম্মগা শ্রীঅমু প্রভুজিগা লোইনছনা লেংখি।

কুম অসিগী মতুংদা শ্রীধাম নবদ্বিপপু য়েৌনবা লেংশিল্লকুনা লাইশং মান্দোপ্পচিংবা শেমছনা লাংবচক্রী ৪৯০২ নোংদালাইগী ১৭৯৪ শা: ১৭২৩ চ: ৫৪ চৈথারোন ৩১৮ চৈথাবা থাংজম খুঙ্গাংগী কুমদা শ্রীঅমু প্রভু ভগবানগী সেবা তৌছনা চহী মপুংদা ৩ থাজনবা চহী ৪ চংবা লাংবচক্রী ৪৯০৫ নোংদালাইগী ১৭৯৭ শা: ১৭২৬ চ: ৫৭ চৈথারোন ৩২১ চৈথাবা ইরোম কোইবগী কুমদা পঞ্চযুক্তেশ্বর কর্ত্তা তৃথ আম্নান লেংখি। মতম থরগী মতুংদা হল্লকুনা অমুপ্রভুগী সেবা অমুক চংলে। লাংবচক্রী ৪৯০৯ নোংদালাইগী ১৮০১ শা: ১৭৩০ চ: ৬১ চৈথারোন ৩২৫ চৈথাবা য়ুম্নাম আরোক্কী কুমদা শ্রীযুক্তেশ্বর কর্ত্তা তৃথা আম্নান অমুক লেংছনা তৃথা পুম্নবু আম্নান লোইছনা নবদ্বিপকি মমুং চনবা (মুর্শিদবাদ শ্রীপাৎক্ষেত্র) দা মতম থরা লৈরম্মগা ময়া শংশারদগী লান-থোকখিছনা অরান খুবম ওইরে। মফম অহুদা লৈবা গোশাইশিংনা শংহস্কার তৌনবগী গঙ্গদা পুথছনা ইরু মাইস্তাবদা স্না হকচাংদা পকলুবা গঙ্গগী ঈশিংবু শঙ্গোম অনৌবগী মচুগুম্না চেন্দুনা শ্রীপাৎ গঙ্গদা তিল্লি মতুংদা নোরোত্তোম থাকুরগী শংহস্কার তৌনবগী শেমখিবা যজ্ঞগী শীং অহুগী মথক্ত পাঙ্গুত্ৰনা স্না হকচাংবু চুকশা মৈথাছন্না=যজ্ঞ তৌছনা পুন্সিনা চহী ৬১ চংবদা মুক্তি ওইখি।

## নিংথৌজা নোনা লেপ্পা নিংথৌমচা লুপ কার্ত্তাগী চাদা

কংলৈ পিবা শ্রীযুক্তেশ্বর মহারাজ কার্ত্তনা ইবেম্মশিং ১২ লৌই, ৮৪ দি ঈ ভাদে।

১) শ্রীমতি অথাম চনু লিক্লা লোইথোম্বী ভামু মতিনা শ্রীলাবৈন্যচন্দ্রগা শ্রীভবাননন্দগা পোকই।

২) শ্রীমতি খৈয়োইরোন ভাংবম চনু হরিমতিনা শ্রীমধুচন্দ্রা পোকই।

৩) শ্রীমতি চিনঙ্গুরোন চিংঙাখম চনু দেবহুতীনা শ্রীসনা হেমচন্দ্রগা, শ্রীচৌর্জিৎকা পোকই ।

৪) শ্রীমতি নোংগুরোন খুম্বোং চনু বৈভ্যবতীনা শ্রীবিশ্বনাথগা, গম্ভীরসিংহগা পোকই ।

৫) শ্রীমতি অখাম চনু চন্দ্রামুখি ইবেম্মা অপাম্বীনা শ্রীসনা ভলসিং খুরাইলাকপা পোকই ।

৬) শ্রীমতি শাৎপম চনু শেম্বী তেখাও লাম্বী হুইয়েন কয়া রাফাওবী দেব জামিনী ভুংখিল-চাইবীনা শ্রী সনা মার্জিৎ পোকই ।

৭) শ্রীমতি সোরাইশম চনু ইবেম্মা অপাম্বীনা শ্রীলোম্মা কান্তা পোকই, ঈ তাদে ।

৮) শ্রীমতি য়াংঙম্বম চনু কেশ্বরীনা শ্রীপুরায়াজ—কালা য়াজ পোকই । মৌনবিনি ।

শ্রীসনা ভলশিং খুরাইলাকপনা ইবেম্মশিং ১৪ লোই, ১১ দি ঈ তাদে । ইংঙ্খুম চমুনা ইবুংশি তিলোকসিং পোকই । ঈ তাদে । থিয়াম চমুনা ইবুংশি কৃষ্ণসিং পোকই । খুমম্বেম চমুনা ইবুংশি ছুখজিং পোকই । ঈ তাদে । ভলসিংদি ময়াংদা চংখরে ।

কৃষ্ণসিংনা ওইনাম চনু কিশুলি পাময়হুনা ইবুংশি তুকেন্দ্র বিরসিং পোকই ।

হেমচন্দ্রনা খুম্বোং চনু পাময়হুনা ইবুংশি কণ্ঠগা চন্দ্রাননগা ২ পোকই । ২ মক ঈ তাদে ।

বিশ্বনাথনা ইবেম্মা ৪ পায়ে, ২ দি শোইনাইদে । লোরিয়াম চমুনা ইবুংশি নেত্রাসিংগা, বিরসিংগা ২ পোকই ।

চোংথাম চনু ললিতমলানা ইবুংশি তেতেশ্বর পোকই ।

ইবুংশি নেত্রাসিংনা ইবেম্মশিং ৭ পায়ে, ৬ তি শোইনাইদে । ইরুংবম চমুনা কৃষ্ণনন পোকই । নেত্রাসিংদি ঔরাদা লৈখি ।

ইবুংশি বিরসিংনা ইবেম্মশিং ৪ পায়ে ।

১) হিজম চনু তম্পাকলৈমনা ইবুংশি ভিম্মসিংগা, সিদ্ধবিরগা, গোরচন্দ্রগা, কুলসিংগা, নিয়ামসিংগা, পুর্নসিংগা ৬ পোকই । ৬ মক ঈ তাদে ।

২) অকোইজম চনু ধনবতীনা ইবুংশি শেখরসিংগা, অনন্দসিংগা, ইন্দ্রসিংগা ৩ পোকই ।

৩) শজেম্বম চনু তুমেশ্বরীনা ইবুংশি দুর্গসিংগা, মধুরসিংগা, ছত্রসিংগা ৩ পোকই । ৩ মক ঈ তাদে ।

৪) খুমুকচম চমুনা পাইখোম্বা পোকই ।

ইবুংশি তেতেশ্বরনা লোথাম চনু তরপতী পাময়হুনা ইবুংশি তোমপোক পোকই ।

## ৬২ নং শুর্যবংশনি থাজনবা লাবৈন্যচন্দ্রগী পরঙ্গ

ল্যাংবচক্কি কুমশিং ৪৯০১ নোংদালাই কুমশিং ১৭৯৬ শাঃ ১৭২২ চন্দ্রাব্দ ৫৩ চৈথাবা ৩১৭ মৈস্নাম পুংথোনগী কুমদা মচা ইবুংঙো যুবরাজ লাবৈন্যচন্দ্রা কংলা ফম্বা পিবা খুবম কংবা হোই। লাংবচকী ৪৯০২ নোংদালাইগী ১৭৯৪ শাঃ ১৭২৩ চ ৫৪ চৈথারোন ৩১৮ চৈথাবা ৩১৮ শুবা থাংজম খুজ্জাওগী কুমদা লাবৈন্যচন্দ্রা সিংবশোন্দ ফমথি = ফম্বাল তোংথি। ফম্বাল তোংবা মতুংদা মবুথৌ অনন্তশাইনা মস্ত ইবুংঙো লাবৈন্যচন্দ্রা, মধুচন্দ্র অমিবু কৌশিন্দুনা হায়, "লাবৈন্যচন্দ্রা মহারাজ নচিন ননাওদি মী অঙম শুনা তিনবা মকমদা য়াওগনু ঐনা লৈভবা মতমদদি থরা চেকশিন্না লৈয়ু" হায়না তাক্কুনা মবুথৌ য়াওহনবা মতমদা ম্না শঙ্গাইদগী মকম অমদা চৎথোকপা তৌদনা লৈথি। চৌরজিৎনা মনাই থরা থাহনা হঙ্গৎহল্লি. শ্রীযুক্তেশ্বরনা লাংবন হিয়াং তোংবিবা লোইবগী মতমদা শলাই পুম্বগী মীথাইথন থনগস্তনা ননাওনা শাগোল কাংজৈ থোগল কৎচনি কাংজৈ অসি শ্রীযুক্তেশ্বরনা ম্না মিৎয়েং তাবিব ওইনা শাগোল কাংজৈ থোনবিনবা সনা চোরোন্দা নিংশিংজৈ" হায়না হঙ্গৎলি। মতুং হিয়াং লোইবগী মপান কাংজৈবুংদা শাগোল কাংজৈ শাম্বদা অরোইবদা শ্রীযুক্তোনা শাগোন্দগী চেক কুম্বদা চৌরজিৎকি মনাইশিংনা কোইশিন্দুনা মোকথোক্না থাম্নুনা শ্রীযুক্তেশ্বর নোঙ্গারে।

পাউ অসি মবুথৌ অনন্তশাইনা তাহুনা শঙ্গাইদগী শাগোল তোংহনা মচা ইবুংঙো পুম্বনা থোগন্দুনা সনা কংলা ওম্না চেনথংলক্কুনা সনা কোন্নুংবু ঙাক্কুনা মস্ত ইবুংঙো যুবরাজ মধুচন্দ্রবু কৌশিন্দুনা কংলা ফম্বাল মেন্দা মস্ত মপু ফম্মিন্নহুনা "অঙম্বা প্রজাশা ম্নাম্বা থোগলবু তুংইন্না মন্নাম্বুংনা নোঙ্গাখিন্না শ্রী পঞ্চযুক্তো মনাও ইবুংঙো মধুচন্দ্রনা কংলা ফম্বাল মেন্না ফমহুনা ওসিদগী পিবা থোপুরবনি থংদ তাদবা তারো থংঙো" হায়না মতম্বাক্তগী মস্ত ইবুংঙো মধুচন্দ্রবু থাংথহুনা লৈবাক নোংথৌ তুবদা ফম্বাল্লাংহন্দুনা থম্নগা ম্না খুৎস্ত থাং শস্তুনা মপান কাংজৈবুং তাম্না শনথ্যাগী মতুংদা লেংথোক্লকুনা মস্ত ইবুংঙো লাবৈন্যচন্দ্রগী খোঙ্গুল্লিহুনা অহিংহুদা মংলেন্দা চুকশা শিংশেমহুনা চুকশা মৈথাহুনা হন্ন লংহন্মার লোইনবা থোরাংথি। মতুংদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরগী উক্রোং হোংবা ( শরাধ কর্ম্মা ) লোইহুনা অয়ান খুবম তানথি। থাজনবা চহী অহুম পাল্লি পুল্লিনা চহী ৩৭ নি।

## পঞ্চযুক্তো শ্রীলাবৈন্যচন্দ্রগী নাওদা

পঞ্চযুক্তো মহারাজনা ইবেমশিং ২৩ পান্নৈ। ১৪ দি ঈ তাবে। ২ শুবী থাংজম চনু য়শিকানা শ্রীসনা বিশ্বজিৎ পোকই। ইবুংঙো অসি মুংনবি মচানি।

৫ শুবী থিয়াম চনু অপাম্বীনা শ্রীসনা গুনচন্দ্র পোকই।

৮ শুবী কোইজম চনুনা শ্রীহেরা চন্দ্রা পোকই ।

৯ শুবী ক্ষেত্রিময়ুম চনু অপাম্বীনা শ্রীসনা আসা পোকই । ঐরাদা লৈখি ।

১০ শুবী শ্রীমতি ক্ষেত্রি থাম্বা চাওবা চনু অপাম্বীনা শ্রীসনা ছত্রচন্দ্রা পোকই ।

১২ শুবী শ্রীমতি লাইরিকয়েংবম চনুনা শ্রীসনা সিংহজিৎ পোকই । মশি মতৌমা মচানি, হায়বদি ইবেম্মা অসিগী মনাওনুপীবু হান্না লোয়রগা মচে ইবেম্মা অসি অপাম্বী ওইদুনা কোম্বা লৌদুনা পোকই লাইরকচন্দ্রা নামুংই ।

১৩ শুবা শ্রীমতি চান্দম চনুনা শ্রীসনা অশাংবা পোকই । ইবুংঙো অসিবু মুংনবা মচানি লাইজিন্নবিদুনা মতম থম্না লৈরম্মী । পুম্না ফাজবদা য়ুম অসিদি থুমন শলাই তিনবা য়ুম ওইরমদুনা লৌথংলে ।

১৪ শুবী শ্রীমতি ক্ষেত্রিময়ুম চনু অতোনবীনা শ্রীসনা ক্ষেত্রি তাবা পোকই । মৌনবী মচানি মরমদি মতৌমা মচানি ।

২২ শুবী শ্রীমতি লাইরেনময়ুম চনুনা শ্রীসনা তরং খোম্বা পোকই । রাংখৈরাকপা ওইরম্বদগী সেনাপতি ওইখি ।

শ্রীসনা তরং খোম্বা সেনাপতিনা ইবেম্মা ৫ লৌই । অনিদি শোইনাইদে ।

শ্রীমতি চোংথাম চনুনা কালা পোকই । ঈ তাদে ।

২ শুবী য়ুমলেম্বম চনুনা ইবুংশি চতুবা পোকই । ৫ শুবী ইবেম্মা অঙোম চনুনা ইবুংশি তোবতোন পোকই ।

শ্রীসনা সিংহজিৎনা ঙাংবম চনু পাম্বদুনা ইবুংশি পোচা পোকই । মতৌমা মচাগী থুৎনি ।

শ্রীসনা গুনচন্দ্রনা ইবেম্মা ৩ পায়ে । ২ দি ঈ তাদে । মাইস্নাম চনুনা ইবুংশি শাওন্দ্রসিং সেনাপতি পোকই । সেনাপতি শাওন্দ্রসিং ইবেম্মা ৩ লৌই । শ্রীমতি উদেশ্বরী ঙাংবম চনুনা ইবুংশি চন্দ্র চুলাইরোই হন্নবগা, ইবুংশি লোকেন্দ্রজিৎকা পোকই । য়েলাংবম চনু পতিশ্বরীনা ইবুংশি নোয়েন্দ্রা শামু হন্নবা পোকই । থিংবাইজম চনু থমথারানীনা ইবুংশি ইন্দ্রধ্বজগা গুনধ্বজগা পোকই ।

শ্রীহেরাচন্দ্রা সনানা ইবেম্মা ২ লৌই । শ্রীমতি য়াইখোম চনুনা ইবুংশি শাজৌ পোকই । ঈ তাদে । শ্রীমতি উশম চনুনা ইবুংশি ওহিলজিৎ পোকই । ঈ তাদে ।

শ্রীসনা ছত্রসিংনা ইবেম্মা ৪ লৌই । ২ দি মচা পোক্কে । লোংজম চনুনা শ্রীসনা অশা পোকই । ঈ তাদে । অসেম চনুনা শ্রীসনা ওমা পোকই । ঈ তাদে ।

শ্রীসনা বিঘ ঞিংনা শ্রীসনা অমাসিং পোকই থাংজম ভাবা পুরুপ্পী, পুরুপ অনি অসি মৌনবা নামুং ঈনি ।

## মন্ত্রি ময়ুম

শ্রীযজ্ঞেশ্বর নোংপোক লিরিখোম্বা শেম্বী মোরান লৈলোকপা মন্ত্রি অনম্ভশাইনা ইবেম্মা ১৮ লৌই, ইবেম্মা ১২ দি ঈ তাদে ।

১ বা শ্রীমতি নাওরোইবম চনু ললিতানা ইবুংশি কুকিলা নন্দগা ইবুংশি শুদ্ধানন্দ=জশুদা নন্দগা পোকই ।

৩ শুবা শ্রীমতি শোরাম চনু ভানুনা ইবুংশি হৃদয়া নন্দগা ইবুংশি লালশিঙ্গা ইবুংশি রাম চন্দ্রগা পোকই ।

৪ শুবা শ্রীমতি শাপম চনু কুঞ্জেশ্বরীনা ইবুংশি মহাসিং খুজেং দেরান পোকই ।

৫ শুবা শ্রীমতি মোইরাংথেম চনু চন্দ্রমালানা ইবুংশি নোরেন্দ্রসিঙ্গা ইবুংশি পরমানন্দ সেনাপতিগা পোকই । ইবুংশি নোরেন্দ্রসিংদি শোইনাইদে ।

৬ শুবা শ্রীমতি শনচিরাম চনু কালিন্দ্রীনা ইবুংশি জগদসিং কৈদা হঞ্জবা জগনাথ বলহবা পোকই ।

৭ শুবা শ্রীমতি অসেম চনু চন্দ্রবলিনা নরান সৈন্য সেনাপতি পোকই ।

১। থাইখিবা মন্ত্রিময়ুম শগোলশেম্বা : ইবুংশি কোকিলানন্দনা ইবেম্মা অনি পায়ে । অচোম চনুনা রঘুসিং শগোলশেনবা পোকই । হিজম চনুনা ইবুংশি গুরুদবা দেরান পোকই ।

২। মন্ত্রি লৌরুং পুরেন : ইবুংশি শুদ্ধনন্দ=জশুদানন্দনা ইবেম্মা ২ পায়ে । ইবেম্মা মোইরাংথেম চনুনা ইবুংশি লোরুং পুরেন নিংথোম্বা পোকই । থাওরোইজম চনুনা ইবুংশি তাঞ্জৌ পোকই ।

৩। মন্ত্রি ময়ুম পাৎচহনবা : ইবুংশি হৃদয়ানন্দনা ইবেম্মা নিংভোম্বম চনু লৌচনা ইবুংশি মাধোপসিঙ্গা লাল্লশিঙ্গা পোকই । পাৎচহনবা ওই ।

ইবুংশি পাৎচহনবা লাল্লশিংনা ইবেম্মা ৫ লৌই ।

পাৎচহনবা লাল্লশিঙ্গী ইবেম্মশিং :

১) রাংথেম চনু অহনবীনা ইবুংশি ভোগিরোৎ কতুরান পোকই ।

২) মথং ইবেম্মা রাংথেম চনুনা ইবুংশি নিলব্রজ পোকই ।

৩) অহুমশুবী রাহেংবম চনুনা ইবুংশি রাংথৈরাকপা রূদ্রশিং পোকই ।

৪) মরিশুবী লোকতোংবম চনুনা ইবুংশি ভুবোনসিং পোকই ।

৫) মঙাশুবী লোইতোংবম চনুনা ইবুংশি ঘনশিঙ্গ ইবুংশি সৌরসিঙ্গ পোকই ।

৪। মন্ত্রি দেৱান লুপ : ইবুংশি খুজে' দেৱান মহাসিংনা ইবেম্মা ৫ পান্নে।

১) অহৈবম চন্দ্রনা ইবুংশি জর্ম্মশিং পোকই ঈ তাতে।

২) থাওরোইজম চন্দ্রনা ইবুংশি গৌরশিং পোকই।

৩) অথাম চন্দ্রন, ইবুংশি কহান পোকই।

৪) শোরাইশম চন্দ্রনা ইবুংশি কবৃই ঙম্বা পোকই ( ঔবাদা লৈখি )।

৫) ময়ইথেম চন্দ্রনা ইবুংশি চিংকোন পোকই।

৫। মন্ত্রি ময়ুমগী সেনাপতি ময়ুম : ইবুংশি সেনাপতি পরমানন্দনা ইবেম্মা ২ পান্নে। অচোম চন্দ্রনা ইবুংশি খুরাইলাকপা শেচশাইগা ইবুংশি মন্ত্রি শুরব্রতগা ইবুংশি সত্যব্রতগা ইবুংশি জগৎনাৎ বলহবা- জগাসিং কৈদা হঞ্জবগা ইবুংশি মেঘব্রতগা পোকুনা মেঘব্রতদি ঈ তাদে। লিক-মাবম চন্দ্রন, ইবুংশি রনশ্বর পোকই

৬। পাংচহনবা লুপ ১ : ইবুংশি জগৎনাৎ বলহবা=জগাশিং কৈদা হঞ্জবা অসি মতুংদা পাংচ হঞ্জবা ওই ইবেম্মা অনি পান্নে। থাংজম চন্দ্রনা ইবুংশি তুমব্রশিং পোকই। কাব্রবম চন্দ্রনা ইবুংশি মাইপাক্পা ইবুংশি কৈরাবগা পোকই।

শ্রীযুক্তেশ্বর নোংপোক লিরি খোম্ব, ফম্বাল লাংজেং শাফ পূকফবা মন্ত্রি অনন্তশাই রায়েন করা রাম্পাওবগী লুপ ৬ অসিনি।

## পঞ্চযুক্তে নর তাংখোমবগী লুপ ঃ

পঞ্চযুক্তেশ্বর পামহৈবা গরিপপতিনা জৌব্রাম শাই পোকই। ( সেনাপতি ওই ) জৌব্রাম শাই সেনাপতিনা ইবেম্মা অহুম পান্নে।

১) মোইরাংথেম চন্দ্র তুংগোংঙম্বীনা ইবুংশি কবুই ঙম্বা পোকই। ( ঔরাদ লৈখি )

২) মোইরাংথেম চন্দ্র পোংলেন খোম্বীনা রাংথৈরাকপা ভদ্রসিংহ পোকই। ( মতুংদা সেনাপতি ওই, নিংথৌশু ওইখি, মিংলেনশু নিংথেম থাবা হায়নশু খোনখি )।

৩) ইবেম্মা শিনাম চন্দ্র চন্দ্রবলিনা ইবুংশি শামু হঞ্জবা রোতোনশিং পোকই।

১। নরসিং শামুহঞ্জবগী য়ুম-লৌরুং পুরেন : ইবুংশি রোতোনশিংনা নুপী ৯ পান্নে। ১) অচোম চন্দ্র দেবময়ানিনা ইবুংশি নৌকোনসিঙ্গ ইবুংশি কেশ্বরসিং লৌরুং পুরেন পোকই। ( নৌকোনশিং ঈ তাদে )। ইবেমশি ৮ দি ঈ তারমদে।

ইবুংশি লৌরুং পুরেন কেশ্বরসিংনা চুপী অহুম লৌই. ১) ঙাংবম চন্দ্র দেবয়ানিনা ইবুংশি ভলসিঙ্গ ইবুংশি লোকশিঙ্গা পোকই। ২) লৌথাম চন্দ্র তুমব্রেশ্বরিনা ইবুংশি জাবৈন্য কৃষ্ণগা ইবুংশি হেরাশিঙ্গা পোকই ৩) কোনসম চন্দ্র মদন শোরিনা ইবুংশি পুর্নসশিঙ্গা ইবুংশি বশন্তগা ইবুংশি দুর্গসিঙ্গা পোকই।

শ্রীভদ্রসিংহ রাংথৈরাকপা সেনাপতি নিংথেম থাবনা ইবেম্মশিং ১৯ লৌঈ। (১২ দি ঈ তাদে)।

১) সাপম চন্দ্র লমপঙী পৃয়ানা ইবুংশি দুর্ব্বসিং পোকই। মৌনবী মচানি।

২) থাংজম চন্দ্র হরি প্রিয়ানা ইবুংশি জদুশিং পোকই।

৩) লোক্তোংবম চন্দ্র প্রেমলতানা ইবুংশি নর তাংখোম্বা নরসিংগা যাদোপসিংগা পোকই নিংথৌ ওই। যাদোবসিংদি ঈ তাদে।

৪) ওইনাম চন্দ্র দেবয়ানিনা ইবুংশি গুনো ইশৈ হনবা পোকই।

৫) য়াংঙম্বম চন্দ্র কৌশিলানা ইবুংশি দেবেন্দ্র পোকই নিংথৌ ওইখি।

৬) মাইবম চন্দ্র বৃন্দনা ইবুংশি রঘুসিং রাংথৈরাকপা পোকই।

৭) মাইস্নাম চন্দ্র থম্বাম্না ইবুংশি য়াইস্কুল্লাকপা কোম্না কান্তা পোকই।

১ নং নোংথোম্বা নরসিং নামুংলুপ: ইবুংশি দুর্ব্বশিংনা ইবেম্মা অহুম পাম্নে।

১) তৌরেম চন্দ্র পো লেমনুনা ইবুংঙো পুর্নসিং নোংথোম্বগা ইবুংঙো পদ্মাসিঙ্গ পোকই।

২) ইংকুন্নুম চন্দ্র যমুনানা খুরাইলাকপা খেলশিং পোকই।

৩) লাইশ্রম চন্দ্র কমলানা লৌরুং পুরেন বিম্নসিং পোকই।

২ নং নরসিং পালা থনবা লুপা: ইবুংসি যদুসিংনা লিকমাবম চন্দ্র লৌচুনা ইবুংঙো রাঘোবসিং পোক্নুনা ঈরাম্না লৈ।

ইবুংশিগুনা ইশৈহনবনা ইবেম্মা ২ পাম্নচুনা বাতেংবম চন্দ্র কমালাবতীনা ইবুংঙো গোপালসিং খুরাইলাকপা পোকই। ঙাংবম চন্দ্র ভেদেশ্বরীনা ইবুংঙো খেম্নদশিং খুজাও পুরেন পোকই।

৩ নং নরসিং রাংথৈরাকপম: ইবুংশি রঘুসিং রাংথৈলাকপনা ইবেম্মা ৫ পাম্নে। (অহুম ঈ তাদে)। হিদাক শুবম চন্দ্র রত্নারাসিনা ইবুংঙো জেকসিং পোকই। মথং হিদাক শুবা চন্দ্র চেন্দ্রনীনা ইবুংঙো তুরেন্দ্রসিঙ্গ ইবুংঙো নৌতোনশিঙ্গ অনি পোকই।

৪ নং নরসিং য়াইস্কুল্লাকপন: ইবুংশি কোম্না কান্তুনা লাইশ্রম চন্দ্র ধর্ম্ম পাম্নচুনা ইবুংঙো গজেন্দ্রসিং পোকই।

লৌরুংপুরেন ময়ুম লুপ ১: গন্ধিপণ্ডিতী ইবুংশি শ্রীনন্দ শাইনা ঙাংবম চন্দ্র পাম্নচুনা ইবুংশি কুকিল নন্দ পোকই। ইবুংশি কুকিল নন্দনা অহৈবম চন্দ্র পাম্নচুনা লৌরুং পুরেন ইশৈহনবা

পোক্লই ঔরাদা লৈখি। মচা ইবুংঙো পাওনম তারক্ল ময়াংদা লৈখি শ্রীস্ম। শৈবশক্তিশু ঔরাদা কুংগ্রে

২। উরুং পুরেন লুপ গৱিপজিগী থাক :

শক্রঘনা শাহি তোলেন তোম্না ইবেম্মা অহুম পাম্নে। ( ২ ম্রি ঈ তাদে )। শগোলশেন চন্দ্র শোদাম্বীনীম্না ইবুংশি কৃষ্ণচন্দ্র। থুরাইলাকপ পোকই। ( মুংনবা ঈনি )।

খুরাইলাকপা কৃষ্ণচন্দ্রনা ইবেম্মশিং ৬ পাম্নে। ১) অঙোম চনুনা ইবুংশি নোবিনা নন্দ পোকই।

২) খুমোং চনুনা ইবুংশি চিত্রধানন্দ — চিত্রকতাল ইবুংশি শিংথোং লেনঙম্বগা পোকই। ( সিংথোং লেনঙম্বা ঈ তাদে )।

৩) রাক্কেংবম চনুনা উরুং পুরেন গরুরধ্বজ পোকই।

৪) মোইরাংথেম চনুনা ইবুংশি উরুং পুরেন কৃত্তিধ্বজ পোকই।

৫) লাইরিকয়েংবম চনুনা ইবুংশি গুনধ্বজ পোকই।

৬) নিংথৌলবম চনুনা ইবুংশি কাঞ্চনসিঙ্গ, ইবুংশি ভলশিঙ্গ পোকই ( ভলশিংদি ঈ তাদে )।

নামুং ঈ লৌথংপা মীয়োন লুপ : থুরাইলাকপা উরুং পুরেন নবিনানন্দনা ইবেম্মা ২ পাম্নে। তখেল্লম্বম চনুনা ইবুংঙো দুর্গসিঙ্গ ইবুংঙো পার্থসিং উরুং পুরেন চমপ্রাশি শাবগা পোকই। মোইরাংথেম চনুন। ইবুংঙো নিল্লচন্দ্র পোকই ( ঈ তাদে, দুর্গসিংশু ঈ তাদে )।

উরুং পুরেন কতুরান মমুম; ইবুংশি চিত্র কতুান মুপী ৫ লৌই। ১) লাংকম চনুনা ইবুংঙো অমুত্র পোকই, শোইনাইদে।

২) পাংঙনবম চনুনা ইবুংঙো দরগদসিঙ্গ লাবৈনাসিঙ্গ পোকই।

৩) হাঞ্জরোংবম চনুনা মোদোনসিঙ্গ ভরংখোম্বগা পোকই, ২ মক ঈ তাদে।

৪) উশম চনুনা দুব্বলসিং পোকই।

৫) পাংঙনবম চনুনা মঙ্গোলসিঙ্গ ধবলসিঙ্গ পোকই।

ইবুংঙো দরগদসিংনা ইবেম্মা ২ পাম্নে। থাংজেনবম চনুনা তৃভুবনসিঙ্গা ভেদসিঙ্গ পোকই। মোইরাংথেম চনুনা ইবুংঙো নিংথোনবগা ইবুংঙো চিংশোলবগা পোকই

উরুং পুরেন মমুম লুপ ১: ইবুংশি উরুং পুরেন গরুরধজনা ইবেম্মা ৫ লৌহুনা খোইপম চনুনা ইবুংঙো ভবনসিং পোকই, ( শোইনাইদে )। ইবেম্মা ৪ মু ( শোইনাইদে )।

ইবুংশি উরুং পুরেন কৃত্তিধ্বজনা ইবেম্মা ৮ পায়ৈ। মনশেনবম চম্বুনা পুর্নসিং পোকই। হিদাম চম্বুনা উমুদসিং পোকই। খোইরোম চম্বুনা তুকুমসিং পোকই। (ঈ তাদে)। লম্ফবম চম্বুনা রুদ্রসিং পোকই। হাওবম চম্বুনা দিনাবন্ধু পোকই ঈ তাদে। ইবেমশি ৩ দি ঈ তাদে।

লোরুং পুরেন পু অতোনবা: শ্রীদুর্লভ শাইনা ইবেম্মা ২ পায়দুনা অহৈবম চম্বুনা ইবুংশি চৈতন্ন লোকং পুরেন পোকই। লাইরিকয়েংবম চম্বুনা ইবুংশি বৈষ্ণবনন্দ পোকই।

চৈতন্নন্দনা ইবেম্মা ৬ পায়ৈ ১) অহৈবম চম্বুনা ইবুংঙো ভক্তা মন্ত্রি পোকই ঈ তাদে। ২) সোরাইশম ইবুংঙো কৃষ্ণ ময়া পোকই (ঈ তাদে)। ৩) নিংথোম্বম চম্বুনা ইবুংঙো ব্রজমনি (ঈ তাদে)। ৪) অঙোম চম্বুনা ইবুংঙো মাধবেন্দ্র শগোল হজারবগা ইবুংঙো বির ঈশৈহনবগা পোকই।

ইবুংঙো মাধবেন্দ্রনা হাওবম চম্বু পায়দুনা ইবুংঙো পামচৌবা পোকই। ইবুংঙো বির ঈশৈহনবনা ইবেম্মা ২ পায়ৈ। থোকচোম চম্বুনা ইবুংঙো অহনগা ইবুংঙো রিপুবিরসিংগা ২ পোকই। রাহেংবম চম্বুনা ইবুংঙো অপানবা সংলাকপা চন্দ্রশেখোর পোকই।

ইবুংশি বৈষ্ণবনন্দনা ইবেম্মা ৪ পায়ৈ। ১) ওইনাম চম্বুনা ইবুংশি লোকনাথ পোকই (ঈ তাদে)। ২) লাইশ্রম চম্বুনা ইবুংঙো রাধাবিনোদো পোকই (ঈ তাদে)। ৩) নিংথোম্বম চম্বুনা ইবুংশি তোলসিং পোকই। ৪) লাইরিকয়েংবম চম্বুনা ইবুংশি পুরুম খোম্বা দুলাইরোই হজুবা পোকই। ইবুংশি তোলশিংনা লাইশ্রম চম্বু পায়দুনা ইবুংঙো বেদবিধি পোকই।

ইবুংশি পুরুম খোম্বনা ইবেম্মা ৩ পায়দুনা ১) থিয়াম চম্বুনা ইবুংঙো তোলেন খোম্বা পোকই। ২) মাইবম চম্বুনা ইবুংঙো সিন্দুরসিং পোকই।

ইবুংঙো তোলেন খোম্বনা নান্দেবম চম্বু লৌদুনা ইবুংঙো অথোই পোকই। ইবুংঙো সিন্দুরসিংনা শিনাম চম্বুনে, অহোংশাংবম চম্বুনে, খোমদ্রাম চম্বুনে অহুম পায়ৈ। (লুপ অসি লৌরুং পুরেন ময়ুম পু অতোনবনি)।

পাংচহনবা পু অতোনবা সিদ্ধান্ত ময়ুম: খুরাই লাকপা মন শাইনা লৌবা য়াঙোইজম চম্বুনা পোকপা খুইরাকপা কৃষ্ণশাইনা লৌবা শাপম চম্বুনা পোকপা কৃষ্ণানন্দনা লৌবা হাওবম চম্বুনা ধনসিং শিধান্দ পোকুনা পাংচহনবা শিদ্ধান্ত ময়ুম ওইখি।

কৃষ্ণ শাং খুইরাকপনা পোকপা ইবুংঙো গৌরচন্দ্রনা উশম চম্বু পায়দুনা ইবুংঙো জয়চন্দ্রগা ইবুংঙো মাধোপসিঙ্গ পোকই। (পু অতোনবনি)।

খুাইরাকপা কৃষ্ণ শাইনা পোকপা ইবুংঙো চৈতন্য শাইনা রাংখেম চন্থ পান্নহুনা পোকপা। কেশ্বরসিংগী ধার অসিমখৈনা পাংচহনবা পু অমনি ।

# ৬৩ নং মোধুচন্দ্রগী পরম

লাংবচকী কুমশিং ৪৯০২ নোংদালাইগী কুমশিং ১৭২৪ শকাব্দ ১৭২৩ চন্দ্রাব্দ ৫৩ চৈথারোন ৩১৮ চৈথাবা থাংজম খুজ্ঞাওগী কুমদা শ্রীযুক্ত মোধুচন্দ্রনা পানবা হৌরে । মতম অসিদা কংলৈ পিবানা পোকপ মচা মশুশিং য়ুমথাই য়ুমদাখিববু নিংথৌজা হায়না থংনরম্বদগী শ্রীযুক্তো কাও মহাবাজগী সনা হাক্তক্তা নিংথৌ মচা হায়না মিংহন অমুক নৌনা থোন্দুনা য়ুম্নেপ্পবদগী মাগী মাগী মচিন মনাওবু মথাই মথাইনহুনা কাংবু কাংবু লুপ নাইনরক্লে ।

লাংবচকী ৪৯০৩ নোংদালাই ১৭৯৫ শাকাব্দ ১৭২৪ চন্দ্রাব্দ ৫৫ চৈথারোন ৩১৯ চৈথাবা লাইশ্রম অচৌগী কুম অসিদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরগী সনা পুক্লিংদা অঙম্বা খুম্বোং চন্দ্রমনি, নন্দলাল মচিন মনাওগী পুকচেনবু উবদা সনা পুক্লিং অকিবা ওইহুনা মবুধৌ শ্রীঅনন্তশাই মন্ত্রিগা রাত্তান-নহুনা মবুধৌনা কংলা অমনববু শিদোকহন্দুনা অনৌবা অমা শানবনি হায়হুনা কংলা যাত্রা হনবনি হায়বগী উখুল লাওনা লুনা তৌহুনা থম্লগা মতুংদা কংলা যাত্রা হনগনি ওসিদি অহুবু কমদোরিবা মওংনো অহুক য়েংঙশি হায়হুনা খুম্বোং চন্দ্রবু চৈরাপ্পগী হৌহুনা পুরক্লুনা উখুলবু কোয়না চত্নরা য়েংমিন্নে, মহুদা শ্রীযুক্তেশ্বরগী মনাইশিংনা খুম্বোং চন্দ্রমনিবু উখুলদা ইনথুহুনা হাংলে । পাউ অহু মনাও নন্দলালনা তাহুনা চৈরাপ মমাংদা থাং হায়হুনা লাল হৌগে থোরাবদা মন্ত্রি অনন্তশাইনা করিনে৷ অঙম্বা, অঙম্বা অচৌবনা অহুম্না তৌরগা বিচার কনানা তৌগদৌরিব। তপথখো থবক মবম মুম্না থিরগা মতিক থোকপা তৌগনি নং ঐ লৈরিদনা অহুক ফিং থম্ন হায়হুনা অপনবা লৈতনা চংশল্লক্লুনা থাঙ্গা লোয়ননা শুপকোন কোন্দুনা খুম্বোং চন্দ্রলানবু চৈরাপ মমাংদা ফাহুনা থম্লে, খুদক অহুদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরগী মনাই থরনা চোংশিন্দুনা টানা থিন্দুনা নন্দলানশু চৈরাপ মমাংদা হাংলে । মহুদা চৌরজিৎ মহারাজ ময়াম্বু কিবদগী ময়াংদা চেন্দুনা লৈখি । মতুং অহুদা মোধুচন্দ্রা মহারাজনা মনাও মাজিংপু যুবরাজ হাপ্পুনা য়েক্লা তিংথং লৈতনা মবুধৌ মন্ত্রিগী নোংদমদগী লুংঙাইনা পানখি । শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর ইবেম্মশিং ২২ পাম্নে ( ১৬ ঈ তাদে )। লাংবন ফিয়াং লুমিৎ ৫ নি চুপ্পা তাম্নে পানা ৪ বু হিদোংহন্দুনা অথোই থোইদা নাইদনা মনা মথুম পিহুনা লৈবাক লুংঙাইনৈ ।

লাংবচক্কী ৪৯০৪ নোংদালাই ১৭২৬ শা: ১৭২৫ চ: ৫৬ চৈথাবোন ৩২০ চৈথাবা য়েনখোম খোংঙম কুম অসিদা চৌরজিৎনা লানমী খরগা লোইনচুনা মনিপুরদা লান্দারক্লে। শ্রীযুক্তেশ্বরনা যুবরাজ মারজিৎপু সেনাপতি হাপতুনা লানমী ১০০ গা লোইনচুনা লাল ভাকপা চৎহন্দুনা শত্তাইখেন্দা লানবন শাচুনা লৈখি। মতম অসিদা শ্রীযুক্তেশ্বরনা মমাশিজ মহারানী খুম্বোং চনু দেবচুতী মচাগী মনাক্তা চংখ্রো হায়না তানবদগী মমাশিজ মহারানী অসিনা মনুংদা খুজিন তৌবদগী চৌরজিৎ মারজিৎ মচিন মনাওবু মিচং অমতা ওইখিচুনা মক্কম খংদনা লান অচু ত্তনিং তামাং ওয়্নখিবনা শ্রীযুক্তেশ্বর মনাই খরগা কোন্নুং মনুংদা থাংচুনা লৈ। মতম অসিদা চৌরজিৎকি ময়াং লানমী বাশি খোংবা অমা য়াওরকই। মাগী বাশিগী মখোন তাবদা কোন্নুং মনুঙ্গী লানমীশিংবু ভকচানচুনা লৈরিভৈদা মারজিৎ যুবরাজ সেনাপতিনা শাগোল থৌজল্লকুনা কোন্নুং মনুংগী লানমীবু চাইথাই-রক্লে, মনাওগী মাংদা শ্রীপঙ্কয়ুক্তেশ্বর মধুচন্দ্র খাংবা য়াদচুনা কশার তমচুনা ম্না কোন্নুং থাদোক্কুনা চেনখি। চহী ২ থা ৩ পাল্লম্মি।

# মধুচন্দ্রগী ধার

ইবেম্মসিং ২২ পান্নৈ, ১৬ তি ঈ তাদে। ৬ শুবী য়েন্দ্রেনবম চনু ইন্দ্রনা সনাহল খুরাইলাকপা সেনাপতি নাওলসিং পোকই।

৫ শুবী নোংথোনবম চনু অহন অপান্বীনা শ্রীসনা পোবিত্রসিঙ্গ শ্রীসনা মেঘসিঙ্গ পোকই।

৩ শুবী কোনশম চনুনা শ্রীসনা য়ুমজাও ভাবা পিতম্বরসিং পোকই।

৪ শুবী লৌরিয়াম চনুনা শ্রীসনা নিলাম্বরসিং পোকই।

৭ শুবী শিংশুবম চনুনা শ্রীতোম্পোক ম্না পোকই।

৮ শুবী নোংথোনবম চনু অপান্বীনা শ্রীম্না হেমাসিং পোকই (ঈ তাদে)।

মচা ইবুংঙোসিঙ্গী মরম: খুরাইলাকপা নাওলসিং সেনাপতিনা ইবেম্মা ১০ পান্নৈ। ইবেম্মা ৭ তি শোইনাইদে।

১ বা অথাম চনু ধর্ম্ম শ্বরীনা ইবুংশি খুাইরাকপা রিপুজিৎ, ইবুংশি দোলিন্তসিং, ইবুংশি সগরসিং অহুম পোকই।

২ শুবা শ্রীমতি লাইশ্রম চনুনা ইবুংশি অতোম্বাও ইবুংশি হেমাম্ব্রোসিং, ইবুংশি ভদ্রসিং, ইবুংশি অজিৎসিং ইবুংশি সত্রসিং ৫ মক পোকই।

৫ শুবী কত্রবম চনুনা ইবুংশি ভলাবিরসিং, ইবুংশি ওম্মাসিং অনি পোকই। (ইবেম্মা ৭ সোইনাইদে)।

শ্রীসনা পোবিত্রসিংনা ইবেম্মা ৫ পাগৈ। ১ বা হিজম চনুনা ইবুংশি শামু পোকই (ঈ তাদে)।

২ শুবী ওাংভোম চনুনা ইবুংশি জিংশাই পোকই। মতুংদা ইবুংশি একান্তসিং, ইবুংশি মরাম্বা, ইবুংশি লোইখোম্বা ৪ মক পোকই।

৩ শুবী থোকচোম চনুনা ইবুংশি তিম্নভোয়জিং পোকই।

৪ শুবী মৈনম চনুনা ইবুংশি শুরেন্দ্রসিং পোকই।

৫ শুবী অংভোম চনুনা ইবুংশি মরাম্বগা ইবুংশি লোইখোম্বগা পোকই।

শ্রীপিতম্বরসিং যুমজাও তাবনা ইবেম্মসিং ৮ লৌই ৬ তি সোইনাইদে। ১ বা অংভোম চনুনা ইবুংশি লেহোয় ভদ্রসিং পোকই (ঔরাদা লৈখি)।

৮ শুবী অংভোম চনু অভোনবীনা ইবুংশি অভোনবা পোকই (ঔরাদা লৈখি)।

শ্রীনিলম্বরসিং ফৈরাবনা ইবেম্মশিং ৭ পাগৈ। ১ বা অংভোম চনুনা ইবুংশি মধুজিত্রসিং পোকই।

২) হাওবম চনুনা ইবুংশি ভৈরজিৎ পোকই।
৩) লোথাম চনুনা ইবুংশি নৈরশিংগা ইবুংশি গোকুলানন্দগা পোকই।
৪) থোদাম চনুনা ইবুংশি দেবজিৎ পোকই।
৫) চোংথাম চনুনা ইবুংশি অভোমজিৎ পোকই।
৬) লাংলেনবম চনুনা ইবুংশি কোমোলশিং পোকই।
৭) হাওরোকচম চনুদি শোইনাইদে।

মচা ইবুংভো শ্রীসনা তোম্পোকী থাবনি ময়াংদা লৈখি। শ্রীসনা মেঘসিং ঈ তাদে। শ্রীসনা হেমাচন্দ্র ঈ তাদে। মধুচন্দ্র নিংথৌশী মচা মশু নিংথৌজা থাবনি।

# ৬৪ নং চৌরজিৎকী পরম

চৌরজিৎ মহারাজগী সনা হাক্তক্কী খুমনুং ইভাল লৈশাবা—(খুন্তোক লৈশেল্লোন, নম্ব ভাইবং মৈহৌলোন, চৎলম লুত্তিন লাইরকচন, য়াম্বা ইখোল লৈরো লাইয়েক, লাইরকচন) কৌবা পুয়াবু সনা পুয়া, লাংদাই পুয়া কাইবিরোন কুম্বাবা, নাওদ পুয়া হায়না লাংবচক্কী কুমশিং ৩১০৮ চংয়া নোংদালাইমা পানবদগী হৌনা পুয়াগী মমিং ওন্দুনা ইবা হৌখি।

লাংবচক্কী ৪৯০৪ নোংদালাইগী ১৭৯৬ শাঃ ১৭২৫ চঃ ৫৬ চৈথারোন ৩২০ চৈথাবা য়েনখোম খোকওমগী কুমদা শ্রীযুক্তেশ্বর মহারাজ চৌরজিৎনা পাল্লে মনাও ইবুংঙো মারজিংনা যুবরাজ ওই। পঞ্চযুক্তেশ্বর নোংচুপ ফালোক রাইরং পামহৈবা চৌরজিৎনা ইবেম্মা ৫০ পান্নৈ ৩৯ দি শোইনাইদে। মতম অসিদা মবুথৌ মন্ত্রি অনন্তশাইগী সনা পুক্রিং অরাবা ওইখি, মরমদি মশুশিং পুম্বনা পুকচেন তিন্নদবা নোংমা নোংমগী য়াম্বা খোগল্লোন লাইনরক্তবা রারক রাতেম্বগী থৌলিংনরক্তবনা লৈবাক লৈপুবদা রাওম্বা থৌদা রায়েনবু থৌলিংনেরক্তবনা সনা কোনুং মনুঙ্গী থৌবু থৌগবদা থৌলিংনদবা মনিং পাংতম তম্বতুনা অমবু অমনা থৌওইনদবা থক-খা থংনরক্তবদগী থৌগারুতুনা কান্নবা মতম নত্রে সনা পুক্রিংদা রাখন্দুনা অহল্লগা ওইরকপগা তোকওল্লগে রাখন্দুনা সনা হাক্তক অসিদগীবু সনা কোনুং কাবা তোকুনা সনা শঙ্গাইদা শ্রীবিজোই মাঠ গোবিন্দগী নাম শোল্দুনা পুন্সিগী মতম্বু ওাইতুনা লৈওম্বা ওইখি।

লাংবচক্কী ৪৯০৫ নোংদালাই ১৭৯৭ শাঃ ১৭২৬ চৈথারোন ৩২১ চ. ৫৭ চৈথাবা ইরোম কোইবগী কুমদা ময়াং নিংথৌ গোবিন্দ্রামগী মচা লুপী ময়াং লৈমবু শ্রীপঞ্চযুক্তো মধুচন্দ্রনা লৌতুনা ময়াং নিংথৌগী মতেং লৌখি।

লাংবচক্কী ৪৯০৬ নোংদালাই (যবিষ্টগী) ১০৯৮ খৃঃ ১৮০৫ শাঃ ১৭২৭ চঃ ৫৮ চৈথাবা ৩২২ শ্রীমোইরাং পোলোইগী কুম অসিদা ময়াং নিংথৌ গোবিন্দ্রামনা ময়াং লানমী ১০০ শোহাই তৌতুনা শ্রীপঞ্চযুক্তো মধুচন্দ্রনা মণিপুরদা লান্দরকই। পাউ অসি পঞ্চযুক্তেশ্বর চৌরজিৎ নোংচুপ ফালোক রাইরং পামহৈবনা তাবনা হান্দুনা যুবরাজ মারজিৎপু লানমী ২০০ পুতুনা লানতাকপা চংহল্লি। শ্রীমারজিৎনা বিষ্ণুপুরদা তেন্সোন শাতুনা ময়াম্বুং মধুচন্দ্রগী লান্দরকপা ওমদনবা তাকুনা লৈখি। শ্রীযুক্তো মধুচন্দ্র মহারাজনা অকি তুঙ্গুং লৈতনা ময়াং লানমী শগোল তোংবা ১০০ অহুগা লোয়নতুনা লমাংদোং য়ৌনা কুমথরক্লে। লানমীশিং অসিনা অপনবা লৈতনা খোংদারকপা অহুদা শ্রীযুবরাজ মারজিৎনা শাওতুনা খোংনেংশা মঙ্গেমরু খোংদাংবা নাকথং য়েৎলোম ওইরোমদা অরাম্বাই তেন মপুক থন্না হাপচিল্লে, টারোনটানা নমদা পো, য়েৎথাং ওইথাং য়ান্দুনা ময়াম্বুঙ্গী

লানমী মরক্তা শগোল তোংহুনা অপনবা লৈতনা শগোল কন্না খোজনখ্রে । য়ুবরাজ মারজিৎপু ময়াং লানমী শগোল তোংবনা মরোন অনি থোক্লা কোয়শিনখ্রে, ময়াং লানমীগী মপান্দা মৈতৈ লানমীনা কোয়শিল্লি খুদক অহুদা মারজিৎ য়ুবরাজনা শগোলগী নাক য়েৎ ওইদগী অবাম্বাই তেন খুৎলাম তোইনা অপনবা লৈতনা শগোলবু লৈনা লৈনা থোহুনা ময়াং লানমীগী মবক্তা কোয়না লংলকই অরাম্বাইগী খুৎশং অহুদা ময়াং লানমী পুম্বা নকশিল্লকপা ওমখ্রে । য়ুবরাজগী লানশোক্লা অহু উবদা মী পুম্বা পুমওক ওক্লে মথোয় খিবিক্লা লংশিল্লকপা থাং, টা, পুম্বা য়ুবরাজগী হুকচাং নকপা ওমখিখ্রে, অবাম্বাইনা হাযদোক্লকুনা লানমী য়াম্না শিনরে, ময়াং লানমী কাইহুনা চেল্লে । খুদক অহুদা ময়াম্বুংনা অশাওবগা লোযননা শগোল মথক্তা থাং হাইহুনা চেনশল্লক্লে, ময়াম্বুঙ্গী মতৌ উবদা য়ুবরাজ মারজিৎ অরাম্বাই হুনবা তোকুনা শগোল মথক্তা থাং পায়হুনা ময়াম্বুং ওম্না চেনশল্লকুনা মচিন মনাও শগোল মথক্তা থাঙ্গী বাক হাইনহুনা লানথেংনৈ । শগোল্লদা মারজিৎ মনাওনা তোংবা হৈবা খরা হেনবনা শগোল নাক্তা য়েৎ ওই চোংলম্বদগী শগোল খুজি খপুনা চিংখত্তুনা শগেলগী খুমাং থাঙ্গত্তুনা খুহুংনা লৈবাক্তা লেপহল্লগা নারেন্দা পাকথখিহুনা ময়াম্বুঙ্গী শগোল পুক্লিগা য়াচনগা কক্লে । ময়াম্বুং শগোল মথক্তগী লৈব ক্তা ভারে, খুদক অহুদা অপনবা লৈতনা মধুচন্দ্রা মনাওবু শগোলগ লোয়ননা ফাগে নিংহুনা চোংশিল্লক্লে । খুদক অহুদা য়ুবরাজনা ময়াম্বুঙ্গী খুত্তা পায়বা থাংবু খত্তোকুনা ওইরোমদা তুংহন্না থাঙ্গী থাংদোন হাইখিবদা মধুচন্দ্র ময়াম্বনা চোংশিনবা খিত্তুং ভপহৌবদগী থাংদোম্না ওক্তা হাইখিহুনা মফম অহুদা নোঙ্গাখি ।

বিষ্ণুপুর হায়বা লম অসিবু নোংচুপ হারমদগী লান্দরকপা মতমদা মাইগৈ অশোমদতা লান্দারকই মফম অসি হেক য়োবগা মমাংদৈওদগী হৌনা নোংচুপ মাইগৈদগী ভারকপা লান অহু মথোয়গী নিংবা থুংদনা হেক হেক তোকখি হায়বদগী মতম অসিদগী হৌনা বিষ্ণুপুর হায়বা মিংথোল অহু তেকুনা লাব অহু মাওহুনা তোকই ( লান মাওতোক ) কোই । শ্রীমারজিৎ য়ুবরাজনা ময়াম্বুং মধুচন্দ্রবু মফম অহুদা ( চুকশা মৈথাংদম্নগা ) হায়বদি শওস্কার তৌরম্লগা সনা কোম্নুংদা হল্লকুনা লানগী মরম পুম্বা ওমহুনা ময়াম্বুং মহারাজগী উক্রোং হোওহুনা হায়বদি শোরাৎ শেন্দুনা কর্ম্ম পন্দোম লোমখি ।

লাংবচক্কী ৪২০৭ নোংদালাইবী ১৭৯৯ খৃ: ১৮০৬ শা. ১৭২৮ চঃ ৫৯ চৈথোবা ৩২৩ থাঙ্গা হেরাগী কুম শক অসিদা শ্রীপঞ্চমুক্তেশ্বর মহারাজ নোংচুপ ফালোক রাইবং পামহৈবা চৌরজিৎনা সনা কোম্নুঙ্গী ম্নথোংদগী হৌনা সোরোক্তি কাগুপ য়েৎ ওইদা সনা খোংনাং পাম্বী থাহুনা লমী চংপশিং অন্না পোংখাফম মফম খুদিংগী উরুম শেম্মি, মতৌ অওম্না মাইগৈ খুদিংদা উনচিংবা

থাহনা প্রজাগী লম্বী পোৎথাফম চুংশাইনবা শেমহনা থমখি । লাংবচক্কী ৪৯০৮ নোংদালাইগী ১৮০০ খৃ: ১৮০৭ শা: ১৭২৯ চ. ৬০ চৈথাবা ৩২৪. শ্রীয়েমকোকপা শায়ামগী কুম অসিদা শ্রীপঞ্চ-যুক্তেশ্বর কার্ত্ত ভগ্যচন্দ্রনা শ্রীধামদা লেংলমলাইদা মচা ইবুংঙোশিংদা শিম্মরম্বা শ্রীভগবোন্ত চোক মাধোপাপু যজ্ঞ লিংথজ্জনা ব্রহ্মনা বেদ পাঠ তৌহনা শ্রীগোবিন্দজিগী চোরোল্লা কংলে ।

লাংবচক্কী ৪৯১০ নোংদালাই ১৮০২ খৃ: ১৮০৯ শা: ১৭৩১ চ: ৬২ চৈথাবা ৩২৬ লৈশাংথেম থারামগী কুমদা হায়নখিবগী মতুং ইন্না যুবরাজনা হায়, 'য়াম্বুং মহারাজ চহী ৫ গুরমাম্লে" হায়ন হঙ্গৎচৈ । ময়াম্বুং মহারাজনা হায় অসি নাওইননা থমহনা মরোল অমতা হায়দন, তুমিন্না অগুম মরৈ । ময়াম্বুংগী পুকচেল অহুদা মপুক্তা তাথিহনা যুবরাজ মারজিৎ মাগী লানশা থোংনেৎশা মংগে মরু খোদাংবা তোংহন মথুত্তা থাং অমা পায়হনা মনঙ্গদা টা ১ পোহনা সনা কোম্বুংদা কারক্লে । মনাও ইবুংঙো যুবরাজগী পুক্লিং রাথন থংহনা ময়াম্বুং মহারাজ নোংচুপ ফালোং রাইবুং পামহৈবা শগোল অমা তোংহনা সনা থুত্তা থাং পায়হনা মনাইশিং থয়না থোগল তৌহনা মংুং কাংজেবুংদা ভাইহনা লৈখি । যুবরাজ মারজিৎ অপনবা লৈতনা ময়াম্বুং মহারাজনা লৈরিবা সনানাক তম্না শগোল থোজল্লক্কুনা মচিন মনাও থাং হাইনহনা লাম্থেংনরে । যুবরাজ মারজিৎনা শগোল মথক্তা থাং হাইরম্বদগী নারোন্দা মনজন্দগী টা অহু শত্তুনা ময়ামবু তম্না হুপ্লল্লক্লে, পঞ্চযুক্তো টা অহু থকতোক্লম্লগা চোংশিন্দুনা মনাওগী শগোল পুক্লি ককথংলে । যুবরাজ শগোল মমাই লৈহনা চাংথোক্লক্লে, থুদক অহুদা পঞ্চযুক্তেশ্বরগী মনাই শ্রীললাম্বা, শ্রীথারোন মথোয় অনিনা চোংশিন্দুনা যুবরাজগী নীংহুদা টানা খিনথি । যুবরাজনা "লৈবাক মচাশা নথোয়দা ঐনা করি দোশ তৌখিবগে ক্ষেত্রিমচাগী ইথোদাং ইচিল ইনাও হায়নবা শোয়নবগী তৌনজবনি অমগা অমগা লানবা পারিঙেদা নারোন্দা হুরান্দুনা টা খিনবা হৌনবরা খুৎকল্লি হায়হনা করি ধর্ম্মনো মারজিত্তি য়াম্বুংদা থোইনা লান্দবনি" হায় অসি হায়বম্মগা শগোল মমাই লৈহনা খা মৈরম পাংনা শগোল কম্না থোহন চেনখি ।

থোঙান্দা কৈথেন কম্বী হন্নবী ১না তৌরকলিবা মওং অহু উবদা হায় "নহা মচা নংনা তোংলিবা শগোলহু শাবন পুক্লি তংলে শগোন্দি কম্না থোরি কদাই তান্না চংকে লাক্লিবা" হায় অসি তাবদা যুবরাজ শগোন্দগী কুমথহনা শগোলগী পুক্লি য়েংই । থাংফম লৈরম্মী অতংপা মফম অহুদা, য়াম্বুংনা ককথংখিবা ওইরে ভত্তি তংকাত্তনা হায়না রাথন তৌরিঙৈদা হংত্তি 'ইবুংঙো নংবু নথ্বাই মুংভাইতনা অরা অনা নংহনা চংপগী মতৌগুম্না তৌই, কদাই তান্ন চংকে তৌরিবা" ? ইমা ঐ ময়াং কশার য়োরগ তৌবনি । "হী: করি রানো মহুদি লম্বী ওঙ্কারে, লম্বী অসিদি কবো ঔরা লৈবাক চংনবা লম্বীনি করিগী অহুক ফিংনা মফম মরাং তায়োননা লাক্লিবা অহুক

চাওরবা নগাক্না লম লৈকাই কদাইদ। লৈবা মফম কদাইদগী লাক্লিবা মমাং লৈরক্লে। চংক্লনি হায়বা নগাকপু নশাদা কল্লিমত্তা চানা থকনবসু উদে লাওদমাম্লে নহা মচা নংমু বুদ্ধি তাখো। নংবু কনানো নশা অহু য়াম্না রানা উত্রে ভাইথো। নৈগীদা ভাইহংক্ত পোংথাখো চানা থক্লবা ইমা থোরাংবিগে" হায়না হন্নবী অতুগী ময়ুমদা পুশিন্দুনা চানা থকনবা লাচুনা পীজরে। মতুদা যুবরাজনা হংভি ইমা নংবু কয়ুম্লো ইমাগী মিংবু কল্লি কৌবিবগে নচা নিপা কুপী থক লৈত্রা? "ইবুংঙো ইমাদি ইচা নিপা লৈজদে ইমানা সেবা তৌজব। ইপুরোইবগী লৌনা সেবা থুপখ্রে। ইমাগী গর্ভদা থা ৫ পুদুনা থমম্বা ইচানুপী অমত্তং লৈজল্লি মপা মশক থংহৌত্রবী মরাইবক লিম্নবী ইচানুপী অমত্ত লৈজরিবা অসিনি"। ইমা মমিং কল্লি কৌই ইমাথোয়গী য়ুম্নাক্না কল্লি য়ুম্লো? ইবুংঙো য়ুমদি কোইজম্নি ইমানা লৈবন কিয়াম তাবী কোইজম য়ুমদিন্নবী তোম্লেমা কোই, নচমগী মমিংনা ইন্দুমালা কোই। উম থওঙে ইমা অতুদি ঐ চংলগে মফম অসিদা ঐ কুইনা লৈবা যাদে। রা অসি তাবদা হন্নবী অতুনা চেংপাক চিনি থরগা য়োমহুনা সিন্নগা যুবরাজ মার্জিং চংখি।

মারজিৎ যুবরাজ শগোল তোংহুনা নাকোই লম্বী চত্তুনা তোংজৈ মখিম তাখিহুনা ময়াং কশারদা লৈবরে। মতুদা মমাক নিংথৌ মধুচন্দ্রা হাংখি হায়রবগী মলোম্না ময়াং নিংথৌ গোবিন্দ্রাম্না যুবরাজ মারজিৎপু লৈবা য়াদনবা থোরাংলকই। যুবরাজ মারজিৎনা মরম অতু তারহুনা মফম অতুদগী চিংহং য়োনা লাক্লে, মতুং অগোরতোলা, কুমিল্লা, চান্দিগাও মথং মথং লাক্লুনা ঐরা কোক্তু য়োবক্তুনা ওবাগী যুবরাজ ইয়েঙ্গা মকপ শাম্নহুনা মফম অসিদা লৈরে। ইয়েং যুবরাজগী মফমদা মারজিৎ যুবরাজনা মাগী মরমগী অরা অনা পুন্নমক তমহুনা লানবাংনশি হায়না রাব্রেপ রাশক্লহুনা লানমীশিং খোমহুনা ঐরা লৈবাক্তা মতম থরা লৈখি শিপথক্যুক্ত যুক্ত মহারাজ নোংচুপ ফালোক রাইরং পামহৈবা য়েক্লা তিংথং লৈতনা মণিপুর লৈবাক্তা লৈবাক মন্না তপ্পা ইবেম্মশিংনা সনা পুক্লিং মুংঙাইনবা সেবা থোগল তৌহুনা গোবিন্দগী সেবা কাইদনা কংহুন। রায়েন থোদা নোংদমহুনা পাম্লে।

লাংবচক্কী ৪৯১৫ নোংমাদাইগী ১৮০৭ খৃঃ ১৮১৭ শাঃ ১৭৩৬ চং ৬৭ চৈথাবা ৩৩১ নোংমাইথেম অনুবগী কুমদা ইয়েং যুবরাজনা হায়, পোইবৈ মৈতৈ লৈবাক্কী যুবরাজ নঙ্গী নত্তেং পাংনবা ঐনা ঐগী লানমী ২০০০ (লিশিং অনি) পিরবা অসিনি ঐগী মখমদি তৌজিক নঙ্গী নফমদা তম্মরোই ঐগী মতম অতু শেইরব মতমদা নঙ্গী নফমদা হায়গে লানমীশিং অসি পুহুনা নঙ্গী নিংবা হুংনবা পোবং লম্বী তৌরুরো নং ঐ হায়নবা অসিদি শোইনগদ্রশি" রা অসি হায়লহুনা যুবরাজ মারজিৎকী মফমদা ঐগী লানমী লিশিং অনি থুংলাইগা লোয়নন পুংশিনহুনা পীরে। মারজিৎ

য়ুবরাজ ঔরা লানমীশিংনা লোয়নহুনা মণিপুরদা লাম্নারক্লে, পাও অসি পঞ্চয়ুক্তো চৌরজিৎনা মৈতৈ লানমী ১০০০ (লিশিং অমা) গা শ্রীলামাম্বা, শ্রীথারোন অনিনা পুহুনা ঔর লান্দরকপা ঙাক্নদবগী তুমু তাম্না চংহুনা লান ঙাকই। মফম অসিদা ঔরাগা মৈতৈগা লান কম্না শোক্লরে, ৬মিৎ ৫ নি শুবা মুমিত্তা ঔরানা হেক্ললক্লে থুংলাই মশিং হেনখিবনা মৈতৈ লানমী য়াম্না শিজললহুনা নিংহন্নরে। ঔরানা তকশিন্নকপনা ককচিং চৌংশাং, নিংঙেন অকোইবশি থুংনা ঔরা লানমীনা শিনথুংখ্রে। পাউ অহু পঞ্চয়ুক্তোনা তাহুনা লানমী ১০০০ (লিশিং অমা) গা লোইননা চত্নুনা লৌশি লমহাংদা পন শাহুনা পঞ্চয়ুক্তো মহারাজবু ঔরাগী লান ঙাকুনা লৈরে। ঔরা লানমী মৈতৈ লানমী অসিনা ঐগীনি মশিনা মীগীনি মশক খংনদনা অকি তুজুং লৈতনা লান শোক্লে। ঔরা লানমী মৈতৈ লানমী মশিং খংদনা পংশি শিনরে, ঔরানা য়াম্মনখিবনা মৈতৈ লানমী তাকশিন্নক্লে ঔরা লানমীদি শিখি হায়বা খংদবা লেমহুনা লৈ, মতমহুদা পঞ্চয়ুক্তো মহারাজ য়াঙ্গোই শগোল তোংহুনা ঔরা লানমী মরক্তা থৌজনখিহুনা ঔরাশিংগা কম্না লান থেংনরে। ঔরা মশিং খংদনা শ্রীয়ুক্তোনা পল্লিং পনমাং ফাওনা শগোল থৌজন্দুনা ঔরা লানমী হাংলক্লে ঔরাগী লানমীনা য়াম্মনখিবনা শ্রীগী উপাই লৈখিদ্রে ঔরা লানমী পুন্থনা মরোল ১০ তরা থোক্ল কোইহুনা শ্রীবু তুংবুন লিফানব-শুমখি। কনা য়েংবা উখিদ্রে সনা হকচাং চাকথবনা শয়েং পাম্বোম হাইগংপা য়াখিদ্রে শ্রীয়ুক্তোগী উপাই লৈরক্রে। ঔরানা কোইশন্নহুনা লেমৈ ঙায়োক চফুদা লেমৈ ঙাবু ফাবশুম্না শ্রীবু ফাগদবগী থৌন্নাংখ্রে। নাশোল অদু উদুনা পঞ্চয়ুকতো মহারাজ ঔরা লানমী মরকতগী শগোল মমাই লৈদুনা শাজৈ কারম থাদুনা ঔরা লানমী মরকতগী চেম্থোক্লকুনা সনা কোম্মুং য়ৌনবা চেনখৎলক্লে। শ্রীয়ুকতো মহারাজ সনা কোম্মুং মমুংদগী থুৎপাই চেৎপা মনাই থরগা পুদুনা ময়াং কশার য়ৌনবা চেনখি। চৌরজিৎ মহারাজ নোংচুপ ফালোক বাইরং পামহৈবা মীগী হৌবিমল খংদবদগী নিংথৌ থুবম মাংখি। চহী ১০ মপুংনি মচেত্তা চহী ১১ পাল্লম্মি।

পঞ্চয়ুক্তো চৌরজিৎ মহারাজগী য়ুম : ১) শ্রীমতি খায়োইরোল লাইশ্রম চনু থোনাং লাম্ববীনা শ্রীসনাহল প্রশাদ সিং পোকই। ঈ তাদে।

২) শ্রীমতি ঙাংবম চনু অপাম্বীনা সেনাপতি বৃন্দবোন তাবা পোকই।

৭৬) শ্রীমতি থুমপোং চনু নহানা শ্রীসনা তৃভুবোনজিৎ পোকই।

৪০) শ্রীমতি থুমপোং চনু য়াইমনা শ্রীসনা মারজিৎ=রামসিং পোকই ঈ তাদে।

৮) শ্রীমতি থুমপোং ময়ুম চনু অহন্না শ্রীসনা তিলাপ্তাবা পোকই ঈ তাদে।

১০) শ্রীমতি নোংথোনবম চনু নহানা শ্রীসনা ইন্দ্রময়ি পোকই ঈ তাদে

২১) শ্রীমতি ওইনাম চনুনা শ্রীসনা মীতৈ তাবা পোকই ঈ তাদে।

১৪ ) শ্রীমতি লাইশ্নিকলেংবম চনুনা শ্রীসনা রনজিৎ পোকই, সনা চহী অহুম হায়নসু কৌনৈ।

৪৪ ) শ্রীমতি নোংম্নাইথেম চনুনা শ্রীসনা শিলোং তাবা পোকই।

৪৫ ) শ্রীমতি খেত্রিময়ুম চনুনা শ্রীসনা নোংদিয়াচান পোকই।

৪২ ) শ্রীমতি শলাম চনুনা শ্রীসনা মেত্নু সনাপম্বি পোকই।

মচা ইবুংঙোশিংগী মুম: শ্রীবৃন্দাবন তাবনা শ্রীমতি মাইবম চনু লোকুনা ইবুংশি য়ায়ো য়াইক্ল লাকপা পোকই।

তৃভুবোনজিৎনা ইবেম্মা ২ পান্নৈ শ্রীমতি য়াইখোম চনু অহন্না ইবুংশি বৃধবিরজিৎ পোকই। ঈ তাদে। শ্রীমতি থাইদেম চনুনা ইবুংশি কলা পোকই যাত্রিবোন্দ লৈথি।

কলানা থাংজেম্নম চনুনে হাওবম চনুনে ২ মা পান্নতুনা থাংজেম্নম চনুনা সনাহল পোকই। হাওবম চনুনা কোইরেং সনাগা খম্বাল সনাগা পোকই। কোইরেং সনানা গুলাপ সনাগা লৈরেনসনা —তিনশেন সনা, গোপাল সনাগা পোকই।

শ্রীসনা চহী অহুম রনজিৎ সনানা ইবেম্মা ৭ পান্নৈ ৪ দি মচা পোক্কে। শ্রীমতি লাইশ্রম চনুনা ইবুংশি ধাকা তাবা পোকই। শ্রমতি হাওরোংবম চনুনা ইবুংশি চাওবা পোকই। শ্রীমতি থিংবাইজম চনুনা ইবুংশি অঙৌ, ইবুংশি গোকুল পোকই।

# ৬৫ নং নিংথৌ মারজিৎকি পরম

লাংবচকী কুমশিং ৪৯.৫ নোংদালাই ১৮০৭ খৃ: ১৮১৪ শা: ১৭৩৬ চ: ৬৭ চৈথারোল ৩৩১ শুবা নোংমাইথেমবগী কুমদা শ্র.পঞ্চযুজেশ্বর মহারাজ নোংপোক বাইরং পামহৈবা মারজিৎনা নিংথৌ ওইয়ে ইবেম্মশিং ৩১ লোই ইবেম্মা ২০ দি ধার পান্দে।

১ ) শ্রীমতি মহারানী কোথরেল খোকচোম চনু সেম্বী পাওখু তম্বী জনাকিনা মচা ইবুংঙো যুবরাজ শ্রীখেরেন্দ্রজিৎ পোকই।

২৪ ) শ্রীমতি থাংজম চনু পুনবতীনা শ্রীসনা যুগেন্দ্রসিং পোকই রাংথৈরাকপগী যুবরাজগী অই।

৮ ) শ্রীমতি লাইথংবম চনুনা শ্রীসনা পরমান্দ পোকই ঈ তাদে।

৫ ) শ্রীমতি মহারানী খোকচোম চনু কোবরোল অনুবতীনা শ্রীসনা নরসিং পোকই ঈ তাদে।

১০) শ্রীমতি লাইশ্রম চনুনা শ্রীসনা কনহাইসিং পোকই, ভানুঘাট কঙ্গোলদা লৈ ।

১৮) শ্রীমতি নিংথৌখোংজম চনুনা সনা চন্দ্রহাশ যুবরাজ পোকই ।

২২) শ্রীমতি মৈয়েংবম চনুনা শ্রীসনা গুলাপসিং, শ্রীসনা ছত্রলসিং অনিমক পোকই ।

১৩) শ্রীমতি রাহেংবম চনুনা শ্রীসনা বৈকুন্থসিং পোকই ঈ তাদে।

২৫) ইবেম্মা অকোইজম চনু অপাম্বী ইন্দু হায়বী অসি শ্রীযুক্তোনা যুবরাজ ওইবা মতমদা লানজেং মাংওইনরকপদা মাইগৈ খংদনা চেনওমখ্রবদা থৌবাল কৈথেল্দা অহন ওইবী অমনা শ্রীগীদমক য়াংলো চেংজেন চয়োম য়োমতুনা থৌরাংতুনা শ্রীবু ময়াং কশার য়ৌঙমখিবা মরম অতুবু পঞ্চয়ুক্তোনা পাল্লবা মতমদা মীগী তৌবিমল কাওদনা নিংশিংলকুনা ইবেম্মা অসিবু পুক্লিং তাবী অপাম্বীমক ওইনা লৌতুনা অহনগী মতম ওইরবী থৌবাল কিয়াম লাম্ববী কোইজম য়ুমদিম্নখিবী তোরৈমা কৌবীগী লমন শিজে হায়না সনা পুক্লিংদা নিংতুনা তিলাং খোইজং খোইদানা লৌখি। শ্রীমতি কোইজম চনু অপাম্বী ইন্দুবালানা শ্রীসনা শ্যাম পোকই ঈ তাদে ।

২৭) শ্রীমতি অয়েকপম চনুনা শ্রীসনা বিরসিংহ পোকই ।

২৮) শ্রীমতি কোইজম চনু নহানা শ্রীসনা চন্দ্রশেন পোকই ঈ তাদে ।

লাংবচক্রা ৪৯১৬ নোংদালাইগী ১৮০৮ খৃ: ১৮১৫ শা: ১৭৩১ চ: ৬৮ চৈথাবা ৩৩২ লিকমাবা—শ্রীদাম ধনাগী কুমদা শ্রীপঞ্চয়ুক্তো নোংপোক রাইরং পামহৈবনা হৈশিংবা মনাই ৫০ থাতুনা ময়াং নিংথৌ গোবিন্দ্রামগী ময়ুম মৈ থাহন্দুনা গোবিন্দ্রামবু তান্থোকহল্লে । ময়াং নিংথৌনা মনাই অমা মুপীগী ফিরোন শেংহন্দুনা লাইশঙ মনুংদা থাজিন্দুনা লক্সি নরানবু লৌহল্লি। পঞ্চয়ুক্তোগী মনাইশিংনা উতুনা নিপা অদু মফম অদুদা অদুম লোইশিল্লগা লাই অতুশু মুলহৌরে, ময়াং নিংথৌগী মরল লৈবা খিবিক থোমতুনা মণিপুরদা পুরকুনা কংলরে। শ্রীনা হায়, “অকল অথো পুম্নমক সনা লুপা পুম্বা নখোই চংলুবা মথৈ লোইনা য়েন্নতুনা কংমিম্নৌ অসিদশু নত্তে ঐনা ওম্বা মনাশু পিখিনি অতুগা লাই অসিদি অমতা মঙাইবনিনা নখোয় খ্বায় য়েন্নবদশু মখোং থোকত্রে নিংথৌ ঐনা ফংজরগে মতিক চাবা মমল পিগনি” রা অসি হায়দুনা পঞ্চয়ুক্তো মহারাজনা লনগৈদগী সনা লুপা লৌখোকুনা মনাগী মশক ওইনা লাইগী মমল পিদুনা কুম অসিদগী সনা কোন্নুংদা লখি নরানবু লাংতুনা সেবা চংপা হৌরে ।

লাংবচক্রা ৪৯১৭ নোংদালাইগী ১৮০৯ খৃ: ১৮১৬ শা: ১৭৩৮ চ: ৬৯ চৈথাবা ৩৩৩ লোইতোংবম হরিগী কুমদা শ্রীপঞ্চয়ুক্তো মহারাজনা সনা কোন্নুং অকোইবা ঔরা লৈবাক্তগী মথুং হৈবা চেক চনবশিং কৌতুনা সনা কোন্নুং মনুং অকোইবা চেক্লা চন্দুনা কিলা শাদুনা য়াম্না চেকশিন্না লৈ। থাংওপাং অকোইবা মরাক্তা হান্নদগী লমনি পাকথোকুনা অকোইবা লুনা তৌখোকুনা ফজনা শেমজিল্লি

অবোইবা লৈপাল পাম্না রাংনা থোমগৎলি। মতুংদা থাংগুবাং অমা লময়েন থোক্তী ময়াদা থাক্রাং তৌদনা লৈপাল চাওনা থোন্দুনা শেম্মি। লমজাও শোরোক কাপ্তা হোৎবা উগী মশা থাদনা সনা কোক্রুং উনবা শেম্মি। মনাও ইবুংঙো শ্রীগম্ভিরসিংনা পঞ্চয়ুক্তোগী সনা চোরোল্লা লাকতুনা থুরম্মি, মদুদা মনাগুবু মিং থানা য়েংজম্মগা রা ভাংলমদনা শজাই মনুংদা লেংশিনখি। ময়াম্বুং মহারাজগী মিত্তা উবদা হল্লকতুনা ময়াম্বুং বিশ্বনাথ লাউজিগী মফমদা লাকতুনা মতৌ মওং অদু তম্মি। মদুদা মচিন মনাও খন্নে, "রামবুং মহারাজগী মিংয়েং অসিবু সনা কাংথা লৈহুন-ভিংদবগী মিংয়েং ওইনা তৌই ঐখোয়না লৈবশি সনা পুক্রিং কয়া হুংঙাইতবগুম তৌই রামবুং"। মনাওগী বা অসি তাবদগী মচিন মনাও হোৎনদনা মণিপুরদগী ময়াং লৈবাক্তা লেংশিনখি। মতম অসিদা শ্রীগম্ভীরসিংহগী সনা থোগল ওইনা অচোম লুরাংবনচিংবা মনাইশিং খরগা লোইনদুনা ময়াং কশারদা লৈখি। মতম অসিদা ময়াং কশারদা লৈবা মৈতৈ মচা লিশিং অমা কারে।

লাংবচকী ৪৯১৮ নোংদালাইগী ১৮১০ খৃ. ১৮১৭ শাঃ ১৭৩৫ চঃ ৭০ চৈথাবা ৫৩৪ লাইস্রম অমম্রাসিংগী কুমদা শ্রীযুক্তো নোংপোক লোইরং পামহৈবা মারজিংনা মবুধো সনা মহিদা লুক হৌদনা কংকনি হায়দনা সনামহিগী সেবা তৌজবা বামোন অনি অদুবু "সনামহি হায়বা ইদ্ধো অসিদি বামোন নখোয়গী লাই নত্তে ঐখোয়গী লাইনি ওসিমথৈ ঐখোয়না লাংচরনি" হায়তুনা সনামহিবু লাংহন্দরে। মতুংদা শ্রীগী ইবেম্মশিংবু মকোক মউ তুমহন্দুনা য়াম্না লুনা চেকশিন্না চাক থোংতুনা লুক চল্লি। লুক অহু চাও হায়বা য়াদ্রে মতুদা শ্রীযুক্তোনা "নখোয়না ভক্তি য়াওদনা থোং থাক্তুনা তৌরিবনি ইদ্ধোনা করিগী হারোইদগে" হায়তুনা মতুং অতুদা মচা ইবুংঙো ৮ বু অমুক নিংথিনা রালহৌহল্লে মতুগু হাও তায়বা য়াদ্রে। মতুদগী শ্রীপঞ্চয়ুক্তোনা মবুধোবু ভক্তি তৌনা লুক হৌতুনা নোল্লুকপা রাহৈনা হাইজতুনা মবুধোদা লুক কংলি, মতুদগু হাও হায়বা য়াদ্রে। মতুদা পঞ্চয়ুক্তোনা মিংস্না ইরা চেন্দুনা হাইজৈ "ইদ্ধো অসিরা লাইগী চংকদবা লমচং হায়বদো মীগীদি মচা মগুনা থোংবা থাকপা চাবি থকপী ঐখোয়গীদি চাবিদে মসি তৌবিনু তাইবং মীগী লমচংতনবু অচান মীরাই নাইবনি ইদ্ধোদি লাইনি হায়বদাই লাইনবু অদুম তৌবিবা হৌনব্রা নগুনা কংচবা অসি হাবিদবা তৌবিম্ন হাবিয়ু" হায়দনা নোল্লুকপা রাহৈনা পুক্রিংগী নমহাইনবা ওইনা হায়দনা মদ্ধোগা থংনৈ মদ্ধোগী মন্দির মনুংদা চংদনা। মারজিং মহারাজগী মতৌ অদু উবদা মবুধো শনামহিনা থংহল্লগে হাইদনা লাইশঙ মনুং অদুগী শক্তি ওইনা থোকখ্রে। লাইশঙ মনুংলোমদগী শক্তি অমা থোকখিবা অদু পঞ্চয়ুক্তোনা থংঙদনা শক্তি অতুগী মতুংদা অপ্পা অগুম ইন্দুনা লাকই। শক্তি অতু কংলাগী মনুং পাওনম ইরেন্দা চোংথতুনা লুপখ্রে। শক্তিনা লুপখিবা মফম অতুদা নিংথৌ চোংথতুনা ঈশিং মনুংদা লুপ্পুনা লৈখি। মী পুন্নমক

মতৌ অসি উবদা ইঙক ঙক্লে, করয়ো নিংথৌগু ঈশিংদা চোংথদুনা লুপখ্রে হায়দ্রনা তুরেলগী খোংবান্দা য়েংদ্রনা লৈনৈ। ঙাইহাক লৈরগা শ্রীযুক্তোগী নওয়া শক্তিগী মঙক্তা পুন্দুনা ঈশিং মঙ্গংদগী শক্তিগা লোয়নদুনা ফাওগৎলকুনা মবুধোগী লাইশঙ মহুংদা পুশিন্দুনা থম্লগা "ইবুধো লুক হায়বসি ঙসি নিনি হুয়ি শুরক্লে ইন্দ্রোনা হাত্রিবা মথৈ নওঙ চাথরোইদবনি ইন্দ্রোগী মহাপ্রসাদি নত্তবা" হা অসি হায়দুনা অমুক লুনা য়ায়া চেকশিন্না থোংদুনা মন্দ্রোদা কংলি। লুক অদু হাও চায়বা য়াম্রে মারজিৎ মহারাজগী ভজন শাধোক অদুদা সনা পুক্লিং হুংঙাইতবা অংাবা ওইদুনা মধোগী লাইশঙ মনুঙদা ওস্লোইনা কপ্পনা মধোগী মফমদা ভক্তি তৌনা হায়জদুনা লৈবদগী অরাবা হুংঙাইত্তবা রাথয়া থুত্তম চনথিদুনা পঞ্চযুক্তো মহারাজ মফম অদুদা অদুম চেপখ্রে। মদুদা মধোনা তাকপী "মারজিৎ মহারাজ নংনদি ঐবু নংনা থোংবা চাক চাদে হাইদুনা নপুক্তা ঐবু তাথিবা ওইনা নপুক্লিং অরাবা রাথলগা লোইনদুনা চাও হায়না পীজরি নংনা ঐবু তাথিবা তৌগনু। ঐ মথোয়না থোংবা মথেন লুক্কোই নত্তনদি অতোপ্পা য়ুম অমনা থোংবা মৈ চংবা চঙ্গাক্তি চাথ্ররোই হায়না নংনা তাপ্পোকথিবা বামোন অনিদুগা রাশক্রখ্রে। ঐনা নরসিং কিলাদা লৈরিঙৈদা বামোন অনিদুনা ঐগী সেবা ফংজবা ওইজগে মীরৈবাক বামোন মচা ঐথোয় অনিবু মণিপুরদা থোক্কুনা লৈজবা মতমদা ইবুংঙোগী সেবাবু ননাই ঐথোয়দা পিনবিয়ু হায়না ভক্তি তৌনা ঐগী ইকমদা চংলকুনা নারসিং কিলাদা নৈনা রাশকুনা মথোয়গী মফমদা হায়খ্রে। মথোয়না থোংবা নত্তুনা কনাগুম্বনা থোং থাকপা চাথ্ররোই অহিংবা নঙনা হাইদুনা বামোন অনিগী মফমদা ঐগী সেবা শিন্নখ্রে মরম অদুনা মথোয় অনিবু কৌশিন্দুনা ঐগী চাক থোংহল্লু। ঐসে বামোন্না লাংপা লাইনা অতোপ্পা লাই নত্তে ঐঙ মহাক্তি মচাকঙ ঐহাক্তি নংনা ঐবু থংনিংলবদি বৈকুণ্ঠনাথ, সঙ্কর হায়বা মশক অদুবু থংনবা থিজো" মরম অসি তাক্লগা মধো সনামহি সিংহাসন মথক্তা লেংশন্দুনা লৈথবগুম তৌনা উহল্লম্মগা মাংথি। পঞ্চযুক্তো মহারাজ মারজিৎ থুদক অদুদা মমিং পাংথোক্কুনা মধোগী মফমদা ভক্তি কল্লম্মগা বামোন অনিবু কৌশিন্দুনা মধোগী সেবা অমুক হন্না পিরে। থাবোন অনি অসি অমনা শামুরাইলাংপম য়ুম হায়না ওইখ্রে। অমনা লৈহাও-থাবম হায়না য়ুম ওইদুনা লাইনিংথৌ সনামহিগী সেবা তৌথি।

লাংবচকী ৪৯১৯ নোংদালাইগী ১৮১১ খৃঃ ১৮১৮ শাঃ ১৭৪০ চ. ৭১ চৈথাবা ৩০৫ শিলাই-রিকয়েংবম থেমরামগী কুমদা ঔবা লৈবাকী ইয়েং যুবরাজনা শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজ মারজিৎকী মফমদা লান পাংনবগীদমক ঔবা মচা থরনা লাইরিক অমা পুরকদুনা পিরে। মরমদি ইয়েং যুবরাজ অসি মপু ক্লং চিংনবা লম্বী অমা ওইনা মতম পুম্নমক্তা লৈরকই। ঔবা লৈবাক অদুগী মন্ত্রী মন্ত্রি অসিনা লোনহাই লোনচংনবগী লম্বী ওইনত্তু মতম পুম্নমক্তা মাগী মমিত্তা উঠ রায়েন

খিচারনচিংবগী 'মরমগী' কনাগুম্বগী 'মর' লৌবা 'তাবা লৈতেমা মানা নিংবা লম্বী অতুদা নমথেক মখহাউমনা হেক হেক বায়েন্দুনা মউ মন্ত্রি অসিনা ঐরা লৈবাকপু ইগুপ গুপ্না পানবগুম ওইনা ঐরা লৈবাক অতু লৈওন্ব। মরম অসি করিননো হায়না মপুক্তা য়াম্না চিংনবা মশক অমা ওইনা লৈ। 'মরম অসিগীদমক মানা নিংতিবা থবক মরম অতু পাংথোক্লবা তৌরগে হায়না নিংলবগু মতৈমা মহারানীগা মন্ত্রি মিউগা লৌতুনতুনা লোম্নহাই লোমচংনবা অতুগু তশেংনা মহাকমক্লা খংদবগুমগু তৌতুনা তশেংবা লম্বী খঙদবগী মতম পুম্নমক্তা মাগী মী থাতুমা লোম্না য়েংতুনা লৈ। মোংমদি ইয়েং যুবরাজ অসিনা ম্নংদাং অথোবদা শান্তানবা চংলুবদগী হল্লকপদা কোন্নুং মন্নুংলোমদা মথন্তা তুমিন্না শমতুনা লাকই। ঐরা কোন্নুঙ্গী মনুং থাপ্রা পাম্বী ময়াম্দা মতৈমা মহারানীগা মন্ত্রি মিউগা কন্নিয়তুনা লৈরম্বা থেংনরে। ইয়েং যুবরাজ অসিনা মিউ মন্ত্রিবু ফাগে হায়তুনা চংশিন্নক্লে মতুদা মতৈমা মহারানী অতুনা মা মনিং মমাং ওন্ননা লাওরক্লে, "ইয়েং যুবরাজনা মতৈমা এবু ফাতুনা পুরে ঐরাশা ঐবু কল্লু" হায়বা রাভাং অতু তাবদা ইয়েং যুবরাজ ভকচম্নেতুনা ভাইহাক লেপ্তুনা লৈ। খুদক অতুদা মিউ মন্ত্রি কোন্নুং মন্নুংদগী চেনখিতুনা ময়ুম য়ৌনবা চংখ্রে। খুদক অতুদা কোন্নুং মন্নুংদা লৈবা ঐরাশিং চেম্থোক্লকতুনা থাপ্রা মথোং থোবা মতমদদি মতৈমগা যুবরাজগা লৈরম্বতু উবদা মা ভাংবা ওমদনা ঐরাশিং অতু অতুম লৈরে। মতুদা যুবরাজ ইয়েং মা চাংদনা মফম অতুদগী থোরকতুনা "ঐগী থবকী মুন্নিং গুরে ঐবু ঐরাশিঙ্গী মমাংদা নত্তবা লম্বী চংপা মী ওইনা থজহন উকনখিবগী লমন ধর্ম কৌবা লাই নংনা নোংদম্বা ওইয়ু" হায়থল অসি তৌতুনা মাগী লানমী ময়াম মক্তিক চানা খোম্মতুনা ঐরা কোন্নুঙ্গী নোংচুপ থংবা ইরাবতী তুরেল মাংমদা লৈবা অনোকম্যো হায়বা কোন্নুঙ্গী কিলা মন্নুংদা চংতুনা লানগী লানবন ওইনা লৈ মরম অসিগীদমক ঐগী মতম শুইরে মফম অসিদা হোংদোকতুনা লৈরে, হায়নখিবা মতুং ইন্না শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজনা মৈতৈগী লানমী পুখিরকতুনা লানবাংখিরো" হায়না ল।ইরিক পিরে। লাইরিক্কী মরোন তাবদা হায়, ঐরা তোকতা শাবশা নখোয় হল্লো ইয়েং যুবরাজনা হায়রকপা মরম পুম্বা লোইনা ঐনা থংলে সোম্নদনা লাক্লমি হায়না তম্মু" সন য়াগং অসি হায়তুনা ঐরা তোকতাশাবশিং হনখি। পঞ্চযুক্তো মারজিৎনা অওম্বসিঙ্গা মরম অতু থম্নে। অওম্বশিংনা হায়, "নিংথৌনা লৈবাক থাদেতুনা মীবৈবাক্তা লান পাংবা সনা খোংলেংবা হৌনদে তৌবিগন্নু" হায়না অওম্বশিংনা থামতুনা শ্রীযুক্তো লেংপ্রে লানমী থাখিবগু তৌদনা মরোল অমতা থংহন্দনা তুমিন্না কুম্বংনবা লৈথোক্লে।

অনোকম্যো কোন্নুঙ্গী কিলা মন্নুংদা লৈতুনা মৈতৈ নিংথৌ লাকখিনি হায়তুনা তৌগৎবা থবক তৌতুনা ইয়েং যুবরাজনা মৈতৈ নিংথৌ মারজিৎপু থা অনি চুপ্না ভাইতুনা লৈ। মৈতৈ

নিংথৌশু লাক্লে ঈ পাও অমশু তাদ্রে মহুদা ইয়েং য়ুবরাজনা মাগী লানমীশিংদা খুৎলাই পীহুনা লান্দানবা তৌরো হায়বা য়াথং পীরে। মতম অহুদা ঔরা নিংথৌনা মিউ মন্ত্রিবু থাহুনা মনাও য়ুবরাজবু কৌরু হায়না থারে। মিউ মন্ত্রিনা মাগী অকায়বা লমচৎ অহুনা য়ুবরাজবু কিহুনা ঔরা লানমী খুৎলাই পায়বা ৫০০ (চামঙা) গা লোইনহুনা অনোকম্যোরোমদা লাক্লে। ইয়েং য়ুবরাজনা শাওহুনা মাগী লানমীশিংবু নোংমৈ পংকাপ কাপহন্দুনা নোংমৈ মরুনা পান্দুনা মিউ মন্ত্রিগী লানমী য়াম্না শিরে; মিউ মন্ত্রিশু মাগী লানমীশিংদা নোংমৈ কাপ্লু হায়না য়াথং পীহুনা লানমী অনি অসি খুৎলাই মরু থোক্লা কাপ্লহুনা লান ওইনা শোক্লরে। ইয়েং য়ুবরাজগী লানমীদি থোইনা শিরে, কিলা মমুংদা লৈবা মিউ মন্ত্রিগী লানমীদি মশিং থংদনা শিহুনা মাগী তেঙ্গোল কাযরে থুদক অহুদা ইয়েং য়ুবরাজগী লানমীনা কিলা মমুংদগী মপান্দা থোক্লুনা মিউ মন্ত্রিগা লোইননা মাগী লানমী থরা লৈহৌবা অহুগা কোইশিন্দুনা ইরাবতী তুরেল মপান্দা হি তোক্লে তৌরিঙৈদা চংনা ফাহুনা য়ুবরাজনা লৈরিবা কিলাদা পুরক্লুনা পিরৈ। থুদক অহুদা য়ুবরাজনা শাওহুনা মিৎয়েং অমা য়েংখি, মহুদা মনাই থরনা চোংশিন্দুনা মন্ত্রি মিউবু মক্কম অহুদা অহুম লোইশিনখ্রে। ইয়েং য়ুবরাজ মুমিৎ থরা ময়াম্বুং নিংথৌ মতৈমা মহারানীগী ইপাও তাহুনা মক্কম তহুদা লৈরম্মগা মতুং অহুদা ঔরা কোনুং মমুংদা চংহুনা নিংথৌ থুবম লৌরে। মহারাজ ঔরা নিংথৌ ইয়েংনা ময়ামবুং মহারাজবু ঔরাগী লাইগী মতৌগুম্না মুমিৎ খুদিঙ্গী পুকম লৈপাইনা ইয়েং নিংথৌ মানা চাবা মথেন লুকোই শেৎপা ইনবা মরম অহুগা মাম্লনা মরম অমতা রাংহনবা তৌদনা মুমিৎ খুদিঙ্গী তমহুনা অনৌবা য়ুম অমা শাহুনা মবাম্বা নিংথৌবু থম্মি। মতমা মহারানীবুনা মচৎ নাইদত্তা লমচৎনা লৈজেংবা মশক্তি ম খা পোম্না মাইথিবা ফংনা পুক্লিগী মতম লেনবা তৌনৈ হায়হুনা মশম মরু কোক্লুনা মবান্নবগী মথা পোনবী ওইনা তান্থোক্লুনা চৎহনখি। মতৌ অগুম্না নিংজবা লম্মী তানঙমজহুনা ঔরা লৈবাক্কী নিংথৌ ওইহুনা পাম্লে।

## ঔরা লান ৯ শুবা

লাংবচক্কি ৪ ১৯ নোংদালাইগী ১৮১১ খৃঃ ১৮৩৮ শাঃ ১৭৪০ চ. ৭১ চৈথাবা ৫৩৫ লাইরিক-য়েংবম থেনারামগী কুমদা ঔরা নিংথৌ ইয়েংনা মপুক্কা মৈতৈ নিংথৌ মারজিৎপু তাখিরে। ‘মৈতৈ নিংথৌ মারজিৎ অসিদি মচীনগী অংপ্পা লৈতবা রাশক্তি মথা পোম্না চত্তবা মৈতৈ নিংথৌ মচা ওইরে মানা লংক্রবশু ঐগী থবক্তি তৌরোইদবা নত্তে ঐ লাকপদা থুদোং কয়া চাদ্রে হায়বা মরোল অমতদি ঐঙোন্দা থংহনবা য়াই, অহুবু থৌজিক ফাওবা মৈতৈ নিংথৌগী ঈ পাও মরোল

অমতা তাইন থংহনবা লৈতে মাদি ঐবু কাওথ্রমাক্লে। মীথ। পোল্লমদগী মীথক থংলকপা অছুদা মরুপ্পী হায়বগীদমক্তা ঐনা ঙম্বা থৌরাংছুনা মাগী উপাই তৌবনি, ইয়েং ঐগা চৌরজিৎকা করিগুম্বা নুংঙাইনদবা মরম লৈবগু নত্তে মাগ। মরুপ শান্নবদগী মরুপ মাগী য়েক্লবদি ঐগীগু য়েক্লবনি হাইছুনা মরাল লৈত্তবা চৌরজিৎপু মাংনবা ইয়েং ঐনা ঔরা লানমী থোমছুনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দাহল্লুবদগী চৌরজিৎকী নিংথৌ থুবম মাংখিবনি। মচৎ নাইদবা মারজিৎ বিপামচাগী রাঙাং অবেপ্পা লৈত্তবা মহাক থক্তা নয়াম্বগী অরাবা তাখিব। অছুগী লমন নঙ্গী নফমদা ঐ অমুক শিঙ্গে মরুপ নি'দবা" হায়না মপুক্কে। শাগ্রনা ঔরা লানমী ৫,০০০০ লাক্ক অছুম মতিক চাবা খুৎলাই পিছুনা মণিপুর মথক মথা ওল্ল হায়ছুনা থায়ক্লে। ঔরা লানমীনা শিথোং, নিংঙেন, নোংদম, কৈথেলমানবী, ককচীং চীংখোং ময়া অকোয়বা ঔরানা কে'য়না লান্দারক্লুনা মৈতৈ প্রজাবু অশোন অনা অচল লমন অঙাং কাওবা থাক্কনা য়ৈছুনা চৈছুবা মাংহল্লক্লে। মছুদা শ্রীপঙ্কযুক্তো মহারাজ মারজিৎন লানমী তেঙ্গোল প্রজা য়াবমথৈ থোমছুন। ঔরাশিংবু ঙাক্লবা হোৎনবা ঔরা লানমীনা য়ামখিবনা ভম্পাক অকোয়বা শিন্ন' থুংনা কোয়শিন্দুনা লান্দাখিবনা হানখিবনা ঔরা লানমীশিংবু মাইগৈ শিন্ন। ঙাকপা ঙমখিদ্রে। মাইগৈ অমরোমদা ঙাক্লিভৈ মাইগৈ অমরোমদ। ঔরানা প্রজা অশোন অনা য়ৈছুনা হাৎ থিন্দুন। চাইথাইছুনা অরাবা ফংবগী মীকপ মীরাওথোক্ল। লৈবাক অসিগী থুঙ্গং যুমথোং শিনবা থুংপ্রে। ঔরাগী মৈচাক অসিদা শ্রীপঙ্কযুক্তো মহারাজ নোংপোক ফালোক রাইরং পামহৈবা থাংবা ঙমদ্রছুন। মনাই থরগা লোইনছুনা ময়াং কশার য়ৌনবা চেনখ্রে। থুদক অছুদা ঔরাশিংনা মারজিৎপু ফংনবা তাল্ল হায়রছুনা ভ্রাগী থোঙ্গুল লিছুনা ঔরা লানমীশিংনা তান্নরকপনা শিলোংকী চিংথৈ পাংবা লম য়ৌনা ঔরা লানমীনা লান্দারকতুনা তিলান চীংথক ফাওবা ঔরা লানমী পৈছুনা লৈরে শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর মহারাজ মারজিৎনা মরুপপু মশক থংদবা মরমদগী নিংথৌ থুবম মাংখি। চহী ৭ পাল্লম্মী।

লাংবচক্তি ৪৯২১ নোংদালাইগী ১৮১৩ খৃঃ ১৮২০ শাঃ ১৭৪২ চঃ ৭০ চৈথাবা ৩০৭ মোইরাং খেনারামগী কুমদা মারজিৎ মহারাজনা ময়াং কশারদা লৈখ্রবা অসিদা ঔরানা লৈবাক ঙাক্লবা হায়বগী থরছুন। ঔরা নি'থৌ ইয়েংনা হুইদ্রবা শুবল লাইফম্লাকপবু লৈবাক ঙাকহল্লু হায়রক্তুনা কুম অসিদা লৈবাক ঙাকখি।

## ৬৬ নং লৈবাক ঙাকপা হুইদ্রবা শুবোল

লৈবাক ঙাকপা হুইদ্রবা শুবোল লাইফম লাকপা লৈবাক ঙাকপা কুম অসিদা শিরে।

## ৩৭ নং শ্রীসনা য়ুমজাওতাবা

পঞ্চযুক্তো মধুচন্দ্র মহারাজনা পোকপা শ্রীসনা য়ুমজাওতাবা পিতম্বরসিংনা লৈবাক ঙাক্লে। পাণ্ড অমি শ্রীগম্ভীরসিংনা ময়াং লৈবাক্তা তাহনা লাংবচক্তী ৪২২ নোংমাংলাইগী ১৮১৪ খৃ ১৮২১ শাঃ ১৭৪৩ চঃ ৩৪ চৈথাবা ৩৩০ খে.কচোম খুলিজী কুম অসিদা লাকুনা শ্রীয়ুমজাওতাববু শ্রীগম্ভীরসিংনা তাম্থোকখ্রে।

## ৩৮ নং শ্রীগম্ভীরসিংনা মণিপুর লৈবাক ঙাকপা

শ্রীগম্ভীরসিংনা মণিপুর লৈবাক ঙাক্লে। মতুং থা ৬ কী মতুংদা শ্রীভদ্রসিং রাংথৈয়াকপগী ইথেলা থাংজম চন্দ্র হরি মন্ত্রিনা পোকপা শ্রীযাদোনসিং=যদুসিংনা ওয়াগা লোতুনদুনা শ্রীগম্ভীরসিংবু অমুক তাম্থোকখে, থা ৭ লৈবাক ঙাক্লম্মি

## ৩৯ নং নরসিংগী পুরুপ যাদোপসিংগী পরম

শ্রীযুক্তো লোকাং পুরেল যাদোপসিংনা নিংথৌ ওইরে। ইবেমা লিকময়বম চন্দ্র পাম্মনুনা শ্রীযাদোপসিং (পদ্মাসিং) না যুবরাজ ওইদুনা ঔরা তেঙ্গোল লানমীশিংদা লোইনদুনা শাঃ ১৭৫০ মনুংদগী চৌমা পাম্লে। মনাও ইবুংঙো শ্রীতখেল মিংলাওসিং, শ্রীগুনোসিং ইথৈলনবা অসিন চিংবা লৌখিয়ে।

শ্রীপ্রেমতোন সাহেব, শ্রীগিরান সাহেব, শ্রীইস্কোট সাহেব অহন্না শিকাই থম্লগা লোইনদুনা শিলোংলোমদগী কশাররোমদা লাকপদা ঔরা লানমীশিং থহনৈ। ঔরাশিংগী লমচৎ ৮ং শি তৈত্তবগুম্বা মতৌ মখং অদু উবদা সাহেব অহম অসিনা মগুক তাথিদুনা মখোয়গী লোইনরকপা শিকাইশিং অপুনা লাথং পিদুনা ঔরাগা বৃটিশ মখোয়গা অহমগা লান কন্না শোক্লয়ে। মানগী পাও অসি শ্রীযুক্তো মহারাজনা তারদুনা মনাও ইবুংঙো শ্রীতখেল মিংলাও, শ্রীগুমো ইথৈহনবা অমিবু ঔরা তেঙ্গোল অচৌবগা লোইনদুনা ঔরা লানমী তেঙ্গোলগী লুচিংবা ওইনা লানমী পুদুনা মণিপুররোমদগী থাজিল্লকই ঔরা তেঙ্গোল অচৌবা তিলান চীং য়োন্দুনা চীংথক অদুদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈরে। ঔরাশিংগা সাহেব লোক অমাং অতা থংনদনা লান কন্না শোক্লে, ঔরাগু য়ান্না শিরে সাহেব-লোকি সিফাইশু য়ান্না শিরে। লান অমি ঔরাশিংনা অমাংবা চীংথক্তা লৈরম্মা কাপকরকপা

নোংমৈ মরুনিবা লম ভাম্না শাম্না চংপা হেন্দুনা বৃটিশ শরকারগী খুদোং কয়া চারক্রে। শরকারগী সিফাই লানমীশিং লান কাইনিং কাইনিং তৌরক্লে। খুদক অতুদা ঔরা লানমী থরা মথারোমদা হাইথরকুনা শ্রীযুক্তো ইস্কোট সাহেবপু কোইশিন্দুনা ফাহুনা তিলান চৌংগী লানবন অচৌবা য়োনা পুখ্রে। লান অসি মৈতৈ লান্দা থোবা অকল ময়াম খোক্‌না য়েংহুনা লৈ। মতুদা শ্রীযুক্তো গিরান সাহেব শ্রীযুক্তো প্রেমতোন সাহেব অনিনা হায়, "মৈতৈ নিংথৌ মচা কনা কনা লৈ ঔরাশিঙ্গা লাম্থেংনবা ঙমগদবা"। রা অসি তাবদা শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিং, শ্রীযুক্তো নরশিং মচিন মনাওনা "নখোয় সাহেব লোক্না খুংলাই রাস্তনা মতিক চানা পিরবদি ঐখোয় মৈতৈনা ঔরা তেঙ্গোল থুগাইবা লাইনা ঙমগনি"। রা অসি তাবদা সাহেব লোক্না খুংলাইদি র'স্তনবা মতিক চানা ঐখোয়না পিগনি নখোয় মৈতৈ সমাজনা লান পাংবিগে হায়রবদি" হায়না ভাংনহুনা বৃটিশ সাহেব লোক্না মৈতৈ লানমী পুম্বগী খুংলাই থৌরাং তৌহুনা রাস্তনবা পিরে।

লাংবচক্কি ৪৯২৩ নোংদালাই ১৮১৫ খৃ: ১৮২২ শাঃ ১৭৪৪ চ: ৭৫ চৈথাবা ৩৩৯ হাওবুজাম্বা হোংবগী কুমদা শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিং, শ্রীযুক্তো নরসিং মচিন মনাওনা মৈতৈ অকল অথৌ ময়াম খোমহুনা সাহেব লোক্কিদমক লান পাংডি। শ্রীযুক্তো মচিন মনাও শগোল অমমম তোংহুনা মতিক চাবা থাং টা, অরাম্বাই, শগোল নাক য়েং ওইদা মবুক থম্না হাপ্পুনা অকি তুজুং লৈত্তনা ঔবা লানমী মরকক্তা পন্নিং পনমাং ফাওনবা শগোল কোইথৌ খৌহুনা অরাম্বাই তেনবু হুন্দুনা ঔবা লানমী চাইথাইহুনা ঔরাশিঙ্গা মথুক্তগী শ্রীযুক্তো ইস্কট সাহেপ্প পুরক্কুনা সাহেবলোক অনিগী মফমদা খুংশিন্নন পিরে। ঔরাগী তেঙ্গোল অচৌবা তিলান চৌংথকতি থুগাইবা ঙমক্রি হায়। মতুদা সাহেব লোক্না য়াম্না থাগংলে। শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিংনা হায়, ঔরাগী তেঙ্গোল অচৌবা শারিবা মফম অসিনা লম থরা বাংবনা মখোয়না খুদোং চাবা য়াম্না হেন্নে, লানবন অসিবু থুগাইনবা মরমদা বোম তোপকুম্বা লৈরবদি থুগাইবা লাইনা য়াগন্রা হায়না থল্লি"। রা অসি তাবদা সাহেব লে'ক্না তুরবিন থাহুনা মফম অহু য়েংলকই, শ্রীযুক্তোনা হায়বা মরমগা করিমত্তা খেংনক্রে মতুদা সাহেবলোক্না তুরবিন্দা উবা লম অহু ভাবনা অন্দাজ তৌহুনা গজ মশিং লাক্কুনা মফম অহুদগী তিলান চৌ'দোন ফাওবদা লম অগুক্কিমথৈ থাম্লি হায়বা অহু থংদোকপা লোইহুনা তোপ পুথোক্কুনা নোংমৈ হিদাক হান্দুনা মৈ থৌরি পাল্লে। মৈনা চুহুনা সাহেব লোক্না তোপ অহু কাপতুনা তিলান চৌংথকতা শারিবা ঔরাগী লানবন থুগাইরে। ঔরা ময়াম কাইহুনা চেনথোক্লরে মৌগু য়াম্না শিরে, খুদক অতুদা শ্রীযুক্তো নরসিংনা শগোল তেংহুনা টারোন টাবু খুংপাই চেংনা পায়রগা ঔরা লানমী পন্নিং পনমাং ফাওনা শগোল থৌহুনা ঔরা লানমী মশিং থংদনা হাংলি। শ্রীযুক্তোগী লান অসিদা ঔরা অমত্তা থাংবা ঙমদহুনা কাইহুনা চেননরে।

ঐহা লানমী মরকতা মনাও অনিবু লাহুনা নিঙ্গী লেকোল পুরিবা ময়াম্বুং গম্ভীরসিংগী মনাকতা পুখা হায়না মনাইশিংবু থিজাহনখি । অমদি ইনাওমক অহানবতা লেকবগী মরকতা লৈরম্বনিনা লেনবা লমখক্তু ওইরে মথিম। অমক্তা ইনাকতা থরক্লা মক্তবদি ময়ুংগী সনা পুক্লিংদা মুংগাইতরবা থংলম, লৌগত্লাল বেবহারমু অাই য়াম্বা থোৌগল তিঙ্গনবা থোকই ইনাও অনি অসি য়াকুংনা কন-বিথা ওইশনু মায়না সনা বুধি তৌনা এনাও অনিবু থাখিবনি। অতোগী মনাও অনিবু মনাইশিংনা পুয়ানুনা শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিংবা পিররে, অদুদা শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিংনা সনা বুধি য়ায়া রাখল তৌহনা রা তাংদনা লৈ । "ইনাও অনি অসিবু ঐগী ইকমদা পিরকপা অসি ইনাও ইবুংঙোগী করি রাখল ওইরিগাবা ঐনা নিংবা রাখলগা ইনাওনা নিংবা রাখলগা রাখল অনি তিঙ্গ্রমন্নবদি ইমাওগী নিংবা কাইবা মরম ওইদৌরি অসিদা ঐ করি তৌবা তাই' হায়ুনা রাখল খনখক থনক পাংথোকপা ওয়দনা লৈ । অদুনা শ্রীযুক্তোগী মনাইশিংনা হায়, ময়াম্বুং ইবুংঙোমা থমবিদা মরম পুম্বা চুম্মি অদুগা থবক অসিদি কনগে হায়রবদি ননাও ইবুংঙোগী সনা নাক্তা থমগদবনি সনা পুক্লিংদা রাখল অমা তৌহনা অশোমদা পিরক্লবা ওইবা তাই, মনাওশিংসিনা সনা থুং মকনা মাংহনবদি মীগী মমাংদা ফজদবা লম্বী ওইবনা অশোমদা পিরকপনি"। রা অসি তাবদ শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিংহনা মনাইশিঙ্গী মকমদা মিংথেং অমা য়েংহনা ইঙ্গিং পিরে, থুদক অদুদা মনাইশিংনা তথেন মিংলাও, শ্রীগুনে ইশৈহনবগা অনিবু ওাবোংথাওদ ননহনা মথুংদা সুং পুন্দুনা বোরাক্তা থাদখ্রে ।

শ্রীযুকতো নরসিংহমা ঐরা লানমী পুম্বা নিং মাং ফাওনা চাইথ'ইব লোইহনা নিঙ্গী লানমী পুরিবা ময়াম্বুংগী মফমদা লানগী পাও তমহনা মচিন মনাও পুক্লিং মু ভাইনগে হায়হনা হজজকপদা মনাও অনিবু লোইথি হায়বা পাও তাবদা সনা পুক্লিং মুংঙ ইতবা ওইথি । "ওন্থোকপনি ঐগী ইনাওনি হায়রবদি সনা বুধি তৌখিরগা কনবিরমগত্র হায়বগী ইনাও অনিবু থাখিবনি ঐনা হন্দক তৌকব অসিদি ইনাওশিঙ্গী মাংনবা লম্বীদা থাজিনখিবা ওইখ্রেদনা" রাখল অসি থন্দুনা শ্রীযুক্তো রাভাংদনা শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিংগী মন কতা লৈ । শ্রীযুকতো নরসিংগী রাখল উহুনা অচরা লুরাংবনা হায়, 'মনাও ইবুংঙো সনা পুক্লিং চিংনবা লম্বী অদু থাদোকপীগনি নয়াম্বুংশু মরম অসি করিগী ওইরিগবা হায়না থুদ্দবা নত্তে য়াম্বা কুইনা থবক মরমসি রাখল তৌনা লৈ মদুদা মনাইশিংনা হায়জিনবদগী থোকখিবা লম্বীনি শ্রীগী মনাওদি নয়াম্বুংগীসু মনাও নত্তবরা মনাইশিংনা নয়াম্বুংদা ময়াম্বুং সনা বুধি তৌখিবিবা অসি থনফমদি থোকই অদুদা মনাও ইবুংঙো অনিবু কনগে সনা বুধি লৈরবদি অশোমদা অমুক থাবক্তুবতু মফম অহুদা অদুম থমগদবনি সনা বুধি রাখল অমা তৌবগী অশোমদা থাদ্রকপা ওইদোম্বায়ে রায়ম অসিদা থবক অদু থোকখিবনি, মনাও ইবুংঙো অনিগী মক্তমগী পাওজেল তেনবগা থাকথরবনি সনা পুক্লিং রাকদনা মনাও ইবুংঙো অনিবু

মখোয়গী থৌরাং অহু শ্রীযুক্তো মচা ইবুংঙো দেবেন্দ্র=উপেন্দ্রসিংনা পাওহনা শ্রীযুক্তো রাঘোপসিঙ্গী মনাইশিঙ্গা থুংখোক্লা লানগী মতৌগুম্না য়াম্বরে। মী মন্ত্রী মশা শিরে শ্রীযুক্তো মহারাজ রাঘোপসিঙ্গী মনাই অহৈ অপা শাবশিং অহু কাইহনা চেল্লে। পাও অসি শ্রীরাঘোপ সিংনা তারে। হি: করিনো হুন্দক ঐনা ইন্দোবু কৌখোকলুবা অসি ঐগী মাংনবা লম্বী ইথন্তা। থৌরাংবা থোকপ্রে-ম্বনা ঐগী ইমাইশিংমকপু হাংলবা অসিদি ঐবুশু শোইদনা হাংলবা তাই কয়ম্লো হায়রি। খনবদা অকিবা লম্বী থোক্নুনা কোনুং থাদোকতুনা ঐরা তেঙ্গোল লৈখিবা হাওবম মরক্তা চেনশিন্নুনা লৈখি। শ্রীযুক্তো মহারাজ মনাইশিং ফত্তবদগী নিংখৌ খুবম কাইথ্রে থাজনবা চহী ১ পাল্লি মপুংফি থা ৬ তনি। শ্রীযুক্তো লমদা থাদা মণিপুরদা থুংহনা কোন্নুং চংবদা কনা লৈরমদহনা অচুম লৈবাক তাকপা হৌরে। শ্রীযুক্তোন লৈবাকী য়াইফনবা চাম্নবা মুক্ত কনবা তুলোন্দকা তাম্নহনা সনা কংলা ফম্লেম্ভগী চিংখৈ নোংপোক পাংবদা স্না নোংথ্রেন পাখংবু লৈশানা পুকম থাগোম্নহনা চুকফা মোইখেম্না য়োংপাক থাংতেন চুকফানা ইরাং লৈশি লৈকয়্লে। থাগি ঐবাবু নোংমা নোংমগী মবাই লুকপা চাইগবা ওইখি।

# ৭৯ নং নরসিঙ্গী পুরুপ ভদ্রসিঙ্গী পরম

লাংবচক্কী ৪৯২৫ নোংলালাই ১৮১৭ খৃ: ১৮২৪ শা: ১৭৪৬ চ: ৭৭ চৈথাবা ৩৪১ তাংখোম থোইবগী কুমদা শ্রীযুক্তো মহারাজ থাবা ভদ্রসিংহ মহারাজনা নিংথৌরেনগী পুয়াদা নিংখৌ মশিং থাডয়্রবা সনা বুদ্ধি তৌহনা কুম অসিদা কম্বালগী হৌনবী কাইদনা কম্বাল তোংলে। লৈবাক তাক্নুনা লৈবা ঐরাশিং মখোয় মরুপ মরুপ তিন্দুনা কুমিৎ খুদিংগী পঞ্চযুক্তো মহারাজ থাবা ভদ্রসিংহগী মতিক মশানবু অকি তুজুংবা ওইনা তাংনৈ। ঐরাশিং মখোয় পুয়া মণিপুরদা লৈবা কিনরক্লে নোংমা নোংমগী থরা থরা মরৈবাক্কা চেনখিবনা ঐরা হাওবম মরক্তা লৈবা মখোয় অসি থোইনা য়ামশিন্নক্লে।

খৃ: ১৮২৫ শা: ১৭৪৬ কাইরেন থাদা শ্রীযুকতো গম্ভীরসিংবু মৈতৈ সিফাইশিংগী মথকত্তা বৃটিশ সাহেব লোক্না কেপ্তেন্ট গ্রান্ট জোজ কামান্দিংগী মথকত থয়্রে। মতম অসিদা মৈতৈগী সিফাই ২০০০ লিশিং অনি শুরে। কশারদা লৈবা মৈতৈ মচা পুম্নমক্কা শ্রীযুকতো গম্ভীরসিংবু মখোয়গী লিংখৌনি হায়না থংনৈ, মফম অসিদা লৈবা মৈতৈ সিফাই পুম্বগী তলব পী, মতিক চাবা চানবগী রোশোপ, শেংনবা, খুংলাইনচিংবা রাস্তনা পিহনা থম্মি।

শ্রীযুকতো গম্ভীরসিং নরসিং অনি অসি মচিন মনাও থোকই পঞ্চযুকতো মহারাজ করিথনিরাজ পামহৈবনা পোকপা শ্রীসনা শ্যামজাই খুরাইলাকপা, শ্রী সনা তৌত্রাম শাই। শ্যামজাই খুরাইলাকপনা

শ্রীপঞ্চয়ুক্তো চিংথংখোম্বা = জোয়মনিসিং – কার্ত্তা — ভগ্যাচন্দ্রা মিংলেন ৪ না মিংঙনবা পোকই । শ্রীঙৌরাম শাই সেনাপতি শ্রীযুক্তো মহারাজ ভদ্রসিং নিংথেম খাবা পোকই শ্রীপঞ্চযুক্তো কার্ত্তা চিংলেন নোংথ্রেন খোম্বনা শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিং পোকই । শ্রীখাবা ভদ্রসিংনা নরসিং পোকই । মরম অসিনা শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিংনা মনাওগী পুক্নিং থক্সদবগী চাক কৌই । শ্রীযুক্তো নরশিংগু ময়ামুং য়াথং কিদুনা ময়ামুংগী শকাইদা লুক হাবা লাকই । শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিংনা "ইনাও ইবুংঙো চংলক্নো চাক চারসি' রা অসি তাবদা নরসিং ইঙক ৎক্লে চাকলুকতি অমতা মঙাইবা অদুদা হায়, 'য়ামুং কৎপিরো ননাও কোম্না ফংজগে" হায়দুনা চাশি হায়বা য়াম্রে । মনাওনা চংলক্লবা অদুদা চংলকুনা নরসিংগী থুজেং পয়দুনা চিংশল্লগা লুকথোং অমতদা মচিন মনাও লুক অহু হামিল্লরে । লুক হাবা লোইরগা নরসিংনা হঙ্গৎলি, "য়ামুং ননাওবু কবম্বা তাকপিগদবা সনা য়াথং লৈবিবগে তাকপিশি ননাওদা" "ইনাও ইবুংঙো ইচিং ইনাও চামিন থকমিল্লদবা মত্তম কুইরে হাইদুনা য়ামনা চামিল্লনিংদুনা ইনাওবু কৌবনি" হায়না থুমদুনা পুক্নিংগী রাথনবু ফোংদোক্না অতোপ অতোপ্পা রারিবু শানদুনা মচিন মনাও মুংঙাইমিল্লে । শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিং মরক মরক্তা মনাও নরসিংবু চাক কৌবশি ৪/৫ শুজিল্লক্লে । মনাও ইবুংঙো নরসিং সনা পুক্নিং য়াম্না চিংনবা ওই "করিনো য়ামুংনা ঐবু তৌবিরিবা মরম অসিবু করিগী ওইরিগবা য়ামুংনা হাম্না চারগা ঐনা কোম্না য়ামুংগী প্রসাদি ফজববু থুজেং পাই পাইদুনা চিংশিন্দুনা য়ামুঙ্গা চাক চামিল্লবা অসি য়াম্না থৌগন্দবা মশকতো নরসিং ঐ তারবনি য়ামুংগী য়াথং কিবদগী কমদৌশিবা রাহৈ করি হায়না নিংশিংলগা মরম অসি তোকখিগবা য়ামুং অসিনা মনাওবু মুংশিবগী তৌরিবনিদি হংয়ববু ঐদি দোশ লাকপা তারে" হাইনা রাথন তৌরিঈদা শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিংহগী মনাই অমা লাক্লুনা হায়রে । মনাও ইবুংঙো লুক লোইদুনা নয়ামুংনা লুকহা শঙদা থাইদুনা লৈহৌরি, ইনাও য়াওখ্রবদি ঐশু চারোই হায়দুনা লুক হাও হায়বা য়ামনা লৈরে কমদৌদনো লেংবনা ফগদ্রা" রা অসি তাবদা সনা পুক্নিং য়াম্না রানা লেংলক্লে । ময়ামুং গম্ভীর সিংগু থুদোং কান্দুনা মনাওবু থাইদুনা লৈরম্মি, মনাওবু উবদা তরাম্না কৌশিন্দুনা মচিন মনাও ফম্মিল্লে । থুদক অদুদা ইবেম্মা কুমুদিনীনা মথেন লুকোই শেমদুনা লুকথোং অমতদা শেমদুনা হাম্না চেকশিল্লা চংথোম্না লুকহাশঙদা পুশিন্দুনা লুকথোং সেবা লোইদুনা লুকহাশঙলোমদা লেংশনবা য়ারনি হংম্বনা হঙ্গৎলে । শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিংনা মনাওগী থুজেং পাইদুনা লুকহা শঙদা লেংশিনখিম্মদুনা লুকথোং অমতদা ফম্মিম্মদুনা অ চমোন তৌরে, চাক চথোম অমা পায়দুনা মনাও ইবুংঙো নরশিংগী ময়াদা ইনগে তৌই । শ্রীযুক্তো নরসিংহনা থুৎ লোম্বদুনা "য়ামুং মতুতদি তাকপিয়ু ননাওগী ইতিক নৎচদে অমুকতা হাম্না হাবিয়ু প্রসাদি ননাওনা ফংজবা পিনবিয়ু" হায়দুনা খাম্মি । গম্ভীরসিংহনা

ইনাও ইবুংঙো নংনা হায়া লেপ্লুনা চাবা নত্তে য়াম্বা আচমন তৌরগা ইনাওদা য়াম্বনী উন্নিংহুর্বা ইজ্জবনি য়াম্বনা পায়বসি হল্লোইহুনা তৌবর্বনে" হায়না অসি তাবদা শ্রীযুক্তো নরসিংহ ময়াম্বনা পায়রিবা চাক চথোম অহুম মযাম্বুংগী খুত্তং পায়হুন ময়ুগা হুমনা চারে। মচিন মনাও পুক্লিং থুংঙাই-হুন লুক হাবা লেইথি। লুক হাবা লোইরগা মচিন মনাও কপ্পিন্নহুনা খুদোং থাজ্জি মহুদা নরসিংনা হায় "য়াম্বু ঙসিদি থুপচানবা রাজগী নয়াথংবু ননাওদা অমুক হন্না তাকপিবা তৌবিগনু সনা পুক্লিংবা লৈবা রা ননাওদে। তাকপিহুন। থাংহনবিগে নিংবিবা নয়াথংদে ননাও ক্রমা ফিগাও শানা যাজরি লুবাই থকতা হাপ্তুনা, তাকপিবা নযাথংগী অম্বাদা উর্বাত্ত লুক্কা চৎচমি ঙসি হায়বা মুমিৎ অসিদগী ননাও নরসিংগী হকচাং অসে যামবুংগী চোংরোম্মা ঙসিদগী কংজবনি ইধৌ পাখংবনা শাখিনি নরসিং কৌবা ননাওগী হকখুংগী পাং-টা অম্নি অসি খুদুনা ননাওনা রাশক্রবা অসিনি য়ামবুংগী সনা চৌরোম্মা শাখি ওইরবনি"।

রা অসি তাবদা শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিংনা হায় 'মুংঙাইদা উনাও ইবুংঙো মীরকতগী তাংজম্বা পুকচেল চাওব ঙসিদগী তৌনা য়াম্বনা ইনাওগী কোলোই মিংলেন অমতং থোজ্জগে ইশানৌ ইবুংঙো নর তাংখোম্বসিং ইনাওবু কৌজবদি ময়ম অতৈগী নত্তে ইধৌসিংগী খুবম ইপ ইপুগী তৌন শংনফম লমবু ঔরানা খুহুম চন্দুনা লৈখিব ময়ম অসি মুংঙাইতবন ইনাওবু য়াম্বনা কৌজবনি উচিন ইনাওনা অমুকতং হোৎনহুনা ইপা ইপুগী খুবমবু লেপ্লবা অমুকতং পৌরাংসি চায়হুনা ইনাওবু ইয়াম্বনা ঙোইনা তোইনা কৌজবনি হায়দোকচবা ঙমদবগী য়াম্বগী অরবা নম্বী ওইহুনা লৈরবনি"। নরসিংনা হায়, "মুংঙাইদা য়ামবু অহুদি করিগু লৈতবা মরম্নি নিংথৌমচা পথোয়গী শেইদনমক তৌদবা য়াদবা লম্বীনি সনা পুক্লিংনা নিংবতা তৌবিযু নিংথোগু যামবুংনা ওইবিযু মরম পুন্নমকতা ননাওনা ঙম্মথৈ থোরাংহুনা থবক ময়ম খুদিংদা পাংথোক্লবা সনা খোগল তৌজনি তাকপিবা লম্বেল খুদিংদা ননাওগী থরাই মাংবা পাম্মুবা লৈহুনা ঙসিদগী তৌনা সনা পৌগল তুংইঞ্জবা ওইজারে" ময়ম অসি ঙাংনহুনা মচিন মনাও রারেপ্পহুনা লৈখি। শ্রীযুক্তো অনিনা ময়ম অসি লেপ্লবগী কশারদা লৈবা মৈতৈ প্রজাবা শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিংবু মৈতৈ লৈবাক মনিপুরগী নিংথৌনি হায়না খানখি। রায়ম অসি বৃটিশ সাহেব লোক কশার জিলাদা লৈবশিংনা তাহুনা কশারদা লৈবা সিপাই মৈতৈ পুন্নমক্তা তোলব পিরম্বা অহু পিখিগ্রে। চীংদা লৈবা চাংবু ঙাক্লবা নোংমৈ ৩০০০ লিশিং অহুমগা কোম্বব, নোংমৈ হিদাক পী সিপাইশিংনা শেংনা ফিরোল পিবা য়াবা মথৈনা য়েংহুনা পিরে ককদবা ময়ম মথৈনা কহুনা মৈতৈ প্রজা মথৈ মতৌ অংগম্মা লৈরক্রে। শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিংহনা তৌব থবক ময়মদা বৃটিশ শারকারনা নিংহ্ৎং চংদবা মনিং মথা তম্না লৈবা মথৌনা ঋবা মীগী তৌবিমল থংবা মীয়োক মীচান হৈবা লৈত লাইরা অরা অনা থংনা

থৌদা নোংদম্বা বৃটিশ শারকারনা লৈরিবা মতম মখৈ মনিং তম্মা পাওবা মৃত্ত রাজ্য নিংথৌ অমনি হায়না বৃটিশ সাহের লোক শারকারনা মরম অসি লেপ্পহুনা শ্রীযুক্তোবু ময়াং কশারদা থমখি।

মতুং অহুদা কশারদা লৈবা লম জত্রাপুর কৌবা মফম অসি শ্রীগম্ভীরসিং, শ্রীপঞ্চযুক্তো চৌরজিৎকা মুন্নবদগী খুং থোক্লরে। মতম অহুদা শ্রীপঞ্চযুক্তো চৌরজিৎনা থাং হাইহুনা মনাও গম্ভীরসিংনা লাকপা মাইগৈদা ভাইহুনা লৈ। মতম অসিদা অচোইবা লুরাংবনা শামু জিরিশা কৌববু শামুগী তাইবোং হাপ্লগা শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিঙ্গী মফমদা কংলি। শ্রীনা শামু অহুদা ত্তোংহুনা ময়ামবুং চৌরজিৎনা লৈবা মফম তম্মা শামু থৌজল্লক্লে। খুদক অহুদা পঞ্চযুক্তো মধুচন্দ্রনা পোক্লম্বা মচা ইবুংঙো শ্রীসনা সিংহজিৎ কৈফাসনানা মখুত্তা থাং পায়হুনা শ্রীচৌরজিৎপু কনগে হায়বগী থাং হাইহুনা শ্রীযুক্তো গম্ভীরসিং তম্মা চেনশল্লক্লে। মহুদা গম্ভীরসিংনা হায়, “অভাং য়াইমা চংলকনু নত্তোন ভাক্তনি অরেম্বদা ইচাবু মাংহুনা ত্তোক্লনি হল্লো নুংঙাইনা ফমহুনা কুমৈহুম য়েংভ নত্তোন অনিগী। কৈফা সনানা হায়, নচাদি হঞ্জররোই গুরুবু কনগে চংজরক্লবনি থুংলাই পায়হুনা চংলক্লবা থেত্রিমচানা মায়ওন্দুনা হনবা নচাদি ত্তোজররোই ইহাক থকত্তা বংশগী মশেং তাবা অহুতদি ভাকপীয় সনা বুধিশু থরা চেকশিনবিনি” হায়হুনা থাং হায়হুনা অপনবা লৈতনা চংশিল্লক্লে। মহুদা পঞ্চযুকতো গম্ভীরসিংনা শাওরে “অভাং অসি মাবু নুংশিহুনা থাম্লগা অপনবা লৈতন লমহেন্না চংভিদা” হায়হুনা কিনবা হায়বগী টা পায়হুনা হুন্দি হুন্দনা হায় কান্নরোই অভাং য়াইমা হল্লো হন্দ্রবদি ঐ টা লংলনি হল্লো অভাংনা লম হেনবা কান্নদবনি”। রা অসি হায়না লাওরিভৈদা অকি তুজুং লৈতন শামু তম্মা চোংশিল্লকুনা শামুগী পুক্লি ককথংপ্রে। মহুদা শ্রীযুক্তোনা অভাং অসিদি থাম্বা য়ারোইদৌরিবোইরে হায়হুনা টামা থিনগে ত্তোবদা শামুগী মখাদা চোংশনব্রে অচোইবা লুরাংবনা শামুগী মনা নাক্লম অনিদা মথোং অনিগী থোংবীনা নমহুনা শামু কান্তি থাহুনা শামু মতুংলোমদা চোংথোকহল্লে। খুদক অহুদা শ্রীযুক্তোনা খুংশু টা অহুনা লংলকুনা শ্রীসনা সিংহজিৎকী লুবাইদা থিন্দুনা মফম অহুদা তুখি। অচোইবা লুরাংবনা শামু জিরিশাবু চৌরজিংনা লৈবা মফমলোমদা অপনবা লৈতনা থৌজল্লক্লে। পঞ্চযুক্তো চৌরজিৎ য়েংথাং ওইথাং পায়হুনা য়াঙ্গোই শামুগী মমাংদা পোম্বী রাহোং চেক্লানা ভাংজ লিনবু উরগা চেক্লাগী মশা থপুনা নোইনা লৈনা চেক্লানা জগোই শাবগুম য়েংথাং ওইথাং অনিনা চেক্লাগী মশা পান্দম্না সনা হকচাং য়োম য়োমহুনা লৈনা লৈনা থাঙ্গী কদম জগোইন যুগনি নোংথাং কুপ্পগুম য়াঙ্গোইগী মমাংদা লৈয়কপা অওকপা মত্তো ওইনরে, কুমৈ য়েংবা পুন্নমক শ্রীযুৎকী মত্তো উবদা অকি তুজুংদবা য়াওখিস্রে।

শাংলনরি অচোউবা লুরাংবনা অচান মীয়াই নাইহুনা মীচং শরূন নাইনা খবক চৌই সনুখ্বা গম্ভীরসিংগী মিচং চংহনা মুখ্বা চৌরজিংকী নীংথৌদা টানা থিন্দুনা কাহনা শামু থক্কা হাপ্পনা পুশি হায়না শাংনবসে সনাখ্বা লৈরিঙৈদা থিল্লি থিন্দে হায়বা প্রজাশিংদা খংনবা অমুক্তা অশেংবা লম্বী তাকওম্বীরম্মু মরম অসিনী মনাইগী পুক্নিং অসি চিংনবা ওইখ্রে''। মতুদা পুক্কষ ক্রতো চৌরজিৎনা হাই, "অচোউবা লুরাংবা প্রজানা শাংনবদি ঐনা মচীন মেনরা ওন্বা নত্তেকো নংনা ঐতোল টানা থিল্লি থিন্দে নং ঐন। খংউবা অসি মঙ্গাই ৱংনা ঐবু টানা করিগী থিনগদগে নবুংঙোগী মীচং চংহুন। ঐগু নবুংঙোগী ময়াম্বনি হায়হুনা মীগী মমাংদ। যক্ষ.দ খংনগনুশি হায়না চুম্বা খাম্বশনি। নঙী করি দোশ লৈতে চৌরজিৎ ঐগী ইকমদা, প্রজানা পংহাই হাইজনবনি নবুক্ত। চিংনবা তৌগনু"। ৱা অসি হায়হুনা মনাই অচোউবগী মুংঙাইতবা লম্বী শেংদোকপিরম্মগ। শ্রীপঙ্কযুক্তো চৌরজিৎ শ্রীধাম নবদিপ থৌনা চংখি। শ্রীপঙ্কযুক্তো মারজিৎনা সিলোটতোম্বদা চংখ্রে। শ্রীযুক্তো গম্ভীর সিংনা হায়, "বৃটিশ সাহেবলোক্কা উপাই অমুক্তা তৌবিয়ু মফম অসিদা লৈরিবশি ঐখোয় ইচিন ইনাও অনিদা মঙ্গাইগে, ঐখোয় মরি লৈনরবগী য়ম্মুং অনিদি ন্যায় শোন্দুনা লাইনিং লম্বী ঙম্মনি হায়না শ্রীধাম ঙায়না লেংখরে, ঐখোয় ইচিন ইনাও অনিবু মণিপুরদা চত্তুনা ইপা ইপুগী খুবম্ম ৱক্নন্দুনা লেপ্পবা তৌজরুগে বৃটিশ শরকারনা নোংমৈনচিংবা থরবদি পাংথিয়ু ঙৈরাশিঙ্গা লানরা য়ানবা ঐখোয় মৈতৈ তেঙ্গোল অসিদা লৈবা মথৈ চংলগে''। মতুদা সাহেবলোক্কা হংভি, গম্ভীরসিং নখোয় অমি কবি করি হায়না লেপ্প শাংনরে, করি থোক্কে কনানা অহম্মো ? গম্ভীর সিংনা হায়, "ঐখোয় অনি ইচিন ইনাওনি ঐনা অহল্লি ইনাওনা সেনাপতি ওইহুনা তেঙ্গোল লানমী পুহুনা য়াম্মুঙ্গীদমক ঙম্মমথৈ হোৎনগনি হায়না হায়নরি"। ৱা অসি তাবদা সাহেবলোক্কা শ্রীযুক্তো নরসিংহা মফমদা হংভি। চুম্বা নরসিং তায়রিবা মরমসে ? নরসিংনা খুম্মি, অচুম্বা অরেপ্পা রাফম্মি য়ামবুংনা নিংথৌ ওইগনি ঐনা ঙম্মথৈ থোরাংহুনা য়াম্মুংগীদমক হোৎনজনি"। ৱা অসি তাবদা সাহেব লোক্কা শ্রীযুক্তো নরসিংহবু ঙমথৈ লৈতনা থারক্তুনা শ্রীগী মিংহুন শ্রীযুক্তো নরো তাংখোম্বা মিংহুন অনিবু অর্থগা লোয়মনা সাহেবলোক্কা খংখি ময়ামবুং গম্ভীরসিংনা মনাওগী মফমদা উপাধি ওইনা মিংহুনখিবনি হায়বা। মচিন মনাও অনিগী ৱা তাবা লেপ্পবা মরম খংঙবগী মতুংদা হায়, ঐখোয় সাহেবলোক্কা মৈতৈ তেঙ্গোলগী শায়নবা খুৎতু খুৎলাই নোংমৈ, নোংমৈহিদাক্কচিংবা শক্কবা রাত্তনা পিনি নখোয়গী হোৎকফম খুবম ফংনবা লম্বী পুম্বা য়েংহুনা থোরাং তৌরো। ৱা অসি হায়হুনা বৃটিশ সাহেবলোক্কা নোংমৈনচিংবা খুৎলাইগী মরমদা রাত্তনবা পিরে।

শ্রীযুক্তো অনিনা খুৎলাই ফংলবা অতুদা মৈতৈ তেঙ্গোল মরক্তগী মৈতৈ শিফাই ১৫০০ (লিশিং অমা চামঙা) লৌহুনা মতিক চাবা খুৎলাই খাং-টা নোংমৈনচিংবা পিহুনা লানগী শানমী

শেম্বা লোইরে । লুচিংবা শ্রীযুক্তো সেনাপতি নরোত্তাংখোম্বা নরসিং, শ্রীযুক্তো অঙোমনা যুবরাজ সনা খোংশাংবা, শ্রীঅচোইবা লুরাংবা, শ্রীশর্মাইজাম্বা, শ্রীমেপ্রা শ্রীবাজাদ, শ্রীপাওশোম্বা, শ্রীনাথৈরাকপা কাংজবাম্বরাং, লোংজাম্বা গুলা, মোংজাম্বা তাম্বো, হুইক্রেবা কাকপা মরাং, শ্রীলাম শনশিরাম, মরাং নবরাম অসিনচিংবা অকল অশৌশিংনিনা লুচিংতুনা মণিপুর লানমাংতোংদা থুংলে । ঐরা তেলোল হাওবম মরক্তো লৈবশিংগা হুমিং ৫ নি লাম শোক্নৈ ঐরা লানমী কারতুনা চেল্লে শ্রীযুক্তো নরসিংগী পুক্লিংদা ঔরাশিংনা মণিপুরদা লৈবা অহু সনা পুক্লিংদা মুংঙাইতহুনা লানমীশিংগা লোয়ননা ঐরা লানমীবু লোইখোম যৌনা তাবতুনা ঐরা শং চাইখাইতুন, ঐবা লৈবা ভমদতুনা মরৈবাক যৌনবা চেনখি ।

শ্রীযুক্তো মার ভাংখোম্বা হল্লতুনা মরামবুংগী মফমদা লানগী পাওপুম্বা ভম্ম্লনা লৈরম্লে । মতম অসিদা শ্রীযুক্তো নিংথেম খাবা ভদ্রসিংনা লাকুনা মচা অনিগী মফমদা হায়রৈ । ইচাশা নখোয় লাক্লবদি থুবম অসি নচিন ননাওনা লেপহৌনবা তৌরে গম্ভীরসিং ইতোম্মা থুবম ভাকুনা লৈবদি ঔরানা মৈতৈ নিংথৌগী থুবমদা কমখিগদববু কমবল্লোংদগী ইতোম্মা ঔরাসিংগী মরক্তা লৈহুনা ইপা ইপুগী থুবমবু কন্দুনা ভাকুনা থম্মুত্তনি ইতোম্বি অহন ওইববনি শ্রীখাবদা চংলগে নামগী লম্বী খিবা মতম হে শ্লনঞ্রবনি নচিন ননাওনা থুবম অসি মাংদনা মুংঙাইনা পাল্লো, মরম অসি হায়না মচা অনিগী মফমদা শিল্লরে । শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজ মারজিংনা পানবা তুংদগী পঞ্চযুক্তো মহারাজ নিংথেম খাবা ভদ্রসিংনা পানবা সনা হাক্তক অসি কাওবা অশি চহী ৭ নি মচেল্লা, মপুংদা চহী ৬ নি । শ্রীযুক্তো খাবা চহী ১ খা ৩ পাল্লি, থাজনবদি চহী অহুম হায় । ঔরানা চহী ৭ লৈবাক ভাকই নিংথৌদি পাল্লি ঔরাগী দোখোনগী মতুং চম্মা পানবা নিংথৌ ওইবনা ঐরানা নিংথৌগী গাদিদা ফমতুনা রায়েন খোদবগুম্মা থোক্নৈ ঐরামা নিংথৌ ওইবা নত্তে নিংথৌ ওইবদি ১—শাকাব্দ ১৭৪২ মতুং হুইক্রেবা শুবোল লাইফম্মাকপা, ২—শাকাব্দ অসিগী মতুংদা শ্রীযুক্তো যুমজাওতাবা, শাকাব্দ ১৭৪৩ শ্রীগম্ভীরসিং থা ৭ মতুং মেরা থাদা শ্রীযুক্তো জৌরং পুরেন বাদোপসিং. ৩—শাকাব্দ ১৭৪৪ গী মেরা থাদা শ্রীরাঘোপসিং । ৫—শাকাব্দ ১৭৪৫ কী লমদা থাদগী পঞ্চযুক্তো খাবা নিংথৌ মিংথৈ ভরুক অসিদি ঐরাগী নিংথৌনি অসিবু ঔরানা চহী ৭ লৈবাক ভাকুনা পানবা ( মৈতৈ খোম্বা ) হায়না থম্মে ।

## ৭২ নং গম্ভীরসিংনা অমুক হন্না নিংথৌ ওইবা

লাংবচকী ৪৯২৬ নোংদালাইগী ;৮১৮ খু: ১৮২৫ শা: ১৭৪৭ চ: ৭৮ চৈথাবা ৫৪২ শুবা ওইনাম বোলোরামগী কুম অসিগী কালেন থাগী ২৩ নি পানবা শ্রীপঞ্চযুক্তো গমভীরসিং চিংলেন

নোংথ্রেন খোম্বা নোংচুপ লমগাই বাইরং পামহৈবনা নিংথৌ ওইদুনা বিষ্ণুপুর লানমংঙ্গোক্তগী কাঞ্চিপুর লাংথবা'ন কোন্নুংদা লৈরে। ইবেম্মশিং ১৩না থৌগল তৌই। ১) শ্রীমতি নোংপোকথোং লাম্বী মহারানী। ২) শ্রীমতি মাইবং লাম্বী। ৩) শ্রীমতি একন্নোন খোইরেন ভোমপোকপী মাইম্মাম চনু কুমুদিনী। ৪) শ্রীমতি পুংলেন খোম্বী লোইব ঙাম্বৈ লাম্বী। ৫) শ্রীমতি মাইবম চনু অপাম্বী। ৬) শ্রীমতি নারেংবম চনু ধনবতী। ৭) শ্রীমতি ফিজাম চনু রূপেশ্বরী ৮) শ্রীমতি শাইখোম চনু অপাম্বী। ৯) শ্রীমতি খোংবম চনু দেবযমিনী। ১০) শ্রীমতি মাইবম চনু ভুকেশ্বরী। ১১) শ্রীমতি য়ুম্নেম্বম চনু রাশপতি ১২) শ্রীমতি নোংমাইথেম চনু লৈমাখুবী। ১৩) শ্রীমতি অঙোম চনু ললিনী ইবেম্মা ১৩সি পায়ে।

লাংবচকি ৪৯২৭ নোংদালাইগী ১৮১৯ খৃ: ১৮২৬ শা: ১৭৪৮ চ: ৭৯ চৈথাবা ২৫৩ শোইবম খুলিজী কুম শ্রবনগী তাং ৪ শুক্লা চতুর্দ্দশীগী মঙ্গলবার মুমিত্তা কপারদগী শ্রীচৈতন্য শ্রীনিত্যাই মচিন মনাওবু থুংজদুনা পঞ্চযুক্তোগী সনা থৌগল তৌরে। শ্রীযুক্তো মহারাজনা অকল অথৌ অঙওশিংবু পুদুনা ঔরাশিংগা লান তৌদুনা ফুমু থুগাই, অঙ্গো চৌং লান্দুনা মুংখি ভুরেল খোংবান য়োনা চংশন্দুনা ঔরা লানমী মাংহল্লি। শ্রীপঞ্চযুক্তোগী মথোনাগী মনাংদা ঔরাশিং থাবা ওমত্রে, মথোয়গী তৌনিংঙাই উপাই লৈত্রদন লোইপোং হাগে হায়রে। ভদ্রগী তাং ২০ শুক্লাগী চতুর্দ্দশী শুক্রবার মুমিত্ত ঔরাশিংনা লোইপোং কংলে

শ্রীযুক্তোনা অমুক চন্না ইনৌ নৌনা শেহগংডুনা লৈবাক্তী কুংঙাইনবা হোৎনৈ। চৈথাবা ৩৪৪ মুতুম খেত্রিগী কুমদা মৈতৈ অকল অথৌ ২৫ থাদুনা ময়াং নিংথৌ গোবিন্দ্রামবু মাংহল্লুই। ময়াং কপারদা লৈরিঙৈদা শ্রীমতি খুম্বোং অপাম্বী মমা শিজবু গোবিন্দ্রাম্না বোবাহার কাইনা করেম্নদুনা লংনবগীদমক লমন লিংখি। নিপা ২৫ অদুগী মফমদা লৌ পন্থি অমমমগা শনা মুহোর ৫ মগাগা মনা পিদুনা মথোয় থ্বায়গী মন্যুক পেন্নহৌ তৌই। চৈথাব ৭৪৭ য়াংলেম খুঙ্গাওগী কুম শাকাব্দ ১৭৫০ দা শ্রীমতি মাইবম চনু অপাম্বীনা শ্রীসনা নরজিৎ পোকই চহী ৪ লৈরম্মগা শিখি। সনা পুক্রিং থরা রাই। লাংবচকী ৪৯২৩ নোংদালাইগী ১৮২২ খৃ: ১৮২৯ শা: ১৭৫১ চ: ৮২ চৈথাবা ৩৪৬ কী থিরাম অনিঙ্গ্রামগী কুমগী মহুং অসি শ্রীযুক্তো নোংচুপ লমগাইঙম্বা বাইরং পামহৈবা চিংলেন নোংথ্রেন খোম্বা মহারাজ গম্ভীরসিংনা ব্রহ্মন পণ্ডিট পুন্নমক্তা তিন্নদুনা হরি ভক্তি বিলাশ তৌনৈ। মাধবচান্দ বৈষ্ণব ধর্ম্মগী তত্ত্বগুন বিলাশ কোয়না থিজিন্দুনা শ্রীনোংমাইথেম্বা পণ্ডিটনা শ্রীপঞ্চযুক্তোগী মফমদা হঙংলি। "হে মহারাজ চহী অহুমগী মতুংদা করিগুম্বা অপাইবা পশা অমা লাক্ত্রা হায়না নিংঙৈ মরম অসিগীদমক ওঘমথৈ ধর্ম্ম গ্রন্থ বেদ শাস্ত্র অয়াম্বা পাওজেনগী অঙানবা মশকপু বৈষ্ণবশিংনা তিন্নদুন, থম্না তাবিবনা কগত্রা নিংঙৈ"। রা অসি তাবদা শ্রীযুক্তোনা

চায় শ্রীনোংমাইখেম্বা পণ্ডিট শিধান্তগী মফমদা "মহাপণ্ডিট শিধান্তা লাক্কদৌরিবা মরম অহুবু করম্বা ফলাফোল ওইগদগে মরম অতুত্তদি শেংনা তাকপীয়ু"। মহুদা শিদ্ধান্ত নোংমাইখেম্বনা হায়, "হে মহারাজ মতম অহুদ। লাক্কদৌরিবা ফলাফোল অতুদি মহা পুরিন্দগী মশক ওইবা সংশারগী ময়া ভোগ গ্রন্থগী কোকনা মশক ওইবনু নবুদ্ধো তুখি লাংলোন শাস্ত্রবনা শ্রীয়ত্তোংগী মফমদা কৃপা পিনব, খোজানগী নেংদম অমা ওইনা পোক্লগরা। সনা বুদ্ধি তৌখিনি চন্দ্রবংশগী নিংথৌ প্রথিবেনা ওইখিবা মুকুন্দ লম্বী অদুগুম্বা দশা অমা লৈবাক অসিদা ওইরগদৌরে মশিবু ননংই ঐনা শোইনা ওইশনু লৈবাক্কী চুংঙাইবা ওইবা শ্রীগোবিন্দনা খোজা-বিব। পিনবিবা নিজরি'। মা অসি তাবদা পঞ্চয়্কত্তো মহারাজনা "মরম পুম্বা মহা পণ্ডিট ঐ খংজে মহুদি শংশারগী ভিবা পুম্নমক্কি লম্বনি" হায়রক্লুনা শ্রীগোবিন্দগী নামদা শোন্দুনা দরবার অহু লোয়ে।

মতুং অহুদা মহা পণ্ডিট নোংমাইখেম্বা অসিগী পাওদাক অসি শ্রীগী সনা পুক্লিংগী থাজবা লম্বী ওইহুনা মতম পুম্নমক অসি অরেম্বদা মাহেনবা তৌদনা ধর্মগী গ্রন্থবু শাধু বৈষ্ণব ব্রহ্মান- শিঙ, তিম্নহুনা মথল মথা অয়াম্বা নাম্বু তাহুন মতম লেপ্লি। খোয়ান থাগী শিরমদাইগী ৮ নি পানবা তাং ১৬ ইয়াই মুমিত্রা লাই থুকমবা শুগ্রদা লেংখি। অগ্রহায়ন তাং ১৫ শুক্লা চাতুরথি চিয়াকৈগী ৪ নি পানবা নিংথৌকাবা মুমিত্তা পঞ্চয়্কত্তো মহারাজ শাম্মু তানব লেংখি শামু য়াম্না ফারকই, মশক নাইবা শামু ৪ য়াংবেকই। সনা পুক্লিং মুংঙাইবা লেংলক্নুনা শংগাইদ নাম তাহুনা লৈ। ফাইরেনগী হুম্নি পানবদা শামু পুমবা সনা কোন্নুংদ থুংললে। শ্রীয়ত্তোনা শামুগী মমিং কোপ্লি। ১) শামু কোন্জুমবা, ২) শামু হেয়ামো, ৩) শামু থিস্কুর, ৪) শামু অয়াংচৌবা, শামু অসিগী মমিং থোন্দুনা অচোইবা লুয়াংবা, পাঙনবশি যোমান্দার অনিগী মফমদা শিলে। অচোইবা লুয়াংবু মোইরাংগী নিংথৌ হাপ্পি। শ্রীঅচোইবা লুয়াংবা মোইরাং নিংথৌ লৌশিংবনা মোইরাং শাবু পুথোক্নুনা শামু মচা মনাওবু মপুক্ক তপ্পবা কোয়না পুহুনা তেংহল্লি. মনাকতা বজাই রেঙ্গুন খোংহুনা শামু পুমবা থোংথাং থোংজং তমবিহুনা হৈহল্লি।

লাংবচক্কী ৪৯৩২ নোংদালাইগী ১৮২৪ খৃ. ১৩০১ শা ১৭৫৫ চ: ৮৪ চৈথাবা ৩৪৮ শ্রীঅঙোম- জম্বগী কুমদা শ্রীমতি মৈতৈ লৈমা য়োইবেন তোমপোকপী মাইগ্রাম চন্দ্র কুমুদিনীবু থা ৩ গী নাওপুহুনা মহারানী হাপ্না শ্রীপঞ্চয়কত্তো মৈতৈঙ্গু গম্ভীরসিং চীংলেন নোংয়েন খোম্বা নোংচুপ রাইয়াং পামহৈবা মহারাজ লমদা থাদা ফম্ববাল তোংলে, সনা পুথাদা নিংথৌরোন মশিং চম্লে। শ্রীভগবেট চৌদ্দমাথোপ শ্রীগোবিন্দজিগী চরন্দা কত্নুনা তাই মতুং গোপাল দেবগী শহস্রনাম্বু তহুনা মতম লেপ্লি লাংবচক্কি ৪৯৩৩ নোংদালাইগী ১৮২৫ খৃ: ১৮৩১ শা: ১৭৫৪ চ. ৮৫ চৈথাবা ৩৪৯ থাংজম মউরশিংগী কুম মেয়া শানথংলকপগী ১৩ নি পানবা মুংদাংদা থানা পুক্লাই

য়ুংথক থানবা মতমদা শ্রীমতি মৈতৈ লৈমরেন য়োইরেন তোমপোকপী মহারানী কুমুদিনী মচা ইবুংঙো শ্রীচন্দ্রকৃত্তি চৌংলেন নোংত্রেন খোমবা য়োইরেন তোমপোক সনা ইতম ঙানবা পোক্রে। লাংবচক্কি ৪৯৩৩ নোংদালাইগী ১৮২১ খৃ: ১৮৩৩ শা: ১৭৫৪ চৈথাবা মউরসিংগী কুম মার্চ্চগী তাং ২৫ দা লোর্ড উইলিয়ম বেন্টিক সাহেবনা মণিপুরগী মরমদা খল্লে—"মণিপুর অশুং=অমসুং অশামলোম্নবগী করিগুমবা মতমদা ঐরানা লান্দারকুনা কশার অমসুং শ্রীহট্টকী চিংথে পাংবদা লৈবা লমশিং অসি চাইথাইদুনা থুগ্নিংবা য়াদনবা হেক হেক তৌরে, মতুনদি মণিপুর নিংথৌ অসি স্টেট অমা ওইনা থমবদি ঐখোয়গী থুদেংং য়াম্না ফবা তাই, ঐরাশিংগা মণিপুরগা অনিসি য়াম্না য়েংথিনৈ অদুগা ঐরাগী লানওংদি মণিপুরনা থংজি মৈতৈগী লানওংদি ঐরাশিংনা য়াম্না হৈনদনা থোকই, ঐরাগী লানমীগা মৈতৈগী লানমীগা য়েংনবদা মশিং য়ামবদি ঐরানা য়াম্না হেল্লি, মৈতৈগী লানমীদি লখা অদুমলেংমতনি মখোই অসিনা ঐরাশিংবু হেক্কনদনবা ঙাক্লি মসিদা ঐখোয়না থুংলাই মতিকচানা পিদুনা লৈহল্লবদি ঐরাবু মৈতৈনা লায়না শিজিন্নবতাই, মসিদা মৈতৈ অসি মপূক কয়া চুমদে মীগী তৌবিনল থংদে মখোয়বু তৈনবা তাংকপিব। মখোয়গী কান্ননবা হোংনবিবা মীশিংবু, মথক্তা লৈবা থোদা নোংদম শিল্লিবশিংবুশু কয়া থৌওই য়াওইদনা তৌই, মথক মথা নাইদবা লমচৎ ওইনা তৌবসিনা খাঙ্গেমক শেংনা ঐখোয়গী মীওইনা থম্বদি য়াদে মখোয়গী লৈরিবা লানমী পুম্বগী থুংলাই শুনা পিবশু য়াদে থবক মওং য়েংদুনা মখোয়গীদমক থুংলাই খরা পিরগা মখোয়গী নিংথৌদা শিন্নদুনা মখোয়গী নিংথৌগী ওইনা থম্বা তাই অদু ওইরবদি মখোয়শু ঐখোয়বু ইকাই থুম্নগনি, অদুগা মণিপুর অসিদা ঐখোয় বৃটিশ গোর্ব্বনমেন্টকী বেন্টিকী ললোন ইত্তিক্কি মরমদশু থোইদোকপা কান্নবা থুদোংচাবা লমবী লৈতে মাইগৈ ৪ মক্তা চৌংনা ইকোই কোইনা পন শানা থাদুনা লৈরি, মখোয় অসিনা হৈবদি ইংখোল কোইবা লৌউবা মরম অসি-শুদি খরা খরা তৈ, মপূং ফানা চংথোম্না হৈ শিংবা লৈবাক ওইবা থোক্তে মরম অসিনা মখোয় অসি স্টেট ওইনা থম্লগা মৈতৈ লানমী খরগী থুংলাই খরা পিদুনা মৈতৈ নিংথৌগী মী ওইনা থম্নবা লমবী থৌরাংবা তাই অদু ওইরবদি ঐখোয়শু পুক্লিং ইঙ্গনি মখোয়সু পুক্লিং ইংনা লৈবাক ঙাকপা ঙমগনি" মরম অসি লোর্ড উইলিয়ম বেন্টিক সাহেবনা লেপ্নদুনা মণিপুরদা লাকতুনা পঞ্চযুক্তো মহারাজ গম্ভীরসিংহগা উনরে। মহারাজ গম্ভীরসিংহগা লেপ্নে।

১) পঞ্চযুক্তো মৈতৈ নিংথৌগী মকমদা নোংমৈ, নোংমৈ তিদাক্লচিংবা চৌংদা লৈবা হাওশিংবু ঙাক্লবা শ্রীযুৎকী মনাই থোগল লৈবশিঙ্গী পায়নবা পিবা।

২) করিগুমবা মতমদা ঐরাগা বৃটিশগা লান শোক্লবা তারবদা মৈতৈ নিংথৌনা বৃটিশকী মকমদা শোহাই তৌবা।

৩) মৈতৈ নিংথৌনা খুংলাই অসি শিজিন্নবগী মরমদা নোংমৈ হিদাক গুলি অতৌকি মখৈ শিজিন্নখ্রে হায়বা মরোল থা খুদিঙ্গী বৃটিশ লোর্ড উইলিয়ম বেন্টিদা মরম থংইনববা।

৪) মণিপুরগা বৃটিশকা ললোন ইতিক্কি মরমদা খিংনদবা।

৫) ললোনবা মীশিং মশক পান্দনা থবক মরম অসিদা তৌনিংবশিংনা মনিং তম্বা চৎচন্না ললোন ইতিক্কি মরমদা চাওখৎনবা হোৎজবা।

৬) মৈতৈ লৈবাক্তা তেক্সকী মরমদা অকমবা লমবী লৈত্তবা।

৭) মুংজাইবন্দা তাবা কালা নাগাশিংনা চীংদগী ফংজবা পোৎ অচা অথক্কচিংবা কশার ভম্পাক, বাসকান্তি, উধরবোন কৈথেল খুদিংদা চত্তুনা য়োনবদা বৃটিশ লোর্দ উইলিয়ম বেন্টিকনা খিংবা য়ারোই।

৮) মণিপুরগী লম্না নোংংপুা চন্দ্রপুর থনা শাদোক্তুনা জিরিবা কমবা, লম্না জিরি ভুবল রাংবা বোরাক্কি নোংচুপ থংবা মালুগাম কাওবা।

৯) তোংজৈ মরিনগী লম্বী থোং শেম্বা মতমদা বৃটিশকা মণিপুরগা চংতুনা শেম্বা, মতুং মুংঙাইনবা শেম্বদি মণিপুরনা শেম্বা, লৈবাক্কি চাওখৎনব মুংঙাইনবা শেম্বদি মৈতৈ নিংথৌনা হাওবু নেক্তুনা শেমহনবা।

১০) করিগুম্বা ঔরাশিংনা লাল হৈরকপদা তাক্লবগীদমক বৃটিশ গোবর্নমেন্টকী সিপাহি লাক্তুনা ডাকপা।

১১) মনিপুরদগী নিংথি ফাওবা চংনবা লম্বী অসি হাওনা শেম্বা অমসুং মথোয়না চানা থক্লবা পোংচৈ পুহনা খিনবা।

১২) করিগুম্বা মতমদা নোংপোকলোমদা বৃটিশ গবর্নমেন্টকী শা-লান থোক্লবদি মৈতৈ সিপাইনা লান পাংবা মরম অসি লেপ্লতুনা বৃটিশ বেল্ট বোম্বিদা ইনতুনা লাইরিক অমা থম্নে, শ্রীপঞ্চযুক্তোগী মফমদা অমা পিতুনা থম্মি।

লাংবচক্কী ৪৯২৪ নোংমালাইগী ১৮২৬ খৃ: ১৮৩৩ শা: ১৭৫৫ চ: ৮৫ চৈথাবা ৩৫০ শ্রীনিংথৌজামবা নোবোগী কুমশক পঞ্চযুক্তে মহারাজ শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংগা বৃটিশ গবর্নমেন্ট সাহেবসিংগা মিতিং তৌই। মণিপুরনা কবোগী লম খরা খুহুম চন্দুনা লৈবগীদমক মমাংথৈদা শ্রীপঞ্চযুক্ত রাজেশ্বর কিয়ামবগী সনা হাক্তক্তা পোং নিংথৌ গুথাম থোমবগা মৈতৈগা কবোগা লম য়েন্নে অহানবদা তিলানচীং লোইজিন্নি ফাওবা মৈতৈ নিংথৌগী লম ওইরম্মী। সনা হাক্তক অসিদা নিংথি রাংমদগী হৌবা

পোংনিংথৌগী মফমদা পিখিদুনা নিংথি তুরেম্মা কোনবা ময়াংচুপ থংবা য়াংম্না মখৈ মৈতৈগী লম ওইনা লৈ। মরম অসিগীদমক বৃটিশ বেষ্টিকী সাহেবলোক্না হাই, কবোগী লম থব্রা অসি কবোগী লম ওইহনখিদুনা ব্রহ্মদেশগী মঙ্গুং চলহনসি মসিগীদমক বৃটিশ গবনর ঐখোয়না চহী থুদিঙ্গী লুপা ৬০০০ লিশিং তরুক খজনা খিরগে হায়না লেপ্লদুনা লাইরিক অমগা ইন্দুনা বৃটিশ বেন্টিক বোদিদা থমদুনা লুপা লিশিং তরুক চহীদা খজনা পিদুনা তিনখ্রে।

মতুংদা অচোইবা মোইরাং নিংথৌ লুরাংবনা মেনকু কোংগু থুগাইদুনা মীশু য়াম্না ফাদুনা সনা লুপাশু পুরক্লুনা পঙ্কযুক্তোগী মফমদা কংলৈ। মতম অসিদা ইস্কট সাহেপনা হিলগী নিংথৌ চম্প্রাসিবু ফাবিয়ু হায়না চিঠি অমা পিরক্লুনা শ্রীঅচোইবা মোইরাং নিংথৌনা লানমী থরা পুদুনা হিল হাওথুন্দা চত্তুনা নিংথৌ চমপ্রাসিবু ফাত্তুনা ইস্কট সাহেপকী মফমদা পিরে। ইস্কট সাহেপনা লুপা ১০০০ লিশিং অমা মনা পি অচোইবা লুরাংবনা লো হায়বা য়াদে। ঐনা ফাবা নত্তে শ্রীপঙ্কযুক্তো মহারাজনা ফাবনি সনা য়াথং পুদুনা ঐদি চংচবত্তনি হায়না লো হায়বা য়াদদুনা হল্লকই। ইস্কট সাহেবনা হিল নিংথৌবু মতিক চাবা দণ্ড পিদুনা থম্মি, মানা চাইথাইদুনা মাংহল্লমবা নিংথৌ পানবা থুন (৯) মাপনবু শেমগৎতুনা অমুক নিংখিন পালহল্লে। ইস্কট সাহেপনা তৌরমবা লমবী পুমবা চিঠিদা ইদুনা শ্রীযুক্তো মহারাজগী মফমদা ইদুনা পিরক্লে। চিঠিগী মরোল তাবদা শ্রীপঙ্কযুক্তো মহারাজনা মনাই লুরাংববু পেনখিদুনা ওমখৈ লৈতন থাগৎপি। লান মাংতোক কোয়বু শ্রীজঙ্গোন নাকোম্না মাগী মীগা লাক্লুনা মাগী মফম ওইরনি হায়না হোংজন্দুনা লোরে। রা অসি শ্রীপঙ্কযুক্তোনা তাদুনা মনাই লুরাংবগা মী থরগা পুদুনা শ্রীপঙ্কযুক্তোমক য়াওনা লেংদুনা লানগুম্না থুং থোক্লরে। শ্রীঅচোইবা লুরাংবনা শাওদুনা য়েংথাং ওইথাং পায়না থাং হাইদুনা চংশল্লকই মতুদা জঙ্গোন নাকোন হায়বা অসিশু থাং হায়দুনা লুরাংববু ভাইদুনা লৈ। মতুদা জঙ্গোন নাকোন লুরাংবা অনি থাং হাইনদুনা থেংনবদা লুরাংবনা জঙ্গোন নকোনগী মথুত্তগী থাংবু য়েথরগা জঙ্গোন নাকোনবু চংনা ফাদুনা শ্রীযুক্তোগী মফমদা কংলে। শ্রীযুক্তো মহারাজনা মনাই লুরাংবগী মথৌনা মরিংজেন, শা-লানগী মরমদা অকি তুজুং লৈতবা মথৌনশিবু উবদা পেনখ্রদুনা হায়, 'অচোই মোইরাং নিংথৌ লুরাংবা ওসিদগী নপা নপুগী খুবম্মু নংনা চন্না ফংবা ওইরে। নহাকথক্লা নিংথৌ ঐনা অথৌবা নঙ্গী কোলোই মিংলেন অমগা তমদুনা লম অসিগা ফংজরো। কেগে মাইগৈ থা থংবা, মোইরাং পনবান অরাপ্পা, লোক্তাক্লা মিংশেন ওইরিবা, থাংজিংনা উফম ওইবা লম, নয়ুম মোইরাং লমদমদো। নঙ্গী থোদা নোংদম ওইজরো নয়ুম নঙ্গী নমিংবু কেগে মোইরাং নিংথৌ লিরিখোম্বা ওসিদগী মৈতৈ নিংথৌ ঐনা থোন্দুনা প্রজা পুম্বা থংনবা কোলোই মিংছন তম্লবনি" হায়না মিংছন অসি তমদুনা মপু মনাই সুংজাইমিন্নে।

অঙম্বা ময়াম তিন্দুনা লম্বী অমা থম্লদুনা লেপ্লে, মায়ঙ্কিং মহারাজনা ইবেমশিংবু য়ালহৌ তম্নবা লাইশিংথো সনাগী মকমদা· লুক· চমনদা লাইনিংথৌনা লুক্ছাও, হায়বা য়াখিদে অতুবনি নুপী হায়বা অসিগী মথুং চাবা য়াদবা করিগুম্বা মরম অমদি লৈবা তাই । ঐথোয়গী ঈমুম লাই ঐথোয় পুম্নমকপু লেপ্পীবা লাইদগীগু অথোইবা ওইরিবা লাইশিংথো সনামহিনা য়াদবা লম্বী অসি ঐথোয় পুম্নমকশু নুপা মথুং চারকুশি হায়বা লেপ্লদুনা মতুং অদুদা নুপীনা চাক ঈশিং থোংবা চানদ্রে । মরম অসিগীদমক শ্রী অচোইবা মোইরাং নিংথৌ লিরিখোম্বা লুরাংবনা বাখল অমা তৌই । নুপী হায়বা অসিগী মথুং করিগী চারোই চাকম থেংকই, মশম লৈশানা অমুনদা ওইনা লুহোংলদুনা ঐগী পু লুপ্পা তিল্লিবা নুপী অদুগী মথুং চাবদা নামুংবা করি লম্বী থোকই করিগু থোকখ্রে, নুপী ওইবীশিং অসিনা নু অমম তিল্লবগা অমুক অমদা তিল্লবা অদুগুম্বীশিংগী মথুং চানিংদে হায়বদি অচুম্বনি, পুক্কিনা য়ানিংদবা লম্বা ওইবদা থম্নবা য়াই মসি ইনং নত্তনা নুপী হায়না অশি মথৈগী মথুং চাক্লোই হায়না লেপ্লবসি অঙম্বশিংগী চুমদবা য়ারেপ অমনি । মরম অসি তুংদা য়ায়া সেম্নগী মরমদা মপুরোইবগী মরমদা নুপীশিংগী অকাইব লম্বী অমা ওইরনি মরম অসি লৌখৎনবা তৌরম্ম য়দ্রে থন্দুনা অঙম্বশিংবু লিরিখোম্বা অচোইবা মোইরাং নিংথৌনা চাকৌরে । বামোনশিংবু নোংঙ্মাইদৈদা চাক মথেল লুকোক পুখব, থোংবা লোইহন্দুনা চাকলুক থাছলা য়েনবা পুম্নবা লোইহন্দুনা থম্লে, অদুগা বামোনশিং অহুবু লোংতুনা থম্মি

অঙমবা ময়াম চাকচাবা লাক্তুনা চাক শিনবা লোইবনতুনা অহুম্নাক চাক চাবা চংদুনা চাক চারে । মতুদা মোইরাং নিংথৌ লিরিখোম্বা অচোইবনা চাক য়েঙ্গাং অরাংপা হাপলম্নবা হায়দুনা মাগী তালোই ৭ শু য়েঙ্গাং মথেন অমমম পাখন্দুনা অঙমবশিংবু করি করি থক্লৌ হায়রকো তাকপিশি হাবা য়াদ্রবরা অরাংপ করিনো থরা থম্লদা অঙ্গখাংগ হায়দুনা পরেং শানা থোকহল লক্লে । অঙমবশিং অদু ইঙক ঙক্লে নুপী মথুং চাবরগম্বুশি হায়মরগা তৌরম্মিদ্রা অসিবু কৱম্লো চাবশু তৌজনব্রে, কমদৌনি চাকরবনিদা অদুমত্তাংদা থম্নদচাবশু চাবা, য়াম্না চাবশু চাবা কোম্না থম্নবা হায়বদুনি হায়ন। অঙম্ব পুম্বা মপুক্তা থন্দুনা য়া তাংদনা ইবেমশিং ৭ না অয়াংপা মথেল হায়া অদু অদুম চাখ্রে । চাবা লকপা লোইম্লগা অঙম্বশিংশু নুংঙাইনা মপুক পেম্নবা অচোইবা মোইরাং নিংথৌ লিরিখোম্বা অয়াম্বা সেবা তৌদুনা মপুক পেলহল্লগা বামোন পুজারী চাকথোংবশিংবু পুথোক্তুনা "মপুগী মনাই অঙম্বা পুম্বা চাক অদা বামোন পুজারীশিংশিনা থোংবদি অশেংবা নখোয় থাইনা লেপ্পবা য়াবেপ্তো লেংক্রব মক্লা ঐনা য়েংবনি । মরম অসি চুমদবা য়ারেপনি নুপী ওইবীশিংনা মশাগী পোক শাংনকম লুবু তম্মোক্তুনা অথোম্বা লুদা তিন্দুনা ইপা ইপু পুম্নমকপা তাকুনা য়াশঙ্কদুনা হিজরবী মশক মথোয় অদুবু মথুং চানিংদ্রবদা নুপী ওইবীশিংদা মপু মাবু

লোইবা অতুগী মেবা তৌববা অঙ্গী করি লৈবগে তাইবং ঐখোয়দি থম্মখিনি শ্রীনরামগী হানবা লুপ্তলু লম্নীনা ছোই হায়ন। বেদ পুম্বদা হায়রি অতুনা মুপীন্নু মখুং লাবিদবা। তৌবিরম্মু অতুম্না লু -অমদগী হেনগ্রবী অতুগুম্বী অতুগী মখুত্তি চাপকুশি মাপীদি লু অমদা অমুক ত্রিনবদা ইপা ইপু লাইশিংনা লেপ্তুনা মাবিক্ক য়াত্রবা লমবী ওইগ্রবনিবা মখোয়দি মপানগী লেখাগী মরুপ্পদা চৎনব ওইশি" হা অসি হায়না লিরিখোমজনা হৌদোকুনা মুপীগী মখুৎ চাখ্রে।

শ্রীপঙ্কযুক্তো মহারাজ গম্ভীরসিংগ, শ্রীভাগস্পতি শর্ম্মগা ব্রহ্মান য়োতনশিঙ্গা কমহুনা শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বরনা পণ্ডিট নোংমাইথেমবগী মফমদা হংঙি. "ইপু পণ্ডিট মতম অসিবু করমনা থৌরাং লমবী ওইরক্লিবা মতমগী পাউজেল্লা করি হায়না তাক্লিবা"। পণ্ডিট নোংমাইথেমবনা হঙ্গংলি. 'পঙ্কযুক্তো রাজ রাজেশ্বরবু শ্রীযুক্তোগী অরাবা দুখ ভোগ লৈত্রে কোক্লনি মজা ইবুংঙো হেক পোকপা মুমিত্তগী। হৌজিক্তি সনা বুদ্ধি য়াম্না তম্লিবা পুক্লিং মথল মথা ময়াগী লম্বীদা বাথল থম্বীদব হরি ভক্তিগী মফমদা অরেপ্পা পুক্লিঙ্গী রাথলগী তুংনফম ওইবিনা, শধু, বৈষ্ণব, ব্রহ্মান ঈশ্বরগী মরিদা ভক্তি লৈবসিঙ্গা লোইনহুনা মতম পুম্নমক্তা লেনবিনবা থৌরাংবিবনা শ্রীপঙ্কযুক্তো মহারাজগী লেংদবা ময়া শংশার অসিগী রাজভোগকী মতম লাক্লগদ্রা ননাইবু অস্নুম্না থৈজ চোরোম্না কৃপা তৌবিনি"। পণ্ডিটকী রা তাবদা শ্রীযুক্তো মহারাজনা "হুংঙাইদা ইস্তু শিদ্ধান্ত নহাক লৈরমগ্রবদি গম্ভীরসিং ঐগী পুক্লিং রারক রাজেন্দ্রীনবা লৈত্রবনি ইপু নংনা ঐগী লুর লুরবা লাকপদা পুক্লিং রারক রাজেন্দ্রীহুন ঈশ্বরগী ধর্ম্ম তত্ত্বগুনবু হেক হেক তাহনবিব। গম্ভীরসিংগী লাইবক অসি ওস্থেংক্ল য়াইফনবগী লেংদ্রবা (কল্প) চৌন্দ্রামনি ওইহনবী, ইপু ঐনা ইদ্দো নোংদালাই পাথংবা নিংথোনা মথং লেংনা পাল্লকপা ইদ্দো নিংথৌরেনশিংগী ঈ মখাক্লা পোকপমক্ত, লেংলবদি ঐগী বংশনা মুত্তনা পাল্লিবা মথৈদি ইপূ নঙ্গী বংশদগী লৈবাক্লা শকথং মাইথংবা মমিং চৎপা শিদ্ধান্ত শক্তি ওইবা অমমম য়াওত্তমহুনা নিংথৌবু রাস্তুনা পাল্লিবা মথৈদি ইপু নঙ্গী বংশদগী লৈবাক্লা শকথং মাইথংবা মমিং চৎপা শিদ্ধান্ত শক্তি ওইবা অমমম য়াওত্তমহুনা নিংথৌবু প্রজাবু রারক রাজেমহুনা য়াইফ লম্বী শেম্মবা ওইশনু

ইপু মতম লাক্লবদি তাকপীবা মরম ইন্না নঙগী থৌরাং হৌরগে। মতুং অতুদা পঙ্কযুক্তো মহারাজনা সনা কোম্নুং কক্তিপুরগী মৈরহ পাংবা চীংমাইদা মনাইশিংবু শুরুং অমা ব্রহ্মান বৈষ্ণব কম্না য়ানবা মনাইশিংবু শেমহন্দুনা খোংনচিংবা শেমহুনা ব্রহ্মান বৈষ্ণবকী ফম্নবা নিংথিনা শেম্মি। নাম শোন্নবা ব্যাস অশোন থাকম চংখোম্না শেমহুনা শ্রীযুক্তোগী তাংবন নিংথিনা থাখ্রে। ব্যাস অশোন থারিশগী মথক্তা থকথন মখোন ৭ থন্দুনা মরম পুম্না য়াত্তনবা শেমখ্রে। মতুং অতুদা শুরুং অতুগী মনুংদা শ্রীবিষ্ণু লোংশিন্দুনা প্রশুদ্ধার তৌহুনা শ্রী বিষ্ণুগী চরন্দা কংলে,

শাধু বৈষ্ণব ব্রহ্মনচিংবা মনুং অহুদা তিন্দুনা লৈগ্রে শ্রীপঙ্কয্কো মহারাজ ব্রত্ত কত্তনা পুক্লিং অনি লোংবা তৌদনা নাম ভাগদবগী লেংশিন্দুনা কয়ে। মনাও ইবুংঙো শ্রীনরো ভাংখোম্বা নরসিংনা সনা নাক্তা মনাই থরগা সনা খোগল তৌদুনা লৈ। অচোইবা লুরাংবা মোইরাং নিংথৌ লিরিখোম্বনা শ্রীয়ুক্তোগীদমক মঙোল ওইনবা থরাই য়াওনা ভক্তিগা লোইননা লাইরিক সেবা তৌই। মনাই মেপ্রানা ভান্দার অমশুং শম্বাশা ওইদুনা শ্রীগী মঙোল ওইনবা চাবা থকপা রাখল লৈত্তনা শাধু বৈষ্ণবকী মুফমদা ভকতি কত্তনা অচা অথক পুন্না মুংঙাইনবা হোৎনখ্রে। শ্রীভাসম্পতি থাকুর ভাশকোর শর্ম্মা অহনগী মতম ওইরবা নিংথৌরন ৯ চুপ্পা পুন্সিরব ব্রহ্মনা শ্রীমট ভাগবেট পাঠ তৌগদবগী ব্যাষ আষন্দ ফমখ্রে। নোংমাইথেম্বা শ্রীকোক্লেনা নাম শংকৃত্তন শকুনা প্রাপ্তগী তুট্টথা মতমদা মরম পুন্না লোইদুনা শ্রীমট ভাগবট তাবা হৌরে। মতৌ অম্তুম্না পঙ্কয্কতো মহারাজনা বর্ত্ত কত্তনা নাম তারকপা নুমিৎ ৭ নি শুরে। মতুং নোংমা গীতা তাই, নোংমা শ্রীগোপালদেবগী শহস্রনাম তাই, বেদ অহুম্ব প্রথনা অধ্যাইদগী হৌনা শমপুর্না ওইনা পন্দোল লোম্না নিংথৌরোল ৯ পুন্সিবা মচাক থকতগী মৈতৈগী খুংলোৎ শিবিকা হৌদোকলম্বা শ্রীভাসম্পতি শর্ম্মনা বেদ অহুম্ব তৌদুনা শ্রীপঙ্কয্কতোবু তাহল্লি। মপল্লি শুবা নুমিৎ অসিগী নুমিৎনা য়ুংথক থানবা মতমদা পঙ্কয্কতোগী মাংদা সনা অহিংবা মচ মানবা মনিং মমাং চাওবা মান্নবা ছইমুক শাংবা অমা লৈবাকত্তা তাদুনা লৈ। শকতি অসি অথংবা কনা খংহৌদ্রে। শুরুং অসিনা থরা চেকশিন্না শেমখিদুনা নুমিৎকী মঙালগু চংদে ঘিগী থাউমৈ থাল্লিবা অহুগী মঙালগী হেন্না করিগুম্বা অমগী মঙাল লৈখিদবনা শকতি অসিগী হৌনবী পুকম ইরাং খৌনিবু করিমত তৌহৌদনা সেবা চংবা শ্রীগী মনাই অমা অনিনা শকতি অহুবু থেংনদুনা চৈনা চেগপ শানা চপ্তুনা শুকংগী মপান্দা তুমিন্না হুন্দোকখ্রে। মরম অসি রা-রা লাওরগা নাম তাবা কাইনি হায়না সেবা চংবশিংগী থন্দুনা শ্রীগোপালদেবগী নাম তাবা লেংইবগা মফম ইথং থংদনা পঙ্কয্কতোগী খোইদৌদা ককচেংগুম্বনা চিকপগুম্না চৈনাখোল অমা ফাওই। মহুদা নমথাং ইন্নকি হাইদোকুন করিনো হায়না য়েংঙি, সনা মাংবা ছইমুক শানা ইলং লংবা তাদুনা লৈ, শ্রীয়ুৎকী মনাইশিংনা মৈচমদুনা করিনো হায়না মশক থংনবা য়েঙ্গে পৌরাঙি খুদক অহুদা ঙাইহাক্তং লৈরম্মগা য়েংহৌবা মংদনা অহুম মফম থংদনা মাংখি। মীয়াম পুন্না পুক্লিং চিংনবা লম্বী ওইনা থরিবিঙেদা পগযুক্তো সনা ফম্বাল লাংবা ঙম্মক্রে হিপ্পগে হাইদুনা ভাংবন মথক অহুদা চেপথখি। খুদক অহুদা শ্রীযুক্তোগী সনা থোগল নিংথৌ মাইবা চিরাই কাংবনা সনা নাক্তা সনা থোগল লাইয়েংঙি। শ্রীযুৎকী অনা লাইওং থংদে সনা হকচাং পোৎথাফম লৈত্রে। খুদক অহুদা লাম্বা ফংবা অমাইবা লৈবাক মাইবা অহৈবা মথৈ লাকুনা সনা গৌথন চংঙি, পঙ্কয্কো মহারাজ নাম শোল্লম্বদগী অনা মৈচাক পুবা ঙমদদুনা সনা ভাংবন মথক্তা লোংনা তাদুনা রা

ঙাংখিদনা খরগী মাকোই হোন্দুনা তুকপংপা য়েংপংলানা তৌনপ্তম তুকথহনা পপংযুক্তেশ্বর লৈখি। মতম অসিদা শ্রীযুক্তো নরসিং মরাও ইবুংঙোনা মপ্পাম্বুঙ্গী অনা লাইওং থংনবা ঙাইহাক পুক্লোইদং পোংথানবা সনা বুদ্ধি মথং মথং থম্নকই মহুদা অচোইবা মোইরাং নিংথৌ লিরিখোম্বা লুরাংবনা হাই। সনাখ্বা শ্রীযুৎকি সনা হকচাং ইবা অসিবু অনা লাইঙং থংদন সনা হকচাং ঙাইহাকতংবু পোংথাহনবা ঙমদনা মফম থংদনা লৈবা অসিবু কমদৌসিংগে"। "অঙম্বা ঐগু অহুগীদমক থক্লম-মিবনি লৈবাক্কী মাইব। অতৈবা কনা লৈঙম্লিবা হায়বা মসিদা অঙম্বা মমাংতৈ ঐখোয়না ময়াং কশাম্বদা লৈরিতেদা অহন অমতং উনখি অহন অহু মুক্কা কাংজেনগু য়াম্না মীথোই মীংহন্না হৈ-শিংবা অহন্নি অহন অহুনা ঐঙোম্বা মথল মথা অয়াম্বা অনা অয়েকি রারি রাতাই য়াম্না শাহুনা ঐখোয় মৈতৈ লৈবাক্কী মৈহৌরোল রারিনচিংবা লিহুনা তাকপি। অহন অসিনা ঙাংবা নিবা অহু য়াম্না মুংঙাইহুনা অহুম রারি রাতাই শাহুনা অহুম লৈমিম্নহৌরে। মতম অহু ঐখোয়নদি অঙাঙ্গী রাখনমিন্না কয়াগু মথা ভান। থক হংজন্দে মানা হাযম্নক হায়রকপা লিরকপা অহুমথৈ তাবদগী হেন্না অহন অহুবু হৌজিক ঐনা নিংবদি নিংশিংলগা মিং অসি কৌই লম অসিদা লৈ হায়বা এবু হায়দোকপা ঙমদনা লৈরে অহন অসিবু কংলবদি য়াম্বুঙ্গী অরাবসি থবদি কোক্কবা নিংভি অহন অসিবু নিংশিংবদা লাম্বা কংদহুনা লৈরম্মিবনি"। মখু চুম্মি অহন অহু ঐ য়াম্না মুন্না থংভি অহন অহু ঙাইবং লাইগী মগেক্রি থদবা উদবা লৈতে অহন অহুন। থবক মরম পুম্বা ননাইবু শিম্নাক শিন্দম্বাবদগী ননাই ঐনা সনা থোগল ফংজরিবনি, অহল অদো ননাই ঐবু পোকপা পাবুং নন্দগা য়াম্না লুনা তিন্নবা মরুপ ওইহুনা পবুংনা লৈরিঙৈদ ননাই ঐখোয়দা মরক মরকতা লাকই। অহন অহুগী রাখন অহু পুকচেন চাঙনা লৈব। অতম্নি মীঙোন্দা নপচা হায়জবা তৈনদে হাবক্কবদা য়াদনা তোকপা লমবীগু থক তৌদে মান। তৌবা থবকতা পাংথোকপা ঙমজ্রিবমথৈ মায় ওন্দে. হাইখিবা লমবীদা লেংদবা ওইবা অতম্নি ননাই ঐগু অহন অহুবু নিংশিংজগে সনা নাকতা চংলকলিবনি"। "অহুবু অঙমব। কনানোনে অহল অহুবু কদাইদা লৈবগে রারি কোন্না শাশি থোক্লিবা থবক অসি অহল অহুনা মমাংতৈদা তাকপিরম্লবনি মরম অহুনা হৌজিক নিংদি নিংশিংলগা তপত বা হংগৌদবন ঙাংদাংবা মফম থংহুমা ঐবু লৈরবনি বদাইদা লৈবগে"? মাখ্বা সনা পুক্লিং য়াম্না তম্মীনি শ্রীযুক্তে য়াইফবা কুপা অম্নদি শোইদনা থংভনি থঙ্গদবা মরম লৈবনা ইপু ইনাইনা অহন অসিবু নিংশিংলকইবনি সনাখ্বা, খাইগী মমুংদা চনম্বা মুক্কা কনবা অহল্লুপ পানাগী হুলোভসিং হায়বদা অহল অসিজনি"। রা অসি তাবদা নব তাংথোম্বনা খোংনেংশা য়াংলোই কাত্রং অহিংববু তোংহুনা লাংথবান সনা কোন্নুংদগী খাই তান্না লাকুনা চনম্বা হুলোভসিং অহল্লুম পণ্ডিট মুক্কা কনববু উনহুনা মপু মনাই শগোল অমমম তোংহুনা সনা কোম্নুং য়োনব। লাক্লে গুকং কুফা মমুংদা চংহুনা

মপু মনাই তুংথ-মাংথ লাকই, নিংথৌ মাইবা চিরাই কাংবা লৈবাক মাইবা খুরাই কাংবা পুমবা পণ্ডিট ছুলোভসিং অচম্লুপ্পা মুরু কনববু উবদা তাংজা মরাই লুকুন। পুক্লিং রাখল তৌনা সনা খৌগল হেক তৌনৈ। চনমবা মুরু কনবনা "জায় রাজ শোভা ব্রহ্মন বৈষ্ণব পূমববু ননাই ভক্তি কৎচরি" লৈরিবা শোভাচু ভক্তি কত্তুনা সনা নাক্তা পণ্ডিট ছুলোভসিং চংলকুন। মপু সনা খৌগল লাংবা লৈবাক মাইবা অহৈব। নিংথৌ মাইবা অহৈবা লৈবাক মাইবা অফাওবা অহৈ অশিং পুমবগী মফম্লাংদা মপু সনা খৌগনবু রাংলেন পুংথাই অমত্তং ফিগাও শানা নিজগে পুক্লিং রারৌবা তৌবিগম্নু সনা খৌগল পামজবগী লাকচবনি"। রা অসি তাবদা মাইবা পণ্ডিট অহৈ অশিং পুম্বা রা ঙাংদনা তুমিন তুমিন হন্দোক্লুনা মাগী মাগী মফম্লংদা ফমতুনা লৈনৈ। খুদক অতুদা সনা মাকত চংতুনা পঞ্চযুক্তো ননাইনা সনা থৌগন রাংলেন মিকুপ অমত্তং সনা থৌগন ফংজগে" রা অসি হায়রনা সনা হকচাং পায়তুনা মিতুনগী মরম পুমবা য়েংলকই। মিতুনগী মরম কুংশিংকী পাওদাক তাবদা পণ্ডিট ছুলোভ রা ঙাংবা খোকথিত্রে মদ্দৌ পাখংববু পুরুম লৈপায়নতুনা থমোই লকানুংদা মদ্দৌবু থাগোম্নতুনা সনা থৌগন তৌরকই। শ্রীযুক্তোগী খুবাক য়েং ওইদা মন্ত্রা শোন্দুনা মনা নাকোং অনিবু মেন্দুনা থম্নগা হকচাং কয়াৎ খুদিংদা মিতুনগী ইপোম থাম্নিবা কুংশিংকী ইতন ফুরকপা মফম খুদিংদা মন্ত্রা শাথোক তৌতুনা শোন্দুনা ফাজিল্লি, কুন্দলিনি ব্রহ্মাদা ব্রহ্ম নাম শোন্দুনা ব্রহ্মবু থেম নৌনা কাতুনা খুৎ থাতুনা হেক থমখি। শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজ শ্রীবিষ্ণু শ্রীবিষ্ণু নাম হেক শোন্দুনা হংজি "ইপু কয়া কুইরে লাকপিবা নগুবু রাকুরেদা বিষ্ণু বিষ্ণু" হায়রম্মগা মিংম্না লকা অনিদা তরং ইরা চেন্দুনা তুমিন্না খোম্নেন তুমখুন তানবগুম্না তুমিন্না হেক লৈখি। খুদক অতুদা পণ্ডিট ছুলোভসিং শ্রীগী হকচাং কয়াৎ ৯ গী থোংলোন খুদিংদা ব্রহ্ম শকাম্ন বিজ মন্ত্র শেন্দুনা থিংলগা হকচাংগী মরুওইবা অকংথা চক্রদগী বিশুদ্ধ চক্র, পুষাবস্তী চক্র, অনাহত্তা চক্র, স্বাধিনষ্টান, গুহ্যদ্বার, মুলদ্বার মফম তরুকমক্তা ব্রহ্ম বিজ মন্ত্র শোন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী মুরলি বাংশিগী খরনা চিংশিল্লগা খোইদৌ মথাদা বাঁশিনা ফৈনা থমতুনা হুঁ পুম্নমকপু থিংতুনা ভেজন শাথোক্না থমগ্রগা কুন্দলিনিদা পণ্ডিটকী খুৎনা ফাতুনা অমুক হেক থম্মি"। খুদক অতুদা পঞ্চযুক্তো শ্রীগুরুদেব শ্রীবিষ্ণু বিষ্ণু নাম হেক শোল্লি অতুগা ইপু নগুবু পোৎথাবশি কুইবা ইম্না য়াদে গ্যান অসি অমম্বা বেক্তা ওই মশিবু করিননো মতম থরদংদি নাম শোঞ্জনিংঙি স্বর অসিবু লৈখোং ইত্তা তাবা শুমদে। ঐজ্ঞা চোরোনগী কৃপানি শ্রীবিষ্ণুনা রক্ষ তৌনি"। রা অসি হায়রম্মদা পণ্ডিট ছুলোভসিং পুক্লিং অম্নাবগা লোইননা যোগ শধনা তৌতুনা অস্ত সিদ্ধি বিজ মন্ত্রবু সনা হকচাংদা হাপ্তুনা থম্মি, সনা হকচাং থরা কল্লি, হাই হুম্বা লেংবা থরাখিৎ য়াই খর লৈখোং য়োনা। হোঞ্জিনবা ঙম্মি সনা য়াথং খোনফম থরা কল্লপ্না ঙাংবা ঙম্মী সনা হকচাং চনিং য়োনা ইংঙি সনা হকচাং গুাইহাক

গোৎথাদুনা নাম শোন্নুনা লৈ। শ্রীযুক্তো মনাও ইবুংঙো নরসিং সনা নাক্ত, চংলকুন তুমিন্না পণ্ডিট ছুলোভসিংবু কৌখোক্লুনা হা ওাংনৈ। ইপু পঞ্চযুক্তোগী সনা হকচাং অসিবু মওং করি লৈবগে ? "মনাও ইবুংঙো মরম অশি ইপুনা শোটবা ওইশন্নুকো শ্রীযুৎকি মঙোল য়াইফবা লাক্লবমাক্লে সনা থোগল সেবা তৌবদগী কেন্না লম্বী খোইদোকপা লৈরে লাইও'দি নবুধৌনা মঙোলগীমখক নাম ত'বা লাকপদা খংদবদগী সেবা থোগল কাক্লমাক্লে, অদুদগী অমুক নবুধৌনা লেংশিলকুনা নয়াম্বুঙ্গা ভাংবন অমত্তদা কমদুনা নাম তাম্নিবগুম তৌখিমাক্লে মত্তুদা নয়াম্বুংনা নবুধৌগী শয়া ব্রহ্মাবু নমুমাক্লে মত্তুদা নবুধৌগী শয়া ব্রহ্মাবু নবুধৌনা চিংশিনবদা নয়াম্বুঙ্গী ব্রহ্মাবু য়াওনা লৌশিনথ্রে নধৌগী কেন্না থাবনি হিদাক লৈতে, শ্রীগী পাউজেল থুংওরনি ওসি অসি সেবা মুংঙাইনবা নাম শোনবা তাবা অসিন নয়াম্বুঙ্গী রক্ষ ওইগনি, হযেঙ্গী নুমিৎ অসিগী মেংয়াইদগীদি শ্রীপঞ্চযুক্তো নয়াম্বুঙ্গী ময়াগী ভোগ লোইরনি ম্না বুধি তৌবিনি", হা অসি তাবদা শ্রীযুক্তো নরসিং সনা কোনুং অকোয়বা কোয়ন চত্তুনা য়েংবা হৌই। লোইশং খুদিং চংদুনা অচা অথক যেন্দুনা শ্রীযুকতো সন হকচাং থরা মুংঙাইরে হায়দুনা পাউজেল্লি, লমখোং খুদিং পোক্লুনা ময়াম্বুঙ্গী মঙ্গোল ওইনবা অচং অওক মুগী অঙাং থাক্তুনা ব্রহ্মন বৈষ্ণব পুন্বদা সনা লুপা ফিনচিংবা দান তৌদুনা সনা থৌগল অহাং অহাংবদা তৌদুনা লৈ। পণ্ডিট ছুলোভসিংবু য়েংদুনা পঞ্চযুকতোনা হাই, "ইপু ঐবু থাদোকদৌবত্রা ঐবু থাদোকপিগন্নুকো ইপু নাম অসি ওাইহাক্তুদি শোমখিগে নশুবু"। ঐঙ্গা সনা চোরোনগী বুপানি ননাই সেবা তৌজনি চংচবোই, ননাও ইবুংঙোগা অনা লাইনং অদুক থন্নজবনি" হায়না পাউথুমদুনা সনা নাক্তা থোগল তৌদুনা লৈখি। শ্রীপঞ্চযুকতো মহারাজ ওাইহক অমা ফম ওাইহাক অমা হিপ অগুম তৌদুনা নাম তাই হরি ভকতি বিলাস তৌদুনা ব্রহ্মন বৈষ্ণবসিঙ্গা রারি রাতাই শাদুনা অহিং অদু লেপ্লে। নোংঙাল্লব মতুংদা মনাও ইবুংঙোগা পণ্ডিট ছুলোভসিঙ্গ ওাইহাক রারি শানৈ। রারি অদু সনা নাকোংদা নাশোন ওইনা হাইফেং তাখিগুম তৌথ্রমাক্লে মত্তুদা পঞ্চযুকতোনা থল্লি, "ঐগী পাউজেল থুংলবোইরে" সনা পুক্লিংদা থন্দুনা অমুক হাই, ইপু রারত্রা ঐবু থাদোকতুনা কুমগে হাইত্রনে"। "ঐঙ্গা ননাই ম্না থোগল লাকচবনি পঞ্চযুকতোগী য়াইকনবা নমাও ইবুংঙোগা অদুক থন্নজবনি" হাইদুনা সনা থোগল তৌদুনা লৈরে। মতুং অদুদা মনাও ইবুংঙোগী মফমদা হাই মনাওগী থুজেং পারদুনা। 'শানৌ ইবুংঙো য়াইদা য়াম্বদি মচা পিশক অসিবু"? হা অসি হায়রগা তুমিন্না লৈখ্রে। নরসিংনা হাই, ননাও সনা পুক্লিং লোইনা থংজরে ইচা পিশক্তিদমক রাবিন্ন লেংত্রবা ইচাগী থুবম্নি মরম পুন্না কাইদনবা সনা পুক্লিংনা নিংবিবা লম্বী পুন্না শোইদনবা তৌজনি ইধৌ পাথংবনা শাথিনি ননাওগী হকচাং সন চোরোন্দা বংথ্রবনি ময়াগী রাখল থাদোকপিরে শ্রীগী লম্বী মুংঙাইনবা

নাম শোনবিবনা অথোইবা লনগী মতম ওইরগত্রা ননাওবু নিংজৈ" হায়া অসি হায়রুনা সনা থৌগল তৌরুনা সনা নাকতা লৈখি। শ্রীয়ুকতো নরসিংনা ময়াম্বুংগী মঙ্গোল ওইনবা হাইরুনা ব্রহ্মণা সনা নাকতা লৈহন্দুনা বেদ পাঠ তৌহল্লি লাইরিক হেক লোইবা খুদিঙ্গী ময়াম্বুঙ্গী মঙ্গোল ওইনবগী-দমক দান তৌই। মতৌ অসুম তৌরুনা সনা থৌগল মুংঙাইনবা সেবা তৌরুনা সনা নাকতা অদুম লৈ। অহাংবা মতমদা সনা কোম্বুং কোয়না চত্তুনা প্রজাগী অমসুং কোম্বুং মরুপ্পী ঈ পাও তাড়ুনা কোম্বুং ঙাকই মতৌ অশুম্বা মী পুম্নমক্কি মপুক মুংঙাইনবা হোৎনরুনা ময়াম্বুঙ্গী থৌগল শোইদনবা সেবা তৌরুনা লৈ। শ্রীপঞ্চযুকতেশ্বর মহারাজনা নাম তারকপা ১০ তরানি শুবা নুমিৎকী নোংয়াই হেক য়ৌবা মতমদা পঞ্চয়ুকতো মহারাজ শ্রীবিষ্ণুগী নাম অহুম্নক শোল্লম্লগা ময়া শংশারগী লিনাবু খাদোকখ্রে।

মমাও ইবুংঙো নর তাংখোম্বনা ময়াম্বুং মহারাজ থুপাত্রে হাইবা মরম অসি মী অতোপ্পা কনা থংহন্দে সনা নাক্তা থৌগল চংভিবা অদুদগী হেন্না। ইবেম্মশিংনা হংবা ফাওবদা তাক্কে সনা হকচাং খরা মুংঙাইরে হয়েং মথৈদি সনা থৌগল লেংশিনবা য়ারনি রাবিরুৎ হায়না খুমখি। মরমদি শ্রীয়ুক্তোবু লৈত্রে খংঙগা কপ লাওবা তৌরকনি মিকপ মিরাও তাবদা য়েক্রবনা কোম্বুং থুগাইবগু মাই খুদোংথিবা অকাইবা লাক্কনি ময়াম্বুঙ্গী সেবা খুদোং চাগ্রোই হায়রুনা অহিং অদুতা লেম্লবা কম্মা হোৎনৈ। লোইশং খুদিং চংরুনা অচা-অথক য়েন্দুনা অহিং তুমদনা কোয়না চত্তুনা খ্বাইগী পুক্লিং মুংঙাইনবা রাঙাংরুনা লোইশং খুদিঙ্গী মপুক মুংঙাইহল্লি কোয়না চত্তুনা মীপুম খুদিঙ্গী কারম্মগা চংশিল্লরুনা পঞ্চযুক্তোগী সনা হকচাংবু হিক শংদা লেংশিন্দুনা অহিং অসি লেপ্লগা নোংঙাম্বা মতমদা ইবেম্মশিং পুম্নমক থংহন্দুনা লৈবাক প্রজা পাউজেন্দুনা শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজগী সনা হকচাংবু সংস্কার তৌরে কুমৈগী মতৌগুম্বা প্রজা অঙম্বা পুম্বা তিন্দুনা শ্রীয়ুক্তোগী সেবা হেক লোইবগা শ্রীয়ুক্তো নরসিংহনা মচা ইবুংঙো চন্দ্রকৃত্তি সিংবু নিংথৌ সিংহসন মথক্তা থাংগত্তুনা নিংথৌ হাপ্লে। প্রজা অঙম্বা ময়াম তিন্দুনা শ্রীয়ুক্তো চন্দ্রকৃত্তিগী কোলোই মিংলন তম্মি। পঞ্চয়ুক্তো চন্দ্রকৃর্ত্তিবু নিংথৌগী সিংহসন মথকতা থাংগৎপা মতম অসি শ্রীয়ুকতো অসিগী চহী ২ হা মঙাইরি অতাং মতম চাদনা রাজ সিংহসনবু ফংই হায়রুনা নিংথৌম পীশক হায়না মিংলন তম্মে। মতুং অদুদা শ্রীপঞ্চয়ুকতো মপা ইবুংঙো মহারাজগী কর্ম্ম দিন নুমিৎ শুরুনা সারদ্ধা কর্ম্ম তৌরে, অরিবা পালা ৫, গোবিন্দগী সেবা ধোপ পালা ৫ গা শরুবা শ্রীয়ুৎকো কর্ম্ম পন্দোল লোমখি। শ্রীয়ুকতো মহারাজ গম্ভীরসিং চহী ৯ পানখি, হায়বদি ঐরানা খুদুম চনবা মতমদা শাঃ ১৭৬৩ গী মমুংদা থা ৭ অমা লৈবাক ঙাকই মপুংদি চহী ৮ থা ৫ তনি পুম্জিনা চহী ৪৭ নি।

# ৭৩ নং চন্দ্রক্রান্তিগী পরম

লাংবচক্নি কুমশিং ৪৯৩৪ নোংদালাইগী কুমশিং ১৮২৬ খৃ ১৮৩৪ শা: ১৭৫৫ চ: ৮৬ চৈথারোল ৩৫০ চৈথাবা নিংথৌজাম্বা নোবোগী কুমগী মমুংদা শ্রীপঞ্চগ্যকত্তেশ্বর মহারাজ চিলেন নোংদ্রেন খোম্বা য়োইরেন ত্তোনপোকপা সনা ইতম ঙানবা মৈত্তেঙ্ চন্দ্রকৃত্তি নিংথেম পীশক নিংথৌ হাপ্লুন। সিংহাশোন্দা ফম্বা হোরে। মত্তোন ইবুংঙো নরসিংনা মচা ইবুংঙোগী মফমদা নিংথোগী পোংৎলোই শমপোৎ পুম্বা শিন্নখ্রে শ্রীপঞ্চয্কত্তো অসিনা অঙাং ওইবলিনা নিংথৌ ওইবগী রায়েন বিচাবন- চিংবদি ঙমদবনিনা মত্তোন ইবুংঙো শ্রীনরসিংহনা মচাগীদমক প্রজ বু রায়েন থৌদা নোংদমহুনা লৈশাক মরা ত্তপ্পা পান্নবা হোৎনহুনা লৈবাক ঙাকই। সনা থৌগন অত্তম্বা পণ্ডিট ১) শ্রীয্কত্তো অহৌম্ব, য্বরাজ ২) শ্রীদেবেন্দ্রসিং বাংথেবাকপা, ৩) শ্রীলৈত্তোন মেজ্জর, ৪) শখুম্বোং মেজ্জর, ৫) শ্রীশরাইজাম্বা, ৬) শ্রীখাংগান, ৭) শ্রীপাওশোং মেজ্জর, ৮) শ্রীবলারাম, ) শ্রীমেপ্রা, ১০) শ্রীনবিন, ১) শ্রীঅচোইবা মোইরাং নিংথৌ লুংাংবা, ১২) শ্রীপংঙ্গেন বাশি ভাণ্ডাদাব, ১৩) শ্রীত্তোলেন ঔরান্দর, ১৪) শ্রীকাংজাম্বা বোলো শুবদার, ১৫) শ্রীবিনো, ১৬) শ্রীত্তোলেন, ১৭) শ্রীঅঙো, ১৮) শ্রীখবি, ১৯ শ্রীলৌখোন, ২০) শ্রীঘাম্বীয় লাবা, ২১) শ্রীনিংথৌজাম্বা মেজ্জর শুবদাব অসিনচিংবা সনা থৌগল্লি। মথোয় অসি শ্রীযুক্তোগী মমুং থৌগন ঙাক্লি। শ্রীয্ক্তো মত্তোন ইবুংঙো নরসিংনা স্ন থোংলেংলক্লুনা চনম্বা পণ্ডিট মৃত্র। কনবা ত্রলোভসিঙ্গী মফমদ লাক্লুনা হাইরে 'ইপু নগু পীশক অসিনা নিংথৌ ওইবা অসিবু ইপু থক মুংশিবিদ্রা" "হী' করিনে' সনাখ্ব মজ্জা ইবু ঙো নিংথেম পিশর্ক্লমক" মতম পুম্নমক্ত নবুধোবু থাগোম্লহুনা লৈজবনি অহুবু ইপু কোন্নুং মনুং অসি লুচিংবা য়াম্ব' অমত্তা লৈখিদ্রে মসিবু কমদোশিগে ইপুখোযনা ফম্বে ফম্বিহুনা রারক রাত্তেম্বীদ্রবদি কমদোনা য়াম্বা থৌগন লিজ্জদগে মচা মনাও নাওকানবা অচন যাম্বা লুচিং ফম্বে ফম্বা অমত্তম্ব য়ানদ্রে। রা অসি তাবদা হাই, "সনাখ্বা ইপুদি লৈমাকোন্দা লৈবা লোইশং ফম্বে কম্বশি কয়াও থোইনপু পামজদেদা সনাখ্বা সনা থৌগন ওইনা মরক মরক্তা গোবিন্দ দরশন ফজবা লাকপা ওইনা সনা নাক্ত হেক হেক চংজবাক্ত অহংশু ওইরে যম্বে লাংবা মত্তমশু নত্রে"। অত্তুদ ইপু বংদৌত্তে লাকনি? সনাখ্বা শ্রীগোবিন্দগী থেঁজাল নোংদম ফংবা ভুমিং অমদা সনা থৌগন হক্তা ফজ নি। অত্তুদি ইপু ভুমিত্তি থংত্রেদনা এদি ইপুবু উনসিংহিদ' স্নাখ্বা চবনগী কৃপানি নোই শোইদনা লাকচনিদা। অত্তুদি ইপু চৎচরগে। লেংবিরো স্নাখ্বা ইবুংঙো। অশুম্ব ঙাংনহুনা শ্রীয্ক্তো স্না পুক্লিং নিংওমদনা লেংখৎখ্রে।

মত্তুং ভুমিং ৭ নি শুবা মত্তমদা নোংমাইথেম্বা পণ্ডিট শিদ্ধান্তগা লোইনহুনা সনা কোন্নুং লাংথবাম্বা লাক্লুনা গোবিন্দা দরশন ত্তৌকরগা সনা কোন্নুং মনুংলোমদা চংলকই। মত্তম অত্তুদা অত্তম্বা অকল অথৌ পুম্ব সনা থৌগন ত্তৌহুনা মত্তোন ইবুংঙো শ্রীনরা ঙাংখোম্ব কম্বাল লাংদা

মখল মখা অয়াবা প্রজা শাসনগী মরমদা খন্নরম্মি। পণ্ডিট অনিবু চংলকপা উপদা শ্রীনরসিংনা "অহনগী মতম ওইবিরবা লৈবাকী পণ্ডিট অনিবু চংবিরকশি পণ্ডিট অনিনা কপ্পাল লাংছুনা ঐখোয়গী সভা অসিবু শিন্দাক শিন্দন্নাছুনা থোদা নোংদম তম্বীরবদি লৈবাক্কী মুঙাইবা থুবম ওইগনি চংবিরকসি চংবিরকসি"। পণ্ডিট অনিনা চংলকুনা "শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজ মতোন ইবুংঙো ব্রহ্মা সোভা রাজ সোভাবু ভক্তি কৎচরি" খুকমছুনা দরবার অহুদা চংলকুনা মমামগী মরক্তা ফম্মি। মতুদা মতোন ইবুংঙো নরসিংনা হায়রকই, "অহনগী মতম ওইরবা শিন্দ মু অনিনা কপ্পাল লাঙদবদি মকম অহু নত্তে" হায়ছুনা হৌগত্তুনা অহন অনিবু থোদা নোংদমফম নিংথৌগী সন তাংবনগী মোইরা সম্বাং পাংবদা পুশন্দুনা অহন অনিবু ফমহল্লগা হায়, "ঐখোয়গী শংলেন অসিসে সিন্ধান্ত অনিনা ভসিমথৈ পুবিরনি শংলেন অনিনা নিংথৌ অমসুং অঙম্ববু থোদা নোংদম শিন্দক্লনি, তাকওম্লকপা ময়াথং ইমা নিংথৌ অঙম্বা প্রজা পুমবনা চৎকদবনি ভসিন্দগী হৌনা মমাংডৈদা চৎলমব য়ামব থোগল্লোন অহু অমুক হন্না লিংলবনি ইপু পণ্ডিট নোংমাইথেমবনা লাংদাই লোইশং ফমবিনি, ইপু মুক্তা কনবা চান্নবনা ভমদাই কাইবিরোন শংলেন পুবিনি শংলেন অনিসি ইপু অনিগী মকমদা ইচ ইবুংঙো মহারাজ নিংথেম পিশক্তি কুংভাইনবা ভসিদগী হৌনা শিন্নরে মঙম অসি অঙমবা ফমদৈ ফমবা অপুমবা অকল অথো অয়ামবা করি খনবিদা"। মা অসি তাবদা অঙমবা অকল অথৌশিংনা হায়খি, "মতোন ইবুংঙোনা তাকপিবা ঐখোয় পুমবা য়াজরে।" মতুদা পণ্ডিট ফুলোঙনা হায়, "মতোন ইবুংঙোনা ননাইবু চানবিছুনা সনা নোংদম তমবীবে মতুদা ননাই ঐবু অহন্নগা ওইদগা শংলেন ফমদৈ লাংবশিবু চোরোন্না কুপা তৌবিবু ঈনাও পণ্ডিট নোংমাইথেমবনা শংলেন অনি শুপা পুবনা সনা থোগন খুদোং চাগদ্রা" মা অসি তাবদা মতোন ইবুংঙো মা ওয়াংদে তাংক্তা লুক্ত তুমিন্না লৈ। মতুদা আচাইবা মোইরাং নিংথৌ লিরিখোমবনা মতোন ইবুংঙোদা হঙংলি, "মতোন ইবুংঙো সনাখা ননাই ইপু মক্তা কনবদি শংলেন কুংদা ফমদৈ ফমছুনা নুমিৎ খুজিংগী ফমবাল লাংঙ, তাকওমবিবা য়াওয়োইই, ইপু অসিগী মপোদি ননাইনা থংজবা মরম খরদং লৈতে সনা চোরোন্দা নিংশিংজগে"। করি মরম্মো অঙমবা মোইবাং নিংথৌ ? মতোন ইবুংঙো ইপু অসিন মগুং মতম চারিভৈদা মদ্দো ইবুংঙো পঞ্চযুক্তো মহারাজ ভগ্যচন্দ্রনা সনা নাক্তা অঙমলক কৌথদুনা হায়বিব শংলেন অনিবু ইপু অসিদা পিবদ ইপুশিনা "ননাইবু লৈমকোন্দা থমবীবা চোরোন্না কুপা তৌবিয়ু ননাইগী ইতিক নৎচদে পামেন অরাংবা কাজরেই নোংলৈ নুংশিং অকনবা খোংনবা মতম লাক্লগা পামেন মউ তেক্লুনা ইশাগী লাইথুং ফানবনি চোরেন্না কুপা তৌবিদুনা ননাইগী লাইরা মাশোক্তা লাংদাই ভমদাই কাইবিরোন শংলেননি খন্দুনা ননাইবু ফমবাল লাংজবা সনা নোংদম তমবিবা মপুগী সন চোরোন্দা হন্না ননাইনা চিজরি"

তায়না খুমহুনা ফমবৈ থম্মু য়াদহুনা লৈওম্মি । ইপু অসিগী ময়মদা অহৈ অশিং পুমবগী য়াকা কয়েন ওইরগা নিংথৌ মাইবা চিরাই কাংবগী পুক্লিং লৌশিং ওইহুনা নবুথৌগী সনা খৌগন তৌনৈ হায়না মনাইনা পুংকক চাওরকপা মতমদা ননাইবু পোকপা নন্দ যশোদা অনিনা ফুঙ্গা রাংমা রাংমা কমহুনা ননাই ঐতোন্দা মরম অসি তাকপি, ইপু অসিগী মরম ননাই ঐনা ইপাগী মফমদা হংজবদা । অচোইবা লুবাংবগী রা অসি তাবদা মতোন ইবুংঙো সনা পুক্লিং চিংনবা কোকহুনা হায়, "খংঙে ইপুগী পুকচেল নগুনা মরম খংদবনা ইপুগী মফমদা রাহৈ খুবাম থরা চাওখ্রমান্নে মরম পুমথা ইপুনা নগুবু চানবিয়ু ইপুনা নিংবা লমবিদো ইবুথৌ হাক্তকণ্ড তৌরক্লবা মরম অদু কায়দনা ফমবৈ লাংবা ওইবিরো শংলেন অনিশিবু পুমথা থাদোকপদি তৌবিয়ু, তুমিৎ খুদিংগী শংলেন ফমবৈ লাংবা য়াওবিয়ু, থাজ কুমজা অমগী মঙ্গংদা অমুক অমুকং লাকপিহুনা শ্রীগোবিন্দ সেবা চংপা মতমদা শংলেন খুদিং চংহুনা য়েংঙমবীবা ওইবিরো" । রা অসি তাবদা চান্নবা মুক্লা কনবা পণ্ডিটনা, মতোন ইবুংঙো সনা চোরোমগী কৃপানি সনা খৌগন কণ্টইরক্লরা তৎনগী মতম ওইবসিনা থঙ্গহুনা হুঙ্গৎচবনি ননাইনা কদি করিগুম্বদা সনা নাক্তা লৈহুনা নপুম্ভ সনা খৌগন তুংইঙ্গবা ওইজনি" রা অসি তাবদা মতোন ইবুংঙো নরসিংনা "ইপুদি ঙসিমথৈ মিংহুন অসি লাংজগে ( নিংথৌ মাইবা চিরাই হেনবা, লৈবাক মাইথা খুৎলাই পায়বা চান্নবা পণ্ডিট লাংলাই কাইবিরোন ঙমদাই পুমবা, হুয়েন লানচেং শাকবা, য়ায়েন করা রাস্তাকপা ) মিংহুন অসি নগুনা ইপু নঙ্গী নফম্নাংদা অঙমবা প্রজাগী মমাংদা লৈবাক খংনবা লাংজরবনি" মরম অসি তাংনহুনা পাণ্ডিট অনিবু থমখ্রে । পণ্ডিট অনিনা "মতোন ইবুংঙো ওল্লকদৌরিবা কুমজা অমানিসি শা-লান থরা তোই লৈবাক ইয়াং লৈ সনা বুদ্ধি থরা চেকশিনবিগনি অহুমক ওইহুনন্ত খুবমদি লেংখোই লাম্তাক লাঙ্কেন লানগারকপনি হায়রম্মি ।

শা: ১৭৫৬ চৈথারোন ৩৫১ মোইরাং মুচুকুন্দগী কুম নিংথেম পিশক্রদি অঙাং ওইবনা থবক মরম পুম্বা ঙমদবদগী শ্রীযুক্তো নরসিংনা মচা ইবুংঙোগী খুবম কাইদনবগীদমক থবক মরম পুম্নমক্তা কোয়না য়েংশিন্দুনা চেকশিন্না লৈবাক ঙাকপগী থবক পুম্বা তৌই, মতুদা শ্রীযুক্তো অঙোসনানা মপুক্তা তাথিহুনা নিংথৌ খুবম্ন মানা শিনগদবগী মঙ্গংদা পৌরাং তৌহুনা হোংনৈ । যুবরাজ অঙোসনাগী থৌরাং অসি শ্রীযুক্তো নরসিং সেনাপতিনা খংহুনা মাগী পৌরাং অদু পাংথোকপা ঙমদনা লৈখি । থবক অদু পাংথোকপা ঙমদবদগী মথন্তা ইকাইরকুনা লৈব ঙমদহুনা তেখাওবোমদা চংহুনা মতম থরা লৈরম্মগা শিখি ।

শা: ১৭৫৭ চৈথারোন ৩৫২ শ্রীয়াম্বেম শ্যামগী কুমদা শ্রীমারজিৎ মহারাজনা পোকপা মচা শ্রীরাংখৈরাকপা যোগেন্দ্রসিং ফমদাবনা লান হৌরক্লে । লান অসি ঙাকপা শ্রীদেবেন্দ্রসিং রাংখৈ-রাকপবু লানমী থরা পুহুনা অথুই হাংওখুন তাম্না চংহনখি । মফম অদুদা লান কম্না শোক্লরে

লান অহু শ্রীদেবেন্দ্রসিং রাংথৈরাকপনা ওমহুনা শ্রীযোগেন্দ্রসিং শিরে, লানমীশিং হিংহোবা থরহুম্ কায়হুনা চেনখ্রে ।

শ্রীপঙ্কজ কেশর চৌরজিৎকী মচা ইবুংঙো শ্রীত্রিভুবোনজিৎ, শ্রীরামসিং, শ্রীতিলান তাবা অহুম্না লান হৌরক্লে। শ্রীযুক্তো নরসিং সেনাপতিনা মনাও ইবুংঙো শ্রীদেবেন্দ্রা রাংথৈরাকপবু লানমী চামা (১০০) পুহুনা চৎহল্লি। লান অহু অহিংদা য়াম্না কম্না শোক্নে রাংথৈরাকপা দেবেন্দ্রসিংগী থুবম কয়া চাদহুনা দেবেন্দ্রগী ভেঙ্গোল কায়রে। শ্রীত্রিভুবোনসিং শ্রীনরানসিং, শ্রীতিলান তাবা অহুম, মাগী লানমীশিঙ্গা লোযননা তকশিল্লকপনা কোম্বুং য়োশিল্লক্লে। কোনুংদা লান কম্না শোক্লবে। শ্রীযুক্তো সেনাপতি নরসিংনা অশাওবগা লোযননা লান অহু কম্না ভাকখ্রে মহুদা ত্রিভুবোন, রামসিং, তিলান তাবা মখোয় অমত্তা হেনজিনবা ওমদহুনা নোংঙাকববনা হাল্লে সনা কোনুং মনুং তম্না চেনশিল্লকপদা শ্রীবামসিং, শ্রীতিলান তাবা অনিমক কোম্বুং মনুংদা তুরে মহুদা হেঙ্গোল কায়হুনা চেন্নরে খুদক অহুদা শ্রীত্রিভুবোনজিত্তি মেগজিং মনুংদা চংহুন, লৈপ্রে। শ্রীদেবেন্দ্রসিংনা বামোন মচা অমগা লোত্নুনহুনা মঙক্তা শলাগ্রামচন্দ্রা অমা পুন্দুনা মেগজিং মনুংদা চংলহুনা কৌথোক্লরে। বামোন অহুগী রা তাবদা মেগজিং মনুংদগী শ্রীত্রিভুবোনসিং থোরক্লে মথুক্তা খুংলাই য়াওদনা খুদক অহুদা শ্রীদেবেন্দ্র রাংথৈরাকপনা চোংশন্দুনা থাংনা য়ান্দুনা শ্রীত্রিভুবোন সিংবু হাৎলে। লান লোইহুনা শ্রীদেবেন্দ্রনা ময়াম্বুং নরসিংগী মফমদা লানগী পাউ তম্মি। পাউ অহু তাবদা করিনো ইবুংঙো লানফম্নি হায়হুনা মীবু লোনম তোহুনা কৌথোক্লগা খুংলাই পায়হুনা মীবু হাংপা হৌনখ্রা। মহু করি ধর্ম্মনো ওন্থোকপনিদা অসিগুম্বা লম্বী মতুংদা থক তৌগনু তৌহৈদবা দোশ য়াম্ন চাওবা লম্বী অকবা অমনি নিংথৌ মচা ঐথোয়গী ধর্ম্ম মাংহনবা কৌইকো" হায়না মনাওগী মফমদা লম্বী অসি তাকপীহুন, তৌপ্রবা থবক্লিনা অহুম তোক্লে।

শ্রীপঙ্কযুক্তো লংথৈন্যচন্দ্রগী মচা ইবুংঙো সনা তরং খোম্বা, শ্রীসন খেত্রিতাবা, সনা থাংজম তাবা, শ্রীসনা অশাংবা মচিন মনাও ৪ না সনা কৈজোম অমা শাই। কৈজোম ফিরোন অসিবু উবদ মী খনন ঙাংনৈ, "অসিদি নিংথৌ ফি ফিবোন ফায়বহু ওইরমান্নে লৈমা নিংথৌ কোনগী ফিবোন্নি" হায়না ঙাংনৈ রা অসিবু শ্রীযুক্তো নরসিং সেনাপতিনা ওন্না তৈননা তারে মখোয় মচিন মনাও মরি শ্রীসনা তরংখোম্বা, শ্রীসনা ক্ষেত্রি তাবা, শ্রীসনা থাংজম তাবা, শ্রীসন অশাংবম তনং মবিনা নিংথৌ শেমগদবগী থোরাংভে হায়না তাহুনা মখোয় ৪ বু ফরু হায়না শ্রীযুক্তো নরশিংনা মী থরা থাখি। মচন মনাও ৪ গী মীনা থুং থরা য়ামহুন, শ্রীযুক্তোগী মংাইশিংন ফাব ওমত্রে, মখোয় ৪ মক চেনখিহুনা কাম্বো হায়ব খুল অহুদ, লৈখি। মতুং অদুদ মখোয় মচিন মনাও ৪ না মী থরা খোমহুনা লান হৌরক্লে, শ্রীযুক্তো নরসিং সেনাপতিগী

মনাই খুৎপাই চেংপা শ্রীলৈতান মেজর, শ্রীখুম্বোং মেজর ২ বু লানমী ৫০০ গা লোইনচুনা থাখি। অঙম্বা অনিনা থৌবান য়ৌনা কুম্নতুনা থৌরান্দা লানবন শাতুনা ভেঙ্গোন লানমী পৈতুনা লৈরগা মেজর অনিনা তান্নচুনা লাইরিক অমা হৈরগা লানমী ৭ থক তোকভা শাবা চংহন্দুনা শ্রীসনা তরংখোম্বগী মফমদা থাং অমগা লোয়নচুনা পিররে, শ্রীসনা তর'খোম্বনা লাইরিক অদু পাতুনা য়েংভি। শ্রীযুক্তো সনাখ্বাগী মফমদা থ'হঞ্জখি মমাংদৈ সনাখ্বা ইবুংঙোন' হায়খিবা মরম অদুগী লমন শিংলমগে থাং অসিনা শাক্কি ওইশনু থৌবানলোমদা লেংবিরক্লো।" চিঠিগী মরোলগা থাং অদুগা উবদা সনা পুক্রিংদা থাজবা ওইদুনা মাগী লানমীগা লোয়নচুনা থৌবান ভুন্না ল'ফুনা অঙমবা অনিগী মনাক' থুংলরে। অঙমবা অনিনা হায়, "সনাখ্বা ইবুংঙো কোন্নুংলোমদা লে'ওসি", রা অসি তাবদা শ্রীসনা তরং খোমবনা খংভচুনা রা অসিদি র'ঙাং মলোল অমনিদনা হায়চুনা ফম্নবদগী হৌগত্তুনা চৎথোকে হেক ভোই মচুনা নোংমৈনা কাপ্পুনা শ্রীসনা তর'খোমবগী ফৈবাক্তা প'ন্দুনা তুরে। খুদক অদুদা মেজর অনিনা লানমীশিংদা ইঙ্গীৎ তৌদুনা শ্রীসনা খেত্রি তাবা, শ্রীসনা থাংজম তাবা অদুম্বু কোইশনদুনা ফারে। মেজর অনিনা সনাখ্বা ৪ গা লানমীশিঙ্গা লোয়নচুনা সনা কোন্নুং য়োনা লাকুনা শ্রীযুক্তো নরসিংগী মফমদা মচিন মনাও ২ বু পুশিল্লকুনা পিরে। শ্রীযুক্তো নরসিংনা হায়, "লৈবাক মমাংদা ঐথোয় মশেল মক্তা অশুম তৌনবা অসিবু করি ফজবা লৈরিবা, মসিগুমবা লমবীসে মতুংদা অমুক তৌনগনুশি'' হায়না থাদোক্লে। শ্রীসনা তর'খোমবা, শ্রীসনা খেত্রি তাবা, শ্রীসনা থাংজম তাবা, শ্রীসনা অশাংবা মচিন মনাও ৪ মক মনিপুরদগী কশাবদা চংখিচুনা লৈখ্রে।

শা: ১৭৫৮ চৈথারোন ৩।৩ সোরাইসেমবা শুরুবগী কুম বৈশাকী তাং ৩ শুক্রবার নুমিত্তা কোন্নুং মনুংদা কৈ অমা ফাই। মচুনা শ্রীযুক্তো নরসিং সেনাপতিনা পণ্ডিট চাম্নবা মুক্ত কনবগী মফমদা হংভি। ইপু মসি করি লোকই ? ঐঙ্গা শাবাও লানবাও থরগু লৈ, মন্নুং অসি মীহাৎ মীপুন থরা লৈ, শাগৈ ঙনা লৈবাক্তা তাবা থোক্লনি, মতুং মগুন চেনবা অমা থুপথি-দৌরে চহী ২/৩ অসি সনা হকচাং থরা চেকশিনবিনি লৈবাক ইরাং রাথোক থরা মীশি মীনাগী লমবী থরদং উজৈ মসি মক্তা মউমক শোকপা অকায়বা লমবীদি উদে মশা মরুং থরা থরা চাওবদা তাইনদৌরি"। অদুদি ইপু করি লৈ ? করিগু লৈতে সনাখ্বা মশানা তাবনি মউ শেক্তুবনিনা, মপান মরা তংনবা লমবী থোক্তে মশা মরোংদি থরা তেকপা থর কংবা তৌনবনি (নাম্ম উকম্নি ধর্ম্মনা শিদবা উপাম্নি) মরম অসি তাক্লম্লগা কুমখ্রে।

মতুং জেষ্ঠগী তাং ৪ শুক্লা প্রতিপদ সোমবারদা শ্রীদেবেন্দ্রো রাংখৈরাকপা লাজবা মাক্লংলোমদা লেংভি, তাং ১০ শুক্রবার নুমিত্ত' হল্লকই। কৃষ্ণগী প্রতিপদ তাং ১৯ মঙ্গলবার নুমিত্তা লৈশাংথোংদা

মুপী অমা হাংলম্মে. শ্রীযুক্তো যুবরাজ সেনাপতিনা চত্তুনা মুপী হাংপা নিপা অহু থিহুনা ফারে। সনা কোম্মুংদা পুখৎলক্লগা মতুং ইরাই নুমিত্তা লোই থাখি অষারগী কৃষ্ণা ত্রয়দশিদা তোকপম শাগে, পেবম শাগে অনিগী য়ুম্বু থুমলোই ওইনৈ। চৈত্রগী তাং ২৫ শুক্লা একাদশি বৃহস্পতিবারদা শ্রীসনা তম্বং খোম্বনা মনাওশিংদা লানমী থম্নগা পুহুনা লাম অমুক ময়াংলোমদগী হৌরকুনা শঙাইথেল্দা তেঙ্গোল শাহুনা লৈরে। শ্রীযুক্তো যুবরাজ নরসিং সেনাপতিনা মনাও দেবেন্দ্র (উপেন্দ্রোসিং) বু লানমী ৪০০ গা লোইনহুনা থাখি। শঙাইথেল য়ৌনা কুমথহুনা লাম কম্না শোক্লরে তেঙ্গোল লানমা অনিমক দেবেন্দ্রসিঙ্গ, শ্রীসনা তম্বংখোম্বগা লানক্ষম ময়াইদা থাং হাইহুনা শোক্লবদা শ্রীতরংখোম্বগী মরাবক থিবনা শিরে। মতুদা লানফম ময়াইদগী ময়াম্বা তুরে হায়তুনা মনাও অহুম্না চোংশিল্লকপদা শ্রীউপেন্দ্রো দেবেন্দ্রসিংনা নোংমৈনা কাপ্পুনা অহুম্মক তুখ্রে। শ্রীসনা তরংখোম্বা, শ্রীসনা খেত্রি তাবা, শ্রীসন থাংজম তাবা, শ্রীসনা অশাংবম তাবা মরিমকপু মাক্লং খোংবাম্বা পোৎলোইরম্মগা লান লোইহুনা সনা কোম্মুংদা হল্লকুনা ময়াম্বুং শ্রীনরসিং যুবরাজগী মফমদা পাউ তমহুনা মতুং শ্রীনরসিংনা মচিন মনাও ৪ গী কর্ম্ম বু শ্রীগোবিন্দগী মমাংদা পম্দোল লোম্না কত্তুনা শরদ্ধ কর্ম্ম তৌখ্রে। শ্রীযুক্তো নরসিংনা মচা ইবুংঙা নিংথেম পিশকীদমকপু থরাই পাম্মুবা লৈতনা মচাগী পুক্লিং রাহনবা লৈতনা লৈবাক ঙাক্লবা হোৎনহুনা রাজেন নোংদম্বা মকতদা মীগী মপুক নুংঙাইহন্দবা তৌদে, হাকথি থোক্লা রাজদন্দি অরুমবা ফংহন্দনা লৈবাক প্রজাবু পূবা ঙম্নবা চাবা থকপা তুমবা পোৎথাকম থংদনা শ্রীযুকতো চন্দ্রকৃত্তি নিংথেম পিশকী-দমক হোৎনহুনা লৈবাক ঙাকুনা লৈ।

লাংবচক্কি ৪৯৫৮ নোংদালাইগী ১৮৩০ খৃ: ১৮৩৭ শা: ১৭৫৯ চৈথারোল চ: ৩৫৪ শ্রীনাওরেম হরিগী কুমশক জেষ্টগী তাং ২১ শুক্লানবমি শোম্বার নুমিত্তা শ্রীয়ুম্নাম ফোলেন্দ্রোসিং, শ্রীনোংথোম্বম মোরেনো সিং অনিনা বামোন অমা হাত্তুনা থনম্মগা মীরৈবাক্তা চেনখি। অষারগী তাং ২৬ শুক্লা পঞ্চমি শনিবার নুমিত্তা শ্রীশ্রীশিদ্ধান্ত ভাসম্পতি ভাস্কোর শর্ম্মা থুপখ্রে। শ্রীযুক্তো নরসিং যুবরাজনা শ্রীগোবিন্দজিগী মমাংদা অরিবা পালা ৪ শকুনা শরাদ্ধ কর্ম্মা শোল্লে। চৈত্রগী তাং ৬ শুক্লা শপ্তমি রবিবার নুমিত্তা কৈবাও লাকতুনা শ্রীযুবরাজ নরসিংনা মখান্দা লেংহুনা কৈ অহু ফাহুনা পুরক্লে, ময়াংলেন্দা থুহুপ অহুম শাংই অঙৌবা মচুনা লাংই। কৈ অসিবু কংলা মম্মুংদা পুশিন্দুনা থম্নগা পণ্ডিটশিংবু য়েংহল্লি, মহুদা পণ্ডিট চাম্নবা হুলোভনা হায়, "মতোন মশে ওইথোক্তবা মশক্তি মমাংদগু ওইখিদে তাখিদে মতুংদগু অমুক হন্না থোক্লক্লরোই মসিবু য়োল্লগত্রা মপান মরা য়াওবা নোংলৈ নুংশিংনা হুমহুনা মউ ওইববু ইচেন মতুং ইম্না তাওখিহুনা ইরৈ ইহুন মতুং ইম্না লুপখিগদবা ওইনা থোকই মশি হক্লা পংকুই কুইত্রে কুমজা অহুদা শিংলবগদবা নোংলৈ নুংশিং-কুম্বনি মসিগী থুদমখি থা অসিগী মম্মুংদা থুজনি মশক অসি সনা কংলাদা চংকদে কংলা মম্মুংদা

গ্রহ অহুম চংখরে অঙম্বা মরি প্রজা মরি শোক্লা মীকপ মীরাও নংবা ত'রে মসি খরা মথৈদি শেনফবা য়াল্লি পূমকোক কোক্লবা চৈশু লৈতে মতমগী থোংলৈনা মপোক অমগী ভোগন হন্দক্কি মপোক্কা হৌখিবা মপোক্কা হৌখিবা মপোক্কী ভোগ ভগ্য ওইদৌরি মসিমকল্ড হাক্লা পংকুই কুইরে মতোন ইবুংঙো, নোংলৈ নুংশিংনা হুমখিবা পামেন মউ অহুনহুম অমুক হল্লা হৌহুনা মপান মরা চার ভাদৌরি মরম অসি শোইদনবা কৈ অসি লুচাম পাওা লোইশল্লগা চুজেংইবীদা চনবিহৌরবদি সনা পুক্লিংনা নিংবা মবমদো তুংদা মপান নিংথিনা শাজুনা মতৈ মরোং চুম্না য়াঙ্গবা ঙমজরনি"। পণ্ডিট হুলোভকী পাউরৌ পাওতাক তারগা শ্রীযুক্তা নরসিং যুবরাজনা কৈ অহবু লুচাম পাওা লোইশল্লগা মুজেংইবীদা পুশিন্দুনা মাগী চৈনবী থোনিরে লোইশং কাবা পণ্ডিটশিংনা। মতুং চৈত্রগী তাং ২২ কৃষ্ণ অষ্টমি মঙ্গলবারগী অহিং থানা য়ুংথক খানবা নোংয়াইগী মতম চপ চানা সনা কংলা মৈ চাক্লে, মৈ মুংপা য়াদ্রে নোংঙাল্লগা মৈ মুংলি পণ্ডিটশিংনা। চৈত্রগী তাং ২৭ কৃষ্ণ ত্রয়োদশি ২৮ নি পানবা নোমাইজিং মুমিংকি নুংখিলগী পুং ৪ গী মঙ্গুংদা কংলা জত্রা হুন্দুনা যুগ থৈরে।

লাংবচকী ৪৯৩৯ নোংদালাইগী ১৮৩১ খৃ: ১৮৫৮ শা. ১৭৬০ চৈথারোল চ ৩৫৫ শ্রীযুম্নাম ত্রিভম্বগী কুম অগ্রহায়নবা তাং ১০ শুক্লা সপ্তমি শনিবার নুমিংতা মেগাজিং হৌভহুনা শ্রীযুক্তো নিংথেম পিশক্কীদমক মতোন ইবুংঙো নরসিংনা যুগ থৈ। লাংবচকী ৪৯৪০ নোংদালাই ১৮৩২ খৃ: ৮৩৯ শা: ১৭৬১ চৈথারোল চ: ৩৫৬ শুবাইশম্বা গৌরগী কুম বৈশাকী তাং ৯ শুক্লা অষ্টমি রবিবার নুমিত্তা শিথোংদা থোং অমা ত্রৌই য়ুংথক মতুং পুং ১ তাবা মতমদা থুমথোং হৌভরে। অছারগী তাং ৬ শুক্লা অষ্টমি বুদ্ধবার নুমিত্তা অভোম নিংথৌ শিরে শ্রীযুক্তো নরসিংনা স্না পুক্লিং অকি তুজুং লৈতনা থুঙ্গং থুদিং চওনা শা তান্দুনা লম থুদিং শংদোকই। লাংবচকী ৪৯৪১ নোংদালাই ৮০৩ খৃ: ১৮৪০ শা: ১৭৬২ চৈথারোল চ: ৩৫৭ শ্রীচাঞ্জোম্বা কপোগী কুম জেষ্ট থাদা অতিশার হৌহুনা মাইগৈ থুদিং লমথোং হাংদনা মী শিবগী মীকপ মীবাওথোন্না তাবা ঙম্মখিদ্রে, নরসিংনা অনাবা লৈবা মফম থুদিং চহুনা শেনথুম অচা অথক য়েন্দুনা অরবা থাংঙি। স্না পুক্লিং খরা রাই মচা ইবুংঙো নিংথেম পিশক্কী থনবদা। স্না কোম্নুং মঙ্গুংদা লায়না অসিনা নিংথেমঙ্গবী অমগা শগোলশং মচা অমগা নোংমতরা শিরে। মহুনা সনা পুক্লিং বাহুনা পণ্ডিট চান্নবা হুলোভপু ক্লিন শগোলনা লৌথংলুহুনা ইরাং পুক্লম লমথোং থুদিংদা তাকথোকহন্দুনা মহো পাথংবদা খৈরোম লৈপুন ইন্দুনা সনা কোন্নুঙ্গী প্রজাগী য়াইফনবা পণ্ডিটপু থাগোম্নহল্লি। মতুং নুমিৎ ৭ নি লৈবদগীদি অনাবা অলিবা মীকপ মীরাও খবা খর, ফরকুনা লৈবাকী অরাবা কোক্লে।

শ্রীযুক্তো যুবরাজ নরসিংনা মণিপুর লৈবাক অসিগী নিংথৌবু ভম্বা অঙম্বা অনিশুবা নিংথৌগী মতৌশুম্না পান্দুনা তাকুনা লৈ। চন্দ্রকৃত্তিনা অঙাং ওইবা মরম্না য়ায়েন থৌদাবা ঙমদ্রি,

লৈবাক ঙাকপগী থবক পুবা মতম রাংলি মসিদা ইচাগী থুদোং চাবা য়াইফনবা অফ-ফত্তা। মরম পুম্নসি ঐনা হোৎনত্রবদি লৈবাক অসিদা। লৈরিবা নিংথৌ মচাশিংগী মপুক্নিং অসি য়াম্না কত্তে মথোয় অসিনা। ইচাগী খুবম মাংনবা লম্বী মতম পুম্নমক্তা থৌরাংহুনত্তা লৈনৈ, মাগী মাগী থুং-লিংহুনা, মসিনা প্রজা পুম্নমকশি মপুক ইরাংদা লাংহুনা মতম পুম্নমক্ত। লৈ। মসিদা রায়েন থৌদা অসিবু প্রজাগী মপুক হেক নাহনবা রায়েন নোংদম্বা অসিদা অচুম অরান থিদনা মতিক চাবা দণ্ডিবু পিহুনা। রায়েনবা য়াবা মতমশু নত্তে অমগা অমগা। য়ানবা মুংশিনবা থেমজিনবা। ঙাইশনবা নত্তনা রাথন অসি থম্দুনা মচা ইবুংঙো অসিগীদমক্তা য়াইফনবা পুক্নিং অরাবা পোক্ননবা রায়েন থৌদানচিংবা মরম পুম্নমক্তা কাইদনবা থরাই পাম্মুবা লৈত্তনা মতম পুম্নমক্ত হোৎনহুনা লৈ। মহুদা ইবেম্মা মহারানী কুমুদিনীনা মপুক্তা খল্লি. "ইচাবু নিংথৌনি কায়হুনা মচীন্দা রাঙাং খুদিংমদি থক থাদোক্কে. নিংথৌ ওইবগী হৌনবী রায়েন থৌদা নোংদমগী হৌনবা মরমসু ইচাবু ঙৌহনবসু ঙৌদে মরম পুম্বা মানা পুংশুপ শুহুনা লৈবাক অসি পাল্লে, মশিনদি ইচা নিংথেম পীশক অসিনা নিংথৌ ওইবগী মহৈ য়ান্দুনা মতম চুংশাংনা পাল্লবা ওইথোক্লবনি। মমিংঙো ইচাদা থোক্লনবা ক্ষুংঙাইবা নিংথৌ ওইবগী মঙান্ন নরসিংনা ওইহুনা লৈমা অসিদি চুমদবা লম্বীনি, ইচানা ঙৌজবদা ঙমজবা নিংথৌ ওইবগী থবক মরমদদি মচা নিংথেম পীশক্কী মফমদা ঙাকঙমবীহুনা ঙৌহনবনা চুম্মি, মহুদা মহাক্কা ইচাবু করিগুমবা মরম অমত্তা ঙাহনবা থংহনবা ঙৌদনা মানা নিংবা অপাম্বদা থৌরাংহুনা মনিংঙম্না পানগে, মাগী চংলম অসি মরো লৈনা চংমল্লি" হায়ন থম্দুনা শ্রীযুক্তো মতোন ইবুংঙো যুবরাজ নরসিংবু মাংহন্নবা মন্নুংদা শিনথি।

শ্রীমতি মহারানী কুমুদিনী, শ্রীথাঙ্গাল, শ্রীপাওশোংবা, শ্রীরামশিং, শ্রীনবিনশিং, শ্রীমেপ্রা অঙম্বা মথোয় অসিগা ইবেম্মা মহারানীগা রাঙারহুনা শ্রীনরসিংবু মাংহনবশি কমদোনা মাংহনশিগে মহাক অসিবু কিদবা মরা চঙ্গবা প্রজা লৈত্রে মতম অসিদা মাগী মী ঙাক্তা ঙাইগ্রে মফম খুদিং হায়না থম্নে। মহুদা নবিন্না হায়, মন্নুঙী লম্বীদা কায়দনবা অঙম্বশিংনা ঙৌবিয়ু নরসিংবু লোইশিনবদি ঐনা ঙৌগনি হায়হুনা মথোয় মঙামক ইবেম্মা মহারানী মমাশিজগী মফমদা রাশন্ত্রে। মতুং অহুদা শ্রীনবিনসিংনা ফি চোম্না ইন্দুনা চু মকক থগাক্তমুক শাংবা অমা ফিন্নুংদা পুহুনা নুংদাংবাইরম শন্ধ্যাগী মতমদা গোবিন্দজিগী চরন্দা কংপা ওইনা লাকুনা ক্নমিং খুদিঙ্গী শ্রীনরশিঙ্গী অচেং অকোম য়েংডি। নোংমদি শ্রীযুক্তো নরসিংনা সন্ধ্যাগী গোবিন্দ খুরুম্বা লাকপদা থেংনৈ। করিনো নবিন নংনা ফিন্নুংদা পুরিবা অহু? মতোন ইবুংঙো শ্রীগোবিন্দগী শ্রীচরন্দা কংনবা চুনি, শ্রীচরন্দা কংনবা বস্ত অসিনা নিংথিজবা ফজবা অরাবা মশক্কী নত্তবহুদা ইকাইজহুনা ফিন্নুংদা পুজবনি, ননাইগী ইংথোন্দা ঙৌজবা চু থরা অসিঙদি মতম থরদং শ্রীগোবিন্দগী সেবা অসিদা য়াওজনিংহুনা ক্নমিং খুদিঙ্গী সন্ধ্যাগী মতম অসিদা লাকুনা কংচবা ওইনা শ্রীগোবিন্দগী দরশন

ফংজবা অসি পামজত্রুনা লনথ্যাগী সেবা য়াওজবা লাকচবনি। মা অসি তাবদা শ্রীযুক্তো নরসিংনা নখিনবু থাগৎলি "হরি ভক্তি সেবাদা থরাই য়াওবা অসিদা ওন্থোক্লা মীওইবা ঐথাউগী অথোইবা লনগী লেংগ্রবা মশক্লি, নবিন নঙ্গী হরি ভক্তি ফজবা অসি নরসিং ঐবু পামজৈদকো ইচা পিশক্লা থবক পুবা ঙমদবা অসিদা নঙ্গী সেবা ভক্তি অসিবু নরসিং ঐনা তমজবা ঙমদ্রেদকো ওন্থোক্লা পামজখ্রেদা নবিন নঙ্গী হরিভকতি অসি মতম খুদিংদা থক কাওগনু শ্রীচরন্দা কৎনবা বস্তু লৈত্রবসু সেবা দরশন্দি থাদোকনু" হায়রম্লগা শ্রীগোবিন্দজীগী সেবা দরশন লোয়ত্নুনা শজাইদা লেংশিনখি। অশুম্না লৈরকপসি শ্রীযুক্তো নরসিংগী থোগল মনাইনা য়াম্বা খুদোংচাবা অহাংবা মতম ফংদত্নুনা নবিনগী রাথল অহু পাংথোকপা ঙমদনা লৈখি। নবিন্না শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা চু কৎপা অসি নিতিগী গোবিন্দগী চু বন্ধান হুনবা ওইনা তৌত্নুনা চৎলী অনি ফাজিল্লক্লে। শ্রীযুক্তো নরসিং যুবরাজনা নবিনবু মহাক অসি শ্রীগোবিন্দগী সেবাদা থরাই য়াওবা হরি ভকতি লৈবা অমনি হায়না য়াম্না লুনা তৌবি, কোমুং মত্নুংদা মানা লাকপদা শ্রীগী মনাইশিংনা বাধা তৌবা লৈরক্রে মানা লাক্লিংবা মতমদা লাকুনা গোবিন্দা খুরুম্বদা কনাগুম্বা অমনা মাবু পুকহৎ পাওহংত্নুনা থাম্বা, কনাগুম্বনা মাবু ফত্তবা রাথন্দা পুবা য়াওদ্রে নিতিগী গোবিন্দা সেবা লাকচবনি হায়না থম্নত্নুনা নবিন্না কোমুং মত্নুং চংবদা মনিং তম্না চংলে।

শাংবচক্কী ৪৯৪৪ নোংদালাই ১৮৩৬ খৃ: ১৮৯৩ শা: ১৭৬৫ চৈথারোল চ: ৩৬০ শ্রীঅহোংশাংবম জোয়োগী কুমদা শ্রীযুক্তো যুবরাজ নরসিংনা চাম্বা হুলোভ সং পণ্ডিতপু কোখত্নুনা "ইপু মমাংগৈ ইপুনা নশুদা তাকপিখিবা মতম অদুবু শুরম্বা"? "মতোন ইবুংঙো মতমদি মওইরক্রব্রা .."
'অত্নুদি ইপু করম কৰবা থৌনিনা থরুং সেনফনবা লহী অমুক্তা তৌওহীয়"। "মতোন ইবুংঙো লৈথাক অসিগীদি কনাদবু চজদগে নঙ্গো ইবুংঙো সনাখহি লাইনিংথৌ নোংদম থোদারিবা কুচুহনবা থাংজেং নহাগী মকমদা নত্তনবু" অসি হায়ত্নুনা লাইনিংথৌ ইবুংঙোগী মকমদা ( হৈ মনম নাচবা, জোমথাং চাকাও য়াম, লকোই গুম্পোং, শজোম, চুহিং, খোইহিবা শেম্বা অনৈ চাজ লাতোন ৭ থোকবা হৈরুক পানা, (কা মপুম ৭, মনা ৭, চুঙৌগী হৈরুক) সেন্দাং মথা শাবা উহং উয়াং মনা ৮, লৈ মনম লুংশিবা, খিগী থাউবৈ, চরৈ নমথাং তোলোক ) কত্নুনা চিংঙু লাইনিংথৌবু থেয়োনা থাগোরে, সমা লুপা থাত্নুনা লাইনিংথৌগী পাওদাক হংলে। মরুম পুম্বা লোয়ত্নুনা হায়, "মতোম ইবুংঙো থেয়োজবদা য়াবিনবানি তৌবিদে মত্নুদা অঙকপা খুরৌ থাবা অমুক নোংচৌখগুম হিংদাক হিংজিন অমবু য়াম্না থুনা পিরি মশিবু ওাকথোকপা ইমা য়াদে মশক অনিসিবু ইমম ময়া পি অমুকম্বু ভুখিং খা থোকপগুম পিরম্বগা থুগথি। মত্নুদি ইপু কব্রিনো? মসিবু মথাগুম লৈকাইগী শাওনিজখোম্না মপু তালোই শেংবখিবনি হায়গুবা ইমুং মনুঙ্গী তুরৈ ইরৈ ওইবা

থোক্কই । মতুদি ইপু করি উপাই লৈ ? "সনাখ্রা মসি উপাই লৈতে মপোকি জন্ম ভগ্য ভোগনি" মরম অসি ভাংনহুনা সনা বুদ্ধি ওইখি ।

থা অসিগী মতুংদা শ্রীনবিন্না ফি অমা চোল্লা ইরুগা ফিলুং অতুদা থাংশাং অমা পায়হুনা গোবিন্দ সেবা লাকপা শানা লারুগা মারোন্দা হাইজন্দুনা শ্রীগোবিন্দগী বৈথোপ শক্তী মথুংদা চংহুনা শ্রীনরসিংবু লুমহুনা ভাইহুনা লৈ । শ্রীযুক্তো নরসিং যুবরাজ শ্রীগোবিন্দজিগী শন্ধ্যাগী থৌগন ফজনবগী মনাই থরনা থৌগন্দুনা লেংলক্লে । শ্রীগোবিন্দজিগী শন্ধ্যা গৌরি সেবা মন্দির পরিকর্ম্মা লোইহুনা শ্রীচরন্দা দণ্ডবোট তৌনা ভক্তি কংলি । গৌরি লোইবগী টলাং লাংভিতৈদা নবিন্না নরসিংবু তম্না চোংশিনখিহুনা থাংশাং অতু শ্রীগী ভক তম্না য়াম্বখি । থাং হায়থরকপগী মুংশিং শউম্বু শ্রীনা হেক ফংহুনা কোক কনগে হায়বগী য়েৎ থংবা পাম্বোম্বু কোল্লপ তৌনা হায়গত্তুনা পাম্বোম মথাদা শ্রীগী কোকপু থুপ্তুনা হেক লৈ । থাঙ্গা শ্রীগী পাম্বোমগা থেংনবা অতুদা শ্রীগী পাম্বোম্বু থরা থিনা শোকখ্রমায়ে । লুকথহুনা "ইচা নিংথেম্বু কনবিয়ু প্রজাশা ইচা শোকনিকো" হায়রম্মগা চানানা তুখ্রে । থুদক অতুদা শ্রীনরশিংবু শিরমায়ে হায়হুনা নবিন চেনগে তৌই । মতুদা শ্রীগী মনাইনা কোইশিন্দুনা নবিনবু ফাহুনা স্নথোং ময়াদা অতুম লোইখ্রে । শ্রীযুক্তো নরসিংবু মনাইশিংনা কোন্দুনা শজাই মথুংদা পুশন্দুনা শ্রীবু লারুহুনা লৈ । শ্রীনা "ইচা পিশকপু শোকনি লাওরম্না থোল অতুবু মহারানী কুমুদিনীগী নাকোংদা মরোল্মি কম্না শেংকারুনা নিংথেম পিশক ফাও হায়না ভাহুনা মচা ইবুংঙোগা লোইননা নারোল্দা কোম্নুং মমুংদগী চেনখে । চন্দ্রনদি মপান্দা শ্রীথাঙ্গাল, শ্রীমেপ্রা, শ্রীপাওশোং, শ্রীরামচোরোম, শ্রীবলরাম, শ্রীভামপ্রসিং মথোয় ৬ অসি কোম্নুং মনুজী ইরাং ভাহুনা ভাইহুনা লৈরম্বদা উনহুনা অহিং অতুদ পুয়মক ত সি ময়াং লম্বী তোংজৈ মরিন পাংনা ময়াং কশায় তম্না চেনখে । অহিং অতুদা শ্রীগী মনাই নিংথৌ মনাই চিরাই তেনলা লৈবাক মাইবা থুরাই ভামবা চান্নবা মুরু কনবা পণ্ডিট তুলোভপু মতোন ইবুংঙো থাংনা শোকএ হায়হুবা পাউ তম্মহুনা মতোন ইবুংঙোনা ইপুদি অহন মতম ওইবনা চংথোক চংশিন য়ারনি ঐগী লানশা কাত্রং অহিংবা অসি লৌজখো হায়হুনা পিনখিবা মনা য়াজোই কাত্রং অতিংববু তোংহুনা অহিং অতুদা চেনথংলকুনা সনা থৌগল্লে । সনা হকচাংদগী চেম্বরকপা ঈনা পুল্লিবা ফিরোল পুম্বা ঈনা ইতাং তাংখ্রে । ফিরোল অতু লৌথোকুনা পুণ্ডিট মুরুকনবনা ব্রহ্মা বিজনাম শোন্দুনা ঈ থক্লে । লাইজৌবা ভৌদনা সনা হকচাং থুনা তাইশল্লবা হিদাক মরান শেমহুনা মল্লা বিজ হাপতুনা হিদাক নপশিল্লগা চরৈ ফিরোল থাহুনা পুনশিন্দুনা থম্লে । থুদক অতুদা শ্রীযুক্তো সনা হকচাং চৈনাখোন থরা শাকহুনা হংজি, "নথোই থাইদি উই ঐগী নিংথেম পিশক্তি উদে কদাইদা লৈরুগে ইচাবু ঐগী নাক্তা কৌশিনবিরকউ"। সনা য়াথং তাবদা নিংথেম

পিশাকপু কৌবা অমুং শঙ্গাই অচৌবগা চ'লকপানদি লৈরমগ্রে ফিরোল ইচাই চাইনা য়ুমগী লময়াইদা ছাদুনা লৈ। মতৌ অদু উবদা ওক্রদুনা সন নাক্তা চেম্বাক্লদুনা মরম অদু তম্মি রা অদু তাবগী শ্রীযুক্তো নরসিং অন ইখোঙ্ট কাপ্রে রা ভাংবা থোকখিগ্রে সনা পুক্কি রাখিবনা ইচা নিংথেম পিশাকপু অত্তুবা কনাগী লৌশিং রাখলগী ইচেন্দ ইচেন মতুং ইন্না ভাওখিদুনা ইথিন ইচুল অকনবনা পুদুনা ইরৈ মতুং ইন্না লৈথা তানা লুপাহনবিগে খোৗরাংদুনা ইচ। পিশাকপু পুখি-খুবোই হা গোবিন্দ ইবুংঙো ইবুংঙো নঙ্গী চরন সেবাগী খন্দুনা রাথন থেনবা নরসিংহনা হরি মণ্ডির ময়াদা থুংনা ফংনা ফুকুনা থাজনকপা। লৈরাংনি, লৈরাংবু মরাক শামথিগনা। ঙাইবগী কোরো মুংগিল চুপবু থরাই পোন্না থন্দুনা থাজবা, অহিং মতম লাক্লগা থরাই পোনবু হাংদুনা অহিঙ্গী মতম চুপ্পবু নোংদোল লিক্লা চারগা শিঙেনগী নাপুং ফানবা মতম থুরক হাংদনা লৈরাঙ্গী লৈথোং পেংদুনা লৈজব পুঁক্লংনা পামজবা লৈরাং লৈশক লৈনম ওইদুনা অকি তুজুং লৈতনা মাইগে খুদিংবু ভাকতুনা চোরোনগী সেবাগীদমক্তা ননাইনা থাজব লৈরাংবু মমুঙ্গী মতুপু চাদ্রিইঙে শিংঙেনগী মপুদগু তাকপিদা লৈরাংবু কল্লকপা কনানা থাকম চাদে খন্দুনা শিংঙেনবু কৈদা থারগা লৈরাঙ্গী নাপুং ফাগনি ননাইনা থাজবা লৈরাংবু মপুক্তা থকম তৌদুনা শিঙেনবু কৈদা থাগ্রবা; হা গোবিন্দ ইবুংঙো লৈরাংবু মরাক শামহনগনু শিঙেনগী মথোক লোইদবা চোরোন্না কপা তৌবিয়ু, য়েন্নিং চোংবদা ভাইরিবা শিঙেন্নি, মপুং ফানা লৈকা ফন্ন শাংচরকপা মতমদা চোরোনগী সেবা ওইদুনা হরিগী মণ্ডির ক্ষময়াদা শিঙেন ঙাবু থারগা চোরোনগী সেবা পিরবা নথোং লৈকা লৈঙাং মানবা অনিদা ননাইনা হন্না হন্না ফিগাওশানো নিজরি, চোরোন্না কপা তৌবিবা ননাইনা পামজবা মিতনি হা গোবিন্দ ইবুংঙো নঙ্গী থৌজাম মঙাইরে ননাইগী কনা লৈরজদে। ভকতি তৌদুনা অমাইবা অমাইবীনা সনা থৌগন লাংদুনা লাইকম্নববু রা ভাংবা চাবা থকপা লৈতনা কোংয়াং লৈনা মালেম থক্তা তাবগুন্না লৈরক্লে। মতম অদুদা অহনগী মতম ওইরবা পণ্ডিট তুলোভসিংনা সনা থৌগন তৌরকপা মুমিংঙ্গনি শুরে, মদুদা পণ্ডিট অসিনা থলি "শ্রীযুক্তোগী সনা হকচাং অসিবু থোইদোকপা অকাইবা লম্বী লৈত্রে, মশিদা রা ভাংদ্রিবা অরাম থৌরাংবা থংদ্রিবশি করিনা ওইরিগবা" লম্বী মথল মথা অয়াম্বা থন্দুনা য়েংলকপদা রাথল অম লাকতুনা হাই। "মতোন ইবুংঙোবু সনা হকচাং মুংঙাইফম থংদবা অসিনা মচা ইবুংঙো নিংথেম পিশক্কী মরম থন্নগদবদা থন্নবা থুদোং ইথোক থোক্রে" সনা নাক্ত ফমদুনা ময়েক সেংঙুম শেংদঙুম্না শোল্লি। মদুদা মচা নিংথেম পিশাক রাখিবা মরোল অদু মশোল ওইনা শ্রীযুক্তো তাদুনা তিঃ করিনো ইপু ইচাবু করি তৌরবগে নথোয় খাইনা ইচাবু কনবা ভমতৌরবরা" ? মতুদা পণ্ডিট তুলোন্দুনা হাই, মতোন ইবুংঙো নচাইবুংঙো থোইদোকপা অশোই অঙাম লৈতেনা সনা বুদ্ধি তপথখিনি। ইল ইপু ইচা পিশক্কি থন্দবনা তারুরেদা ইপু ইচানী পাওবু ইপু তাবিব্রা ?

"ম্নাখ্বা থোইদোকপা তাবদি তাদে নমাইনা থনবদা মচা ইবুংঙো নিংথেম পিশকপু কশারদোলদা লৈগত্রা থম্দুনা নচা ইবুংঙোবু কৌথোকউনবা মরম থরা ইপু ইনাই থম্জনিংবদা সনা হকচাংবু ফুংঙাইফম কয়া মথোং থংদনা লৈত্তবীবা অদুদা ননাই চুম্না শোঞ্জবনি"। ফুংঙাইদা ইপু য়াখল চাওইদকো নত্তবু চৈনাথোন করিমত্তা লৈত্রবনি মতুদা ইচা নিংথেম পিশকপু উদবা অসিদা অরাম্বা থৌরাংবা চানিং থক্লিংবা করি মত্তা লৈখিদ্রে। কনাবু চংহল্লগা ইচাবু লাকউ য়াগবা ইপু। "মরম পুম্বা ননাই হজংচগে লুক খিত্তুং হানবা তৌখিশি সনা পুক্লিং চনিং তানা থম্নগা মচা ইবুংঙোনত্ত থাজগদবা মমা শিজনত্ত থাজবা ওইবা থম্ভুনা চংপা ওাট মতেন ইবুংঙো" হায়না পাওখুমহুনা শ্রীযুক্তোগী চানা থক্লবা হোৎনত্তনা সনা পুক্লিংনা পাম্বা রাতৈ থাভাং হজত্তুনা শ্রীযুক্তোবু লুক হাত্রে।

সনা হকচাং ইবা তুমিৎ ৯নি শুবা মুমিং অসিদা শ্রীযুক্তো রা ভাংডি লুক হাখি। সনা হকচাং থরা মুংঙাইহুনা মচা ইবুংঙোবু কৌরুনবা শ্রীলৈতান মেঞ্জর, শ্রীথুবোং মেঞ্জর মেঞ্জর অনিগী মফমদা হাই, "অঙম্বা অনিদা মীফি পংয়াম য়াম্দনা ইচাগী মফমদা চত্তুনা চিঠি অসি পিহুনা ইচাবু থেমনৌনা ইচাবু পুথোক্লবা তৌবিরকউ মনাইশিং তাহন থংহনগনু মথোইনা তংর-থংলহদি অমুক পুকথিন চংহুনা পংহাই হাইজিনবিহুনা ইচা পিশকপু কিহুনা থোরকউ য়াগ্রবোই"। রা অসি হায়হুনা মচাগীদমক চানবা থক্লবা অথুম অহাও চয়োম থরগা রোমহুনা মচাগী মনাক্তা শ্রীযুক্তো নরসিংন অঙম্বা ২বু চংহনখি। শ্রীগী মনাইশিংনা কশার তাম্না লাক্তুনা চিংগা লোইননা মথল মথা অযাম্বা থারম হায়হুনা থেম নৌবদা চংশি হায়বা য়াদহুনা অঙম্বা অনিগা মনাই থরা অহুগা থোরক্রে। মতুং অহুদা অমুক মনাই থরা থাহুনা কৌহল্লি লাক্তে মতুং অহুদা মোইরাং নিংথৌ লিরিথোম্বা অচোইবা লুরাংববু থাহুনা কৌহল্লি মতুদত্ত লাক্ত্রে অচোইবা লুরাংবত্ত অহুম থোরক্তনা ময়াংদা লৈখ্রে শ্রীযুক্তো নরসিংগী তৌনিংভাই উপাই লৈত্রে কৌ-থোকহনবা খুদিংগী ময়াদ্রবা অহুদদি শ্রীনা থল্লি, ইচানা ঐবু থাজবা ওইহুনা লাক্রিবা মথৈদি ইচাগী খুবম অসিতদি কাইদনবা ঐনা মতম থরা ভাক্তুনা লৈবাক প্রজা কাইদনবা হোৎনহুনা লৈবা হাম্ববা অহু মত্তাইরে হায়হুনা লৈবাক ভাকপা ওইনা নিংথৌ পান্দবদি য়াদবনিনা শ্রীযুক্তো নরসিং লৈবাক ভাকপা নিংথৌ ওইনা অহুম মরৈরে।

## ৭৪ নং নরসিংহ ৪ শুবা পুরুপ

লাংবচক্তি ৪৯৮৪ নোংদালাইগী ১৮০৬ খৃঃ ১৮৪৪ শাঃ ১৭৬৫ চৈথারোল চঃ ৩৬০ অহোং-শাংবা জোয়োগী কুমগী মঙুং নিংথৌ ৭৪ শুবা মতম অসিদা শ্রীযুক্তোগী পুরুপা নিংথৌ ওইবা

নিংথৌ ৪ শুরে। শ্রীল শ্রীপঞ্চযুক্তো লৈরেন নোংলেন খোম্বা শেন্দ্রে' মনিক তাংখোম্ব নরসিংতনা নিংথৌ ওইরে। ইবেম্মশিং ১৯না সেবা তৌথুনা শ্রীমতি খৈয়োইরোল হাওবম চন্দ্র লাইরেম্বীবী লিক্লাইরোকপীবু মহারানী হাপ্তুনা কাঞ্চীপুর লাংথবান কোম্মুংদগী কংলা সনা কোম্মুংদা তোঙজন্তুনা ৱাকচিং থাগী শিরমলাইদা সনা ফম্বাল তোংথুনা সিংজাশোন ফমে. অতম্বা পুখ্রনা সনা খোৌগন লাংথুনা শ্রীগোবিন্দগী শ্রীচরন্দা চরি শঙ্কীর্ত্তন কংলি।

শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজনা কংলা সনা কোম্মুংদা লৈবা মতমদা সনা খোৌগন লৈদা শীয়াংখম লগুনসিং, শ্রীখু ইরাকপা শ্রী মাইকা মুহোংসিং মেজর. শ্রী লৈথোন মেজর, শ্রীরাজেংম অহল্লুপ্পাকপা, পণ্ডিত চান্নবা তুলোভসিং, পণ্ডিট নোংমাইথেম্বা. মনাও ইবুংঙো যুবরাজ শ্রীদেবেন্দ্র সিং, মচা ইবুংঙো ভুবেনসিং খুইরাকপা অসিনচিংবা সনা খোৌগন অতম্বা ১৫০ নি। শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজ নরসিংনা সিপাই থনবা লৈনবা সিপাইগী খুন হায়না শেম্মি। লৈবাক্কী মওং মতৌ ফজনবা কোইনা চত্তুনা শেমজল্লি। সনা কোম্মুং অকোইবা অমুক হম্মা শেমগত্তুনা চয়িংখোং মরিনবু পেংথুনা ঈরম নিংথিনা পুথোকই।

পঞ্চযুক্তো মহারাজ নরসিং নোংমতা পোংথাবা লৈতনা কোইনা মফম খুদিং চত্তুনা লৈবাক্কী ঈ-পাও তাই, অরা অনাবু থাংডি। মতম অসিদা শ্রী তুলোভ শাইনা পোক্লম্বা শ্রীচৈতৈসিং, শ্রীনিত্যাইসিং মচিন মনাওনা শ্রীমউরসিংবু পুরক্তুনা সনা চোরোনবু থুরুমগে হায়বগীদমক সনা কোম্মুংদা লাকপদা কোম্মুংগী মপান থাংজবাং মোইরাং লাইচি পাংবা খুনিংথেক শাবা লম্লাং ৪ ফাংবা শোরোক্তা শ্রীযুক্তোগা মথোয় অহুমগা উনরে। শ্রীচৈতৈসিং শ্রীনিত্যায়সিং, শ্রীমউরসিং অহুম্মা শ্রীযুৎ মহারাজবু খুরুম্মি। শ্রীনা হংডি, করিনো চৈতৈ নিত্যায় ? ননাই মউরসিং অসিবু নত্তোন ইবুংঙোনা মচা নত্তে হায়না হায়বিরম্লে সনা নোংদম অমতং তম্বীনবা চোরোন্দা খুরমজগে লাকচবনি। "উম থংজে কোম্মুং মথুংদা লৈরম্মু মরম অহু ঐ অহুক হংখিগে" হায়রম্মগা শ্রীযুৎ মহারাজ লেংখি। শ্রীচৈতৈসিং, শ্রীনিত্যায়সিং, শ্রীমউরসিং মথোয় অহুম্মু সনা কোম্মুংদা শ্রীযুৎ নরসিং মহারাজবু ঙাইথুনা লৈ। শ্রীযুৎ মহারাজ নরসিংনা সনা কোম্মুংদা চল্লবগা শ্রীমতি মন্দোন ইবেম্মা হাওবম মহারানীগা ময়াম্বুং পুষ্করসিং খুইরাকপগা অনিবু সনা কোম্মুংদা কোৎহত্তুনা মন্দোন মহারানী ময়াম্বুং অনিগী মযমদা হংডি. মউরসিং কৌবা অঙাং অসি শ্রীখুরা মহারাজগী মচানি হায়রিবা অসিবু ইন্দোনশিগা য়াম্বুংগনা খুরা মহারাজগী চরোন যেংথুনা খল্ল শু কাইদনা শ্রীগোবিন্দজিগী চরোনা শক্তি ওইনা থম্বীথুনা ইন্দোনশিগা য়াম্বুংগা অনিগী রা অমতং তাজগে কৌজবনি। শ্রীমতি মহারানী মন্দোন শিজনা "ইনাও লাইশ্রম চন্দ্র নিজেশ্বরীনা পোকপা অঙাং মউরসিং অসি তসেংবা মতোন মহারাজগী মচানি স্ম ঈ অসেংবমক্তি

মী মাংহনবদা অকিবা লৈতবা থরন। পাঙ্ঙাং ঙাংদুনা হাউজনবিবদগী নত্তোনগু ইকাইখবদগী নত্তে হাউখিবা তাংলেবমি, মতু'দা ঐখোক্কি খুদ্দবা নত্তোন মহারাজগী মুন। চন্দ্রোদ্দা মণি ধর্ম্ম নত্তে সমা বুদ্ধি অমুক্কং তৌবিবনা কপদরা কুদংপদা নত্তোন মহারাজনা হাই, "চুম্মি ইচাম্বি তশেংবা ইচানি অদুদা শাওনিংবদগী ইচা নত্তে তান্নলোকপ্রবনি মসিদা ঐবু লৌকিক করম তৌশিগে ওনংথোক্কা ইকাইখ্রেদা" হায়দুনা তুমিন্না লৈখিদুনা বা মথা তাকনা অদুম তোক্লখি। নত্তোক্না কায়খিবা বা অম্মি তৌবা মতম অদুদা শ্রীগুরু নন্দোন অমা, মনাই সুপী ঠাকুরানীগা, শ্রীবাস্পতী ময়ুমগী ব্রহ্ম শর্ম্মগ ঠাকুর শিজগা মশক মরি অসি য়াওনা হায়বদ নত্তোন্না হায়রকপা র অসি তশেংনা তাখি। মন্দোন শিজগী বা তবদা শ্রীযুক্তো মহারাজ নরসিংনা শ্রীগুরু নন্দোন, শ্রীমতি ঠাকুরানী শ্রীবাস্পতী ময়ুমগী ব্রহ্ম শ্রীমতি ঠাকুর শিজ মরিমকপু সনা কোম্বুংদ লৌথংলুহনা মরম অসি হংবদা চীনখুম অমত্তা ওইনা মরম পুম্বা চিংথব। লৈতনা পাউ মরোল অদু তম্মি। মতুং অদুদা শ্রীযুৎনা মমা শিজগী মমাং মকুদা বিচার তৌদুনা রারেপ্পদুনা শাগেগী অহল পুম্বা কৌথত্তুনা শ্রীরাধা গোবিন্দজিগী মমাংদা বীজয়া চৈরাপ কারোংকা অত্তম্বা পুম্বা তিন্দুনা শ্রীগোবিন্দগী চরোম্বা সনা লুপা কত্তুনা উশোপ তৌদুনা মহাপ্রসাদি অদু শাগে অহল লমন অত্তম অথো তিন্দুনা শ্রীমতি লাইশ্রম চন্দ্র নিজেশ্বরীনা পোকপা মউবসিংবু লৌথত্তুনা মদা প্রসাদি ফংমিন্নবে। মউরসিং অসিবু লৌথংনবগীদমক শ্রীযুৎকি মকমদা থুরুম্বা লাকচকদ। মহারাজনা শ্রীনিত্যাই, চৈতন্যগা অহানবা উনবা মফম্মি মফম অসিনা শাক্তি ওইহৌশনু হায়দুনা উনব মফম অদুবু নিত্যায বাৎ চিংথেক থোল্লে।

মতুং থরা লৈরগা শ্রীচিবা=অচিবা, শ্রীমেলৈখোম্বা মচিন মনাওন মযাং কশারদগী লানমী খোমদুনা মণিপুরদ চান্দরক্লে। শ্রীযুৎনা মনাও ইবুংঙো যুবরাজ উপেন্দ্র (দেবেন্দ্রসিং) বু লানমী থুংলাই পায়বা ৩০০ গা লোয়ননা থারে। মাক্লংদা শ্রীঅচিবা শ্রীমেলৈখোম্বা মচিন মনাওগা যুবরাজ শ্রীউপেন্দ্রসিংগা উনদুনা মফম অদুদা লান কন্না শোক্লরে। মীশক থংথিদ্রে লান্না কনমনখিবনা লান অদুদা শ্রীউপেন্দ্র সিংহনা শ্রীঅচিববু হাৎখ্রে। ময়াম্বা তুরে হায়দুনা মম্বাম্ববু কনগে হায়না থাং হায়দুনা চেনশিন্নকই, উপেন্দ্রসিংগী লানমীনা কোয়শিনব। হানখিবনা থাজা কোম্লনা শ্রীউপেন্দ্রসিংনা শ্রীমেলৈখোম্ববু ফারে। ভবোং থাওদা নমদুনা মোংশাংকৈগী পুখ্রিগী ঈশিংদা থাদদুনা নমদুনা হাৎলে। মফম অদুদা যুবরাজ উপেন্দ্রনা কুবাও পাম্বী অমা থাবে শ্রীচিবা=অচিবা, শ্রীমেলৈখোম্ব মচিন মনাওগী শিফম্মি হায়দুনা। লান লোইদুনা ময়াম্বুং সনা নাক্তা লাক্লগা লানগী পাউ তম্মি পাউ অসি তাবদা শ্রীযুৎ মহারাজনা মমাওগী মকমদা তাকই, "ইবুংঙো ইনাওগী মপাকগী লাম্বী তয় ওইজরে, চিবনা=অচিবনা শিবজি শিবা হৌনৈ মেলৈখোম্বনা শিব মীশি অসিতদি য়াম্বনা কন্না তৌহন্নিংদে অদুবু থোকপ্রবা মরম্মিনা থোকখ্রে,

মতুংদদি অসিগুম্বা মীহাৎ অসি হৌনবে, তৌহৈদবা মহা পাপি জীব লাক্লবা হায়বত্তুনি শিবা হায়বা লম্বী অসিদি পোকপদবু পোক্লবদি নোংমদি শিবা শোইক্রবনি অচং চত্তা লেংজি পাংবা পুম্নমকশি শিবা হায়বা লাইথুং অসিগী লমন্দি মীপুম খুদিংনা অমুক্ত শিংডম্বা হায়নসে শোইক্রবা লেংক্রবা লমন্নি মতুংদদি থক তৌগনু" হায়ন, মনাওবু ন্নারক ৱাঙেমত্তনা পাউদাক পি ।

শ্রীযুক্তো মহারাজ ইবুংঙো নরসিংনা শ্রীগোবিন্দগী সেবগীদমক ইশৈ অমা শেম্মি, শ্রীযুৎনা শেমবা ইশৈ লোচনা অহু শকুনা পুং য়েৱা ওঝাসিংবু য়ৈহনবদা তাঙ্গা মেঙ্গা সনা পুক্লিংদা ইথুং থুংদে সনা পুক্লিংনা হাইনিং হাইনিংবা পুংলোন, থানিংবা তাল অহু ইথোক থোক্তুনা হাইদি হাইদোক্লনা সনা পুক্লিংদা থন্দুনা লৈ । কনাবু পুং অসি য়ৈহল্লগা ঐগী ইবুংঙোগী থোগনগী লোচনা ইশৈ অসিবু তাঙ্গা মেঙ্গা তাবদা ক্তুংঙাইগনা অশুম থন্দুনা হাইদি হায়দোক্লনা লৈরকপা অহুদা মনাই শ্রীলৈশংথোমববু নিংশিংলক্লে । মতম অসিদা লৈশংথোমবা হাইবা অসিদি ইঙ্গেক্লনা কাংঙবোং হাইবা খুল অহুদা মানা ঙাংনিংবত্তা ঙাং, চানিংবদা চাত্তুনা মচীন চৎপ মীশক খাইনা ইকাই খুম্নবা অমা ওইনা মকম অহুদা লৈ । মহাক অসিবু কদাইদা লৈখ্রবা হাইনা থিনবদা মফম অসিদা লৈ হায়বা অসি তাত্তুনা শ্রীযুৎনা শ্রীধমবোং মেঙ্গরবু থাত্তুনা শ্রীলৈশংথোমববু কৌথক্তুনা সনা নাক্তা পুরক্লে । শ্রীযুৎনা হংঙি, লৈশংথোমবা নংদি লৱাইদা লৈবদি নুংঙাইক্রা ? পঞ্চযুক্তো ননাই ঐগী পুক্লিং অসি নিংথৌগুম্না মচীন তোংবা ওইবা লমনী অসি কয়া থোইনা পামজদে মীনাই ওইত্তুনা ফংবা মতমদা চাবা ফংদ্রগা মনাক্তা ভস্থোইনা লৈজবা লমবী অহু ননাইনা য়াম্না পামজবনি অহুবু লাইবক থিবনা নিংথৌগুম্না নুংঙাইনা লৈহনবিরি । কব্রি পাউথুম্ন পাউদাক্লো মত্তুদি লৈশংথোমবা ঐবু তাবদা থম্না ঙক্লেদা । ঐক্তা ননাই লৈশংথোকবনদি মচা ননাই ওইনা লৈজরমবনা লৱাই মফম থুদিং চংখি চৎখিবা, লৈরু লৈরুবা মফমদা শ্রীযুৎকী মচা মনাইনি হাইত্তুনা ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা য়াম্না লুনা তৌবী ননাইনা হায়জবা খুদিংদা মখোই খাইনা য়াম্না চেকশিন্না হাইথিবা মরম পুম্নমক শোইদনবা হোৎনত্তুনা থবক মরম পুম্নমক্তা পাংথোক্লবা হোৎনবি । লম অহুদা কব্রিগুম্বা অনৌ অপেন অহাওবা মরম অমতং হেৎবা, পানবা লৈবদা ননাই লৈশংথোম্বদা য়ৌরক্তুনা মখোয় খাইনা হাম্না চাবা থকপা চিনবা মরম অসিগুম্বা লম্ব। লৈতে, মতম পুম্নমক্তা ননাই ঐগী ইনাক্তদা লৈত্তুনা ৱারি ৱাতাই শারগা মখোয় খাইগী নুংঙাইজবা ওইনা তৌত্তুনা মখোয় অসিনা ঐগী মীমক্তা ওইত্তুনা লৈবি মত্তুবু ননাইগী পুক্লিংদা হরাওবা নুংঙাইবা নোংমত্তা পোক্কে নুংদাংৱাইরম ওইরক্লগা পুক্লিং অসি অমুক হেন্না নুংঙাইজদে চাবা থকপা অরাৎপা লৈত্তনা ঐগী মী ঙাক্তা লৈ হাইববু ননাই ঐগী ইবুক্তা নুংঙাইবা লৈজদবনা নিংথৌগুম্না নুংঙাইবা পামজদে হঙ্গৎচবনি । শ্রীগোবিন্দগী সেবা মত্তমদা য়ৈরকপা শরিক্তী মখোল

তারগা মিঙ্গা ইরা চেন্দুনা পুন্সিগী মতম ভাইতুনা মনাইনা অন্নারা খাংজম্নি, কন্নিঙ্গবা মতমদা শ্রীযুৎকি ননাই ওইদুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌদুনা মহাপ্রসাদি কংবা মতমদা চাজবা ফংদবা মতমদা নাম শোন্দুনা হরিগী মিংয়েং ময়াদা ওস্থোইনা লৈজবা পামজে মরম অতুম্বীদমক্তা মীনাই ওইবা পামজে সনা চরোন্দ হন্দংচবনি রাহৈ কারন লাকখিবা মপুগী থোঙন থোইমন যাংখিবা পুম্বা চরোন্না বুপা তৌবিনি । লৈশংথোম্বগী রা অশি তারদা শ্রীযুৎনা নোকমতুনা লৈশংথোম্বা নংরা পামবা লমখীদে শোইদনা নিংবা থুংগনি নকৌ পাজরৌ তাবদা ইমুন মুন্না. নংবু এনা কৌবশু মরম অতুম্বীদমক্কি ইশৈ লোচনা অমা তান ইঙ্গুং মুংও ইত্রে নং পুং অমুক্তং য়ৌয়ু এ ইশৈ শদ্দক সনা মাথং রা অদি হায়না তাকপিদুনা শ্রীযুৎনা ইশৈ খোল্লে লৈশংথোমবনা পুং য়ৈদুনা ইশৈগী শৈশক শৈওং য়েংনা তানগা লোয়নন পুং য়ৈদুনা শ্রীযুৎনা শকপা ইশৈ অদুবু পুংলোন হাপ হাপ্লুনা ৩/৪ রক থাই থাইবদ পুংপ ইশৈগা থামিন্নৈ । পুংলোনগা ইশৈগা মাবদা তারক ওইরিবা তওমবা পুন্নমক ওক্নখ্রে । কন্নিনো লৈশংথোমবা অশিদে পুং য়ৈবদফি লাইনিদনা ইশৈ অশিবু মতম চংনা পুং য়ৈবগা ইশৈ শকপগা তিন্নদুনা শকপা য়ৈবগী মওংতম্না মফম অদিদা তান অসিমা তোংদোরে, শৈশক অম হাপ্তোরে মরম পুমবা থংনা কম্না লাইবা পুং য়ৈদুনা ফজনা থাখ্রেদা হায়না থাগৎলৈ । শ্রীযুৎনা সনা পুক্লিংনা নিংবা তান মওং পুমবা সনা পুক্লিং থুংদুনা লৈশংথোম্বগী মফমদা সনা খুজি, তান, খুংজেৎ নমথাং ফিরোনগা কোম্নরা কমেং শাওপা নম্বা ফিরোন মনা পিরে মতুং অদুদা লৈশংথোমববু ওঝা ওইনা ইবেম্মশিং পুমববু তমখীহন্দুনা শ্রীগোবিন্দগী চরোম্বা রাসেশোরি পালা হায়না পোন্দুনা যলকেলিগী মতমদা ইশৈ লোচনা অদুবু কওনা শ্রীগোবিন্দজিগী সেবা ওইনখি । মতুং অদুদা লৈশংথোমববু পুং য়ৈবা হজবা হাপ্লুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা ফংলে । শ্রীযুৎ মহারাজন নোং পালা হায়বা মকোক্তা কোকয়েৎ চাওনা হাপতুনা কোরতান পাযদুনা ইশৈগী তান থানা অমগা সনা পালা হায়দুনা শ্রীগোবিন্দগী চরোন্দা কংলি । শ্রীপঙ্ক-যুক্তেশ্বর মহারাজ নরসিংনা মুঙ্গী নোংশা অমি শাদুনা লমজেনথোং কংলা মেনগী মম্বাঙী থোংনাং মখোংদা থমদুনা কংলা মেন তোংফম্ব কংলা শামাং হায়না খোল্লি । লোইশং থুদিংদা মেরা থাগী নিয়োন লাইরিক তাবা হায়না লাইরিক থিবা হায়বা তৌদুনা কুমজা থুদিংগী তাহল্লি । য়াম্বা থোগাল্লোন হায়না চহী মথক মথা থায়না থৌদ শিন্তাকপা লমখী হৌদোকুনা প্রজা পুম্বদা খংহন্দুনা চৎহল্লি । মহৈ হৈবা মগুণ লৈবা মশক থংনা থমদুনা সনা পুক্লিং ইংনা পাল্লি । মতুং থরা লৈরগা সনা হকচাং য়াম্না কম্না ইরে. মতম অসিদা মনাইশিংবু থাদুনা মচা ইবুংঙো নিংথেম পিশকপু কৌথোকচল্লুই মতুদা নিংথেম পীশক্কী মনাইশিংনা মপুক ফত্তদুনা মচা ইবুংঙোবু থোকচল্লে । মতুং অদুদা শিযুঙ্কো য়াম্না অনাবা কনশিল্লকুনা মনাও ইবুংঙো যুবরাজ শ্রীউপেন্দ্রসিংগী

মকমদ। নিংথৌ পোংলোইগা লোয়ননা নিংথৌ খুবম লিল্লরে। লাংবচকি কুমশিং ৪.৫০ নো দ লাইগী ১৮৬২ খৃ. ১৮৫০ শা: ১৭৭১ চৈথারোন চ: ৩৬৬ লৈমাপোকপা শ্রীতাঞ্জৌগী নুম চৈত্রগী তাং ১০ বৃহস্পতিবার শক্তিভুগী ২৯ পানবা চুমিত্তা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর মহারাজ নরসিং যত্রা ওইরে। ই যুং চহী ৭ পাল্লি. মরমদি শা: ১৭৭২ গী বৈশাক থাগী দিন চংনা থুপখি হায়দুনা পুল্লিনা চহী ৫১ নি।

# শ্রীপঞ্চযুক্তো নরসিংগী খুম

১) শ্রীমতি রাওবম চনু লাইরোইবী লিক্লাই লোৎপীনা শ্রীসনা গোবিন্দসিং, শ্রীসনা ভু.বানসিং, শ্রীয়াইমাসিং পোকই। ঈ তাদে।

২) মতি শ্রীরাজেংবম চনু রসমনিনা শ্রীসনা প্রতাপসিং, শ্রীসনা ভোগিন্দ্রসিং যুবরাজ পোকই। ঈ তাদে।

৩) শ্রীমতি হৈক্রুজম চনু মালিকানা শ্রীসনা কেন্দ্রসিং পোকই

৪) শ্রীমতি অচোম চনু খেমেশ্বরীনা শ্রীসনা গোজেন্দ্রসিং, শ্রীসনা শেখোরসিং সেনাপতিগা, শ্রীসনা লুকেন্দ্রসিংগা, শ্রীসনা খেগেন্দ্র সিংগা পোকই।

৫) ৬ শুবী শ্রীমতি মাইবম চনু ধনবতীনা শ্রীসনা পুসকরসিং খ্বাইরাকপা, শ্রীসনা উপেন্দ্রসিং, শ্রীসনা ভাগসিং পোকই।

৬) ৭ শুবী শ্রীমতি ওাংবম চনু নিলেশ্বরীনা শ্রীসনা বৌদ্ধসিং শামু হজুবা, শ্রীসনা ভগবন্তসিং পোকই।

৭) ৯ শুবী শ্রীমতি খোচোম চনু টুতেশ্বরীনা শ্রীসনা তিবোংসিং, শ্রীসনা ধনেন্দ্রসিং শ্রীসনা উরেন্দ্রসিং পোকই।

৮) ১০ শুবী শ্রীমতি খোইবম চনু কুঞ্জমালান শ্রীসনা গোকেন্দ্রজিং, শ্রীসনা একেন্দ্রসিং পোকই।

৯) ১১ শুবী শ্রীমতি চিংঙথম চনু লোলিতা প্রীয়ানা শ্রীসনা দেবেন্দ্রসিং পোকই।

১০) ১৩ শুবী শ্রীমতি লাইশ্রম চনু প্রেমলতানা শ্রীসনা ইরেন্দ্রসিং শ্রীসনা তরেন্দ্রসিং পোকই।

১১) ১৪ শুবী শ্রীমতি লাংমাইথেম চনু হরি প্রিয়ানা শ্রীসনা ধরসিং, শ্রীসনা বিগীরুসিং শগোলশেনবা পোকই।

পঞ্চযুক্তেনা পোকপা মচা ইবুংঙো ২৫ নি। ইবুংঙো ৫ দি ঈ তাদে ইবেম্মশিং ৮ দি মচা পোক্কে।

# ৭৫ নং নরসিংহ পুরুপ নিংথৌ ৫ শুবা উপেন্দ্র=দেবেন্দ্রগী পরম

লাংবচক্কী ৪৯৫১ নোংদালাইগী ১৮৪৩ খৃঃ ১৮৭০ শাঃ ১৭৭২ চৈথারোল চঃ ৩৬৭ পুয়াম জুনসিঙ্গী কুম কালেন থাদা শ্রীউপেন্দ্রসিং ( দেবেন্দ্র ) না নিংথৌ অমন কাবে । পঞ্চযুকতো মহারাজ ইবেম্মসিং ৮৭ লৌই ৬৮ দি মচা পোক্কে সনা খোগনগী ইবেম্মসিং ওংকনি ।

শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজ দেবেন্দ্রসিং মনিক নুংলেমখোম্বা নিংথৌনা মচা ইবুংঙোশিংবু ফম হাপ্পি । মচা ইবুংঙো শ্রীখোদোনবু যুবরাজ হাপ্পি । মচা ইবুংঙো হেমাঙ্গসিংবু সেনাপতি হাপ-ত্তুনা থা ৩ পাল্লে, মতম অসিদা শ্রীযুক্তোগী চহী ৪৭ শুরে । শ্রীযুক্তো নরসিং মহারাজগী মচা ইবুংঙো শ্রীভূবোনসিং রাংখৈরাকপনা খল্লি – "ওয়াক্তোকপনি এগী ইতোন অসিগী মপুকাচেল অসি ওয়াক্তোক্না ফত্তেদা পাবুংনা পাল্লিঙৈ মতমদদি ইতোন মাগী ফনবত্তা শেম্মি, ইতোন অসিনা পাল্লবা মতমদা এখোয় ইচিন ইনাও অশুক য়াম্বা অসিবু অমত্তা ফাওবা ফনবা তৌবিদে হন্নমক্তা য়েংবিদে ইচাশা নখোয়বু কমদৌরিবা হায়বা রাইহে কাওবা হংবিদেদকো ওয়াক্তোকইদা মসিদা এখোয়না মফম অসিদা লৈরিবা অসি চুমদবা লম্বীনিদনা অশুম লৈরবদি তুংদা খুদোংথিবা থোকপা ওাই" হায়রনা থন্দুনা কোমুং মপুংদগী মপান ইংখোন্দা মনাওশিং পুম্বা পুন্থনা চোংদোক্লে । শ্রীযুক্তো দেবেন্দ্র মহারাজ অসিনা মচা ইচা য়োংলৈ মেলৈ নাইবদগী ময়াম্পুং মহারাজনা পোক্লম্বা সনা ইবুংঙোশিং সনা কোমুংবু থাদোকুনা হোংদোকখি । মতুং থরা লৈরগা ভুবনসিংনা লানমী খোমহুনা লান-হোয়রে লান অসি য়াম্না কল্লা শোক্লরে । লান অসিদা শ্রীভূবনসিংহ রাংখৈরাকপগী রাজভুক লৈত্তবনা সনা কোমুং পাইরক্লবা মতমদা নোংঙানবনা হান্দুনা শ্রীভুবনসিঙ্গী লানমীশিংবু থামবা নংহৌদনা মফম ইথং থংহৌদনা কাইনরে । লানমী তেঙ্গোম্না কাররবা অহুদ দ শ্রীভুবনসিঙ্গী করি উপাই লৈখিদবনা মনাওশিং পুম্বা পুন্থনা ময়াং কশাররোমদা চেনখি ।

মতম অসিদা শ্রীযুক্তো নিংথেম পীশক অসি বৃটিশ সরকারনা মণিপুরগী ঈ-পাউ তাহুনা মীতৈ মরক্তগী কাজিন্দুনা শিলচর জিলাগী অকিস মপুংদা চেকশিন্না শিপাই শন্ত্রী তৌহুনা থম্মি । চহথোক খোঙ্তোকপা মনিং পংতম ওম্বা য়াদনা শ্রীযুক্তো নিংথেম পীশক অসিবু ফাহুনা থম্বা হায়বন্না ফাদবগুম ফাদবরা হায়বন্না ফাজিন্দুনা থম্বগুম থমহুবা বৃটিশ সরকারন শ্রীযুক্তোগী লমচৎ য়েংহুনা চাওশেন শেমহুনা লৈখি । মুমিৎ থরা লৈরগা ভুবনসিং রাংখৈরাকপনা ময়াম্পুং নীংথেম পীশক্কী মফম থিহুনা শ্রীবু উনগদবগী লাকই । শ্রীনা বোরাক খোংবান্দা চংথোরকপদা মনাও ইবুংঙো ভুবন সিংহগা উনরে মহুদা ভুবন সিংহনা হায়, য়াম্পুং ননাওবু য়াম্পুংবু হৌবা লাকচবনি

মণিপুরদগী মৈতৈ লানমী পুন্থনা পাবুং মহারাজশু থুপল্লে য়াম্পুংনা নিংথৌ ওইবিন্তু ঐথোয়গী কেঙ্গোল অসিদা য়াম্বুংনা যাওবদা ওইবস লান্দি ঐথোয় ইচিন ইনাও ঐথোযগী অশুঙ্ক ইনি তৌজিক ইতোন ইবুংঙোনা লৈবাক ঙাকুনা লৈরি । কদি তৌরবগে ইনাও ইবুংঙো অচুম্ব যাম্না শাওরিবা অসিবু ? য়াম্বুং পাবুংনা লৈবিদুই মতমদদি ইতোন মাগীদা ফনবা শেন্দোকুনা য়াম্বুংনসু লেংথোরকউ য়াখিদ্রবা অচুদদি পাবুংনা ঐথোয় খ্বাইগী বরিমত্তা থনবা তৌদন ইনুংনগী ফনবা ভাইত্নুনা নিংথৌ থুবম শিম্নরম্বনি । তৌজিক ইতোন অসিনা লৈবাক ঙাকুন লৈরবা মতম ঙসিদ, ইচ মীচা য়োংলে মেনৈ নাইবা শিজিংতুনা মান, পোকপা মচাদা নুন, তৌনুনা ফনব লম্বী মশিল্লি, ঐথোয়বুদি ইম্ন মস্তা যেংবিদে পৌওই নাওইনশ তৌবিদে, ইচিন ইনাদ ঐথোয অসিবু পোক্লম্বনি হায়বগী থিজিনদিনবা লৈখিদবনা এথোয ইচিন ইনাও মথৈ কেংঙুংদগী তোংলোকপনা মপান্দ লৈরবান । পাবুং মহারাজনা মতম পুম্নমক্তা এথোয় অসিবু মচানি হায়নগী শগু মথোই নোংমতা শোনবা নিংশিংবিবা লৈখিদ্রে মতম পুম্নমক্তা য়াম্বুংনবু শোন্দুন ইচা পীশক লাকখিন ইচাগী থুবম্নি হায়দুনা শোন্দনত্তা লৈখিবা পাবুংনি মবম অচুনা য়ামবুঙ্গাদমক ঐথোয খ্বায় লাকচরিবান লান্দি ঐথোয়না শোক্লজনি লেংথোক্লবা তৌবশি ইচৌ চরোম্না শাক্কিনি” । “ইনাও ইবুংঙো য়াম্বদি পাবুংনা নিংথৌ ওইদুনা পানব অচু পাবুংবু ঙ্গাংঙাইনা পানখিশন্ন হায়দুনা য়াম্বনা থোক্লকুবনি, ইতোন্না নিংথৌ ওইদুনা পানবশু পাংশম্ন অচুগা পাবুংনা লৈত্রবা অসিদা নাওই থোংইদবা ইম্না য়েংদে হায়বা অসিদি চুমদবা মরম্নি, ইতোন ইবুংঙোনা পোক্লিব, ইনাওশিংনা করম্বনে পাবুংনা পোক্লম্মিবা ইনাওশিংন করম্বনো, ইতোন নিংথৌনা পোকপা ইনাওশিংগীদি ইতোন নিংথোমক লৈরি, পাবুংনা পোক্লম্বা ইনাওশিংগীদি পাবুংশু থুংগ্রবনি মসিদ। য়াংলৈ মেল্লৈ নাইবা পুকচেল অসিদি য়াম্ন চুমদবা মীগী মমাংদশু ফজদবা ওইব, লম্বানি মশিদি হায়গদব লৌগদব লম্বা অসি লুখ্রেদা” । মরম অসিদা য়ামবুং সনা পুক্লিং করিশু চিংনবা তৌবিগন্তু ননাই ঐথোয় ইচিন ইনাওগীদি অত্তাত ওইরবানি মরম অচুনা লানমীশিংবু পুন্থনা য়নবুংঙবু তৌজবা লাকচননি” । “অচুদি ইনও ইবুংঙো কুমিং থরদং লৈখিশি য়াম্বশু খুংলাই থব থোবাংখিগে মমুংদা মী থংহন্দনা লান হায়বা অসি খুংলাইগী মপান তাংবানদো খুংশু খুংল ই মতিক চাদন লান তৌকুবগ, মায়খিত্নুনা তোক্লবনি” । ‘অচুদি য়াম্বুং ননাই ঐথোয য়ামবুংবু ঙাইত্নুনা লৈজবগে মমু দা য়ামবুংনা তৌবিগদবা থৌবাং অচু থবা থুনা তৌবিনব, হোংনবিযু ননাই ঐথোয়দি য়ামবুংনা য়াবিরবদি পন্দুনা লৈনিংত্রবনি অচুবু সনা য়াথং ঙাইথ তাকপিবনিনা হিক তোকচবা ঙমজদ্রে” । রা অসি ঙাংনতুনা শ্রীভুবনসিং রা থৈর,কপনা ময়ামবুং নীংথেম পীশকপু ঙাইত্নুনা কশারগী মমু দা লোত্তুনা মী থংহন্দনা লৈত্নুনা ময়ামবুংবু ঙাইথি । নিযুক্তে নিংথেম

পীশক্ল। অশৈবা ঐরান্দায়গা উনদুনা মপু মনাই রাতান্নে। শ্রীযুক্তোনা হায়, অঙম্বা পাবুং মহারাজগী মচা ইবুংঙো ভুবনসিংনা মনাশিং পুম্নমক পুন্থনা মৈতৈ লানমী থবগা লাক্লুনা পাবুং থুপথিদুনা ইংগোন উপেন্দ্রোনা লৈবাক গুক্লুনা লৈরে এবু মণিপুরদা খোক্লশি হায়দুনা কৌথোক্লখি মণিপুরদগী লাক্লুনা, লান্দী ইনাওশিং মখোযগী অতাইনি পাবুংনা য়ামবুংংবু অকাওবা লৈত্তনা সিংহসনগী মবমদা যামনু গীদমক্ত। থন্না থন্না পাংঙ্গী মতু ওইখি মবম অহুনা য়ামবুংবু কৌজগে লাকচবনি লানফম অসিদা য়াংবহ যাংবিযু লান্দি ঐংথোযনা থেংনজনি হায়না হংশকুনা হায়বি মশিদা খুৎলাই লৈত্তব অসিনা ৫বু থংগ্রে। মতুদা অশৈবা ঐরান্দাবনা হায় খুৎলাংগীদমক সনা পুক্লি চিংনা তৌখিন্নু নোংমৈগা নোমৈ হিদাক বাত্তনব ঐন তৌজনি ইংগংঙোদা লেংথোবপা য় নবা অহুতা মযেংবিযু। মরম অসি ভাংন্তুনা মন্নুদ অশেন ঐরান্দাবনা নোংমৈ, নোংমৈ হিদাক মকনচিংবা লেম্না খেদোক্লুনা রত্তনবা মৈতৈ লানমীগী মথুওা পিহুন থন্নে মতুং অহুদা শযুক্তোগী চৎথোকপা য়াবা মতম অসি ফংখিদ্রদুন। লানমীশিং পুম্নমক থরাই থানম্নে। বৃটিশ শরকারনা থংখিবা থোক্লবদি থবক অহু পাংথোক্লুনা তোকখ্রদম্ন। হায়দুন য়াম্না লুনা থন্নার ঐংথোযনা পুদোরিবা খুৎলাই অসি বৃটিশ শরকারগী ভাক্তুনি মশিবু কনদোদবা মচা ইবুংহোনা নাক্তে ক্লুনা চৎপা ওমত্রবা অসিনা থবক অসিগী অকাইবা লম্বী অমা ওইরে হাযনা থন্নতুনা লানমীশিং মথুম মরাং লোইনা ইচো হৌনরে। মতুদা শ্রীভুবনসিংনা লাক্লুনা অশৈবগী মফমদা হায়, অঙম্বা মফম অসিদা ঐখোযবু অশুম লৈরবদি খুদোংথিবা অমা বৃটিশ শবকারগী মফমদগী ফংঙব। য়াই মশিবু কনদোশিগে। য়ামবুং ইবুংঙোবু হোবেন অসি যৌবররবা লম্বী থোবাং অমা তৌনিত্রবদি লানমীশি অসি তোরেন্দি মাত্রা তৌরনি হায়না লেপ্পখ্রে। "থংত্রে মচা ইকুংঙে ঐ অচক ওনত্র য়েক্লে" অঙম্বন ওম্নবা মবম অসি শিনবিদবদি থবক অসি পুনকাই কাইখিবা তারে থৌরাং অসিতদি কাইদনব। অঙম্বনা অমুক্তা তোংনবিযু" হা অসি হাইনরগা শ্রীভুবনসিং হন্থি। মতুং অহুদা অশৈবা ঐবান্দারনা মী থংহন্দুন। হি অমা বোবাক ভুরেন থোংন্নুংদা থন্নে. অহুদগী লাক্লুনা শ্রীযুক্তো নিংথেম পীশক্লা মেপ্রাগা মপু মনাই অচম নাক্তাম্নতুনা থবক অহুগী মবম পুম্বা শিন্নতুনা লৈখি। অহিং নোংয়াইগী মতুং মীদি তুম্নখ্রবা মতমদা শ্রীযুক্তো নিংথেম পীশক্লা মনাই মেপ্রান শেংপা ফিরোন শেত্তুনা মেপ্রা শাত্তুনা অফিশ মন্নুংদগী থোকখ্রে, মেপ্রানা হংগী ফিরোন অহু শেংলগা হংগী তুমফম কমুং অহুদা তুমহুনা শ্রীবু শাত্তুনা লৈখি। শ্রীযুক্তো নিংথেম পীশক বোরাক ভুরেনগী খোংন্নুং মতুং ইন্ন লাক্লুনা হি থম্লিবা মফম অহুদ। মৈতৈ লানমী তেংগোম্না লৈবা মফম তাম্না চত্তনা লানমীশিঙ্গা উনদুনা মচা ইবুংঙো পুম্নমক্তা মুংঙাইনতুন। মফম অহুদগী অহিং অহুদা অহুম্মক লানমী যাবা তৌদুনা মণিপুরলোমদা থোকখি। নোংঙাম্লবা মতমদা বৃটিশ সাহেব

লোক্না পাউ অসি তাহনা শ্রীযুক্তো চন্দ্রকৃত্তি নিংথেম পীশকপু ৬ংবদা মনাই মেপ্রামা ঈবু শামা ফমুংদা তুমহনা লৈরম্বা অদুদা শাগহনা মেপ্রাবু অশিবগা পান্দম্না য়েহনা বোরাক তুরেন খোংদন্দা হুন্দোক্তুনা থনম্ম শ্রীঅশৈবা ঔরান্দাবনা মেপাবু থেনহুন ডাইহাক লাইকন্নরগা চংমা থক্কবা পিহনা বোরাক রাংমা লান্না থিন্দোক্তুনা মৈত্তে ময়ম লৈব ময়ক্তা লৈহন্দুনা মেপ্রাগী মশা কনব লাইযে হুনা লৈখি ।

মনাও ইবুংঙো শূ ভুবনসিংবু যুবরাজ ওাপুনা লানমীশিঙ হোইনবা শ্রীযুক্তো নিংথেম পীশকপু মনিপুব যৌরক্ল মৈত্তে অকল অথৌ পুম্না শ্রীযুক্তো নিংথেম পীশকপু লাক্ল ভবদ শ্রীযুক্তোগী নাক্তা লেইনা চংলক্লুনা শ্রীযুক্তো নিংথেম পীশক্কী মীচং ওইহুনা সনা নক্ত লৈরে । অকল অথৌ লানমীশিং পুম্নমক্কা লোইনবা মনাও ইবুংঙো যুবরাজ শ্রীভুবন সিংহনা লুচিংহুনা লাংখবন কোন্নুংদা হোঙহুনা শ্রীযুক্তো নিংথেম পীশক লৈবে । যুবরাজ শ্রীখোংদোনসিং সেনাপতি ওমাঙ মচিন মনাশিনা লানমা থরা পুহনা লংথবান তাল্লা লাক্লুনা লান শেক্লে লান অদুদা মচিন মনাও অনিগী মীচং লৈখিনবনা লান অহু ডাকপা ওমদ্রে অমচুং তঙ্গোল কায়হুনা চেক্লে । শ্রীযুক্তো দেবেন্দ্র নিংথৌনা জৌশিমল মশক থংদবা ইচা মীচা য়োংলে মেল্লে নাইবা লনচৎ চৎপদগী নিংথৌ খুবম থাদোকহুনা মনাই থবগা মচা ইবুংঙো থবগা লোয়নহুনা ময়াংলোমদা চংখিথা ৯ লৈবাক ডাকখি ।

## শ্রীউপেন্দ্র - দেবেন্দ্রগী য়ুম

১) শ্রীমতি মহারানী খেঙ্গমলোন থিয়াম চনু ভমলেন খেম্বীনা শ্রীসনা চন্দ্রধ্বজসিং পোকই।
২) ৩ শুবী শ্রীমতি অহৈবম চনু ইবুংবেথান শ্রীসনা ঝাক্তভিনসিং (খোংদোন যুবরাজ , শ্রীসনা হেমাঙ্গসিং সেনাপতি, শ্রীসনা গোকুলাসিং পোকই। অহুম অসি মুংনবি মচানি ।
৩) ৪ শুবী শ্রীমতি ডাংবম চনু ধম্মবতীনা শ্রীসন রুক কুন্দসিং, শ্রীসনা মটরাসিঙ্গ পোকই ।
৪) ৫ শুবী শ্রীমতি অকোইজম চনু চন্দ্রবতীনা শ্রীসনা গোবিন্দসিং, শ্রীসনা দশরথসিং, শ্রীসনা ভগবন্তসিং পোকই ।
৫) ৬ শুবী শ্রীমতি হিজম চনু বেবতীন শ্রীসন বুদ্ধসিং পোকই ।
৬) ৮ শুবী শ্রীমতি অঙোম চনু শথবতীনা শ্রীপুবনজনসিং পোকই ।
৭) ৯ শুবী শ্রীমতি পিয়াম চনু মালতীনা লোকেন্দ্রজিৎ পোকই ।
৮) ১০ শুবী শ্রীমতি চোংথাম চনু রোশিকাবতীনা খোদেন্দ্রজিৎ পোকই ।

৯) ১১ শুবী শ্রীমতি লাইরাকপম চনু মালিকানা সনা সিংহজিৎ পোকই ।
১০) ১২ শুবী শ্রীমতি খিয়াম চনু গুণমনীনা শ্রীসনা সমরজিৎ পোকই ।
১১) ১৮ শুবী শ্রীমতি য়ুমলেম্বম চনু রূপবতীনা শ্রীসনা দিগম্বরজিৎ পোকই ।
১২) ১৫ শুবী শ্রীমতি ক্ষেত্রিমযুম চনু হেমাঙ্গ মঞ্জুরিনা শ্রীসনা জোগেন্দ্রজিৎ পোকই ।
১৩) ১৩ শুবী শ্রীমতি লাইশ্রম চনু চেমালশানা শ্রীসনা যেকমজিৎ পোকই ।
১৪) ৮৫ শুবী শ্রীমতি নাম্রম চনু কমলিনীনা শ্রীসনা এধবসিং পোকই ।
১৫) ৮৬ শুবী শ্রীমতি থিঙোম চনু কতিনিনা সনা গেগেন্দ্রজিৎ পোকই ।
১৬) ৮৭ শুবী শ্রীমতি লৈশাংথেম চনু হেমবতীনা শ্রীসনা অঙ্গবজিৎ পোকই ।
১৭) ৩৯ শুবী শ্রীমতি লোংজম চনু ধনবতীন শ্রীসনা বেন্দ্রজিৎ পোকই ।
১৮) ২৭ শুবী শ্রীমতি থংজম চনু ইন্দ্রানী অপান্ধীন শ্রীসনা কমজিৎ পোকই ।
১৯) ৩৪ শুবী শ্রীমতি সোরাম চনু উমাবতীন শ্রীসনা চন্দজিং পোকই ।

## ৭৬ নং চন্দ্রকৃত্তিগী পরম অমুক হন্না নিংথৌ ওইবা

লাংবচক্কী ৪৯৫১ নোংমালাইগী ১৮৪৩ খৃ· ১৮৫০ শাঃ ১৭৭২ চৈথারোল চঃ ৩৬৭ পুয়াম জুবসিঙ্গী কুমগী মনুং কাইরেন থা অসিদা শ্রীশ্রীপঞ্চযুক্তো চিংলেন নোংথ্রেন খোম্বা য়োইরেন তোমপোকপা সনা ইতম ভানবা নোংচুপ রাইবং ভানবা পামহৈবা মৈতৈংগী নিংথেম পীশক্পা অমুক হন্না নিংথৌ ওইদুনা বাক্ত সিংহাশোন ফময়, মতম অসি পঞ্চযুক্তোগী চহী ১৮ চংলে মপুংদি ১৭ নি । শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরবু নিংথৌরোল ৭৬ শুবা হাই, মরমদি অমুক চঞ্জনা প ঙবনি হাইদুনা মতোন ইবুংঙো উপেন্দ্রো সিংহ খা ৯ লৈবাক ঙাকখিবগা নিংথৌরোন মশিং থাজনদুনা চন্নে। শ্রীযুক্তো মহারাজগী নিংথৌরোন মশিংদি মরক্তা থাজনখি মরম অদুনা মতোন নিংথোগা থাজনখি ।

শ্রীল শ্রীযুক্তে মহারাজ চন্দ্রকৃত্তি নোংচুপ রাইবং পামহৈবা চিংলেন নোংথ্রেন খোম্বা য়োইরেন তোনপোকপগী সনা হাকতকতা সনা থোগন লৈব : মনাও ইবুংঙো শ্রীযুক্তো ভুবনসিং যুবরাজ, শ্রীযুক্তো অঙোসনা সেনাপতি, সৌরাইজাম্বা মেজর, থাঙ্গাল মেজর, পাওশোং মেজর, নামৈরকপা মেজর, এনখোয়বা মেজর, মিয় শুবিদার, বলারাম শুদ্দার, কাংজবা ময়াংজাবা, শ্রীনরানসিং, শ্রীকাঙবা লম্ফেল (লণ্ডন), শ্রীতোমচাসিং, শ্রীঅঙোম তোম্ব, শ্রীগুনো, শ্রীঅঙোমচা, শ্রীনিংথৌজাম্বা, শ্রীথমনৌরচা, শ্রীথোকচাও শুবিদার, শ্রীহিজবা বলদেব, শ্রীয়াম্বেম মাত্রা, চনমগা চঞ্জবা পেনা খেংবা, শ্রীবিনে মাত্রা, শ্রীঅঙৌ মাত্রা, শ্রীমাইপাক মাত্রা, শ্রীগুনো মাত্রা, শ্রীথবি

যাত্রা, শ্রীলুশৈ যাত্রা, শ্রীখোদোন যাত্রা, শ্রীমাধোপ যাত্রা, শ্রীলুক্রাম যাত্রা, ভট্টরেবা তোলেন বজাই খোংবা, পাওনবাংশি জোমান্দার, মাইব্যা তামস্রসিং, নোংমাইথেম্বা কোইক্লে, হৈস্নাং পোকৃলা, লোপান্দবা, অচোইবা জোগেন্দ্র শুবদর, অচোইবা লুরাংবা মোইরাং নিংথৌ শামু হজ্ঞবা, চাম্ববা ছুলোভ পণ্ডিট নোংমাইথেম্বা পণ্ডিট, ভরবণ্ডন ঠাকুর, তোলেন ঠাকুর অসিনচিংবা অকল অথৌ ব্রহ্মন বৈষ্ণবশিংনা লুমিৎ খুদিঙ্গী নিপা ৮০০/৫০০ না সনা নাক্ক। লৈত্তনা শ্রীল শ্রীপঞ্চযুক্তা চন্দ্রকৃত্তি নিংথেম পীশক্কীদমক অকল অথৌ ব্রহ্মন বৈষ্ণব পুম্বনা লৈবাক ডাকতুন সনা পুক্লিং লুংডাইনা পাম্লি

শ্রীপঞ্চযুকতে চন্দ্রকৃত্তি মহারাজনা চাম্ববা ছুলোভ পণ্ডিটকী মফমদা হায়রকই, ইপু পণ্ডিট মতম পুম্নমক্তা ইপুবু নশুনা কাওজদে নশুগী মতম লাক্লগা ইপুগী সেবা তৌজগে নশুনা খোইক্লি থাদা য়েকতুনা অকাওবা লৈত্তনা থমজরবনি পাবুং ইবুংঙো মহরাজ নরসিংনা নশুগী খুজেং পাযত্তুনা ইপুগী তৌবিমল হায়রম্বা নশুনা নিংশিংলুবদা মত্তিক চাবা লমনবু শিংব ডমগনি নিংজ্ঞক ইপুনা নশুবু কাউবিন্নু। ঐগ্যা ননাই ইপু করি থংজবা হৈজবস্তু নচ্চদে নত্তোব ইবুংঙো মহারাজনা মপাবুং ইবুংঙোগী মনাই ওইজরকপা অত্তুদা লুংশিবিত্তুন, থবক থৌদোক খুদিংদা অত্তুক তাম্নবিবনি, ননাই ইপুদি ননাইগী ওইত্তুন সনা থোগজ্জরিবা অসিনি সনা কোল্লুংশু নক্লবনিনা শ্রীগোবিন্দ সেবা লুমিৎ খুদিঙ্গী ফংজবস্তু ভমজবনি। মরম পুম্বা ননা লোইনা থাংজরে ইপুনা অহল ওইথিবশিদা নশুগী পুক্লিং থর বাই ইপুনা নশুবু লুংশিবিবা লৈরবদি হয়েং লুমিৎ অসিদা ইবেন লৈশংথোম্বীবু নশুগী নাক্তা পুবিবকপা মরম অসি ওইবিয়ু সনা য়াথং করি নোংদম্বীগাদবা লৈবিবগেনে ননাইবু অহলগী মতম্নগা ওইবনে রাজনিতি থোগল্লে নবু থাজবস্তু নচচদে সনা য়াথংশি লুগ্রেদ। মরম অত্তু তাকপিত্তুনা কৌনৌনি ইপু ইবেন লৈশংথোম্বীবু ইদ্বৌ ভদ্রসিংনা পিথিবনি হায়বা মবমশে ইতেম্না তাকপিরম্বগী নশুনা মুম্না থংজতোই, নমনা ইবেনবু উজনিংত্তুনা তৌজবনি রা অসি হায়নত্তুনা লুমিৎ অসিগী দববাব অত্তু লোইশিন্দুনা 'অতম্ব' পুম্বা কুম্নখ্রে।

নোং ডাল্লবা মতমদা পণ্ডিট ছুলোভনা লৈশংথোম্বীবু পুত্তনা সনা কোল্লুংদা লাক্লে মতম অত্তুদা অওথা ময়াম ফমত্তুনা সনা থোগন লাংডাম্লে খুদক অত্তুগা অহল অনিনা শ্রীযুৎ সনা চোরোন্দ্রা থুরুমজ্জরি, রাজ সভা ব্রহ্মন বৈষ্ণব অওম অথৌ পুম্বগী মফমদা নোল্লুকুঞ্জনা ভকাত্ত কৎচরি শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা "ইপু ইবেন লাক্লব্রা চংবিবকউ নশুগী নাকতা নশুগা নক্ল। ফমশি লাও"। লৈশংথোমবীন, "শ্রীযুৎ ইবুংঙো নবেন্দি অহনগী মতম ওইবনা নিংশাগী ইত্তুন কায়রক্লে সনা হকচাং তনৌবদা নবেনগী নিংশাগী ইত্তুন ইপোম্ন য়ৈথ্রগা থোগল্লোনবু কায়রকপবু লাক্কনি ননাইবু থাইদা অশুম লৈজগে ননাই ইবেনবু সনা য়াথং কৌবিবা লম্বী করম্বা নোংদম লম্বী

ভাকপীনিংবা লৈবনো মপু সনা নোংদম তম্বীসি নবেম্মা ফিগাও শানা ভাইজরি। ইবেনবু নগুনা কৌজবদি অহনগী মতম ওইথরে হায়রুনা ইবেনবু উজমিংদুনা তৌজবনি ইবেন নগুবু করিগুম্বা অমত্তা হংজগে ইবেনবু রাবৌৎিগদ্র? শ্রীযুৎ ইবুংঙো তাকপিসি। ইবেনবু নচা নিপা মঙা পোকই হায়বা চুমব্রা? ননাই ইবেনবু নদো সনা নোংদম কুপ দগী ঙেক্ত কাইদন ইচা নিপা ৫ গা নিংঙোল অনিগা পোকচে অহুদি ইবেন চৌনবী তৌরব্রা? মতুদা চুলোভসিং পণ্ডিতনা খুম্মি, "ননাই ইপুনগা অহন ওইবগ শা লানগ তৌইবন মবম অম্ত পাংথোকচব ভমজন্ত্রি। অহুদি ইপু ইবেন অনি পুল্লিচৈশিনা থবক মবম অসি পাংথোরন তৌতৈদবা য়াদ্রে অঙম্বা পুম্বা ইপু ইবেন পুল্লিচৈনা প্রতিকার তৌদবা যাদ্রে মবম পুম্বা হত্তনা থবা লাংবন তৌশি। সনা য়াথং মতু ইম্মা অহুম্বশিংনা অহন অনিগী দুমৈবু য়েংলদুনা খুদক অহুদা মরম পুম্বা লাংদুনা অরিবা পালা অম, নোং পালা অমগা হৈশে শকুনা শ্রীগোবিন্দগী বৈথোপ মন্দোপ্ত নংভরবনে চাকুরন মচা নিপা মঙা পোকপগী বিবশ পক্তিকাব চৌনবী শোন্দুনা লুচোংদ হায়ন পীরাংদুনা লৈ কোই। মতুদা শাইথোম চন্দ্র লৈশংথাম্বীনা লৈ পবে পায়দুনা ইশেগা ভানগা লেচিনদুনা জগোই শাদুনা লৈ কোয়দুন লৈ চক্লে। মতুং অহুদা পণ্ডিট চুলোভনা লৈশংথেমনীগী খুজ্ঙং পায়দুনা শ্রীগোবিন্দগী মাংদ থৌগন জগোই শাদুন খুংলোন জগোই থৌগল্লি। অহন অনিগী খুংলোন জগোই উবদা অঙমবা পুমবা ভক্লরে ম গী মাগী মফম কাদগী চৌগত্তুন চৈন ফিরোন থানরে। শ্রীযৎ সনা পুক্লিং নুংঙাইজবা লোহঙ্গবোই সনা খুজি ভান পুথোকদুন মবেন লৈশং-খোমবীদা থারে। পণ্ডিট চুলোভ, নমতি লৈশংথোমবী অনিগী জগোই লোইদুনা শ্রীযুৎন হায়, ইপু নগুগী ইহাকথক অসিদদি ইপুবু মাংশোক ফম্মা ফম্মা ভসিদগী মেঙ্গুম তুদ্ধাপ ফম্ম নগুনা থিম্মোকচরবনি, লাংদাই ভমদাই লোয়শঙ অনিদি মচৌশানা যেংশিনবিবগী যেংবিবা ইপুনা অহুম মমেংবিবু অদুগা ইবেন নশনা ইবেনবু ভসিদগী চৌনা শাইথোম চন্দ্র ভইয়েন নীগ্গা ভানকবা লৈশংখোমবী থ্বাই লাম্ববী কোজবগে অহনগী মতম্মগা ওইবনে যেংবগী পেনবা কৌবদা লৈজদে সনা থ্বায়রামবন কৈথেল্ল ভাকপা মনা পুম্মক অচারবু ইবেন নঙ্গী ওইজবো নোংচুপ খেব্রাচৌং পানকবা থারোন মবাম লৌ হাপ্পথুন, ঙেখম্মি, কবুই হাওখুন খুজ্জা অনি অসিমা ইবেনগী অউন হাওখুন পৈতবিযু ত্রেগী কেপ্পুং মগুঙ্গী পানা মনাগী মরমদা ইবেম্মা বাংপনব শিনবিযু কেলোই মিংগুন অমনা শাইথোম চন্দ্র থ্বাই ল ম্ববী নোংচুপ রাইরং মরামগী থারোন লুথম্মি খুজ্জা তুম্মা পানভম্বী সনা পানা থংব লৈশংথোম্বী মিংলেন অসিমগা ইবেনগী অউন মিংলেন ওইজগে? সনা য়াথং মরম নোংদমগা অউন পোংনি হাইদুনা লৈকোন ফিরোন অমত্তা রত্তনা তমদুনা শামু ভাইথোট শেমদুনা শামু থক্তা অহন অনিবু হাপ্পুনা মোইরাং নিংথৌ লিরিখোম্বনা শামু শাকোক্তা ফমদুনা ভোলেন বজাই খোংবন য়ঙোই শামুগী মমাংদা বজাই বেন্দুল খোংদুনা শ্রীযুৎ মহারাজনা অঙম

অথৌগা লোইননা পণ্ডিট হুলে.ভ শ্রীমতি শাইথোম চনু থ্বাই লাম্বুবী সনা পাম্বা থা'ঙথী লৈশং থোম্বী অনিবু মমুম মরাময়াই ওয়ায়না থিন্দুনা শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজ নিংথেম পিশক চন্দ্রকৃত্তি সনা হাক্তক্কী অহানবা কুমৈ অহোবা অমা ওইনবু লৈবাক কুমৈ সনা খ্বাইরম্বন অঙম্বা মতমদা শ্রীনা মপু মবেন অনিবু থিন্দুনা লৈবাক্তি কুমৈ ওইনা য়েংনখি।

---

# পঞ্চযুক্তেশ্বর চন্দ্রকৃত্তিগী য়ুম

ইবেম্মশিং ১০ না সেব' ত্তৌই ইবেম্মা ৪ দি শোইনাইদে। ( ৩ শুবী শ্রীমতি লোইবী লুশৈ লাম্বুবী হুইয়েল কোকথাং কবী, ৪ শুবী শ্রীমতি লোংজম চনু হরিমতী, ৮ শুবী শ্রীমতি কোংথাম চনু চন্দ্রবলী, ১০ শুবী শ্রীমতি চিংশুবম চনু মথেদনী ) ইবেম্মা মরি অসি মচা পোক্তে।

১) ১ বা শ্রীমতি মৈতৈ লৈমা অঙোম চনু লোইরেন থোম্বী লোইবী য়াত্রীকঙমবী হুইয়েন য়াংবিরেন ফবিনা শ্রীযুক্তো শুরচন্দ্র পোকই ( শা: ১৭৭৫ )। মতুংদা শ্রীপাকাম্না শগোল হঞ্জবগা। শ্রীথমবৌম্না শামু হঞ্জবগা, গোপাল সনাগা মরিমক পোকই।

২) ২ শুবী শ্রীমতি মৈতৈ লৈমা খয়োইরে'ল ওইনাম চনু মেশ্বরিনা সেনাপতি সনা ফৈরাবা পোকই।

৩) ৫ শুবী শ্রীমতি চোংথাম চনু অপামবী কৌশেশ্বরীনা শা: ১৭৭৬ ফাংগুন তাং ১০ লমদাগী ১২ নি পানবদা শ্রীকুলচন্দ্র পোকই, মতুং শ্রীসনা গন্ধারসিং পোকই।

৪) ৬ শুবী শ্রীমতি চোংথাম চনু লুকেশ্বরী অপামবীনা শা: ১৭৭৭ তা শ্রীটিকেন্দ্রসিং কন্থান পোকই।

৫) ৭ শুবী শ্রীমতি হাওবম চনু রুবপতীনা শ্রীসেনাপতি অঙৌ পোকই।

৬) ৯ শুবী শ্রীমতি অকোইজম চনু থম্ব লেথিনা শা: ১৭৯৬ মনুংদা শ্রীজিল ঙমবা পোকই, শ্রীমতি অমুসুগা পোকই।

---

শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজনা ইচা মীচা মীচং শঙন চংদনা মীচাবু মচাগুম্না নি'ঙ্গুনা প্রজা পুম্নমক্কি পুক্নি'দ। অমতা ওইনা থন্নবা রাজনিতিবু হৌদোক্নুনা রায়েন নোংদম্লে। শ্রীমতি মমাশিজ অপাম্বী রুসমনী রাহেংবীনা হায়, মচা অনিগী মকমদা। "যুবরাজ ভুবনসিং সেনাপতি অঙৌ নচিন ননাওনা অহন শাহুনা লৈহগা নচিন ননাও নথোয় অশুক য়াম্বা অসিগী কান্নবদি তৌত্রহুনা মীগী মচাগী

কাম্ননবা হোংনদুনা লৈরিবা অসিবু নমাম্নবা নিংথৌ মচাশিঙ্গী মম্নাংদ। ইকাইবা খংদ্রমম্নয়েনকো মীগী মচানা নিংথৌ ওইরগা নচিন ননাও নখোয়না কাংথা থাং ওইনা লৈবসে, নখোয় নচিন ননাওশিঙ্গী মবক্ত অমনা ওইনবা তো" হাঙাং অসি হায়দুনা মচাশিঙ্গী মফমদা মুমিৎ থুদিঙ্গী পুকখিন চংদুনা ভাংদুনতা লৈ। মমাগী পুকখিন অসিনা তাঙম লৈঙম্নক্লদুনা শ্রীভূবোম সিংহ যুবরাজ, অঙো সেনাপতি, শ্রীভোগিন্দ্রোসিং যুবরাজ, শ্রীসেখর সিং সেনাপতি মচিন মমাও ৪ মম্না মী খরা খোমদুনা মমা শিঙ্গী য়াথং ভাঙ্কুনা লান হৌরক্লে। মচিন মনাও ৪ গী হৌরকপা লান অদুনা করিস্ন তৌব, ভমম্নদুনা নোংঙানবন। হান্দুন মনাওশিঙ্গা লোইনদুনা ময়াংলোমদা চেনখ্রে, শ্রীনহাকপা, শ্রীলোংজাম্বা অনিবু নিংথৌ শেম্বা য়াওরমদুনা ফাবগ খাইরম্বন্দা পুথোক্কুনা হাংলে।

শাঃ ১৭৭৩ চৈথারোন চঃ ৩৬৮ কুম্বী অহোংজাওবী কুমশক মনুং অসিদা শ্রীলৈম্রাম তাবা শ্রীখৌদোন অনিনা ময়াংলোমদগী লান্দারক্কুনা ফদিবী লমম্নাইদা তোঙ্গোন শাদুনা লৈবে। পঙ্ক- যুক্তো মহারাজনা তেঙ্গোন লানমী পুদুনা লান অম্ন শোক্লে মচিন মনাওগী মরাইবক থিবনা তেঙ্গোন যুক্তো মহারাজনা তেঙ্গোন লানমী পুদুনা লান অম্ন শোক্লে মচিন মনাওগী মরাইবক থিবনা তেঙ্গোল

কাইদুনা চেনখি। বৈশাকী তাং ২৯ শুক্লা দ্বাদশি নুমিত্তা শ্রীপঙ্কযুক্তো মহারাজনা ফাদুনা মচিন মনাও অনিবু হাংলে।

লাংবচকী ৪৯৫৫ নোংদাল'ই ১৮৪৭ খৃঃ ১৮৫৪ শাঃ ১৭৭৬ চৈথারোল চঃ ৩৭১ খুরিখুন চাওবগী কুমশক মনুং অসিদা শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর মহারাজনা মচা ইবুংঙো শুরচন্দ্র সিংহবু যুবরাজ হাপ্লে। শ্রীযুং মহারাজনা হাপ্লে। শ্রীযুক্তো কৈফাসনাম্নী মচা ইবুংঙো সনা শাজৌববু সেনাপতি হাপ্লে। শ্রীযুং মহারাজনা মত্তোন ইবুংঙো নবসিংনা শংবা তৌগৎলম্বা খাইরম্বনগী চেকখোংবু হোংনব হায়দুনা নুমিত্তি যেংলে থোংজি মখোং অমা লোইশিনবা ইয়া য়াদনা লৈ। তুবি লাংওন পাখংবগী শ্বরনা য়ৈদুনা মখোং অশিগী লৈথোং মযাদা শেমজনবা লোইবগা হেক হেক নিংথাইদুনা মনুং অদুদা মী হিম্না চম্না হেক হেক থমম্নি, মরম অসিগীদমক পঙ্কযুক্তোনা পণ্ডিট হুলোভপু মদ্ধো তুবি লাংওন নোংদম্ববু পুক্কম ইরাত্তুনা থৌনি ভমদাইহল্লি। পণ্ডিট হুলোভ মেক্কর শুবদারনা নুমিৎ তুম্নি থৈয়োম লৈপুন ইন্দুনা নাওথেম নাওশুমবদা য়াবিদুনা নোংপোক পাংবা ইয়াইগী মথোং লৈথোং মেনবা শেম্বা লোইদুনা চৈত্রগী তাং ১৬ বৃদ্ধবার নুমিত্তা অরিবা পালা ১ অনৌবা পালা ১ গনা নাম শংকুর্ত্তন শেন্দুনা ব্রহ্মম্না বেদ থিদুনা চেকখোং হোংলে।

শ্রীপঙ্কযুক্তো মহারাজনা রাথন অমুম তৌই লৈবাক মাইবা অহৈবা নিংথৌ মাইবা চিরাই কাংবা কোঙ্গাইনা তিনমু তিনখোং লাইখোং থিদুনা ভমদাইবদা ভমথিদ্রবা অাসবু অক্ননগী মতম

ওইরবা কয়েন কম্নবৈ লাংছুনা লৈঙমজবা ইপুনা কো.রো হুম্নি ঙমদাইবদা ম্রাঙমছুনা নিংজবা লমবী হেক হেক থুংহনবিবসে ইপু অসিগী লমন নিংথৌ ঐনা করিনবু শিংশিবা সনা পুক্রিংদা অশুম খল্লমবদগী চায়রকই লৈবাক প্রজা মমাংদা. "ইপু নহাক অসিবু অহনগী মতম ওইরাক্ল যায়েন লুচিং লাংছুনা তোংজৈ থাবু' খঙুনা মোংবা য়াইদ। লেম্নশম্ন নিংববু নচুং নয়েং শিল্লব লৈঙবগী ময়ম্না কয়েন লুচিং লাংলবা অহল মাংশোক ঙাম্নববু নশুন হেক হেক কৌথকুনা শিন্থ। নোংদমখি হায়ছুনা নশুবু তাথিবা ওইবিম্নু নিংথৌ ঐনা ইদ্ধৌ ঈ মক্তা ওইম্নবদি ইহাক থক চুপ য়াঙ্গোইথো থবক থৌথোক থুদিংদা নশবু খাংদাকপিগম্ন কোরৌ ভঁস অসিদা কোলোই অংৌবা অমা হোংহুনা ইপুগী কোলেই থোঙ্গগে কোলোই মিংহুম্না নৌবশুম ইপুবু নৌবা ওইশম্ন ভয়াচাবা পণ্ডিট চাম্নবা চিংঙ্ ঙমদাই শাকবা থৌনি রাএন রাফাওবা ঙমদাই কাউবি পুম্নংবা কোলোই মিংহুন অসিগা লোয়ননা লৈশাংথোং ময়াংইম্ফাল মাইগৈ অসিগী ওয়ান্দার ইপুনা ওইবিনি. ফোইজিং মম্নোল মাইগৈদা লম শুবদার ৎইবিগনি নশু ইহ্ বথক অসিদ। মমথোল ৪ বু ওইদুনা ফান্নান ৪ অসিগী লমজারম পুম্নমক ইপুগী শকক ওইরবনি" হায়না সনা নোংদম ঙম্নগা সনা পুক্রিং মুংঙাইনা শঙ্গাই কোংংদা লেংশিন্দুনা মশু মপু রার রাজাই শামিম্নহুনা লৈরে। মতুং মুংশুক চীংদা মপু মনাই লেংমিম্নহুনা সনা লুপা কেংময়াই থাই. হম্নকপদা নোংলেন ফুবা চীং থুকম্নম্মি. চীঙ্গোই ইয়োং অহুম থুকম্নম্মি. সনা খোংনা মশু মপু কোইনা চম্নুনা লাইফম থুদিং চম্নুনা থুকমমিম্নৈ মতুং সনা কোম্নুংদা হুংজুনা শ্রীপঞ্চযুক্তো লৈরে ।

লাংবংকি ৪২৫৭ নোংদাশাইগী ১৮৪৯ খৃ: ১৮১৬ শা: ১৭৭৮ চৈথারোল চ: ৩৭৩ শ্রীকৃষ্ণচিং চন্দ্রাশ্যামগী কুম মতুং অংসদা শ্রীযুক্তো সেনাপতি শাজো শিরে । মতুং অসিদা শ্রীল শ্রীযুক্তো নিংথেম পিশক চন্দ্রকৃত্তি মহারাজনা মপন ইবুংঙো মহারাজ শ্রীপঞ্চযুক্তো চৌরজিৎনা পোক্লমবা মচা ইবুংঙো কবো লৈকাই ভংবা শ্রীধর্ম সেহুবু সেনাপতি থোরিহুনা সেনাপতিগী হৌনবী পোংলোই শেম্পোং শিম্নরে । মতুং অহুদা শ্রীপঞ্চযুক্তো মধুচন্দ্রা মহারাজনা পেংক্লম্না মচা ইবুংঙোনা পোক্লমবা শ্রীনাওলসিংহনা ময়াং লৈবাক্লোমদগী মণিপুরদা লান্দাম্নকই, বাউশেন মপান্দা লানবন শাহুনা লান অহুবু চেকশিন্ন হোংনহুনা মৈতৈ নিংথৌগী তেঙ্গোলবু ঙাইহুনা কোম্নুং মনুঙ্গী মওং ই-পাও তংহুনা লৈথি । শ্রীপঞ্চযুক্তোনা পাও তাহুনা লানমীশিঙ্গা লোয়ননা বাই-শেন মপান্দা চম্নুনা লান শোক্লে । শ্রীপঞ্চযুক্তোনা সনা য়ুথং পিহুনা নোংমৈ তোপ কাপ্লে, তোপকী মরুন। পান্দুনা শ্রীসনা অভোলচৌ তুরে মহুদা মখোয়গী লানমীশিং কাইহুনা চেন্নরে । পঞ্চযুক্তোনা নাওলশিংবু চংনা কাহুনা শামু মথক্তা হাপুনা সনা কোম্নুংদা পুরক্লে । নাওলশিংবু থেম নৌবা রাহৈনা মপুক ফাহুবা মাগী মপুক মুংঙাইরাইদবা থবক মরম অমত্তা তৌবিদনা লুনা

তৌদুনা থমবী, মতুং থরা লৈরগা নাহুনা শিখি। নাওলসিংনা শিধ্রবা অদুদা লান অদুদা ফারকপা লানমীশিং লোইনা থাদোকপিখি।

মাঘগী তাং ৭ কৃষ্ণ নবমি হুমিত্তা শ্রীপঞ্চয়্যো মহাবাজনা চাল্লবা হুলোভসিং অহনগী মতম ওইজরবা তরাচাবা মেঞ্জর সুবদারবু পুদুনা অকাম হাওথুন্দা লান্দবা লেংঙি, হাওখুন অসি মীথ ফাওবা চৎনবা লমবী শেমবদা থুদোং কয়া চাত্রদুনা লম্মথা'দগী হুম্নশি হায়না থোরাংলে. মতম অদুদা মপু মনাই ফম্মিন্নদুনা পণ্ডিট হুলোভসিং'না সনা থোগন তৌই। মতম অদুদা শ্রীপঞ্চয়্যো মহারাজ মপুগী নাদা করিগুম্না অমা থেংপা উদুনা হংঙি, ইপুগী না এট থংবনা অবংব অমা লৈগুম্না থেংলিবা অসিবু কলিমো মসিবু অমুক্তা উদেদা"। শ্রীষ্ক্তোনা হেক হংবগা নাদা চিল্লম্বা অদু অমুক হম্না উদ্রে। "হিঃ করিনো ইপু লৈত্রেনা অরংবা অদু"। রা অসি তাবদা পণ্ডিটনা মানাদা পায়দুনা যেংবদা য়াওদ্রে মদুদগী তাংজ মবাই লুকথখিবদগী হাইগত্তুনা রাথল তৌদুনা লৈখি। করি ওইগবা থুদম অসিবু মমাংহৈদম্ম অমুক্তা তৌদবা লম্বীবু অসি ঐভোন্দ তৌইদা হাম্বনা রাথন অসিনা পণ্ডিট অসিগী চিংনব লম্বী থুদম ওইনা ময়াই লুক্তা লৈখিবা অদুদা পঞ্চয্যোম্ম সনা পুক্রিং রানা অদুম তুমিম্না লৈদুনা লেংথংলকই। সনা পুক্রিং রাথন খন্না খম্না সনা কোম্মুং যৌবক্লে, পণ্ডিট হুলোভশু শ্রীযুৎপু থুকম্নগা রা তাংদনা মোংবা মরাম য়াইদা কুম্নক্রে পণ্ডিটনা তাংজ লুক্তা কুম্নকপত্ত উবদা মদাইরেম লৈশংখোম্বীমা থরাই রাচনা হংজ-বদা "নাদা চিনবা লাইরেন য়াইবু শ্রীযুৎনা হংবদগী মফম থংদনা মাংখে হাযনা ভম্বদা মদাইরেন লৈশংখোম্বীনা য়াই অদুবু মপান্নি য়াইমবনা তরা চাকথোংনবা চেং চাম্বা পুখ্রিদা কুমবদা থোংগ্রা মথাদা অরংবা অমা তাদুনা লৈরম্মি হায়না খুম্নক্তুনা পুরকই হায়দুনা পণ্ডিটকী মফমদা পীরে। মদুদা পণ্ডিটনা খল্লি উম সনা থোগন অসি পংকুহদি কুইররোইদৌরিবোইরে হাযনা খন্দুনা অদুম লৈখি। নোংঙাল্লবা মতমদা য়াই অদু থেক্তুনা সনা থৌগন কারক্তুনা থোগন তৌই মদুদা শ্রীযুৎনা "ইপু ঙবাংগীদু অমুক নাদা থেক্তনা লৈরে ইপু কদাইদা লৈরমবা ? ঐজ্ঞা অরংবশি ননাইগী পান্নি য়াইমনা চেং চামবদা থরা মথাদগী খুল্লকই হায়দুনা ননাই নবেম্না পুবক্তুনা ননাই ইপুদা পিদুনা ননাই ইপুমী লৈচিন লৈবাং লৈজরকই। মরম অসিগীদমক্তা মথল মখা অয়ামবা ঙাংনদুনা মশু মপু হুংঙাইনদুবা লৈ।

পানা কাংজৈ থোনবা মতম ওইদুনা শ্রীযুক্তো কাংজৈ থোল্লি মপান কাংজৈবু দা। কাংজৈ লোইদুনা য়াঙ্গোই শগোল তোংদুনা সনা কোম্মুংদা হজিল্লকপদা সনা কৈথেল অচৌবা ওমথংলকপা মতমদা থ্বাই লাম্বী শাইথোম চম্ম লৈশংথোমবীনা শ্রীযুৎকী সনা মাংদা য়াঙ্গোই শাগোলবু থক্তুনা খুৎলোন জগোই শাদুনা শ্রীযুৎকী সনা থৌগঞ্জে। জগোইগী খুৎথেক উবদা সনা পুক্রিং

হুংঙাইদুনা ভোলেন বজাই খোংববু বজাই খোংঙ্ সনা য়াথং পিদুনা মবেনগী সনা মিংয়েং ভাগদবগী মনাই ভোলেনবু বজাই বেঙ্গুল খোংহন্দুনা মবেনগী জগোই মিংয়েং তাই। সনা খোঁগনগী অঙন্বন, শ্রীবু পুমকোই কোইশিল্লি কৈথেন কাবী পুম্বনা মবেনবু পল্লোন জন্তম থোক্লা কোইদুনা অনেম অরাং খাইনা ফমদুনা মবেম্না শাবা জগোইবু প্রজা পুম্বা উবব শয়ুং উবুংভোনা শিন্দুনা প্রজা পুম্ববু উৎল্লি। অহনগী মতম্মগা ওইবনা থুংথেক জগোইনগা ফজবনে বেঙ্গুল ময়োল য়েংদুনা খোংলোন জগোই চাপ্লকপা য়েংবগী পেনবা লৈথিদ্রে, শ্রীগী সনা হাক্তকী প্রজা তিম্না হুংঙাইবা অনিশুবা কুমৈ ওইনখি। মদাইরেনগী জগোই উবদা পণ্ডিট তরা চাবনা পাউরো শক্লুনা মদাইবেন অহনগী মতম ওইবীমা মপুগী সনা খোঁগঞবা অদুগী ভেংবাংবা মশক ওইনবু লিয়োন ইশৈ শক্লক্লে।

রাকোল্লে রাকোল্লো চিন্দগী রাকোল্লা
তমদা তাগে চায়রক্লে রাকোম্না কাপ্লা লিকাপ্লা
রাকোন কানোই নোই। রাইনৌশে রাইনৌশে
চর, লাংবৈ রাইনৌশে কাঙ্গন তারোরো
চা মী মীরোরো কাঙ্গন তারোরো চিংদগী
রাকোম্ন তমদা তাগে চায়রক্লে রাকোল কনোইনোই

খাইনগী লিয়োল ইশৈ অনিনা ইশৈ লিয়োল অমত্তা ওইন, মপু সনা মাং মুংয়ুংবীগী মাংশোকলাং হোগাইবিগী পনমাংদা সনা পোগব ভৌদুনা জগোইগা ইশৈগনা পানা কাংজৈ থোল্লুবগী সনা শঙ্গাইদা চঞ্জনকপা মতমদা মপু মবেন অনিনা শ্রীয়ুৎকী ময়োক থাফম ওইনা কত্তুনা পঞ্চয়ুক্তো মহাবাজ সনা পুক্লিং মুংঙাইনা লেংশিনখি। পণ্ডিট তরাচাবা তুলোভসিং মেঞ্জয় শুবদাবনা নোংঙাম্লগা মাগী নাইল লৈথেৎ লাইরেল য়াইবু পুরক্তুনা নিংথৌগী মফমদা কৎলি। নিংথৌনা সনা পুক্লিং মুংঙাইদুনা সনা নোংদম তম্বী "ইপু ইপুদি অহনগী মতমম্ব ওইরবনিনা কোন্নুং অবা অকুমশি রারবিনি ঙসিদগী হৌনা অকাবদা দোলাই তোংদুনা ঐগী নারেকপা পেবু থন্দুনা কারকউ, অকুম্বা মতমদা য়াঙ্গোই শগোন্দা কুমবীযু দোলাইরেং কবুই ৪ শি ইপুগী দোলাইবেং ওইভমগো। শ্রিগোবিন্দ সেবা লাকপদি লাকপিয়ু নিংথৌগী লোইশঙ ফমবনি হায়দুনা জুমিং থুদিং ফমনীবদো ঙসিদগী পোংখাদুনা লৈবিরেবা, লৈবাক্কী থৌরম থৌওং য়েংদুনা মরক মরক্ত য়েংভমগীবদা ওইবিরো ফম্লেন লুচিং লাংদুনা মপুগী কোলোই শোন্দুনা মতমগী পাইজেন ভাইনবু লৈভমগ্রো হায়জরগে হায়বদা নহুৎ নরেং শিনবিনবা নশুনা থনবদা লৈভমদে ননিং থুংদে হায়দুনা নশুবু ভাথিবা ভাওইনবা তৌবিগনু" সনা য়াথং নোংদমদুনা পণ্ডিট তরাচাবা তুলোভপু মনাই কবুই ৪ না দোলাইরেংবু ওইদুনা মপুগী মরাময়াই য়ৌনা থিনখি।

মতুং থরা লৈরগা পণ্ডিত্ ওয়াচাবা ভুলোভজিং য়াম্না কম্না নারে হায়বা পাও মিংথৌবা ওাতুনা নিংথৌ মাইবা কয়ামুক পুথতুনা থম্লাই লাইকম্নবা সনা খোংলেমবরকই মতুঙ্গ পণ্ডিতনা ত্রিশী মফম্দা হায়, "পঞ্চবুক্কেশ মহারাজ ননাই ইপুবু শ্রীযুৎনা লাইকম্নবদা থুদোং কম্না চাম্নরোইব ননাই ইপুনা সনা চোরোন উনিংতুনা শ্রীযুৎপু ওাইতুনা ইপুবু লৈজরবনি ওসি ইপুনা হঙ্গংপশি মশুঙ্গ চানা সনা বুদ্ধি তৌবিয়ুকো সনা হাক্তক অসি শা লান্দি থরা তৌই অতুম্নদি ওইরম্না থুম্নাং খোইমা চাওশলোই মীরোন ইরোন লোম্নিম্নবা ওইতুনা মীরৈবাক্তগী লাকুনা মক থুন্দারগনি লৈবাক্কী অচেৎ অকোম য়েংথিনি মীবু মাংকনা শিনবদগী কুক্তি মি'চৎ হেনগংকনি মথোয়না তান্নবা লম্বীদি লেংদবা থুনম ওইনবু পনভাক পাঙ্গেন ওইতুনা ময়াং তোকঙা শারথিনি, নচা ইবুংঙো অনিদি লৈবাক্কী মমা মপা ওইনবু কুমজা থজা থরা পল্লনি হাক্মক্তি ঙংশা'ঙোই। নচা ইবুংঙো অমগী হাক্তক্তা মরূপ তোকঙা শাবগা য়েক্না তিংথং ওইদুন। লৈবাক মবা তৎলনি মরূপ তোকঙা শাবনা থুম্মোক থুম্লিং থোকশমতুনা চাদবশু চারনি উদবসু উরনি থংদবসু থংঙনি ফংদবশু ফংঙনি নিংথৌ নঙ্গী মতৌগুম মনিং তম্না মম্পিং চংম। পাঙ্গবশু ওইঙম্মি, মহাক থক্তা মরূপ তোকঙা শাবগী থুম্মোক থুনশেম মমি শাম্বা ওইঙম্মি, মহাক থক্তি কদোমে মাগী মতুং চাওম্বা মথিক মথা ফনবদি হাক্না মতমসু ঙংশা'ঙিদি হায়নবু রাজম লে'ঙমদনা পানঙমববু ওই- দৌরি মহাক থক্তা তোকঙা মরূপ তাকথ্রনি, মথিক মথা য়াংব নিংথেমদো মরূপ থোগন কাইবি হৈঙম্নগা মীরোন চুম্না পাঙনি লৈতাই ঙমদাই হৈক্রগা মতুং লাংবা মবিনা লৈবাক চক য়ৈ চুকফানি, মাদি রাংথৈ পম্মোং লাল্লুম্বা কৌবশু মহাক্তি, মনিং থুংতি থুংদেদা অহৈ অশিং শাবসু হৈঙম্মি, হৈঙম শিংঙবদগী মতিক মঙান মাংঙম্মি, মানা মপাঙ্গ মশক খ'ঙমনা প্রজা মীয়াম পুম্বশু মপোৎ মশক খিঙল্লোই অহৈ অশিং য়াম্বনা লৈবাক ইনাং তৌবনি ঙমদাই লম্বী থংনা নাওথেম নাওশুম হৈরবদি মৈতৈ নিংথৌ তাকঙয়োই তোকনা শেম্না পুংদা নাওথেমু শলাইগী মউ মথোং মুৎহৈদে মদো পুংমাইয়োন লৈবাক তাইঙমফম্মি পুংমাইয়'ম্না মরু মথোং তেক্লগা ইবম মীরম ঙমদাই চুকথ। চেৎঙম্বা ওইঙাম মচু ৭ পোক্লকম পুমাবশু থংনৈয়ে মীথোই মীহেন নফম্মি নিংথৌ থুবম চেৎফম্মি মফম লাংবু য়োদবা মৈতৈ পোইবৈ নিংথৌ নিংথৌদি লৈবাক তাকপা থংনৈএ। মশাক প কী পোক্লকম মরু মথোংশু কৌনৈএ। ইথং ইরাংনা থুমজবদি মৈতৈ নিংথৌ তাকঙয়ে। মতুংদি ঐরাং লাল্লুম পনশাবা মায়হনবা থোঙ্গবন মরাই লেপ্প। র'য়েনগনি শলাই পুমাবনা মউ মশা মরোং চুম্বা ঙমদ্রিবা মথৈদি মৈতৈ ঈশু তাকঙমগনি লৈবাক লৈব কুনা মপান মরা তাঙায়োই ইথক ইপোম হৌগুম পানঙম্নতা থোকঙম্বা মতুং ওই শাবাও লানবাও কাল্ল থুংলাই থোকঙায়োই লৈবাক তাকঙয়োই। শ্রীযুৎ ইবুংঙো ননাই ইপুবু সন। নাকেং ওইনবা বারথক্তা শাঙমখিগে নিংবমু থবাক মৈবা হৌঙমগ্রে ইপুবু নাম ঙাইহাক্তা শোঙ্গখিগে শ্রীযুৎপু অমুক্তা সনা

থোংলেংথোকপা পামজেনে" মতুদা শ্রীযুক্তো মহারাজ মাঙ্গোল মা'শোক ফমেন লা'দা মপুগী নাক্তা কম্বাল্লাংওম্বদগী সনা থোংলেংথোকুনা সনা কোম্বুংলোমদা লেংখৎনবা থৌরাংডি, শুদক অতু-মক্তদা হরিগী ভজোন ভৌবদগী যাত্রা অতুম ওইরে । লমদা থাগী শুক্লা ১০ দশমি বুদ্ধবারগী অয়ুক পুং ১১ তাবা মতমদা পণ্ডিট তরাচাবা তুলোতসিং মেঞ্জর শুবদায় ফংখি । শ্রীপঞ্চযুক্তোনা কাইরেন কাইজাও থাতুনা বাজাই বেঙ্গল খোংনা লম্বী কাগুপ খিংনা সংস্কার তৌই । মতুং কম্মা মুমিং শুতুনা শ্রীযুৎনা ইশৈ থোন্দুনা শ্রীযুৎকী সনা পালাবু অনিথোক্লা শকুনা কর্ম্মা পন্থোল লোমখি ।

চান্দিগাওদগী জঙ্গী পলতোন অমা লাকুনা ময়াং লৈবাক্তা লান্দরক্লে, লান অদো শিলোত্তা লৈবা বৃটিশ গোবনমেন্টকী শিপাইশিঙ্গা কন্না লান শোক্লে । লান অতু জঙ্গীশিংনা থরা লাকচরে বৃটিশশিঙ্গী খুদোং কয়া চাত্রতুনা শ্রীগী মফমদা লান পাংবিযু হাইনা চিঠি পিরকুনা শ্রীযুৎনা শ্রীনামৈরাকপা মেঞ্জরবু মৈতৈ তেঙ্গোল পুতুনা লান পাংবা চংহল্লি । মতম অসিদা সাহেব লোক্কী শিপাই খুৎলাই পায়বা মন্নুংলোমদগী শিলোংতা য়াম্না থুংলরে, শাহেব লোক্কি শিপাইগা লান অতু কন্না শোক্লরে জঙ্গী পলতোন অতুগা শাহেব লোকি শিপাইনা য়াম্মনখিবনা জঙ্গীশিঙ্গী তেঙ্গোল কায়তুনা নিংহন্নরে সাহেব লোক্তা তকশিল্লকুনা জঙ্গী পলতোন ভুবন চীংথোং য়ৌরে । জঙ্গীশিং ভুবন চীংথোং যৌনা হন্দোক্লকপদা মথোয়গী খুদোংচাবা মফম অমা অমুক ওইতুনা সাহেব লোক্তা হেঞ্জনবা, ভমদ্রতুনা লান অতু অমুক কন্না শোক্লরে, সাহেব লোকি শিপাইশিং য়াম্না শিরে জঙ্গীশিঙ্গা মফমদা করিশু তৌবা ভমদনা লৈরক্লে । মতম অতুদা নামৈরাকপা মেঞ্জরনা লখিপুবং লেংমদগী মৈতৈ তেঙ্গোলগা লোয়ননা লাকুনা জঙ্গী পলতোন মরক্তা চংতুনা জঙ্গী শিপাইশিংবু অকিল তৌতুনা লোইনা ফারে । জঙ্গী শিপাই পুম্নবু লোইনা ফাবা লোয়রগা শাহেবলোক্কি মফমদা পিরে, মেঞ্জর অসিগী মথৌনা অকিল লৌশিংবু উবদা শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজবু মেঞ্জর নামৈরাকপা অনিবু ভমথৈ লৈতনা থাগৎলি । শ্রীযুৎ চৌরজিৎ মহারাজগী মচা শ্রীরনজিৎ সনা চহি অহুম জঙ্গীগী পলতোন মরক্তা য়াওতুনা লান য়াওরম্বদগী মণিপুরদা চেল্লকুনা লৈবৈ ।

শ্রীবনজিৎ সনা চহী অহুম্না মণিপুদা লৈরবা অতুদা মমাশি মহারানী কুমুদিনীনা সনা চহী অলুমগী মহৈ চাং য়েংগে হায়তুনা মুমিং খুদিংগী চাককৌতুনা পিজৈ, মতুদা সনা চহী অহুম্না হায়, "ইমাশি তাওরেদা ভসিগী চাক য়েঙ্গাং অসি মতম অশুই কুইবশি চাবা ফংখিদ্রবনি ইমাশি নচা হজরগে হাইতুনা ইমুংদগী থোকপ্রে । থোংজিন হেক কাম্বোকখিবগা মমাশিনা ভশাই পিজ-রকপা য়োত্তেক থাংতেক, রাইকুপচি'বা পুম্নক অতু লোইনা ওথোক্তুনা মবুক্তা মকুপ অমা ফাওবা থমদনা থোংজিন ময়াদা মথন মথন পৈতুনা থনম্মি । নোংতাল্লগা মমাশিনা লেংথোরকপদ থনম্বা

পে'ং পুম্নমকতুবু উবদা মপুক্লিংদা অকিবা তুজুংবা ওইহুনা সনা রনজিৎ চহি অহুমু মাংহন্নবা লম্বী থোরাং মথল মথল হোংনখি। য়োংপাকপু ওরা ওাত্তিন ওাকক শাই, মুং মতুম মচা মচাবু পানা থুদপ শাই, রাই মচংবু চেং শানা ষুমিং থুদিংমী থোংহুনা শিজখবু রনজিৎ সনা চহী অহুম্না করিগু রাওই থৌওইদনা হাওই হাওই হায়হুনা মমাশিগী মমাংদা চাহুনা চংশ্রুগা থোংজিন ময়াদা পৈ পৈহুনা মকম অমদগু হোংওবসু তৌদনা মমাশিজবু থংজশমু হাটহুনা ষুমিং থুদিংমী থনম থনমহুনা মাংহনবা ওমদনা অকি তুজুংবগী মশক ওইনা রনজিৎ সমা চহী অহুম অসি মমা শিজগা মহৈ তান্নবগী মওংগুম্না লৈ। মণিপুরদা মতে অসুম্না লৈ হায়বা অসি তাহুনা বৃটীশ সাহেবলোক্না রনজিৎ সনা চহী অহুম পিরক্লবা য়াদে হাইহুন শিপাই থারহুনা মণিপুরদগী ফাহুনা পুশিনখি।

নোংদালাই ১৮৫০ শা: ১৭৭৯ চৈথারোল চ: ৩৭৫ খৃ: ১৮৫৭ শ্রীলশ্রবা গোম্লোগী কুমশক অসিদা চন্দ্রকৃত্তি মহারাজনা মৈতৈ অকল অথোগী কুমৈ য়েংবা হৌই বো'কয়েং চা'ওনা হেগুমা লগোল তোংহুনা পানা কাংজৈ শান্নবা য়েংঙি। মুক্না সাত্রা ময়াম্বু শান্নহল্লি, থাং টাগী কুমৈ তৌহল্লি, লমজেল তান্নহল্লি। শ্রীহৈস্না মথং শ্রীলৌপানতাবা গুলাপসিং অনিবু অরাম্বাই ওনব। তান্নহল্লি, মতৌ অসুম্না মৈতৈ লৈবাক্কি কুমৈ মথল মথা সনা মিংয়েং তাহুনা মানা মথুম য়েন্দুনা পি।

নোংদালাই ১৮৫১ শা: ১৭৮০ খৃ. ১৮৫৮ চৈথারোন চ: ৩৭৫ শ্রীযুম্নাম চাওবগী কুমশক শ্রীপঙ্কবুক্তো সনা পুক্লিং মুংওাইনা অকল অথোগী কুমৈ কেহুনা প্রজা পালোন তৌই। নোং: ১৮৫২ শা: ১৭৮১ চৈথারোল চ: ৩৭৬ শ্রীচক্রপানি খিংওচাম্বগী কুমদা লৈবাক মবা ওপা পাল্লি। নোং: ১৮৫৩ শা: ১৭৮২ চৈথারোল চ: ৩৭৭ শ্রীথোকচাও চান্দগী কুমদা চীংদা লৈবা হাওশিংবু শিপাই লৌহুনা খুংলাই পায়ব ওম্বী মৈতৈগা হাওগা তিগ্নবা সিপাই ২০০০ লিশিং অনি শুরে। নোং: ১৮৫৪ শা: ১৭৮৩ চৈথারোল চ: ৩৭৮ লৈশ্রম- লৈথাম চেম্বান্দগী কুমশক মমুং জেষ্ঠগী তাং ২১ শুক্লা চতুরদশি শনিবার মুমিত্তা মাক্লংদা শ্রীযুৎনা কৈ অমা কাই। তং ২২ নোংমাইজিং মুমিত্তা তাংখুল হাওনা শিপাই অমা হাত্তুনা তাংখুল অহুবুমু হাংখি শ্রীযুৎ চৌজিংকী মচা শ্রীসনা নদিয়াচান্দ, বৃন্দাবন তাবা সেনাপত্তি, শ্রীসনা চম্প্রাশি শাবা অহুম্না নিংথৌ শেমগে তৌরমহুনা অশ্বিনগী তাং ১ শুক্লা চতুরদশি ইরাই মুমিত্তা ফাহুনা থবা লাক্লে থাদি থাদোকপিখি। পৌষগী তাং ১৫ পুর্নিমা মুমিত্তা শ্রীযুৎনা রাবগাইদা কৈবাও লাত্তুনা সনা গোংলেংহুনা কৈ ৪ চ'না ফাহুনা পুরকই। ফালগুনগী তাং ১২ শুক্লাদশমি ইরাই মুমিত্ত লাঙ্গোন থম্নরোক্তো লেংহুনা কৈ ৫ ফাই। চৈত্রগী তাং ১ দ্বিতিয়া য়ুমশকৈশা মুমিংকী অম্নক পুং ৫ তাবদগী হৌহুনা শ্রীমট ভাগবট শগুহো মুমিং ৭ নি চুপ্পা তাই। ভাগবট লোইবা মুমিং তাং ৯ শগোলশেন

কুমিত্তা শনা চমপ্রাশি শাবম্বী মচান। নিংথৌ শেমগে থৌরাংলেমমহুমা নিপা ৪ কাহুনা জিলোংদা হাংখি। তাং ১০ ইরাই কুমিত্তা নিংথেম্বা তৌবা থোং য়েংবা লেংহুনা থোং অহু হোংজিন্নি।

লাংবচক্কী ৪৯৬৩ নোংদালাই ১৮৫৫ খৃঃ ১৮৬২ শাঃ ১৭৮৪ চৈথারোল চঃ ৫৭৯ শ্রীওইনাম ব্রজগী কুমদা বৃটিশ গবর্নমেণ্ট পোলিটিকেল এজেণ্ট জিলম বড়সাহেবনা শিপাই পলতোন অমগা লোয়ননা মণিপুরদা লাকুনা শ্রীপঞ্চযুক্তো চন্দ্রকৃত্তি মহারাজগী মমমদা হাই, "শ্রীযুৎ মহারাজগী শোহাই তৌগে হাইদুনা ঐ লাক্লিবনি ঐখোয় লৈবাক অসিদা লৈদুনা শ্রীযুৎ মহারাজগী লৈবাকপু ঙাকে ঐথেয়গী লৈফম অমতং হিংদুনা পিয়ু"। বা অসি তাবদা শ্রীযুক্তেশ্বর মহারাজনা বৃটিশ গবর্নমেণ্ট পোলিটিকেল এজেণ্ট জিলম বড়সাহেবকা লোয়ননা কেরোইশেম্বা চীংথক্তা সিপাই পলতোন অহুগা লৈহন্দুনা হুংড়াইনবা শেমহুনা থম্লে। অথারগী তাং ১৩ কৃষ্ণ চতুর্দশি শগোলশেন মুহিত্তা শ্রীঅনন্দ শাই মন্ত্রি পুন্সিবগী মশু শ্রীসনা ময়ইপাক, শ্রীস্নানা কৈফা মখোয় অনিমা লানমী থরা থোমহুনা কশাস্রোমদগী লান্দায়ক্লে। মণিপুরদা পাও অসি তাহুমা শ্রীযুৎ মহারাজনা শ্রী ধর্ম্মা সেত্থ সেনাপতিবু তেঙ্গোল লানমীগা লোইননা চংহন্দুনা খুরাইলাকপমদা তেঙ্গোল শাহুনা লৈ। শ্রীযুক্তে সেনাপতি ধর্ম্মা সেতু অসিগী মাথল মথৌনা অসি অহকপনি মী অমবু অথিবা রাইজ অশাওবা মিংয়েং কনাগুম্বা অমগী মফমদগী থক শিজিন্নবা থক তৌখিদে। শাকানগী মরমদগী থোক্না থরাই মাওবা মীবু লাকচা পুত্তম চনশনবগী মরমদগী থরাই মাওনা মাইওনশিনবা থক লৈতে। মীনা ঐগী ইকমদা অরানবা অকাইবা তৌবদি তৌজশনু ঐখ্বাইগী মকমদা ঐতগা অকাইবা চত্তনবা পুন্সিগী ওন্নমখৈ ঙাক্কনা লৈবা মহুনা ঐগী অতোংবা অখোইবা লম্নি। মানা হৌবনা মামা মফংজগনি লান্দবা কাইদবা হাইবা মাঙাং লমচৎ অহুনা শংশায় ওসিগী মমা অরাংবা লম্ববীগী থৌরাং পুম্ববু ধর্ম্ম হায়বা লেংপ্রবা অথোইবা লমচংকী পন্না মকৈদে ৮ কোইনা ঙাক্কনা শোইদনা মকম পুন্নমক্তা মী থুদিংমকপু ঙাকুনা থম্বী মরম পুন্নমক্তা অসিগুম্বা রাথল মথল মথা অয়াম্বতা থন্দুনা পুন্সিগী মতম লেন্নবা ধর্ম্মনা ঐগী উকন্নি হাইদুনা মতম পুন্নমক্তা থৌরম থুদিংমক্তা অরেপ্পা মশক ওইনা লৈজে। সমথু্রা অসিগী রাথল লমচং অসি ঙবদা মী পুন্নমক ধর্ম্মা সেতু হায়না সনাখুরাগী কোলোইবু থোক্লি, থাঙ্গে শেংবা মিংহল্লি মনা সেতৃসিং কৌরম্মি। মথৌনাগী মংমদক্ত তৌশ্রবা থবক মরমদা ওমদনা মাই থন্দুনা তোকপা থকশু তৌদ থবক মরম অহুগী পাংথোক্লবা লম্বী ধর্ম্মগী মরমদা মথল মথা অয়াম্বা থৌরাং পুথোক্কুনা ওমজনবা হোংনহুনা থবক মরম অহুবু পাংথোকহল্লি মীগী তৌবিমল মতম পুম্বদা কাপ্দনা সনা পুক্লিংবা থন্দুনা লৈ। মহাকি মফমদা মাংনবা মাইথিনবা কত্তনবা মীনা থৌরংথিবা মরমদি মীকুপ অনিদা শুনা সনা পুক্লিংদা রাথল থন্দুনা থমদে, অসিগুম্বা পুক্লিং পুকচেল চাওবা খুদম্মা

সনাখ্বাগী লমচৎ ওইবনা তাইবংমীগী মপোক্তা অতাংবা অমনি হাইদুনা শ্রীযুক্তো ধর্ম্মা সেতু সেনাপতি তাংখোম্বা হায়না পুয়াদা মিংচুন তম্মি। সনখ্বা ধর্ম্মা সেতু সেনপতি তাংখোমবনা খুরাইলাকপদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈ হায়বা পাউ অসি তাদুনা শ্রীসনা মাইপাক মচিন মনাওনা নাথৈদুনা অহিংদা চীংলোমদা হাইগংখিদুনা লম হুদুনা কোম্বুং য়ৌনবা কাথৎলক্রে। শ্রীযুক্তো ধর্ম্মা সেতু সেনাপতি তাংখোম্ববা তেঙ্গোল লানমীগা লোইনন৷ লোক্তজিং ফাওবা তকশিল্লকই। ইরোইশেম্বদা লৈবা বৃটিশগী শিপাইশিংনা সনাখ্বা সেতুগী তেঙ্গোলবু য়েক্লবগী তেঙ্গোল ওইনা নিংদুনা নোংমৈ পংকাপ কাপ্লদুনা অহিং অদুদা কন্না লান ওইনা শোক্লরে। লানমী তেঙ্গোল অনিনা অদুম তৌরিবৈ অদুদা শ্রীমাইপাকসনা মচিন মনাওগী লানমী সনা কোম্বুং য়ৌরকদুনা কোম্বুং মনুংদা লান কন্না কাপ্পরে। মেলহৌ থেংখিবনা নোংঙানবনা হান্দুনা শ্রীমাইপাকসনা শ্রীসনা কৈকপা মচিন মনাওগী লানমী তেঙ্গোল কাইরে। শ্রীমাইপাক সনবু শ্রীথাঙ্গাল মেজরনা থাংনা য়ান্দুনা ফারে। লান অদুদা ঝঙ্গীগী সিপাই অমা য়াওরকই মানা নোংমৈ পংকাপ কাথুনা কোম্বুং মনুংদা মী খরা শিরে। মদুদা শ্রীযুৎনা শাওদুনা নোংমৈনা কাপদুনা ঝঙ্গী সিপাই অদুবু হাংলে। শ্রীথাঙ্গাল মেজরনা শ্রীমাইপাকসনাবু শ্রীখুত্তা কৎলে। শ্রীযুৎ মহারাজনা মাইপাক সনাবু অনাবা ফনবা লাইয়েংবিদুনা ধর্ম্মী, নাবা ফদনা হুমিৎ খরা লৈরম্মপা শিখি। শ্রীযুৎ মাজিৎ মহারাজগী মচা শ্রীকনহাইসনানা ময়াংলোমদগী লান্দারকই। শ্রীধর্ম্মা সতু সেনাপতি তাংখোম্বনা লাই মহৌন য়ৌয়াংতেক য়ৌনা চংদুনা লান অদু শোইক্লে। শ্রীকনহাই সনাগী খুদোং কয়া চাদদুনা তেংগোল কাইদুনা অমুক ওন্না ময়াং লৈপাক্তা চেনশনখি। শ্রীযুৎ দেবেন্দ্র মহারাজগী মচা শ্রীগোকুলসিংনা ময়াংলোমদগী লান্দবকই। ময়াখুং শ্রীধর্ম্ম সেতু সনাপতি তাংখোম্বনা লানমীশিংগা লোয়নননা খুবাইলাকপা পন্দা তেংগোন শাদুনা ভাইদুনা লৈ। মতম অসিদা ওইনামলোং খাম্বা ফম্বিবা শ্রীযুক্তী মনাই শ্রীখোকচাও শুবিদারনা গোকুলসিংগী মীচং ওইখিদুনা থুম্বাইলাকপন য়ৌনা কুম্লকতুনা শ্রীযুক্তো ধর্ম্ম সেতুগী লানমীগা কন্নালাম্ভেনদুনা শোক্লরে। মতুদা সনাখ্বানা শাওই মীচাক চংদুনা লৈরগা ধর্ম্মা নওবা লম্বীদা মাই ওনশিল্লিদা হায়দুনা ধর্ম্মা সেতু সেনাপতি তাংখোমবনা শগোল নংগে মরু খোংদাং লানশাবু তোংদুনা অরাম্বাই লান চৎলকপদা থাংবা ভুমদদুনা নিংহন্না চীংলোমদা তেংগোল কাইদুন চেনখ্রে মদুনা সনাখ্বাবু লান্দা চেল্লবা মীবু তান্দুনা হাংপা হৌনদে হায়না খন্দুনা হুক্লিন্দুনা থুম্বাইলাকপন তেংগোন্দা অমুক লাকপা ভাইদুনা লৈ। লান্দা চেনখিবা কাংবু অসি জিম্মি য়ৌনা চেন্দুনা মফম অদুদা রা তাম্লকরগা অমুক হন্না লান্দারক্রে। লান অসি অকিবা লৈতনা কন্না কাপ্পরে নোংমৈনা পান্দুনা ওইনামলোং খাবা ফম্বা খোকচাও শুবিদার শিরে। থানা ফম্বা লানমীশিং লান অদুদা লোইনা

শিরে, শ্রীকমহাইমনামা মাগী লানমীগা লোয়নন্থুনা চেনখ্রে। শ্রীযুক্তো ধর্ম্ম সেতু সেনাপতিনা থানা পুবা সিপাইশিং লাঙ্গা শিবা পুন্নমক মপুক চুম্‌দে হায়বা খুদম প্রজাশিংবু খংশন্ন হাইদুনা লমথোং খুদিংদা য়ান য়ন্দুনা থম্মি. অহেবা নিনি লৈলগা লৌখদুনা সংস্কার তৌরম্মি। শ্রী থোকচাও শুবিদারবুদি য়াম্বা থোগাম্লান লিংসবা মপু মশক খংদবা মচা মনাও মারক দাংরমকবা মচৎ নাইলবা মীনি হায়দুনা অচৎ অওক খংদবা হায়দুনা ভুমিং ১০ নি চুপ্প শগাই শাংদুনা য়ান্দুনা থম্মি। মতুংদা হৌনবা সংস্কার তৌলিখি। থরা লৈরগা কনহাইসনা লাঞ্জেনগ্রমমা লামমী থরা থোমদুনা লান অমুক তৌরক্লে। শ্রীযুক্তো ধর্ম্ম সেতু সেনাপতি তাংখোম্বা লানমী থরা লোয়নন্থুনা জিরি উরক য়ৌনা চত্তুনা লান অতু শোক্লরে অহিংগী লানফম এক্তবনা শ্রীকনহাইসনাবু থিনদা খিবা খংদনা মাগী লানমীশিংগা লোয়ননা মফম থংদনা চেনখ্রে। মাইগৈ অসিদগী লান হৌদুনা লম্বা অসিদা লানগারকপা অসি নোংগাংদে অতুনদি মতিক চানা মফম শেমদুনা লানডাকবা থানা থম্বা ভাই হায়না সনা বুদ্ধি তৌদুনা শ্রীযুক্তে ধর্ম্ম সেতু সেনাপতি তাংখোম্বনা শ্রীযুৎ টবুংঙো চন্দ্রমূর্ত্তিগী মফমদা লানমী ৭ থক্তা মথুন্তা লাইরিক ইদুনা জিরিদগী শারকদুনা শ্রীযুৎনা লাইরিক্কী মরোল পাদুনা সনা বুদ্ধি তৌকরগা তোংজৈ মরিনগী লম্বীবু মফম ৬ থোকচ হাইদুনা শ্রীযুৎকী মংগা লোইনদুনা লাইরিক ইদুনা শ্রীধর্ম্ম সেতুগী মফমদা পিরক্লে। শ্রীযুক্তো ধর্ম্ম সেতু সেনাপতিনা চিঠি অদুগী মরোন য়েংদুনা মফম খুদিং শেমদুনা শ্রীযুৎকি থুংপাই চেৎপা মনইশিংবু থনা কম্বা হৌরক্লে। জিরি থানাদা শ্রীলোংজাম্বা শুবিদারনা সিপাই ৫০ গা লোইনদুনা লম অতু শেংদে কুবা থম্লে। শ্রীমুতুরা অরান্দরগা শিপাই ৫০ গনা তৈজাং পোকপীদা ফমদুনা লম অসিবু শেংদোরবা লৈরক্লে। শ্রীকাংজবা লমফেল শুবিদার, শ্রীথোংজাই কৈডম মেজর শুবদার অনিগা সিপাই ১০০ চামগা শুইনামলোংদা থানা ফমদুনা লম অসিনা কোনব মথৈ শেংদোকপা থম্মি। মফন অসি লুশৈ হাপশিং নিংগাই থম কাম্মি লাইদুনা থরা চকশিন্না পুহল্লি। শ্রীথোকচাও নবানসিং শুবিদারগা সিপাই ৫০ গা খোবুমদা থানা কমহল্লে। শ্রীকাংজাম্বা নরো শুবিদারগা সিপাই ৫০ গা জাইরেন পোকপীদা থান ফমহল্লি। শ্রীঅশৈবা তেংমান শুবিদারগা সিপাই ৫০ গা সেরেংক থান কমহল্লি। মতৌ অসুম্না মফম তককশি শিজ্জুনা থানা খুদিংনা চৎকদবা লমচৎ তৌগদবা থনক য়াম্বা থোগল্লেমচিংবা লম্বী পুম্বা তাকওমদুনা ফমহল্লম্মগা হল্লকুনা শ্রীযুক্তো ধর্ম্ম সেতু সেনাপতি তাংখোম্বা শ্রীযুৎকি সনা থোগান তৌদুনা লৈররে।

নোংমাঙাই ১৮৫৬ শাঃ ১৭৮৫ চৈথারোল চ. ৩৮০ শ্রীশোরোখাইবম চন্দ্রসিংগী কুম অসিদা থাংমৈমন্দা লৈবা শ্রীঅরামবা ঐরান্দারগী মচা মুগা য়াইমা শ্রীমতি রমনী হাইবী অদুনা মকোক চাংদুন জগোই রাস অমা বংলি। জগোই অদু শান্নবদা মচা টবুংঙো শ্রীকেইরং সনাবু

ঙাকপীয়ু হায়রম্না ঙাকই। মচাগী লমচৎ থংনিংহুনা মুমিৎ অসিদা শ্রীযুৎনা মী অমত্তা থংহল্লনা ঙবাং ইমফি অমনা মকোক থুম্না ইল্দুনা লোয়্না লাকুনা জগোই অহু য়েংই। জগোইশু য়াম্না মুংঙাই, মচা ইবুংঙো কোইরেংনা প্রজা পুম্নমক্তা চৎলমবা ভক্তি রাঙাং পুমবা ঙাবদা সনা পুক্লিংশু য়াম্না মুংঙাইহুনা জগোইশু অশুম য়েংবদগী মতম অহু থরা থেংদোকপ্রে। নোংঙানগ্রবদি মী থংখিনি হায়রহুনা নোংয়াই মতুং অহুদা জগোই মফম অহুদগী লেংথোরকহুনা ঊরাং থোংদা লাকহুনা কোম্মুং মম্নুংদা চংখিগে তৌই। খোংশংবা অহুনা "য়ামবা কনানো মতম নত্তে কোম্মুং মম্নুং চংবা"। মহুদা শ্রীযুৎনা ফিদি থক হাইদোক্লনা হাই, "য়ামবা তৌবা ঐবু কুমদবা য়াদহুনা যুমদা কুম্মুবনি ঙসি ঐগী সনা থৌগন লাল্লুপ্নি করিগুমবা ঐবু য়ামনশিংনা থিরক্লবদি থুদোং য়াম্না থিবা তারে ঐ ঙাইহাক্কু চংখিগে শাওবিগম্মু"। মহুদা খোংশংবা নিপা অহুনা হাই, "করিনো য়ামবা নংবু মম্নুং সনা থৌগন পুবনিশু হাই মম্নুং সনা থৌগনবা য়ামনা লুচিংবা নথোয়না অহুগুমবা সনা থৌগন নিয়ম নত্তবা চৎলগা মপাল থৌগনশিংনা সনা থৌগন করম্না চেকশিনবা হৌনবগে উথক্তা লৈবা য়াম্বশিংনা নিয়ম নাইবিদ্রবদি নচা ননাও ওইবা ঐথোয়দি করি ওইবা হৌনবগে নিংথৌবু কনবা চেকশিনবা মম্নুং থৌগন্দি য়াম্বখোইনি, য়াম্বশিংনা তাকপিবা মতমদা মতম চাদনা সনা কোম্নুংদা মী থাজিল্লু হাইবা নিয়ম তাকখিদে, পোং অশোয়বদি চংবিবা য়ারোই"। শ্রীযুৎনা হায়, "য়াম্বা থবক তৌসা হায়বশে শোইদবশু ইকম ওয়া নত্তেদা ঙসি ঐ থুদোং চাদবা মরম অমা থোক্লনা মতম থরা শোয়গ্রবনি অশিগুম্বা অশোই অভাম অশিবু থবক তৌবা ঐথোয় মশেন থম্না য়েংনদ্রবদি করম্না থবক তৌবা ঙমগদগে, ঙসি ঐনা শোইবা অসিদা য়াম্নবথৌবনা ময়েংনিবা, য়ামবথৌবনা শোইরকপা মতমদা ঐথোয়না ময়েংবশু মরাকনি চুমদি চুম্মি অহুবু ঙসিদি ঐ চংগ্রগে। করি রানোনে য়ামবা চংবা য়ারেই মাগী মচাক চাহুনা থবক তৌরগা থবক তৌরিবা ঐথোয় মশেনগী অশোইবা মেনখৎনহুনা নিয়ম থুগাইবা হৌনব্রা, ঙসিদি য়ামববু থাজিল্লনি হয়েংশু য়ামবগুমবা লাকুনা মতম নত্তনা চঙ্গে মহায়বা হায়বরিবা মথৈ থুদোং কয়া চাদবদি মতম শোয়গ্রমাগ্নে হায়রহুনা অশুম পংথা থাজিল্লবদি ঐথোয়বু থেং শংহনবগী করি কান্নবা লৈ, শংদ্রবম্নু অহু মঙাই ঐথোয় অসিবু থোংশংঙু হায়রহুনা থমবসে মতম চাদন, লাকপা মী চংহল্লনবা হায়বগী থম্মিননি বা য়াম্না পংঙাং ঙাংবিরম্নু থোং অইতেদা চংনবা তৌসিরো সিদদি চংবা য়ারুরোই। বা অসি তাবদা শ্রীযুৎ সনা পুক্লিংদা নোক্লগা মপান্দদি শাওবা হায়রম্মি "মীশিংশে মীশক থংদেদা ঙাঙ্গা অমা চাদবগী নিয়ম কায়বা থোকখিবনি মানহুম হেন্না থংবদগুম তৌইদা মতুংদা লাকওইদ্রদো ঐনা চঙ্গে হায়বদবু চংহল্লোম্মবা খোংশংবা য়াওবা হৌনব্রা" হায়রহুনা শ্রীবু মুকম মুকম শোন্দুনা নোংচুপ থোংলোমদা লাকুনা নমথাং কোকশুমবা হায়দোক্লনা লেংলকই মহুদা শাংযুৎনা লেংশিল্লকপনিন, অহুম্মক লেংশিলখিহুনা শঙ্গাই মম্নুংদা চেপখি। নোংঙাল্লহুনা অশুম্বা

পুন্নবা তিন্দুনা সনা খৌগন তৌরবা মতমদা শ্রীযুৎনা হায়, "ঙরাং মুংদাং ঐখোং খোংশংনা সিপাই কমানে।" কৌরক হায়রুনা খোংদংবা সিপাই মচা অদুবু কৌখ্রুই। শ্রীযুৎনা মথাং মমাংদা হংজি, "ঙরাং মুংদাং অখেংবদা নংনা পুবা মতমদা কনা কনা লাকখি মানা নংগোন্দা কদ্রি হায়, মংনা মঙোন্দা কদ্রি তৌথি মরম অদু খাঙোন্দা চিংখদনা ঙন্মু"। সনা য়াথং ত্তাবদা সিপাই মচা অদু মথরাই য়াম্না রাই "ঙরাং ঐনা চংংনখিদবা নিপা অদু পানা কোয়গী মনিংতমবা অঙনবা অমা ওইদনা মীশক খংদে শ্রীযুক্ত। হকতুনা এবু দতি পিদৌরিবারে" হায়না খন্দুনা রা তুঙংপা উমদনা মপা নিকুনা সনা য়াংদা লৈ। অদুদা শ্রীযুৎনা হায় লিপা নংবু কঙদৌরবা নংনা হায়বা মানা ঙাংবা অনতা রাজত্ব লমশঙদবন্নি নত্নিং কদ্রি কৌই লাম কদাইদা চৈনব শেংনা অংতৌ অতৌবতুতা হায়গদবনি। সনা য়াথং অমিরক মন্না হংলকপা অদুদা কিবগা লোয়নন্না ঙবাং মানা তৌবা মরম পুন্না ঐরাই অথুম তৌত্লা তগ্লে। মহাক্কি রা অদু তাবদা অঙনবা পুন্নমক্কা মাবু য়াম্না থাগংময়ে। শ্রীযুৎ মহারাজনা লিপাই মচা চৈশাংখোং তাবা মাইথম শত্নরোকপু ঐরান্দার মেজর হাম্লিরে লো পরি ৫ লিপাই লো হায়রুনা মনা পিবি। মহাক অসিবু মাগী তৌগদবা থবক অদুগী মথা পোন্না চংপা থবক চেকশিনবা য়াম্বা লোংদম খৌদা কিনা চংচবা মপু নিংবা মিতি লৈবা থবক তৌবদা চেকশিনব, মীনি হায়না থাগত্তুনা শ্রীযুৎনা চানবিখি।

নোংদালাই ১৮৫৭ শা. ১৭৮৬ চৈথারোল চ. ৩৮১ শ্রীরাইথ্না ত্রেমোগী কুমশক মঙ্গদা শ্রীযুৎ মহারাজনা মপাবু নরসিং মহারাজনা লিংখৎলমবা নোং পালা হায়বা সনা পালাবু শ্রীগোবিন্দগী মান্দোপ্তা পালা ৪ শকহন্দুনা বাশক হায়বা নংখু কংলি। মতুদা গোবিন্দজিগী খোংশংবা শ্রীনোংমাইথেমবনা মথুত্তা পায়রিবা নোংমৈগী কুন্দা উকং অদুদা ইশৈ অদু মুন্না তাহনা মথুংনা কুন্দা অদুদা খংলহনা পুং য়ৈবগুম্না তান থাহনা অশুম য়ৈহুনা ইশৈ অমসুং পুংলোন মুন্না তাহনা মাশু পালা অদুদা য়াওবগুম্না য়াম্না থরাই য়াওনা কুন্দা অদুদা পুংলোন কন্না হাপ্তুনা য়ৈথংলক্লে। ইশৈ মেনগী মতম অদুদা মনিং উইশিন্দুনা মখোং খোংখোং শানা মহাক্কি রাখনগী পুংলোন অদু কন্না হেক্তা য়ৈথত্তুনা কনাগুমবা অমতা হন্না য়েংবা তৌদনা মাগী রাখন অদুন মশা পুন্না থুমহৎখিহুনা ইশৈ মেন থাবা অদু খাওহনা মন্দির মমাং অদুদা লৈ। মতম অদুদা শ্রীযুৎ মহারাজনা শ্রীগোবিন্দা থুকমবা লেংলকপদ, মানা তৌরবা মতৌ অদু উবদা শ্রীযুৎকী সনা পুক্রিংদা পেনবিবা ওইহুনা লিপাই অদুগী মতুংদা ত্তুমিন্না লেপহুনা মাগী মতৌ য়েংহুনা লৈ। ইশৈ মেন থাবা অদুগা চপ মান্নবা শ্রীযুৎনা হা– হায়হুনা মতুং অদুদা য়াম্না কন্না হেক লাওই। নোংমাইথেমবা খোংশংবা অদুসু মেন থাবা অদুদা খংবগা লোয়ননা থুতুপ ৩ রাংনা চোংখত্তুনা

হা-হা-হা হায়না অচুম্মক লাওহুনা নোংমৈ অহুনা পুং শাহুনা য়েংলোমদা ইম্মুনা থাজত্তুনা শ্রীযুৎলোমদা মাই ওনশিন্দুনা লৈবাক্তা হেক লেপতুনা মমিং হেক পাংথোকই। শ্রীযুৎ মহারাজ লৈরম্বা উবদা মশা অহু নিক্তুনা নোংমৈ ফৈনা মথুং অনিনা পায়হুনা সনা মংদা লেপ্তুনা লৈরে। শ্রীযুৎনা মাগী অকিবা ভক্তিবু উবদা অমুক হেন্না পেনখিহুনা শ্রীগোবিন্দজিবু থুরুম্নম্মগা উশৈ শকপা ওঝাশিঙ্গী মরক্তা মনাই নোংমাইথেম্ববু থুজেং পায়হুনা পুশল্লকুন। ওঝাশিং ভাবক অচল লমন পুম্বগী মমাংদা হায় শ্রীযুৎনা পুং অমগা পিহুনা। "নোংমাইথেম্বা নংনা শ্রীগোবিন্দজিগী চরোন্দা থৌগন মেনগী পুংলোন য়ৈহুনা চোংখত্তুনা থাখিবদো ওস্তোক্তা ফজত্রে য়েংবদা ওস্তাক্তা পেন্না লুনা থাখ্রেদা ওঝাশিং অহল লমনগী মাংদা অমুক্তা মেন অহু থাও ময়াম য়েংহনশি"। সনা য়াথং তাবদা মশা অহু অমুক হেন্না নিকত্রে পুংদি হৈত্তবনিনা মশা নিকনা নিকনা মথুং লোন্নহুনা হজংচৈ ননাইবু পুং হৈজবা নত্তে শ্রীগোবিন্দগী চরোন্দা ওঝাশিংন কুমিং থুদিংগী থৌগনবা নাম শোনবা মরম অসিদা পামজবদগী ওঝাশিংনা নাম শোন্দুন থৌগনব। অদুদা ননাইনা লুংঙাইখি-বদগী থঙ্গনা রাখন্না ননাইবু কুপখিহুনা মরম অসি থোকত্রমাম্নে চরোন্না কুপা তৌবিয়ো ননাই মতুং মনাও তৌজরবোই য়াম্বশিংনা শিন্তরম্বা মরমহুত্তা ইবাই লুক্তা চৎচবা ওইজগনি শ্রীচরোন্না শাক্ষি ওইজরে। "লুংঙাইদা নোংমাইথেম্বা নং ঐবু নপুক্তা কিরমাম্নে নংনা তৌখিবদো ঐনা ওঝাশিংবু য়েংহল্লিংহুনা তৌবনি নং কিরমাম্নে তোক্লো নং ওসিদগী ঐগী ইবুংঙো শ্রীগোবিন্দজিগী সন্ধ্যা গৌরিগী থৌগন পুংয়ৈনা হজব। ওসি মথৈ নং ফংজবো পুং অসিনা নখুৎশু ওইনো নঙ্গী নথবাইনা পাম্বা পুং য়ৈবা বিদ্যা অসিদা নমিং চংপা লৈবাক্তা শকখং মাইথংবা ওইয়ু নিংথো ঐনা ইন্দো পাথংবা নিংথৌগী ঈ মথাক্তা পোকচবা শেংলবনি" হায়না সন নোংদম বোরগা লোয়ননা মনাইগী মফমদা থামেন চংপ সনা থুজি তান পিহুনা মনাই নোংমাইথেম্ববু পুংয়ৈবা হজবা হাপ্তুনা মমিং চৎপা মনাই অমা ওইখি। মতৌ অশুম্না মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌনা প্রজা পুম্ববু মানা মানা পাম্বা মতৌ মশিঙ্গী মরমদা মতিক চাবা শোহাই মিংয়েং পিহুনা লৈবাক্কী চাওখৎনবা হোৎনহুনা তম্বা য়াবা মথৈ ওমহন্দুনা প্রজাশিংবু শেম্মি

লাংবচক্কী ৪৯৬৬ নোংদালাই ১৮১৮ খৃ: ১৮৬৫ শা. ১৭৮৭ চৈশারোল চ: ৩৮২ চনম্বম হুলোপসিঙ্গী কুমদা শ্রীপঙ্কযুক্তো মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা মনাই শ্রীচনমব পণ্ডিত তরাচাবা মেজ্জর শুবদার হুলোপসিং লমশুবদারনা পোক্লমবা মনাই শ্রীচনমবা জোয়সিং মেজ্জর শুবদারবু কৌখত্তুনা সন পুক্লিং থুংদবা লমবী অমগীদমক রাতাম্নহুনা শ্রীযুৎনা মনাইগী মফমদা সিপাই থুংলাই পায়বা ২৫ গা লুপা লিশিং কুম্থ্রাগা পিহুনা কশাবদা লৈব। শ্রীভোলব্রতন ঠাকুরগী মফমদা চৎনবা সন য়াথং নোংদম্মি। শ্রীচনমব জোয়েসিংনা মনাও নিপা চাওথোই মচাহনবু সেবাগীদমক

পুত্না শ্রীবুংকী সমা পুক্লিং থুংনবা খোরম শিনবা চংলি। কশার জিলাগী মঙ্গুংদা লৈবা শ্রীজোরব্রজন ঠাকুরবু উনদুনা মরম পুম্বা খমদুনা ঠাকুর অসিনা মথুমদা লৈমিন্নদুনা থবক অদুগী মরম পুম্বা শিনবা হৌদুনা শ্রীশ্রীচৈতন্য প্রভুগী সেবাগী লাইশং মান্দোপ শানবা লম মফম যেংবা হৌরে। লম অদু য়েংবা মতমদা শ্রীজয়ো মেঞ্জর শুবদারনা থল্লি, 'করিনো লমচাং অসিবু শ্রীযুক্তো মহারাজনা লৈগে শ্রীচৈতন্য প্রভুগী সেবাগী লাইশং মান্দোপ শানবা শারিবা মফম অসিনা থরা পিকপনা সেবা খুংঙাইত্রে হাইবদা মানা য়াম্দ্রবা অসি করি মরম লৈ, লম অসি লমচাং ওইনসু লৈ মানা করিগুম্বা থবক মরম অমা থোইদোকপা শিজিন্নবগু লৈত্রে ঈশ্বরগী সেবাগীদমক্তি মাগীগু ধর্মা ওইবা লম্বী পোকই মানা ঐদি ইনাক থুনবা অচৌবা অমনি লম্ব য়োনবা হৌনরা ইতিক ইগুন মযেং তাবা রানি হায়বা রাথন্দগী ওইববগু লাইগী অথম। ওইনবা মানা নংখোকপসু য়াবা মফম অমা থোকই চৈতন্য প্রভুগী অপ্পগা মাগী লমহাং অসিগা তাইশন্নরগা অকাইবা থুদোং চাদবা থোইনা লৈবগু নত্তে মশিদা মানা য়ানিংদ্রবা মরম অসি করিনী ওইরিগব," হাইনা রাথন অসি খন্দুনা লম অদুবু য়েংলম্বদগী মরম অদুদি ঐগা মাগা ইংদুনা অমুক্তং মা ভাংনদুনা খং-দোক্লবা য়াদে হাযনা খন্দুনা শ্রীরাম প্রশাদি মহাজোনগী যুমদা লাকুনা উনৈ। শ্রীরামপ্রশাদি মহাজোন অসি মযুমদা মী অমা লাকই হায়বগী হংবসু তৌদে খোঙই রাঙইদনা হুম্না য়োনা য়েংদন মগী মাঙ্গোল্দা ফমদুনা অদুম লৈ। শ্রীজয়ো সিং মেঞ্জর শুবদারনা থল্লি "মসিগী লমচৎ অসিদ অদুবু মাগী মরমচং খিদনা ঐগী তৌগদনা থবক তৌকপদি য়াদে মতুংদা লকনি মাগী লমচংকী বিচারদি ঐদি চুম্না লমগী মরোল খংবা লাকপনি ঐনা মাবু থিবকপনিমা মবু ঐনা হান্না কৌফম থোকই" হাযনা খন্দুনা "রামপ্রশাদ মহাজোন ঐ নঙ্গী নফমদা ররম অমা হংবা লাক্লি নঙ্গা ঐগী ভাইহাক মা ভাংনবা যাগদ্র"? কনানো মহাশোই নং করি হাযগে হায়বা? রামপ্রশাদ নঙ্গী লম থরা চৈতন্য প্রভুগী অপ্পগা তাইনবদা লৈবা লমতাং অসে চৈতন্য প্রভুগী অথ্রা শেম্নবা মহাজোন নঙ্গী মফমদা নিবা ঐ লাক্লিবনি মদুবু নং করি হাযবগে ঈশ্বরগী সেবাগী-দমক্তি কংথোক্লোদনা। মহাশোই লম অসি লেম্না পিথোকপা য়াবা লম নত্তে। অদুদি লৈরগেদনা কয় লৌগদগে? ঐ লম যোনবা মী নত্তে। করিনো রামপ্রশাদ নংবু ঐনা লম য়োনবা মীনি হায়বগী হায়ত্রা ঈশ্বরগী সেবাগীদমক হাযবনি লম অসি পিদবা তৌনু পিযু মমল লোগে লৌ লেম্না লাইদা কংকে কংলু নংনা পাম্বা অমা হৌহো ন্রবদি নিংঙম্নোই ঐসু মফম অসিদা চাঙরক্লবা মৈতৈ মচানি নংঙোন্দগী ঐনা য়াম্না হেন্না মফম অসিদা মকপ থম্বা মীনি নংদি শেন্দি পংলৈ লৈজবা ধম্মগু লৈতবা নপুক নরৌশিং লৈতবা মীশক অমনি হায়বা অদো ঐনা নংবু চপচানা হায়বা ওস্মি তুংদা নমাই থুবা ফঙ্গনি পিনি হায়বা নচিনগী অরেম্প অমা নংনা

ঐভোন্দা থূনা থংহল্লকউ ঐ চংলে হায়দুনা পুক্লিং থরা শাওনা হল্লক্রে। শ্রীচান্দবা জয়ো মেজর শুবদাররনা রাথন তৌনা মুমিং ৫ নি লৈ, থবক তৌবা হায়বশি রাথন থর। চংদুনা থবক মরম মুন্দনা হেক তৌনিংঙি হায়দুনা তৌবা হৌনদে খন্দুনা লৈবা অদুদা পাউ লাক্লে মদুদা শাওদুনা ঐগী তৌগদবা থবক পাযথংপা য়ারে ঐগী থবকপু ঐনা শিন্দনা মীনা শিনবনা থবক নিংবা থুংবা হৌনদে হায়দুনা শ্রীভোরব্রতন ঠাকুরবু চেক লাক অমা পিদুনা লৈহল্লগা চতন্য প্রভুগী অম্বা অকোইবদা পৈদুনা থম্মি। রাজ মিস্ত্রি ২০০ যুগালি কুলি ২০০ নিপা ৪০০ বু লেমনা থাকুনা মী থংহন্দনা মন্নুংদা থম্লে, থবক্তি নখোয় খুইনা ঐনা শুবিরো হায়বা মুমিং অদুদা অহিং থংদে কুংখিল থংদে মতম অদুদা শুবিগদবনি হায়না থবক অদুগী মরোল পুম্বা চেকশিন্না ভাংনদুনা নারোত্তুনা থম্লে। মখোয় খিবিক্না লেমজ্ঞা চাদুনা লৈবা অদু থা অমা ফাদুনা মখোয় খুইগী হৌনবী তলোব মন্নুংদা মী থংহন্দনা য়েল্লি, মতম অসিদা শ্রীজয়ো মেজর শুবদাররনা মাগী মকপ চান্নবা লৌশিংবা শ্রীগোবিন্দ্রাম শদাগর শিলত্তা লৈবা অদুগী মফমদা মনাওনিপা শ্রীচাওখোই মচাহনবু চিঠি অমা পিহল্লুরে। শিলোত্তা শ্রীগোবিন্দ্রাম শদগরনা লাইংক অদু পারগা হাই, মনাও মচাহন নয়াম্ব মেজর শুবদারগী থবক অদু শোইদনবা খৌরাং অদুমক তৌ হায়য়ু ঐনা নয়াম্বগী পাঙ্গলবা থবক মরমদি কৱিমতা শোইরোই মাবু ঐন' লাকুনা লৌরনি হায়না নয়াম্বদা ঐনা মঙ্গোল তৌরকই হায়না তম্মু, রা ভাংনবা লোইদুনা শিলোত্তগী হল্লকুনা মরম পুম্বা তমদুনা থবক্কী মরম শিন্দুনা মন্নুংদা খৌরাং তৌদুনা লৈখি। শ্রীযুক্তো শাদগর গোবিন্দ্রাম্না চিঠি অমা ইদুনা শ্রীরামপ্রশাদি মহাজোনগী মফমদা নিমন্ত্রণ তৌরক্লে, 'শ্রীযুক্তো রামপ্রশাদি মহাজোনবু দেরালি মুমিংকি হরি ভক্তি যাওবিনবা ভক্তি আশ্রোই কংচরি অযুকি পুং ১১ তাবদগী হরি ভক্তি তৌদুনা শাধু বৈষ্ণব ভদ্রলোক পুম্বা পারোশ খুনবিনবা তম্না হন্না ভক্তি খিনয় তৌনা নিংশিংজ্ঞে'। মরোল অসি তাবদা শ্রীরামপ্রশাদি য়াম্না নুংভাই মরম য়াম্না খুদোং চারে হন্দক মৈতৈ অওম্বা অসিগা ঐগা নিংভাইশু থর। তৌনখ্রে মরম অসি গোবিন্দ্রামগা খন্নদুনা মখোয়না লাকচবা ভমদনবা মরম থরা খন্নহোগে হায়দুনা পৌবম মপা চারে হায়না খন্দুনা লৈখি শ্রীযুক্ত গোবিন্দ্রাম শাদগরনা শিলোত্তগী কশারদা লাকুনা অযুক্তা শ্রীরামপ্রশাদি মহাজনবু কার্ত্তিকী পুনিমা মুমিংকি তাং ৮ বৃহস্পতি বার মুমিংকি অযুক্তা লাকুনা খেমদুনা শিলোত্তা পুথি। মুমিং অসিগী মুংদাংরাইদগী হৌনা লম অকোইবা হিশাপ তৌদুনা নাপ থাবা লেই, মুমিদাং মী চংপা লেপখিবদগী যুগালি কুলি ২০০ রাজ মিস্ত্রি ২০০ নিপা ৪০০ না অহিং নোংশোইবা তুমদনা থাবল মন্ডালগা লোয়ননা লম অকোইবা অদু দেরান চেকপন চন্দুনা কোম্বোংনচিংবা পানবা নোংভান তু উবা মতমদা লোইরে, মৈতৈ সিপাই খুংলাই পায়বা ২৫ না চেকপন অকোইবদা ভাকুন লৈখ্রে, রাজমিস্ত্রি ১৯০, যুগালি ১৯০ গী মতিক চাবা লুপা পিদুনা নোং হেক ভানবগা

চৎকনরে, রাজমিস্ত্রি ১০ গা যুগালি ১০ গদি থবক শুবা শাহুনা থম্মি। মতম অসিদা শ্রীরাম প্রশাদকী মচাশিংনা থবক অহুগী মরোল হংরমা শ্রীজয়ো মেজর শুবদারনা হাই নখোইনা খংলোই নপানা পুম্বা খংবনি মহুদা মখোইশু মপা লাকপা ঙাইহুনা লৈ। শ্রীরামপ্রশাদি মহাজোনদি লম অহুগী মরোন রাজাম্নবা তায়হুনা দেবালি চক্রি পুজাগী হুমিক্ত অহিং অমা লেন্থুনা হরি ভক্তি য়াওবদগী মতুং চোম্থনা হুমিং ৭নি শুবা ফাওবা হল্লক্কু। শ্রীযুক্ত গোবিন্দ্র ম শাদা-গোম্নবা মাগী মুংঙাইনবা রারম মথল মথ পুথোক্তুন রারি রাতাই শাহুনা লময়েংবা শানা কোইনা শিলোটকী বোস্তি মফম অযাম্বদা পুহনা লম অসি মথৈ লৌশিন্দুন থম্নবদি রামপ্রশাদি মহাজোনগী চঠী খুদিঙ্গী আই অহু কয়া কাব ঙমগদবা মরম অহু থন্দুনা য়েংউ গ্রেন, তাম্নবা রাজগীশু থবক তৌবশু তৌগন্নু কাম্নবা য়ানি ম্যারাই মহুস্ত থরা মুন্না থনবিগদবনি হাইনা মাগী ওইজনবা মবমতা ঙাংহুনা অশুম্না লম মফম খুদিং কোইনা পুহুনা থম্না হুমিং ১৫নি শুবে। মচাশিংনা মপান্বু লাকবা চংইহুনা ঙাইবদা লাকমল্লদবা অহুদদি মখোয় মচিন মনাওশিং লাক্নুনা খিবহুনা তৌবিরা মরম পুম্বা তম্নবদগী শ্রীরামপ্রশাদ শ্রীগোবিন্দ্রাম মখোয় অনি লোয়ননা লাক্নুনা মফম অহু য়েংডি। মতুদা শ্রীযুক্ত মনাই জয়ো মেজর শুবদারনা মফম অহু যেংবা শানা লাকহুনা মখোয় অনিগা উনহুনা রা থরা ঙাংনৈ মতুদা মেজর শুবদাবন হাই। করি মানো রামপ্রশাদ মীগী লমবু বামোন ভোবরহুয়া নমহুনা চেকপন লেরান চনবা ভম্বা চৌনবা নংদি নচা মক্নুবা মঙ ভরা লৈবা ইনাক খুনবা ফৌবা ভম্বা অমনি বামোন মচা অসিদি লাইরবা মথন্তুম্ন ঙাইবনি মংনা মফম অসি লমহাং ওইনা লৈবশিশ্ন ফম্ভে শ্রীচৈতন্ত নিত্যাইগী অখ্রাশিশু পিকমল্লি কমশি শ্রীচৈতন্য প্রভুগী চংবান্দা কংচরগে হাইদুনা বামোন মচাসিগী মফমদা তায়হুনা বামোন অসিনা ইশ্বরগী সেবাগীদমক অশুক য়াম্না খনশ তৌহুনা শেনজবা অসিদা লমহাং ওইবম্বদগী কোন্নংথম্ন চংগোল্লবা মতমদা অমুক পামহুনা মলিন সোই কংখিরশু নদে নমহুনা লোবা য়ানি ঐদি ইনাক খুনবনি তাইহুনা ধর্ম্মা কাইবং চুমদে মদম অসি ঐ খংদবমু নত্তে নাখোযনা ঙাংনবা মতমদা ঐশু লৈবা নত্রা চুমদবা নমথাক তৌবা বা ব্রহ্মনগী মফমদা ঙাংহৈদে। মতুদা বামপ্রশাদ শাওগ্রহুনা মচা-শিংদা চেকপন থুগাইমু হায়না লাওরক্নুনা মচা মনাই ময়াম থোকহুন চেকপন থুগাইগে তৌরে। মতুদ শ্রীজংয়া শুবদাবনা খুংলাই প য়বা সিপাই ২১ দা চেকপনগী মনাক্ত হেক নকপগা নোংমৈবা কাপথু হাযনা হুকুম তৌরে মতুদা মখোয় কনাম্নু চংবা ঙমগ্রহুনা অহুম লৈনরে। মতুদা শ্রীযুক্তো গোবিন্দ্র মনা হায়, বামপ্রশাদ লম মচেং থরা আসিগীদমক অশুক য়াম্না খিনং শাওনা খুংনবশিংবু নঙ্গী লেম্বা করি লৈদগে লম অসিবু তরা পংচাও চাওবশু নত্তে নঙ্গীদদি লমলেম ওইনং লৈবা লম্নি করিবু ঙৌনগদগে ইশ্বরদা কংপা হাযবা অসিদি নঙ্গী অথোইবা নরম্নি বংথোকখো মসিগীদমক খংনবা তৌনদে। শ্রীযুক্তো গোবিন্দ্র ম পিববুদি পিথোকপা য়াই মখোয়না নমথেক নমজানবা

অসি সুংঙাইতে। শ্রীযুক্তো রামপ্রশাদ হাইথিবা য়ায়ম অদুদা নমথেক নমজানবা য়াদি থোইনা য়াওথিদে নংনা ইশ্বরগী অথৌ। অগা পীকমল্লি হাইদুনা ইশ্বরদা কৎপনি হায়বা অসিদি ফজবদা ওমথৈ লৈত্রবা নঙ্গী মিংচং চাওখৎপা য়ানি, মৈতৈ নিংথৌগী মনাই শুবদারনা নঙ্গী নমাই চোপতম্নীংদবগী ইশ্বরদা কৎপদা পুদুনা হাইথিবনি. তৌরম্মিবা থবক অসি উত্রা হুনিং কয়ানিগী থবক্কো থবক অসিন হাইগদবা য়াঙাংদি নংনা তৌনিংবা মফমদা তৌজক হায়বদা মাঙক চানা লৈখ্রে নংনা থন্দুনা মতৌয়ো ঐদি নংবু অচৌবা অমনি চোপহম্নীংদবগী হায়বনি ঐ হল্লগে হায়দুনা চৎখ্রে। শ্রীরামপ্রশাদনা থবক অদু য়ানিংদবদগী বৃটিশ গবর্নগী মফমদা দরখাস থারে। বৃটিশ গবর্নমেন্টনা শ্রীপঙ্কযুক্তো মহারাজগী মফমদা চিঠি অমা পিরকহুন্। থবক মরম অদু হংঙি। মহুদা শ্রীযুৎনা অমুক লাইরিক অমা ইদুনা পিবক্লে "বৃটিশ গবর্ন সাহেবশিংনা থবক অদুগী মরোল অদু খঙ্গে হায়রবদি মফম অদুদা থবক শিল্লিবা ঐগী মঙ্গর শুবদার জয়োসিংনা লোয়না থঙনি মানা তৌবা থবকতু চন্দ্রকুর্তি ঐনা তৌবানি"। চিঠীগী মরোল তাবদগী বৃটিশ গবর্নসাহেবনা শমেঙ্গর শুবদার জয়োগী মফমদা মরমদু হংঙি। মহুদা মেঙ্গর শুবদারনা হাই, "এখোয় স চেব লোক্লা থবক্কি মশক য়েংঙগা থঙনি লমশে শ্রীরামপ্রশাদ মশামক্কা পাঙ্গৈশেংনা লাইগী অথ্রগীদমক হুয়খিবনি মতম অতুক কুইনা চেকপন দেয়ান চন্দুনা শুরকপা মতমদদি হায়দ্রগা হৌজিক থবক লোইরবা মতমদা মাগী লমনি হায়দুনা অমুক লৌশিন্নবা অকিন তৌবসি ঐ য়ানিংদে লম অসিবু মানা পিথোকপা নত্তনা থবক তৌগৎপা মতমদা মরম অসি মানা করিগীদমক হাইখ্রিবা মরম পুম্বা শাহেব লোক্ক খনবিদুনা অচুম্বা বিচার তৌবিনি" হা অসি তাবদ. শাহেব লোক্ক. শ্রীরামপ্রশাদগী মফমদা হাই, 'রামপ্রশাদ নংদি থবক অসি শুবা তৌবা মতমদদি ঐখোয়দা করিগী থংহন্দে"? বৃটিশ গবন শাহেব চেকচন দেয়ান অসি অহিং অমদা লোইনবা চনখিবনি। অতুক চাওবা লম অসিবু রাজমিস্ত্রি কয়ানা শুদুনা অহিং অমদা লোইবা ওম্নিবা ? রাজমিস্ত্রি মশিং অশুক্কা শুই হায়রবা অদুদি ঐ থংদে। রামপ্রশাদনা হায়রিবা চুমব্রা মেঙ্গর শুবদার ? বৃটিশ শাহেবলোক অশুক য়াম্বা থবক অশিবু অহিং অমদা লোইবা ওমগনি ওল্লোই হাইবা মরম অদু থন্দুনা অদুম য়েংবিয়ু থবক অসিবু শুবা রাজ মিস্ত্রিশিং তৌজিকমক থবক শুদুনা লৈবি মন্দির শাবগী থবক য়াত্তনা মখোয়দা হংবিয়গন্থু খংবিগনি। বৃটিশ শাহেব গবর্নন। মিসত্রি ১০ দা হংঙি "থবক অসি অহিং অমদা লোইনবা শুবনি হাইবসি চুমব্রা? গবন শাহেবনা অদুম বিচার তৌবিয়ু নিপা ১০ না অহিং অমা শুবগী থবক মতিক চাই চাদে হাইবগী প্রমান এখোয়ন. মফম অসিদা থবক অসি শুরকপসি থা অনি শুরক্রবনি মতম পুম্বমক্কা রামপ্রশাদ মহাজন মশামক লাকতুনা থবক অফ ফত্তা য়েংদুনা ঐখোয় পুম্বমক্কা থবক মতৌ মওং তাক্লিবনি থবক অসি লোইশকলবা মতমদা ভোরত্রতন ঠাকুর অসিগা নিংঙাই থরা তৌনখি থবক শুরিবা ঐখোয়গী

লুপা পিবা মতমদা। ভোররত্তন ঠাকুর রামপ্রশাদ নখোয় অনি নিংঙাই তৌনবা করিগীনো? বৃটীশ গবর্ন চেকপন দেৱান চনবা রাজমিসত্রিশিঙ্গী মজুরি পিবিদ্রে মতুংগীদমক মাগা ঐগা তৌনথিবা নিংঙাইহনি। রামপ্রশাদ নংনা হায়বা মরম অসি বৃটিশ ঐখোয়না প্রমান লৌকম থংদে থা অমা অনিগী থবকপু অহিং অমদা লোইথিবনি হায়বা মরম অসি প্রমান লৌবা য়াদে শুরিবা মীশিঙ্গা থবক্তা য়েংবদা লমসিবু নশানা য়াদনা মুমিং অস্নুক কুইনা মখোয়না থবক তৌবা ওম্বা হৌনদে অতুগা থবক শুবগী মিসত্রিগী মজুরি পিনি নংনা তৌবিনি হাইহুনা মীবু থবক শুহল্লগা পিরমদাইদা থংনহুনা হুশমনগী মরমদা খামোন অসিগী মরন মথুম মাংনবা তৌবনি হায়বা অসিদা ঐখোয়না অচুম্বা লম্বীদা লোরে থবক অসিগী মরমদা নশানা য়াহুনা মফম অতুদা থবক তৌযম থোক্কে নংনা মীবু বিশ্বাস ঘাটকী মরম তৌবগীদমক রাজমিসত্রিগী মজুরি পিনবা লুপা লিশিং অনি ২,০০০ ভোররত্তনঠাকুরগী মফমদা পিগদবনি, লম অসিগী মরমদা নংনা অমুক হন্না রা ঙাংবা যারোই ঈশ্বরগীদমক্তা দান তৌখ্রগা মতুংদা নঙ্গী ননিং থুংদবা ঘোটনা লাক্লগা অমুক লৌশিনবা হৌনদবা লম্বীনি হায়না বৃটিশ গবর্ন শাহেবনা মরম অসিদা শিচার অতু লোইরে। শিচার শোয়রবা মতুংদা লম অসিগী মরমদা রামপ্রশাদকী মথুং থিংজিনবা ঙমদনবা মরম পুন্না শেন্নহুনা থনম্লগা শ্রীযুক্তোগী মনাই মেজর শুবদার জয়সিং, মনাও চাওথোই মচাহন থুংলাই পায়বা সিপাই ২৫ মণিপুরদা লাক্লে। মনাইগী রা ঙাবদা শ্রীযুৎ মহারাজনা "মুংঙাইদা অঙম্বা লৌশিংবা তৌবংবা থবক্তা রাঙয়বা হোৎনহুনা অঙম্বা নঙ্গী নপান্দগী ঐগী নিংবা থুংঙদো ইপু পণ্ডিট লৈত্রে থবথদি ইপু পণ্ডিট লৌশিংবা অমুক হন্না মশুগী অরাবা ঙাক্লবা হল্লহুনা লৈররে ঙসিদগী অঙম্বা ঐগী কাবোং শংলেনবু পুহুনা নক্ষমলাংবু ওইজরো মেজর শুবদার কারোং শংলাকপা কমথোন অঙম অঙম্বা নংনা লম অতুম পুরবনি" হায়না সনা নোংদম ত্তমহুনা মপু মনাই অঙম্বা মখাম ক্লিন্দুনা সুংঙাইনখি। পঞ্চযুক্তা মহারাজগী সনা পুক্লিং থুংনা লাইশং মান্দোপ শাহুনা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী চরন্দা কংচরে। শ্রীগোবিন্দ্রাম শাদগোবর শ্রীযুৎকী অচংবা থুৎপাই চেৎপা অমবি হায়হুনা মন্নুগ্রামদা কৌহুনা লৈহল্লে। মতুংদা মণিপুরদা কৌখোক্লুনা শ্রীযুৎনা সিপাই ১০০ গী মথক্তা থমহুনা মেজর শুবদার হাল্লীহুনা শিলোংকি শদাগর গোবিন্দ্রামবু মণিপুরদা শ্রীযুৎকী সনা থোগন ওইনা সনা নাক্তা লৈখ্রে।

লাংলচক্কী ৪৯৬২ নোংদানোইগী ১৮৬১ খৃ ১৮৫৯ শা ১৭৯০ চৈথারোন চ: ৩৮৫ শ্রীকৌবিযা কৃত্তিগী কুমশক্কি মদুং পৌশগী কৃষ্ণ ত্রয়দশি তাং ২৮ রবিবার মুমিংকী মুংদাং পুং ৬ কী মনুংদগী যুহারাই। মাঘগী তাং ১ বুদ্ধবারদগী প্রজা থাবা রান যুহারাব কনবা হেল্লে, মতু তাং ৬ শোমবার মুমিত্তা থরা শেনফরে, মুংদাঙ্গী যুংথক্তা পুমনেম নেম্মি মঙ্গলবার নুমিত্তা প্রজা অরাবা

পুমকোক কোক্লে। লা: ৪৯৭৪ নোং: ১৮৬৬ খৃ: ১৮৭৩ শা: ১৭৯৫ চৈথারোন চ: ৩৯০ শ্রীনাওরেম চাওবগী কুমশক বৃটিশ গোবর্নমেণ্ট সাহেব ও মণিপুরদা থোরক্লুনা শ্রীযুক্তো মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী মফমদা লাক্লুবা মণিপুরগী লম ঔরাংলোমদা অরোইবা শিমনা কদাইদা লোইবগে হংলে। শ্রীযুৎনা মণিপুরগী লম ওমথৈ ঔরাংলোমদা খিমাপুরদগী গুলাঘাট, দিপু, লমদিং, যুরহাট অসি ফাওবা মৈতৈ ঐথোয়গী লম্নি। অদুদি নাগপহার খিবোমৈ কুকি নাগাচিংদা ঐথোয়গী পলতন কমগে, ললোন ইতিক চৎথোক চৎশিন মুংঙাইনবা মফম অসি কয়বাগীদমক জিলা অমা শেম্বা তারি। বৃটিশ গবন ঐথোয়গী সিপাই পলতন থম্বা তারে। রাজাং অদুদা রা জাংলমদনা শক্লাই তম্না লেংশিনখি। গবর্নর অহুম অদু শ্রীযুৎনা রা ঙাংখিদবা অদুদা ইকাইবা ওই, অদুগা রা ঙাংলমদনা চৎখিবা অসিনদি মফম অসিদা ঐথোয় লৈবদা থুদোং কয়াম্ন চাদবা য়াই থন্দুনা মথরাই মুংঙাইতনা মণিপুরদগী শিলোট জিলা য়োনবা চৎখ্রে শিলোৎ য়োরবা মফমদা মথোয়গী মপুক্লিং থুংহনখিদবা অদুগী লমন শিঙ্গে থন্দুনা অকনবা অয়াকপা তাবদা মুংঙাইতবা রাহৈগুম্বা মবোল্দ ইদুনা শ্রীযুক্তো বৃটিশ গবর্নর লোক শাহেবকী মফমদা চিঠি অমা থাখ্রে। চিঠিগী মরোল তাবদা শ্রীযুক্তো লাক শাহেবপু ইকাইখদগী শ্রীল শ্রীযুক্তেশ্বর মহারাজবু রা মরম থরা ঙানেনিংঙি অদুবু ঐবু মণিপুরদা লাকউ হাইব্রা শ্রীল শ্রীযুক্তেশ্বর মহা- রাজনা শিলোটলোমদা লাকপিগে হাইবরা মরম অমতং থুনা জাজনিংঙি হাইনা লাইরিক অমা পিরক্লে। লাইরিকী মরোল তাবদা সনা পুক্লিং চিংনবা থরা পোক্লুনা থম্লি, "মথোয় সাহেব লোক্লা সিপাই পলতনগা লোইমনা মফম অসিদা লাক্লবদি মথোইগা ঙাংনবা রারম অদুবু মনিং থুংহনবা য়াবা লম্বী থোক্লদুনা মথোয়গী মপুক পেন্দ্রবদি সোইদনা লানথেংনবদি লেংব্রবা থবক্তি ওইবা তাই, মথোই সাহেবলোক্লা লান শোক্লবা তারবদি প্রজা অশোন অনা মুপী অঙাং মন ব্রহ্মন পুম্বদি লৈকম চাকম থংদনা অবাবা থুদোংখিবা ইপাকথক্লা চন্দ্রকৃত্তি ইরমগীদমক থাংদ্রুমা লৈবা তাই, নিংথৌ ঐনি নিংথৌদি প্রজাগী মপা মমানি মচাদি মপা মমানা য়াইফনবা শেম্বীবা য়োকপীবা লম্বী অসি লেংদনা তৌদবা য়াদবা মপা মমাগী মথৌনি, অদুনদি প্রজা য়াদনবা মুংঙাইনবা থবক্তি চন্দ্রকৃত্তি ঐনা তৌদনা কনানা তৌবিনি ঐনা তৌবা তাই, মণিপুরদা সাহেব লোক মথোয় কৌথোকপা য়াদে ঐনা চঙ্‌না মথোয়না লাকউ হায়বা মফম অদুদা চত্তুনা উনদুনা ঙাংনগদবা মরম পুম্বা ঙাংনবা, মাংবা তারে চন্দ্রকৃত্তি ঐদা মাংখিবা লম্বী অসি ঐগী তৌগদবা থবকনি, ঐগীদমক পঞ্জাদা অরাবা গোবিন্দজিউগী সেবাদা অকাইবা লাকপা মসিদি ওম্বা মথৈ ঙাক্লবা হোৎনবা তাই" হায়না থন্দুনা শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজনা লাইরিক অমা ইদুনা অমুক হন্না পিখিদুনা মরম পুম্বা থংহনখি।

লা: ৪৯৭৫ নো: ১৮৬৭ খৃ: ১৮৭৪ শা: ১৭৯৬ চৈথারোল চ: ৩:১ শ্রীথাংজম চাওবগী কুমশক্কি মমুং শ্রীল শ্রীযুক্তো বৃটিশ গবর্নর লাকসাহেবপু চিঠিগী মরোল লাংবন হিয়াং লোই-রম্মগা সেপ্তেম্বর মেরা থাগী মমুংদা কশার মলুগ্রামদা লাকনি মতুদা সিলোট দরবার শঙদা মরোল পূম্বা ভাংনশি হায়রকপা মতুংইন্না শ্রীযুৎপু ভাইখি। শ্রীযুক্তো মহারাজনা খল্লি, "হন্দক ঐনা বৃটিশকা রা ভাংনবা চৎপা অসি ঐগী পুন্সিগী অরোইবা রাজভুক্তী মতম্লি হন্দক্কি ঠিয়াং কুম্মে অসি প্রজনা য়েংবদা চংথোন্না মুংভাইনবা খরা নিংথিনা শাম্নগে" সনা পুক্রিংদা খন্দুনা মচা ইবুংঙো শ্রীফৈজাও সনা শামু হঞ্জবদা শামুগী লৈতেং নিংথিনা চংথোন্না কজনা শেম্মু হায়না সনা য়াথং পিহুনা মচা ইবুংঙো শামু হঞ্জবনা শ্রীভাঙোমগী কালিকোর হঞ্জবা কৈফাবু কৌহুনা শামুগী ভাইবোং শেম্বাং মহুম শাবা শনক্রুপ্পনা কোঙ্গোল থিন্দুনা মথল মথা অয়াম্বা লৈরোং শেমহুনা শেম শাহল্লি। শামু হঞ্জবা মচা ইবুংঙো ফৈজাওনা শামু মোইরাং শানা মাংদা খা, শামু হেরামো, শামু খিন্তর, শামু কোন্দুম্বা, শামু অরাংচোবা শামু ৫ বু মমুং কাংজৈবুংদা পুখোক্নুনা তোলেম বজাই খোংবনা বজাই খোংহুনা শ্রীঅচৌইবা যোগেন্দ্রা শুবদারবু শামুগী খোংচং তম-হল্লি। মেজর থাঙ্গাম্না খোংজাই ৫০০ পুরকুনা শ্রীযুক্তা কৎলি। শ্রীযুৎ মহারাজনা খোংজাই ৫০০ বু সিপাহি লৌহুনা শেংনা চানবা খুংলাইনচিংবা পিহুনা নোংমৈ কাপ্পা পায়বা হৈনবা শ্রীমেজর থাঙ্গালবু অয়ুক মুংখিল, মুংদাং নাইদনা হৈনবা তমহল্লি। শ্রীযুৎ সনা য়াথং মুমিৎ ৫ নি হীয়াং তান্ননি হীয়াঙ্গা হৌনবী পথাপ কায়দনা লমজেন, মুক্তা, পান, কাংজৈ অকল অথোগী মহৈ কুমৈ রাস্তনা তৌহনসি অহানবা হীতোংবনা অহল্লুপ পনাগীনা শ্রীঅঙোম তোম্মু সেলুংবনা নহারুপ পনাগী হী তোংবনা নিংথৌজাম্বা সেলুংবনা অতুগা শুরচন্দ্রা, কুলচন্দ্রা মচিন মনাওনা শামু অমমম তোংহুনা থাংজবাং খোংবান অনিদা কোয়না চত্নুনা হী থৌগনি। নঙ্গী নঙ্গী পনাগী মতুং ইনবা জগ্রাসিংনা লুচিংহুনা খোংবান চেনবা নিপা ৫০ না ২৫/২৫ য়েন্নহুনা খোংবাম চেনহনশি। মরক্তী হীয়াং তোংবদি সেলুংবা ৮ না তোংসনু অরোইবা মুমিংকী হীয়াংদি মেজর থাঙ্গালনা (তুলি নহানা) হীদোংবীনি, শংলেন লাকপা, মেজর শুবদার জয়োনা তুলিহনগী হী তোংবীনি অহনগী মতম ওইরবা অঙম্বা অনিগী কুমৈবু অরোইবা মুমিৎ অসি ঐগী পেন্না য়েংজগে লৈবাক প্রজা অঙম অথো পুম্বমু মুংভাইনা য়েংশনু" সনা নোংদম অসি তমহুনা হীয়াং কুমৈ য়েংনবা শিল্লি। অহানবা অহোবা হীদোংবা শ্রীনিংথৌজাম্বা সেলুংবা নহারুপ পানা, হীরুংবা শ্রী লুক্রাম জাত্রা, অহল্লুপকী শ্রীঅঙোম তোম্মু সেলুংবা হীরুংবা হিজম বলদেব, অরোইবা মুমিম্বা শ্রীথাঙ্গাল মেজর তুলি নহা, হীরুংবা খবি যাত্রা, কারোং শংলেন লাকপা তুলিহন শ্রীজয়ো মেজর শুবদার, হীরুংবা শ্রীলুক্রাম যাত্রা, মচা ইবুংঙো ৮ না মচিন মনাও ৪/৪ থাইনা শামু তোংহুনা হী থোরে,

তুলিনহা উরৈয়োম শংবা মচুগী ফিরোল, ফুলি অহুমা লৈঙাং শংবা ফিরোল শেন্তুনা শ্রীযুক্তো সনা থৌগল তৌরে। য়াম্বেম শারুংহনবনা অয়াম্বাই থৌগল অরোইবা মুমিত্তা চংখি, মতো অমুম্না শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজনা লেম্নবগী মশক্কুম মেংহৌরশনু হায়বগুম ইয়াং কুমৈ তৌদুনা প্রজাগী পুক্সিং পেলহনখি।

# জিলা লেংবা থৌগল মশিং মমিং

পঞ্চযুক্তো মহারাজনা মচা ইবুংঙো শ্রীশুরচন্দ্রা মহারাজগী মফমদা নিংথৌ পোলোইগা লোইনদুনা লৈবাক ঙাক্নবা নিংথৌ খুবম শিন্নরে, জিলাদা সাহেব লোক্তা উনবা লেঙ্গদবগী সনা থৌগল মী লেপ্নরকই। ১) শ্রীধর্ম্মা সেতু সেনাপতী তাংখোম্বা ২) শ্রীশৌরাইজাম্বা মেঞ্জর। ৩) তুলিনহা থাজাল মেঞ্জর। ৪) শ্রীএনখোয়না শুবদার। ৫) শ্রীমিয়া শুবদার। ৬) শ্রীবলরাম শুবদার। ৭) শংলেন লাকপা মেঞ্জর জয়োসিং। ৮) অচোইবা শুবদার জো-গেন্দ্রো সিং। ৯) শ্রীনিংথৌজাম্বা পোইলা। ১০) শাৎপা মেনজর। ১১) শ্রীশাৎপা লমজেন য়াংবা। ১২) শ্রীবলদেবা পোইলা। ১৩) শ্রীনোংমাইথেম্বা পোইলা। ১৪) শ্রীকাংঙবা ময়াং তাবা শেলুংবা। ১৫) শ্রীঅঙোম তোম্বু সেলুংবা। ১৬) শ্রীগুলাপসিং সেলুংবা। ১৭) শ্রীতোমচা সেলুংবা। ১৮) শ্রঅঙোমচা সেলুংবা। ১৯) শ্রীথম্বৌ মচা সেলুংবা।

২০) য়াম্ব্যা যাত্রা। ২১) বিনো যাত্রা। ২২) শ্রীলৈশং যাত্রা। ২৩) শ্রীগুনো যাত্রা। ২৪) শ্রীথবি যাত্রা। ২৫) শ্রীলুশৈ যাত্রা। ২৬) শ্রীকাংজাম্বা যাত্রা। ২৭) শ্রীখোদোন যাত্রা। ২৮) শ্রীমাধোপ যাত্রা। ২৯) শ্রীলুক্রাম্বা যাত্রা। ৩০) শ্রীরাইপাক যাত্রা। ৩১) শ্রীমাইবা্যা তম্নাসিং। ৩২) শগোল হনজবা নোংমাইথেম্বা। ৩৩) শ্রীশারুং-হনবা য়াম্ব্যা (অয়াম্বাই হৈবা)। ৩৪) শ্রীতোনা, ৩৫) শ্রীহে সনা মথং ৩৬) শ্রীলৌপান তাবা, ৩৭) পেনা খোংবা হনজবা চনম্বা, ৩৮) শ্রীবজাই খোংবা তোচলেন, (বজাই খোংবা ৩০)।

৩৯) শ্রীমোইরাং নিংথৌ অচোইবা লুবাংবা। ৪০) বাখি জমাদ্দর শামুশেনবা মইৎ, ৪১) শ্রীযুক্তো কুলচন্দ্রা, ৪২) শ্রীসনা কম্বান কোইরেং, ৪৩) শ্রীতেলেন ঠাকুর, ৪৪) শ্রীভরত্রতন ঠাকুর (বামোন ২৫), ৪৫) মৈতৈ সিপাই ৫০০, হাও সিপাই ৫০০, শামু:— মোইরাংশা, খিগুর, কোন্দুমবা, হেয়ামো, অয়াংচৌবা, জিরি শা, রাজ বালো, শগোল ৫০ (কাংজৈ চাবা লানশা)।

মৈতৈ সিপাইনা মাংদা থা সিপাইশিংজি মমাংদা, বজাই বেঙ্গুন খোংবা ফিরান পায়বা ১২, জোই পত্রা খামেন চৎপা ফিরান পায়বা ১, য়াঙ্গোই লানশা কাব্রং অহিংবা খোংনেৎশা তেংহনা রেসন ফুরিৎ শাইগকপা লিন্তনা রামান্দি থাওন ওন্দুনা কবাক থাং লে'দ খোংহনা তেঙ্গোল লানমীগী মাংদা থা, মৈতৈ সিপাইগী তু'দা অতম অখোনা য়াঙ্গোয় শাগোল তোংহনা সনা থোগন মাংদা থা, য়াঙ্গোই মোইরাং শাগী মথক্ত। শন্দ্রকুপ্ত ফিশাং শনক্রুপ্ত। তাইবোং হাপ্পুনা পোম্বী রাহোং মতুনা সেম্বাং মহুম লোন্দুনা শন্দ্রপ্তা কোচেংগা হন্তুন নিংখো এক্তা থান্দুনা শ্রীযুৎন, ফম্বাল লাংলগা সেলুংবা ৮ না কাংহাই চামোর থোগল্লাং শোরাইজাম্বা, থাঙ্গাল মেঙ্গর অনিনা য়েৎথাং ওইথাং থোগন্দুনা লাঙ্গোই শামুগী মতুংদা চনম্বা পেনা খোংবা হজবনা পেংা থোগম তুংইন ওই, হাওগী সিবাই ৫০০ না তুংইন থোগন ওইহনা শ্রীযুৎকি সনা মাংদা অচোইবা মোইরাং নিংথী লুরাংবনা শামুগী শাকোক্তা ফমহনা শ্রীযুৎ ইবুংঙো মহারাজ শ্রীগোবিন্দ সেবা লোইহনা সনা খোংলেংথোক্লে।

হোগাইবী খোংজাওগী মমাংদ মবেনথো য়ুমজাও লাইবেমবীনা তাইবং মশকনুম খেক্তনা শ্রীযুৎকী মঙ্গোল পিনবী। খুইরমবন য়োবদা কৈথেল ফমবী পুমবনা শ্রীযুৎকী মঙ্গোল পিনবী। চেকথোং লান্দুনা রাহেংবম লৈকাই কৈশামপাৎ কাকৈথেল মশাং, ঘরি চাকভাঙ্গে, নমবোল, পুথিবা লাইগী খুবমদা চংহনা শ্রীযুৎনা সেবা কৎলম্মি ওইনাম, লামাংদোং শ্রীঅবদৈত্য প্রভুবু সেবা তৌই। থোংজাওয়োক, সেবোক থানা অশৈবা শুবিদারগী মফমদা পাওমেল্লম্মি মচা ইবুংঙোগী য়ুইফনবা তাইরেন পোকপী থানা কাংজামবা নোবো শুবিদারদা পাওমেল্লম্মী, খোবম থনা খোচাও নবান শুবিদারদা পাওমেল্লি তয়াং, ইবং, রাংপোকপী, নেময়াংলোং, মুংনারোক, তৈজাপোকপী মুতবা অরান্দারগী মফমদা পাওমেল্লম্মি। যমুনাপন, কমবিরোন, থাইখোংবান, তুরেল অসি য়োরকপদা লিতান ওংলমহনা শ্রীবিনো যাত্রা, শ্রীয়ামবা যাত্র, শ্রীমাধোপ যাত্রা ৪ না লিতান শমহনা লানবদা শ্রীযুৎক্তোনা খুদোং ফাম্না ফামা লানবদা সনা খুত্তগী খুদোং হীদাকপু ঈশিংদা তাখ্রে, খুদোং তোংজৈবু কাব্রং ফিশাংনা য়েংশন্দুনা থম্মী। মতম থরা থেংহনা থাই লাল্লগা লেকই অহিংদা গোবিন্দনা মংদা কুপ পিনবি।

চামখোং কৈক্রু মখোং হাইগৎপদা শ্রীযুৎনা ঈশিং খোরাংঙি হায়হনা বামোন তোলেনবু ঈশিং পিহনা শোকউরগা ঈশিং কাল্লু হায়বা য়াথিক্রে সনা পুক্লিংদ রাখন অমা থনখি, "হিঃ করিনো ঐদি খোংনা চৎপত্ত নত্তে মসিদা ঈশিং খোরাঙি হায়হনা বমোন অসিগী অরা অনাদি করি থন্দনা ওম্বনি ঐনা থোক্সগদবনি থোদহনা খুদোং অশুক চাংদবা মফম অসিদা ঈশিং পিহনা শোকলু হায়বা ঐ অসি ওয়েত্থোক্রা ওমগ্রেদা অহুগা খোরাংঙে হায়হনা ঈশিং অসি ঐদি থক্রনি, অহুগা মখোংনত্ত চংলিবা ঐগী মরমগী মখোয় অসিদি ঈশিং অশিবু থক খোরাংফম থাকত্রা,

মখোয় খ্বায়বুদি পিথক্তুনা ঐতনা থকপা মসি হৌনদবা লমবংনি, সনা পুক্লিং অশুম থমবদগী ঈশিং অতু থক্লে। হংজি "ঐজ্ঞা তোঁলেন ঈশিং অসিবু সিনা লোইরব্রা থরা মরাং কাইনা লৈংহৌব্রা"? "ঐজ্ঞা লমবংদি খুদোং কয়া চাদে, ঈশিংদি মুং খুদেং শানা কুপ্পা অমদা ফনা নিংথিনা লৈ করিগুমবা মচ, মশু অমনা কল্লবদি ফনা নিংথিনা শোকপা য়ানি"। অতুদি নিপা ৫০ গা লোইনদুনা ঈশিং অতু লম থরশু হাইদোক্ল, খিবিদুনা মীপোং ৫০ দদি শোকপা ফব্রা য়েংসি ঐশু চৎকে"। সনা য়াথং অসি তাবদা অকল অথৌ ৫০ চোংথোক্তুনা ননাই হৈখোয় ঐজ্ঞা তোঁলেনগী তুং ইন্দুনা ঈশিং শোকচংকনি হায়দুনা তোঁলেনগা নিপা ৫০ অদুগা চন্নুনা ঈশিং শোকলুদুনা প্রজা ঈশিং খোরংবা মখে পেম্না পিথকপা লোইরগা শ্রীযুক্তোনা মতুংদা ঈশিং থক্লে। সনা পুক্লিং মুংডাইদুনা ঈশিং শোকফম মফম অদুবু মীয়াম চংদুনা থবা চাংনা কোংজুনা শেম্লগা তোঁলেন পুত্রি মিংথোন্দুনা শ্রীখিফংদা হৌনবি বিধিগা লোইনদুন কংলম্লে

ওইনামলোং থানাদা শ্রীকাংজবা নমখেল শুবদার, শ্রীখোংজাই বৈতম মেজর মখোয় অনিদা পাউমেন্দুনা মচা ইবুংগো শুরচন্দ্রগী মুংডাইনবা শিন্নরম্মি। তেরা মখোং, মকু, সাহেব মতাও, মুংজাইবন্দা অহিং য়ারেকপদা চেং চাম্না চৎখিবদা সেক্ত মচা সিপাই অমা কৈনা চাদুনা শি মদুদা শ্রীযুৎনা "ঐনা চৎপদি লৈবাক প্রজা পুদুনা চৎপনি মসিদা পাম্বা নখোয়না তাওক থৌ-ওইদনা হৌজম্বা অসিনদি লমবেল অসোমদা যুদ্ধিক চৎপা মীদি খুদোং য়াম্না খিবা নংলবা তাই ঐনা মৈতৈ নিংথৌ মচা অশেংবমক্তা ওইববদি তোংজৈ মবিন্দা পামব, মখেদি তাইনং মী চানা তৌফদে মৈফম রাংমা রংমা ফমদুনা য়ায়েক্লবা ভুসিদগী ওইরো তাইবং অমক্তং চাগে নিংবদা তুম্না মাংবা ওইশনু" হায়রম্লে।

মোক্তোকপন গুদামঘাট লমদম অসিদা মশক্তি উদনা মখোল ইংনা মুংশিখবা উচেক অমগী মখোল তাই শ্রীযুক্তোনা মশক থংনিংদুনা রাশকা লোইননা কৌবদা শ্রীযুৎক পামংবামদা পাই-নদুনা তোংলৈ চেক্লা অদুবু উরগ চাই, "চেক্লা নংবু নশক থংদে তাইবং মীরোন্দি চখোম্না তাবগুম্না ঐনা কৌবা মতমদা চেক্লা নংবু লাক্তুনা কোংডিদা নিংথৌ ঐনা লমদম তাম্না লাক্লবা মতমদা থেংনবশিবু থংনবা চেক্লা নঙৌ নমিংবু "তাম্না" হায়না খোনগেকা নংনা লৈবা লমদম্বু মতিন মকাং লৈতবা অফবা লমদম ওইশনু চেক্লা নথম্মাংদা চৎলোকো" হয়না তাম্না চকনাবু থাদোকখি। জিরি থানা য়ৌদুনা নিলোংজামবা শুবদার মেজরদা পুকমেন পাওথেম্মি। শামু পুনফম কনিঘাট ফুলতোর য়ৌবে। মফম অদুদা জন্ম কাথোল হায়বা হৈ অদু য়াম্না নিংথিনা পান্দম্মি। হৈরাং অসিবু শ্রীগোবিন্দগী শ্রীচরোন্দা শ্রীযুৎনা কৎনিংদুনা মনাই মাইবা তাত্রাংসিংবু হৈ অদুবু হেক্তুনা ফুলতোরদগী মণিপুরদা হৈরাংবু থিলহনখি।

অহো অরাংচিং, লখিপুর, শিবমন্দির, লেল লৈকাই, লখিপুর থুমৌ, তোলেন খুন, মুংফো তুরেল, বাশশান্তি, শাগ্রামৈনা, বেলঙ্গা, কাশিপুর ওাতৃখুন লক্ষম অসি য়ৌরকপদা বৃটিশ গবর্নর অহুম্না নমথাক তৌহুনা শিপাই পলতন অমা লমক্তাও ময়াইদা পরেং শানা লৈহুনা শ্রীযুৎপু ওকপা শাগম্নহুনা ফাগদবগী অ'কিল তৌহুনা লৈ। শ্রীধর্ম্ম'। শেতুসনাপতিন মরম অহু থংহুনা লানমী-শিংগী ময়াংদা শগোল মথক্তা থাং হাইহুনা শাগোল কয়া খৌহুনা বৃটিশ সিপাই পুম্বা শরোক্তি লম্পী য়েংলোম ওইরোমদা শমজি খাইহুনা লৈহল্লগা শ্রীপঙ্কযুক্তো মহারাজবু মৈয়তৈ শিপাইনা ফুম্না কোইশিন্দুনা মলু'নাম তম্না পুরক্তুনা শ্রীযুৎ মালুগ্রামগী সনা শঙ্কাইদা লেংশন্দুনা পোংথাখি।

শ্রীমতি মমাশিজ মহারানী কুমুদিনী মচা ইবু'ঙোগী ঈ পাও অমতা তাবা ফংখিত্রবহুদা সনা পুক্কি' পোংথাকম লৈতনা শ্রীযুৎনা লে'খিবা মাইগৈতা য়ে'হুনা মিংস্না ইবা চেন থুদাং পিফম লাংহুনা মচা ইবুংঙো কাইনবগী মৈচাকপু কপ্পনা পোংথাকম ওইনা লৈবিঙৈদা শ্রীযুৎকী মন ই তা্রসিংনা শ্রীনা পিরকপা যাম কাথোল অহুমগা শ্রযুৎনা পাওমেল্লকপা কো'রলোইগা মমাশিজগী মফমদা লনশন্দুনা পাওদয়ে। মমাশিজা মহারানীনা হৈবাং অচম অহু শ্রীচবোন্দা কংলগা প্রশাদি হৈরাঙ্গ নুমলা তুলশি পরেং অমগা লোয়ননা য়ুমজাও লাইরেম্বীগী লাইকাবদা চেল্লকপা পাউজেনগা পাউমেন্দুনা শ্রীগোবিন্দগী মন্দির য়োরক্লগা অমুক হন্না তাম্রাসিং সনা থৌগন তুমদা হিপ্পা পোংথাদনা চেল্লক্লে।

শ্রীপঙ্কযুক্তো মহারাজগী মফমদা বৃটিশ গবর্নর অহুম্না লৌতুনহুনা চিঠি অমা থারক্লে। "শিলচর দরবার শঙদা দববার তৌবগী অহাঙবা লৈত্রে শিলচর শোদোর ঘাট্টা জহাজ তোংহুনা বৃটিশ গবর্নরলোক সাহেব লাক্কনি শোদর ঘাত্তা ঙাইহুনা লৈবিরম্মু পুং অমা জহাজ থাহুনা মফম অহুদা মণিপুর রাজেশ্বরগা ঐগা ঙাইগাক্ত। উনশি" হায়না মহুংদা অকিল তৌহুনা পীংকপা মরো'ল অহু তাবদা অঙম্বা প্রজা পুম্বা পুক্লিং অরাবা রাথন অমা ওইহুনা লা'ঙকহুনা লৈনরে। শ্রীতাম্রসিং চাবা মফম থংদ তুম্বা পোংথাবা লৈতনা সন' থৌগন নংনব। লাকপা মথোং থাংবা য়ারক্রে, মালুগ্রাম থুজিন য়ৌরকপা মতমদা নুমলা য়োমবা ময়োম অহু মঙক্তা য়ানশিল্লগা উগ্রাক শিংলা শিংলহুনা সনা নাক যৌমবা চংলকই। মী পুমবা ঙক্লরে করিনো করিনো থল্লরে নক-শিল্লক্লব মতমদা শ্রীযুৎকি মনাই তাম্রসিং ওইবমহুনা মীয়াম চংহুনা পঙ্কযুক্তোগী সনা ন'ক্তা থাংজিল্লে। মপু মমাই উনহুনা মরোল পুম্বা তমহুনা সনা পুক্লিং থবা নুংঙাইজে, নুমালা অহু প্রজা অঙম্বশিং থল্লা থরা য়েন্দুনা পত্রা নুমলা প্রশাদি লোইনা ফংমিন্নে লেমহৌবা পত্র' মাল। অহুনা শ্রীযুৎনা থোম্দুনা অহিং চুপ্পা নাম শোন্দুম্না লেনখি।

নোং ঙান্নুনা অধুকী পুং ১০ তাবা মতমদা জহাজ থুংঙনি হায়রবগী মতম অহু নংনবা তেঙোল লানমী পুম্বা মাগী মাগী তৌগদবা মরম পুম্বা লোইহুনা সনা থৌগন ঙাইহুনা লৈনরে। অচোইবা লুরাংবনা শামু মোইরাং শাবু শেম শাবা লোইহুনা সনা থৌগন খোংনেৎপু কংলক্লে বজাই বেন্দুল খোংহুনা যাত্রা মতম ওইহুনা শ্রীযুৎ ইবুংঙো শামুগী মথক্তা সনা ফম্বাল লাংনবু সনা খোংলেংলবপদা কশায় মনুংদা লৈরিবা প্রজা পুম্বনা শোন্নদবা য়াওখিদে। বৃটিশ সাহেবলোক অপুম্বা অকি ভুজুং ওইরক্লে, শ্রীযুৎ মহারাজ শোদর ঘাত্তা থুংলরে বোয়াক তুয়েন খোংবান কাগুপ্পা ছাওগী সিপাই ৫০০, মৈতৈ সিপাই ৫০০ না কাগুপ অনিদা পরেং লেংহুনা লৈরক্লে। অহোম তোম্ব, নিংথৌজাম্বা অনিনা থুংলাং ক্কাগোক খল, অতোন মচ শেলুংবা, থম্বৌ মচা শেলুংবা, তোমচা শেলুংবা, থম্বৌ শেলুংবা শেলুংবা মরিনা কাংচাইহুম, গুলাপসিং শেলুংবা, অঙৌ মচা শেলুংবা অনিনা চামোর থৌগল্লাং, শল্লাইজাম্বা, পঙ্গাল অনিনা য়েংখাং ওইখাং থৌগন তৌ অচোইবা লুরাংবা, ধম্ম। সেতু সেনাপতি অনিনা সনা মাংদা থুংলাই মন্তিক চান; পায়হুনা ম্না থৌগন লেপহুনা শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা খ্বাইগী য়াইদা সনা ফম্বাল লাংহুনা শোদর ঘাটকী তুরেল খোংবান্দা মপুং কারবা সরৎকী পূর্ণিমা খাজা মকোই ফাবনা ঙাম্নোইবগুম ঙন্দুনা সনা ফম্বাল লাংনবু বৃটিশ গবর্নর লোক সাহেপ লাকপা ঙাইহুনা লৈখি। পঞ্চযুক্তো মহারাজ ভক্তি তৌনা শ্রীগোবিন্দজিবু লমদম তাম্বা নিংশিং-জহুনা রাশকা লোয়ননা থুরুম্মি, "ইন্দকি দরবার অসিদগী মঙোল ওইজহুনা মণিপুরদা ইন্দুনা চরোনগী সেবা ফংজবদো পিনবিবা ওইহুনা থোকভমজবা ওইরবদি ইবুংঙো নঙী ননাইনা সেবা চংচনবা লৈকোল হৈকোল শেমহুনা ইখুৎনবু থাহুনা চরোন্দা মতম খরদং থৌগন ওইজগে" ভক্তি তৌনা রাশক রারেপ্পুনা লাইনিং পরৈ চেৎনা ঙাই। অমুক্তি পুং ১০ তাবা মতম চপ চানা সোদর ঘাট্টা জহাজ ২ থাত্রাংননা থুংলরে। মতম অহুদা জহাজ মনুংদা বৃটিশ গবর্নর লোক সাহেবনা শ্রীযুৎপু উনশি হায়না পাও পিয়হুনা জহাজ মনুংদা লেংশিনগদবগী পঞ্চযুক্তো মনাইশিঙ্গা লোইনহুনা জহাজদা সনা খোং নাম্মা হেক নেংপা মতমদা মফম ইখং থংহৌদনা জহাজ অনিমক য়ুহা হাবগী মতৌগুম্বা ফেং ফেং হায়হুনা মনুংদা মথক্তা তোংঙিবা বৃটিশ শরকার পুম্বা কপ্পা য়াদহুনা র-রা লাওনরে। মরম অহু লোক সাহেবনা থংহুনা খুদক অহুদা থুনা য়াংনা হুকুম তৌরকই। "শ্রীযুৎ মহারাজ মৈতৈ নিংথৌবু ঘাট্টা লৈবিয়ু ঐ মফম অহুদা লাকনি জহাজ মনুংদা লেংশিনবা থুদোং কয়া ফুংঙাইরয়োই" হায়না পাও লকুন। শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজ হন্দোক্লুনা হান্নগী সনা তাংবন থাবা অহুদা ফমহুনা ঙাইহুনা লৈখি।

বৃটিশ গবর্নর লোক সাহেব মাগী থৌগন সিপাইশিঙ্গা লোয়ননা জহাজ মনুংদগী শোদর ঘাট তুরেন খোংবান তান্না লাক্লে। মতম অহুদা শ্রীযুক্তো মহারাজগী মনাই তোলেন বজাই খোংবনা

লুচিংজুবা বজাই খোংবা ৩০ না বজাই থেজুন খোংজুনা গবর্নর লোক শাহেবপু শলাম্মি তৌই। গবর্নর লোক শাহেবনা মতিক চায়া শলাম্মি পিজুনা ওকই। শ্রীযুক্তো মহারাজনা থোকতুনা গবর্নর লোক শাহেবকা শলাম্মি তৌমৈ। শ্রীযুৎকী খুংকা গবর্নর লোক শাহেবকী এটকী খুংকা খুংশন্নজুনা চংলক্লগা তাংবন অমত্তদা পায়রখিবা খুংকি মতুং ইন্না কমিয়ৈ। মতুং অদুদা বৃটিশ গবর্নর অছুবগী মমাংদা মণিপুরদা তাংনবা মরোল পুখ্রা শ্রীকাংওবা মরাংতাবনা লাইরিক ওইনা পাজুনা বৃটিশ গবর্নর লাক শাহেবো মরম পুখ্রা থংহল্লি। বৃটীশ গবর্নর লাক শাহেবনা রারম অদু তাবদা থবক মরম অদুদা শ্রীপঞ্চযুক্তোবু লান্দে হায়বা লৌয়ে, ঐখোয় শাহেব লোকনা মূর্ত্তবাজগী লম্বু নমজুনা লৌমবা তেবদগী রা তাংখিদবা মরম্মি অদুনদি ঐনা লম অসি মৃত্তরাজগী মফমদা হায়জজুনা নিবা তাই হায়জুনা "পঞ্চযুক্তো মহারাজ বৃটিশ গবর্নর ঐখোয়গা মণিপুরবু মৃত্তরাজখ্যানি অমম্মি হায়না ললোন ইতিক অয়াম্বা করবাংগী মরমদগু নিংথিনা চংখোম্না মরি লেনবশি শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর মহারাজ গম্ভীরসিং নপাবুং সনা হাক্তক্তগী লৈনরক্লিবনি। বৃটিশ গবর্নরগী লৈকম্নচিংবা পিজুনা, মদুদা হৌজিক অশাম্নগা মণিপুরগা অনি অসি তুনা বৃটীশ গবর্নর লোর্ড উইলিয়ম বেন্টিক বোদিগী করবারগীদমক শেমগে হায়না লেপল্লে মদুদা মণিপুরদগী অশাম তাবা, অশামদগী মণিপুর তাবা লম্বী অসিনা খুদোং কন্না চাদবনা করবার অসি মফম অনিসি শক-শিন্নবদা হৌজিক খুদোং চাদবা ওই. করবারগীদমক হৌজিক ফল্লিবা মফম ইরোইশেম্বা অসি থাংদোক্নুনা থিবোমৈ কুকি পাহার অদুদা লোংজুনা সিপাই পলক্তোন থম্নগা অনি অসিগী চংখোক চংশিন মুংঙাইনবা লম্বী থোং ফনবা পহাব মমুঙ্গী লম্বী অসি তুঙ্গী মুংঙাইনবা শেল্লম্বনা চুম্মি হায়বওগী মফম অদুবু শ্রীযুক্তোগী মফমদ নিবনি শ্রীযুৎনা মফম অদু পিজ্রবদি বৃটিশ গবর্নর বেন্টিক বোদিগী করবার অসি লৈবা হানা মাংখিবা তারে শ্রীযুৎনা থিবোমৈ কুকি পাহার লম মচেং অসিগীদমক মমল ওইনা তৌজো হায়বা মরম অমত্তং থংচনবিজুনা মফম অদু পিনৌ"। শ্রীযুৎনা হাই, বৃটিশ গবর্নর বেন্টিকী করবারগীদমক কম্বদি কম্বিয়ু মফম অদুগীদমক ঐনা মমল লৌবদি লৌরোই রোম্মোকপা মরমগু ঐ তৌরোই"। "বৃটিশ লাক সাহেবনা মফম অসি মমল লৌদনা ঐখোয় শাহেব লোক্তি সিপাইবু থম্বীবদগী মণিপুর থিবোমৈদগী অশাম তানবা লম্বী অসি বৃটীশ ঐখোয়না মতম পুম্নমক্কা ফনবা শেমগনি মণিপুর সনা কোন্নুংদগী থিবোমৈ য়োবা লম্বী অসি মথৈনা শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজনা সেম্বীবা, বৃটিশ গবর্নর লোদ উইলিয়ম বেন্টিক গবনর বোদিগী মমুংদা কে সি এস: আই মণিপুরেশ্বর চন্দ্রকৃত্তি সিং হায়রা। মিং অসি য়েক্তুনা ওসিদগী থম্লে। শ্রীযুৎ মহারাজ কে: সি: এস, আইগী মফমদা খুংলাই পায়বা নোংমৈ ১০০ গা লুপা লথা অমগা বকশিচ তৌজরি অদুগা কে: সি. এস, আইনা পীরকপা চিঠি 'হীয়াং' হায়বা

রারম অমা য়াওই মহুবু ঐমা য়াম্না য়েংজনিংঙি"। মা অসি তাবদা শ্রীযুৎ মহারাজনা মৈতৈগী হীয়াং কুম্মৈগী ফিরোনবু সনা পুক্লিংনা তাবা ওইবনা সনা খোংলেংলমদাইদা মনাইশিং সেলুংবদা পুজম্মু হায়না তাকপিবদগী ফিরোন পুম্বা রাত্তনা পুরকুনা বোরাক তুরেন মনুংদা শ্রীঅঙোম তোম্বু সেলুংবগা শ্রীনিংথৌজাম্বা সেলুংবগা অনিনা হী তোংহুনা সনা খোংলেংলমদাইদা তৌখিবা হীয়াংগী হেন্না ফজনা হীদায়হুনা বৃটিশ গবর্নর লাক সাহেবপু য়েংহল্লি। হীদায়বা লোইহুনা শিলচর সোদর ঘাত্তগী শিলচর কাংজৈবুংদা লেংহুনা পালাগী শগোল কাংজৈ লমজেন, মুরু, থাঙ্গী, টাগী কুম্মৈ, অরাম্বাই কুম্মৈ মথল মথা তৌহুনা শ্রীযুক্তোনা সাহেব লোকপু য়েংহন্দুনা শীল শ্রীযুক্তো কেঃ সিঃ এসঃ আই চন্দ্রকৃত্তি মহারাজগা মুংঙাইমিন্নৈ। বৃটীশ গবনর অসুম অহুনা শ্রীযুক্তোগী মফমদা শলাম উত্না ইকাই খুম্নখি। শিলচর জিলাগী ওফিস মনুংদা মৈতৈগী হীয়াং কুম্মৈগী তশখিরবু থেত্না থম্মি। বৃটিশ সাহেব লোকা শ্রীযুক্তো কে. সিঃ এস আইগা মহারাজগী মরমদা ঙাংনগদবা তেংবাংনবগী মরম পুম্বা লোইহুনা শ্রীযুক্তো গবনর লক সাহেবকা শ্রীযুক্তো কেঃ সিঃ এসঃ আইগা শলাম্মি তৌনহুনা শ্রীযুৎ মালুগ্রামদা লেংশিন্দুনা সনা পুক্লিংদা চিংনবা লৈরমবা পুরমক কে ফুনা প্রজা অশুমবা লানমী তেঙ্গোলগা লোইননা লেংলকুনা মণিপুরদ মুংঙাইনা লৈখি।

## বৃন্দাম চন্দ্রা পুরকপগী মরম

লাংবচক্কী চহি ৪৯৭৬ নোংদালাই চহী ১৮৬৮ খৃঃ ১৮৭৭ শাঃ ১৭৯৭ চৈথারোল চ ৩৯২ শ্রীঅবুজাম্বা কুলসিঙ্গী=ফলসিঙ্গী কুমদা শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর কেঃ সিঃ এসঃ আই মহারাজনা লোইবি চীংদা তোংবা হাওশিংবু হৈ-লৈ পাম্বী কোইনা থিহন্দুনা লাঙ্গোন নিংথৌ মঙমাং, লুরাং নিংথৌ মশাইকোন চিংমৈয়োঙ্গী লোকমাংদা মনাইশিঙ্গা লোইননা হৈকোন লৈকোন শেমম্মী। শিংজেন লৈবাং অয়াম্বা তাওজিং হৈরাং অপুম্বা সনা খুৎনা ওম্বা মথৈ থাহুন লৈরাং লৈকোল, তাওজিং হৈকোল শেমহুনা শ্রীগোবিন্দজিউগী চরন্দা কংচয়ে। শ্রীমতি অকোইজম চম্পু খন্দ লেখিনা মচা ইবুংঙো অমা পোক্লে, মচা ইবুংঙো অসিনা মীয়োনবা মতমদা শ্রীযুৎনা শিলচর জিলাদা লেংবদা কেঃ সি এস. আই উপাধি ফংহুনা রাজম্বা মককুম্মা সনা খোংলেংলকুনা শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা নিংজবা থুংনা কংচবা ওম্মি হায়হুনা মচা ইবুংঙো অসিবু জিলা ওম্বা থোম্লে।

লাংবচক্কী ৪৯৭৭ নোংদালাই ১৮৬৯ খৃঃ ১৮৭৬ শাঃ ১৭৯৮ চৈথারোন চঃ ৩৯৩ শ্রীকাংহুজাম্বা খেমাসিঙ্গী কুমদা শ্রীপঙ্কযুক্তো কেঃ সিঃ এসঃ আই মহারাজ চন্দ্রকৃত্তিগী মফমদা হাওদা ললোন

ভক্তিক চৎপাশিংবা লাকুনা মঙাইতা মেন্দে কাওগী প্যাম্নোদা লাই অমা সো ও'তুনা লৈরে হায়েন। বৃন্দাবনগী শ্রীকে: সিং এস আইনা মখোয়শিং অতুগা লোইনবা মনাই খরা চৎহন্দুনা লাই অতুবু লৌহল্লুতুনা সনা কোল্লুংদা য়েংনৈ। মতুদা শ্রীচান্নবা জয়ো শংলেন লাকপা মেজর শুবদায়না "পঞ্চয়ুক্তো মণিপুর লৈবাক অসিদা শ্রীমুর্ত্তি লাকপদি লাই ৪ গী মথংদগীদি মুর্ত্তি অসিনা মহাক্লে শ্রীগোবিন্দগী শ্রীমুর্ত্তি কংড্রিঙৈদা পুরকুনা লৈরবা শ্রীমুর্ত্তিনি অতুদা শ্রীমুর্ত্তি অসে সেবাদি চৎথিড্রি অতুনা ঐখাইনা কাওনরবননি লাই অসিগী মরমসে ননাইনা মুঙা হারি ওইনা ননাই ঐখোয়না পুংকক চাওজবা মতমদা লিবি। লাই অসি নিংখৌরোন অমদা লাকথিনি অতুবু নিংথৌ ল্যইদি নত্তে হায়না নিবিতুনা তাকপিরম্মি মরম অতুনা লাই অসিগী মরমদা ননাইনা খরদং থংজবনি"। অওমা লাই অসিগী মরমদা ইপুনা লিরম্বা মরম অতু অথংবা মথৈ অমুক্তা হায়য়ু অতুগা লাই মরি হায়বা অতুনা করম করম্বা লাইনো ? পঞ্চয়ুক্তো মহারাজ নবুধো ইবুংঙো মহারাজ কিয়ামবগী সনা হাক্তক্তা শ্রীবিষ্ণু ভগবান সেবা হৌই, নবুধো ইবুংঙো কবিরনিরাজগী সনা হাক্তক্তা শ্রীরামচন্দ্র প্রভু ভগবান, মহাবলি, শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুজিগী শ্রীমুর্ত্তি সেবা চৎপা হৌই, নবুধোনা থুপরবা মতমদা মচাইবুংঙো মরামশাইনা লৈতুনা পুজরকই। নবুধো মরামশাইনা সনা কোল্লুংদা থুংওবগী অহিংদা নবুধো ভোরোৎশাইনা নবুধোশিং থরগা খোমতুনা লান হৌরে, লান অতুদা নবুধো মরামশাইনা কোল্লুং থাদোকুনা লাই অসিবু পুতুনা লাঞ্জেল মাংঙোইনরে। নবুধোশিংনা চীং মান কোইনা নবুধো মরামমবু তাম্নবদা শ্রীমুর্ত্তি অসিবু চীংদা ভুন্দে ব্রম্নমায়্রে, নবুধোনা থুম্না মতমদা মুর্ত্তিমা অসি য়াওরমড্রে হায়না লিবি মরম অতুনা ননাইনা নিংশিংজবনি"। উম অওমবা লাই অসিদি লেংশিরকপদি মতম কুইরবা নিংথৌ লাই সেবা চৎথিড্রিবা শক্তি ওইরে, অতুনদি সেবা ফংনবা তৌদবা য়াদে হায়না সনা য়াথং হায়তুনা শ্রীমুর্ত্তি অসিবু শ্রীবৃন্দাম চন্দ্রা মিংহুন্দুনা জিবন্যাশ তৌতুনা শ্রীয়ুৎনা সেবা ফংজরে। থাতুগী শ্রীমুর্ত্তিমা বৃন্দাম চন্দ্র অসিগী সেবা অসি মচা ইবুংঙো য়ুবরাজ শ্রীগুরচন্দ্র সিঙ্গী সনা পুক্লিংদা য়াম্না লুনা চেকশিন্না সেবা অতু হোৎনৈ। য়ুবরাজ গুরচন্দ্রগী ভক্তিবু উবদা শ্রীপঞ্চয়ুক্তোনা সনা পুক্লিংদা পেনবিতুনা বৃন্দাম চন্দ্রা প্রভুজি অসি য়ুবরাজ নংনা সেবা ফংজরো পিরতুনা গুরচন্দ্রবা সেবা ফংজরে।

মেন্দে হাওখুম্নগী হান্নবী অমা চমেলৈ হায়বা যাতি পুষ্প লৈবু শম অমদা থম্না হাপ্তুনা মনা কোম্নদা পুরক্লগা শ্রীয়ুৎ কে. সি এস আইগী মমাংদা "মহারাজ ইবুংঙো ননাই ঐমা ক্লমিং খুঙিজী সেবা চংচব লাইবু শ্রীয়ুৎকি ননাইনা পুতুনা চৎপিগ্রে ননাইগী লাইবু থিজুনা পিবিয়ু" হায়না ওন্থেইনা সন, মাংদা কপক্লুনা মশম মনা ইফা ফানা লৈররে। মহাক্কি মতৌ উবদা শ্রীয়ুৎ কে: সি: এস আইনা মতৌ য়েংবা থমগ্রতুনা শ্রীয়ুৎনা সেবা চৎলিবা লাই পুম্না

থোং হাংতুনা উহল্লি । হাওবুবী অসিনা মানা লাংচবা লাই য়াওদে হায়রুনা অমুক ভোম কপথংলক্লে, মতুদা মচা ইবুংঙো যুবরাজগী মফমদা "ইবুংঙো ইচানা সেবা ফংজবা শ্রীবৃন্দাম চন্দ্রাবু দরশন অমুক্তা ফংহল্লু" হায়রুনা। হাওবুবী অমুবু মচা ইবুংঙো যুবরাজ শুরচন্দ্রগী মফমদা শিন্নরে। হাওবুবী অসি যুবরাজনা শরাইদা পুরকুনা শ্রীমন্দিরগী থোং হাংতুনা দরশন তৌহল্লি। হাওবুবী অতুনা "ইবুংঙো নংদি ঐবু ছন্দোকুনা মৈতৈগী যুমদা চংলবোইরে করিগী ঐঙোন্দা তাক্লমত্রিবা নঙ্গীদমক হাউতুনা নংনা নিতিগী পায়া চিনবা লৈ চমেন্নে পুজরকই অসিবু নংদি মৈতৈগী লাই ওইথ্রবনিনা ঐগা শম্নবশু য়াদ্রে, লৈ অসিদি মী অত্তোপ্পনা নখোংথাদা কংহনবদি ননাইবু পামজদে মন্দির মথক্তা হৈদোকচগে ননাইনা লেংলকুনা অমুক্তা চিনবিয়ু" হায়রুনা লাইশং মথক্তা লৈ অতু হৈদোক্লে । খুদক অতুদা শ্রীবৃন্দবন চন্দ্রনা মনাইগী ভক্তি অতুদা লৈবা ঙমদতুনা সিংহাসন অতুদগী মফম ইথং খাতৌদনা থাক অমা চোংথনা লেপতুনা লৈ । মতো অসি উবদা সেবা চংলম্বা ব্রহ্মন পুম্বা ইঙক ঙক্লে "ছি-ছি: করিনো করি মতোনা ওইথোক্তবা মশকপু ননাইগী মফমদা কুপা পিনাবিদা "হাইনা ঙক্লতুনা লৈবৈ । শ্রীযুক্তো যুবরাজ শুরচন্দ্রনা "ইমা নংনা শ্রীবৃন্দবন চন্দ্র ঐগী ইবুংঙোগী সেবাবু হায়া ফংবিরম্মবাদ্রে ইমানা থৌজানবিতুনা ইমা নংগী নবুংঙো শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্রজিগী সেববু নঙ্গী নফমদা নিজরি ঐনা নঙ্গী নফমদা ভক্তি তৌনা নিজবশে চানবিতুনা ঐগী ভিক্ষা অশি হাপ্তুনা শেবা ফংব ওইজরগে" । রা অসি তাবদা মেন্দে হাওবুবী অতু রাশু ভাংদে লেপ্তুনা তুমিন্না লৈ, শ্রীবৃন্দাম চন্দ্রবু মথিং ইরাচেন্না মুম্বা য়েংলগা লাইমাং অতুদগী লাইশং মনিংলোমদা থোকখি । খাইনা মন্দির পরি ক্রমা চৎক- দোরিমায়ে থম্নতুনা ভাইহাক কায়তুনা লৈ । করিনো ইমা অতুবু পরিক্রমা চৎপ্রা হাইববু নত্তমায়ে শাওখিবগুমত্ত তৌখি রাশু ভাংখিদে কদোমদনো হাইনা শ্রীযুক্তো যুবরাজনা মনাই শিজনা কোইয়েং য়েংতুনা থিনৈ, খিবা ফংদনা মফম থংদনা অতুম তোক্লে ।

মতুং অতুদা যুবরাজ শুরচন্দ্রনা ধাতুগী রাশেশ্বরী অমা লাংজতুনা জিবন্যাশ নৃপন তৌতুনা শ্রীবৃন্দাম চন্দ্রজিদা শ্রীরাশেশ্বরীগা যুবরাজগী ওইতুনা সেবা চংচৈ । হাওবুবী অসিমী রা তাবদা শ্রীযুৎ কে: সি: এস: আইগী সবা পুস্তিং অরাবা অমা ওইনা লৌখি । লাংবচক্কী ৪৯৭৮ নো: ১৮৭০ খৃ: ১৮৭৭ শা: ১৭৯৯ চৈথারোল চ ৩৯৪ শ্রীথাংজাকপম চাওবগী কুম অশিদা শ্রীগোবিন্দজিবু সিংহসন মথক্তগী লৈবাক্তা ওস্নতুনা শ্রীহট্টবু অজ ভক ওইরমতুনা লৈরম্মি । মতম অতুদা অহৈ অশিংনা তেংতুনা য়েংবদা সর্গারোহি হাইনা থংনখি । শ্রীমুত্তিবু যগা তৌনিংদবদগী শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজনা সেবা মতম থম্না ফংজনিংতুনা শ্রীহট্টবু অমুক হম্না শমতুনা জিবন্যাশ তৌতুনা সেব চংলি ।

# কোহিমাদা লৈবা দেমেণ্ট সাহেবকী পলটন থুনুমৈ হাওনা থুগাইবা

লাংবচক্কী চহি ৪৯৮০ নোংদালাই চহি ১৮৭২ খৃ: ১৮৭৯ শা: ১৮০১ চৈথারোল চ ৩৯৬ শ্রীনোংথোম্বা ধর্ম্মসিঙ্গী কুম কোহিমাদা লৈবা দেমেণ্ট সাহেবকী পলটনবু থুনুমৈ হাওনা কোন্দুনা থমখ্রে পাও তাহনা শ্রী কে: সি: এস: আইনা কেপটেন টিকেন্দ্রজিৎপু থাহনা থুনুমৈ হাওয়াম থুগাইহনা সাহেবলোকি পলটন কনবিরে। লম মেজনি হাইহনা বড় সাহেবনা শ্রীবোলোরাম জেনেরেলগা লোইনহনা মখৈ থুন, ফিশেওবা, তুশোল, শোমলা, খোংজাই তোংহু নিংথৌ, চশাং কোন্নুং, কোঙ্গান থনা ফাওবা য়েংলুহনা চল্লকই। মৈতৈগী হাওনা কবোগী মী অমা হাংলে হায়না তুমুগী মীয়োক কোন্নুংদগী লাইবিক তমা লাকুনা শ্রীযুক্তো বোলোরাম জেনেরেল, শ্রীযুক্তো বড় সাহেবকা চত্তুনা অশিবা অহু হান্দাকুনা য়েংনকংগা লাক্লে। তুমু মেয়া নিংথৌনা বড় সাহেবপু উনশি হায়ন কৌহনা চংপদা বড় সাহেবকী মংদা চৌকি থাহনা মেয়া নিংথৌনা ফম্মি। বড় সাহেবনা "নংদি ঐগী ইমাংদা চৌকি থাহনা ফম্বা যাবোই ঐগী মাংদা চৌকি ফমগদবদি শনশোক নিথৌ তুমুগী গামাক পুংগী কিন্দাক্কি উন ফম্মাইবা মথোয় অসি ফম্বা যাই নংদি ফম্বা য়াবোদি" হায়বদা য়াদহনা তুমু মেয়া নিংথৌন অহুম ফম্লে, মতুদা বড় সাহেবন শাওহনা রা ভাংবদনা চল্লক্লে। মখংদা উগী থবক তৌবা সাহেব অমা চকুনা হাংখ্রে হায়না পাও লাকই। শ্রীবোলোরাম জেনেরেলগা শ্রীযুক্তো বড় সাহেবকা লৈতে সিপাই ৮০গা পুহনা মফম অহু য়োনা চংলে। নোংভাল্লগা কেন্দাক উন ফম্মাইবনা হায়, "ঐদি বৃটিশ সাহেব লোক নখোয়গী মীনি" হাইবৈ, বড় সাহেবনা য়াবিহনা সিপাই ২০০ লোইনহনা নিংখি রাংমা লাম্না চত্তুন ঈশিং মপান্দা য়ুম শাহনা লৈ। গুমিৎ হুম্নি তবা গুমিৎকী হুংদাংদা কেন্দাক্কি উনবু ডাকুনা ফাহনা মপোৎ মচৈ লোইনা পুখ্রে। পাও অসি লাকুনা বড় সাহেবনা ডাকুশিঙ্গী মফমদা লাকুনা হই, "পুং ২গী মতুংদা উনবু পুরক্কবদি বম কাপ্পনা নখোয় ডাকু মথৈ লোইনা হাংকনি" ডাকুশিংনা পুরক্রুহনা দেমেণ্ট বড সাহেবনা শাওহন বম কাপ্লে ডাকু মথৈ কাইহনা চেনখিহন। কিন্দাক্কি উন চেল্লকুন দেমেণ্ট বড সাহেবকী মনাক্তা লাক্লে দেমেণ্ট সাহেবনা সিপাই ২০০ পিহনা কেন্দাক উনবু তুমুদা থানা ফমহন্দুনা থম্লে। মতুং গুমিৎ থরা লৈরগা ডাকুশিংনা তুমু থুগাইরে থাংবা ওমদহুন গুপী অহাং পুম্বা মেরেব থানদা খৈরম্মগা কেন্দাক উন শিংবা থানদা চেল্লে। বড় সাহেব দেমেণ্টনা পাও অসি তাহনা মণিপুরদগী পেকথা থুন্দা চত্তুনা ডাকুশিংবু থোঙ্গল লিবদা ডাকুশিঙ্গা থেংনহনা লন ওইনা কম্না শোক্করে। ডাকুশিং থাংবা ওমদহুন কাইহনা চেনখ্রে, দেমেণ্ট সাহেবনা শাওহন ডাকুশিঙ্গী য়ুম

পুম্ব। লোইনা মৈ থারে। দেমেন্ট বর্ম সাহেবনা শ্রীপুরন্দরসিংজী মখাদা মৈতৈ সিপাই ২০ গা শরকারগী সিপাই ২০০ চনিগা থমদুনা তুমুদা থানা কমন্দ্রগা মণিপুরদা বড় সাহেব হল্লক্লে।

মতুং খরা লৈরগা হল্লুংলোমদগী সাহেব ময়াম লাকতুনা তুমুদা থুংলদুনা লৈরে, পুরন্দর সিংহবু কনা ময়াম কৌথে,কহন্দুনা করোগী কোন্দোং খুন্দগী খমপাৎ ফাওবা করোগী থোং পুম্ব। পন কন্না থিংহন্দুনা থম্মি ব্রহ্মদেশগী কমপনি, চিন মেজর, গাশোক পুংগ্রি অহুম্না লম য়েংবা লাকপদ করোগী পংশা খুন্দা অহিং লেকতুনা লৈ করোশিংনা অরোনবা নোংমৈ খরা কাপ লকতুন শাম্ম ৭ চেনগ্রে করোগু কাইতুনা চেনখি। ফবে ৩০ মুক অমুক লাকতুনা নোংমৈ পংকাপ কাপতুনা পোৎ মুনগে তৌই মতুদা করোশিং মখোয়গী থুদোং কয়া চাদতুন অহুম কাইতুনা চেনখি। মতুং অতুদা বড সাহেব দেমেণ্টনা পুংগ্রি অহুবু থাজনক্রুতুনা ফাতুন বোন্দি পিখি। লাংবচকী ৪৯৮১ নোংদংলচগী ১৮৭৯ খৃ: ১৮৮০ শা: ১৩০২ চৈথংরোল চ: ৩০৭ শৈ ক্রজাম্বা চাওবগী কুন্দা অচকপা ফংন সূত্রাসই নিংথৌ অহুম্ব। প্রজা পুম্নমক পুক্নিং অকিবা ওইনা অবাবা থাংতি ফবা পুম্না লৈবাক অসিদা লৈবশিংনা চিজনি হায়বা থাজবা লৈতনা লৈবাক্ত। উপ্রাক্ত। চিপতুন নাপা পায়দুনা খংনখিবদগী মুচারাবা অচোবা হায়না কৌতুনা খংনখি শোক অসিবু।

## ষন অমোম অমনা ষন ময়াম হাকনবা

য়ারো পাংয়াইদা ষণ অমোম অমনা ষণ অমোম অমগী মনংক্তা শল্লাবা প্রমতা চংলকপা য়াদন লম্ব্রিব ষণ মথৈ ষণ অমোম অতুনা কোইভান তন্দুন পংরাইদ বাইতুনা মীগু ষণগু মখোয় অনিগী মনাক্তা চংনবা চমদন ২লতুনা মসম অসিগী পাও লাকতুনা শ্রীযুক্তো কে. সি: এস: আইনা মনাই শ্রীচান্দ্র জয় কাপোট শংলেন লাকপবু পুতুনা লেংতি, খ্বাই চংতুনা ষণ ২ দু য়েংনে মী কাওবা মনংক্তু নকপা য়াদনা থাওই। ফওম্বা করি থোকই? পঞ্চযুক্তো কে: সি. এস আই য়োল্লগন্না "ষন্না উংবাক-লোং লমম্মি চি করি রানো উবা নংদম উবরশু উদব মাশিংদজি হায়দোকল্লুম্ব" শুন হায়স পশবো অগনি। মসিদি কবিগুপ্তদগু ওইবা যাই মফম অসিমক্তদা চৈথোক্তনা মশক অমবু উবদৌরি ঐজ্ঞা মশক অদু হারুগু পংকুই কুইবরোই থোকওম্লরবা মতমদা পুকম থৌনি তোংনবিনি. তৌজিক্তি থোইদকপা লৈত্রি রাহৈ অসি হায়তুনা অহুম লেংথোরক্ত। মতুংখা অমা তোম্বগা য়ারৌ পাংয়াই মফম অতুমক্তদ ষণ মমৈ চমোবদা অনি লোংবা ষণ অমা তৈবে হায়বা পাও লাকতুনা শ্রীপঞ্চযুক্তো কে: সি. এস. আই মহারাজনা অঙম্বশিঙ্গা শ্রীচান্দ্রনা জয় কারেট শংলেন লাবপা মেজর শুবদারগা পুতুনা সনা থোংলেংতুনা সনা মিংয়েং

ফাবা লেংই । অঙম্বা কাদৌই হন্দক ওইথোক্কবা হায়বা মশক অহু লাক্লদো ? ঐহক্ষু ঘণ অসি ব্রহ্মাণ মচা অমত্তংবু অহুক ফাহনখিবু । বা অসি তাবদা শ্রীচন্দ্রাহমুনা শর্ম্মনা 'ননাই ঐ ফাজগে' হায়জুনা ঘণ চাখোর অনি লেংবা অহুবু ফাহুনা শ্রীযুৎকি মফমদা ক'লে । ঘণ অসিগী মতৌ মওং উবদা চান্নবা জয় তাংজ লুরা ঙাইহাক রাখল ত্তৌরুরগা "পঙ্কযুক্তেশ্বর ননাউবু থংজ হৈজাবশু নংচদে সন। নোংদম কিজহদগী সনা থোগন ফুংইক্লহংতনি খদবনা তখশা। হৈতনা অহৈ শাজব ননাইনি অহুদা চন্দাক খুদম অসিনা লম খরা তাম্বসিনা হক্লংকদবা ননাইবু থম্বা চিংনবা ওইজৈ" অঙম্বা ঐনা হংবগী অঙম্বনা অউবা অথংবা হাইবতনি অঙম্বা নংনা হায়বসে ঐনা থাজবা ওই অগ্নিগুপ্তা মতম লাকলদা অঙম্ববু পোকপ। পণ্ডিট ভয়াচাম্বা লমশুবদায় হুলোব মেক্লরনা লৈবাক্কিদমক য়াইফনবা থরাই পম্মুবা লৈতনা পাবুং সনা হাকশুকতগী নিংথৌরোল অহুম ইতাকথক য়োনা কৈনা থিংহুন। অরা অনা পুম্বা ভাক শেম্না পুঙ্গনা ইপু পণ্ডিটনা পোক্রবা অঙম্বা নংসে ইপু পণ্ডিটন। ঐগীদমক থম্বা মম্বনি হায়না মন্দুবা নিংথৌ ঐনা লৈওম্নিবনি শংলেন ভমদাই পুব। পণ্ডিটশিংদা হংহুনা ঐগী রাহং কম্বু নহাক্কি হায়হুনা ঐনা হংবনি নপুক্তা অকি তুজুং লৈবিমু পুক্কিং লৌশিং ওইনশি হায়যু অঙম্বা । "ঐজ্ঞা চয়োনগী কুপানি ওয়কপা কুমজানা শৈহৌনি, মতিক মঙম মচাওগা চাকচমাং লৈহেন্দনা মজাকথি, শ্রীবু কদোদে, চহি ৯ লোমগী মতুংদগী য়াম্বা থোগন র'ভাং হেংবা লমচং শৈহৌ অমনি, মপা মচা নক্কবা য়াঙমদে, অরিববু অনৌবন নোনম্নবা খৌরাংনি চহী ১১ মতুংদদি মীকপ মীবাওখেন্না থল্লগনি, ইচিঙ্গাকপু মীনা চঙ্গলগনি ইব'ই কা'না যদনা মীরা মীতোপ মপাওনা থোদা বাএন লি'থনি, রাএন থোদা লকঙমদাই মীরোন ভারোন খিল্লমদাই লৈবাক্কী মউ মপালবু ফুক্লগা মীরমলেন্দা খ'থিনি, মহাক থক্ক লৈবাক্কী ময়োন মীতিং ভয়েৎ পোক্লফম্বু খোংঙাক পনশাবা তাকথিদৌরি, প্রজানশু মপোং মশক থম্মরোই, মউশু মশক থংভয়োই, অতৈ শাবা স্বাম্মনথ্রে পোক্কি শাংনফম্বু মপিনা মপানা মচা নাঙ্কোনবিদবনা মউ মরা ভংনা লৈবাক অসি থাদৌরি কাংলং ফম্নেন থরুং মফম চাওমদে ক্লুংঙাইবা মশক লেপ্নরোই, অনৌবনা মউ মশক ওইঙম্মি, অরিবা মরা তাহল্লোই মপান মউ ফুক্কঙম্নবা প্রজানা খুংলিংনবুনি, ফুকশু ফুকঙমশে, ফুকশু ফুকঙমদে, ময়োন মরিদি হৌথিনি মঙাদি মহাক্কে কদাইদা পানঙম্মি ঐরাং খোংদি থোক্লানৈ, মারক্লবা লোংনেংনৈ, ঐরাং পনশা লাল্লুববু মতাক্কি মঙম অসিদি চহি চুংশাংমনখিবনা অহৈশাব' খে বঙমংত্রা নিংজবন। হক্লংচবা ভমদবনি সনা চয়েন্না ভাকশিনি মরুম পুম্বগী মক থা কাইদমবা লাম্বী শ্রীবুংনা প্রজা পুম্বদা তাকশিহুনা পুক্কিং লিভিং অমতা ওইনবা থৌরাংবু তৌবিয়ম্বা ননাইনা পামজৈ" । মরম পুম্বা থংঙে অঙম্বা মতম মঙম অহুগী থৌরাং হায়বা অহুনি, অঙম্বা নংনা লৈরিটৈ মতম অসি মথৈসি থরদশু ভাক্কৌ ওইনবা পুরুম ইরাং খৌমিশি । "সনা চয়োনগী কুপানি ইকক্কা য়থুশিং লুচিং থৌরাংবা

কোঙ্গাইবু লৈওম্বসিদা''। বা অসি ভাবদা অওম্বা কম্নাইবশিং পুম্বনা "শংলেন লাকপা মেঙ্গার গুবদার নংনা মরম অসি তৌদনা কনানবু তৌগদগে অওববা নঙ্গী নওম্মি''। য়ামবা পুমবগী কুপানি''। শ্রীনোংমাইথেমবা পণ্ডিট লাংদাই কাইবিরোন শংলেন পুমাবনা "অঙাং নংনা পুরুম ইরাং থৌরিদনা পণ্ডিট কনানা তৌগবা ইপানা শংলেন ফমববু নপা ইবুংঙো পণ্ডিটনা শংলেন ফম্মু য়াদবদগী ইপানা কম্বনি হৌজিকশু ইচা লৈবদগী এনা ফমজবা ওম্বনি পারি নঙ্গী নশিনবু কনানা ওমদাই ভাক্রো শিনওমগবা, পারি নংনা লৈবাকী নিংথৌগী য়াইক মুংঙাই শাইবি মরা ওপ্প পানহন্নবা পুরম ইরাং থৌওন্না নবুধৌ থাগোম্নদুনা ভাইহন্নম্মু পুরুম লাংজেং থৌয়াং শাফবা থৌনি করা রাক্কাওবা পণ্ডিটনা চানবিদুনা মরম পুম্বা শিন্নবিরে। মনা য়াথংবু লুবাই লেন্দা হাপ্লনা য়ারৌ পাত্তা মবুধৌ থাগোম্নরম্মগা মণ চামোয় অনি লোংবা কংল সনা কে মুংদা পুরক্লুনা মরুগী মখোং অদুম পোংথাফমদা পুন্দুনা থম্লে, পুরুম ইরাং থৌনিদুনা মবুধৌ কংলৈ থোম্ববু থাগোম্লে লুক্লেং অণিগী ম জুম্না মুঙ্গোইবিদা চুকয়ৈ লিফাদুনা ওমদাইরে। মতুংদা মণ অদু থাদোকুনা কংলাগী মনুংদা থম্মি, মুমিং থম্না কংলা মমুং অকোয়বদা লৈরম্মি, মতুং কাংপোকপীদা চাদুনা লৈরম্মি, মতুং নিত্যাইপাং লমচাংদা শজিক চাদুনা লৈ, মতুং শোরোক্তি নোংচুপ পাংবা বড় সাহেবকী য়ুম মথাদা চাদুনা লৈরম্মি, মতুং থেরা'থা' পাথংবা সনাচিং বৈচৌ নিংথৌনা—থেবগী য়াথোকপু'দা শজিক চাদুনা লৈরম্মগা চৈত্রগী তাং ১০ কৃষ্ণগী চতুর্থীগী নোংঙানবদা যেংবনদি থিবা থংদনা অদুম মাংখ্রে।

## ইরেংবনা লাঙ্গারকপা

লাংবচক্তি কুমশিং ৪৯৮২ নোংদালাই কুমশিং ১৮৭৪ খৃঃ ১৮৮১ শাঃ ১৮০৩ চৈথারোল চঃ ৩৯৮ শ্রীখোকচাও চাওখোইগী কুম অষাড় তাং ১০ কৃষ্ণ দ্বাদশি শগোলশেম মুমিত্তা শ্রীপক্কযুক্তো কেঃ সিঃ এসঃ আইগী মফমদা শ্রীচন্দ্রা শর্ম্মনা শ্রীইরেংবা থুন্দাংবা, শ্রীতোঞ্জম নয়ানসিংহ অনিমা তায়দুনা নিংথৌ শেম্বগী লানচাক থা'হৌরে হৌজিকমক লান কাবক্লনি হায়না চঙংলদুনা শ্রীযুংবা ময়াম্বুং শ্রীধর্ম্ম। সেতু সনাপত্তিবু লানমী ১০০ গা লোইনদুনা অহিং অদুদা থাদুনা থৌবাল য়োনা কুম্লে। পাও অসি শ্রীইরেংবনা তাদুনা মাগী লানমীগা লোয়নন লম্বী নাকোই অমরোমদা চংথিদুনা ভারিয়ান চিংলোমদা হায়থরক্লে। শ্রীযুক্তো কেঃ সিঃ এস আইনা মচা ইবুংঙো পুম্বা কৌশিন্দুনা সনা কোনুংবু চেকশিন্ন ভাকউ ইরেংবা থুন্দাংবা হায়ব অসি লান য়াম্না হৈবা লাম্নম থংবা অথৌবা অমনি হায়দুনা সনা কোনুংবু মচা ইবুংঙোশিংবু ভাকহল্লি। যুবরাজ শুরচন্দ্রনা মনাও পাকা সনাবু ইরেংবা থুন্দাংবা হায়বা অসি লান থৈবা হৈশিংবনি করিগুম্বা লম্বী থৈদো কোনুং য়োয়কপা য়াই লাঙ্গাবা চংলু হায়দুনা সনা কোনুংদগী লানমী থরা পুদুনা শগোল হজবা

পাকাসনা শিংজবৈ ময়াই লম্বেল চত্তুনা মাকোইরোমদা লাকুনা ভারিয়ান চিং হায়গংলকপদা তেঙ্গোন লানমী অমি অমি থেংনহুনা লান কন্না শোক্করে। লানগী পাউ অহু শ্রীধর্ম্মা সেতুনা তাহুনা লানমীশিঙ্গা লোইনহুনা থৌবান্দগী ভারিয়ানলোমদা হাইগংলকুনা শ্রীইরেংবগী তেঙ্গোল লানমীবু তুংলোম্নদা থত্তুনা কোইশন্দুনা লান অহু তককশিল্লক্লে। নিং-মাং অমি চপতুনা কাপ-শিল্লকপদা মোংবৈ গুলিনা পান্দুনা শ্রীসেনাপতি তোঙ্গাম্বগী লানমী মশিং খংদনা শিরে, লাম খাংবা শুমত্রহুনা লান কাইহুনা চেন্নরে। শ্রীপাকাসনামা শ্রীইরেংবা থুন্দাংবা, শ্রীতোঙ্গাম্বা সেনাপতি অমিবু থুংলাইগা লোয়নন। ফারে, তু বুন লিকানহুনা সনা কোন্নুংদা পুরক্লগা শিংশুকথোং = মিঙ্গুথোং মরাদা কোইদি থম্লে। ভদ্রাগী তাং ১৫ শুক্লা পঞ্চমী মঙ্গলবার মুমিত্তা কোইদি শঙ মঙ্গুংদগী উদা কাহুনা উশাদা য়ান্দুনা চোংখহুনা চেনখিবদগী তানবা খংদহুনা অতুম তৌরে।

# কোম্বৌজম পামজোনা কোম্মুং কাবা তনবগী থোদোক

লাংবচকি কুমশিং ৪৯৮৭ নোংদালাইগী ১৮৭৫ খৃ: ১৮৮২ শা: ১৮০৪ চৈথারোল চ: ৩৯৯ শ্রীওইনাম পুর্নসিঙ্গী কুম অসিদা তখেল্লম্বম লৈকাইদা লৈবা শ্রীকোম্বৌজম পামজো অসিনা সনা থোগন লালুপ কাগে থোরকই মতম অহুদা মোং খিংলি থিংলি তারক্লে। মতুদা মামা খল্লি মোং তোবদা কোম্মুং কাবনি চং শাহুনা থোং ইংথ্রগা নাতুনা তোক্লরনি হায়না কোম্বোংদগী হুঙ্গন্দুনা ময়ুমদা তুমদুনা লৈথোক্লে। শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজনা লোইশং কাবা য়াম্বা থোগমবশিংবু মুমিং থুদিংগী লোইনা কৌশিন্দুনা অমগা অমগা মুংশিনবা ইপা ইমা অমত্তনা পোকপা ইচিন ইনাওনি হায়ন রাখন তৌনবা প্রজা শা-শন রাজনিত্তি ফজবা মখল মখা পুথোক্লুনা মারি ওইনা লিহুনা অত্তম্বা প্রজা পুম্নবু থংনবা তাকই, মুমিং অদো মনাই অসি য়াওবা উদহুনা শ্রীযুংকী মনাই তোকত্তা শাবা অমা থাহুনা কোহল্লি। হা: তাদা পামজো নংবু লৈত্রা? হা: কনানো? ঐ শ্রীযুংকী মনাইনি শ্রীযুংনা নংবু কৌরু লাক্লিবনি। খংতে খংতে চংলম্মো য়াম্বা থৌবা ঐ তাইচাক্তং তুম্লগা লাক্লে। করিনো তাদা সনা য়াথং অহুম্না থুমবা চৌনত্রা। ঐমা তনবদি কমদৌনি হাইবগে। করি তৌহুনা তল্লিনা সনা য়াথং লাক্লগা তল্লি হাইহুনা চত্তবা য়াত্রা হাইরিবা রাহুবো? করিনোনে য়ামবা থৌবা তনবা অসিবু ঐনা তনগে তল্লিত্রা? য়ামব নংনা তনগে তনবা নত্রবদি কনানা তল্লু হায়না থৌদাবা য়াওত্রা? থৌদাবা য়াওদনবু ঐশুমবনং পাংতন তনবা চৌনত্রা নোংনগা তাবগা কথোং নখুং ইংহুনা নাহুনা তোক্লরনি য়ামবা থৌবা ন মরম ওকপা শাহুনা নারগা নঙনাইনি পঙ্গু য়ামবথৌবা নহাকশু অদ্বাইদা তাইচাক্তং তল্লু মিক থোক্লগা চংমিন্নশি। অহুবু তাইচাক্তংদি মপান্দা থোরকথো। তনবা ফত্রিবা মথৈ ঐ মপ

খোকপগী শক্তি লৈতে মতুদা নিংথৌ মনাই অমু শাওতুনা সনা নাক্তা লাকুনা মরম অমু তম্লে। শ্রীয়ৎনা নিপা ৬ থাতুনা কোন্থৌজম পামজৌবু কাতুনা পুহল্লকগা হংভি। পামজৌ নংবু এনা মী থাতুনা কৌহনবদি কদৌদনা লাক্তে ? ননাই ঐ তনবা হৌতুনা কারকপা ওমজদবনি সনা য়াথং থৌওইদবা নংচদে। কনদৌদনা তম্লিবা ? সবা থোগন কাজগে হাইতুনা ননাইবু ফিরোন পুমবা ননাই চাওবীবু পুখোকহন্দুনা শেং চাৱবনি মতমগু থেংগ্রে হায়তুনা ননাইগু য়ুমদগী হোবে হোবে য়ুমদগী থোকচরকপা অতুদা নোং থিংনি খিংলি হেক তাবিরে। মতুদা খোং নাম্মদি কোম্বোং রাংমা লাক্লববনি মতুদা খোং ওইথংবা নাম্মা অসিন, হায়, "অপংবা নোংমরক্ত চত্না নখোং ইংতুনা নারগা কনানা য়াওবিনি চংখিনু নোং চাংলগা চংনবা তো সনা থোগন্দো লাও হল্লকখোনে নয়ুমদ।" হায়বদগী ননাই ঐগু য়ুমদা হেক হল্লুরে মতুদা (শুনিং নোমনিংদবা) হায়বা অতুনা ননাই এনা সনা থোগন কাজগদবগী নোং হাংবা ভাইতুনা লৈজবা অতুবু "হাই পামজৌ অপংবা লেপতুনা অতুম লৈত্রবগু নখোং নখুৎতু শানবা কি থরা ওমশিন্দুনা ভাইহাক নশাতু লুম্না শানা লৈয়" মতুদা ননাই ঐগু চুম্নারে মান। হায়রিবসি হায়তুনা ইমুংদা চংতুনা খিম্নদগী ননাই ঐগী তনবা হায়বদো অতম হৌতুনা লেংবা হেক্কো য়াদবনি"। অতুদি পামজৌ নঙ্গী অতনবা অতুদি ফবত্রা ? "ঐজ্ঞা ননাই কদাইদগী ফগদগে হৌগৎলকপদা সনা য়াথংনা কুংমনখিন্না তনবা অদ্ লোইহনবা য়াদদ্না হৌজিক ফাওবা লৈরিবনি"।

মদুদা শ্রীয়ৎনা মাগী তনবা ফনবা ঈশিং তিংদু হায়দনা সুমিং ভুম্মি ঈশিংদা তিংভি। হংভি কত্রি হায় অতুদি ফুরো মসি হায়তুনা সুমিৎ ৭ নি কহুই, ঈনা পুংভাং ভাংলে, মরেংজুমদগী উনশাবু মখ্রাংদা পৈন্থুনা লৈরে। পামজৌ তনবা করত্র ? ননাই ঐগী অতনবা অসি ফনবা য়েংবিনবশি থরা তাংলদরা অমুক হেন্না শিনতুম থোক্টনা তম্বখে। মাগী র। অসি তাবদা শ্রীপঙ্কয়ক্তো মহারাজনা খল্লি, "করয়ো পামজৌ অসিগী মতন অসিদি মবিংজেন য়াওনা তনবনি মাগী অতনবা অসি থরা তোক্টবা হৌরবদি মচা মগু পুম্বা চাদতুনা লোইনা শিবা তাই মাগী অতনবসি কোক্লবা তৌবিদবা য়াদে" খন্দুনা শ্রীনা লম্বী অমা অমুক শিল্লে। পামজৌ নিংথো ঐগী নিংথেম লো হয়বা লৌকোন অসিদগী লৌ পরি মভাগী লৌশান কুমশিদগী হৌনা নরৌচা ওইতুনা লৌশান চাজরো নংনা তনবা হৌরক হৌরকপদা লৌশান কো অতুনা চানতুনা নঙ্গী অতনবা মতম অমু খাংনৌ, করিগুম্বা মতমদা নংনা তন্দবা কন্দা এগী ইনাক্তা লাকুনা লোইশং খুদিংদা অতমবশিংনা ভাংনবা রা মরোল অমু নংনা ঐভোন্দা অশিন। অচুমবা ভাংভি মশিন। চুমদবা ভাংভি হায়বা খংতনগদবনি" হায়না সনা নোংদম তমতুনা মাগী মশা অমু ফন্বা য়েংবিরগা ময়ুমদা চংহনখি। কোম্থৌজম পামজৌ হায়বা অসি চানবা লৈববা অতুদা মাগী অতনবা রাখল অমু থাদোকখিতুনা মতুং অতুদা সনা নাক্তা লৈতুনা লোইশংদা অতমশিংনা ভাংনবা রাবম তারগা অচুম

চুমদ রাখলগা লোয়ননা শ্রীপঙ্কযুক্তো কে সিং এস আইগী মফমদা তমহুদা অতনবমগী কোয়োজম পামজো শ্রীযুৎকি থোগন পাউপুবা অওম্বা ওইখি ।

# কোইদিদা লৈবশিংবু চংলম লুতিন তাকপা

লাংবক্কি কুমশিং ১৯৮৮ নাংথাগোই কুমশিং ১৮৭৬ খৃ ১৮৮৩ শা ১৮০৫ চৈথারোল চ, ৪০০ শ্রীবাইযু। চাওবগী দেবসি নুমদা কাইদি লৈবা মী ৫০০ শুদে, নিপঙ্কযুক্তো মহারাজনা অওম্বা প্রজা, মচা ইবুংঙো পুম্ব কোইদিদা লৈব পুম্মক পুথাক্কুনা বাক্তনিঙ্ঙি যশ্বা থৌগল্লোম হিংদুনা তাহল্লি থম্মগী রাবী তাহল্লি মীওইবগী পাওজেল পাওদাক্লি তানিযু লাবিযু লাম্বা থৌম অওম্বা প্রজা পুম্বা । মীওইবা হায়বা মপোক অসি মপোক লাংগেন পুম্মক্কগী অথোইবা মপেক্কি মসিদা নথোয় ঐগোয় অসিনা শেমখ্রবা লমবেল, চেনখ্রবা পান্দাক অহুবু নিংশিংবা লৈতন অকাওবা মশক ওইনা লৈ পোক্তবু পোক্লবদি মতমগী পাউজেল হায়বা অসি নোংমদি শেইদনা তাব কংলগদবা পুন্সিগী অবংবা ইপাক অসিদগী বংমা লাম্না চৎলগদবা ওাক্কনি । মসিন থেংথোরা চংকদবদি লমবী অনিনি, অমনা অমমবা লমবী অমা অওানবা লমবী অমা অনি অসিগী মরুংদ লমবী অমদি নি হায়বা অসি শংশাবগী ময়াগী লাংগেনদা শান্নরিবা থরাই অতিন পুহুনা মাং থানা লনজংহুনা কেইনা পুহুনা মচৎলদোরি । মরম অসিন, ময়াগী লাংগেন শান্নব অয়ানা লমজিংবির মংমদ ঐ হায়বা মশক্কি জীবা অয়াগী অওনবা লমদোনা লমজিংবিনবা লম্না মশেক মওান থরদং ফজনবগীদমক পুন্সিগী মতমগী পাউজেম্না থুংহল্লিংহ মহুংশি ওমজনবা তোংংহুন অরিবা লমন লোংংগী থব থন্দং শিনবা তোংংবা অনৌবা ইদেন থরা থবশু পুথোক্লবা কোবিনি লমদেনগীদমক শংথাই থুমথাইশু দিজনবা তোংনব মীওইবা থোয়গা মরম অওম-শিম্নদি অকান্নব লৈতনা তোংদবা ওই মসিদ মীওইবা ঐখায অসিগী রংথল অসি চমমবনি অবখা, অংগন, অনাবা লমবী অসি ওইবা মতমদা পুক্কিং হকচাং অসি মুওঙব অবংবা রাথলগী এথল মথ। অয়ামবদো পুমকাও কাওথিহুনা ইশা অসি উন দনা টদে লৈফম লৈনা লৈনা লৈফম থংদে গরাবগী রখল অহুনা থুমহৎহুন মাংনবা হক্তা থীবাংডি অহুগ মুংজাইবা মতম লাক্লগা পুক্কিং হকচাং পুম্মক হুংওাইনা রাখহনা থুমহৎখিহুনা অবা অনানা থুদেং চাদবা ওইরগদব মরমগী রাখলবু নিংশিংলুব লৈতনা ঐ হায়বা তসিবু তুংদা বরি পোক্লব অরাব নিংচং থীবা করি লাকদগে হায়বা রাখলবু নিশিওবা লৈতন, শিবোই নারোইদবগুম্না লৈথোকই অরাব। অনাবা লমবী অসি পুন্সিগী মতমগী মরুংদা জীবা পুম্মক্কি তমহুন লৈখ্রবনি মসি

ঐখোয়না মতমগী পাউনা থুংডবা মতমদা অডানবা লমবী হায়বা অদুবু চৎনবা থৌরাং থবদংবু লাংশিলতৌবা ডমদনা শংশার অসিদা ময়াগী উথক ইচেন্দা কোইনা তাওহনা অনৈবা ইচেন উথকা পুহনা লৈথা তানা লুপতুনা মাংজনবতা থৌরাংলিডেদা মতমগী পাউনা থুংডবা হান্দুনা লৈথা তানা লুপতুনা মাইগৈ মফম থংদনা মাংহুনা তোক্লে । মসিবু কনাগুমবা শাধু বৈষ্ণবনা লমচৎ ফত্তবা রাজাং থিবা চন্দ্রকৃত্তি ঐ অসিবু অমমবা লমবীদগী অডানবা লমবীদা চংজনবা মতম থরদং লমজিং পিনবিযু হায়না মথল মথ। অয়াম্বা ধর্ম্মগী গ্রন্থবু প্রজাদা লিহুনা ডাংহনা তাহল্লগা মমৈদা শ্রীগী মশাদ পাউদাক পাউদম ওইহনা প্রজা পুম্নমক্কি পুক্কি ফাজিন্দুন য়েক্রবা লৈতনা পাল্লি ।

## শগোলশেম থম্বালনা পাঙন্দা লৈখিবা

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯৮৫ নোংদালাইগী কুমশিং ১৮৭৭ খৃ ১৮৮৪ শা. ১৩০৬ চৈথারোল চ: ৪০১ শ্রীচৈতন্নাম ধর্ম্মসিংগী কুম অসিদা মণিপুরদা বৃটিশ গর্বনর বডসাহেব অম। নিত্যাইবাং চিথেক্কী সোরোক্কি নোংচুপ থংবা লম্পাক থেবাথাং শাখংবা সনাচিং হৈচৌ নিংথৌদা থেবগী য়াথোক য়াকাপুংনা কোনবা লম্পাক অসিদা শ্রীযুৎ কে সি. এস আইগী মদৎকিদমগ্নি হায়তুনা বড সাহেবকা শিপাই থুংলাই পায়বা থবগ যুম শাহুনা লৈ যুম অসিদা মদু'লোমদগী সাহেব লোক্লা মণিপুরদা লাক্লগা মফম অসিদা লৈ । করিগুম্বা শ্রীযুৎ কে: সি এস আইগা সাহেব লোক্লা রা লাং থংগদবা লৈববশু যুম অসিদা উনহুন মরম অত্ত থন্নে। মফম অসিদা লৈরিবা বড সাহেব অসিগী থবক অমগা অমগা নোম্নবা পাংডন থবা থরা নোংপেক থংবা তোবান নম্বুল খোংবান হাপ্তা হায়না থোনবা মফম অসিগী মনিংদা লৈ । নম্বুল তুরেনগী নোংচুপ থংবা সোরোক্কি মপান্দা শাগোলশেম্বা ওন্না ফুরিং তুবা অসি পোকচ ম লৈকাই হায়না কৌবা লৈকাই অসিগী মমুং চন্না লৈ । ওন্না অসিগী মচাকুপী থম্বাল হায়বী অমশু লৈ । সাহেব মনাই মুশলমান চ ওনা হায়বা অসি শাগোলশেম ওবা ফুরিং তুব অসিদা ফুরিং তুনা তমদগী শাগোলশেম চম্ন থম্বাল অসিগা থংনা চান্নব ওইখিহুনা শ্রীযুৎ কে. সি. এস আইনা লম্বী অসি নামুংবা মুংনবা থবক্কি হায়না থিংববু থম্বাল হাইবী মুশী মচা অসিনা য়াদহুনা শ্রীগোবিন্দজিগী মাংদা মতক্কা শিবা উবিকপু লোথে তুনা পনম্নগা। মুশলমান চাওবগী সেবা তৌহনা লৈখিবদগী শাগোলশেম্বা ওন্নানা লৈবা মুমদগী থা–রাং য়ুমলোন ৭ পু শ্রীগোবিন্দজিগী মমাংদা ব্রহ্মা শোভা ফমহুনা প্রশ্চিৎ তৌখি ।

লা: ৪৯৮৭ নো:. ১৮৭৯ খৃ ১০৮৬ শা: ১৮০৮ চৈথারোল চ: ৪০৩ শ্রীনাওরিয়া পুংসিঙ্গী কুমশক অসিদা কে. সি এস. আই মহারাজ চন্দ্রকৃত্তি সনা হকচাং থরা শোক্লা নাই মহুদা শ্রীযুৎনা মচা ইবুংঙো

পুন্নমকপু চাক কৌই। মতুংদা য়েক্কাং মখেন শারেং মশা খরা নাব অমগা থোংতুনা পিজৈ। চাবা থকপা লোয়নগা শ্রীংতনা মচাশিংবু কৌশিল্লুনা হাই, ইচাশা নচিন নন ও নখোই য়াম্বা থৌওন ওঙ্গী কাইনগনু, নচিন ননাও পুম্বা মথং মনাও কাইদনা নিংথৌ থুলম ফংনজো, য়াম্বা থৌগনবু থুগাইবা, ওইরবা অরাংবা পাম্বনা থুমহন্তুনা তুঙ্গী রাথল থৌলিংদবা নচিন ননাও নথোয় মশেন য়াওনরবদি য়াম্বা থৌগনবু অকাইবা চৎপা হানবা ইচা অচুগী হাক্তক্তা থুলম মতোল লোম্বা ওইয়ু। পুন্সি মুংশাং ফংদবা কুমজা পালোন চপ্তবা ওইশহ, ইপানা ওসি নথোয় খিবিক্কী নফমদা হায়বা অসি মুমিং খুদিং কাওদোইদবনি, প্রজা পুমনবু নচিন ননাগুনি থম্না প্রজাগী অবা অনা নোংইন থিজুনা ওমবমখ অন্নাবহু কোকহন্নবা হোংনগনি ঐদি নিংথৌনি, ঐদি তওমবা মচিন চৎপনি হাইতুনা নমথেক নমজানবা রাজাং রাখেন থৌদা মতম পুন্নমক্তা তৌকদে পুক্লিং রাথল নৈথা তান তাহবং মপোক নোংমদি শোইদনা মশিরগদবনি শিরবা মতুংদা পুন্সি মুংশাংবা পাঙ্গবা ওমজনবা অওানবা মাই পাকপা লমবনা নিংথৌরেননি পুয়াদা সনাগী কালিনা ইতুনা ময়েক মঙান চাওনা তানবা মরম পুন্নমক্তা তাইবং মপোক অসিগী পুক্লিং রাথলগী অরেপ্পা তৌগদবা ইাথৌ ইশিল্লি হাইনা থম্দুনা চংকদবনি। অশিবু থংনা থংনে, চন্দ্রকীর্ত্তি হায়বা নপা ঐবু মরম পুন্নমক্তা করিমতা তৌরমবা ওংদতুম পুন্সিগী মতমগী পাউনা থুংলববনা হান্দুনা তোকচল্লবা অসিনি মরম অসি থংন নথোয় পুমবনা প্রজাবু রায়েম নোংদম্মু। লাও শুরচন্দ প্রজাবু য়োকপি থাকপিনবা হিংগাসিন্দগী সেবা অহানবা ফজবা মরম অসি য়ামবা থৌগন কাইদন ইপানা নংতোন্দ শিন্নগে, ননাশিং পুন্নমক অসি নন থৌদা নোংদমবীতুন য়ামবা থৌগল্লোনবু কাইদননা শিন্নুক শিন্দম পিনহরো হায়না নিংথৌ পোলোইনতিংবা মচা ইবুংঙো শ্রীযুক্ত শূরচন্দ্র সিংহগী মফমদা শিন্নতুনা পিরে শ্রীপঙ্কংতো মহারাজ কে, সি এস আই চন্দ্রকীর্ত্তি সনা ইতম ওানবা শ্রীবিষ্ণুগী নাথু শোন্দুনা কুমিং অসিদা ময় শংশাবগী অমাবা ইপতুগী লাম্বোক্তুনা অরাব ময়াগী পন্দোল লোমাঙ্গ জেগনী তাং ১৭ বৃহস্পতি বর নোংযাইগী মতম য়ুংথক হেক থানবা মতুংদা হীরু শংদা লেংশল্ল, মতম অহুদা মমাশিঙ্গ মহাবানা মাইস্লানা শিনহাকপ লাকপবু লোইশঙ লোইশঙ খুদিংদা হিপথংতোবু নাব ফবে নথোই খাইগু শ্রীযুংকী য়াইয়নবা লাইমিংউ হায়না পাউ চেলহন্দুনা অহাও অথুম চানা থক্নবা কোইনা ক্লেন্দুনা পিহল্লি। ইরেম্মশিংদগু সনা হকচাং তুরমবা ওসিদি পুমকোক কোক্লু অমমব, ময়া থাদোক্তুনা বৈষ্ণবকী মথা পোন্দুনা সাবুশিঙ্গা লোয়ননা হরি ভক্তিবু তৌনা রাংলেন মথাই অমতং পোংথারি হীক শংদা লেংশিন্দুনা ইমেম শকপী নথোয় পুমব অন্মাইদা অগুম মথুরল্লো সনা নাক্তা পংনক নকপুন্ন নিংলাওবা তোম্ন শ্রীযুংপু চেপ্পা কায়রনি হায়তুনা অহিং অহু থম্মগা নোংজাল্লবা মতমদা শ্রীযুং মহারাজবু ময়া

শাংশারদগী পার ওইতুনা হরি ভক্তি ওইথে হায়বা প্রজা পুন্নমক্কা খাংহন্দুনা জেষ্ঠগী তাং ১৮ শুক্রবার ১৭ নি পানবা অয়ুক্তা কুমৈগী মতৌগুম্না অঙমবা প্রজা তিন্দুনা সংস্কার তৌদুনা হকচাং তুম্লে, চহি ৩৬ ফমবাল ৪৬ পাল্লি, পুন্সিনা চহি ৫৪ নি।

# ৭৭ নং শুরচন্দ্রা নিংথৌগী পরম

ঙুমিং অসিগী অহিংদা শ্রীসনা বোরা চাওবনা লানচাক খাংদুনা লান তৌরক্লে, লান অহু করিমতা কাম্নবা ঙমদ্রবদুনা ময়াং কশাররোমদা চেনশিনখ্রে। লাঃ ৯৯৮৭ নোঃ ১৮৭৯ খৃঃ ১৮৮৬ শাঃ ১৮০৮ চৈথারোল চঃ ৪০৩ শ্রীনাওরিয়া পুর্ন-চাওবগী কুমশক্তি মকুংদা ইঙা থা শগোলশেন জেষ্ঠগী তাং ১৭ তগী খুবম ফংদুনা নিংথৌ ওই। শ্রীশ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজ শুরচন্দ্রসিং সনা হাক্কক্না থৌগন লুচিংবা অঙম্বা যুবরাজ শ্রীকুলচন্দ্রসিং, শ্রীযুৎ ময়াম্বুংনা শ্রীবৃন্দাম চন্দজিবু যুবরাজনা সেবা ফঙদবা লাইনি হায়না তাকপিদুনা শ্রীবৃন্দাম চন্দ্রগী সেবাগা লায়ননা মনাও ইবুংঙো কুলচন্দ্রবু যুবরাজ হাপ্লে। মনাও ইবুংঙো শ্রীকোইরেংবু সেনাপতি কপ্তান জেনেরেল হাপ্লে। শ্রীপাকাসনাবু শগোল হঞ্জবা কপ্তান হাপ্লে। শ্রীফেজাও সনাবু শামু হঞ্জবা। শ্রীঅঙৌ সনাবু দোলাইবোই হঞ্জবা। শ্রীজিলা ঙম্বা। শ্রীথাঙ্গাল মেজর। শ্রীশৌরাইজাম্বা মেজর। শ্রীপুরেন মেজর। শ্রীয়েনখোইবা মেজর মচাহন। শ্রীলাইশ্রবা তকং শুবদার। শ্রীযুক্তো রাখৈবাকপা। শ্রীসনা ডাংবা, শ্রীসনা কালা, শ্রীসনা খুরাই লাকপা, শ্রীসনা য়াইস্কুললাকপা, শ্রীসনা কাংজেবুং হঞ্জবা, শ্রীসনা উরিপোক তাবা রাঙ্গোল সনা, শ্রীচগেম সনা, শ্রীরাবিরম বোবাচাওবা শর্মা, শ্রীতোন্দেন বজাই থোংবা, শ্রীশগোলশেম ফিঙাং, শ্রীগুলাপসিং, শ্রীতোমচা, শ্রীখঙেম্বাসিং শ্রীঅঙৌমচা সিং, শ্রীনোংমাইথেম্বা কোকলৈ পুংখৈ হঞ্জবা, শ্রীসনা গন্ধারসিং, শ্রীসনা গোপাল সিং, শ্রীসনা ফৈয়াবা সেনাপতি অসিনচিংবা ব্রহ্ম শেভাগা লোয়ননা অকল অখৌ ১৫০ গা সনা থৌগন কাইদনা লৈ

শ্রীযুক্তো য়াইস্কুল্লাকপা বোরাচাওবনা ময়াং কশারদা লাক্লগা শ্রীপৌনা শ্রীমিয়া, শ্রীচিংলেন সন অহুম্বু হৈদুনা অকল অখৌ লানমীসিঙ্গা লোইননা শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজ কেঃ সি. এসঃ আইগী কর্ম মকুংদা অমুক হন্না ময়াং কশারদগী থোরকুনা অহিংদা সনা কোম্নুং য়েনা কাখৎলকুনা লান্দারক্লে। অহিং অহুদা সনা কোম্নুংদা লৈবা কোম্নুং ঙাকপা লানমীশিংগা লান অহু কল্লা শোক্লরে য়াইস্কুল্লাকপা বোরাচাওবগী লানমীনা ফবনা কোম্নুং মমুক্তী লানমীন লান অহু

ঙাকপা য়াম্না বানা থুদোংথিবা অমা ওইনা নোংঙানবদা ঙাইনবা হায়বগী কন্না ঙাক্লনা থিংবনু থিংবা ঙমদ্রন্থনা সন'থা ৱোরাচাওবা হোগাইবী থোংজাও লানশন্নক্লে। লানগী লানগুং অসি ঊবদা শ্রীমতি মবেম্বো মহারানী কুমুদিনিনা পুজারি ব'মোন নচ অমবু মতম ইচ' চাদনা শ্রীগোবিন্দগী মঙ্গোল আত্তি শাহুনা শরিক কন্না য়ৈহন্দুনা গোবিন্দগী সেবা তৌহল্লে। শরিক্কি মথোল তাবদা সনাথ্বাগী পুক্লিংদা নোংঙাল্লমান্নে হায়না থন্দুনা পুক্লিঙ্গী রাথম্না য়েক্লবা ওইহুনা সনা কোম্নুং য়ৌরবদগী তুং হন্না হন্দোক্লুনা ইরোইশেম্বা যোনা কুমগ্লগা ত্রেন লাম্দুনা মকোইচিং কাহুনা লাংজিং চিংদা সনাথ্বাগী ল'নমী পৈহুনা তেঙ্গোন শাহুনা লৈরে। মতম চাদনা শ্রীগোবিন্দগী শবিকপু মবম চুমদনা মথোন কন্না থুনা য়ৈরকপা শবিক্কি মথোল অহু তাবদা প্রেজ অকল অথো পুম্বা পুক্লি' চিংনবা রাথন অমা লোইনা পোক্লুনা হি. করিনো শ্রীযুৎ মহারাজগী কর্ম্ম সেবা লোইত্রিবৈঙদা কর্ম্ম সেবাবু থুগাইগদবগী কনাগুম্বনা লান হৌরক্লবোইরে শ্রীযুৎকী কর্ম্ম কাহদনবা য়েক্লবগী লানবু কোম্নুং চ'বা ঙমদনবা ঙাক্লবা য়াদে হায়না রাথন অসি প্রজা পুম্বা চপ মন্ননা থন্দুনা মাগী ম'গী শাফি লানফি শেংনা মথুৎশু থুংল'ই পায়হুনা সনা কোম্ন'দা লোইনা কায়ক্লুনা তিল্লে। অকল অথো পুম্বনা লানগী লাল্লোং অহু তাহুনা অকল অথো পুম্বা মতিক চাবা থুংলাইগা লোইননা নোংঙ'ল্লবা মতম অহুদা ইরোইশেম্বা তান্না লানমী পুম্বা কুমহুনা ইরোইশেম্বা চিংদা তেঙ্গোল শাহুনা লান কন্ন' শোক্লরে। য়াইস্কুল্লাকপা সনা ৱোরাচাওবগী লানমীগী মথোনা অঙকপা যংনা অশিবা মশক্কি থবাই মাংগনি হায়বগী কবিমত্তা পাম্মুবা লৈতনা মানা কৈদা নাংকপগা হায়বা রাথল্লা মাংওইনহুনা রাকযৈ হিদান্নবগুম চোংশন চোংশিন্নহুনা থাংগা থাংগা, টাংগ টাংগ মপা মপা তন্নবা চেন্নব লৈতনা শোক্লবা ঐগী মীনি মীগী মীনি থংনথিদ্রে থুদক অহুনা স্ন'থা য়াইস্কুললাকপা ৱোরাচাওবগী রাজভুগ লৈতবনা সনা কোম্নুং লৌবম্বদগী রাথল্লা সনাথ্বাগী য়েক্লবা ওইথিহুনা পুংথিল চ করাইরকপা মতমদা লানফম অহুদা তুগ্রে সনাথ্বানা তুথ্নবা অহুদা সনাথ্বাগী লৈহৌবা লানমীশিং পুম্বা থুংলাই থাহুনা লৈনরে। ঐখোয়গী হোইদোকপা অতভাই লম্বী নাক্তু লুচিংবা মপুনা লৈত্রবদি ঐখোয়গী অমশু অমশু অমতনি হ'য়না থন্দুনা লৈনখি। মতম অহুদা মৈতৈ তেঙ্গোন্না চংহুনা লানমী পুম্বা ফাহুনা সনা কোম্ন'দ' পুরক্লগা শ্রীপৌনা, শ্রীচিংলেনসনা, শ্রীমিয়া অতম্না চিংবা ৱোইদি শংদা থাজিন্দুনা দণ্ডি পিহুনা থম্লে। মতুং অহুদা লৈবাক প্রজা পুম্বা য়াওনা হোৎনহুনা শ্রীপণ্ডম্‌কো মহারাজ কে: সি এস: আইগী কর্ম্মবু থুমিং কাইদনা ব্রহ্মন বৈষ্ণব পুম্বা তিন্দুনা তুংঙাইনা য়েক্লবা লৈতনা কর্ম্ম পন্দোল লোমখ্রে।

# রাংথৈরাকপা কনানো ?

শ্রীপঞ্চযুক্তো লাবৈন্যচন্দ্র মহারাজনা পোকপা শ্রীসনা গুনাচন্দ্রনা শ্রীসনা শাজৌ সেনাপতি পোকই । শ্রীসেনাপতি শাজোনা ভাংবম চন্দ্র ছইয়েন লাংজেং শাফনী উদেশ্বরী লৌহুনা মচা ইবুংঙো শ্রীদিনচন্দ্রা তুলাইরোই হজবা রাংথৈরাকপগা শ্রীভাংবা ইন্দ্রধ্বজগা, শ্রীকালা গুনাধ্বজগা মচিন মনাও অহুম অসি পোকই সনাখ্বা অহুম্ব পুন্না ইংখোল অমতদা লৈ, খ্বাইরম্বন কৈথেনগী নোংপোক থংবা মপান কাংজেবুঙ্গী শোরোক্কী ঐরাং থংবদা ইংখোল চাওনা শেমহুনা কাং-পোকপীগী নোংচুপ থংবা য়ৌনা চেকপন থাহুনা সনা খোংজাও বোংপোক এম্না ফাওনা ইংখোনগী চিথেক মৈরম পাংবদা মপান পুম্প্রি অমা শেম্নি, ইংখোল অসিগী মনুংদা লাইশং মান্দোপ শাহুনা শ্রীশ্রীগে কুলচন্দ্র প্রভুগী সেবা চত্না শগোলশংনচিংবা মনাইশিং মরাং কাইনা থমহুনা মনাও অনিনা সেবা তৌহুনা লৈ । সনাখ্বা রাংথৈরাকপা শ্রীদিনচন্দ্রনা ইবেম্মা ৫ পাহৈ, মচা ইবুংঙো শ্রীসনা চাওতোনসিং, শ্রীসনা লৈরেনসিং অনি অসি পোকই ।

শ্রীসনাখ্বা ইন্দ্রধ্বজ ভাংবনা শ্রীসনা শ্রীগোকুলসিং পোকই ।

শ্রীমুক্তো রাংথৈরাকপা দিনচন্দ্র হায়বা অসিগী মীয়োক মীচান কজবা ইচা মীচা নাইদবা অচান মীরাই থাইদবা মীগী তৌবিমল কাওদবা ব্রহ্মন বৈষ্ণব অচল-লমন মশক থবা, হরি ভক্তিদা শদ্ধা ওইবা ধর্ম তত্বগী রাবিদা পুক্নিঙ্গী তুংনকম ওইজবা য়াম্না থৌগল্লোন কাইদবা মথৌনা লৈবা শা-লানবু য়াম্না হৈ-শিংবা পুক্নিং রাথল চাওবা প্রজা থোনবা, অরানবা থবক চত্তবা, ধর্মগী মরমদা মশাগী অমাংবা থন্দনা পুক্নিঙ্গী অরেপ্পা ওইব চংখিবা থবক্তা ঙমদনা তৌজবা নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা ওইনা সনা থৌগল তৌহুনা মতেন ইবুংঙো গুনচন্দ্রগী সনা নাক্তা লৈহুনা সনাখ্বা অহুমগী থরাই পাম্মুরা লৈতনা মায়গৈ কদোমদগী য়েক্রবশিংনা লান কারক্লুনা সনা কোম্মুং কাইখিগদবগে মতোন মহারাজগী সনা নাকোং রাই চিনব, তাহনব, য়াদে হায়না পুক্নিং অমতা ওইনা থন্দুনা মুমিৎ থুদিঙ্গী সনা থৌগন্দুনা লৈরকই ।

শ্রীসনাখ্বা কত্থান পাকাসনানা ভুরেন অচৌবা মপান শঙ্গেম্ন্থাঙ্গী মোইরাং লাইজি পাংবা মথাথোঙ্গী মখা থংবা শোরোক্কি মখা থংবা ইংখোন্দা লাইশং মান্দোপ শাহুনা শগোলশং মনশংনচিংবা শানা থোঙ্গাল মাইগৈ ৪ ফাওনা সনা শঙ্গাই মুংঙাইনা শাহুনা লৈ ।

শ্রীথাঙ্গাল মেজরনা রাংথৈ পন্থোং পনশা পনভাকপা হাইনা পুরৈলোম্বগী খা থংবা মুংদ্রাওবী লম্পাক রাক্রম পন্থোঙ্গী ময়াদা ইংখোল ওইহুনা লাইশং মান্দোপ নিংথিনা শাহুনা অঙম্বা অচৌবা সনাখ্বা পাকাগী রাভানফম অমা ওইনা লৈ ।

শ্রীসৌরাইজাম্বা মেঙ্গুরনা মতম অতুগী ইতিহাস থংবা মথৌন ফবা মীয়োক মীকন হৈশিংবা ওইনা য়াইস্কুল মোটরাং পুং মোটরাং লাইজি পাংবা ইংখোন্দা ফুরা দলান শাত্নুনা মনাই মশন চিকোন নাওকোম্না পুক্নিং রাখন চাওবা অমা ওইনা লৈ ।

## তোংজৈ মাংবগী থোদোক/দিনচন্দ্রগী লান

শ্রীথাঙ্গাল মেঙ্গুর শ্রীস্নাথ্বা পাকাসন মপু মনাই অনিবু শ্রীযুংকী সনা থৌগন তৌকলবগী মুংদাংরাই কুমকপা খেংদিন্নদুনা লম্ব দা লোইননা লাকমিন্নে। মেঙ্গুর থাঙ্গান্না, "সনথুবা নয়ম্বুঙ্গী থুবম অসিবু পংকুই কুচরোইদৌরিমান্নি কমদৌসিগে লৈবাক অসিবু রাংথৈরাকপা দিনচন্দ্র অসিনা ইশুপ শুপ্লি মনাও ইন্দ্রধ্বজ ডাংবা, সনা গুনাধ্বজ কালা অনি অসিনগা হৈশিংবা লান্দা থোবা মশক ওইনগা লৈবা অসিগা, অদুগা সনা কোন্নুং মচুং অসিশু মথোই মচিন মনাও অহুমগী মনিং তম্মা চংথোক চংশিন তৌন। লৈখ্রেদো মসিদা মথোয় অসিদি মনাই মশন য়াম্বা থুংকনবা ওইনশু লৈরি, নোংমা থুদোংচাবা মুমিং অমদদি নয়থুঙ্গী থুবম শিনথিবদি শোকদবনি। নয়াম্বুং মহারাজনশু মতম পুন্নমক্ত, ইচা ইবুংতো রাংথৈবাকপনা হায়থ্রবদি লোইরে অতু মডাইরে হায়দুনা মরম পুন্নমক্ত ইশিন শিন্নরি স্নাথা মচা থব চেকশিন্দ্রবদি নোংমদি লাংদা থুবা শোইদ্রবনি। মচিন মনাও অতম অসি সনা থৌগন থরা লাপ্পবা তৌবনা ফগনিংকো"। রা অসি তাবদ স্নাথা পাকানা মগুঙ্গী মরমদি থংদবনা হাই, "ইপু মেঙ্গুর চুম্মিনে হায়রিবিরবদো মতুদা মথোয় অসিবু তাম্থোক্নবা তৌগদবসি ফনা লুবা অমনি"। স্নাথা সনা পুক্নিংদবু মরম অদুবু থনবিরবদি মতুদি করিশু লৈতে পুকচেন্দবু চেংনদবাদি য়াথ্রে করিগুম্বা হায়দাক্নরবাদি মী মাংনবেদো থবক্কি শোইদনবদি ইপুনা থৌরাংলনি হায়না তাংনদুনা মপু মনাই হনমিন্নরক্রে। নোংডান্নগা রাংথৈরাকপা দিনচন্দ্র মুংথিলগী সনা থৌগন তৌবম্মগা মুংদাঙ্গী সনা থৌগন অমুক কারককদবগী শন্ধ্যাগী মতম অদুদ শ্রীগোকুলচন্দ্রগী সেব তৌব শংগাইদা লেংথরকই। তামক অসিদা শ্রীযুক্তোনা মুমিং খুনিঙ্গী থুকমজতুনা থমজবা শ্রীপঙ্কযুক্ত চন্দ্রকুত্তিন। ফাল্লম্বা থুদোং তোংজৈ জিলাদা লেংবদা থুদোং হিদাকমুবু সন থুত্তগী নাম্ভে কখিতুনা থ্রাই তুরেন্দা তাখি হাইবদগী থুদোং ফানখিদবদগী কারা ফিশাংনা য়েমহুনা সনা কাকক চুপ্পা থনম্নবা থুদোং তোংজৈ অতুবু শ্রীথাঙ্গাল মেঙ্গুরনা সনা থৌগন সনা শঙ্গাই মচুংদ চালম্নগা তুতুনা পুথ্রে স্নাথা দিনচন্দ্রনা সনা থৌগন কারক্রিইদ।। শ্রীযুক্ত দিনচন্দ্রা রাংথৈরাকপনা শ্রীযুংকী সনা থৌগন তৌবসি নিয়ম নাইনা থৌগম তৌই, মুংথিন্দগী থৌগনদনা মুদাংরাই ফাওবা থৌগন তৌরম্মগা কুমকুনা শ্রীগোকুলচন্দ্রগী শন্ধ্যা অরতি

সেবা চংলি, নাম শোনবা লোইরগা লুক হাদুন। সনা থোগন অমুক কায়রুনা অহিংচুপ্পা লোইশং খুদিং চংদুনা য়েংতি । সনা কোম্নুং অকোইবা কোইনা চত্তুনা য়েংতি করি করিগুম্বদা সনা কোন্নুঙ্গী মপান থাংগতবাং ময়া ফাওবা অকোইবা চত্তুনা ই পাও তাবগু মচংলি অশুন্না তুম্বা হিপ্পা পোংথাবা থংদনা সনা থোগন তৌদুনা মন্নুং মপান নাইদনা সনা কোন্নুংদা য়েক্রবা হাম্বজনবা ঙমদনবা য়েক্রবশিঙ্গী থৌরাং মাংহন্নবগীদমক য়াম্না চেকশিন্না থরাই হকচাং পাম্মুবা লৈতনা অহিং চুপ্পা সনা কোম্নুং ঙাক্লম্মগা নোংঙাল্লবা মতমদা শঙ্গাইদা কুমদুন। অমুক মতেক ঙাইহাক্তং পোংথাক্লবনা মপু সনা থোগনগী থৌরাং লম্বী ওইনা নুমিৎ খুদিং কাইদনা সনা থোগন তৌই । শ্রীপঙ্কযুক্তো মহারাজগী চুংদাঙ্গী সনা থোগন কাব, মতম ওইদুনা শ্রীগোকুলচন্দ্রগী সেবা লোইরগা শঙ্গাইদগী সনা কোন্নুংদা কাবদুনা মতোন মহারাজগী সনা থোগন তৌদুনা য়াম্না চেকশিন্না সনা কোন্নুং অকোইবা চত্তুনা অহিং চুপ্পা তুমদনা য়েক্রবশিংবু চংবা ঙমহন্দনা কোইনা ঙাকুনা থোগল্লগা নোংঙাল্লবা মতমদা লোইশং কাবা মচা অঙম্বশিংদা সনা কোম্নুং শিন্নদুনা হিরম পুম্বা তাক্লম্মগা শঙ্গাইদা কুম্নদুন ঙাইহাক্তং চেপ্তুনা পোংথাদুনা লৈখি ।

শ্রীপঙ্কযুক্তো মহারাজনা মপাবুংনা ফাম্বা খুদোং তোংজৈবু থুরুমজবা চংবদা তোংজৈ লৈবা উত্রে । হিঃ করিনো কাব্রং ফিশাংনা য়োম্বা তোংজৈ লৈতেনা হায়না কোইনা খিনবদ খিবা ফংদনা সনা কোম্নুং মন্নুংবু ইলাং লাংনা লৈ । অযুক অঙনব, অসিদা মতম ইচ চাদনা মেঙ্গব থাঙ্গানগা কাহনে পাকাসনাগ। মপু মনাই লোয়নদুনা সনা থোগন লাকপা শানা শঙ্গাই মন্নুংলোমদা চংশিল্লকুনা ইবাং অসি তারগ। শ্রীযুৎকি মফমদা থঙ্গাল মেঙ্গরনা হঙ্গলি পঙ্কযুক্তো তোংজৈগী মরম অসি ননাইশিংনা থংফম খোক্তে মন্নুংগী সনা থোগনগী ননাইশিংন। থংগদবনি ঙরাংবু মন্নুং চনবা সনা থোগনবু কনা ওইবনো ? রা অসি তাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ ত্রাংজ লুক্রা সনা বুদ্ধি তৌনা হেক লৈখি। হায়রিব অসিদি ইচা ইবুংঙো বংথৈবাকপন। নগী মন্নুং চনবা শুমিৎ খুদিংগী সেবা ওইনা ঐগীদমক য়াইফনবা থরাই হকচাং পাম্মুবা লৈতনা তুমদ, হিপ্পুনা ঐগী কোম্নুং অকোইবা অসি কোইনা চত্তুনা য়েক্রবশিংবু খেনজিল্লকপা ঙমদন, ঙাকুনা লৈরিবা ইচানি মসিদা হায়রিবা মরম অসিবু থংবদি থফম অমদি খোকই মদুমক্তি ইচানা তৌগনি হায়বা লম্বী অসি হায়বা ঙমদে হায়না মরম অসি থন্দুনা ঙাংথোকপা ঙমদনা তুমিন্না লৈখি ।

সনা থোগন অযুক্তি অমুক কাবা মতম ওইদুনা রাংথৈরাকপা শ্রীদিনচন্দ্রসিং মনাও শ্রীইন্দ্রধ্বজ সনা ঙাংবা, শ্রীগুনধ্বজ সনা কাল। অনিনা সনা থোগন তৌদুন। শ্রীযুৎকি সনা থোগন তৌগদবগী সনা কোম্নুং মন্নুংদা চংলকই। শ্রীপঙ্কযুক্তো মহারাজনা রা ঙাংদনা তাংজ লুক্রা কম্বাল লাংলম্বা উবদ। শ্রীদিনচন্দ্র রাংথৈরাকপগী য়াম্না মুংঙাইতবা চিংনবা রাখন ওইখ্রে । ইতোন মহারাজগী স্না

পুক্নিং থুংদবা করম্বা মরম লৈরবনো ঐনা ঙসি থোগন লাকপা অসিবু খরা থেংগ্রবরা মরম অসিবু ঐবু থংবা ঙমদ্রে সনা পুক্নিং অসি য়ায়া রাবা মুংঙাইহনপু উইদা” । রাখন তৌনা তৌনা মা নাক্তা চংহুনা শ্রীযুৎ অমসুং রাজ সভাবু খুকমহুনা খুৎ লোম্বনা হংগৎলকই । সনা মায়থোং লাংশিন্না নচানা থোগঙ্গগে লাকচবদা সনা ফম্বাল লাংঙম্নশিবু নচাগী অবাবা লাম্বা কংদবা রাখন ওইনা থোকডমজে সনা পুক্নিংবু চিংনবা করিবু লৈবিবা মরম অহু থংজনিংহুনা নচানা ফিগাও শানা য়াজনা নথোং শোক্না নিজরি সনা য়াথং ভাকপিবা । রাহং অসি তাবদা শ্রীপঙ্কজনা “ইচা ইবুংঙো মংম অতৈ অমগী থোইদোকপা নত্তে ঙরাং অহিং নদোনা ফাল্লম্ব সনাগী পৃমযৈ খুদোং তোংজৈ মংখ্রে মরম অসিগী ইতোম্না পুক্নিংদা চিংনবা লখী ওইহুনা লৈরম্মি । মতম পুম্নমক্তা মসুং মপান নাইদনা নৈগীদমক্তা থরাই হকচাং পাম্মুনা লৈজনা হোংনবিবদি ইচা ইবুংঙোতনি মসিদা কনাগুম্বনা ভাথিবা য়েংখিবা ওইহুনা ইতোম্না নঙ্কো শক্নুনা কুমিৎ খুদিংগী সেবা তৌজবা অসিবু সেবা কংদনবা থৌবাংবিগ্রে মরম অসিতদি ইচা ইবুংঙোনা নতোনবু মুংশিবিহুনা নঙ্কোগী সেবা অহুতদি কাউদনবা মরম অমুক্তা থিজম্মু” । রা অসি তাবদা রাংখৈরাকপা শ্রীদিনাচন্দ্রা ঙক্নুনা ঙাইহাক তুমিন্না ভাংজ লুক্না রাথম তৌনা লৈ । থাজ্ঞালনা হাই, মচা ইবুংঙো সনা পুক্নিং থুংনবা লখীদি মচা ইবুংঙো নত্তুনা কনানবু শিনবা ঙম্নগদগে সনাথা মচানা থংবা মরম অহু তঙ্গতুনা খুদোং তোংজৈ কংনবা তৌবনা ফজ্জদা” । রা অসি তাবদা শ্রীভাংবা ইন্দ্রধ্বজ, শ্রীকলা গুনচন্দ্রা মচিন মনাও অশাওবা ওইহুনা “করি চিংদা তোংবগী লমচৎ রাঙাং অহু রাজ সোংভা মযাইদা থোগল্লোম্নি নত্তে থংদনা পংঙাং ভাংবা শাত্রা শ্রীযুৎ মহারাজ সনা ফম্বাল লাংলি ঈদ্র নমিৎ অহুবু লৈত্তেংলা নচিন নরৈ কক্নবা নচিন রাবকপা ঙমদবা মীবু রারক্নবা শ্রীযুৎকি মনাইশিং লৈ থংগ্রা” ? মনাও অনিগী রা তাবদা রাংখৈবাকপনা হাই, “করিনো ইনাওশা পাবুংগী সনা মাংদ রাঙাং অহুম্না থোথনবা হৌনত্রা পাবুংনা সনা ফম্বাল লাংভিজৈদা রাজনিতি পোগল্লোর কাউনা রা ভাংবা হৌনদে রাঙাং অহুগুম্বা অমুক হম্না ঙাঙ্গম্নকো মতুংদা” । মযাথুঙ্গা রা তাবদা শাওবা রাদবনা শ্রীইন্দ্রধ্বজ স্না, শ্রীগুনচন্দ্রসনা মচিন মনাও থদাং চিক্নুনা তুমিন্না যমহুনা লৈখি । শ্রীযুৎ সনা চরোন্দা রাংখৈরাকপা দিনচন্দ্রনা হংগৎলকই, “পাবুং ইঙ্কোগী খুদোং তোংজৈ নচানা থিহুনা ঙসিদগী মুমিৎ তম্নি শুবা ফাওবগী মমুংদা কংনবা তৌজনি মসিদা অমতংদদি পামজৈ, তোংজৈ অসি লৌরম্বা লৈরম্বা অংবুনা সনা নোংদম কমদৌবা হৌমবগে য়থং অহুতদি অঙম্বা প্রজা তাহন থংহনজনিংভি নচাবু” । ‘ইচা ইবুংঙো মরম পুম্বা ইতোম্না থংলে ইচানা নিংবা কাইদনা ইতোম্ন মতিক চাবা তৌগদবনি তোংজৈ লৈরমবা লৌরমবা মহাক অহুদি লৈ ফং-হনবনা মাগী মতিক চাবা লমচৎকি দগিনি” । সনা য়াথং হায়রম্মগা সনা পুক্নিং মুংঙাইহনা শঙ্গাই মমুংদা লেংশিনখ্রে ।

রাংখৈরাকপা দিনচন্দ্রসিং সনা পুক্লিং শুংশিনা মনাও অনিনা থোগন তৌদুনা শংগাইদা কুম-লক্লগা শংগাইদা লেংশনবা তৌদনা শ্রীগোকুলচন্দ্রগী বৈথোব লাংদা লেংশিনখিদুনা মিৎল্লা ইরা চেন্দুনা হরি ভক্তি কত্তুনা অহিং নোংশোইবা ওয়্বোইনা কপদুনা লৈরকপদা মংগী মত্তৌগুম্না "খুদোং তোংজৈ অহু সনা কোম্বুংদগী মেক্সর থাংগান্না পুন্দুনা চৎপ্রগা মতোম ইবুংঙো কম্বান পাকাগী মখুত্তা শিরগা থাজ্জান মেক্সর ময়ুমদা হুনখি। তোংজৈ অহুনা সনাখ্বা পাকানা ইমুংদা পুশিনখিদুনা খেউগী পাকশি মফুংদা হাপ্লগা সনাখ্বা পাকাগী চেপ্পবা ফমুংগী ফক্লাংগা তাইনবা কাংখোল ময়াদা থল্লগা কাংখম্না খজল্লম্মগা সনাখ্বা পাকাবু মপান্দা হেক লেংথোকখিবগুম্না উই"। মগুং অসি হেক থংবা অহুদা সনাখ্বা রাংখৈরাকপা দিনচন্দ্রা কপল্লদগী মোমোন নোকুনা শ্রীগোকুলচন্দ্রগী নাম শোন্দুনা লৈবাক্তগী হোগৎলকতুনা কোইনা য়েংলকপদা মোংতাক্লমদুনা সনাখ্বাবু প্রণা অম্বান তৌথোকতুনা অনিক ভোজন তৌদুনা গোকুলচন্দ্রবু নিংদুনা "ননাইগী নিংজবা অশাগী থৌরাং লগী অসি কাইহনবিয়ু" হায়না ভক্তি তৌদুনা নাম শোন্দুনা মুমিৎ তাবা তাইদুনা লৈখি। শ্রীযুক্তো মহারাজ মচা ইবুংঙো শ্রীদিনচন্দ্র রাংখৈরাকপনা সনা কোম্বুংদা কারক্তবা অহুদা সনা পুক্লিং খম্না চিংনবা ওইনা লৈখি। মুমিৎ তাবদা সন্ধ্যা আরতি গোকুলচন্দ্রগী সেবা কৎলম্লগা সনাখ্বা রাংখৈরাকপা দিনচন্দ্রসিংহনা মনাও শ্রীতাংবা ইন্দ্রধ্বজসিং, শ্রীকালা গুনধবজসিংগা লোয়্‌ননা সনাখ্বা কম্বান পাকা সনাগী শংগাইদা লাক্লে। সনাখ্বা পাকা সন শংগাই মাংগোম্না মনাই খন্নবা থোগন তৌদুনা লৈ। মতম অহুদা সনাখ্বা রাংখৈরাকপনা 'ইতোন ইবুংঙো নচা পুরুষর্জত্রি"। "ইচা ইবুংঙো রাংখৈরাকপা ইতোনগী ইফমদা লাকপবু করম্বা মরম লৈবগে চংলকশি লাও ইতোনগী নাক্তা"। "পাবুংতোন ওরাং শ্রীবুৎকি সনা পুক্লিং য়াম্না রানা মুংঙাইতনা লৈবদুদা নচানা রাশকুনা হংগৎলুরে চয়েংগী মুমিত্ত খুদোং তোংজৈ কৎকে হায়না অহুগীদমক খুদোং তোংজৈ লৌজগে লাকচবনি কনাগুম্বা জ্ঞান লৈতবা ননাইশিংনা সনা কোম্বুংদগী তুদুনা পুরক্লগা খুদোং তোংজৈবু সনা খুত্তা থৈদুনা থনম্বা অহু লৌজগে লাকচবনি নচাবু"। রা অসি তাবদা শ্রী লাইশ্রবা ওঝা ইশৈ চনবা, শ্রীনোংমাইথেম্বা পুংচৈ হুঞ্জব কোক্লে অনি অসি সনা নাক্তা রারি শাদুনা লৈরমবদগী রাহং অসিদা উওক ওকুনা তাংনম্বা রা অহু তাদুনা অহুম লৈ। মতুদা কম্বান পাকানা খুম্মি "ইচা ইবুংঙো মরম অহুদি ইতোম্দি থোইদোকপা থংদেনা"। "তৌবিয়ু পাবুংতোন নচা রাশকপ্রবনি হয়েংগী মুমিত্তা তোংজৈ কৎকনি হায়না"। "ইচা ইবুংঙো তোংজৈ অহুগী মরমদো ইতোনবু তশেংবা থংদবমক্তি"। অহুদি পাবুং রারৌবিয়ু পুক্লিং চন্নবা শংগাই মনুংদা অহুক থিজনা তারে তাংবা, কালা শংগাই মনুংদা অহুক য়েংঙ, সনা মাংদা নফি মরোন অহুক শোইনা থমদুনা পাবুংতোনবু অহুক হান্না য়েংহল্লম্মু"। রা অসি তাবদা তাংবা,

কাদা মচিন মনাও মক্কিং মহোন থম্বা যাবমথে লোটনা থম্লগা হকচাংদা পকপা ফিবোনবু ওঝা ২ বু সনাখ্যা রাংথৈরাকপনা কৌশিন্দুনা য়েংহল্লগা ভা বা, কালা মচিন মনাও শক্তই মমুংদা চাংতুনা য়েংবা ফৌথি । মতম অতুদা স্নাথ্যা পাকা ফমফমদগী চৌগতুনা চংক্ক তৌই । পাবুং মফম অতুদগী লেংথোকপা থুদোং কয়া মুংঙাইরোইদ্রা অতুম ফস্টীবনা ফগানি হাইতুনা রাংথৈরাকপনা থামজুনা থম্মি । ভাংবা, কালা অনিন শংগাই মনুং অৎভদি যেংজরে পাবুংতোনগী কাদ মঙাইরে মসিবু কমদো হায়রনো ? ইনাওশা মফম অতৈন্না লৈরম্মবদি য়েদশ্ তোকশি নিংবনি বেন্তার থোক্কে পাবুংতোনগী কা মক্কনা য়েবদি অতবু লৈরমন্নবমিন্না পাবুংগী কাশু য়েংবা ওইদনা" । মতুদা পাকাসনা চৌগতুনা ডমুংদা চংগে হেক তৌই অতুদা রাংথৈরাকপনা "পাবুংতোন লেংশিন-শিন্নবশু নচাশিংনা লৈবু লৈরবদি শোইদনা পুথোক্কনি লেংশন্নবশু যানি হন্বিশি" হায়না চহন্দনা থামতুনা থম্মি থুনক অতুদা ইন্দ্রধ্বজসিং, গুরুধ্বজসিং মচা ইবুংঙো অনিনা শ্রীযুক্তো কহান পকাসনাগী ফমুঙ্গী কাংথন হাইগতুনা য়েংবদা ফক্লাং মথ্যাবোমদা উপু পাকশি অমা লৈরমতুনা পাকশি অতু পুরক্কুনা সনাখ্বা পাকাদা লানশল্লে । রাংথৈরাকপা দিনচন্দ্রনা হকংলি পাবুংতোন উপু মচা অসিবু অমুক্কা হাংবিগদ্রা মনুংদা অমুক্কা য়েংজগে নচাগী পুক্কিং চম্নবা ইচা ইবুংঙো পাকশি অসিগী শোদি মাংথিতুনা হাংদবশু কুইরবনি থোইদোকপা অরুবা পোং থোইনা থম্বা লৈতবনা ইতোন্না উপু অসিবু হাংনবা মরম থোইনা তৌদে পাকাশ আনদা যাওবোইদা । অতুদি শো মাংখ্রবদি হাংনবা শো লৈত্রবনিনা নচাগী থুংকি শোনা অদুক হাংজবা তারে য়েংদরবদি যাদবনিনা রারোবিগনু লাও ওঝা ইশৈ হনবা পুংথৈবা হল্লবা অহনগী মতম শ্ক্রন্নুব উপু ত্যজে করি লৈবগে ওঝা অনিশু য়েংবিহৌ কৌশন্দুনা সনা নাক্কা শ্রীলাইগ্রোবা ওঝা ইশৈহনব, শ্রীপু থৈবা হল্লবা নোংমাইথেম্ব পাকাসনাগী মনাই অনিবু কৌশিন্দুনা উপু হাংবা য়েংহল্লি । রাংথৈরাকপা দিনচন্দ্রন থুদোঙ্গীদা নিয়ম অমা হায়তুন। পাকশি অতুগী শোমাইদা মপদা পাকশি অত মথুম হালে মনুং অতুদা কাব্রং কিশাংনা য়েংপ থুদোং তোংজৈ অদো লৈরাম্ম । ওঝা অনিশু তোংজৈ অসি টবিবেদনা ? সনাখ্বা উজরে । অতুদি করিগুম্বা তোংজৈ অসিগী মরমদা বাথোক্রবক্কবদি ধর্ম য়েংতুনা অংতৌ অংতৌবা অউ অউবা মরম অসিদি থুম্বিগনিদো পাবুংতোন নচ চংচরগে হযেংদি শ্রীযুৎ সনা থোগন থরা ওম্না থাঙ্গান মেঙ্গর নপু ননাই লেংথ পিনক্কনিদো ইনাংওশা হল্লশি পাবুংতোন চেপ্পা থেংখবে । রা অসি হায়বগা শ্রীযুক্ত রাংথৈরাকপা দিংচন্দ্র মনাও ভাংবা কালানা থোগন তৌতুনা শক্লাইদা হল্লকুনা চেপথি ।

নোংভাল্লবা মতমদা সনা থোগনগী অশম্বা পুম্বা কারক্কুন। সনা থোগন লাংলব, মতমদা সনাখ্বা রাংথৈরাকপা দিনচন্দ্রনা কাব্রং কিশাংনা য়োমবা থুদোং তোংজৈবু পুরক্কুনা শ্রীপঞ্চযুক্তো

শূরচন্দ্র মহারাজনা মফমদা কংলে। তোংজৈ অসি পাবুং মহারাজ অরৌবা মীদি থংজিং থনমবা মফমদি পাবুংতোন পাকাগী শঙ্গাই মসুং পাবুংতোনগী কাদা থনখি লৈরমমনা। পাবুংতোনগী উপু মচা থেউ পাকশিগী মস্তংবা লৈরম্মি সনা নোংদম কুপানি মরম অসি পাবুংতোন পাকাগা মমহুনা য়েংভি ইশৈহনবা ওঝা, পুংয়ৈ হঞ্জবা মথোয় অনিগু মরম পুমবা থংহৌ উহৌই। মা অসি তাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ মনাইশিং কৌশিন্দুনা হাই, পাকাসনাহু ঐগা উনখিমুশি হায়রু হায়না মনাই থরা পাও থাগ্রগা বিচার তৌদনা অচুম তুমিন্না তোকখি। রাংখৈরাকপনা হায়রকই, "সনা য়াথংনি হায়দোকপ্রবনি হায়দুনা অতোপ্পা অমদা ওইরম্মবদি লৈ শোইদনা ফংহনগনি, ঐগী মসুংদা থোক্লগা ইনথোক্লগা হেক তোকতুনা বিচার তৌদবা প্রজাগী মপা মমা ওইবিরিবা নিংথৌনা ইচা মীচা য়োংলৈ মেলৈ অচান মীরাই নাইনা য়ায়েন নোংদমবা, রাশক্তি মগুন ভাক্তবা, হাইখিবা রাগী মথা পোন্না চত্তবা শরু পান্দবা লৈয়েংনা হায়নিংবা ভাংনিংবা পুক্লিংনা নিংভকপগি পংভাং ভাংখিবনি থন্দোকপা ওম্বা, হাইদোকপ্রবা রাগী অয়েপ্পা লৈত্তবা অসিগুম্বা মফমদা রাংখৈরাকপগী ইভক য়োম্না থৌখনবদা ইতিক ইপা থোক্কে। মফম অসিদা সুমিং থুদিং ফমহুনা দরবার বিচার য়াওরবদি মাইথিনবা হায়বহুনি পাবুং মহারাজ সনা থৌগন নচাবু নোংমা নিনিদং ভুম্পাক য়ুমদা অচুক পোংথাকখিগে ইন্দ্রধ্বজ, শুনধবজ য়াবা কুয়ে শ্রীযুৎ মহারাজ অয়াম্বা রাজ শোভা পুম্বা ভক্তি কংচরি ঐদি অচুক থরা হান্না কুমজরগে" ভক্তি কংলয়গা সনাখ্বা অচুম শঙ্গাইনা লেংখ্রে। সুমিং অচুগী দরবার অচু অহুমক কাইরে মতুং অচু সনাখ্বা রাংখৈরাকপনা শ্রীপঙ্কযুক্তে। শূরচন্দ্র মহারাজগী সনা থৌগন অযুক অমুক সুংখিলগী থৌগন অমুক কাহুনা সুমিদাংগী অমুক কারগা শ্রীগোবিন্দগী মঙ্গোল অও মতম ফাওবা সনা থৌগন তৌহুনা লৈরবদো ত্তোক্লে। শ্রীগোবিন্দগী সেবা নোংমগী অনিরুক অচুদি কাইদনা চংলগা শঙ্গাইদা পোংথাহুনা অহুমক লৈখ্রে।

লাংবচক্তি কুমশিং ৪৯৮৮ নোংদালাই কুমশিং ১৮৮০ খৃ ১৮৮৭ শাঃ ১৩০৯ চৈথারোল চঃ ৪০৪ শ্রীখুন্দোংবা থোলোগী কুমদা পঙ্কযুক্তে। শূরচন্দ্র মহারাজ মন ও ইবুংঙো পাকাসানা, শ্রীমেঙ্গুর থাঙ্গাল অচুম্না রাংখৈরাকপা মচিন মনাও অচুম্বু ম'হম্মবগীদমক মতম পুম্নক্কা রা ভাম্নহুনা মসুংদা থৌরাং কয়ামুক চোংনহুনা শিল্লি অচুবু থবক অচু পাংথোকপা ইয়া য়াদনা লৈ। নোংমদি শ্রীতরুং শুবদারবু বার্তন তৌবা চংহল্লি। সনাখ্বা রাংখৈরাকপা বিনচন্দ্রা শঙ্গাই মাঙ্গোন্দা ফমহুনা থুদোং ফান্দুনা লৈরম্মি। শ্রীতরুং শুবদারনা, সনাখ্বা ননাই ভক্তি কংচরি। অঙম্বা তরুং শুবদার উবদা কুইরেদা ওসি লাকথোক্তনা লাকপিববু কবম্বা অচুক হাইবিগদবা লৈবা অঙম্বা হায়বিশি। ঐচ্ছা নিমন্ত্রণ অমতা কংচগে লাকচবনি। করিগীনিবা অঙনবা? "মহারাজ নত্তোন ইবুংঙোনা ইচা ইবুংঙো উদবা কুইরে চামিন থকমিন্নদবগু ইচাগা চাক চামিন্ননি

হায়খং বাস্তোন তৌরঞ্জ ইচাবু ঐনা চাক কৌথনি হায়না ভাকপিরকই"। ঙি অঙমবা কৃষ্ণগী মহুবু বাস্তন হায়বা লৈত্রা সনা য়াথংদা তাকপিরগা লোইরে। সনাগী খ্রিয়-ংকি পুক্কিং অসি সনাগীগী লেংংকথিনবদগী নোংমা সনা পুক্কিং মুংডাইববু উদে ঙসিদি সনা পুক্কি কমদৌনো থংদে ইচাগী মপক উদবা সনা দরবার য়াওথিদবা, লুক হান্নিম্নথিনবা মুমিৎ অশক কুইরক্রবদা নখোয় অমত্তনা করি লৈবগে নে,"মতবু হৌদোক্কে ভয়েংগী মুমিত্তা লুংগা শদা যন্নাম্নহুনা সনা মাউয়োক্লহুনা লুক হানি হায়হুনা সব য়াথং হৌজিকমক বাস্তোন তৌক হায়হুনা সনা নকতা ঙাইহাক্তা পনবা য়াদনা পংতোম্না তাদ্দুনা মফম মরাং থংদনা ননাইশু শঙ্গ ই য়ৌননা হেকতা চেম্বরক্লিবনি ননাইশু হঙ্গবগে হায়না হল্লকুনা সনা কোন্নুংদা মবোল পুন্দা অমুক ঙমহুন লৈখি।

পোংডল্লবা মতমদা থাঙ্গাল মেজ্জরনা খুজিন তৌহুন নিপা ৩০ গা কেয়াংহুনা নিংগে দিল্লগী বৈথোপ শংদা লুমহুনা লৈরে। হোগাইবী খোংদ সিপাই ১০ না নোংমৈ মচা হান্দুন লুনহুনা লৈংল্লি. নিপা ৩০ অমনা লুকতা শং মহুং মপান্দা সেবা চংবা শাহুনা লৈত্তল্লু চাক তোংবা পুজারী অতুগা তাম্নহুনা অত্তেকপা থোংবা মথেল অমা চাবদ শিবা য়াবা থাকুনা পোংহল্দুনা কেওয়া থোবাং তৌহুন থনক মরম মক্তা তরা থেক্না মনুংদ শিন্দুনা থমংখ্রে। অমুক অঙনবা সনাগী রাংথৈরাকপনা চেপ্পদগী হৌংহত্রিতৈদ শ্রীচন্দ্রজ, ম গুনধ্বজ মচিন মনওনা ময়াম্নুগী সন নক্ত পাকুনা হাজে "য়াথুং ঙসিগী লুক হাবা লেংব অসিবু কমদৌবা তৌবনে? ইনাংনা ঙসিগী চাক চাব অসিবু মরম বয়া চুমদনোইন চত্তবনা যগদম্মাল্লে হায়না ইমু দগী চেপ্পা চেপ্পা, হাই। বরে অসিবু শংং মনা তবে (ইনাংশা নাখোয় অনিনা চত্তুন থোংব তৌবনা যগদমাল্লে) হায়না ঙাকরমাল্লে য়াথুংবু সনা হকচাং কমদৌবনো? য়াথং থেংউদোকপ তৌদেশর খেদবাং ৫: চেপ্পা। যাখিনি ননই ঐখোয়না শোইদনবা হোংনজনি, হাইদন মগী মাগী ময়ুমদা হল্লহুনা হক মাংত্তাজহুনা চন্দোয়নচিংবা থোনবা লাইবগা সন থোংন্নি হাযহুনা কোন্নুংলোনদা লাকুনা শ্রীগোবিন্দজিবু ভক্তি তৌহুন খুরুম্মি। খুদক অতুদা উদি উইন্দনা থাঙ্গাল মেজ্জরনা মনিং থংলহুন চমহুনা লৈবা নিপ ৩০ অতুন সনাগী অনিনা দণ্ডবোট ভক্তি তৌইদৈন ননুনা ফারায়া থোং খুৎ খাঙ্গা পান্নন য়োংইদ ফলাং পানা তুবুন লিফানংখ্রে। খুদক অতুদা থঙ্গাম্ন সন পুক্কি কমদৌনে থোগন অসিনো? রা অসি তাবদা ঙাংবা, কলানা মুংঙাইদা থাঙ্গল হাও নঙ্গা নিতি অসে থেঞ্জ মচাগী হৌনবী মাইগুক্রম্নবদি ননিং থুঙ্গদবনি অতুবু হাযকহুনা কান্নয়েদনা। বা অসি তাবদা মেজ্জর থাঙ্গালগী মনাইশিংনা সনগী অনিবু লৈব ভাইমখুবগা লোংনা চিংশিনখিহুনা কৈশুম শংদা কনা খংহন্দবা থমখি থাঙ্গাল মেজ্জরনা হঙ্গংলি. পঙ্গয়ুক্তা সনা বুক্কি অমুক্কং তৌবিপ্রবদি থবক অসিবু অকাইবা লাকপগু য়াই মখাদি খুহুম চল্লেদো মউদি হৌজিক কাওবা

কারক্তি । রা অসি তাবদা শ্রীযুক্তো মহারাজনা সনাখ্য রাংখৈরাকপবু কৌনবা শ্রীতরুং গুবদায়বু থারে। তরুং গুবদারনা সনা য়াথং পুন্থনা তম্পাক যুমদা চংলকুনা "সনাখ্যা ননাইবু খুরুমজরি"। পাবুং মনাই অওহা কৰি তাকপিগদবা লৈবা ? সনাখ্যা ইবুংঙো শ্রীযুৎপু লুকহা শংদা লেংশন্দুনা মচা ইবুংঙোবু ঙাইদুনা লৈহৌরে মচা ইবুংঙো লেংঙক্ত্রিবা মথৈ শ্রীযুৎ লুক হাবিরোই হায়না সনা য়াথং মচা ইবুংঙোবু কৌজরু লাকচবনি । রা অসি তাবদা সনাখ্যা রাংখৈরাকপা সনা বুদ্ধি তৌবদা রাজনিতি থৌগল্লোন কাইবা থোক্লগদবমাসে হায়দুনা শঙ্গাইদগী সনা থৌগনগীদমক লেংখৎলক্লে ।

শ্রীগোবিন্দজী মন্দির পরিক্রম্ম তৌদুনা শ্রীগোবিন্দজিবু খুরুম্মগ লুকহা শংলোমদা লেংশিনখি। লুমদুনা লৈব, মথোয় ৩০ কৰি তৌরোবা ঙমদনা অত্থুম তুমিল্লা লৈহৌই । শ্রীদিনচন্দ্র রাংখৈ-রাকপনা সনা চরোন খুরুমজরি লুক হাবিরো নচাবু সনা থৌগন তৌজগে । ইচা ইবুংঙো লাক্লব্রা ইঙোন্না ইচাবু চামিন্ননিংদুবা ঙাইরিবনি চংলকউ ইপা ইচা মাইয়োক্লনা ফমদুনা চামিন্নসি চংলকউ । পাবুং হাবিনবা তৌবিরো ঙাইচাক্কং নচা লুকচা থৌগন ফংজগে ঙসিদি । শ্রীযুৎনা ফমফমদগী লেংখত্তুনা মচা ইবুংঙোগী খুজেং পাইদুনা চিংশিন্দুনা লুকখোং অনিদা অমমম ফমদুনা লুক হামিন্নরে । লুক হাবাময়াই চনবা মতমদা ঙা থোংবা মথেন অত্থু পুরক্তুনা সনাখ্যাদা হাপ্লি, মশক অত্থু সনাখ্যানা থংদুনা লুক হাবা তোক্তুনা আচমোন তৌদুনা শ্রীযুৎপু ঙাইদুনা হেক লৈ। মতুদা শ্রীযুৎনা ইচা ইবুংঙো করিনো হাবা য়াত্রবরা ইত্তেন্না পিজনিংদুনা ইচাগীদমক্তা থোংবা মথেল্লি ? থোইদোকপা কৰি লৈজদে পৃত্তি পক্কা মত্থুং অসি নচানা ঙা হঙদুনা তৌজ-বনি । পাউথুম অহুদা মখা তাবা য়াদদুনা লুক হাবা লোইদুনা মপান্দা লেংথেক্তুনা চৌন খা শেংদোক্তুনা লুকহা শংদা ঙাইহাক ফমদুনা লৈমিন্নে । চৌনতোবা থোরকপদা খুৎথোক্কনি লুম্বশিং অত্থু কবি তৌবা ঙমহৌদনা তৌক্লে । শ্রীযুৎ মহারাজ সনা শঙ্গাইদা লেংশিল্লক্লে সনাখ্যানা শ্রীযুৎকি সনা থৌগন ঙাইহাক তৌরম্মগা লেংথোবক্লে । হোগাইবী থাংজাওদা শিপাই ১০ মোংমৈ মচাক হান্দুনা সনাখ্যারোমদা নোংমৈ চিন্দোন হেক ওনশিল্লকই । ইচাশা নথোয়গী নোংমৈন্থু ঐবু কাপকদবগী লুম্মল্লাব্রা কাপকদবা লৈরবদি ঐ নাম শোন্দুনা লেপুন্না লৈগে থুনা কাপ্পো । রা অসি তাবদা "ননাই ঐখোয় মত্থু নংচদে থোংশংজবনি" । মুংঙাইদা ইচাশা স্না থৌগন পুবা হায়বা অদো অত্থুম পুবা হৌনৈদো কৈজ্ঞ ফৈজ হায়বম্মগা হোগাইবী থোং রাংমা লান্দুনা কৈথেন অচৌবা য়ৌনা লেংথোকখ্রে । হুংযুংবী মপাদা শ্রীতোলেন শর্ম্মা লেপতুন খুং হত্তুনা সনাখ্যাবু থাম্মি, সনাখ্যাবু ঙাইহাক লেপ্তুনা হেক লৈ । করিনো ঐজ্ঞা মচা ? মহুং-লোমদগী লেংথোরকপবু কমদৌরবনো ? করিনো ঐজ্ঞামচা ঐবু ভাব তাবা ঙমদ্রে মাহং অত্থুবু ?

হী: সনাথ্যাদি ভাবিরমত্রিবোইরে ননাই ইবুংঙো অনিবু হংজবনি করি তৌগ্রবগে ঐজ্ঞামচা? ননাও ইবুংঙো ভাংবা কাল। অনিবু মেজর থাঙ্গালগী খুজিন্দগী গোবিন্দ। থুরুম্লিতৈদা নিপা ৩০ না নমতুনা ফারগা য়েংহিং ফলাং চন্দুনা থুদোং থিনা। কৈশুমশংলোমদা পুশনথ্রে অয়ুক্ক, সনাথ্যা লেংথোকখিব। উবদা নাকোইদা লাকচদুনা পাও তারমদবশু য়াই হায়তুনা পাও তমজবা ওইনা। হংজবনি। শোইদ্রবরা মরম অসিবু ঐজ্ঞামচা? সনাথ্যা শোইরোই ননাই ঐ তশেংনা উহৌবনি। রা অসি হায়নরগা মপু মনাই কাইনরে, সনাথ্যা সনা পুক্রিং মুংঙাইতবা লেংশল্লক্কুনা শ্রীগোকুল-চন্দ্রগী সেবা তৌরম্মগা নুংদাঙ্গী লুকশু হাদনা ফমুংদা লেংশিন্দুনা রাথন তৌতুনা চেন্দুনা লৈখি।

শ্রীচন্দ্রধ্বজ ভাংবা, শ্রীগুনন্দজ কালা মচিন মনাওবু ফাতুনা কৈশুমশংদা থমখ্রে হায়রা পাওবু ইবেম্মা অনিনা ভাতুনা মনেম ইবেম্মগী মফমদা মরম অতু তঙ্গংলি। মমৌ অনিগী রা ভাবদা ভাংবম চনু উদেশ্বরী ওইয়েন লাংজেং শাফবীনা মচা ইবুংঙো দিনচন্দ্র রাংখৈরাকপগী মনাক্তা লাক্কুনা হায়, দিনচন্দ্র রাংখৈরাকপা নুংঙাইদা ইচাদে নপ বুংনা পোকপা মান্দেদা। ইমাশি নচা মুংঙাইতুনা লৈবা নত্তে রাথন তৌজবনি পৃতি পক্ষ্য মনুং থোকপসিদা রাংখৈরাকপ। নচানা শা-লানগী ইরাং তৌতুন ব্রাহ্মন বৈষ্ণবশিংনা ঈশ্বরগী চরোন্দা চেং, থোইদিং থবদং কৎনবা থৌরাংবা লম্বীবু অকাইবা ওইখিগদরা হাইতুনা নচাগী রাথনগী চিংনবা লম্বী ওইতুনা ঐবু হৌজিক করি তৌনা ভাবগে থন্দুনা লৈজরম্মিবনি। মুংঙাইদা ইচাদি ধর্ম্ম য়াম্না থংভিদা নমান্নবনা নমাংদা ননাও অনিবু মাইখিবা পিতুনা কৈশুমশংদ। ফাতুনা থমথ্রগা রাথম্নি হায়তুনা নয়ুমদা হিপতুনা তুমিল্লা লৈব, ইচাগী ধর্ম্মশি ইমানা উবদা ওন্থোক্লা পেনখ্রেদা হায়রম্মগা লেংথোক্কুনা চৎখি। মমাশিগী রা ভাবদা রাংখৈরাকপ। সনা পুক্রিং থরগা মুংঙাইতনা লৈরম্বদগী অমুক হেন্না ইকাই মুংশি য়ান্নন। সনা পুক্রিং দুংঙাইতব চেনখিতুনা হয়েঙ্গী নুমিত্তা গুরুজনগী লুক অমতং কংলগা থবক থোক্রবা তৌরগে থন্দুনা মচা ইবুংঙো অহুম শ্রীগোকুললিং, শ্রীমাইপাকসনা, শ্রীলৈরেনসনা অহুম্বু খুদক অতুদা ব্রাহ্মন বৈষ্ণবশিঙ্গী মফমদা অহিংদা নিমন্ত্রণ তৌহল্লে। মতুদা ব্রাহ্মন বৈষ্ণবনা হংঙি "ইবুংসনা করিনো মতম নত্তনা হৌজিকপু নিমন্ত্রণ কোইনা তৌরিবা অসিবু? মতুদা সনাথ্যাশিংনা খুম্মি রারৌবিবা য়াদে হয়েঙ্গী নুমিত্তা ঈশ্বরগী মফমদ। পৃতি পক্ষাগী উশোপ লুক অমত্তা কৎতেদব, য়াদতুনা তৌজরবনি পাবুংগী সনা পুক্রিংদা করিগুম্বা চিংনবা রাথন অমা লৈব্রা কৈনো থংদে ঐথোইদশু হৌজিক্কা ভাকপিতুনা নিমন্ত্রণ কোইনা তৌজরিবা অসিনি হায়না খুমতুনা ব্রাহ্মন বৈষ্ণব অহল লমন কোইনা বাত্তন তৌব। লোয়তুনা লেংশিল্লক্কুনা মরম পুথা তমতুনা লৈখি। সনাথ্যানা য়াথং পিতুনা পুজারী ১৫ না অহিংদগী লুক থাজগুনা নোং ভাল্লি ভাল্লি তৌবা মতমদা চাক থোংবা লোয়তুনা মঙ্গল আরতি হেক লোইখিবগা শ্রীগোকুলচন্দ্রনা লুক চনবা

লোইরে । তুমিং থোকপা মতমদা অচা ইবুংঙো অহুম্না ব্রাহ্মন বৈষ্ণব পুখগী য়ুম্লা চংখ্রুনা লুক লোয়রে লেংঙসি হায়না পাঙ চেন্নুনা সাধু বৈষ্ণব ব্রাহ্মণচিংবা লোইননা লাকুনা সনাথ্যাগী শঙ্গাইদা অশিবগী মান্দোংশ্রা অমাম ফমখুনা লৈরক্লে ।

থাঙাল মেঙ্গরনা অমুক অঙমবদা সনা থৌগল কাবক্লগা শ্রীযুৎকী মফমদা হংগৎলি, "পঙ্কযুক্তোবু নচা ইবুংঙো রাংখৈরাকপা নিংথৌ শেমগদবগী লানচাক থাংহৌরে" । রা অসি তাবদা শ্রীপঙ্কয়ুক্তোনা তকং শুবদারবু থাহনা রাংখৈরাকপবু কৌহল্লুহনা হংলি । ইচা ইবুংঙোবু লানচাক থাংঙি হায়ববু চুমব্রা ? নচাদি লানচাক থাংবা নংচদে পৃক্তি কম্মগী ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অহল লমনশিং থরা মহা প্রসাদি খুম্বা উন্দোব কৎচবসি সনা পুক্রিং চিংনবিবরও লেংথহনা মিৎয়েং তাবিরগা ফংখিনি হায়না অসি হায়বম্মগা সনাথ্যা সংগাইদ লেংলকুনা চাইথনবা পোৱাং তৌহনা হকচাং শেংদোকপা লোইবগা তনিক থোয়বা পোৱাং তৌহনা লৈ । পুজাখিশিংনা লুক শিন্নবা লোইহনা রঙ্গা থথেম শুনবা কোবহাপ হাপতুনা সনাথ্যাগী তনিক তজন লোয়বা মতম ওইহনা লৈ । খুদক অদুদা থাংগাল মেঙ্গর শ্রীপাক্সনা অমিনা তাখহনা শ্রীতকং শুবদারগী মফমদা খুৎলাই পাখবা সিপাহি ১০০ পিহুনা সনাথ্যাগী শংগাইদা খুৎলাই লৈব্রা য়ংউ হায়হনা, থারক্লে । তকং শুবদারনা সিপাহিশিং অদু কোৎনুংগী মপান্দা থম্লগা সিপাই ১০ গা লোয়ননা চংলকুনা 'সনাথ্যা নবাই খুক্কজরি সনা য়াথং শংগাই মগুদা। লৈবসা খুৎলাই মথৌ লোৎলু হায়হনা সনা খুৎন পুথোকুনা পিবিগদ্র নবাই চংহনা জৌজো হায়রব্রা'' । সনাথ্যা ম্না তাংলে ভোজন তৌহন লৈ, অদুদা তকং শুবদারম, রাই অদু অনি অচম্বক হৎনম হজন শাংহনা লৈ । মতৌ অসি শ্রী সনা গোকুল সিংনা মরৈ খুজাই অমা পায়হনা ইকুবদগী কারকপদা উরে । রাঙ্গাং অদু তাবদা লেপতুনা মনাক্তা সমাথ্যাগী হংখিৎ য়েংহনা লৈ । সমাথ্যাও ভোজন লোইহনা শুংদার করি কারগদবা হায়ো তুমিন্ন ঐ ব্রাহ্মন বৈষ্ণব অদুক খুরুমহনা লুক কংনবা তৌখিগে' । "সনাথ্যা মতম অদু তাইহনা লৈব, মতম নত্তে সনা য়াথং অথুবা থবক্তি" । কাম্নরাই শুংদার অপংবনা লাক্না থোবা শাদনা হল্লো অরেমদা য়াংনবসি পাম্মুই ঐ ব্রাহ্মন বৈষ্ণব অদুক ভক্তি কৎলুখিগে" হায়হনা য়ান্দোপলোমদা লেংথোকুনা বৈষ্ণবশিংদা সনাথ্যা ভক্তি তৌহনা লুক কংলে । লুক হাগদবগী বৈষ্ণব পুম্বা চংহুনা অচমোন কৎলে । মতম অদুদা তকং শুবদার অসিনা মপুক্তা "ঐনা থবক তৌগনি লাক্লগা থবক পাংথোকপা তমদনা তোকপা তৌমদে ঐনা চংহনা শিবদা কনানা করি তৌরদগে'' হায়না ইমুং মরুপ্পদা চঙ্গদবগী মথোং নাম্মা দাৱী মথক্তা হেক থাজলে । মতুংদা সনা গোকুল সিংনা মানা পায়কিবা মরৈ খুজাই অদুনা মমাইদা থাহনা ঈনা ইত্তাং তাঙ্গা চেংহনা দারি মথাদা তকং শুবদার তুপ্রে । মাগা লোইজনকপা সিপাই ১০ অদু মপান্দা থোকখিহনা

পাউ অহু তয়ে। মরোল অহু তাবদা বান্দোংদা লৈপন মকুমদা লুমহুনা লৈহৌবা সিপাইশিং অহুনা নোংমৈ মচাক হান্দুনা মমুংলোমদা তম্না পংকাপ কাপশিল্লক্লে। সনাখ্যানা ব্রাহ্মন বৈষ্ণব পুম্নমক চুংশা করিমতা থিবিমু লেংদনা লুক অহুম নিংথিনা হাবিমু শ্রীগোবিন্দনা কুপা শোইদনা তৌগনি ঠেগী মান্দোপ মংদা নোংমৈ মক অমত। য়ৌরক্লোই মপান্দা চেন্থোকপা তৌবিমু লুক লেংদনা হাবিমু রাংখৈরাকপা ইপানা পোকপা মচানি হাইরম্মগা শঙ্গাই মমুংদা চেনশন্দুনা থাং চুঙ্গেই পাইদনা নোংমৈ গুলি মরক্ত অপনবা লৈতনা চেনশিনখিদনা সিপাই মযাম দুম্লিবা তম্না চেনশিন্দুনা শিপাইশিংবু চাইথাইদনা হাংলক্লে। খুদক অদদা খাও পুরা বামোন মচা নরহরি শর্ম্মগা, নিত্যাই শর্ম্মগা অভাং অনিথক চাক চারম্নদগী চেন্থোকখিদনা লৈপন্দা তোংদনা লান অদ যেংভি, গুলিনা পান্দুন নবহরি শর্ম্মা লৈপন্দগী থন্থদনা শিরে। সনাখ্যা মপা মচা মরিনা অকি তুজুং লৈতনা যেংথাং ওইথাং পাইদুনা সিপাইহিশিংগী মরক্তা চংদুনা নোংমৈ গুলি পুম্নবু থাং চংনা ভাক্লগা তাম্না তান্নদুনা হাংলকপা অভকপা মতৌ অমা ওইনবে। নোংমৈগী মখোন তাবদা হাপ্পা মমুংদা লৈবা বৃটিশ বড়সাহেব সিপাই খরগা লোইননা লান অহু য়েংদুনা লৈ সনাখ্য মরিনা সিপাইশিংবু তান্নদুনা হাংলকপদা সিপাই ২০ শিরে সিপাই ১০ দা মভাইরে মথৃনা পায়বা নোংমৈ হুন্দোক্লুনা বৃটিশ বড়সাহেবনা কুমৈ য়েংদুনা লৈবা মফমদা চেনশিল্লকতুনা নথে যবু থবা কনবিম হায়জে। বৃটিশ বড়সাহেবনা শাওদুনা বড়সাহেবনা নোংমৈ উৎহনবদগী মখোয অহু অমুক তম্না চেনখিদুনা থাংভবাং মমুংদা চোংখদুনা সনা কোম্নুং মমুংলোমদা চেনশিনখিদুনা লানগী মঙ মযম অহু তমদুনা লৈখি। সনাখ্যা মরিমু লান অহু লোইদুনা শংগাইদা লেংশিল্লদুন ব্রাহ্মন বৈষ্ণব পুম্নমক্তা দান্নচিংবা তৌদুনা ভক্তি কত্তুনা পূজা পঙ্কাগী দিবোশ কৎচবা অহু পন্দেম লোমখ্রে। মহুদগী মচা ইবুংঙো অহুম্নু লানমী খোম্ম্যরে হায়দুনা লানমী খেরহনখি। লান অসি মুংখিলগী পুং ২ তাবা ফাওবা শোক্লখি।

## রাংখৈরাকপগী লান

রাংখৈরাকপা দিনচন্দ্রনা মনাই অহুম থাদুনা সনাখ্যা শ্রীচগেমহাবু কৌহল্লুদুনা লানগী মথং পুম্ন ভাংনদুনা শ্রীসাখ্যা চগেমস্নানা থন্দুনা থাংমৈবন মশাংদা চত্তুনা লানগী লাম্মী খোমগৎলক্লে। শ্রীলৈরেনস্নানা উদিপে ক লমশাং চত্তুনা লানগী লাম্মী খোমগৎলে শ্রীচাওতোন স্নানা শগোলবন লমশাং চত্তুনা লাম্মী কয়ামুক খোমহুনা পুরক্লে। স্নাখ্যা অহুম্না থাই মাইগৈগী অকল অথো লান্দা হৈবা ভম্নমথে থামদনা থাইরম্বন নাদ খোংবান্দা ভিন্নদনা মযম অদদ পৈদনা লৈ, সনাখ্যা রাংখৈরাকপা দিনচন্দ্রা মনাই খরগা লোয়ননা

লাক্লাবা লেংথোরক্লে। থাংজকাৎ লমশাং কোয়না লেংদনা কোম্মুং মমুক্তা ই-পাও তাবা কোইনা শোরোক লমশাং চত্তনা লাক্লাদনা লৈ। য়া অসি শ্রীযুৎ মহারাজনা তারদগা মনাও ইবুংঙো পুন্না লোইনা কৌশিন্দুনা সনা নক্তা থক্লে, বেঙ্গল খোংদনা অকল অথো অগুবা প্রজা কৌথত্তুনা সনা কোম্মুং অকোইবদা পুংলাই পায়দনা চেকশিন্না ভাকতুনা মাইগৈ মরিগী থোং কম্না খিংদনা থোং মমুংদা থুংলাই মতিক চাবা পায়দনা য়েক্কবা হাউজিল্লকপা গুমদমবা ভাকখি। শ্রীযুৎনা থাক্লালদা হংজি, "ইপু অশাউবা লাল শোক্লরগা তৌজিক অসিদা তুমিন্না লৈখিবা অসিবু রাং-খৈরাকপবু লৈত্রবরা"? শ্রীযুৎ মহা ইবুংঙো রাংখৈরাকপা তুমিন্ন লৈরম্মই, করিগুম্বা লালওং অমা শিল্লমগনি লৈ-লৈত্তে থংনবা তোপ অমুক্তা মৈ থৌরি পান্দুনা নহা ইবুংঙোগী য়ুম তম্না কাপ্লবদি থুনমক লৈ-লৈত্তে থক্লনি। থক্লালগী য়া তাবদা শ্রীযুৎনা সনা য়াথং পিত্তুনা মৈ থৌরি পান্দুনা সনা কোম্মুংলোমদগী তোপ কাপ্লতুন রাংখৈরাকপগী মান্দোগী মৈ থৌরি তাত্তুনা মান্দোগ মৈ চাকথংতুনা মথং মথং মৈ য়াইত্তুনা য়ুম ময়াম চাত্তুনা মুগী অভাং লোইনা চেংখাক্লরক্লে। মৈথুনা পুন্নমক মমল্লে মৈগী মৈরিনা পুমজাং ভাংনা কাখৎলক্লে মিকপ মীরাওথোক্লা শক্লাই মমুং থনক্লে মত্তো অসি রাংখৈরাকপনা থাপ্পা উত্তুনা শক্লাই ফম্না চেনথংকত্তুনা মৈরক্তা চেনশিনখিত্তুনা মন্দিরগী থোংজাও কাওথেক্তুনা শ্রীগোকুলচন্দ্রজিবু কোন্দুনা চেংখাক্লগা মপান পুখ্রিদা থাদত্তুনা শ্রীঅঙ্গদা মৈশা লাংববু মুংনবা সেবা তৌই। লানগী লানমীশিং মহা মনাইশিংন মৈ কয়নগী মমক চেনশিন্দুনা মৈ কয়বা থৌবাংই। মতুদা সনাখ্যানা 'ইচাশা মৈনা চাকপা কনবা হৌনদে কনগম্বু চেং থোইদিং পুথোরকউ মৈ পুজা কংখি" হায়ত্তুনা চেং থোইদিং বোইথি থিত্তুনা সনাখ্যা রাংখৈ-রাকপা নিংজবা আশা থুংত্তুনা বরদাম অগ্নিদেববু অবাহন তৌত্তুনা লৈবা খিবিক কত্তুনা মৈদা পুজা তৌথোক্লে। সনাখ্যাগী পুক্নিং থুংভাইত্তবা লোইশ্রবোই লৈবাক মচ পুম্বা ঐ মকম অসিদগী অমুক চৎথোক্লরোই ঐগী লানবন মফম অসিদা শাৱনি। সনা য়াথং প্রজা লানমীশিংদা থংহন্দুনা সন শক্লাইগী মমাং নোংচুপ থোঙ্গী নোংচুপ পাংবা কাং-পোকপিগী লম্পাক্ত তেঙ্গল লানমী পৈত্তুন লানবন শাত্তুনা লৈরে সমাখ্যানা লানমীশিংবু সন, মিংয়েং কোইনা তারকই। সনাখ্যাগী লানমীশিং অসি সনা মিংয়েং তাবদ সনা পুক্নিং অরাবা ওইত্তুনা "ইচাশা নিপা ১৫০ অসিদি নয়ুম নয়ুমদা হল্লো নখোয়বু ইপানা নশক লোয়ন থংলে শ্রীগোবিন্দগী রূপ পিনবদা ওইশনু নখোয় পুম্বা ইপানা ভগমথৈ শেমগনি নয়ুম নয়ুমদা সনা লুপা অসি পুত্তুনা হল্লো নশা অভাং ওইমল্লি থুংলাই পায়বা মতম থরা রাংলি নখোয় পুম্বা শাওগম্বু" হায়ত্তুনা পাখং মহা ১৫০ থক ময়ুম ময়ুমদা হলহনখি। মতুংদা লানগী লাম্বোং শিন্দুনা সনাখ্যানা মাইগৈ মরি খিংনা লান্দাংলে।
১) মথা থোংলোমদা লানমী থরগা লোয়ননা সনাখ্যা লৈরেন সনান লন্দাম্রে। ২) নোংপোক থোংলোমদা শ্রীসনা চাওতোম্না মাগী লানমীগা লোইননা লান্দারে। ৩) ওয়াং থোংজেলমদা

ইবুংশি শ্রীসনাখ্যা চগেম সনাগা অকল অথো মাগী লানমীশিঙ্গা লোয়ননা লান্দারে। পাউ অসি সনা কোম্নুং মন্নু'লোমদা তাড়ুনা শ্রীপঞ্চযুক্তা মহারাজনা মনাও ইবুংঙোশিংদা থোং মরি চেকশিন্না পু হায়ডুনা ১) ঔরাং পোংদা শ্রীকোইরেং সেনাপতিনা লানমী কয়ামুক্তা থোং কন্না পুরক্রে। ২) নোংপোক থোংলোমদা শিথম্বো সনা শামু হজ্ববনা লানমী কযামুক্ত ঙাকতুনা লৈরক্রে। ৩) মথা থোংদা শ্রীকহ্বান পাকা সনানা লানমী কয়ামুক্তা লোযননা থিংডুনা লৈরক্রে। ৪) নোংচুপ থোংদা মনাও ইবুংঙো যুবরাজ কুলচন্দ্রনা অকল অথো লানমী ২০০ গা লোযননা নোংমৈ মচাক হান্দুনা চেকশিন্না হোগাইবী থোজাও ফাওবা ঙাকতুনা লৈবক্রে। মাইগে মরি থিংনা লানলম শিন্নবা সনাথা। রাংখের কপনা মনাই বেঙ্গুন থোংবা অমবু বেঙ্গন থোংহন্দুনা সনাথ্যা খুংলাই পাযডুন লান চংলে হাইবা থো মরি মক্তা খংহল্লক্রে বেঙ্গুনগী মথোল তাবদা মচা ইবুংঙো পুম্বা মনাও ইবুংঙো ইবুংশি লোকেন্দ্রবিরজিৎ, চংগমন্না, মাইপাক্কচিংবা লানমী শিংবা যাংং পিডুনা নোংমৈ মচাক হান্দুবা মা গৈ মরি থিংনা নোংমৈ তারেপ্পা লৈতনা কাপশিল্লক্র। নোংমৈ ম খান ত বদা বংলা ম্না কোম্নুংগী কিনা মন্নু'দা লৈবা অঙগ্না লানমীশিংনা অঙকপা ফংলক্রে। সনা কিলা মন্নুংদগী পাও মনম মনম থ একই 'চেকশিন্নু হন্দাক্কি লান অসি শাইগনি' হায়ন অতংপা লৈতনা পাওগা খুংলাইগা লানমীগা লোয়নন মাইগে শিন্না থোমজিল্লক্রে। থুদক অদুদা রাংখৈবাকপা অকি তুজং লেতনা য়েংথাং ওইথাং পাযডুন নোংমৈ গুলি মরক্তা চোংশিল্লকতুনা নোংচুপ থোং য়ৌশিল্লকই। মন্নুং মপান অনিগী লানমীনা কাপথিবা নোংমৈনা লৈবাক থক থক নিকথরে সনাখ্যা রাংখৈরাকপগী লানমীশিং খুংলাইগী মথোন তারগা ময়াই কাবা শামুনা চিংচেন মত ফনদা মবাই লোংনা লেপতুনা শামান্নবা চংলকউ লেংমান্নবা কনানো য়াথিল্লশি মতাংগম অকি তুজুং লৈতনা থোং মরিবু থুগাইগদবগী থোরাংডুনা থাঙ্গ থাল, নোংমৈগা-নোংমৈগা টাগা টাগা পায়ডুনা থোং তন্না চেনশিন্নডুনা য়ানথাইবা, থিনগাংবা কাপশিল্লকপা অদুদা মন্নুঙ্গী লানমী থাবা ওমশিল্লক্রে। মশিং নাইদনা শিনরে লানমী তেঙ্গোল অনিমক অহিংগী মতম ওইবনা থানদবা মঙাইরে, থুদক অদুদা থোং পুবা ওম্নক্রে ঙাক্কি হায়বতা মঙাইরক্রে সনাখ্যাগী লানমীনা মাইগৈ মরি শিন্না জয়ধ্বনি লাওদুনা হাংলো, থুগাইরো, চোংশল্লো, য়ানশল্লো হায়বা রাংখৈবাকপনা লানমী তেঙ্গোলগা লোয়নন ওকশিল্লকপা হোগাইবী থোংজাও নোংচুপ থোং থুগাইদুনা লানমী ময়াম চাইথ য়রক্রে লানমীশিং থাংব ওমদদুনা কোম্নুং মন্নুংদা চেনশিন্নরক্রে। কংলা শামাংদা সনাখ্যাগী লানমী লৈদুন কোম্নুং মন্নুঙ্গী কিলা মন্নুংগী লানমীশিংগা অপনবা লৈতনা কাপ্পদুনা কন্না শোক্করে। কংলা মন্নুং থাংবা য়াশিল্লক্রে থুদক অদুদা শ্রীযুৎকা থাঙ্গালগা রা ভান্নদুনা লৌনম্বা রাইহেনা জয়ধ্বনি লাওরকই। সনাখ্যা রাংখৈরাকপা দিনচন্দ্র কংলা মেন্দা কাদুনা কম্বাল লাংলে। অঙম্বা লানমী থাংবা য়াদ্রদুনা শংগাই মন্নুংদা চেনশিল্লকতুনা থাংলে।

কংলাগী খোং, মাইথৈ মখি কন্না থিংদুনা থাদুনা লৈরকই সনাখ্যা য়াংখৈরাকপা কোন্নুং মহুং ডম্না তকশিন্নকতুনা কংলাগী মঙ্গং চেকপন মন্না য়ৌশিন্নক্রে। শ্রীযুৎ কিবনা থক থক নিক্রক্রে মীনা ঙাংবা য়া তাশিন্নক্রে কোন্নুং মঙ্গুংদা লৈবা ঙমশিন্নক্রে। শ্রীযুৎকী মতৌ উবদা মহাক্না মখি লৌশিংবনা "ইপু ইবুংঙো মহারাজ সনা বুদ্ধি তপথৌ অদুম তৌববদি মা কোন্নুং লৌখ্রুনি য়াংখৈরাকপা হুয়ৰাস ঈশ্বরগী শক্তি লৈবা ধর্ম কাইদবা লমদা থৌবা লাল্লম থংবা চংগ্রবদা চত্ববা মচানি পুক্কি' তন্না তৌবিমল কাওদবা মিপা ওইবগী অরম্না য়া ঙাংনা য়াশক্কি মথা পোন্না চংচবা অমনি মাগী পুক্কি' থুকহনবা ঙমদ্রিবা মখদি লান ঙখ্বা শক্তি পইররোই খো' থুদিং পাও য়ায়হুন মচা অহুম শিবে হায়বা ধ্বনি অমত' লওদুনা মাগী পুক্কিং তুকচহনবা ঙমব্রা অমুক্তং য়েংঙু তুকথবা ঙম্নবদি জোয় ওইবে থংঙু ঙমখিদ্রবদি কোন্নুং থাদোক্লগা থৌবাং তৌ"। য়া অসি তাবদা শ্রীযুৎনা খোং অহুমদা পাও চন্দুনা খোং অঙম্না মথং মথং শ্রীপঙ্কজ যুক্তোনা জোয় ওইরে লৈরেনম্না সনাতোন ধর্ম কংলে হায়না লাওরকই। মদুদা মাথা চি, করিমো থাথল হাইকেং তৌরিবদা মাইপাকম্না, গোকুলসিং মা চাওতোন সনাতোন ধর্ম ওইবে শ্রীযুৎ মহারাজনা জোয় ওইরে ধ্বনি অসি মাইগী অহুমদগী অমত্তা পইনা হক হাবদুদা শ্রীযুক্ত দিনচন্দ্রগী সনা বুদ্ধি তায়োম্নখ্রে যক্লবগী লানমীনা লাংবা জয়ধ্বনি হায়ব সনা বুদ্ধি থম্বুখিদ্রে, সনাখ্যাগী লাইবক য়াঙভুক লৈতবনা য়াথল অমা তৌখি। চি করিনো ওন্থোকহৈদা মরিমকপু লোযনা শিবা অসিদে মখোয়গীদমক্তা হোংনবনি ঐনবু নিংখৌ ওইহুনা মতম কয়াবু কুইনা পানখিদপে নত্তা ওইবা মখোয়গীদমক য়োবা তানবনি ওন্থোকহৈদা ঐ অরেম্বদা লানমী মন্নাম মাংহনুহৈদা" হায়না সনা বুদ্ধি লপ্পী অমা পইহুন সনা থৌগল তৌরিবা লানমীশিংবু ইচাপ নখোয় য়াথ্রেকো হৌজিক্কি নংগী নংগী জিবা চিংনবা চেন্নবা তৌয়ো নখোযবু ইপানা য়াংমা লান্না থিন্দোক্লগে" হায়হুনা লানমীশিংবু হোগাইবী য়াংমা লান্না থিন্দোক্নুনা চংহনখ্রে খুদক অহুদা সনাখ্যা গোকুলসিংনা সনা থৌগল তৌরম্বদগী চংলি। পাবুং লানমীশিং চংখিবা অসিবু? ইবুংঙো ইপানা চংহনগ্রবনি মংদি য়াওখিদবোইরে হায়রগা সনাখ্যা অমুক লেংশিন্নক্রে কোন্নুং ডম্না। খুদক অহুদা কিলা মঙ্গুংদগী অরোনবা নোংমৈ অমা কাপ্রক্নুনা নোংমৈ মরুনা পান্দুনা মঙ্গং কাংজৈবুং ময়াদা শ্রীসনা গোকুলসিং তুরে। নোংমৈ মথোন তাবদা সনাখ্যা থাং হাইহুনা নোংমৈ কাপ্নকপা মাইগী ডম্না চেনশিন্নক্রে, চেনশিন্নকপা উবদা নোংমৈ কপ্পা তোক্নুনা তুমিন্না লৈনখ্রে। মতুদা সনাখ্যা সনা বুদ্ধি তৌহুনা কংলা শামাংদা তাহাক লেপতুনা লৈ। মতুদা সনাখ্যা উৎিপোক তাবা সনা হাওজৌনা কংল। লমজেনথোংদা লুমহুনা অরোনবা নোংমৈ কম্না কম্না ৫ রুক কাংকপদা সনাখ্যা দিনচন্দ্রগী থমোইদা পান্দুনা শামাংদা হোবা ফেলিদা তাহুনা তাইহাক থংগি, মতুদা য়াররোইদমাক্রে হায়হুনা ডক্তা শিবা মাল। লৌখোক্নুনা শ্রীগোবিন্দগী

নাম শোন্দুনা থুংনা মালা চত্তুনা কেলি মখোংদা ঙাত্থনা নাম শোন্দুনা লৈখি । খুদক অহুদা কংলা মহুত্দগী রাংথৈরাকপা শিরে মিসং মহারাজনা জোয় ওইরে হায়দুনা অঙম্লক লাওই । ধ্বনি অসি তাবদা সনাখ্যা অহুম তাংজা মবাই লুকুনা ম্না পুক্কিং অথুকপা ওই ঙহাক রাখন ভৌবম্মগা ম্নাখ্যা পুক্কিং রাখন অমতা ওইনা খম্নখ্রমাম্নে মই মপাম্ন লৈরগা মশা ঐথোয়না কবি ভৌগনি অহুদা ঐথোয়গদি অতত্তাইনি ওংম্রবা থবক অসিদা লানমীশিং অসিবু অবম্দ মাংহনখিবা পাম্মুই পোকওমদনা পোক্লবা তাইবং মপোক্কি মখোয় মংখাংয়গী মপোক অসিগী কম্নবা ভৌজব য়াম থবক মথৈ কৌক্তখিবা মংখয় খ্রাইগী কাম্নবা মরম্নি । মবম অসি খন্দুনা লানমীশিং ম্না নাক্তা লৈবনথৈ ময়ুম ময়ুমদা হল্লো হায়দুনা বিদাই পিদুনা লোইনা কলহনখি

খুদক অহুদা সনাখ্বা ম না মানা লান্দারকপ থোং অহু কাওথেকুনা জোয় ধ্বনি লাওদুনা থোং মম্নু ম থাং হায়দুনা চোংশিল্লক্লে নোংপোক থোং, মখা থোং কাইদুনা কংল কিল মম্নুংদা চনশিন্দুনা খ নংর। অরাং থাং থুগাইদুনা মম্নুংনা চোংশিল্লকপদা অরোনবা নো মৈ কপশিল্লকুনা শ্রীম্নাথ্ন চংমম্ন। নো মৈ মবন। ফৈকদ পান্দুন তুরে। খুদক অহুদা থোং মকমদগী সিপাই অমনা চোংশিন্নকুন লাহক্তা থাংন য়ানখি সনাখ্বা অনিনা মাইথৈ অনিদগী থাং হাইদুনা কংলা মেন মম্নুঙী কিলা ভম্না চেন-শিল্লক্লে । খুদক অহুদা সনাখ্বা চাওচোসনা চিরাই থোং কাওথেকুনা মম্নুংদা চোংশিল্লকপদা যেনখোইবা লুমদুনা নোংমৈ কাপ্লকুন গুলিনা সনাখ্বাগী থুজেংদা পান্দুনা গুলি মরুদি কাওদোক্তুনা চংখি সনাখ্ব ঙাইহাক্কুং লকঙক ভৌই । থোং মকমদগী থাঙ্গাম্না চোংশিন্দুনা সনখ্যাগী ফৈকদা ধংনা যাল্ল মহুদা সনাখ্যান থাঙ্গলদ্ব থবা খিনা হাই । থাঙ্গল মেঙ্গব চংশিনবা ঙমম্রদুনা তিংঙক তিংঙক সনাখ্যাবু য়েংদুনা লৈরে খুদক অহুদা চিরাই থোংলোমদগী টা অম লংশিল-লকতুনা সনাখ্যাগী লেংদোন্দা খিন্দুনা গোবিন্দ গোবিন্দ হায়দুনা লোংনা তুখি সনাখ্য লৈবেন সনানা সনাখ্যা চাওচোবু কনগে হায়দুনা থাং হাইদুনা চংশিল্লকই । লৈবেন সনাগী মতো উবদা চিরাই থোং কম্ন খিংদুনা থমংল্র। মিহুৎপোং থোংনাওদা ভোপ মচিন খিন্দোবতুনা লৈবেনম্না ভম্না কাপকে হায়দুনা মৈনা চুই । লৈরেনম্না তোপ অহু ভম্না থাং হাইদুনা চোংশিল্লকতুনা মৈনা চবনা তোপকি মচিন্দা খুং নাম্মনা মেল্লগা থবাক্লা ঙাকদুনা থাং হাইদুনা মম্নুংদ। চোংশিন-গদবগী খোরাংঙি কিহুন পুরন মেঙ্গব তোপ থাদোকতুনা চনখি। থাঙ্গালনা লাওবকই “লৈবাক মচাশা চোংশিনবনা হাল্লনি কবিনো নথুক্তা পায়বা থুংলাই লিবা কাম্না”। মহুদা শাগো শেম্না কিঙাংনা নারান্দা টা অম লংলকতুনা সনাখ্যাগী লেংলক্তা পাল্লে । য়েনখোইবনা চোংশিন্দুনা থাংনা লৈরেনম্নাগী পংধে মদা হকচাংদা অঙম্লক যানবদা লৈরেনম্ন' তোপ মচিন থাদোকতুনা লোংনা তুখি, মচিন মেনবা চেক থাদোকপদা লান লোইবগী কাপ্নগুম্না তোপ অহু কাপথোক-লকতুনা মৈ থোরি হুম্নি থোং মরিন্দা তাথি । লান লোয়দুনা জোয় ধ্বনি লাওরে মতম অসিদা

শিজন্তুনা পাওমেন্নহুনা য়াংলৌ লমশাং চংপদ তাইথং মশেন রাম্বি রাত্তাই শান চংমিন্নসঙ্গা চংমিন্নে ।

মকোং থাঙ্গাল হাওযান্ন সনা চাবোন্দা লাক্তুন মকোং থাংগাল চা'কর'ই নৌদা শাম্ম লমশা তারকতুনা লৌ পানব য়েদ্রে হায়না হন্দংলি । শ্রীযুৎ মহারাজনা মনাও ইবুংঙো শামু হঞ্জবা থম্নো সনাবু শামু লমশা ফানবা শামু খেদা চংলু সনা য়াথং হাইদুনা শামু হঞ্জবা থম্নো সনা পাঙন বাশি জামান্দারবু মেইরাং শাবু লৌথংলু হায়না কোকচাইদা কুমহল্লক্লে । শামু মোইরাংশা বাশি জামান্দারবু উবদা মশা থক থক নিকতুনা মতু চুংউ. মতুদা শামু শেনব মতংশিন কি. কবিনো ডুসি মোইরাং শানা তৌথিবা খুদম অসিবু হায়না থক্লে । খুদক অহু । বাশি জোমান্দারনা "য়াঙ্গোই মোইরাংশা সনা য়াথং য়াঙ্গোইবু লৌথংলু হায়দুনা বাশি ঐবু লাবচার সনা কোন্নংদা কাহুন শ্রীগোবিন্দ চরণন ফংঙনবা থৌরাংঙো" । রা অসি তাবদা মোইরাংশা সনা য়াথং ওইবগী কাদনা য়াদবগী কাগদবা মতাইথি, পুক্লিং অরাব ওইনা থোকতুনা কোকচাই পণ্ডা কুমহন পাংযাই কাদা ওংলবী, মনানা চাম্লোলা ওইনবী, মপাম্না শীড়েন ওইবিবী, পোম্বিৱেগী মতমদা মকি লংহুম্ন তমজবা, মহৈনা তাপ্তজিং ওইনা চানবী, থম্বাল শিঙ্গেল লৈবা অংগাংতকতুনা মমাই থবাং ওন্দুনা লমদম পোইরৈ তাম্নবু শ্রীগোবিন্দগী চরেণদা ভক্তি তৌনা কংলম্মগা কোকচাই পাডুগী কাওনা মচা মনাও থোমহুনা পাঙন বাশিগা লোয়ননা শামু শেনবশিংহুগা সনা কোন্নুং যৌবা কাদকতুনা শ্রীযুৎ চোরেন খুম্পা য়াঙ্গোই মোইরাংশা চংলক্লে । শামু লাক্লে তাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ লমজেন থোদ লেংথোকতুনা য়াঙ্গোই মোইরাংশাবু ওকশিরম্মি । য়াঙ্গোইগী মশাক উবদা সনা য়াথং হায়রকই, লেশিং চাওবা মোইরাংশ মকোং চাবাই লবুক্ত লমশ মযম তাবকতুনা খুঙ্গা মযাম পানবা তমদ্রে হায়দ্রেনা পাওদম্লরে য়াঙ্গোই নামক লৈনবু খুঙ্গাগী লৌবশি তাক্লনবা তংগ্রবদি য়াঙ্গোইগী ময়ে তাবনি নচা ননাও পুহনা থেদা অমুক্ত চংচমল্ নমাই পাকপা ওইহুনা নচা ননাও যাম্না ফবা ওইখ্রে" । সনা য়াথং অসি তাবদ, য়াঙ্গোই মোইরাংশানা থেংহুনা হন্দকি থেদা অসিবু ননাইবু চত্তব যারবাদি চংহনবিম্নু ননাই মোইরাংশাগী মঙ্গে লগা খুদম পিরম্লগে হায়না হাংগৎচৈ । শামুগী মবোন থংবা অচোয়বা মেইরাং নিংথৌ লৈরিখোম্বা লুরাংবন লৈখিদবনা শামুগী মখোল থাদহুনা সনা য়াথং থুন কুম্নবা তৌজম্না হায়হুনা মনাও ইবুংঙো শামু হঞ্জবা থম্নো সনানা শামুগী শাবন থংবা অতম্বা শক্তা থবগা লোয়ননা য়াংগোই শামু মোইরা শাগা মচ মনাওশিংহুগা পুহনা মকোং থাংগাল পানা লক্তুনা মাগী মাগী শমুশং শেনহুনা লৈনরে । শামুগী শেং শেমহুনা শারম পল্লোন লম্বী য়েংহুনা মথল নাইনা শোং তৌহুনা থল্লক্লে তাংলৌ অতি ওইরক্লবদ য়াংগোই মোইরাংশাবু কোইনা চংথিবগু য়ই হায়হুনা

মখোং মরি য়োংহিং কলাং চন্দুনা লিফা চূকপু কয়া য়েত্থুনা ফাজিন্দুনা থনম্লগা মাগী মাগী শামুশংদা চংথুনা পেংথানখি। মীচিক মীয়াওখোন ভারক্রুবা মতমদা ঐরাং কৌক্র অঙুপ্পা তাইবং পুম্বোক অতানবা চারি পন্দোম থারম্বা নোংদম মউ লিংঙম্বা চিংউ লাংঙম্বা খোকঙম্বগী শামু লাইশা অঙোবনা মচা মনাও ময়াম মাংদা খাংথুনা শামু পল্লান লম্বীদা লাল্লকত্তুনা চরাই লবুক ভারক্লে। মাংদা থানা চৎপা শামু মচা মনাওশিং হয়াংবগা লোয়নন মরাই লোংনা থেকত্তুনা মনিং তম্না চাক্লারগে খন্দুনা য়াংনা খোংদোই হুঞ্জন্নে। শামু শোং লৈবমগনি খন্দবমা শোংগী লমগোং খুদিংদা খোংয়াংবা শামু অপুম্বা শোংদা লেংউনা ভারে। খুদক অতুদা মোইরাংশামা খোংথুনা শোংদা শামু চংক্লে ভাক্লকই, খেদা চৎপা শামু শেনবা মচাশিং শামুগী মরোংদি থংদবনিনা মচুম ভাথুনা খোংলিবনি মখোং মরি পুন্দুনা খম্নি থেইদোকপা তৌবোই খন্দুনা অতুম তুমথুনা লৈখি। মোইরাংশাগী মখোল তাবদ লাইগী লাইশা অঙাওবা মচা মনাও মাংদা থাবনগা উদবগা মপুক্তা ভাখিবা ওইথুনা মমাই লোংনা থেকত্তুনা মোইরাংশা লৈবা মাইগেদ থেক্লা থেক্লা খোংথুনা চেনশল্লক্লে। লমশাগী শাত্তম ফংবদা লৌশিং চাওবা মোইরাংশা মখোং মরিদি পুল্লগা ফিথুপ শাথেক তৌথুনা খোংলৈ থুবম শেমথুনা লৈজে। য়াঙ্গোই শামু লমশাশু অকি তুজুং লৈতন অপনবা লৈত্তনা চোংশিল্লকই। মোইরাংশা থুক থুদক কুন্দুনা মরাই লোংনা থেক্তুনা চোংশিল্লকপা লাইশাবু ফৈনা থত্তুনা অমুক্তং হাইবদা নিংলোমদা হন্দোক্লুনা রাথন তুজ্ং ওইনা মরাই লুক্তুনা লৈখি য়াঙ্গোই লাইশা অঙাংবা চেনখিগদ্রা হায়ববু পুক্নিং রথন তৌরুবগা মফেরোমদা হন্দোক্লুনা লৌশিংবা মোইরাংশা তম্না চোংশিন্দুনা ফৈনা ফৈনা চোংশিন্না ময়া অনিনা কোইনা কোইনা খিল-লকপদা মোইরাংশ লেপ্পা ভমখিদ্রে উনশা তোংবু তক্তুনা ঈনা পুমহাং ভাংলদ্রে, মশা থক থক নিকত্তুনা মিৎসনা ইরা চেন্দুনা হম্না হয়া খোংলক্লে। মখোং মরি পুনশিবনা মোইরাং শাগী পাঙ্গন লৈখিদ্রে য়াংগোই শামু লমশানা অরাক্তম্না চেংশিন্ন মাইগে থুংনা য়াথিনবনা মোইরাংশা লেপ্প ভমদনা মালেম থক্তা ফৈনা হায়থখি। শামুন খোংব চেক্তুনা তুমিন্না লৈখিব মতমদ নোংঙান তুবু উত্থুনা শামু শেনব মচাশিং তৌগৎতুনা শামু য়েংবা চংলকই। মীগী মীনিন তাবদ, য়াংগোই লমশা নাথৈথুনা পল্লান লম্বী ভাথুনা কৈথেন মংনবী চিংশাং তম্না খোংশানখি মোইরাংশাগী মতো উবদা শামু শেনবশিংথুনা সনাখ্যা মাক্তা লাকত্তুনা শামুগী পাওবু হংগৎলৈ। রা অতু ভাবদ, সনখ্যা থম্বোসনা পুক্নিং অরাবা ওইথুনা থুনা য়াংনা লাকত্তুনা য়াংগোই মোই-রাংশাগী মনাক্ত, চংথুনা শামুগী মংং য়েংবদ মিৎম্না ইরা চেম্নবু কোলোই পাওমেল্লকত্তুনা শামুগী য়াইফনবা লম্বীবু সনাখ্যানা খৌরম শিন্দুনা মফম অতুদা সংস্কার তৌহনা মোইবাং মেঙ্গরগী কাংবুনা মোইরাংশাগী গীড়া খার পুথুনা চনা কোম্বংলোমদা কাহংথে। সনাখ্য থম্বোম্নানা শামু শোংদা চংলম্বা লমশা ময়াম অতুবু শামু শেনবা মচাবু শামু হেয়ামো, কেংমুম্বা, খিজ্জুর,

অরাং অচৌবা, লফোইচাবা শামু মণ্ডানা লুচিংনা মচা মনাও মযামগা পুথোকতুন শামু শোংদা চংহনা শামু শিকার তৌরগা সনাকেংমুং য়েংনবা থোরাংখি। মতুং মহারাজনা য়াংগোই মোইরাংশাগী শরান্ধা শ্রীগোবিন্দগী মমাংদা শোন্দুনা মোইরাংশাগী কর্ম্মা লোইরবা মতুংদা সনাখ্যা থম্মোৈসনা শামু হজবনা লমশা ময়ামগা পুন্থনা সনা কেংমুং থৌবক্তনা সন কোয়্‌ংদগী কে কচাই তান্না শামু শঙ্গু পুথরকই। কোকচাই মীয়াম পুম্বনা শামু মযামদি টবগা মোইবাংশা য়াওদগা উবদা হাই, "য়াঙ্গোই খিস্তর, হেরামো কে ন্দুম্না, অরাং অচৌবা, লফোইচাবা নখোয় মণ্ডাদি লাক্লগ লৌশিনবা মোইরাংশাবু যাওদবা মপু সনা নাক্তা লৈতৌদ্রনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌতৌবিত্রা লমলেন কোক-চাই মাইগৈদ কোবো করম্না মুমিত্তা যাংগোই খোংদারক্লদগে"? হা অশি তাবদা বশি জো-মাম্বারনা "কোকচাই ইম ইবেনশা য়াংগোই মোইরাংশা লৌশিংবা সনা য়াথং পুহন, মকোং থাঙ্গাল চিংলমদা শামু খেদা চংশ্বা লম্নেন চারাই শাবি লবুক্তা মচা ওইনবা লমশা শঙ্গ ফারম্মগা অমং য় ইথোং কুমহৌবে, ময়াগী লম্বী থাদোক্তুনা অন্তানবা লম্বীদা চংগ্রে"? হা অসি তাবদা কোকচাই মীয়াম পুম্বনা মোইরাংশাবু কৌহুনা মিংসনা ইন্না চেম্না কপহনা অবাবা রাখন ওইনখি।

# কোইরেংগা পাকাগা য়েংথিনবা হোবা

নটেংবেন্দ্রজিৎ কে ইরেংসনা, শ্রীকতান পাকাসনা মচিন মনাও খোং কাজৈ শিনহুনা মপান কাজৈবুদ। শাম্মৈ লৈবাক কুম্মৈ ওইনা মুংশা থিনখি। শ্রীপাকসনাগী মনাই শ্রীমুশকুন্দোন শ্রীটিকন্দজিৎ কোইরেংগী শগোল কাক রাইথৌদা থাহুনা থম্বু ফাহুনা তোংহনা পুখ্রে পাও তাবদ। সনাখা কে ইরেংবা ময়াইশগী শিংজবৈ লিলোং তান্না লেংথরগা থঙ্গনা ফারে। সনা শংগাইদা পুবক্তনা তুবুন লিকনহুনা চৈ মশিং নাইদনা মৈরগা শগোল শংদা পুশন্দুনা সনাখ্যানা খুক্‌ম তোংহনা মুশকুন্দোবু চানেং শানা নেংলগা শিবা য়ারনি হায়রহুনা শগোল শম্ভি মরক্তা হুন্দোক্তুনা থম্মি। মরম অসি পাকানা তাহুনা মনাই থরা থাহনা মুশকুন্দোবু লৌহল্লুহনা মনইবু ফনবা লাইকমৈ ময়াম্বুং টেকেন্দ্রজিৎপু সনাখা পাকাগী মপুক্ত তাথিবা নুংঙাইতবা ওইহুনা অচৌবা মঙ্গম ছাইহুনা লৈখি।

# রারিবম বোরাচাওবা পেমচাগগী কাহনা রারি

লাংবচক্তি কুমশিং ৪৯৯০ নোংদালাই কুমশিং ১৮৮২ খৃ: ১৮৮৯ শা: ১৮১১ চৈথারোল চ: ৪০৬ লুরাংশংবম শ্রীগৌরসিংগী কুমদা মহা মহিম শ্রীল শ্রীপঞ্চযুক্ত মহারাজ শূরচন্দ্রগী সন থোগন

কারকপদগী ময়ুমদা কুম্বা মতম ওইদুনা শ্রীরাধিবম বোরাচাওবা শর্মানা কুমকপদ কংলা মখুংদা শ্রীটেকেন্দ্রজিৎ শাখ্যা কোইরেংগা উমদুনা সনাখ্যা কোইরেংনা "ঐঙ্গা মচা কুমশিগী কাংলেন পাল্ল শান্নবশি ঙপু ঙনাই শান্নশি লৈবাক কুম্মৈ ওইনা চৈরে কিশিংনদুনা শিঙেন তাওজিং পোৎলাম্নদুনা শ্রীযুৎ সনা মিৎয়েংতাহন্ন বৃন্দাম চন্দ্রাগী বৈথাপ শাদা দুংহোইনা অমুক্তা শান্নশি"। 'সনাখ্যা ননাইদি, কনাংবু হৈক্কদে শ্যু থৌগন তৌবদা সনা পুক্রিং চাওয়্রোই"। ঐঙ্গামচা মরুম পুম্বা খংজিনদা, কাং অসে শান্নদবা য়াদে শ্রীগোবিন্দনা খাগনি মৈতৈ চনু নেকুব। ঐঙ্গামচানা পাম্বদা থন্দুনা হান্না নেকপিয়ু নেকপা লোইরব মতমদা ঐগী কাংখুং নেকচনি. হন্দকি কাংলেন পাশ শান্নবদ চৈরে ফিরোন ফশিংনবা ফিবোন পুম্বা ঐবা লাংজনি হৈরাং লৈরাং লাম্নবা ঐনা থৌবাং তৌগনি ঐঙ্গামচানা অপামবা ফিরোন্দা লোইদুনা চনু নিঙোলবু শেংহনবিয়ু কুমৈগুম্ন। শান্ননিংদুনা তৌবনি শাম্নাবা মশেল্লি লেংম্নাবনি হায়দুন। ঐঙ্গামচাদা হৌবনি শান্নদব য়াদে সনা চরোন্দা সনা মিৎয়েং তাবিন্দবা হংগৎলুসি সনা কোন্নুং মমুংদা অমুক্তা হন্ত্রিলুসি হায়দুনা বোরাচাওবগী থুজেং পায়দুনা নমদুনা অমুক পুশিল্লকদুনা সনা চরোন খুরুমদুনা হংগৎলি। রা অদু তাবদা শ্রীযুৎনা ইশানৌ ইবুংঙো নপু ননাই তান্নদুন. লৈবাক কুমৈ মুংঙাইনবা ঙসি মঙানি শুবা দুমিত্তা শান্নৌ য়াম্বনা নপু ননাইগী হৈরাং লৈরাং রাক্তনবা লানগনি, বজাই থোংবা থাদুনা য়াম্বগু কুমৈ মুংঙাইনা য়েংজাগ প্রজা পুম্বা খংহনসি" সনা য়াথং হরাওন বোংদম্বীদুনা মপু মনাই থোকমিন্নরকদুনা সনাখ্যা শংগাইরোমদা লেংখি।

বোরাচাওবনা রাখল তৌবা তৌনা লাকপদা লখী ওয়্না তৌনবা নাদা থোংবন্দ লাকদুনা শ্রীলৌরেম্বা তোম্বগী মযুমদা চংলক্লে। লৌরেম্বা তোম্বনা "ঐঙ্গা মচা করি থবক্তিনো মতম চাদনা লেংবিরকপা অসিবু করি তাকপিগদবা লৈবিবা"? মরুপ ওইথোক্কবা রা অমা কোইরেং সনানা হাযবদগী রাখল তৌনা তৌমা লাকপদা মরুপকী মফম য়ৌরক্লিবনি। সনা য়াথং করি হায়দুনা? দুপী থুং কাং শান্নদবা য়াদে ঙসি মঙানি শুবা দুমিত্তা হায়রি মসিদা কাং হৈবা কনাবু ঐনা নেকউগবনো খংদ্রে করিনো। ঐঙ্গামচা সনা কোম্নুং মচুংগী থবক্তবু ঐঙ্গামচাখোয়না খংবনি মন্ত্রগুপ্তগী থবক্তদি ঐখোয়না য়াম্না খংবা হেল্লিদা। মশক য়েংঙি রাক্তবা মহৈ য়েংজি মীপোইবা মীরক তিল্লে শাকবী চনু নিঙোল লমাংকংপী ঙাক্তা লৈ। অদুদি মরুপ নংন থরা লুচিংদুনা মাখায় অদু থরা নেকউশি হায়না মপু মনাই তান্নদুনা গোনেক ব্রহ্মপুরদগী শ্রীমতি পেমচা, কবো লৈকাই লাম্ববী থোকচোম চনু শ্রীমতি থম্বাল, শ্রীমতি থাক্ত রাহেংবম লৈকাই লাম্ববী ময়াংলম্বম চনু অঙৌবী, শ্রীমতি ওইনাম চনু মালিকা, চনু নিংঙোল মরিবু লেকুনা কুংদাংরাইদা শ্রীঅঙৌমচা শেলুংবসু উনদুনা কাংগী মীশিং লেপ্পরে। রা অসি তাবদা সনাখ্যা কোইরেংনা সনা বুদ্ধি তৌদুনা শংগাইদা ফমদুনা লৈখিদে দা শ্রীগুনো শেলুংবা, শ্রীথম্বো সেলুংবা

মখোয় অনি সনাখ্যাবু উনগে লাকপদা কাঙী মরম ঙাংনচুন। কাং হৈবী মশক মত্তৌ চংখোনবী চনু নিংডোন মশিং থানবদা সনাখ্যানা শেন্দুংবা মরি অচুদি মীনা হানগ্রে অতৈ অম। য়েংউ হায়না তাকুনা লমলেন খুরাই লাম্ববী শ্রীমতি ইঙুদম চনু শামা, রাংথৈ লাম্ববী তোইজম চনু ইন্দুমুখী, কৈশামথোং লাম্ববী লাইশ্রম চনু কমলিনি, য়াইস্কুল লাম্বুবী শ্রীমতি মোইরাংথেম চনু চন্দ্রবলী, চনু নিংডোন মরিবু সনা য়াথং পিচুনা নেক্রগা কাংলেন পাশ শান্নবা কাংখুৎ মশিং লেপতুনা থমখি। শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজনা মনাও ইবুংঙোগা মনাইগা অনিগী পোৎলান্নবা চায়তুনা লোইব থেক্র চিং চিংশাংদগী চাওয়াম্বু লোইবী চিংদা পানবা শাৎপা হৈরাং লৈরাং খোমহন্দুনা সনা কোম্নুংদা মথল মথল শৈরক্লে। শ্রীযুৎ মপাবুংগী শিংঙেন লৈকোন চিংমৈরোংদগী হৈরাং লৈরাং লোথকুনা শেম শানা থমখি। কাংলেন শান্নগদবগী মৈতৈ লৈমা পুম্বা বৃন্দাম চন্দ্রগী বৈথোপ শংদা তিন্নক্লে। কুমৈ য়েংবা অঙম্বা প্রজা পুম্বা তিন্দুনা শ্রীযুৎ ইবুংঙোবু ঙাইচুনা লৈনখি। মহারাজ বজাইনা সনা থৌগন লাংচুনা সনা খোংলেংলকুনা কাংলেন মিংয়েং তাগদবগী সনা ফম্বাল লাংথরে। কাংলেন পাশ শান্নগদবগী কাঙী কাংলোই পুম্বা মাগী মাগী মফম্নাংদা চংচুনা কাংলেন পাশ কাপ্পরে। কাংবান কাংলম য়েংচুনা তোলেন বজাই খোংবনা বজাই তম্বনা খোংলম্মি। মনাও ইবুংঙো টেকেন্দ্রজিংকি কাংখুৎনা হৈমনখিবা মরম্মা মপা মপা চেকফৈ লমথা য়ৈনবদা মনাই বোরাচাওবগী কাংখুৎনা থরা রানা পারকই। সনা নিংয়েং তাবদা কয়া মুং-ঙাইরবচুনা থাপু মচা পন অমুক্তা ওন্দুনা য়েংঙদনা মতমগু ফনা। থেংলক্লে পোৎলান পোৎপু লান্দুনা প্রজা মুংঙাইনবা তৌখিশি। সনা য়াথং হায়রচুনা মনাও ইবুংঙো টেকেন্দ্রজিৎনা পাঞ্জন ২০ থোইবা মতমদা পনওন্দুনা অথেনপোং মম্নাম লান্দুনা অঙম্বা প্রজা পুম্বা লৈবাক কুমৈ ওইনা পোৎলানখি।

লাইবক চাওবী পেমচান লাইনিং পরে চেংলকই মনাও ইবুংঙোগী কাংখুৎনা থুকাপ চান, কাপলিবশি চিংঙু পাম্মোইবী নংনা অমুক্তদি থাচুনা ননাইগী থুৎকাপ অমুক্তা পিনোবা কাংলেন পাশ শান্নবদি চিংঙু নংনা শান্নবনি হায়বদাই রাথন অসি থনচুনা চিংঙু লাইরৈমা পাম্মোইবিবু লাইনিং পরে চেৎনা নিংজখি। চিংঙু লাইগী নোংদমদগী সনাখ্যা কোইরেংগী কাংলোইবু চেকফৈ কাম্না মতমদা চেকফৈ নাম্বা রাঙুনা কাংলেন পাশ হুনগৎলক্লে। মনাই বোরাচাওবগী থুৎকাপ পাশ ওইচুনা কাংলোই পুম্বা হৌগত্তুনা চেকফৈ তানবনা চেকফৈ তান, লমথা য়ৈবনা লমথা য়ৈ মফম ইলোং লেংনদনা কাপথৎপা কুমৈ য়েংবা ঙক্লরে লাই য়াওরে হায়নরে। নুংদাংরাই ওইরক্লে পঞ্জন হনবা লোইগদবা পাঞ্জন ৫ রাৎলিঙৈদা চেকফৈ তানবা মতমদা পেমচানা চেকফৈ নাম্বা পাঞ্জরগা কাংলেন কাপ্পা থারক্লে। পেমচানা হায়রকই, সনাখ্যা ইবুংঙো মতম খোংরাইগু

থেংলক্লে চেক্কৈ নাম্বা রাংপাসে নমাইবু অমুক্তা খোমজগে। বা অসি তাবদা সনাখ্যা টৈকেন্দ্রজিৎনা সনা পুক্সিংদা থাজরূনবনা ইশানৌ উচেম্মা থোম্মু থোম্মু উচম্মা কাংলেন খোম্বদি কাংখিন ঐনা খিনগনি। সনা ম্রাথং তাবদা খিংজেন লমদম লাম্ববী কাংলেন পাশ শাফবী লাইবক চাওবী পেমচানা থোইরুম মোমোন ত্রৌনবু য়াঙ্গোই শামু ময়াগী কাংলেনদি খুৎপাই চেৎনা পায়রুনা লাংজৈ কাংখুন্দগী মথোং শুকলেং লেংদনা মঙাই কাংখুন তন্না কাংলেন চেপকৈ চিংলক্লে। রাজ্বিবম থোরাচাওবনা শামু ময়াগী কাঙ্গোই ৬ পায়না থোইরু নানহুনা থমথরে। থুদক অতুমজুদা কাংলেন পাশ শাফবী নিংঙোন মাইন্থ পেমচানা কাংলেন পাশ কাপ্লকপা অওকপা অমা ওইরে। কাপথোক্লকপা কংকাপ্প অরাম্বাই চৈথেং ইনগম্মী, ওক্লাং চাইকেং চাইথিবা নাম্নগী শাইনোল অনিনা যুগনি মোংথাং কুপ্পগুম ভাবক্কি মথিং খক্লরে, কাংলেম্না লৈনা তাহুনা মালেম থক্তা চৎপনা তাংজ লিম্না চংশগুম অপন অথিং লৈতনা মক কাংখুন তমহুনা লৈনা লৈনা চৎলকপা মরিংনা চক্রি তককুম্মি, য়োয়োই পাম্নোইদবোই মনিংডি মরুদা তেকতা মতারম্মি। মতৌ অসি উবদা শ্রীযুৎনা ম্নিংয়েং তাবা ক্লংডাইহুনা চেকফে থুৎকাপ থুশিজী তোলেন বজাই থোংববু বজাই বেঙ্গুন থোংজন্ধুনা ভাবোক পুম্বা কম্বদগী হৌগত্নুনা শোনরে থাপৎতুবা য়াওনদে। শক্লা শক ফজবনে পুক্লিং উচংবা থৌমনে কাংলম পাশনপা হৈবনে নিংঙোন ওইবী মহাক্লা কাংলেন পাশ শাম্নদনা চন্থ নিংঙোন কমানবু শাম্নগবা তায়হুনা লৈবাক রা-রা লাওনরক্লে। লাইবক চাওবী পেমচানা চেককৈ খোম্বা লোইহুনা লমথা ওনইন ইন্দুনা সনা খুৎকি পাজন ৫ হন্দুনা পাজন ৭ নম্লক্লে। থুদক অহুদা মতমগী থোংরাই থেংথিবনা কাংলেন কাপ্পা উদহুনা কাংলেন পাশ খুংথাথি।

কাং শান্নবা লোয়হুনা য়াংলৌ লমদা লাকপদ চেক্লা পোখী চিন্দিন্নুনা পাওহংনৈ। "হে ইতা লৈরাংগ লৈরাং ওইবী নহাক্লা কুমজা থাজা অশুক কুইনা লৈকা ফম্না শাংৎলকপা পাওজেন হৈবা মালংবনা লৈরাং শাৎলে হায়হুনা চিংয়া তময়া শিম্না পাওজেন পাওদাকপিরগা করি মরাল লৈহুনা খোন্দানবা খোইমুদা করিগী পাওলাক পাওথুংদবা হে ইতা লৈরাংও"? "খোন্দা খোইমু খ্যাংজেংবা মালং পাওজেন হৈবনা লৈরাং শাৎলে প্যাওজেনবা মচুং মতম চানবু শিমবা থুংনা চেনবিখি অহুম্নদি ওইরগা লৈরাং মানা শাংকম্না শত্থ য়াজেন মরুক্তা মছ চাওবা শাইবা তিংথঙ্গী মরক্তা শাংলম্বা লৈরাং ওইবনা খোন্দাব খোইমু কনানা লৈরাং লৈথোং লিহুনা শিংজেল ওইবী লৈরাংবু লৈরাংগী লৈশক থংবিদ্রবী মনাওনি, লাংবন খোইমু খোন্দানবা লৈরাং ওইবী ঐহাকসে লিক্লাই উবুংঙো মিংথৌরেন চন্দ্রকৃত্তি কৌবনা, জিলা দরবার লেংঙখম্বী হল্লকবা মতমদা শ্রীগোবিন্দ উবুংঙোগী মিতিগী লেন চৎনবা লাজোন নিংথৌ মশাইকোন তরুং হৌবী চিংমাইগী চিংথৈ পাংবা লোকমাংদা লৈরাঙ্গী লৈকোন শেমহুনা সনা খুৎনা ফংনবু লৈরাং লৈশক লক্ক জিশিং থাম্নম্মি,

শিঙেন লৈরাং অয়াম্বা মঙ্গী মতম ওইহুনা। লৈকা ফম্না শাংলক্লে, প'ওজেম হৈবা মালংবনা লৈরাঙ্গী লৈনম পুহুনা চিংয়া তময়া শিন্নবু লৈরাং শাংলে পাওজেনবী, লৈগী লৈনম তাবদা লাংখন খোইমু খোন্দানবা খোইমুনা ছুম্নকপা মাইগে থিহুনা শিঙেনগী হৌফম খিবদা লৈরাঙ্গী শাংফম খংজেন্নে লৈশক লৈচু য়েংবদা। খোন্দান খোইমু খ্বাংজেংব লৈরাঙ্গী লৈকাদা তোংহুনা খোন্দান খোইমু খ্বাংনৌবগী কাইদোং লৈরং ওইহুব। পুন্সিগী মতম লেম্নগে পুক্নিঙ্গী রাখন তৌহুনা খৌরাংলকপা মতমদা লৈরাঙ্গী লৈহিনা কনখিবনা লৈহি চুপশি চুপ্তমদা। লৈখোংকাদা ভংহুনা পুক্নিং রাখন লংনবা লৈরাং ওইহুনা মরাম য়াইদা হন্নখিবা মপোক লাংগন থিরবা লৈরাং ওইবী ঐহাক্কি। খোন্দান খোইমু ওইবগী ভংলকপা খোঞ্জেন তাবগা মিংম্না ইরা চেন্দুনা পুন্সিগী পাওজেন মতম ভাইহুনা লেঞ্জরিবী লৈহাও কৌবী লৈরাঙ্গা ননাওগা পান্দম ওইজরি"। হা অসি তাবদা চেক্র। মাস্তিক ভকশি পুজেং লাইনাও তাবা পুক্নিং খোইনা সাংখি। শ্রীবোরাচাওবা শর্ম্মা শ্রীমতি মাইমু পেমচা অনিবু ক'লেন শান্নবগী হনখিন্নরকপা মতমদা পোম্বী চেক্লা চিন্দীন্নবা ওইনখি। শ্রীবোরাচাওবা পেমচাগী রাখন্দা ভাওহুনা য়াহৌ য়েন্দা ওন্না হৌহুনা মযুমদগী থোকখ্রগা সনাখ্যা ধর্ম্ম সেহু সনা সেনাপতিগী মশাইকোন্দা চ'লগা তোক্লপুজি হৈনৌ মখোংদা ফমহুনা রাখন তৌহুনা লৈ। শ্রীলৌরেম্বম তোম্বা বোরাচাওবগী মতৌ য়েংনিংহুনা লাকপদা বোরাচাওবনা চংখিবা উহুনা তুংথা মা'থা লাক্নুনা বোরাচাওবগী মনাক্তা চ'হুনা মাগী রাখনগী অরাব, পুক্নিং পোংথা লমবী তাক্লগা শ্রীবোরাচাওবা শ্রীলৌরেম্বা তোমবা মবানি মক্কম অতুদগী লাক্নুনা শ্রীমতি মাইমু পেমচানা অযুক্কি তন্না চাক থোঙ্গদবগী উতি শমখোং শেং চেংহি শমবাল লাংভিরৈদা লক্নুনা মপানগী চিংথৈ পুখ্রিনা চেংহি শমবাল্লাং তাওজিং হৈজু লামিন্নহুনা পোমবগা চেক্লাগা রাশক্লাথ।

শা: ১৮১২, খৃ: ১৮৯১ দা চিঙ্গোই অস্নান বারুনী চি' কামিন্নৈ, কুম্নকপা মতমদা সনাখ্যা টিকেন্দ্রজিৎ কোইরেংনা সনা খোগন মনাই খরগা লোইনহুনা থোংনাংপোকপীদা চিঙ্গোই অস্নান তৌরগা বারুনী চিং কাহুনা শিবগী দরশন তৌজকবী শাখি শানৌ ময়াম্না লোইবী চি'দগী কুমলকপা মতৌ মওং য়েংহুনা লৈ। বোরাচাওবা পেমচা অনিনা লাকমিন্নবা উবদা মনাই বোরাচাওববু লংননিংহুনা মনাইগী মখৌ য়েংনিংবদগী "লৈরাং তোমথিন শাংকুমনী ইশানৌ নংবু বারুনী কাখি তায়হুনা খোইনৌ রওন্নম্মনি ভাইহাক পুংলুপ পোংখাখিনবা তায়বগী ভাইরম্নিবনি, ইশানৌ পেমচা চংলকই লাও অব পে'গো লোল্লরিনি" সনাখ্যান পেমচাবু কৌশিল্লক্লে। সন রাথংবু কিবনা চংশি কদাই চংদশি কদাই ভিংভক মাইভক্লহুনা বোরাচাওববু য়েংহুনা খো'কাপ নাহুই লেপহুনা লৈ। বোরাচাওবনা "ইশানৌ ইবেম্মা সনা য়াখং কৌভম্নি সনা নাক্তা ভাইহাক পুংলুপ পোংখাখো" হা অসি তাবদা পেমচা সনা নাক্তা চংহুন ভাইহাক পুংলুপ পোংখাজবা চ'লক্লে,

কৌবদা য়াওদবনা ঘোরাচাওবদি চংঙমদনা লৈরমখি । সনাখ্বা কোইরেং সনামা নিঙোল মাইচু পেমচাবু মখল মখা অয়ামবা রাহৈনা পাওযেন্দুনা মফম অচুদগী মনাইশিংনা পৌখ্রম। সনা খোং-লোংখনলক্লে । মশাগী ঘোরাচাওবা সম নাকশু অকঙমদা খাম্বা চংশি চংঙমদ। ভুংইন শক্তু ওইদুনা তুংথ-মাংথনা লাকপনা নিঙ্গাইবাৎ চিথেক য়ৌশিল্লক্লে। হাপ্পা বাংলাদা লৈবী বাসন্তী কৌবী অমা হরা চাবা খোরকপদা সনাখ্বা কোইরেংবু উদুনা মথুক্তা শায়বা কুমাম্না সনাখ্বানা ইনমিৎ তৌরম্মগা বাংলাদা হল্লিনখ্রে । ইনগিৎ অচু উবদা সনাখা কোইরেং সনামা "ইশানৌ ইবেম্মা লমদম খরবু খিল্লকপা পুক্রিংদা তাখিবা ওইল্লকো ঐদি করিশু য়াওরক্তে ফুরেং শেনসি পুখো চানিংবা মশক লৈদুনা লিঙনিংবদা লিজক, অপাম্বা চরৈ লৈরবশু লৈরগা থোল্লিংবা মশক্তা থোনঙম্মু ইশানৌ ননিং থুংদে শাওগনু" হায়না লুপা ৫০ পিরম্মগা হাপ্তারোমদা লোংল্লিনখি ।

কৈথেল্স অচৌবা য়ৌরমদাইদা পেমচানা "ঈগী মচ লমললানবা পীরম্বা মনা শেল অসিবু তাওজিং করিবু হাগবা, লৈরাং করিবু চিনখিপদগে" ? ছিঃ করিবো ইশানৌ মপুনা পীবা মনাশেল লম্বখাংদা মাংহনবা কবি ধর্ম থোক্লদগে নরম মাই য়ৌরগা পলেমগী খুত্তা শিন্নবিবু শেংনিংবা চরৈ শেংপিবু মনা শেলগী মরমদা ঘোরাচাওবগী খোইদোকপা লম্বী লৈজদে । চেক্লা মাস্টীক ওকশি শারাম পুক্তেং লাউনাও তাখা খোল্দান খোইমু খুংনৌবা কবি নোংদম কৌবগে ? ইশানৌ লৈরাং তোমথিনবী মপুগী লৈরাং লৈকোল্লি খংজরুদব মরম্মা খুবাম বাঙাং চাওশিনখিবা কুম্বা পুক্রিংদা রারৌপ্ত খংজদবগী তৌখিবনি ইতিক ইঙম নক্তুনা মপুগী লৈরাং লৈকোন্দা হৌডম্লিবা লৈরাংবু পুক্রিং চাওবা শাহুনা হেকওমশনি তৌঙমল্লুবা অশুকপা থৌবাং অমনি । মচু নত্তে রাখন তঃয়োম্নবিগনু লাইবক থিবী ননাওদা, তরেং শেনবু লৌবদি লাইরা হাম্নি হায়হুনা লৌজবম্ন নংচাদে, মপুনা শকখং মাইখং ওইবনি লৌজবশু নংচদে, হাংকে তুপকে নোংদম্বু ওখনি পুক্রিং রাখন তৌহুনা অকি তুমু ওইবদগী লৌজতৌবা মন্নম্নি পুক্রি য়াংলো মখিবা রাখন মশা য়াখিবা, তাকপিগনি ননাওদা । 'পাম্মুগী পু ক্লং লাংনশেল, মুংশি কাইনা রাপোকশেল, ইনাক খুনগনি পামজদে, লাইরা অয়েং কোক্লবশু পামজদে, মপুগী সনা কৈথেন ময়াইদ লৈজতৌরো'' হাযহুনা লুপা ৫০ অমতা থাক্লনা চাইখোকখ্রে । কৈথেল কাশিশিংনা মাইমু পেমচা ঘোরাচাওবা অনিনা বারুনী কাবগী কুম্নকপদা মপুগী সনা কৈথেন্দা লুপা খুবাম পায়হুনা কৈথেনগী মচি মন্নিদা কোয়না থুংনা চাইরশ্মি হায়না কৈথেন অকা অকুমদা ভাংমহুনা য়াংলো লম্বী তেম্নখি ।

খোরাখোং য়ৌরহুনা ঘোরাচাওবা মযুম পাংমা চংখিগে তৌই পেমচানা মথুং খুক্তেং পায়হুনা মরাম য়াইদা পুজমহুনা পোত্থী চেক্লা চিল্লিন্নে । মুমিৎ অচুদগী ঘোরাচাওবা মবুক্তা রাখন অমা

খনখিহুনা নিঙোলবু কোইজাইনহুনা মুজাগী পুক্লিং খঙে থৌরাংখি। বোরাচাওবন কোইজাইনবা অসিদা পেমচাগী অরাবা রাখন ওইহুনা হায় মীগী মচা লমলানবা ননাও লাইবক থিবিবু হৈরাং মশিং পানখিবা থাজা অহুম শুডয়ে অরেপ্পা মরম অমতং খংহনবিরো ননাওবু মরম অশেংবা খংত্রেবদি কোরৌ শসিদগী মঙানি শুবা মমিত্তা ননাওগী অরেপ্পা রাশক্তি মওং মতৌ উবিগনি রাহৈ য়াম্না হায়জররোই পুক্লিং রাখন তৌবিহুনা রাশক্তি লম্বী অচুম্বা অমতং পিবিয়ু। রা অসি হ'য়হুনা বোরাচাওবগী মপাও ভাইবদা পাওখুম পিরক্রে কোরৌ মঙানি শুরবদা রাশক চেৎপী পেমচাবা লৌরেম্বা তোমবগী ময়ুমদা চত্তুনা চিঠিনি হায়হুন' লাইরিক অমা ইহল্লি। লৌরেমবা তোম্বশু অহাইবগী মতুং ইন্না মরম অমতা হোংদনা ইহুনা পেমচাগী মখুত্তা পিখি। লাইবক থীখি পেমচা মুংদাংরাইগী মতমদা বৃন্দরানীগী সেবা তৌজরে পলেম মমানা কৈথেন্দগী কুম্লক্রবা মতমদা তরা লুকোই থোংহুন মম' মচা চামিন্নরে। কাংথোন পাবন য়ারিথক ক্যার মোমপাক মথক্তা থোমলেন তুমখুব তানমিন্নে। তাংলো থেংলবা মতমদা মম্নাগী নিংশাগী ইহুন তাহুনা ফমুংদগী তোগত্তুনা শগাই পল্লক থক্তগী কাওরেনগী কোম্মৌরি থম্লিবা নাশোন পিক্রা লৌথোরক্লে, মমাগী নাক্তা লেপতুনা মমাবু চিংনা চিংনা য়েংহুনা মিৎস্না ইরাচেন খুদাং পিফম লাংহুনা মমাগী মফমদা চৎলগে হায়না তাক্লম্মি। মমাই মপাল ওন্দুনা খোংজিন নাতৈ হাংহুনা চাম্নগী পৌরোন শত্তুনা রাশক চেংপী পেমচা রাশক্তি মথা পোন্দুনা মশাবি বোরাচাওবগী শঙ্গাই তম্না খোংদোই হুল্লক্রে। বোরাচাওবগী মমামম্নাইবু য়ৌহুনা নাশোন পীক্লা চংলক্লগা মশাবি বোরাচাওববু কৌহুনা ইকাইথিবি নিঙোম্না হম্না হুম্না কৌহুনা বোরাচাওববু হৌদোকচৈ। মতমগী থোংঘাইনা থেংবনে তুমখবা মতমনা ওইবনে নিঙোনগী থোম্নগা পিকপনে কৌজববু তাখিব্রে। লাইবক থাবি পেমচা করি তৌনিংঙই লৈরক্লহুনা মাঙ্গোম্নগী থোরক্তুনা মনিংথাঙ্গী মপাদা হৈনৌ পাম্বী অহুম্নু খাত্রাং-ননা হৌরম্মি ময়াই থংবা হৈনৌ পাম্বীদা পেমচা তম্না কাহুনা পামেনগী মথ' খংবা মশাদা থৌরিবু পুনশিল্লে। থৌরিগী কোঙ্গোই অহুনা নিঙোলগী ভক্তা হুক্তুনা শ্রীগোবিন্দা ইবুংঙোগী মঙ্গোল অরতি কৎপগী মখোল তাহুনা ভাইংাক পুঙ্গোই লৈরম্মগা মঙ্গোল অরতি লোইবা মতম অহুদা হরিগী নাম্বু শোন্দুনা পামেন থক্তগী চোংথরক্লে। থৌরি অহুবা শগাই পল্লাক থক্তা মতম কুইনা লৈরম্বা থৌরি ওইহুনা লম্মথাংদা তত্নুন' মালেম থক্তা তাহুনা মালেম থক্তা য়াংদো তিম্না চোংবগুম ওম্মোইনা থাংলম্মি। খুদক অহুদা মারিবম বোরাচাওবা মং হাগী মতৌগুম্না নাশোন অমা হাহুনা ইমু'দগী খোক্তুনা কোইনা য়েংবা মতমদা পামেব হৈনৌ মখোংদা পেমচানা তুহুনা লৈবা অহু উহুনা মনাক্তা চংহুনা মতৌ মওং য়েংনা মিংস্না ইরা চেম্না পাওমেঙ্গে। খমনুঙ্গী শারা হান অমঙ্গী য়াইথোং কুম্নয়বা ওইবনিনা রাহৈ অমতা পাওখুম্নকপা হৌদরে।

বোরাচাওবা পেমচাগী মনাক্তা ভাইহাক ফমদুনা লৈরম্মগা মশা মউ শেংদোকুনা মকি মরোল হোংলগা সনা কোন্নুংদা কাখিজুনা শ্রীযুৎ সনা নাক্তা লৈখি। নোংভাম্নবা মতমদা বোরাচাওবগী ইংখোল্লা লৈশাবী অমা পৌরি য়ান্দুনা শিরে হায়বা মী য়াম্ন ভানদুনা থাংমৈবন পুম্প্রি অচৌবা খোংবান্দা খোয়াথোং লমদম অকোয়বা মীনা ফিজৌ ফৌমগুম তিম্নবে। নিঙোল পোকপী পলেম্না অঙাওবীগী মতৌগুম মচা কায়নবা কাওরেনগুম থাবম মৈরম থংদনা ওম্মোইনা থাংবা লৈবাক প্রজানা উবদা থরাই রাবা মান্নখি শোম্নদবা য়াওখিদে। মরম অসি সবা কোন্নুংদা ভাদুনা অঙম অথৌ কুমহুনা পেমচাগী মতৌ মওং য়েংবদা নিঙোনগী নমথাং মচিদা লাইরিক অমা কিদুনা লৈরম্মী। লাইরিক অদু অঙম্বশিংনা পাদুনা য়েংবদা পুক্রিঙ্গী অঙকপা ওইদুনা সনা চোরম্মা হঙ্গৎখি। মতুং অদুদা পেমচা কৌবী অসি লাঙ্গোন তকং হৌবী মঙারক কানবী লোকপ্পুংদা ফুমখ্রে। লৈরম্বা লাইরিক অদুদি "পেমচা ঐনা শিনদি বোবাচাওবগী নমক শিবনি" লৈবাক প্রজা থংনবা মশাবি বোরাচাওবদা রাজদন্দি পিদনবা থনম্বা লাইরিক ওইদুনা অঙম্বনা রায়েন বিচার নেংদমহুনা বোবাচাওববু মীবৈবাক্ত থাজিনখি।

লাংবচকি কুমশিং ৪৯৯১ নোংদালাই কুমশিং ১৮০৩ খৃ ১৮৯০ শা: ১৮১২ চৈথারোল চ: ৪০৭ শ্রীমাইবা। শুবলগী কুমশক্তী লাংবনগী ১৩ নি পানবদা শ্রীটেকেন্দ্রজিৎ কোইরেংমা অহোংগৈদা কৈ ভানবা চৎলি। হল্লকপা মতমদা কাম্বান শ্রীপকাসনান। মনাইশিং থাদুনা নোংপোক খোঙ্গী উপাক ২০ থক শম্বোকহন্দুনা থমহল্লি। সেনাপতি কোইরেংদি থংদবনিনা শগোল তোংদুনা লাকপদা থোংমাই য়োবকপা মতমদা উরে, সনাথ্বা সনা পুক্রিংদা ইকাইম্নুংশি যান্নদুনা শগোলগী থুঙ্গী য়াচল চিংথহলগা শাজৈ কয়া থাদুনা খোং অতোবা অদু চোংলকই। খুমাংদি মথক্তা ভারগা খুতং মথৈদি নাম্বদুনা শগোলশু মথ্বাং শোক্লে, সনাথাশু থরা শোকুনা মনাইশিংনা চেনশিন্দুনা সনাখ্যাবু কোনথক্তুনা শঙ্গাইদা পুরক্লে হুমিদাং থরামিচাক মথী য়াম্ন ভাইখি মী পুম্বা উবদা অকিবা ওইনৈ।

লমদাগী ২৮ নি পানবদা বারুনী কারুরগা শক্তিভুগী ১১ নি পানবা একাদশী মুমিত্তা মাইমু পেমচা খৌরি য়ান্দুনা শি। কোইরেংনা মনাও পাকাসনাবু ম্নুংঙাইতবদগী অকল অথৌ খোমদুনা লানচাক থাংলে। মরম অসি শীযুৎ শুরচন্দ্রা মহারাজনা থংভদুনা যুবরাজ কুলচন্দ্রবু কৌদুনা "ইনাও ইবুংঙো যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সেনাপতি ইনাওবু লানচাক থাংডি হায়না তাই মরম অসি ইনাওনা থরা থাম্মু ইচিন্ন ইনাও ঐখোয় মক্তদা মরম অসি খোকপা মীপী মমাংদা কজদে"। মনাওনা থামজনি মরম অসি খোক্তনবা হায়না থুকমহুনা হনখি। শ্রীকুলচন্দ্রনা টেকেন্দ্রজিৎপু কৌদুনা "ইনাও ইবুংঙোবু লানচাক থাংডি হায়বা তাই মহুবু য়াম্বদি কয়া পামদেদা"। য়াম্নুং

ননাও খোইদোকপা থৌরাংদে করিগুম্বা ননাগী ভৌরম্মক লৈরবসু সনা য়াথং মতুং ইননা সোইদনবা ঙাকচনি"। "মতুনা ফজ্জৈ ইবুংঙো য়াম্বুং মহারাজমক লৈনা লৈনা ফজ্জদে তোকপনা লেম্মি" হায়না ঙাংনতুনা টিকেন্দ্রজিৎ হনখি। মুংদাঙ্গী মতমদা লানমীশিংনা লান তোক্লশি হাই, মতুদা লানমীশিংনা "হয়েং নোংঙাল্লবদি নানাই ঐখোয়দি ননাও ইবুংঙো পাকসনানা মনাই খাং-থাতুনা ফারগা মাংহনগদবা মরৈরে মনাও ইবুংঙোমা য়াবিরবসু ননাই ঐখোয়দি মাঙ্গদবগী মাঙ্গদবা অস্থানি লান্দি তোক্লরোই চংঙনি" লানমীশিংনা য়াত্রবা অতুদা লান তৌবদা তারে। মতম অতুদি সনা কোন্নুং ঙাক্লবগী মরম কবিগতা শিন্দে যুবরাজ কুলচন্দ্রনা লান তৌহল্লাই হায়রম্বা মরম্না পাও হল্লকবা অসিনদি লান তোক্লরোই হায়না থন্দুনা হৌরকপা লান অতুনা মা কোন্নুং মঙ্গংদগী ওইবনা করি তৌহৌবা নংদনা মেগজিং অমম্বুং কংলা ইলাই লাইনা লৌখি। সনা কোন্নুং থাদোক্লুনা শ্রীযুৎ শুরচন্দ্র মহারাজ নিংথৌ পোংলোইগা লোয়নননা মনাই খরগা চেন-খোক্লুনা হাপ্ত মন্নদা লেংশিন্দুনা বৃটীশ বড় সাহেবকা লৈমিন্নরে অহিং অতু। নোংঙাল্লবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণন পাকানা লানমী খোমতুনা থাংঙবাং মপান অকোইবদা লান শোক্লগনি হায়না লৈ। ঙিযুৎনা ইনাও ইবুংঙো পাকা অতু চৌনদে তৌগনু নয়াম্মুক্নী মনিং ধুংঙশনু য়াম্বা থৌগন কাইবা লম্বী পাবুংনা তাকপিবদা য়াওদে লান তৌবা য়াদে হায়না থায়ে। হাপ্তুদগী খোরক্লুনা বৃটিশ সাহেবনা মনাও ইবুংঙো ফজদে লান অসি তোকপনা ফজ্জৈ হায়না থামিতুনা লান শেরদনা তোকখি।

শ্রীযুৎ শুরচন্দ্র শ্রীধামদা লেংলনি হায়তুনা লেংথোবক্লুনা লামাংদোং য়োতুনা মুমিং নিনি হুম্নি শ্রীঅদ্বৈতগী সেবা তৌদুনা লৈ। মতম অতুদা শ্রীযুক্ত যুবরাজ কুলচন্দ্র মযাম্বুংগী সনা থৌগন ভুংতিনগনি হায়তুনা শঙ্গাই থাদোক্লুনা চৎখ্রে। মনাও ইবুংঙো টিকেন্দ্রজিৎনা ময়াম্বুং কুলচন্দ্রবু থিরকপদা লৈত্রে মতুদা মনাইশিংবু তান্নহন্দুনা লমাংদোংদগী ফাতুনা পুরক্লগা মনাও টিকেন্দ্রজিৎকি মফমদা মনাইশিংনা ময়াম্বুংবু পিখি। টিকেন্দ্রজিৎনা নিংথৌদি য়াম্বুংনা ওইনিয়ু ননাওনা সনা থৌগন তৌজগদবনি। ইবুংঙো মতু হৌনদে য়াম্বুং লৈরি য়াম্বগী ইতিক নত্তে। অতুনি য়ম্বুং য়ানবা থৌরাংবিতুনা য়াম্বুং মহারাজবু কৌনবা তৌবিয়ু য়াম্বুংবু মুংঙাইতহুনা ননাও লান হৌজবা নত্তে পাকা সনানা লম হেনমনবদগী মুংঙাইতহুনা তৌজবনি। শ্রীকুলচন্দ্র যুবরাজনা ময়াম্বুং মহারাজগী মফমদা লাক্লুনা মনাওগী মরম পুম্বা তমতুনা শ্রীযুৎপু লেংখৎনবা তৌশি হঙ্গংপদা শ্রীযুৎনা ইনাওনা নিংথৌ ওইতুনা ননাওশিং পুম্নমক্কী ফনবা শিলহৌরো য়াম্বদি শ্রীধাম বৃন্দাবোন্দা চৎলগে হায়বগী যাত্রা তৌখ্রে, নিংথৌ পোংলোই থাং খোবোম্বা, টা থাংগুনহ, পোং নিংথৌনা ক্বাগোক্বা কোম্বর শ্রীবিষ্ণুবু ঙসিদগী ইনাওগী ওইরে।" হায়তুনা যুবরাজ কুলচন্দ্রগী মফমদা শিন্নতুনা

পিখি । শ্রীযুৎ মহারাজ শুরচন্দ্র লানমাংলোংদগী লেংশিল্লভুনা শিলচরদা লৈহুনা বৃটিশ গবর্মরগী মকমদা লাইরিক অমা ইথুনা পিরম্মগা শ্রীধাম বৃন্দাবোন্দা লেংশিন্নুনা হরি ভক্তিগী লম্বীদা সনা পুক্লিং থমহুনা লৈখি ।

# ৭৮ নং কুলচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা

লাংবচক্তি কুমশিং ৪৯৯১ নোংদালাই কুমশিং ১৮৮৩ খৃ: ১৮৯১ শা: ১৮১২ চৈথাবোল চা: ৪০৭ শ্রীমাইব্যা=মোইরাং শুবনগী কুমগী মতুং শক্তিভু থাদা শ্রীকুলচন্দ্র নিংথৌ ওইদুন রাযেন খোঁদা নোংদাম্লে । শ্রীটেকেন্দ্রজিং কোইরেংবু যুবরাজ হাপতুনা সনা শঙ্গাই শিংহুনা শ্রীবুন্দাম চন্দ্রগী সেবা পিরে, শ্রীঅভৌসনাবু সেনাপতি. শ্রীজিলা ভম্বু শামু হঞ্জবা, শ্রীগন্ধারসিং সনাবু শগোল হঞ্জবা, শ্রীসনাখ্যা য়াইথুল্লাকপা, শ্রীমেজর থাঙ্গাল, শ্রীমজর সৌবাইজম্বা, শ্রীপুরেন মেজর শ্রীয়েনখোইবা মেজর, শ্রীশুবনার ফিভাং, শ্রীনিংয়াম্বা পোইলা, শ্রীশগোলশেম পোইলা, শ্রীমোইরাং মেজর, শ্রীসনখ্যা উরিপোক ভাবা রাঙ্গোনসনা, শ্রীলোকেন্দ্র বিরজিং, মাইপাকসনাবু রাংথৈরাকপা হাপ্লে, খবি যাত্রা, বিনো যন্ত্র, শ্রীগুলাপশিং সেলুংবা, শ্রীঅতোমচা সেলুংব, শ্রীথদৌসনা সেলুংবা, শ্রীঅভৌমচা সেলুংবা. শ্রীগুনো সেলুংবা অসিনচিংবা অভম্বা ১০১ অখিক অচোই ৫০ অসিনা সনা পোগন ভৌদুনা লৈখি ।

## সাহেব অহুম হাৎপা

শিলচরদা লৈবা বৃটীশ গবর্নর সাহেবনা শ্রীযুৎ শুরচন্দ্রন. থনম্বা চিঠি লাইরিক অতু বিলাত্তা থাজিনখ্রে । লাইবিক্তি মরোল তাবদগী বিলাত্তগী লাইরিক অম শ্রীযুক্তো বৃটিস গবর্নর কমেশন সাহেবত পিরক্লনা শ্রীযুক্তে কমেস্নারগা শ্রীযুক্তে কুইন্টন সাহেবকা, শ্রীযুক্তো ইস্কোট সাহেবকা শ্রীযুক্তো গিরাম সাহেবক ঘুনম্বা সিপাই ৪০০ গা লোইনদুনা মণিপুরদা জেনেরেল টেকেন্দ্রজিংকী লমচৎ য়েংবা লাকই । শ্রীযুৎ কুলচন্দ্রনা রাংথৈরাকপা শ্রীলোকেন্দ্রবিরজিৎ সনাখ্যবু লানমী সিপাই থরগা লোইননা ওকপা চংহল্লি । খিংবা কাবোংদা উনদুনা মণিপুর ভম্পাক য়োমা লাকমিন্নদুনা হাপ্তা মঙ্গুংদা থমদুনা শ্রীযুক্তো সাহেবলোক্তি পুক্লিং হরাওনবা মৈতৈ লৈবাক্কী কুমৈ মথল মখা অয়াম্বা য়েংহন্দুনা সাহেব লোক্তি পুক্লিং হরাওনবা হোৎনখি । সাহেব লোক্না জেনেরেল টেকেন্দ্রজিৎপু পুং অমা অনিদং কম্মিন্নদুনা য়া ভাংনশি কৌই মহুদা অভম্বা নিংথৌমচিংখন মরম

অহ খম্নবদা খুদোং কয়, চারোইরা খন্নতুনা টেকেন্দ্রজিৎপু নারি হাইতুনা চংহন্দনা ফুমিং খরা থম্মি। সাহেব লোক্না তান্নতুনা হাপ্পা মম্নুংদ, কোম অম পাক্লা লুনা তৌরগা মথক্তা উনাক সিহুনা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎপু ফানবা মথক্তা কম্নবা ফিদ অম ফজনা থাতুনা মতম পুন্নমক্তা থম্মি। যুবরাজনা করিশুম্না লাকপা মতমদা মফম অতুদা ফমহন্নগা ভাংনগনব রা ভাংনগে য়াম্রগা উপাক অতু চিংথোক্তুনা কোম অহুদা থাদরগা নমতুনা কাগে হাইরবগী দমক পৌরাংতুনা থমখি। মরম অসি হাপ্তাদা লৈবী বাসন্তী আয়ানা থাওতুনা মতম পুন্নমক্তা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎনা লাকপা লোম্না য়েংতুন, মরম অসি তাকদবগী লৈখি। কামেস্নার সাহেবনা "শ্রীযুক্তো টেকেন্দ্রজিৎ বাহাতুর নঙ্গা ঐগা ফম্মিন্নহনা অক-ফগী মরম খরা খন্নশি হায়রবগী ঐ মণিপুরদা লাচবনি যুবরাজ নাহুনা লৈবনা নংথোয়না মণিপুরদা লৈগদব ফুমিং শুরাক্ত ভুসি হুন্নি শুবা ফুমিত্তা ঐথোয় চংলনি হয়েং অসি মণিপুরগী কুমৈ খরও য়েংহল্লু ভয়বদি অযুক্তা অমুক্তা উনশি" হায়না লাইরিক অমা যুবরাজগী মথুক্ত, পিরকই যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎনা "ঐ নাব ফরে হয়ে অযুক্ত পুং ১০,০০ তাবা মতমদা ঐ শায়দনা লাক্কে" হায়না সন কোম্নুং মম্নুংদগী মী কন, খংহন্দনা লাইরিক পিরবা ঘুরথা অতুগী মখুক্ত পিখ্রে, মোং ভল্লব অহুদা সাহেব লোক্না পুন্নখা সিপাই ৪০০ বু মথুক্তা মতিক চাবা খুৎলাই পিহুন হাপ্তুগী থোঙ্গান্দগী লম্বী কাংগুপ য়েং-ওই অনিমক্তা পরেং শানা লৈহন্দুনা যুবরাজ ওকপ শানা লৈহল্লি, রা ভাংনকম শঙ্গ অকোইবদা কোইনা থত্তুনা সিপাইশিংবু লৈহন্নগা য়োংকি সিংথলা মরি পানব উপাক ময়াদা সিপাই খরা লেপ্তুনা লৈহল্লগা য়োংলি মতোন্দ সিপাইশিং অতুগী মতুংদা মী খরবু পায়হন্দুনা মতম হাইতুনা থমখি। শ্রীযুক্তো যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ শাগোল তোংতুনা হাপ্তুদা লক্তুনা সাহেব লোক্না উনতুনা খারিবা ফিদা মথক্তা ফমতুনা রা খরা শাগেনগী মরমদ ভাংনতুনা শ্রীযুক্তো সাহেব লোক ৪ না রাজনিতি প্রেজা শাসন মরম অশুম্না চংকদবনি তাকই। মণিপুর নিংথৌনা বৃটিশ গবর্নর বেনিংদা থবক মরম খংহনগদবনি হায়বদা কোইরেংগী সনা পুক্লিংদা য়ানিংদতুনা সনা য়াথং খরা শাগনা পাউথুম পী। মতুদা সাহেব লোক্না যুবরাজবু ফারগে নিংতুনা সিপাইশিং মনাক্ত লৈবদা ইঙ্গিং হেক পী। থুদক অতুদা অয়াবসন্তী মেম অতুনা রুমাল হাইতুনা চেন্নবা তৌ কম্মিবা অতু কোয়ি হায়না তাক্লকই। ইঙ্গিং অতু উবদা যুবরাজ থংহৌদনা ফম্নাদগী কৈনা লৈহুনা চেংথোকতুনা থুনা য়াংনা শাগোল তোংতুনা মথা থোং নিঙ্গাইবাং চিথেক লামদা শাগোল থোতুনা লেংখি। মরম অসি সনা কোম্নুং মমুঙ্গী মী কনাশু থংবে। শ্রীযুৎ মহারাজনা সাহেবশিং হয়েংদি চংলনি হায়রে ভসি ফুংদাং অসি বৈতৈ জগোই রাশ য়েহনশি ফুংলাঙ্গা পুং খরা হায়তুনা থোবাংতুনা লৈ। সাহেবলোক পুম্না মথোয়না নিংবা থৌরাং অতু করিমণা পাংথোকচৌবা ভমদবা অতুনা য়াম্না ইকাইনা রাখন তৌতুনা লে। জগোই য়েংবা মতম ওইতুনা শ্রীযুৎন, হাপ্তুদা জগোই

রাশ শাম্নহল্লি যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎনা সন্না বুদ্ধি তৌবদা বৃটিশ হায়বা অসি অকিল্লা হান্না হৈবনি করিগুম্বা অহিংদা কোন্নুং মন্নুংদা চংহুনা ঐবু থিরবা য়াউ রাখল তৌহুনা সনা কোন্নুং অকোইবা সনা য়াথং পিহুনা চেকশিন্না ঙাকহন্দুনা অঙম্বা অকল অথোনচিংবা কংলা মেকাজিনবু চেকশিন্না শংহনথি । শ্রীযুত মহারাজনা সাহেবশিংগী নুংঙাইনবা হায়হুনা বাশ জগোই শান্নহুনা য়েংহন্নবহু সাহেবশিং অহু কয়া থরাই য়াওদে কুমৈ অদু থোইনা ফমদুনা য়েংদে । শ্রীযুতনা য়ুংথক মতুং অদুদা জগোই লোইরো হায়দুনা জগোই লোইহন্দুনা শ্রীযুতকা সনা কোন্নুংদা লেংশিন্নরে । কোন্নুং মন্নুংদা লাংঙম্বা থৌরাং অহু উবদা ঙক্লহুনা মনাও ইবুংঙো যুবরাজদা হংঙি, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎনা মরম পুম্বা তমহুনা সনা বুদ্ধি তাহুনা অহিং তুমদনা সনা কোন্নুং ঙাকুনা লৈথি । খুদক অহুদা চিফ কমেস্নর কুইন্টন সাহেবনা সনা কোন্নুংগী থোং অহুম্বু থিংনা অহিং অহুদা লান তৌরকুনা সনা কোন্নুং মনুংদ লৈব সিপাইশিংঙা কপ্পরে । সিপাই লোক্কি সিপাই মশিং নাইদনা শিরে সনা কোন্নুংগীদি শিদি শিংদ হায়ববু থোং ঙাক্লবা হোৎনবহু থরা রারে মতুদা যুবরাজ থোং থাংদারক্রো কিলা মতুংদা ঙাক্লনা তৌশি হায়হুনা সনা কিলা মন্নুংদা চংহুনা বন্না ঙাকথি । চিফ কমিস্নর কুইণ্টন সাহেবন যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী ইমুংদা চংহুনা যুবরাজবু থি । যুবরাজগী চেপ্পবা ফমুংদ মনাইশিংবু থিপহন্দুনা সনাপ্পাবু শাহুনা লৈহল্লি । সাহেবশিংনা ইমুংদা চংহুনা থিরকপদা কিহুনা যুবরাজগী মনাই অহু হৌগত্তুন নাথেহুনা লোৎহুনা লৈরে । ফমুং অহুদা কুইন্টন সাহেবনা মখুৎনা মাহুনা য়েংবদা ইপ্পম্বগী ফমুং অহু অশাবা মনিল ফংঙি মতুদা যুবরাজ ইমুংদা লৈ হায়না থন্দুনা সিপাই ময়াম্ন কোইশিন্দুনা থিব হোৎনরিঙেদা মৈতৈ লানমীনা কোইম নোংমৈ কাপ্পশিন্নকুনা কমিস্নরগা লোয়নরকপা লানমী মথৈ লোইনা শিরে । কমিস্নর ইমুংদগী সিপাই থবগা থোরকুনা মপানগী মৈতৈ লানমীগা থেংনবদা মৈতৈ লানমী কাইহুনা কিলা মনুংদা চেনশিন্দুনা লৈথি । মৈতৈ সিপাই খুৎলাই পায়বনা সাহেব লোক্কী সিপাই কাৎপদি হাংলি হায়ববু লান্দি লোইশিনবা ইয় য়াদে । মতম অসিদা মেজর খাঙান্না হাই "মন ও ইবুংঙো যুবরাজ মথেগী মরম পুম্বা থমকম হাপ্তু অসি মৈ থানবা তৌজবদি থুদোং কয়া চারাই সাহেব লোক্কি চানা থকবা মচাক রাঙ্তুনা ফঙনি । যুবরাজনা নিপা ২৫ থাহুনা সনা কেন্নুংদগী নাকোই লন্নীদা পাহুনা নথুল তুরেন লান্দুনা মনিংলোমদা কাথৎলকহুনা হাপ্তু মন্নুঙ্গী য়ুম মৈ থাবে হপা মন্নুঙ্গী মঙ্গ মৈ চাকপা অহুদা সাহেব লোক্কি মরম পুম্বা অরাংপা ওইহুনা অবাবা তাথি । মতম অসিদা নোংঙল্লহুনা হাপ্তা মন্নুংদা লৈরম্বা মুপী নহা সাহেব সিপাই থরা মাগী মাপী থরাই হিংনবা চেন্নখ্রে । খুদক অহুদা মৈতৈ লান্দা থৌবা মৈতৈ প্রজা মথৈ শাফি লানফি শেম্ন্নুনা সনা কোন্নুং তম্না চেনখৎনরক্লে সাহেব লোকশিংবু মৈতৈ লানমীনা মন্নুং মপান কোইথৎ থৎনা কাপশিল্লকপদা সিপাই অমত্তা থাক্লনা তুন্না শিল্লে,

বেঙ্গল খোংব অমগা সিপাই অহুমতগা ডাইহুনা বেঙ্গল খোংব অহুমা বেঙ্গল ময়রাম্না সল্লম কন্তুনা সাহেবলোক অহুম খুংলাই থাহুনা লেপতুনা লৈবে। মৈতৈ অহুম্বা লানমীশিংনা চিফ কমিস্নার কুইন্টন সাহেব, ইস্কট সাহেব, গিবান সাহেব অহুম্বু ফাদুনা প্রজা ময়াম্না থাক-থাক, টাদোনগা টাদোনগা লোনশিন্নহুনা যানগে থিনগে তৌরে। বংথবাকপা নহা শ্রীলোকেন্দ্র বিরজিৎনা চেঙ্গোক্লকুনা প্রজা ময়ামগী থাংদোন তাদোন ময়াম খুংনা খস্তোক্লুনা "লৈবাক মচাশা লানফমদা খুংলাই থারবা মীদা খুংলাই থানা হৌনদে লান্দা থোবা পুম্নমক ডাইনিখে।" হায়না থাম্নগা সাহেব অহুমবু শ্রীযুৎ সনা নাক্তা পুশিন্নরুগা বজাইশদা ফাদুনা থম্মে। শ্রীপঞ্চযুক্ত মহারাজ, শ্রীলোকেন্দ্র বিরজিৎ চগেমসনা, শ্রীশৌরাইজাম্বা মেজর, শ্রীলনখ্বা মন্ত্রি, শ্রীগুলাপসিং মরিনা সাহেব অহুম অসিগী মরমদা থন্নবদা শ্রীসনাখ্বা মন্ত্রি পুক্কোবনা 'শ্রীযুৎ সাহেবলোক অসি কনবনা চুম্মি চিঠী অমত ইদুনা বৃটিশ গবনর বেটবোদিদা মরম অসি থংহনখ্রগা মথোযগী মথুক্তা শিন্নদুনা থখিবনা চুম্মি" শ্রীশৌরাইজাম্ব, শ্রীরাংখৈরাকপ লোকেন্দ্র বিরজিৎ অনিনা 'চুম্মি মহারাজ বৃটিশ সাহেব লোক্কি উপাইদগী ঐরাশিনা লৈবাক অসিবু ডাকতুনা লৈরববু তাম্ভোকখিদুবা ইদ্দৌশিংগী থুবম অসি অমুক হন্ন লেপতুনা লৈবা ডংগনি হায়না নিংশিং। মদুবা শ্রীযুৎনা গুলাপশিংবু চিঠি অমা ইদুনা বৃটিশ বেন্ট বোদিদা থানবা তৌ হায়দুনা লাইরিক অমা ইহল্লে। রা অসি মেজর থাঙ্গাম্না তারদুন টেকেন্দ্রজিৎকী মফমদা মনাও ইবুংঙো কৈ মচাবু চাওনবা য়োক্লবদি চাওরগা মপু চাবদো শোইদবনি বা অসি তাবদা যুবরাজনা চুম্মি ইপু মবম অসি চুমদবনি লেপ্পথিব রাবেপ অদু বরবা তৌদবা যাদে হায়না ডানদুনা মপু মনাই লোয়নহুনা বিজয়া কারোত্তা চংলক্লগা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎন বৃটিশ সাহেবলোক অহুমবু লৌথোকখুহুন। মথোয়গী মচিন অমতং হংশি হায়ন সাহেবলোক অহুমবু লৌথোকহন্দুনা পুরকই মতম অহুদা সনাখ্বা টেকেন্দ্রজিৎ থাঙ্গাল মেজর অনিগী মিংয়েং উবদা কিহুনা সাহেব অহুমবু মফম অহুদগী চেনগে হায়হুন চেঙ্গোকখ্রে। মহুদা থাঙ্গাম্না ইঙ্গিৎ তৌহুনা শ্রীশংগোলশেম ফিঙাংনা মথুক্ত। টা অমা পাইহুনা তান্নরকুনা শামাংদা শিনুক্ত চিফ কমিস্নার কুইন্টন সাহেবপু হাংল্লে। ইস্কট সাহেব, গিবান সাহেব অনিবু টেকেন্দ্রজিৎকি মনাইশিংনা ফাহুদা মফম অহুদা অত্তুম লোইখ্রে, থুদক অহুদা বেঙ্গুন খোংবা সিপাইহি অহু নাবোন্দা নাস্তোক্লুনা অহুম চেনখিহুনা খিবোমৈ কোল্লিমা য়ৌখিহুনা মতম অহুদা তৌনবা মরমপুম্বা লোইনা তমনা খিবোমৈদা লৈবা সাহেব লোক্কি মক্কমদা থংহনখি। শ্রীপঞ্চযুক্ত মহারাজ কুলচন্দ সনাখ্বা মন্ত্রি পুস্বোব, শ্রীরাংখৈ-রাকপা মহা লোকেন্দ্র বিরজিৎ, শ্রীশৌরাইজাম্বা মরিনা সাহেবলোক অহুমবু কন্নব থৌবাং রাবেপ পুম্বা অয়েম্বা তাম্বুনা মাংখি।

# বৃটীশনা মাইগৈ অহুম লান্দারকপা

কমিশ্নার কুইন্টন, ইস্বট সাহেব, গিরান সাহেব অহুমবু বিচার তৌগনি হায়না কোখোক্লগা হাংলি হায়বা মরোল তাবদা বৃটিশ সাহেব লোক্না শাওহুনা মণিপুরদা লগী অহুম খিংনা লান্দা-রক্লে। ব্রহ্মদেশলোমদগী লেপ্টনান্ট কর্নেলরচিংবা সাহেবলোক্না কোরা সিপাই, শপ্রামৈনা পঞ্জবি সিপাই, ঘুর্খ সিপাইছি পলতোন অহুমগা লোয়নন, লান্দারকুনা ককচিং পলেন লাংঙথেন য়ৌনা লৈখি।

জর্নেল সাহেব, কামান্ডিং সাহেব ঔরান্দর শুবদারনচিংবা দেশরালি পলতোন অনিগা লোইননা ঔরাংলোমদা লান্দারকপনা ময়াংথাং লানশক্লে।

শ্রীপঙ্কযুক্তা মহারাজনা বেঙ্গুন খোংহন্দুনা লান্দ খৌবা অকল অথৌ প্রজা পুম্বা কৌখংতুনা ঔরাংলোমদা শ্রীযুক্ত সনাখ্বা রাজোনশ্না, সনাখ্বা লেংকেন্দ্র বিরজিৎ রাংখৈরাকপা নহাগা লানমী কয়ামুক্না থাহুনা ময়াংথাং য়ৌনা চংশন্দুনা লান অহু শোকখি।

তোংজৈ মরিনলোমদা শ্রীসনাখ্বা শাগোলহঞ্জবা, শ্রীনিংথৌখোংজা পোইলা, শ্রীশাগোল শেম্বা পোইলা অহুম্না লুচিংতুনা লানমী কয়ামুক্না থাখি।

শ্রীপুরেন মেজর, শ্রীয়েনখোইবা মেজর অনিনা লুচিংতুনা লানমী কয়ামুক্না মোংপোক মাইগৈদা থাখি।

লাজবা লাকপা শপ্রমৈনা পঞ্জবি থরগা থৌবান্দা থেংনতুনা লান শোক্লরে মতুদা মী থোম-জিনবিরক্লো পাও লাকুনা সনাখ্বা য়াইস্কুল লাকপা শঙ্গোইসনা মপা মচানা লানমী থরগা লোই-নতুনা থৌবান তোমজিন্দা লানবন শাতুনা কাপ্পরে লাজবা লাকপশিং কাইতুনা চেল্লে। নোং-ঙাল্লগা নিঙ্গী লানমী থরা থুংলরে সনাখ্বা মপা মচানা তকশিন্দুনা অরোং তুরেন অথোকপম য়ৌনা শোক্লবদা সনাখ্বা অনিগী লাইবক থিবনা মকম অতুদা বৃন্দাম যাত্রা ওইখ্রে।

সাহেব লোক্নি লানমীশিংগু সনাখ্বা অনিগী মথৌনা অতুদা অকি তুজুং পোকুনা নিংলোমদা হনখিতুনা লাংঙথেন্দা তেজোন শাতুনা লৈখ্রে। পুরেন মেজর, য়েনখোইবা মেজর অনিনা খোংজোম লৌশি য়ৌনা চংতুনা লানবন শাবগ লান শোক্লবদা লান কাইবা তারে পাও থারকই। শ্রীযুক্তোনা সনা বুদ্ধি তৌতুনা নিঙ্গী লানমী তেজোন থরা থুনা য়ৌহনখিনবা তৌবিরকউ হায়বা বারম অসি তাবদা সনা পুক্লিং হায়নিংঙাই লৈতনা রারক্লে। সনা কোতুংদা লানমী মত্তিক চাবা লুচিংনবা লৈরক্কবনা মতম অসিদা সনা বুদ্ধি তৌরগা কোইদি শংদা লেংশিন্দুনা

"পোন্নবীর মৈতৈ লৈখাকী অকম অথৌ লান্না থৌবা মাঙ্বা লুচিংবা অবাক্কমদা লৈবা অপুম্ব, মংগী মাংগী মরাই ছিংনবা চঙলোম। তসি নখোয় পুম্বু অরা ফমদগী থারবগি লান্না থৌবা কনা থ্রাওজ্বিবা মতম অসিদা লোকলাই লৈবা তোংহুনা লুনা মোপ্ন হিদাকফু লোংজৈ থাবুং থকুনা পজেং ফিরাম জাপকুনা, বেলন ফুরিং শাইককপা লিংহুনা, সনা খুজি তানবু শিন্দুনা, মিংথৌকি শাইচোম্নবা নমহুনা, কম্নেং শাপা লেংতুনা, লানমী তেংগোনবু লুচিংহুনা মালেমগী তেংগোল লানমীগা লাম্থেংনবা ছমগনবা অথৌবা কনা য় ওবিবগে"? অয়াশংদগী পাওনম ব্রজবাশিনা "পঞ্চযুক্ত ননাইবু মালেম তেংগোন লানমীগা লাম্থেংনবা চংচংগ মহুদ। ননাউ ঐনদি মফম অসিদগী থোকচবদা ভাইবা অসিদা ঐবু"! মহুদা শ্রীপঞ্চযুক্তোনা "খংডে ইপু মরম অহু অহুদ' চিংনফম লৈতে মৈতৈ মিংথৌ মচা মশু ঐথোযগী তৌপদবা ইথৌদা মাই ওনশিন্দুন সং ক্ষেত্রি মচাগী ইশক ইগুন ইখৌনা ফোংদোক্নুনা শন্দেক্রব তৌবম্বা ইপুদা কনাম্না করি খনকম লৈগদগে মহুদি মতম পুম্নমক্ক ক্ষেত্রি মচ ঐথোযগী তৌগদবা ইথৌ চঙস্মি"। য়া অসি হায়হুনা শ্রীয়ুংনা পাওনম ব্রজবাশিবু বামোন মঙানা মথক্তা ঈশিং হৈহুনা। শ্রীগোবিন্দগী মমাংদা অঙম্বা ফিবোন কমেং শাপা বেলন ফুরিং শাইককপা, সন, খুজি তান, নামান্থি ফিশাং কোকয়েং পাজেং ফেবন থেংতুনা হিদাকপু পুংফা তোংজৈ থবুং থাহুনা শ্রীমেঞ্জর পৌনা ব্রজবাশি মিংহুন্দুনা দোলাইনা খুদক অহুদা ময়ুমদা থিনথরে। শ্রীচোংথা মিয়াশু অয়াশদগী থাদোক্লকপদা লান অসিনা চংপা য়াওমি চায়হুনা লেপ্লে মহুদা শ্রীযুংনা মীয়াবু মেঞ্জর সাহেব ফমগা লোয়ননা থাশ্রে। শ্রীমেঞ্জর পৌনা ব্রজবাশি ময়ুম য়োবগা তম্না কারহুনা সনা কোম্ন্নুংদগী লান্দা চংনবা থৌনাং ফৌরে। মতম অসিদা শ্রীহৈরাংখোংজাম্নু লহুনা ননাইশু ওঝাগী খৌগন জুংজ্রবি হায়না লেপশ্রে। ননাইগী য়া তাবদা শ্রীযুংনা হৈরাংখোংজাবু পুম্নমকি মাংদা ফম চাপকুনা শ্রীহৈরাংখোংজা মেঞ্জর জমদার মিংহুন্দুনা লান চংনবগী থৌবাং লৌইরে। খুদক অসিদা শ্রীননাথ্না চিংলেনসনাম্নু "ওঝা চবুংজো অহনগী মতম ওইরবা মেঞ্জর পৌনাগী জুংইন থৌগাম ওইহুনা লান অসিদা চংকনি লেম্লে। শ্রীযুংকি সনা পুক্কিং য়াম্না মুংঙাইরে সনা কোম্নু' তাক্লবা লানমী কাওবা থাক্লনা হেক্কোল লেমহুনা লানমীগী মাংদ জয় পত্রা ফেরান থামেন চংপনা মাংদা থা, ফেরান মচু ১১ না শরেংখা তোংলেন বজাই খোংনগী মচা মনাওনা মজাই বেঙ্গুল খোংহুন। সনাপুং চিংলেন সমানা য়াঙ্গাই শগোল থক্তা তোং, য়েংথাং, ওইথাং অনি থান শ্রীমেনজর হৈরাংখোংজ শুবদারগা অমমম তোংহুনা লানমী তোঙ্গোনগী মিং মাংদা চং, শ্রীযুং মেনজর পৌনা ব্রজবাশিনা দোলাই মথক্তা তোংহুনা লানমী য়াইদা থংনা চত্নুনা লমশাংশিংনা বজাই বেংগুন খোংহুনা খোংজোম তুরেল লৌমৈ য়োম্না খিদে।

শ্রীচোংথাম মিয়া মেনজর, শ্রীয়েনখোইবা মেনজর, শ্রীমেনজর পোনা ব্রজবাশি মেনজর হৈরাংখোংজা মরিনা লানগী মরমদা থৈরে মতুদা চোংথা মিয়া মেনজরনা শ্রীমেনজর পোনাদা রাহৈ কারন রাঙাং অমা য়াম্না ঙাংখি, মতুদা শ্রীচিংলেন সনাবা শাওহুনা মেনজর চোংথামিয়াবু ব্যবহার কাইনা য়াম্বা থোৗগল্লবা রাঙাং মখম অসিদা য়াদে হায়বা মেনজর মিয়া খ'ক্রমায়ে নখুত্তা খুংলাই পায়রু চিংলেন ঐগা অমুক্তা চাংনম্নশি ঐগী ওঝানি নং থংত্রা, ক'না অচৌবা কনানা অশিকপা মরমদো মশাগী মহৈগী মঙাম্না শোইদনা তাকদবা লৈজবা মরম্নি চীম্না ঙাংবনা কাম্নবা নত্তে" হায়না থাং পায়রহুনা চোংশল্লকই । চোংথা মিয়া, য়েনখোইবা মেনজর অনি রা ঙাংবা ঙমদনা লুক্কুনা লৈ । মেনজর পোনানা "ইবুংঙো সনা হৌনদে ভপথবো মপুগী মনাই অঙম্বনি মেনজর অনিগী মনিং থুংনবা মখম অসিদা অহুক লৈখিসি, নিংলোমদা হনখদি হন্দোক্লরোই মখম চাদবগীদমক চংশিনশি হায়বা মথৈদি চংশিনগনি শিরে অহু মঙাই" হায়রহুনা খোংজোম তুরেল লোমৈ মপান্দা অহুম লৈরে ।

নোংঙাল্লবা মতমদা সরকারগী লানমী লাক্লবা লাকপা কাংবুগা লান শোক্লে, মী থরা শিনে সরকারগী লানমীনা ককচিং পলেন লৌশিনখিহুনা ককচিং থুনজাওনা সরকারগী লানমীশিংগী চানবা চেংজেন হুনখ্রে । শ্রীমেনজর পোনানা সরকারগী তেংঙান থুগাইনবা খুংলাইগী রাথন তৌবদা খুংলাই রাংহুনা নিপা ১০ থাহুনা তোপ পিবিরকই হায়না শ্রীযুৎতা হজংহনবদা মেনজর থাঙ্গায়া টেকেন্দ্রজিংকি মকমদা 'মনাও ইবুংঙো যুবরাজ মেনজর পোনা অসিবু কোইদি শংদগীশু চংখিবা, চিংলেন সনাগশু লোয়নখি মসিদা করিগুম্বা বৃটিশ সরকারগী লানমীবু খিংনবা ঙমত্রিঙৈদা মথোয় অহুম্না শোমদা ওনশিল্লকবদি খুংলাইগা মতিক চানা পায়খি খুদোং কয়া চারোইত্রা সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু" । রা অসি তাবদগী শ্রীযুৎ সনা য়াথং তোপ পিখো হায়না কেপটেন্ট টেকেন্দ্রজিংকি মকমদা লাকপা লানমী ১০ অদুদা কোন্নুং ঙাক্লবা খুংলাইনি খুংলাই অতোপ্পা লৈতে হায়না পিরক্তহুনা মথোয় ১০ হল্লকুনা মরম পুম্বা তম্মহুনা মরম অসিগী শ্রীমেনজর পোনা ব্রজবাশি, শ্রীহৈরাংখোংজা, সনাখ্বা চিংলেন সনা অহুম্না থন্নখি । মেনজর পোনানা 'সনাখ্বা মচা হন্দক ঐখোয়না লাকপা মফম্নগ ফংলকতনবে মিং অসি ফজফম লৈতে লান অসি য়ারবদি মলেপ তেজোল থুগাইহুনা শ্রীযুৎ মহারাজবু মতম থরদং পানথিবা য়াগদরা থনবতগী তোপ খুংলাইবু পাম্মুবনি, হৌক্তিক্তি খুংলাইশু ফংদ্রে থুদোং চাগদবা লম্বীশু থেইনা উদ্রে লৈমিম্নবা ঐখোয় মশেন মক্তা রাথন পুক্রিং তিম্নদে লানগী লাস্তোং শিম্নবশু য়ানারোইদোরি মেনজর হৈরাংখোংজা, সনাখ্যা চিংলেন অহনদি ঐখোয়না থরাই হিংহুনা লৈহৌরবশু ফজফম করিমতা লৈতে রেক্লবগী মথুত্তা ঐথোয়গী তৌবা ঙনজবা মথৈ তৌরমহুনা সনাতোন ধর্ম্ম ফংনবা লম্বীগী থুবমহুম খিবনা

ইপু টনাই ঐখোয়গী ভোংজবা মাইপাকপা লম্বী ওইগদ্রা হায়না খল্লি সনাখ্যা মচা" , ওঝানা ভাকথিবা অসিনা কনি হায়রা অদু ঐখোয়গী রাথম্বগী পামজবা মরম্নি । "অদুদি বৃটিশ ল'নমীগী মলিং তম্মদা মুংঙাইজবা ওইগদবা মখোয়গী তেজোলগা খরগু নক্কবা খোংজোম লৌশি খো'নাং মখোং য়োনা চংশিন্না ইপু টনাই ঐখোয় অহমগী লানবন শানবা তৌশি" । 'ফনি ওঝা অদু মঙাই য়েক্কবদু লাপ্পরগা খুদুম চনবা ওগ্গু হৌনদে' হায়না ভাংনদুনা লানমী খবগা লোইনদুনা লৌশি খোংনাং মখোং য়োনা চ'শিন্দুনা লানগী পন শেমদুন, শ্রীপৌমা মেনজর শ্রীহৈরা'খোংজা সনাখ্যা চিংলেন অহম্না সৌশি খোংনা'মখোংলোমদা লৈখি ।

নোংঙান তু উরকপা মতমদা বৃটিশ লানমী শগোল ভোংবা ত্রকিশ্বরি লিশিং অমা খো'জে'ম তুরেন লৌমৈরোম তম্না লাংঙখেন চিংলোমদগী হায়থরক্রে । শ্রীপৌমানা লানজবা ল'কপদা লৈচিন্দা য়েংবদা লাল লাকপা খুদম উদুনা খোংজোম তুবেন লৌমৈ ওম কন্না চনশিল্লকুনা লাওরক্রে "তেজোল পুবা অঙম্বা লান্দাখৌবা নচা ননাও পুবদু অহুম্না পুবা হৌনদে য়েক্কবগী লান য়োশিল্লক্রে প্রজা লানমী কন্নবা তোংনবা ম০ম হেনথ্রনি" । রাহৈ অসি অহু্ক হন্না লাওনবু শ্রীচ'ংখা মেজর মিয়া, শ্রীয়েনখোইবা মেজর লুচি'বা অনি খোশা নি'ঙাইদনা "কবিবু থংদুনা হ'য়শা'দিবা লিক্লা উন মরক অ'সিদা লাজনা কনা লাকপ, লৈচিন্না মা'ইগে শিন্না মন্নবা অসিদা কমদৌনা মাইগে থংদুনা লাকদৌরিবা, থংডি হৈশিংদি থোক্কবা লানমীশি'গী মথরাই রানবা পাওশারিবনে," হায়না মিথানদনা লৈরিঙৈদা ত্রকি সিপাই শগোল তোংবা লানমীনা মাইগে মম্না শগোল খৌজিল্লকুনা নোংমৈ অরেপ্পা লৈতনা কাপশিল্লক্রে । মতুদা মৈতৈ সিপাই ২০০ নোংমৈনা প ন্দুনা শিরে । মৈতৈ তেজোল কাইদুনা চেম্নরে মতুদা মেজর পৌনানা মাংবা তারে ত্রকিশ্বরি সিপ ইশি' অসিনা খুলক্কা হায়জনথ্রবদি প্রজা অশোন অনা শোকথ্রনি মসি থিংনব তৌদবা য়'দে খন্দুনা ত্রকি সিপাই লানমীশিং অদুগী মমাংদা য়েংথাং ওইথাং হাইদুনা চেনশিল্লকুনা খত্তুনা লৈ পৌনানা চোংশিনখিবা অদুদা শ্রীমেজর হৈরাংখোংজা, শ্রীসনাখ্যা চিংলেন অনিশু লাজাবা তু'ইল্লবদগী মাইগে অনি থোক্কা চেনশিল্লকুনা ত্রকিশ্বরি সিপাইশিংগা অকনবা লান শোক্কদুনা খুল্লক্কা হায়জিনবা ওসকন্দনা থিংদুনা লান শোক্করে । শাগোল তোংবা ত্রকি সিপাই নোংঙ'ল্লকপা মতম অদুদা মশিং খ ন্দনা শাগোনগা কোম্না কোম্নুনা শিরে । মৈতৈ লানমী তেজোল কাইরুনশিং হন্দুনা কনান, লান য়েংঙি, কনান, লান্দা য়াওদুনা লান্দা থৌবা অহুনগী তেংবাংডি, নো'ঙাল্লব' মতম অদুদদি সরকারগী লানমীবু মৈতৈনা লাকচবা হেনজিল্লক্রে, খোঙ্গী হাকথেংনবা থাং টাগী লান অদুদা ত্রকি নি'ংমবা হৌরে । খোংজোম তুরেন খোংনুংদা ত্রকি মশিং থংদনা হাংথ্র খাংবা ওবদদুনা শগোল মমাই লৈদুনা লাংঙখেন চিংলোমদা চেম্নখ্র । লান অত্র লাইদুনা মৈতৈ

সিপাই অশিবা মরক্তা মেনজর অনিবু থিবদা শ্রীমেনখোইবা মেনজরদি সিপাইহি অশিব। অমনা মথক্তা ননশন্দুনা লোত্তুনা লৈরম্মে। মেনজর চোংথাম্নিয়াদি থিবা কংগ্রে থিনরিউদা লাংঙথেন মচা থরা লাকুনা "নিপা অমথক তুরেন মতুং ইন্না মথক্তা কংজাও থরনা কুপতুনা অমুক ঈশিং মনুংদা চং অমুক ফাওগংতুনা থরা চং তৌনা লাকতুনা খোংজোম নিংখোগী হিদেন্দা কাখত্তুনা খোবাল্লোম ভম্না ফিমু শাইজোনবা লিংপা অমদি চংখি" হায়না তৌম্মে। মতুদা ময়াম্না অশিবা মরক্তগু য়াওদবা শিনদি ময়া মেনজর ওইরন্দ্রা যাই হায়না থন্দুনা লান অহু পোংথাদুনা লৈরে।

মেনজর পৌনানা "মচাহন মেনজরনা মফম অসি পুবগী পুখ অতুম চাওয়েং ওইনা লানজবগী মওং ওইনা মপুবিরো ঐদি হন্দক্কি লান অসি রাশকতুনা লাক্লবনি চংশিনবা মথৈদি চংশিনগনি তুংলোমদা হনবতদি হনখ্রোই ঐ থক্কি লানবনলোমদা কাখৎলগে" হায়না পৌনা মেনজর হৈরাংখোংজা মেনজর, সনাখ্যা চিংলেনম্না অতুম লোশিন্দা লৈরে, খোংজোম তুরেন লোমৈদা মেনখোইবা মেনজরনা লানমী থরগা লানজখা ওইনা পুংন লৈখি।

নোংভাল্লগা বৃটীশ সাহেব লোক্কি লানমীনা শাওতুনা লাংঙথেন চিংদগী সিপাইহি অঙকপা ফংনা শাগোল তোংবগী লানমী, খোঙ্গী লানমী, নোংমৈ পায়বা, থাং পায়বা টা পায়বা অসিন-চিংবা মশিং থংদনা লোশি খোংনাং ভম্না কুম্নকুনা মৈতৈগী লানমীসঙ্গা অয়ুক্কগী কৈথেল অওম্বা মতম ফাওব লান কম্না খোঙ্গী লান হকথংননা শোক্কে। মৈতৈশু য়াম্না শিবে সাহেব লোক্কী সিপাইহিশু মশিং থংদনা শিতুনা ঈনা লোখোংদা ঈশিং চেনবগুম চেল্ল ক্ল মীশানা লৈথোম খোকপগুম্না লৈবনা খোং কানফম থাফম লৈখিদ্রে। খুদক অতুদা হৈরাংখোংজা মেনজর শুবদারনা মাগী ল নশা শাগোনগী মথক্তে তোংতুনা পম্নিং পনমাং ফাওনা অরাম্বাইগী লান চংভি। তাল্লক অহাং অতাংবদা থাঙ্গী লান্না মনাক্তা লৈবশিঙ্গা লাম্বেনতুনা পুং ২/৩ মুক মলেমগী লানমী চাউ-থাইরকই। অত্তম্বা অথৌবা অ সগী মমাংদা সরকারগী লানমীশিং থাংবা মাইয়োক্লবা ভমদতুনা রানা থাংলক্লে, হায়দোক্লকপা লানমী মথৈনা শ্রীমেনজয় পৌনা, শ্রীচিংলেন সনা লান্দা হৈবা অনিমা মক্তে থিংতুনা ভম্বমথৈ হাংলি অমুক হাইদোরকপা মথৈনা মৈতৈ অকল অথৌ লান্দা হৈবা ময়াম্না হাংলি। মৈতৈগী লানমীদি শিবদি শি পংশেংক শোক্তে বৃটিশ সাহেব লোক্কি সিপাইহিদি তেঙ্গোল তাক্তক তৌনা মাংখিতুনা য়াচংবা কান্দা লান কংইতুনা লাংঙথেন চিংথক্তা হাইগত্তুনা লৈখি। শ্রীপৌন ব্রজবাশিন কোইনা চত্তুনা লানমী প্রজা ময়াম্বু চানা থক্লবা হোংনহন্দুনা পিজ পিখতুনা পোংথাহম্নবা তৌই, শ্রীমেনজর শুবদার হৈরাংখোংজা, শ্রীসনাখ্যা চিংলেন অনিনা লানবন মথোং কোইনা চত্তুনা লানজাহনা লান লাকপা য়েংতুনা লৈখি। পৌনা ব্রজাবশিন 'একল অথৌ অপুম্না লান অসি রাম্নোইদৌরি নঙ্গী নঙ্গী থরাই হিংনবা অহিং অসিদা

চৎনবা তৌ মীনা খুৎলাই তেল্লি, লানমী রাক্তবা হেল্লি ঙসিগী সুমিৎতা লান অসি লোক্তবা ঙম্লবদি লোইগে তৌবনি লানমীনা য়াম্মনবিবনা কদৌবা ঙমদে। মখোয়নশু ঐখোয়বু কদৌরম্বা ঙমখিদে। অদুমদি য়ংঙু লৈচিন অসি ঐখোয়গী লানথন ময়াই মপাল তৌরিবসে খুদম অসিনদি হয়েংদি ঐখোয়গী তেঙ্গোল অসি থুগাইনবা খুৎলাই অপাম্বদগী খৌরাংতুনা শোংইনবা তুম্বা শিতুনা তেঙ্গোল কায়রনি, ঐহাক্কি রাশকা লোয়ননা লাক্লবা লানদি ঙম্রে মালেম তুম্নবা তৌরমগনি ঙম্রে মখোয়গী মথুত্তা থরাই খাংলগদবনি মাই ওন্দুনা চেল্লয়োক্‌দবনি ঐবু যেক্কন্নু তুংদা লাকপা রাজনীতি নচা নগী কুমৈবু মতম থরগ য়ংনবা তৌরকখো” রা অসি তাবদ অকল অথৌ থরদি “অঙম্বনা লৈবা মফমদা ঐখে য়শু লৈগনি শিদে ফদে লাইগী নোংদম্লি” হায়তুনা য়দতুনা লানমী ৫০০ গী মথংদা লানমী ২০০ অহিং অতুদা হনখ্রে, লানমী ৩০০ লানফমদা মেনজর পৌনা ব্রজবাসিগী তুংইনগনি হায়না লৈখি ।

অহিং অসিদা বৃটিশ লানমী পুম্বা লাংঙাপেন কিলাদা থট্লে, “খোঙ্গী লাম্দা মৈতৈবু লান্দা ঐখোয়না ঙম্বা য়ারয়োই হয়েঙ্গী সুমিৎতু মৈতৈ তেঙ্গোল থুগাইহৌদ্রবদি মখোয়না তকশিল্লকপদা ঐখোয়গী থাংকম লৈতে লম্বী তু খোংন খুদোংচাদবনিনা চানা থরবগী মরমদশু অরাবা খুদোংথিবা খোল্লবা য়াই হয়েঙ্গী সুমিৎতু। মৈ খৌরি পান্দুনা তোপ কাপ্পনা খৌবাংদবা য়াদে খোঙ্গী লাম্দি লাবগী লানগুং য়েংলগ লাম্বাশি অহানবদা তোপকি লাম্ন অথাপ্পা লমসিদগী লান্দানবা মখোয়গী লানবন য়ৌবা মফম অসিদগী লম যোংলি গজ কয়া ওইবা য়াই মবম অসি নোংঙাম্প্রিদৈদা থংনবা তৌবা তাই” হায়বা লেপ্পতুনা অহিং তাল্লক তুববিন থাদুনা লাংঙখেনগী চিংথক্তগী লৌশি ফাওবা য়েংতুনা অথাম্বা লমগী গজ মশিং শাতুনা মৈ থৌরিবু পান্দুনা তোপ অতুম্বু মফম অতুমদা থমখি ।

নোংঙান তু উবা মতমদা মেনজর পৌনানা “অকল অথৌ পুম্বা লান লাক্লদোরে নঙ্গী নঙ্গী লৈজবা শ্রীবিষ্ণুদ কংনা প্রসাদি অদু থবদং ফংনবা থুন তৌবিহৌ লান লাকপনা হানবা ঙারে”। অকল অথৌ লানমী পুম্বা হকচাং শেংদোক্লতুনা মাগী মাগী য়ংওক্তবা চেংপাক চিনি বিষ্ণুদা কৎলগা প্রসাদি ফংনবা পৌরাং হোংবৈ। খুদক অদুদা মেনজর পৌনানা হিং লান লাক্লে য়ৌরক্লদৌরেমা হায়তুনা য়েংথাং ওইথাং পাইতুনা লৈপল মখক্তা চোংথতুনা লেক লৈখি। খুদক অদু মক্তদা বৃটিশ সাহেব লেংক্ল মৈনা চুদুনা তোপ থারে মৈ থৌরি ইঙাং ঙাংনা লৌশি লম্বক তম্বা পাইশল্লক্লে প্রজা লানমী পুম্বা শ্রীবিষ্ণু শোন্দুন মফম থংদনা ওতুনা লৈরে, মৈ থৌরিমা তারমলাইদা মেনজর পৌনানা য়েংথাং ওইথাংনা মশা ওইতুনা লৈপন্দগী খুতুপ ৯ রাংনা চোংথত্তুনা লানথন য়ৌজিদৈদা মৈ থৌরিবু মতুপ ১২ থোক্লা বকুন মৈ অদু লৈবাক্তা

থাদদুনা মাংহল্লে । মহু উবদা সাহেব লোকনা থুবি চিকুনা মকোক্তা উপ্পা তুপী লৌথোকুনা শলাম তৌরম্মগা থুদক অহুদা অমুক হন্না থুহুপ ২০ রাংনা কাপ্লক্লে । মহুত্ত কক্কদবগী পৌনা মেনজন্না থাংনা মশা ওইনা থপতুনা লৈপন্দগী মৈ থৌরি তন্না চোংশিনখি । মৈ থৌরিনা থন্না রাংনা চংখিবনা ককপ, ঙমহৌদহুনা লানবন মন্থুংদা তাহুনা অকল অথৌ পুম্বা থুংলাই অমত্তা কাপ্পমদনা মৈ থৌরি পোকথায়হুনা তুম্না মফম অহুদা শিখি । মতম অসিদা শ্রীপৌনা ব্রজবাশি, শ্রীমেঙ্গর হৈরাংখোংজা, শ্রীসনাখ্বা চিংলেন সনা অহুম অসিকা হিংহুনা লৈরি ।

বৃটীশ লানমীনা তেঙ্গোন তুম্না শিখ্রে হায়হুন, লাংঙাথেন চিংথক্তগী মৈ থৌরি পাপ্লিবা তোপ অমগা লোয়ননা লৌশি থোংমাং মথোং তম্না কুমথরক্লে । লান্দা থোবা অহুম্না লম অহুম থোক্না শমজি থাইহুনা য়েংথাং ওইথাং পায়হুনা মলেসকী লানমী মরক্তা চেনশিল্লকুনা থোক্তী লান হাকথেংনবা অকনবা লান শোক্লরে । সনাখ্বা চিংলেন সনানা অকি তুজুং লৈত্তনা ব্রকি-শ্বারি শগোল তোংবগী লানমীনা কোইশিনখিহুনা সনাখ্বাগী মশক উবা ফংখিদ্রে । শ্রীমেঙ্গর হৈরাংখোংজা কোরা সিপাই ময়াম্না মরোন মরি থেক্লা কাইখিহুনা মশক উখিদ্রে । শ্রীপৌনা ব্রজাবাশি মঙ্গবু ঘুর্গা তেঙ্গোল, পঙ্গবী তেঙ্গোন অনিগী লানমীন, মরোল মশিং থংদনা কোই-খিহুনা মশক উবা ঙমখিদ্রে । লানফম অহু য়েংবা ভবোকশিং কোঙ্গাইনি চিংদা কাবানা চিংদোন লোম্না কাই, উদা কাবনা উতোন লোম্না কাই, রাদা কাবনা রাতোন লোম্না কাহুনা লান্দা থোবা অহুম্না য়েক্লবগী লানমী তেঙ্গোল মরক্তা মতিক মঙুন মথোনা তৌমদবা পুম্বা পুথোকুনা কুমৈগুম্ন লাম্থেংনববু য়েংনিংবদগী শিনি তংনি থন্নখিদ্রে ।

সনাখ্বা চিংলেন্না ব্রকিশ্বারি মরক্ত থাক্তী জংগোই শাহুনা য়েক্না ওইদা মাংদা তুংদা লৈন কোইচোং চোংহুনা লাম্থেংনবা অঙকপা মশক ওইনখ্রে । ব্রকি লানমী মশিং থংদনা হাংহক্লে বৃটিশগী ব্রকি লানমী শাগোল তোংবা অমত্তা সনাখ্বাগী নাত্তা নকপা ঙম্নদ্রে শাগোল মমাই লৈহুনা নিং তুং থংদনা রা-রা কাই-হুনা মপৈ মপৈ চেম্থোক্লবা হৌনরে । সনাখ্যানা অরেম্না পোৎথাবা লৈত্তনা মাইগৈ শিন্ন ব্রকি লাম্মীশি বু তানশিন্দুনা হাংলক্লে । লানঙং অসি উবদা নারোন্দা বৃটীশ কমান্ডিং সাহেবনা তোপ কাপ্নো হায়না হুকুম পিহুনা নারোন্দা তোপ কাপকদবগী মৈনা চুরে । মহু উহুনা স্নাখ্বানা তোপ লৈবা মফম তান্না থাংনা মশা ওইনা চেনশল্লকুনা তোপকি মচিন মেনগে হান্নরা চোংশিন্দুনা ওইদা লৈহুনা থাং হাতজিন্দুনা তোপকি মচিঙ্গা থুং নাম্মা হেক থম্বা মরুমদা মৈ থৌরি পাইথোরকপনা হান্দুনা সনাখ্বাগী থুংবামদা মৈ থৌরিনা পান্দুনা মৈ থৌরিনা চেন্দুনা লোশি লবুক্তা লোংনা তুখ্রে । হায়খিবা থাংদোন অহুনা মৈ থৌরি চুবা তোপ শংবা সাহেব অহুগী মঙক্তা হায়রমহুনা সাহেব অহুত্ত শিখি ।

মেজর হৈরাংখোংজনা কোম্পা সিপাইশিংবু নাক্তা লৈখা তুংদা লৈবক্‌লিংগী মরক্তা অপনবা লৈত্তনা চোংশিন্দুনা মশিং মাইদনা শাংতুনা অকি চুজুং লৈত্তনা খোংকুরকপদা যেক্কবগী লানমীনা যামমখিবল্লা খয়েং পাম্বোম হাইপংপা ঙমখিত্রে । কোম্পা সিপাইশিংশু মেজরগী নাক্তা নকপদি ঙম্মত্রে মাইপৈ মরি থংনা কোইশিন্দুনা নোংমৈ শজিন, গুরিনচিংবা লংশিন্দুনা অঙাওবা লংনবগী মতৌগুম্না অমুক রা রা কাইদুনা চেন অমুক ইকোক কোইনা থং অশুম পোং থা লবপদ কোবা অমত্তা হায়জনবা ঙমত্রবা অতুদা কোম্পা সাহেব অমনা অয়োনবা নোংমৈ অতুম্লক হম্না কাপশিন্নদুনা নোংমৈ গুলিনা থবক্তা পান্দুনা লোংমা তুংঞ

শ্রীযুক্ত মেজর পৌনা ব্রজবাশি লান্দ থোবা অনিবু কোদুনা ঙাইরমখে। লাইবৈবাক নোংখোল কুমৈ ঙাইহাক য়েংম্মখো ওশু লংরবা তৌবনি হায়না সেবক অনিবু কৌবয়গ অকনবা লানমী মরক্তা অকিবা লৈত্তন চেনশিন্নক্লে। মেজর পৌনাবু ব্রকিশ্বারি লানমী কোনা সিপাই লনমী, শপমৈনা পঞ্জবী লানমী, ঘর্গ লানমী পুম্নমক্ত মাইপৈ ৪ খিংনা কোইশিন্দুনা মাংগা মাংগী মতিক চাবা খুংলাই পাংদুনা পৌনা মেজর তম্বা চেনশিন্নক্লে । মেজর পৌনা অহনগী মতম ওইবনা মযাই কানা শামু লমশানা লেক মত্তা য়বদা চংদুনা লম্বুগী বোনবু চাইথাইবগুম য়েংনবগী লানমীবু চাইথাইদুনা মশিং থংদনা চংলক্লে মহেশগী নোংমী ওপুম্বা খোংফেম অমত্ত চশিনবা হেংজিল্লকপ ঙমদনা শমজি থাই থাইদুনা অমুক চেন্না অমুক কোইশিন অশুম্না লৈবক্কপা কৈথেন অওম্বা মতম য়োশিল্লক্লে মতম অতুদ বৃটিশ সাহেব লোক তোঙ্গাল লানমী লুচিংলকপ পুম্নক লৌশি খোংদাম তুনেন মযাদ লেযন লাকুনা মেজর পৌনাগা লাংম্নবে, লান অতুদা সাহেব লোকশু থংবা ঙমদদুনা নকশিনবা নদদুনা থংপা মখৈ যাংদুনা লৈ । শ্রীযুক্তো মেনজর পৌনা নোংচুপ তু চরকপদগী য়েক্কবগা লম্বা মইয়োক্কয়কপনা অহনগী মতমগা ওইবগা খোং থানা, শায়েং পাম্বোম হাইংপা ঙমখিত্রে । শ্রীগোবিন্দগী নাম শোন্দুনা খোংজোম তুনেনগী মপন্দা খোঙ্গু লুংপাক অমদা ফমদুনা খুংলাইদি থাদে নাম শোন্দুনা মিং উইশিন্দুনা লৈরক্ল । খুদক অতুদা থাংদোনগা থাংদোনগা, শজিন মতোনগা মতোনগা খুবক চাংদন লোনশিন্দুনা কোনশিন্দুনা লৈনরে । মতম অতুদা সাহেব লোক্না হংজি, "বাহাদুর নঙ্গুম্বা লান্দা থোবা হৈনা অসি মৈতৈ লৈবাক্তা অতাংবনি নংগুম্বা অনি শুনা লৈরিবাই"। মেনজর পৌনানা "চুম্মি সাহেব লোক্না হায়ব অতুদা ঐ অসে নম্বাইগী পাংখোল লাক্কাবা লংলগং য়েংবা লাকপনি হৌজিক মৈতৈগী লান থাং-টাদা লাকঙম কাঙমদ্রবা ওঝাশিং পুম্বা লান ডাকপ খুংলবনি মৈতৈ লন্দা থোবশিংগী মরক্তা মশিং চমবা পৌনা ঐ নত্তে মধম অদুনা ঐ অমা শিংবগী মৈতৈগী মায়ে থোইনা তাদনা লানমী তেঙ্গোংল যোবক্রিবগি ঐনা মী মচা ওইখমা হৌজিক্তি ঐ সম তোন ধম্ম তাম্লগ নখোয়

সাহেব লোক্কী মরক্তগী অহনগী মতম ওইবা অমনা খুত্তা থাং পায়রুনা ঐবু হাৎনবা তৌরো" হায়বগী মতৌগুম্বা খুৎক। মিংকা ইঙ্গিং তৌরগা শিথাদগী=হামুলদগী যন্ত্রা অমগা, ভক্তগী অমগা পাম্বোমদগী অমগা, খ্বাংবগী অমগা, য়াদগী অমগা যন্ত্রা মত্তা লৌথোক্তুনা সাহেব লোক্তা লৈবা মাইগৈদা লংশিল্লক্তুনা পিথি। মতুং অহুনা পোলিটিকেল্ট সাহেব কর্ণেল ঐচ, সেন্ট পি, মেক্স, ওয়েন আই, এস. সি, এস, আটিন মথুক্তা জান কুশ থাংশাং পায়রুনা থাজী কনমগা লোয়ননা চোংশিন্দুনা শ্রীমেজর পৌনা ব্রজবাশিগী ভক্তা থাংনা য়ান্দুনা পৌনা সনাতোন ধর্ম্ম ওইথি। লান লোইরুনা সাহেব লোক জয় ধ্বনি তৌই। লাম্দি মুমিং অহু কাখৎলকপ ভমত্রে মেনজর পৌনানা হায়রম্ব র'না পুক্লিং চিংনবা ওইরুনা লানগী লানথং থম্মরুনা মুমিং অহু ভাইরুনা লৈথি।

মাইগী অনি নোংচুপ, অবাং লানবু ভাকপ চৎপা লানমীনা বৃটিশ লানমীবু ভাকপা ভমদ্রত্তুনা মৈতৈ লানমী পুম্বা কায়রুনা চেম্নে। সরক রগী লানমীনা তকশিল্লকপদা থাংব, য়াত্ররুনা লান কাইনবে সনা কোয়ুং ভাক্রম্ব পুম্বা কোম্বুং থাংদোক্তুনা মগী মাগী থম্বাই হিংনবা চেম্নে। কোম্বুং ভাকপিনবা লৈংব অহুদা শ্রীপদযুক্তা মহারাজ কুলচন্দ্রা সনা কোয়ুং থাংদোক্তুনা মবাই শ্রীঅথা মেনজর, শ্রীনোংমাইথেম্বা পণ্ডিট অনিনা সন লোগন তৌরুনা লেংক্লকপদা হোংগাইবী থোং য়োম্বকপদা "ইপু মেনজর পুয়া লাতম ৩২ না শাবা লৈথক লৈখারোন লাংদাই কাইবিরোন পুয়া অহুত্তদি মা হনবিংদে। মলেমনা চংথবদি মাংখিবা তাই ইপু কমদোশিংগে"। মতুদা শ্রীঅথা মেনজর, শ্রীনোংমাইথেম্ব পণ্ডিট অনিনা 'লাংদাই ভমদাই কইবিরোন' শংলেন্দা চংলুরুনা লৈথক লৈখারোন পুয়, মণিপুর অদি ব্রহ্মা কৌবা লাতম ৩২ না ইবগা লাংদাই পুয়া কাইবিরোন কুম্বাবা কৌবা পুয়া অনিবু লৌরুত্তনা শিযুংতা কত্তনা মপু মনাই অহুম মফম অহুদগী চংক্তুনা মেনজব অথাগী মমদা ভাইহাক চংরুন পেৎথাবম্মগ লানজেন মাংওইনথি।

নোংভাল্লব মত্তমদা তোংজে মরিনলে মদগীশু ঐবা লম্বালোমদগীশু ভম্পাক ভান ভকথরকত্তুনা অপনবা লৈত্তনা ইম্ফাল ভম্পাক য়োম্বা ভকথরক্লে। নোংপোক থেংদারকপা মেনজর মেনসিব সাহেবনা মাগী লানমীশিংগ লোয়ননা লাকতুনা সনা কোম্বুংদা চংলে, কংলা সঙ্গাই মঙুংদি চংবা হুম্নক্লে। মতুদা মাগী লানমীগী মরক্তগী বাপু বাহাদুর বাসি থোংবনা বাসি থোংরুনা মশস্তা কংলা মঙুংদা চংরুনা মী লৈ লৈতে য়েংলুরগা মী অমত্তা মঙুং অসিদা লৈত্রে হায়বা পাও মেনজর মেনশিন্দ, ভম্মরুবা শ্রীযুক্তো পোলিটিকেল্ট মেনজর মেনশিম্বা মাগী লানমীশিংদা লোয়ননা কংলা মঙুংদা লৈরুনা কংলা সনা কোম্বুং লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯৯২ নোংদালাই কুমশিং ১৮৮৪ খৃঃ ১৮৯১ শাঃ ১৮.৩ চৈথারোন চ. ৪০০ শ্রীঅহোংশাংবম গোরো=ছলোপক্কি কুম বৈশাক কালেন্থা নিনি পানবা নোংমাইজিং মুমিত্তা বৃটিশনা কংলা লৌখ্রে। ★

★ পুম্না অসি মতাং অসি মখৈ মৈতৈ ময়েক্ন ইদুনা জিলাডরং তেজপুর অসাম দুম্নী বস্তিদা ওঝা ইবুংঙো শ্রীনোংমাইথেম্বা পণ্ডিট, শ্রীঅথৌ মেজর অহনগী মতম ওইরম্লনা লাইঝা লাম্দম শিংথানরক্লবা মতমদা ঐনা ( বিরহারিনা ) লৈত লাইরা পাংথোক্লল ফি বেপার চৎপদা থুল অসিদা ওঝা অনিবু থেংনজনা ওঝা অনিগী মুমদা ঐগী থুংফম ওইহনা লৈজবদা মৈতৈ লৈবাক্কি রাজিবু ওঝা অনিনা মরক মরক্তা ফঙ্নিরুনা রাজি ওইনা শানৈ । রাজি অদুবু ঐনা পামজদুনা মুমিৎ থুদিঙ্গী তাঁইজ, মতুদ, ওঝা ইবুংঙো অনিনা চানবিবা মতম থোকনুবদগী ওঝা অনিনা পুম্নাবু পাবিদুনা মৈতৈ ময়েকগী ঐনা থংজবা বাংলা ময়েক্তা চহি অঙম চংন শিন্দুনা ওঝা অনিগী থৌজান্দগী লৈথক লৈখারোন পুয়া মণিপুর আদিগ্রন্থ কোবা পুয়া অমগা, লাংদাই পুয়া কাইবিরোন ঙমদাই কুম্বনা কোবা পুয়া অসিমগা ফংজদুনা ওঝা অনিবু পুকম লৈপইজদুনা পুয়াবু মণিপুরদা পুজরকই । মখা মখৈদি মৈতৈ লৈবাক লৈরম্বা ওঝাশিংদগী হাপকংচবনি মতুদি সাহেব লোক্না থন্নদুনা শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর নবসিঙ্গী ঈবু থিনবদগীনি ।

---

খৃষ্টব ১৮৯১ শাকাব্দ ১৮১৩ চৈথারোন ৪০৮ অহোংশবম দুলাবক কুমগী মনুংদা পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেব লেপ্টেনান্ট কর্নেল এস, সেন্ট, পি, মেগ্না ওয়েল. আই. এস. সি, এস. অহানা হাওথুন খুদিং চত্তুনা মৈপাক্তনা কোইন, খিত্তুনা টেকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ কোইরেং, মেজর থাঙ্গানগা অনিবু ফাদুনা পুরক্লে । বৃটিশ গবনরগী মফমদা নওবা লমচৎ চত্তুনা মাংহনখিবগী লমন্দি মতৌ অসিনা লমন শিংবা হৌনৈ হায়বা পাওদাক লোয়ননা প্রজা পুম্না কৌথত্তুনা কৈথেল অণম্বা মতমদা ফৈদা পুংদ পুখোক্তুনা মীবু হাংলবদি অহাংপা মীবুসু হাংপা হৌনৈ হায়ন যুবরাজ কোইরেং, মেজর থাঙ্গালবু ফারশি তৌখি । শ্রাবনগী তাং ২৯ থরানগী ৮ নি পানবা শগোলশেন দুমিত্তা শ্রীযুং কুলচন্দ্রা ভাক্রাচাবা নিংথেম য়াইমা শ্রীঅথৌ মেজর শ্রীনোংমাইথেম্বা পণ্ডিট শ্রীযুংকি মনাই অনি অমগা লোয়ননা মমুংলোমদা পুশন্দুনা কালা পানিদা থাখি ।

ডরং জিলা তেজপুর অমলাবদি বস্তিদা অহন অনি অসি য়ুম লিংদুনা লৈরে । শাঃ ১৮৪১ শজিন্দু থাদা উরিপোক খোইস্নাম লৈকাইদা লৈবা চান্নবম বিরহারিনা ফি ললোনবা চৎপদা অহন অনিগী য়ুমদা য়ুমথুংফম ওইকদুনা শ্রীনোংমাইথেম্বা পণ্ডিট লুখোই, রাংখৈ. শ্রীঅথ মেজর পণ্ডিট অনিনা কুলচন্দ্র মহারাজগী য়াথংদগী পুখিবা খম্বুং ইঙাল লৈশাবা পুয়া ১২ গী পুকোকপু বাংলা ময়েক্তা শাঃ ১৮৪২ দগী শিল্লগা অচুম অরান য়েংনরগা শাঃ ১৮৪৬ তা পুথোরকই ।

সাহেব লোক্না থন্নদুনা নরসিঙ্গী মচা মশু কনা কনা লৈরিবগে হংলকই । মতুদা মন্ত্রি পুক্করনা ভগিচন্দ্রসিং যুবরাজনা পোকপা সনা য়াইমনা পোকপা মচা ইবুংঙো হুমরসিবু পুথংলি ।

মতুদা সাহেব লোক্কা মসিনা লোয়রবা হংই। পুষ্কর মঙ্গীনা সনা য়াইমা, য়াতোম্বী, জাশাজো চুরাচান্দ, ইবেম্মা মুক্তা সনা নিংতোল অমগা মখোয় তরুক পুথত্তুনা য়েংহল্লি। সাহেব লোক্কা চুরাচান্দবু পুথত্তুনা কোমুংদা থমদুনা মরম পুম্বা তাকপিদুনা লৈবাক্কী পিবা হায়না লেপ্লদুনা বৃটিশ গোবর্নমেন্ট লেপ্তনেন্ট কর্নেল এস সেন্ট পি, মেক্স ওয়েল, আই এস সি সি এস আই বর সাহেবনা লাংবচক্কি ৪৯৯৩ নোংদালাইই ১৮৮৪ শা: ১৮১৩ খৃ. ১৮৯১ দা চুরাচান্দবু নিংথৌ থল্লে।

# ৭৯ নং চুরাচান্দনা নিংথৌ ওইবা

বৃটিশ গবনর সাহেব লোক্কা থল্লুনা শ্রীযুক্তো নবসিংহ মহারাজগী মচা মও কন। কনা লৈবাগে হংলকই। শ্রীমন্ত্রি হনুবা পুস্কর সিংনা শ্রীভগিন্দ্র সিংহ যুবরাজনা পোকপা শ্রীসনা য়াইমনা পোকপা হুমরসিংবু পুথংলি। মতুদা সাহেব লোক্কা মসিন লোইরবা হংডি। মতুদা মন্ত্রি হনুব পুস্করনা শ্রীসনা য়াইমা, শ্রীসনা তোম্বী, শ্রীসনা শাজো, শ্রীচুরাচান্দ, শ্রীমতি মুক্তো সনা নিংথাল অমগা মচিন মনাও মখয় ৬পু পুথত্তনা য়েংহল্লে মতুদা সাহেব লোক্কা শ্রীযুক্তো চুরাচান্দ সিংহবু পুথত্তুনা সনা কোমুংদা থমদুনা মরম পুম্বা তাকপিদুনা মণিপুর লৈবাক্কী পিবানি হাইনা লেপ্লদুনা বৃটীশ গবর্নমেন্ট কর্নেল এচ সেন্ট পি, মেক্স ওয়েল, আই, এস, সিসি এস আই বোড সাহেবন লাংবচক্কী কুমশিং ৪৯৯২ নোংদালাই কুমশিং ১৮৮৪ খৃ: ১৮৯১ শা: ১৮১৩ চৈথারোল চ: ৪০৮ অহোংবাংবম চুলহোবকী কুম অসিগী মমুংদা পঞ্চযুক্তো চুরাচান্দবু নিংথৌ হাপ্লে।

শ্রীযুক্তো লেপ্তনান্ট কনেল, এচ, সেন্ট, পি, মেক্স ওয়েল আই, এস, সি, সি, এস আই বোর সাহেবনা গুসাপর্সিং সেপুংবগা লোয়নদুনা মৈতৈ লৈবাক্কী পুয়া থিদুনা থোমগংলি, পুয়া লৈরম্বা য়ুমথোং খুদিংদা লুপা মমা পি। বোর সাহেব অসনা মৈতৈগী লাইরিক ময়েক্কা ইবা পুয়াবু পাবা ওম্লবা তোলব পিদুনা ভম্মি, মৈতৈ মযেক্ক লাইরিক ইনদুনা চিঠী পিনদুনা মৈতৈ অঙবসিঙ্গা রা ভাংনৈ লাংবচক্কী ৪৯৯৫ নোংদালাইগী ১৮৮৭ খৃ: ১৮৯৪ শা: ১৮১৬ চৈথারোল চ: ৪১১ শ্রীখুরথুন চৈতৈন্যাগী কুম শক অসিদা ঈশিং যাম্ন চাওখিদুনা কৈথেল মৈ মুংলি চেং য়াম্না তাংদুনা প্রজা য়াম্না রানখি। শ্রীযুক্তো এপোটি এস লেপ্তনেন্ট কর্নেল এস সেন্টপি মেক্স ওয়েল আই এস সি সি এস আই সাহেবনা শ্রীযুক্তো থঙ্গ সেতু সেনাপতিগী ইংখোল কবো লৈকাই তোক্কুপং হৈক্রু মখোংদা লৈবা সনাথ্বা সেনাপতিগী মচা মও মনাইনচিংবা পুম্ববু ভাপ্লোক্লুনা লম মক্‌ম অসি 'বৃটিশ রিজার্ভ' হায়না গ্রখোয়না করিগুম্বা থবক শিজিন্নগদবা মতমদা

শিজিন্নবা লম অসি লমহাং ওইনা থমগনি হায়দুনা ঐরাং খে" সোরেংবী নোংপোক নোংচুপ্পা লৈবা মখৈ লোয়না তাশ্লোক্লে । মরম অসি বৃটিশ গবনর বেন্ট বোদিনা তারদুনা শ্রীযুক্তো বোরসাহেব অসিবু কৌশিনখি । লাংবচক্কী ৪৯৬ নোংদালাই ১৮৮৮ খৃ ১৮৯৫ শাঃ ১৮১৭ চৈথারোন চ ৪১২ সেকমাই কোয়োলসিঙ্গা কুমদা কেপ্তেন এচ ডব্লিউ, জি কোল আই সি এস অফিসিয়েটীং সাহেবনা বদলি লাকুনা লৈরে । লাংবচক্কী ৪৯৭ নোংদালাই ১৮০৯ খৃঃ ১৮৯৬ শা ১৮১৮ চৈথারোন চঃ ৪৩ থুবথুন লৈরিগী কুমদা কো শবাইদা লুপ ৫ পি । ফোনা তাংবনা য়ান থাংনৈ । মহা মহিমে শ্রীল শ্রীপঞ্চযুক্তো চূবাচান্দ মহারাজ কলিকতাদা লাইরিক তম্বা লেংঙি, সন্না থোগান শ্রীযাইমখুম পাবিধ শম্ম শ্রীযুক্তো ময়াথুং সমাগোল্বী, শ্রীথাংজম মনিকচান অসিনচিংবা মনাক থোগন থবগা লেংখি । কুম অসিদা পুনচক্র ন মী য়াম্না শিনৈ । লাংবচক্কী ৪৯৯৮ নোংদালাই ১৮৯০ খৃ ১৮৯৭ শা ১৮১৯ চৈথারোন চ ৪১৪ সেকমাই লাংসিঙ্গী কুমশিদা জ্যৈষ্ঠ তাং ৩১ শুক্র ১০ নি পানবা নোংমাইজিং লুমিক্তু যুদ্ধ রাই । কংলাগী মঙ্লুং অকোইবা মাইংগ ৪ তানন লৈথক ন হায়না হুকুম লৌদুনা প্রজাদা থাংহল্লি ।

মতম অসিদা সাহেবশিংগী চান থকুবা ডাক্তর কটা হুনবা নরশিংলাল, নবকুমার শুবদার শ্রীরামনারান অহুম্না থবক লৌদুনা শিনবা হৌখ । মতু লাংবচক্কী ৫০০০ নোংদালাই ১৮৯২ খৃ ১৮৯০ শাঃ ১৮২১ চৈথারোন চ. ৪১৬ থুবিরন কুক্তিগী কুমদা এপে টি এস, অফিসিয়েটিং বোরসাহেব অসি সেপ্টেমেন্ট কনেল এচ সেট প মগ্রওয়েস ফন অংস ওয়ের, মতুংদা এস আই ফম কাদুনা মণিপুরগী থবক পুম্না পুরে । বৈশাক কৃষ্ণ ২০ নি পানবা শগোলশেন লুমিক্তু খোংজোম লান্দা শিখিবা পুম্নগীদমক শ্রীমোইরাং থেম্বনা খোংজোম লৌশি লৌবুক্তা বুমদুনা বুর্ত্তন হৌই । থ্বাইরম্বন কৈথেন শেম্মি হুকানফমব থ—বাং, নোংচুপ-নোংপোক শেমদুনা মাবৈবাক্কী ললোনবা লাকপা মরোল লোনবা ময়াংশিংবু ফমহনব হৌই । মথা লক্ষ্মীন শ্রীরম নয়াম্না থিকা লৌদুনা শেম্মি, ঐরাং লাইম্না শ্রীরশিকলাম্না থিকা লৌদুনা শেম্মি শ্রীবলরাম শুবদারনা লম য়েল্লি । লাংবচক্কী ৫০০১ নোংদালাই ১৮০৩ খৃঃ ৯০০ শা. ৮২ চৈথারোন চ ৪১ শ্রীসেকমাই কলসিঙ্গী কুমগী মহা অশ্বিন মাসগী প্রতিপদকা অহিং দিতিযাগী পুংলুপকি নিংথৌকাব লুমিক্তা শ্রীচনম্বা পণ্ডিট মেজর শুবদার মুকনা কংবা তুংলাভকি মচা শ্রীচান্দখেই সিংহনা কবিরাজ মৈতৈ হিষ্টরিগী মবমদা রায়েন করা শাফবা হায়েন লাংজেং থয়াংবা বিরচাংশিং হস্তা নক্ষত্রনা পানবা মিথুন লগ্নদা বুদ্ধগী ক্ষেত্র দ্বিতিয় দ্রেবান কন্যা রশিদ পোক্লে শা ১৮২২ খৃ ১০১ চংলকপদা মণিপুর লৈবাকপু যোংলি তুডুন ধম্না লৌব হৌই । লাংবচক্কী ৫০০২ নোংদালাই ১৮৯৪ খৃঃ ১৯০১ শাঃ ১৮২৩ চৈথারোন চ. ৪১৮ লৈমাম লোলিতোগী কুমদা বশিরাম্না লুচিংদুনা

শ্রীসেনাপতি ধর্ম্ম সেতুগী মচা ইবুংঙোশিংনা মখোয়গী লম করো লৈকাই তাম্থোকপা মরমগীদমক দরখাশ অমা থাই হৌনবি বিচার তৌবিয়ু কংকম থোকপা ফংজগে হায়না মহুদা লৈবাক অসি থরা লাংঙি। এপোটি এস অফিসিয়েটিং লেপ্টনেন্ত কর্নেল এস সেন্তপি মেক্স ওয়েল আই, এস সি, সি, এস, আই বোর সাহেবনা বিচার তৌহুনা "লম অসি বৃটিশ রিজাবকিদমক তাম্থোকপ্রবনিনা লমহাং ওইনা অতুম লৈবা, খম্বা তারে প্রজাপী মপুক লাংদনবা মখোইগী লমগী হৌনবী মমল লুপা পিদব, য়াদে পিগনি মরম অসি প্রজাশিংদা রাশিকলান নংনা থংহন্দুনা প্রজা থেমজিন্দুনা মরম অসিগীদমক লাংহন্দনবা হৌজিকমক থংহল্লু" হায়খি। থিকাদার রসিকলাল্পা সেনাপতি ধর্ম্মসেতুগী মচা ইবুংঙো অনিনা চিংবদা "সনাখ্বা ইবুংঙো লম অসি হজিন্দুনা লৈবদি য়াররোই লম অসিগীদমক হৌনবি মতুং ইন্না মমল ওইনা লুপা পিগনি লম অসি ওন্দুনা তিশাপ তৌরগা, প্রজ, লাংবা তৌগনু হায়না এপোটি এস অফিসিয়েটীং লেপ্টনেন্ত কর্নেল এস সেন্ত পি মেক্স ওয়েল আই এস সি সি এস আই বোরসাহেবন হায়রি থবক অসি মতম থরা ভাইথিবা তারি লম অসি ওন্দ্রিব ফাওবা"। রা অসি হয়না সনাখ্বা অনিনচিংবগী মফমদা হায়হুনা লম ওনবা ভাইহুনা লৈ। মুমিং থরা লৈবগা করো লৈকাই লমহাং ওন্নে, লম ওনবা মতুং শাঃ ১৮২৩ খৃঃ ১৯০২ চংলকপদা মমুংলোমদগী চিঠি লাক্লুন থবক অসি পন্দোল লোমদনা মমুংলোমদা চংখি। মেজর আলবাট, ই, উডস আই এস সি ইণ্ডিয়ান অফিসিয়েটিং থেরক্লুনা বদলি তৌহুনা বোরসাহেব ওইহুনা লৈররে। মতম অসিদা সনাখ্বাসিংনা "ঠিকাদার বাবু নংনা ঐখোয়গী লম অসিগী হৌনবী মতুং ইন্না ইপা ইপুগী সোতোগী মরমদ, ওনবদা য়ংব, যানি হায়না তাকপিহুনা নরৌশিংদগী দারখাস থাজহুনা নংনা লমজিংবিহুনা লমদি ফংবা য়াবরোই লমগী মহুত্তা মমল ওইনা লুপা ফঙ্গনি লম অসিগী মমল অতুক লৈ চাইবগী মরম খংবা ভমদ্রি লম অসি ওন্দুনা য়েংহুন নখোয় পুন্নমক্কি শেন পিগনি হায়না ঠিকাদারনা তাকপিবদো লনদি ওল্লম্মগা শেন্দি পিরমদনা চংখ্রগা হৌজিক সাহেব অমা লাক্লুনা মহুৎ শিন্দুনা লৈররে মসিবু কমদৌসি হায়বা"? "সনাখ্বা এপোটী বোরসাহেবনা লমগী হিসাব লৌইরমগ্রা লৌইরমদত্রা। মেজর আলবাট বোরসাহেপ্তা অমুক্তা হংখিগে" হায়না সনাখ্বাসিঙ্গা লৌইনহুনা হাপ্তাদা চৎমিন্নহুনা মরম অহু হংহুনা চে পুম্বা খিহুনা য়েংমিন্নংগা মেজর আলবাটনা 'ঠিকাদার মুঠ শাবা লোয়রগা ফংবা য়াররি ঐনা থুনা পিনল, তৌগনি প্রজা লাংবা ফত্তে লাংদনবা মখোয়গী মরোল্ম, হায়হুনা থংহল্লু" রারম অহু ভাংনবা লোয়রগা ঠিকাদার রাশিকলান থোরক্লে "সনাখ্বা লেংঙশি রা অসি মফম অসিদা ভাংহুনা রা কয়, মু'ভাইররোই লম্বীদা চংনা চংনা থন্নশি" হায়না থোরক্লুনা লাক্লে। শ্রীরশিকলান ঠিকাদারনা "সনাখ্বা ইবুংঙো লম অসিগী হিশাব লাইরিক অফিস মমুংদা থিবা ফংদ্রে লাইরিক অসি এপোটী বোরসাহেবকী মফমদা হংখিগে হায়না হায়রকই" অসি হায়না হল্লহুনা লৈনখি। মুমিং

থকা লৈরুপা সনাখ্বাশিংনা লম অতুগী মরম হংবদা টিকাদারনা "সনাখ্বা মখম অসিগী ভাংনবা মতম ফংদে মেজর আলবার্ট য়োরুসাহেব অসি লৈবাক প্রজাগী শাসোনগী মরম বৃটিশগী আইন লোগী মতুং ইন্না প্রজাক্‌ বুদ্ধি অমা চংহল্লবগী হোৎনবদা রা ভাংনবা মতম লৈতে থবক অসি খুদোং কন্না চাথিরোইদৌরি লাংভিতে অসিদা মরম অসিগী হৌদোকলুহুনা মানা রা তাবিনি নিংদে ঐনতু কন্না পামদে" রা অসি তাবদা সনাখ্বাশিং লমজিংলম্বমা য়াত্রবহুদা মথোল খ'নদবদগী তৌকম থংদনা অহুম লৈখি।

লাংবচক্কি ৫০০৪ নোংদালাইগী ১৮৯৬ খৃ: ১৯০৩ শা. ১৮২৫ চৈথারোল চ' ৪২০ শ্রীথুরিথুন বোতোনসিং ( ললিতো ) গী কুমদ। মেজর আলবার্ট ই, উড, স. আই এস সি ইণ্ডিয়ান বোব সাহেব অসি লেপ্তুনেন্ত কনেল ঐচ সেন্ত পি মেক্স ওয়েল আই এস সি সি এস আই ফম অসি কারে. কুম অসি নোং তাদহুনা ঈশিঙ্গ' মরমদা য়াম্না অরাবা ওই। লাংবচক্কী ৫০০৭ নোংদালাই ১৮৯৭ খৃ ১৯০৪ শা. ১৮২৬ চৈথারোল চ: ৪২১ শ্রীথুবিথুন বলসিঙ্গী কুম অশ্বিনগী তা' ১৬ তা কৈথেল মুৎলি, কৃষ্ণ অষ্টমি ইরাই হুমিংকা থাংজা হুমিংকা হুপী লান হৌহুনা ছোট সাহেবকী বাংলা মৈ থাই অশ্বিনগী তাং ২২ কৃষ্ণ চতুর্দশিগী থাংজা হুমিত্তা কৈথেল কারে। মেরা থাগী একাদশি হুমিত্তা কেক্রুপাৎ নমথাইহুনা হুমিং ৫ নি ঈশিং চাওরে। মেরাগী তাং ১০ দা নিংথৌ মচা তরুক ফারে মেজর মেনশিন খোরসাংহেবনা ( শ্রীসনাখ্বা থাঙ্গোকপা শ্রীলাইফ্রাকপম সনাখ্যা, শ্রীসনাখ্যা শাগোল হঞ্জব, মন্ত্রিমযুম সনাখ্যা, অমুম্বা, শ্রীসনাখ্যা সনা মতুম, শ্রীসনা মৈথোম ) থৌগন ইনগনি হায়দুনা শ্রীসনাখ্যা সনা য়াইমাগু লেংবদা য়াওই সিপাই ৪ গা দাকগা ৪ গনা খিন্দুনা মঙ্গলোমদ থাজিংল্লে। কৈথেল অচৌবা মুৎলে, পোলিতিকেল অমা শিল্লে। শ্রীমন্ত্রি পুস্কর হনুবনা কাক তানবগী হৌনবী অণ্ডম্বশিংদা তাকই, "পণ্ডিতনা মাইগৈ ৮ মক্তা খোং হাংবা মাইগৈ য়েঙ্গদি, খোং হাংবা মাইগৈদা কাক তানগনি, কাক শংদি কৈরোই হিদেন ৪ না শাব্রি, কাক খিবনা লানমীনা খিনি. মচিঙ্গাক্তি কৌগৈ হিরু হিনাওনা থাগনি, কাক্তি ময়াং কাক্কি, তাম্বোকপদা হঞ্জিল্লক্রবদি ফত্তে হনজিল্লক্লবদি কৈ। নিংথৌনা কাক শং য়োবদা প্রজানা থেঙ্গৌ হান্ন শাগনি, মতুং পানা ৪ মক্তি অকল অথোমা অমুক শানি। থেঙ্গৌ শাবা লোয়রগা পানাগী খৌশানি মতুং মনাম্বুরথান অহুনা অখম্বনা চাই শাগনি, প্রজানা লোইগনি। মসি মখৈ শ্রীপঞ্চযুক্তে গরবনি সনা হাক্তকগী পঞ্চযুক্তো চক্রকুণ্ডি সনা হাক্তক ফাওবা নিয়ম অসি চংলম্মি। শ্রীযুক্তো শুরচন্দ্র হাক্তকদি চিরুবা নহারুপ লাকপনা অখনবা চাইনা লোইরে। মতুংদা অমুক মাইবনা লাইশোন শেন্দুনা লোইশিনগা নিংথৌনা স্না কোম্বুং কানরে" হায়না মরম অসি কাইব য়াদে ভাকুম থংহনখি।

রাজোন শেন থাইরোইদবদি পুখ্রম নোংথোনদগী কৈরুংবা, শেলুংখা শিজ মমা, মশু লৈমা মরা মখোয় অসি কাওবা থায়রোই। রাজোন শেনথাই হায়বদি মহারানী ওইবীনা মচা পোকপা, নিংথৌ মহারানীনা শিবা অসিগী শেনথাইনি। "শ্রীযুক্তো সনা হাক্তকদি মহারানী ওইবীনা পোকপা নত্রবশু নিংথৌ ঐনা পোকপা মথৈদি ইচা ভাক্তনি রাজোন শেনথাই থাইবনা চুম্মি থাইত্রগা থাইদবনি" হায়দুনা নিংথৌনা পোকপা মথৈ থায়বা হৌরে। থাইবদি পানা ৪ মক্তী শিং শুবশি'না থায়গনি, শেনথাইদি থৌগন অমদা শেনথাই ৬ থাঙনি। মহারানী নিংথৌমক শিরগা শেন মথাই ১০০ থায়গনি, অদুগা মহারানীমক্তা মচা পোক্রবনি শেনথাই ১০০ থাইগনি। মন্ত্রি, পুখ্রম, নোংথোম্না শিরবশু শেনথাই ৬ থাঙনি, নিংথৌ মহারানী অনিগীদি অঙম অথৌ পুম্বশু থায়গনি সিপাই নোংমৈ পায়বদি লৌরোই। রাজোন শেনথাইদি শঙ্গাই শেনবা, মন্ত্রি শেনবা, দুহোন, লৈমা শিজা মচা মশু নিংথৌবু শেনবা, গোপাল হনজবা হিদংনচিংবা লৌরোই

লাংবচক্কি ৫০০৬ নোংদালাই ১৮৯৮ খৃ. ১৯০৫ শা ১৮২৭ চৈথারোল চ. ৪২২ শ্রীসেকমাই কুত্তিগী কুমদা কনেল, জে., সেক্সপিয়র, সি আই ই, ডি, এস ও, আই, এ, পোলিটিকেলনা বোর সাহেব ওইরে। শ্রীশগোলশেম পোইলাগী মশু শ্রীবোতোন্ন কৃষ্ণা শাক্তনা চিংমৈরোং মন্ত্রি খোংনাংগী নোংচুপ লুরাংশংবমগী মথা থংবা পাং তুবেল অচৌবা মরিল অমনবদা কালিদমন শারে। শ্রীপঞ্চযুক্তো চুরাচান্দনা মবুধো গববনি রাজনা তৌরম্বা পুথি অমুক হন্না সেংদোক্তুনা চৈংগী ২৬নি পানবা হুমিত্তা মিংথেম পুথ্রি মিংহন্দুনা শ্রীবিষ্ণুদা হোংহুনা কৎলি লাংবচক্কি ৫০০৮ নোংদালাই ১৯০০ খৃ: ১৯০৭ শা: ১৮২৯ চৈথারোব চ' ৪২৪ সেকমাই লৈথোনগী কুমদা শ্রীপঞ্চযুক্তে মহারাজ চুরাচান্দ রাজবিশেক তৌরে। খে'ন্নাম চাওবীনা মরাগী মনাতোন্দা থাংগোন্না কেল্লবগী ফরে। অঙম্বশি'না বিচার তৌহুনা লমকৈনবী মুসীশিংগী মপুক রাররকবা হায়দুনা কৈথেল অওম্বা মতমদা পুথোক্তুনা ফৈদাপুঙ্গী মপাদ শগাই শাক্তুনা মমাই নোংচুপ ওন্না মুমিংকী মভালগা মাইয়োক্ত্রবা মুমিং ৭ নি মুশাদা পুথোক পুথোক্তুনা মুংশাদা ফৌহুনা কৈথেল কাবৌ মুপীশিংবু য়েংহল্লি। হাজারি ময়ুম চক্রি কোন নাদ কুরেন খোংবান্দা অঙাং মৈ চংজ্রিবা অমা ময়ম থংদনা ফুম্নদা কাক্লা হইনা হন্দোক্তুনা অওাং অদু থাইনা উনরক্রে, হংনবদা তাকথোকনরকত্তে। মতুংদা হাজারি ময়ুম গুলামজাৎ শর্ম্মাগী মচানুপাবু ডাক্তরনা পাশ তৌহনা ফারগা মাগী মরম অদু হংলগা মতুংদা থাদোকপিখি।

লাংবচক্কি ৫০০৯ নোংদালাই ১৯০১ খৃ' ১৯০৮ শা: ১৮৩০ চৈথারোব চ: ৪২৫ শ্রীঅঙোমসেকমাই চাওবগী কুম অসিদা এ ডব্লিউ ডে ভিস ইস্কুয়ার আইসি এস অফিসিয়েটিং পোলিটিকেলনা বোর সাহেব ওইরে। মতম অসিদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর মহারাজ চুরাচান্দগী সনা শঙ্গাই

মক লম্পাক্তা শাবা লোয়রদুনা রাজবারি হায়না মিংহন্দুনা শঙ্গাই হোংদুনা পঞ্চযুক্তা মহারাজ ময়াম্বুং হুমব্রসিজা লৈরম্বদগী রাজবারিদা হোংজিল্লে. মতু' পুকচত্তুনা মী য়াম্না শিনৈ । মতুং থাংমৈবন চিংমৈরোং ময়াদা লৈবা শ্রীওক্রম তোমগী ষন লাবা অমা কৈনা শোক্লে, মতুং লাঙ্গোন তরুং হৌবী লোকমাংদা লৈবা কাবুনগী হামেং ষন ময়াম শোক্লুনা অয়ুক পুং ৮/৯ তাবা মতমদা সনা কোয়্নুংদা কৈবাও লাকই । শ্রীযুৎ মহারাজনা মাইব্যা মেঙ্গরগী মফমদা চন্দক্তি কৈ অসি কানবা তৌশি ইপু হায়দুনা শ্রীমাইব্যা মেনজরনা প্রজা খংনবা পাওক্তেল লানমীশিংবু মৈহুম মোয়োক পুদুনা পাম্বা কৈবাও শিনথুংনা চেন্দুনা শাদা হৈবা প্রজা অকল অথো পুম্বা মশা মশাগী খুৎলাই টা, লাংশোই থাংনচিংবা পাইদুনা অশুম্বা অন্তয়্না লুচিংদুন, পাম্বগী খোঙ্গুল লিগদবগী মাইব্যা মেনজরনা লম্বু গুইদুনা লাঙ্গোল চিং তম্না কুনদুনা অশুম্বা অহুম শমজি লুথাইনদুনা শাদা কায়বা য়াংহুই লাংজেং থংবা লানমী খোংলোইগা লোয়নদুনা লম খাত্তদুনা পাম্বা কৈরেনগী শারম খোঙ্গুন লিনরক্লে । 'মাইব্যা চাবু তাবালক, উমিতোমদা হুনগুম্বা, পনমা হুমিং খোককুম্ব ,” শ্রীমাইব্যা মেনজরনা চিংমৈরোং লম্বোই চিংনিংদগী তকথত্তুনা পাম্ব খোঙ্গুল লিবনা চিংদোন লোয়্নক্লে । চনম্বা টাবু তাবালক, উমি তোমদা হুনগুমবা, শাদা কাইবা য়াংহুই লাংজেং থংবা মঙানজাও মেনজবনা লুয়াং নিংথৌ মশুমাংদগী খা নোংপোক মৈরম পাংনা অশন ওক্লেন চিং-মাংদগী হৌনা শারম খিদুনা তকশিল্লকপনা মতাই লোকমাং য়ৌশিল্লক্লে । চনম্বা চাবু তাবালক উমি তোমদা হুনগুম্বা নিংথৌগী শমক্র তোমখিনবা জয়সিং শুবদায় শংলাকপা শাদা কাইবা লাংজেং শাকবনা লাঙ্গোন নিংথৌ মশুমাং যুমজাও মানবি লোকুগী শারম খোঙ্গুন লিরক্লুনা তরুং হৌবি লোক, মত্তায়ক কাবৰি লোক লান্দুনা চিংদোন হৌনা তকশিন্না শারম খোঙ্গুন লিবদা থাংমৈ মারহনবা মশাইকোন, তুবি লাই শিদবগী লাইকোয়্নুং, পোকইবে নিংথৌ চন্দ্রকৃত্তিনা লৈয়াংগী লৈকোন শেমদুনা তাওজিং হৈকোল শেমদুনা র.শক্তি মথা পোম্না চংচনা সন খুং মক্লা থাদুনা শ্রীগোবিন্দগী চরোন্দা শিংজেল লৈকোন তাওজিং হৈকোল কংচরম্বা মপুনা লৈখিদবনা শত্রু য়াজেন্না থুমদুনা পাম্বা খুদিংনা শাঙ্গাকম কৈরেন খুদিংনা য়াহিপফম গুইনা লৈরবা শিংজেন তাওজিং লৈকোল হৈকোল পাংনা পাম্বা খোঙ্গুল তাদুনা শাগী শারম লম্বী লৈরম্মী । মতো অহু উবদা শাদা থংবা লাংজেং হৈশিংবা শুবদার জয়না লোয়বী চিংথক্ত লেপতুনা নোংথৌ পাংনা মাচগে ৪ শুংদাই ৪ তুনা য়েংলকপদা নোংথৌগী লৈচিন খুদম্না মপুগী লৈকেনদুংদা পাম্বা নায়ৈ নাবোং য়াহিপ্পা নায়ৈরি হায়না তাকপা খুদম ফংলে । খুদক অসিদা শাদ কায়বা হৈশিংবা জয় শুবদ'বনা মৈহুম থাং থুনা মাইব্যা মেঙ্গরদা পিরে । মাইব্যান. মাঙাঙ্গাও মেঙ্গরদা পিদ্রুনা শাগী পাপ খুদক অহুদা লম অহুম শিম্না ফংনদুনা লম অহুম তকশিন্নরক্লুনা শক্তা শক্তা উনরে । খুৎকা খুৎকা লাম্বা ফ নরক্লুনা অকোইবা কৈফক কৈরাং থাদুনা পাম্বগী কৈবন শাদুনা অকোইবা শগাই শাদুনা লাংশোইগা লাংশেইগা, টাদোনগা টাদোনগা পানগী অহাবদা লোন্দুনা থরে । খুদক অহুদা মাইব্যা মেঙ্গব হুইরোই লম্বুনা মনাই নিপা ৫ থাদুনা পাম্বা পনশাবা লোয়রে সনা

মিৎয়েং তাবা য়াবে হায়না হঙ্গংলুহুনা শ্রীযুক্তো চুরাচান্দ মহারাজ শাগোল তোংবা ত্রক্কিশ্বারি খাগিরজী য়াজমেরি কোকয়েং য়েংপা ২৫ না সনা খৌগন তৌ, খাংজম তোচৌনা হরা গারি থৌহনা শ্রীযুৎনা সনা ফম্বাল লাংহনা পাম্বা মিৎয়েং তাগদবগী সনা খোংলেংলক্কনা শিংজেল লৈহাও পাম্বীগী নোংচুপ থংবা চিংমাইদা মাই নোংপোক ওন্না সনা ফম্বাল লাংলক্লে। লৈপাক প্রজানা মথুম্ভা কাংদেন পাইহুনা পাম্বা পনবু খৌবদা পাম্বা কৈবেন অথৌবা করিগু নিংজাইবা লৈতনা নায়েহুনা তুমহনা নাবোক্তুনা লৈরক্লে। তেরা অচৌবা অমা পুনলুংদা হৌই তেবা অহু য়াম্লগা মকোক মমৈ পৌরিনা পুন্দুনা শহু য়াঙ্গেন নমথানব, উকাই ফলাং থারক্লে। শহু য়াঙ্গেন্না মালেম থক্তা নমথক্রবা অহুদা পাম্বা নারোংপা য়াদহুনা থা-রাং নোংচুপ নোংপোক চোংহুনা পাম্বা পন তৌরকই। লৈবাক রা-রা লাওনরক্লে পনম্নুংদা কাংদেন লংশিন্দুনা পাম্বা কৈবু খৌবদা পাম্ব কৈ অমদি লৈহাও মথক্তা কাহুনা শ্রীযংলোমদা মনঙ্গন ওনশিন্দুনা লৈহাও মশা কারোংদা কৈনা হিপতুনা লৈথরে। পাম্বগী মতৌ উবদা পাম্বা পম্নানম্নি হায়হুনা শগাইদা ফম্বা মীয়াম পুমবা হৌগগুনা কেংবে নোংথৌ পাংনা তাদোনগা তাংদোনগা, লমবুগা লমবুগ মতোন নোংথক লোমদা ওনথংনহুনা রা রা লাওনহুনা লৈনরক্লে। মতম অহুদা তকং তাওনা শাইরোংনা তম্মি পামবা কবিশু নাচুংদনা লৈথোকই রাশাং অমদা মৈবুল শেমহুনা পামবা তম্না থিনগৎলি। মৈবুনবু পামবগী মথুংন ফাহুনা মতিন শিংশন্দুনা মৈবুন অহু মুংথংলে। রাশাং অমদা শামু কাতি পুন্দুনা পামবনা হিপ্লিবা লৈহাও মশা কোকুনা থুদেক্লে। পামনা কৈরেন অংগৌব লৈহাও মশা অমদা চোংলগা পম্ন নম্নগে তৌরকই। শ্রীপঙ্কয়ক্তোনা খুদোং নোংমে হিন্নমবদগী লোংনা পেক্কা কাপতুনা পামবগী মতক্তা পান্দুদা লৈহাও মথক্তগী মালেম থক্তা তারে। নোংমে মথোন তাবদা পামবা কেবেন অহুম অমনা খাগি পনবু নমথাইহুনা পম্নানম্নগে হায়না পনযা কোইনা চেন্দুনা অহোবা মফম পিবদা পামবা কৈবু ফানবা শরং উপু লাং থাংরিবদা চংহুনা পামবা অহুম চংনা ফাহুনা সনা কোম্নংদা পুরক্কুনা শ্রীযংনা পামবা কৈবু য়োক্তুন থমখি।

শ্রীপঙ্কয়ক্তো তথেল চিংথৌ মনাই থরগা লোয়নন মণিপুরদ খোবক্তুনা লৈ। শ্রীযুৎ মহারাজন সনা সঙ্গাইগী ওরাং খোংজাও ময়া শ্রীগোবিন্দজীগী মন্দির মথদা বাংলা অমা শাহুনা থম্মি। মণিপুরগী মথল মথগী কুমৈ তৌহুনা যেংতল্লি, মৈতৈগী চৈশ অয়াম্বা তাহল্লি, অকল অথৌগী মুক্তা থোং কাংজৈ লমজেম্নচিংবা থাঙ্গী কুমৈ, টাগী কুমৈ য়েংহল্লি। তথেল নিংথৌনা চংলমদাইদা মহারাজনা অহল্লুপ পানাগী পোইল, নম্বর শ্রীচনম্নম নিরহবিবু অহিংদা কৌথক্তুনা শঙ্গাইগী মথা থংবা শঙ্গাই শুমাংদা থাং থৌগন তৌহন্দুনা থাঙ্গী কুমৈ যেংখি। খৌগন লোইবা মতমদা তথেল নিংথৌনা শ্রীযুৎকি মফমদা অত্তাং অশি কনানো হংখি। মহারাজনা মতোন ইবুংঙো সনাথ্না বাবুসনাগী মফমদা হংবদা সমাখ্না বাবুসনানা "সনা খৌগন গারোক্তা কারিবা চনশুমগী মচাহন্না পোকপনি"। খুরা ইবুংঙো অত্তাং অসি চহি কয়ামুক শুরে? ননাই অসি চহি ৮/৯ মুক ওরনি হায়না হংনহুনা সনা খৌগন তৌনহুনা লোইরহুনা কুম্নরক্লে।

মতু' নোংঙাল্লগা তখেল নিংথৌনা মনাক শ্রীতোম্বলেন ঐরান্দাগী থাদুন সনাথ্রো বাবুসনা শ্রীচনম্বম চাওথোই, মচানন, মচা বিরহরি অতম্বু কৌহনুদুনা শ্রীযুক্তো তখেল নিংথৌগী বাংলাদা কাদুনা উবৈ উনবা মতমদদি তখেল নিংথেৌনা য়াম্না মুন্না শ্রীচনম্বম চাওথোইবু মশক থংবা ওইরমদুন তরাম তরাম তৌনা শ্রীযুক্তো তখেল নিংথৌ, শ্রীতখেলগী সনায়াইমা, শ্রীতোম্বলেন ঐরান্দর, শ্রীমতোন ইবুংঙো বাবুসনা, শ্রীচ ওথোইসিং ফম্মিল্লদুন শ্রীযুক্তো তখেল নিংথৌগী মপাবুং নিংথৌগী মফমদা শামু ময়াগী চৈশু থা মপুমগী চৈশু, চাংথ্রং হাবী কোকয়েৎপু শ্রীচাওথোইনা তখেল লৈবাক্তা ললোনবা লাকপদা কংলম্বা, মনাওনিপা রামসিংবু তখেলগী মচৈ হৈবশিংনা মহৈ কপ্লক্তুনা চাক থোংহিত্তৈদা শিথদুনা লৈবদগী সনাযাইমা অসিগা চংমিল্লদুনা তখেলগী মাইবা অদুগী মাং য়েংবা, তৌথিব তখেল লৈবাক্তা লৈব' মতমদা তৌথি তৌথিবা থোবম্নচি'বা রাত্রি শাল্লদুনা মুংচ ইমিরৈ। মতু' অদুদ শ্রীযুক্তো তখেল নিংথৌন "থুরা মচাওন অতাং অসি ঐ পুথগে ঐগা লৈমিল্লদুনা মচৈ মশিং ফমদুনা মতম থরা ঐগী ইনাক্তা লৈহনগে। শ্রীযুত মহাসাজনা নলাইবু ওইবিনি হায়বিরদি কৎচরে সনা থোগন তৌবিববু য়ানি তাকপিরবদি হায়ন শ্রীবিরহরি মচাবু তখেল নিংথৌদা কংথোক্লে তাইহাক রাত্রি রাজাহ শারগা অহাও অথুন পিদুনা মনাক তোম্বলেন ঐরান্দাবু খিলহন্দুনা সনা পুক্সি' মুংঙাইনা লৈহৌই। শ্রীযুতনা রা অসি তাদুনা শ্রীবিরহাবিবু অতাং ওইরি মতম চানা থোগন ফজশনু হায়না থামদুনা চংহান্ত্র মহুদা তখেল নিংথৌ। চংলমদাইদা শ্রীবিবহরিবু কৌথদুনা থা' থোগন তৌহল্লগা "নঙ্গী থুংশু থা' ওইজো" হাইদুন চেশ্ন থাং কুশ অনিতক পিবি, "ন' ঙবু কাওগন্নু মতম চাবা কান্দা অমুক্তং ঐগী নাক্তা লাকউ" হায়না তাকপিবম্মী মতম থব লৈরম্মগ' লম থুঙি' চত্তুনা য়েংলম্মগা লেংশিনখি

খৃ: ১৯০৯ শা. ১৮৩০ এ ডব্লিউ দেভিস ইণ্ডিয়ার আই সি. এস অফিসিয়েটিং সাহেব অসি কর্নেল জে. শেক্সপিয়ার সি আই ই দি এস ও আই এ ফম অসি ওইরে লাংবচকী ৫০২০ শোধালাই ১৯০৫ খৃ. ১৯১২ শা: ১৮৩৪ চৈথাবোন ৪২৯ সেকমাই লাবনগী কুমদা মণিপুরগী থাউন অকোইবনা কাংচুপ্তী ঈশিং পুবক্তুনা তৌতি ঈশিং কোমফু থিন্দুনা পাইপ কোঙ্গিন পানবা অমা তৌডগা মফম খুদিংদ ঈশিং কোনফু কোঙ্গিন পানবা অমা পাইপ কোঙ্গিন পানবা তমগা মশক অনি অসি থমহনা তাউন্দ লৈবশিং অচং অওক্তা ঈশিং থক্লবা ওইহন্দুনা ঈশিঙ্গী দমক যুমথোংদা লুপ অনিমথাই লোরে।

ওঝানা থম্বীরম্বদা মতাং অসি ফাওবদং থম্বীরম্মী মপ্পা তানা হাপচগদববু মথাক্তি অসিগা চাৱব থরা বাংলগাত্রা থম্মদুনা হাপচবা তৌজদে। পাবিশ্বা ওবাশিংনা মথা তানা মপুং ফানবা হাপ্পিনবা বোল্লুকচরি।

★ লোইরবা ★